ওঁ

# মণিপুরী মহাভারত

২৫ শুবা খণ্ড

বেদব্যাসগী শ্লোকাবলী মহাভারতকী

পর্ব অধ্যায় শ্লোক মথং মনাও

শায়দ-া মরক মরক্ত মখাদা

লনাই টীকা পীহুনা

মীতৈ লোল্দা

হন্দোকচবা

কালাচাঁদ শাস্ত্রী

ইং ১৯৮২

# অনুশাসন পর্ব্ব

## ( অধ্যায় মতাং লামায় মপা তাকপা )

# মণিপুরী মহাভারত

## অনুশাসনপর্ব্ব।

### দ্বিতীয় অধ্যায়

### ভীষ্মনা যুধিষ্ঠিরদা দানধর্ম্মগী ওয়া তাকপা

### অহীগুবা অধ্যায় ( মথা চথবা )

তামগ্নিশ্চকমে সাক্ষাৎ রাজকন্যাং সুদর্শনাম্। তুভ্যং চ ভগবান্ রাজন্ যজমানস্তু তং নৃপম্ ॥২১॥
দরিদ্রশ্চ সবর্ণশ্চ মমায়মিতি পার্থিবঃ। বরিষ্যন্তিঃসুতাং তস্মৈ তাং বিপ্রায় সুবর্ণশাম্ ॥২২॥
অতেঽস্য বিততে যজ্ঞে নষ্টেঽভূদ্ধব্য বাহনঃ। ততঃ স্বস্তুঃখিতোরাজা বাক্যমাহ দ্বিজাংস্তদা ॥২৩॥
দুষ্কৃতং মমকিন্তু স্যাৎ ভবতাংবা দ্বিজর্ষভাঃ। যেন নাশং জগামাগ্নি কৃতং কুপুরুষে যুব ॥২৪॥
ন হ্যল্প দুষ্কৃতং নোঽস্তি যোগ্নিনাশমগতঃ। ভবতাং চাথব মহ্যং তত্ত্বেনতৎ বিমৃশ্যতাম্ ॥২৫॥
তত্র রাজোবাচঃ শ্রুত্বা বিপ্রাস্তে ভরতর্ষভা। নিয়ত বাগ্ যতশ্চৈব পাবকং শরণং যযুঃ ॥২৬।

---

নিংথৌ। নিংথৌগীমচুপী সুদর্শনা কৌবীদুনা অগ্নিদেবদা মশামক পুক্নিং লুপখ্রে। অদুনা অগ্নিদেব মশামক্না ব্রাহ্মণগী মশক লৌরদুনা নিংথৌ দুর্য্যোধন কৌবদুগী মকমদা মহাক্কী মচনুপী সুদর্শনা কৌবীদুবু পীদু হায়না নিখি ॥১২॥ মাদু তাবদা লায়নু লায়রবগী জাৎনু তিজ্জবনি অদুম হায়না থনখিদুনা দুর্য্যোধন কৌবদুনা মচানুপী সুদর্শনাবু ব্রাহ্মণ অদুদা পীনীংখ্রে ॥২২॥ অদুদগীদি ব্রাহ্মণগী মশক লৌরবা মচাগী মৈ ( অগ্নিদেব অদু শাউদুনা মাঙথোক্লে ( মশকউখিত্রে কুথখ্রে )। মাদু উবদা নিংথৌ অসি থদোকখোরা বাখিদুনা যজ্ঞদা তিল্লিবা ব্রাহ্মণশিংদা অসুম্না হায়রকই ॥২৩॥ গুণ লৌরিবা ব্রাহ্মণ পুম্নমক্। নিংথৌ ঐগী করম্বা অপরাধনা নত্রগা ব্রাহ্মণশিং নথোক্তগী করম্বা দোষ অপরাধনা ওসি ঐগী যজ্ঞদগী অগ্নিদেব ( মৈ ) না কত্রগা, তৌবিমল থডজ্রবা মীগী মকমদা কৌকবা উপকারগুম ঈকান্ কমদনা লুক্কা মাঙথোকখিবনো? ॥২৪॥ ঐথোয়না তৌখিবা দোষ অপরাধ ( ইরাল ) অদো থজিক থরাক্তি থিজিনরোই। নত্রবু মৈ ( অগ্নিদেব ) না অমুক মান্না থীমা শাউবা হৌনবরা? অদুনা লৌজখ্রিবা দোষ অসে নিংথৌ ঐগীরা নত্রগা ব্রাহ্মণ নথোকগী মরক্তগী করাগীনো? মাসি লেংনা অমুক্তা বিচার তৌবগা হায়জোকপীরক্উ ॥২৫॥ ভরত শাদেগী নিংথৌ অথোইবা যুধিষ্ঠির! নিংথৌদুগী মা তাবদা ব্রাহ্মণশিংদুনা অরাবা, ঈকায়রবগা লোয়নবা বিখি কায়দনা হকচাং মন্থং মশান লোয়ননা শেংদোক্তুনা

তান দর্শয়াস তদাতগ বান্ হব্যবাহন : এবং রূপদীপ্তিদংস্থা শময়র্কসমদ্যুতিঃ ॥২৭॥
ততোমহাত্মা তান্ হ দহনো ব্রাহ্মণর্ষভাগ। বরযাংস্যাত্মনেহথায় দুর্যোধনমুভাবিতি ॥২৮॥
ততস্তেকন্যামুখায় হৈমৈরাজেন্দ্রবেদয়ন্। ব্রাহ্মণাবিস্মিতাসর্বে যদৃচ্ছ চিত্রভানুনা ॥২৯॥
ততঃ রাজা তচ্ছ্রুত্বা বচণং ব্রহ্মবাদিনাম। অবাপ্য পরমং হর্ষং তথেতি প্রাহবুদ্ধিমান্ ॥৩০॥
অবাচত চেখং শুল্কং ভগবন্তা বিভাবসুম্। নিত্যং সান্নিধ্যমিহত্তে চিত্রভানো ভবেদিতি ॥৩১॥
তম হ ভগবানগ্নি রেবমস্তিতি পার্থিবম্। ততঃ সান্নিধ্যমদ্যাপিমাহিষ্ম ত্যাংবিভাবসো ॥৩২॥
দৃষ্টং সহদেবেন দিশং বিজয়তা তদা। ততস্তাং সমলং কৃত্য কন্যামাপ্রজব্যসনম্ ॥৩৩॥
দদৌ দুর্যোধনো রাজা পাবকায় মহাত্মনে। প্রতিজগ্রাহ চাগ্নিস্ত্র রাজকন্যাং সুদর্শনাম্ ॥৩৪॥

---

অগ্নিদেবগী স্তুতি তৌখি ॥২৬॥ ব্রাহ্মণশিংহুনা বেদগী মন্ত্রনা তৌরক্লিবা স্তুতি অহুদা পেন্‌বিপ্রহুনা, শময় খতুগী হুমিংকী মঙালগুম্ ভান্নবা লাংলবা মশেক্ মঙান্‌গা লোয়ননা অগ্নিদেবনা মূর্তি নাইনা চোংথো-রক্তুনা মরামদা দর্শন পীখি ॥২৭॥ খুদক্তা পেন্‌বিহৈবা, পুখচেল চাউরবা অগ্নিদেবনা ব্রাহ্মণশিংহুদা অমুম্না হায়খি—'ঐ দুর্যোধন কৌবা নিংথৌ অসিগী মচানুপী সুদর্শনা কৌবীসি পাম্মি।'' ॥২৮॥ মাহু হেক্ তাবদা ব্রাহ্মণশিংহু অহু অমুক তত্তা হৌগৎতুনা কোম্নুং ভান্না চৎথিহুনা নিংথৌগী মফমদা রা অসি তম্মুই ॥২৯॥ ব্রহ্মবাদী ওইরবা ব্রাহ্মণশিংগী রাহু তাবদা দুর্যোধন কৌবা নিংথৌ অসি হরাওবা হুংতাইবগা লোয়ননা 'য়াম্না ফয়ে, অহুমতাধরে' হায়না ব্রাহ্মণশিং অহুদা হায়খি ॥৩০॥
অহুগী তুংদা নিংথৌসিনা মচানুপীবু অগ্নিদেবনা বিবাহ তৌহনা কংথোকপগীদমক্তা শুল্ক ( মংকৎ ) ওইনা মহাকী নগরীদা লেপ্তদনা লৈবিয়ু হায়না অগ্নিদেবদা হে অগ্নিদেব! চিত্রভানু! মহাক্না ঐগী ইচানুপীবু নহাকী লোয়নবী ওইনা পৌবিবগীদমক্ ঐগী কোম্নুংদা লৈবিয়ু'' অমুম হায়না নিজখি ॥৩১॥ মাহু তাবদা ভগবান অগ্নিদেবনা "ফয়ে; অহুমক্ ওইরসনু" হায়না য়াবিখি। মাহুগী তুমিত্তগী হৌনা মাহিষ্মতী কৌবা নগরীদা মুংপা থাত্তবা লৈতনা অগ্নিদেবনা হৌজিক্কাওবা লৈরি ॥৩২॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠির! মনাও সহদেবনা অহুক্তে দিগ্বিজয় চৎপদা ভারতকী দক্ষিণদা লৈবা মাহিষ্মতী (মহীতর) দা তত্না চাকুন্না লৈরিবা মৈ (অগ্নিদেব) দুবু মমীৎমক্না উথিবনি। অগ্নিদেবনা নগরীদা লৈবিগে হায়না হরাও হরাওনা য়াবিরবা তুংদা দুর্যোধন কৌবা নিংথৌসিনা মচানুপীবু নীংথিজরবা ফিজেৎ লৈতেং পুম্বা শেংহল চাহন্দুনা মহাত্মা ওইরবা অগ্নিদেবগী মফমদা বিধি কায়দনা বিবাহ তৌদুনা দান তৌখি ॥৩৩॥ অগ্নিদেবনসু বেদগী বিধি কায়দনা রাজকন্যাহুবু মহাকী লোয়নবীগুম্ স্বীকার তৌবিখি (লৌবিখি) যজ্ঞ লৌরগা যজ্ঞগী অগ্নিনা বসুধারা কৌবীবু লৌবীবগুম্না ভাইবংমী নিংথৌগী মচানুপীহুবু লৌবিখি • ॥৩৪॥ সুদর্শনাগী মরমচৎ ব্যবহার

---

• ভাইবংমীগা লাইগা শময়কপা ( চারোমৌরোনবা ) গী রাগীশিংবুন অসি পুরাণতনা লীবা ( লীবা ) তম্মি। নোংমদোম্বক্তা লৈরিয়া চন্দ্রদেব সূর্য্যদেবগা মার্ত্য লোককী নিংথৌশিংগা চারোম্ মেরোম্বা

বিভর্তি কেবলমুক্তেন বপোধাম্না বিভাবসো। জগ্রাহ রূপেণ শীলেন কুলেন বপুষা শ্রিয়া ॥৩৫॥
অভবৎপ্রাতিমাবরিগর্ভে জাতবেদসো মহে। তস্যাঃ সমভবৎপুত্রো নাম্নাহ যেন সুদর্শনঃ ॥৩৬॥
সুদর্শনস্তু রূপেণ পূর্ণেন্দুসদৃশোপমঃ। শিশুরেবাধ্যগাৎসর্বং পরংব্রহ্ম সনাতনম্ ॥৩৭॥
অথৌঘবান্ নাম নৃপো নৃগস্যাসীৎ পিতামহঃ। তস্যাথৌঘবতী কন্যা পুত্রশ্চৌঘরথোহ্ তৎ ॥৩৮॥
তামোঘবান্ দদৌ তস্মৈ স্বয়মোঘবতীং সুতাম্। সুদর্শনায় বিদুষে ভার্য্যার্থে দেবরূপিণীম্ ॥৩৯॥
স গৃহস্থাশ্রমরতস্তয়া সহ সুদর্শনঃ। কুরুক্ষেত্রেঽবসদ্রাজন্নোঘবত্যা সমন্বিতঃ ॥৪০॥
গৃহস্থশ্চাবজেষ্যামি মৃত্যুমিত্যেব স প্রভো। প্রতিজ্ঞামকরোদ্ধীমান্ দীপ্ততেজা বিশাম্পতে ॥৪১॥
তামথৌঘবতীং রাজন্! স পাবকসুতোঽব্রবীৎ। অতিথেঃ প্রতিকূলং তে ন কর্ত্তব্যং কথঞ্চন ॥৪২॥

---

অদুগা হকচাংগী শাওংশাদা অদু উবদা অগ্নিদেবনা ওয়োক্না পেন্খি। অদুনা অগ্নিদেবনা মতোন্দা গর্ভধান তৌগে হায়না খন্খি ॥৩৫॥ গর্ভাধান তৌরবা মতম থরগী তুংদা সুদর্শনা কৌবদুগী অগ্নিদেবগী কজগ্রবা মচা অমা পোকখি। মচাদুগী মমিং সুদর্শন কৌই। মমিং সুদর্শন কৌবতা নত্তনা সুদর্শন কৌবা অতাং অদুগী মাংখোংদু মপুং ফারবা থাজগী মথৌওম নীংথিজে। হেক পোকপাদগী, অতাং ওইরিবত্তো মশাগী ব্রহ্মজ্ঞান লাকপা অদুম হৌরবনি। অতাং অদুগী থম্মোয়দা পরাব্রহ্ম পরমাত্মাগী জ্ঞান অদু, মশানা অদুম্ মরাকচরবনি ॥৩৬ ৩৭॥ মতম অদু যুধিষ্ঠির! নিংথৌ নৃগগী মবুথৌ ওঘবান্ হায়বদুনা পৃথিবী পুম্বসি নিংথৌ ওইদুনা পাম্মি। ওঘবান্ হায়বা নিংথৌ অসিগী ওঘবতী কৌবী মচানুপী অমগা ওঘবান কৌবা মচানিপা অমগা মচা অনী অসি পোকখি ॥৩৮॥ ওঘবতী হায়বী কন্যা অসি লাইরেম্বাকী দেবকন্যাগুম্ ওয়োক্না নীংথিজে। ওঘবান্ কৌবা নিংথৌ অসিনা সুদর্শনদা মহাকী ভার্য্যা (লোয়নবী পাইনবা মচানুপী ওঘবতীবু কন্যাদান তৌখি ॥৩৯॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠির! সুদর্শন ওঘবতী কৌবীসিগা বিধি কায়দনা গৃহস্থাশ্রমদা লৈদুনা গৃহস্থধর্মবু পালন তৌখি। সুদর্শনা ওঘবতীগা লোয়ননা কুরুক্ষেত্রদা লৈখি ॥৪০॥ প্রজাশিংগী মপু! নিংথৌ! যুধিষ্ঠির! তেজ কল্লবা মহাজ্ঞানী ওইরবা সুদর্শন কৌবা নিপাসিনা গৃহস্থাশ্রমদা লৈনা লৈনা মৃত্যুবু মোয়দনা ওমগে হায়না মপুক্কীংদা য়াশকখি ॥৪১॥ নিংথৌ! মহাক্না মহাকী লোয়নবী ওঘবতীদা অসুম্না হায়খি ইবেম্মা। য়ুমদা লাকপা অতিথি ভিক্ষারীবু থৌওইতৌশিত্তবা

---

হৌথিবা হুমিং অদুদগী মর্তলোকী চন্দ্রবংশ সূর্য্য বংশ হায়বা নিংথৌশিংগী বংশ অনীগী থাক্না অসি পরম্পরাদগী চথরক্লি। অমরোমদা হায়রগা, মৈ–ঈশিংনচিংবা অধিষ্ঠাত্রী দেবতাদা তাগী শক্তিনা শাথা হকচাংসিগা আম্বাগা লৈমিন্নদুনা চারোন্ থৌরোজদুনা লৈখিবদগী মচা মত্ত শুথাও্ ওইনা তাইবংমী মরাম পোকথনরক্লিবা সিগুবনি। অদুনা মীগা লায়গা শমবা হায়বা বাকম অসি আম্বাদি মীদু লাইদু মত্তবনিনা আম্বানা মপানগী পঞ্চভূত (পঞ্চদেবতা) না শাবা হকচাংগা ভিন্নরুপা মত্তমদগী অদুম হায়বা অর্থ অমরোমদ পুংদবনি (কালার্চাদ)।

উচ্ছিষ্টাস্মীতি মন্বানা লজ্জিতা ভর্ত্তুরেব চ । তূষ্ণীং ভূতাঽভবৎ সাধ্বী ন চোবাচাথ কিঞ্চন ॥৬১॥

অথ তাং পুনরেবেদং প্রোবাচ স সুদর্শনঃ । ক্ব সা সাধ্বী ক্ব সা যাতা গরীয়ঃ কিমতো মম ॥৬২॥

পতিব্রতা সত্যশীলা নিত্যং চৈবার্জবে রতা । কথং ন প্রত্যুদেত্যদ্য স্ময়মানা যথাপুরা ॥৬৩॥

উটজস্থস্তু তং বিপ্রঃ প্রত্যুবাচ সুদর্শনম্ । অতিথিং বিদ্ধি সম্প্রাপ্তং ব্রাহ্মণং পাবকে চ মাম্ ॥৬৪॥

অনয়া ছন্দ্যমানোঽহং ভার্যয়া তব সত্তম । তৈস্তৈরতিথিসৎকারৈর্ব্রহ্মন্নেষা বৃতা ময়া ॥৬৫॥

অনেনবিধিনাসেয়ং মামর্চ্চতি শুভাননা । অনুরূপং যদত্রান্যৎ তদ্ভবান্ কর্ত্তুমর্হতি ॥৬৬॥

কূটমুদ্গরহস্তস্তু মৃত্যুস্তং বৈ সমন্বগাৎ । হীনপ্রতিজ্ঞমত্রৈনং বধিষ্যামীতি চিন্তয়ন্ ॥৬৭॥

সুদর্শনস্তু মনসা কর্মণা চক্ষুষা গিরা । ত্যক্তের্ষ্যস্ত্যক্তমন্যুশ্চ স্ময়মানোঽব্রবীদিদম্ ॥৬৮॥

সুরতং তেঽস্তু বিপ্রাগ্র্য প্রীতির্হি পরমা মম । গৃহস্থস্য হি ধর্মোঽগ্র্যঃ সম্প্রাপ্তাতিথি পূজনম্ ॥৬৯॥

---

অতুদগীদি সুদর্শননসু ওঘবতীবু হন্না হন্না কৌহুনা অসুম্না হায়রকই—ঐগী সাধ্বী সতীহ্ কদায় চৎখ্রে। ময়ম্চৎ ব্যবহার ফজবীহ্ কদোমদা চৎখ্রে। মপুরোয়বা ঐগী সেবাদগী হেন্না নুবা কয়বা থবক্ অমা লৈহুনা কদোমদা চৎখ্রে? মপুরোয়বগী সেবাদা পুক্নীং চঙবী, অচুম্বা ভাঙবী, মপূকচেল ঈচম্ চম্বী সতীহ্ কদোমদা চৎখ্রবনো। ভসিদি হায়গুম্না ঐনা হেক্ হেক্ লাক্পদা মোমোন্ নোকচদুনা তয়াম্ তয়াম্ ওকৃচবী মহাক্নি ॥৬২–৬৩॥ বাশিং অসি তাবদা ইমুংদা লৈরিবা অতিথি ব্রাহ্মণ অদুনা সুদর্শনদা অসুম্না হায়রকই—অগ্নিকুমার! সুদর্শন! তাঙ্লিবা ঐ ব্রহ্মণনি, অতিথি ওইনা মহাকী আশ্রম অসিদা লাক্লিবনি হায়না খঙঙু ॥৬৪॥ সাধু মহাত্মাশিংগী কোকথকী মণি! নহাকী লোয়নবী সতী অসিনা অতিথি ঐগী নীংবা থুংহনগনি হায়না রাশকৃখি। ঐনসু মহাকী রাশক্ অদু স্বীকার তৌখ্রে ॥৬৫॥ হায়নখিবদুগী মতুংইন্না সতী অসি ঐগী সেবাদা (অতিথি সেবাদা) পুক্নীং চঙহুনা লৈরি। অদুনা হৌজিক্তি নহাক্ লাক্লবনিনা মহাকীসু নহাক্না ভস্বা করি সেবা অময়ুক্ তৌকম থোকই হায়বদু থম্মুনা তৌ ॥৬৬। মতম্ অসিদা মৃত্যু কোবদুবা মথুত্তা দণ্ড পায়দুনা সুদর্শনগী মতুংদা লেপদুনা লৈরি। মহাক্না থম্মুনা সুদর্শনবা মহাকী ধর্ম থুগাইহুনা অতিথি সেবাবু মপুং ফাহল্লবদা মাবু ঐগী থরাত্তা থুদক্না লৌশিনুগে অসিনি ॥৬৭॥ অদুবু, সুদর্শনগী পুক্নীং থম্মে য়দা সুংভাইত্তবা, ফল্লকমিহোবা, অশাউবা, থম্মনবনচিংবগী মরীক্ অময়ুদু চঙবা ওমথিদে। মহাক্ ঈয়ুংদা লৈরিবা ব্রাহ্মণ অতিথিদুনা অসুম্না হায়রকই ॥৬৮॥ ব্রাহ্মণ অথোইবা! মহাক্না পামজরিবা সুরত (স স্তাগ) অদো মপুং ফাহল্লু। মাদুদা ঐগী মহা অপেন্বা অমা ওইগনি।

---

মতমদা মপূক্নীং শেংদনা, পীনীং পীনীংদনা পীথোক্লবদি অশিবগী থারাত্ত চোংশিনবগা অক্মানি হায়বসি মতাং অসিদা উৎপত্তনি। থরায় ফাওবা কথোকপা ভারিবা বিষয়সিদা, মপানগী হকচাংবু পীথোকপা দি করিহ্ লৈতবা পোৎনি। (কালাচাঁন্দ)

প্রাণাহি মম দারাংশ্চ যচ্চান্যদ্বিদ্যতে বসু। অতিথিভ্যো ময়া দেয়মিতি মে ব্রতমাহিতম্ ॥৭১॥
নিঃসংদিগ্ধং যথা বাক্যমেতন্মে সমুদাহৃতম্। তেনাহং বিপ্র সত্যেন স্বয়মাত্মানমালভে ॥৭২॥
পৃথিবী বায়ুরাকাশমাপো জ্যোতিশ্চ পঞ্চমম্। বুদ্ধিরাত্মা মনঃ কালো দিশশ্চৈব গুণা দশ ॥৭৩॥
নিত্যমেব হি পশ্যন্তি দেহিনাং দেহসংশ্রিতাঃ। সুকৃতং দুষ্কৃতং চাপি কর্মধর্মভৃতাং বর ॥৭৪॥
যথৈষা নানৃতা বাণী ময়াদ্য সমুদীরিতা। তেন সত্যেন মাং দেবাঃ পালয়ন্তু দহন্তু বা ॥৭৫॥
ততো নাদঃ সমভবৎ দিক্ষু সর্ব্বাসু ভারত। অসকৃৎ সত্যমিত্যেবং নৈতন্মিথ্যেতি সর্ব্বতঃ ॥৭৬॥
উটজাত্তু ততস্তস্মান্নিশ্চক্রাম স বৈ দ্বিজঃ। বপুষা দ্যাং চ ভূমিং চ ব্যাপ্য বায়ুরিবোদ্যতঃ ॥৭৭॥

---

ময়মদি গৃহস্থাশ্রমদা লৈরিবা ঐবু নহাকী মপুংকানা অতিথি সেবা তৌজবহ্ন কংহন্নবীয়বদি ব্রায়া পেজগনি। গৃহস্থাশ্রমদা অতিথি সেবাদগী হেনবা ধর্ম অম লৈত্রে ॥৬৯॥ অতিথিনা মনীংঙুনা চংখিবা গৃহস্থগী য়ুম অহুগী ধর্মদি অতিথিবু পেলহন্থিবহুদগী হেনবা অতৈ অম লৈত্রে ॥৭০॥ ঐগী থবাক-হকচাং, ঐগী ঙুপী (লোয়নবী), ঐগী ললথুম্, লৌরীবুক্ষ, ঐগীনি হায়হুনা হেক্ লৈরিবা পোচৈ পুন্নমকসি অতিথিগীদমকতি থাদোকবি, পীথোকনি— মাসি ঐগী ব্রত অমনি ব্রাশকনি ॥৭১॥ ব্রাহ্মণ! ঐনা হায়রিবসিদা নহাক করিমত চিংনগনু। হায়রিবা সত্যব্রত অসিবু সিদ্ধ ওইহনগনি হায়বসি ঈশাগী হকচাংবু থবাকপু ঈথুংনা শোকুনা ব্রাশক্লিবসিনি ॥৭২॥ ধর্ম চেনবা ধর্মগী ভয়বু থঙলব-শিংগী মচুংদা অথোইবা! লৈবাক, ঙুংশিং, আকাশ, ঈশিং, মীৎ, আত্মা, বুদ্ধি, পূক্নিং, কাল, মায়কৈ হায়রিবা তরা অসিনা মতম পুম্বদা থবায়প নবা জাবপুঙ্গী হকচংদা লৈহুনা মথোয়না তৌবা পাপকর্ম, পুণ্যকর্ম পুন্নমক্ য়েংহুবা লৈরিবনি * ॥৭৩ ৭৪॥
ঐনা ওসি হায়রিবসিনা অচুম্বমক ওইরবদি অচুম্বা (সত্য) সিমকী প্রভাবতনা হায়রিবা দেবতাশিংসিনা ঐবু কনবিসনু নত্রগা ঐবু চৌজিকমক্ উং ওইনা চাকথেকহনপ্রসনু ॥৭৫॥ ভরতনন্দন! যুধিষ্ঠির! সুদর্শন কৌবা ব্রাহ্মণ অহুনা ব্রাইশিং অসি হেক হায়দেরকপদা "নহাক্কা হায়রিবসি অচুম্বনি, মসিদা অরানবগী শরুক করিমত য়াওদে" হায়বসিগী খোজেম্না মায়কৈ পুম্বদগী পুম নিম্ নিয়া লাউরকই ॥৭৬॥ অসিগী তুংদা ওনাইগী ঈমুংদা লৈরম্বা ব্রাহ্মণ অহু ঈমুং অহুদগী চোংথোরকই। মহ কী হকচাংহুমকনা মায়কৈ পুম্বা শীঙ্খংনা লৈব মুংশিংকী মংতৌওয়া মায়কৈপুম্ববু শীঙ্খংনা কুপখি ॥৭৭॥ শিক্ষাশাস্ত্রগী

---

* মায়কৈ মরিমক পৈরিবা, লৈরিবা মী লখা লখবু উহন্দনা কনাগুম্বা অমনা, মহাক্কা তম্বা মন্ত্র মন্ত্রনা নত্রগা ইন্দ্রজালনচিংবা মিত্রংগী বিতানা, মহাক্কা তৌরিবা অরানবা মীনথা থবক্ অহুবু, অহুগা পুণ্যকর্ম অহুবু মীয়ামহুবু খঙহন্দনা তৌরবনু, তিল্লিবা মীশিং অহুদগীনু হেন্না য়াম্নবা দেবতাশিংনা মহাকী অমত ঙাক্সরবা হকচাংহুগী মহুৎো লোয় লৈহুনা ঈথোং কোংনা উত্রি হায়বসি কাউরোইদবনি। খুদম ওইবা হায়রবদা মী লিশিং লিশিংবু উহন্দনা লোত্তুনা থম্রিবা পোশক্ অহু, লোৎলিবা মহাক্কি

স্বরেণ বিপ্রঃশৈক্যেণ ত্রীল্লোকানমুনাদয়ন্। উবাচ চৈনাং ধর্মজ্ঞঃ পূর্বমাসাদ্য পার্থিবঃ ॥৭৮॥
ধর্ম্মোঽহমস্মি ভদ্রং তে জিজ্ঞাসার্থং তবানঘ। প্রাপ্তঃ সত্যং চ তে ভাবং প্রীতিমুর্থং শৃণুষ্ব মে ॥৭৯॥
বিজিতশ্চ ত্বয়া মৃত্যুর্ব্বেহং স্বামনুগচ্ছতি। চন্দ্র স্ববী তব সদা বয়া দ্যুত্য বশী কৃতঃ ॥৮০॥
নচাস্তি শক্তিস্ত্রৈলোক্যে কস্যচিৎ পুরুষোত্তম। প্রতিব্রতামিমাং সাধ্বীং তবৈষ্টীকিতুমপ্যুত ॥৮১॥
রক্ষিতা হ্যেংশুষৈণয়েষা পতিব্রতগুণৈস্তথা। অধৃষ্যা সদিয়ং ব্রহ্মাংতথা তত্রান্যথা ভবেৎ ॥৮২॥
এষা হি তপসা যেন সংযুক্তা ব্রহ্মবাদিনী। পাবনার্থংচ লোকস্য সরিচ্ছ্রেষ্ঠা ভবিষ্যতি ॥৮৩॥
অর্ধেনৌঘবতীনাম ত্বামর্ধেনাহিঘ যাতি। শরীরেণ মহাভাগা যোগোহস্যা বশে স্থিতা ॥৮৪॥

---

নিয়মগী মতুং ইন্না কাইথোরক্পা উদাত্ত, অনুদাত্ত স্বরিত কৌবা স্বরগী খোঙ্হাং অহম্না থ্রায়গৈ পুম্বা শীঙ্লো নিংজম্নুনা ব্রাহ্মণ অকুম্না ধর্মগী ওস্ববু মুম্না খঙ্লবা সুদর্শনদা অঙুম্না হায়রক্লই ॥৭৮॥ পাপকী লম্নক্ লেশ অমত য়াওদ্রবা। মঙ্গল ওইয়ু। ধর্ম কৌবা লাইদু ঐনি। ঐনা ত্রাস্মাগী মশক্ কৌ-হুনা নাবু পরীক্ষা তৌগে লাক্পনি। নংগী নশাদা লৈরিবা সত্যবু উবদা ঐ ওদ্দোক্না পেল্লে ॥৭৯॥
নহাক্কী নতুংদা লোয়থুম্না ইল্লরিবা মৃত্যুবু নহক্কা ঙম্লে। নংনা মৃত্যুবু জয় তৌরে। হৌজিক্ মহাক্ মহাক্কী নখা পোল্লবনি ॥৮০॥
নিপা অখোইবা। নহাক্কী অসিগুম্বী সাধ্বী সতী পতিব্রতা ওইবী লোয়ননা অসিদা মথীৎমক্না হাইগৎনা য়েংবা ঙমগদবা তাইবংমী লাইগী মহুংদা কনা অমত লৈতে।৮১॥ সুপীন অসে, নহাক্কী মগুণনা অহুগা সতী অসিগী মশামক্কী পাতিব্রত্য ধর্মগী গুণ মখানা মশাবু কঙ্কলা কঙ্কনী ঙাকখেন্নুনা থমজরি। কনাগুম্বা করিগুম্বনম্ব মহাক্পু মায়থীবা ঙমগদবা তাইবদ্রে। মহাক্কী পুক্নীং হুকচাংবু মাংথোক্হন্বা ঙম্মোই। সতী অসিনা মচীন্দগী হেক্ ভাক্থোরক্লিবা হ্যায়দোরাক্লনমথৈ অচুম্বা, করুণা য়াম্রবা ওইগনি। মহাক্না চায়দোরক্লিবমথৈ মিথ্যা ওইরোই ॥৮২॥ মশাগী তপস্যাসি পাক্লমা ব্রহ্মবাদিনী ওইবী সতী অসিগী মশাদগী জগৎপু শেংদোকপিননবগী মশক ওইবী ওঘবতী কৌবী নদী ( তুরেল ) অম চেংয়রকনি।

---

মথন্তনা অহুম্ মতৌরি। প্রমাণ অচুগুম্বদনা তাইবং মী খুদিংমক্না তৌরিবা মথক্ পুম্নসি, অহুনগী হেন্দোক্নুনা থম্লিবা য়াথলশিং অমত্তবু উবিনবা তাবিনবা কয়া কয়া হকচাংসিগতগী মপুঙ্গা লৈরি। উরিবা মথোংয়শিংগুবু কিননা, থৌওইদনা তৌনবনা তাইবংমীনা মখাগীত মথুনা, জগৎতা অশান্তি পীরিবনি। মসিগী তত্ত্ববু খঙ্বা সাধু মহাত্মাশিংনা জগৎতা শান্তি পীননবা হোৎনরি। হকচাংদা লৈরিবা, মৈঙৈশিং সুংশিংনচিংবগী শক্তিবু পুরিবা শক্তিমান্ ওইবা দেবতা কয়া কয়ানা, অহিং হুং-খিন্দা, পোকপদগী শিব কাওবদা তাইবং জীবনা তৌরিবা পাপপুণ্য কর্ম খুদিমক্ উবিনবা, অদুনা তৌরি তৌরিবা ধর্মচুগী মহেবু হন্দকী মপোক্কা নত্তগা নংহৌত্রগা হুয়ে মুক্তী মপোক্কা পীবিনবা তাই-হুনা লৈরি হায়বসি ঐথোয়না কাউকম্ খোক্কে। ( কালাচাঁদ )

অনন্তাস্যঃ [illegible] [illegible]। [illegible] [illegible] ।৮৫।।
অনেনৈবেন্দ্রেন লোকান্ [illegible]। নির্জিতশ্চ মৃত্যু কৈবল্যং [illegible] ।।৮৬।।
পঞ্চভূতাত্মতিজ্ঞাতঃ [illegible] মনোজয়ঃ। গৃহস্থধর্মেণানেন কামক্রোধৌ চ নির্জিতৌ ।।৮৭।।
নেহোস্তিকশ্চ [illegible] ক্রোধশ্চকেতনঃ। অব [illegible] রাজন্ সুদর্শনাভিনির্জিতা ।।৮৮।।

ভীম উবাচ

ততোনাংসুমহবেন বাক্যিনাতমনুত্তমম্। তুষ্টাপ্রণৃহতকশ্যপান্ বাসবোহপ্যাজগামবম্ ।।৮৯।।
মৃত্যুরাত্মা চ লোকাশ্চ জিতাভূতানি পঞ্চচ। বুদ্ধিঃ কালোমনো ব্যোম কামক্রোধৌ তথৈবচ ।।৯০।।
তস্মাৎ গৃহাশ্রমস্থস্য নান্যৎ দৈবতমস্তি হি। মৃতেঽতিথিং নরব্যাঘ্র মনসৈতদ্বিচারয় ।।৯১।।
অতিথিঃ পূজিতোযদ্ধি ধ্যায়তেমনসা শুভম্। নতৎক্রতুশতেনাপি তুল্যমাহুর্মনীষিণঃ ।।৯২।।
পাত্রংত্বতিথিমাসাদ্য শীলাঢ্যং যোনপূজয়েৎ। সদত্বাসুকৃতং তস্মৈ পুণ্যমাদায়গচ্ছতি ।।৯৩।।

---

লাইবক কন্নবী সতী অসিগী হকচাং ভংথাই অমনা নহাকী সেবা তৌগনি। যোগসাধন পুন্নমক্না মহাকী মথা পোন্‌গনি ।।৮৩।। অদুগা নহাকনু নশাগী উপস্থাগী শক্তিনা সনাতন ধর্মগী তুংন্নবা, সনাতন ওইবা লোক (ধাম) তা হৌরুরগনি। পোক্‌পা শিবগী সংসারনা অমুক্ হন্না লাক্লরোই।৮৪।। আত্মা নহাক ইহলোককী পাঞ্চভৌতিক ওইবা হকচাংসিমকা লোয়ননা দিব্যলোকতা হৌরুগনি মরমদি নহাক মর্ত্যলোকসিমক্তদা মৃত্যুবু জয় লে। চাংদমীংতোই কৈতন্নবা ঐশ্বর্য্য (ঈশ্বরগী শক্তি) বু নহাক্না কংলে।।৮৬।। আত্মা নহাক নশাগী আত্মাশক্তিনা মপন্নগী পঞ্চভূতনা শাবা হকচাং অদিদগী লাল-থেংকুনা চোংথোক্রক্লবনি। অদুনা পূর্ণীংগী মতৌঙৈ রাজনবা পতি অম কলবনি। গৃহস্থধর্মগী চপ্‌চাবা তত্ত্ব অমদি শক্তিনা কামক্রোধ অনীমক্‌পু মপুং ফানা জয় তৌরে ।৮৭।। নহাকী লোয়নবী রাজকুমারী কৌবী অসিনু নঙোন্দা সেবাগী শক্তিনা সংসারগী কল্লক্‌পা মিহৌবা, থম্মনবা, অশাউবা, অকনবা, কৈনিংলবনচিংবা দোষ পুন্নমক অসিবু জয় তৌরে ।।৮৮।। ভীমনা হায়— যুধিষ্ঠির! অদুগী তুংদা ওহাক্ কৈরগা ভগবান্ ইন্দ্রদেবনু ভৌরোক্ ভৌরবা শগোল কিলাং অমনা চিংথা রথ অমদা তোংদুনা সুদর্শনগা উনগদবগী মনাক্তা থুংলে ।।৮৯। মতৌ অদুম্না সুদর্শননা অতিথিসৎকারগী পুণ্য-শক্তিনা মৃত্যু, আত্মা (অনাত্মা), ইহলোকপরলোক, পঞ্চভূত, বুদ্ধি, কাল, মন (পূর্ণীং), আকাশ, অদুগা কামক্রোধবু জয় তৌখি ।।৯০।। নিপা অথোইবা। যুধিষ্ঠির! গৃহস্থাশ্রমদা কৈন্থিবা মী অমগী মঙমদদি অতিথি সেবাদগী হেনবা ধর্ম অম অদুনা অতিথিদগী হেনবা অতোপ্পা দেবতা অম কৈদ্রে হায়বসি নশানা বিচার তৌদুনা লেপ্পু ।৯১।। লাক্লিবা অতিথি অদুনা নীংথিবা পূজাসেবাবু কংজবদগী পোক্লুনা অদু ক্না গৃহস্থদুনকী অকবত থম্মুনা চংশ্রবা অদু ওইরবদি কৈহৌরিবা গৃহস্থদুনা কংহৌবা পুণ্য মহৈদি যজ্ঞ চামরক তৌবগী মহৈদগী হেন্ন হায়বসি নহাক্না নশানা নপূর্ণীংদা লেপ্পুবা থম্মু ।৯২।

এতত্তে কথিতং পুত্র যন্মাং ত্বাখ্যানমুত্তমম্। যথাহিবিজিতো মৃত্যু গৃহস্থেন পুরাভবৎ ॥১৪॥
ধন্যং যশস্যমায়ুষ্যমিদমাখ্যানমুত্তমম্। বুভূষতামভিমতব্যং সর্ব্বদুশ্চরিতাপহম্ ॥১৫॥
ইদংসঃকথয়েৎবিদ্বানহন্যহনি ভারত। সুদর্শনস্য চরিতং পুণ্যাল্লোকানবাপ্নুয়াৎ।১৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং অনুশাসনপর্ব্বনি দানধর্মপর্ব্বনি
সুদর্শনোপাখ্যানে দ্বিতীয়োঽধ্যায় ॥

---

মতীকচাবা অতিথিনা ময়ুমদা লাক্লিবা তয়াম্ তয়ায় ওকুমা অতিথি সেবা তৌজবদি, গৃহস্থচুনা তৌথিবা পুণ্য কর্ম পুম্বগী মহৈশিং অমু অতিথি অচুনা লোইনা পুচুনা চংখি।১৩। জবুংতো। যুধিষ্ঠির। মহাত্মা হৎবগী মতুংইদা, গৃহস্থ আশ্রমদা লৈবা মীনা মতৌ কয়য়া মুক্তি (অয়ানবা খুজম) যু কয়য়া ফংগদগে, মৃত্যুব্ কয়য়া জয় তৌগদগে হায়বচুগী নীংথিজয়বা য়ায়ীসি এনা নঙোন্দা লীয়বসিনি।১৪॥ য়ায়ী অসিগী শ্রোতাবক্তা (অতাবা-অয়ীবা) অনীমক্তা পুনশি, মিংচং, লনথুম পীবনি। অচুগা অনী (বক্তাশ্রোতা) চুনা মমাংতৈদা তৌথিবা ফত্রবা কুকর্ম থিবিকী ফত্রবা মহৈশিংচুবুম্ব মাঙহনবনি। অচুনা চাওখংপা পাম্বা মী পুম্বনদি য়ায়ী অসিবু জুনা, থাজবগা লোয়ননা শ্রবণকীর্ত্তন তৌগদবনি।১৫। ভরতনন্দন। যুধিষ্ঠির। সুদর্শনগী য়ায়ী অসিবু লীচুনা মীঙোন্দা তাহল্লিবা মৃহাকম্ব পুণ্যলোক চংখি।১৫॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অনুশাসন পর্বগী মমুংদা দানধর্মগী পর্বদা সুদর্শনোপাখ্যান কৌবা অনীশুবা অধ্যায় লোইরে॥

# মণিপুরী মহাভারত

তৃতীয়োঽ ধ্যায়ঃ

( বিশ্বামিত্রনা ব্রাহ্মণত্ববু করম হায়না কংখিবা )

অনুশাসন পর্ব্বগী

অহুমশুবা অধ্যায়

### যুধিষ্ঠির উবাচ

ব্রহ্মাণ্যংযদি দুস্প্রাপ্যং ত্রিভির্বর্ণৈর্নরাধিপ। কথং প্রাপ্তং মহারাজ ক্ষত্রিয়েণ মহাত্মনা ॥১॥
বিশ্বামিত্রেণ ধর্ম্মাত্মন্। ব্রাহ্মণত্বং নরর্ষভ। শ্রোতুমিচ্ছামি তত্ত্বেনতন্মেব্রূহিপিতামহ ॥২॥
তেন হ্যামিত বীর্য্যেণ বশিষ্ঠস্য মহাত্মনঃ। হতং পুত্রশতংসত্তস্তপসাপিপিতামহ ॥৩॥
যাতুধানশ্চ বহবো রাক্ষমাস্তিগ্মতেজসঃ। মন্যুনাঽবিষ্টদেহেনসৃষ্টাঃকালান্তকোপমাঃ ।৪॥
মহান্ কুশিকবংশশ্চ ব্রহ্মর্ষিশতসংকুলঃ। স্থাপিতো নরলোকেঽস্মিন্ বিদ্বদ্‌ব্রাহ্মণসংস্তুতঃ ॥৫॥
ঋচীকস্যাত্মজশ্চৈব শুনঃশেপোমহাতপাঃ। বিমোক্ষিতোমহাসত্রাৎ পশুতামপ্যুপাগতঃ ॥৬॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ— থাজৈশেংবা নিংথৌ অথোইবা। মী পুরমকী মকোক্ থোংবা। নরেশ্বর! ইবুংথৌ। ক্ষত্রিয়বৈশ্যশূদ্র বর্ন অহুম অসিগী মীনা ব্রাহ্মণত্ব হায়বদু ঙীকং মকংবা য়াত্রবদি মহাত্মা ওইরবা ক্ষত্রিয় বিশ্বামিত্রনদি করম হায়না ব্রাহ্মণত্বদু ফংখি?

ধর্ম্মাত্মন্। ধর্ম্মগী মূর্ত্তি ওইরবা। নিপারক্তগী অথোইবা। ঈবুংথৌ। হায়জরিবা য়াকম্শিংসিগী মরমদা য়ায়া মুয়া খঙজনীংঙি। ঈবুংথৌনা থৌজানবিদুনা মাসিতদি খঙহন্বিয়ু। মাসি ঐ য়ায়া তাজনীংঙি ॥১-২॥
ঈবুংথৌ। ঐথোয়না অসুম্ তাজবদা তপস্যাগী হায়নীঙাই লৈত্রবা শক্তিনা মহাকী ওইরবা, বিশ্বামিত্রনা মহাকী তপস্যাগী শক্তিনা বসিষ্ঠগী মচা চামবু থুদক্না তুমহন্খি হায়নৈ ॥৩। অশাউবগী মথা পোন্-খিদুনা মহাক্না মহা তেজ কররবা, অকিবগী মশক ওইরবা, কাল অমদি যমরাজমকী মশক ওইরবা হিংচাবা কয়া কয়া মখোং লাকওয়মনা পুথোকখিদু হায় ।৪॥ মহাক্না তৌরম্বা অচৌবা থবকশিং অসিত মত্তে। অচৌ অচৌবা ব্রহ্মর্ষি-মহর্ষি চাম-চামা পোকপ্রবা কৌশিক বংশ ( কৌশিক গোত্র ) হায়বদু লোক অসিদা মহাক্না লিংখৎলম্বনি ॥৫॥ ঋচীকগী মচা মহাতপস্বী ওইরবা শুনঃশেপ হায়বদু কয়িগুম্বা মক্ত অমদা মরুগী বলি বান তৌনবা যজ্ঞশতগুম কাদুনা পুরকখিবদা বিশ্বামিত্রনা মহাকী তপস্যা শক্তিনা ভগ্ঃশপবু মহাযজ্ঞ মফমাই নাথোকহনখি ॥৬। হরিশ্চন্দ্রগী অহুগুবা মহাযজ্ঞগী বিশ্বামিত্রনা

হরিচন্দ্র ক্রতৌদেবাংস্তোষয়িত্বাত্মতেজসা। পুত্রতামনুসম্প্রাপ্তো বিশ্বামিত্রস্য ধীমতঃ ॥৭॥
নাভিবাদয়তে জ্যেষ্ঠং দেবরাতংনরাধিপ। পুত্রাঃ পঞ্চশতঞ্চাপি শপ্তাঃ শ্বপচতাংগতঃ ॥৮॥
ত্রিশঙ্কুর্বন্ধুভির্মুক্ত ঐক্ষ্বাকুঃ প্রীতিপূর্বকম্। অবাক্‌শিরা দিবংনীতো দক্ষিণামাশ্রিতোদিশম্ ॥৯॥
বিশ্বামিত্রস্য বিপুলা নদীদেবর্ষিসেবিতা। কৌশিকী চশিবাপুণ্যা ব্রহ্মর্ষিসুরসেবিতা।১০।
তপোবিঘ্নকরীচৈব পঞ্চচূড়াসুসম্মতা। রম্ভানামাপ্সরাঃশাপাৎ যস্যশৈলত্বমাগতা ॥১১।
তথৈবাস্যভয়াৎ বদ্ধ্বা বসিষ্ঠঃ সলিলেপুরা। আত্মানংমজ্জয়ঞ্চ শ্রীমান বিপাশঃ পুনরুত্থিতঃ ॥১২॥
তদাপ্রভৃতি পুণ্যাহি বিপাশাভূন্মহানী। বিখ্যাতাকর্মনাতেন বসিষ্ঠস্য মহাত্মনঃ ॥১৩।

---

মহাক্কী তেজতনা দেবতাশিংবু পেনহন্দুনা শুনঃশেপবু কনবিখি। অহুনা ময়ম ওইহুনা শুনঃশেপ হায়বহু বিশ্বামিত্রগী পুত্রত্বভাবপু ফংখি। বিশ্বামিত্রগী মচামক্কী মতৌগুম লৈখি ॥৭॥ নরেশ্বর! ঈবুধৌ! দেবতাশিংনা কনবিখিবগী দেবরাত হায়না খঙনব্রবা শুনঃশেপ হায়বহু বিশ্বামিত্রগী মচা অহনগুম লৈখি। বিশ্বামিত্রগী মচা অহনদি দৈবরাত (শুনঃশেপ) হায়বসিনা ওইখি। শুনঃশেপগী মনাও ওইনা বিশ্বামিত্রগী মচা যাখৈ অমমুক পোকখি। মনাও যাখৈ অসি শুনঃশেপবু ময়াম্বগুম ব্যবহার তৌদে। অহুগীদমক্তা বিশ্বমিত্রনা মখোয়বু চণ্ডাল (শূদ্র) ওইরো হায়না শাপ তৌখি ॥৮॥ মচীনমনাও, মরূপ মপাং, শাগে নাতৈ পূয়মক্তা ঈথোক্লবা, অহুগা স্বর্গ কাক্নবগী ঈশ্বরক্কুনা মমৈ মকোক যুংহুনা নোংমথোন-থক্তা থরাক থরাক যান্দুনা লৈরবা ত্রিশঙ্কুবু বিশ্বামিত্রনা মহাক্কী তপস্যাগী শক্তিনা স্বর্গ কাহনখি হায়বসি তাজে।৯॥ দেবর্ষি ব্রহ্মর্ষি অহুগা দেবতাশিংথক্তা সেবা তৌনরবী, পোকপী মঙলগী মপক ওইরবী কৌশিকী কৌবী তুরেল তীর্থ অহুমক বিশ্বামিত্রনা মহাক্কী তপস্যাগী শক্তিনা পুথোকখি হায়রমলসু তাজে।১০॥

কোক্ত শঙ্খল নিপাল থোক্লপুরবী, রম্ভা কৌবী অপ্সরানা, বিশ্বামিত্রগী তপস্যা থুগাইগে তৎলুবনা, বিশ্বা-মিত্রনা শাউখিহুনা মহাক্কী শাপনা রম্ভাবু শিলক্তা মুং ওনহন্খি ॥১১॥ মমাংতৈ মতম্ অমমম বিশ্বামিত্রবু

---

* হৌজিক কাওবা অহুম্ লৌরিবা চাওমান্ তুরেলশিংগী মমিং মথাংশং অসে পঙথোম থোনখিব মত্তে। হৌজিক হৌজিক্কী মতমদা মানা মানা পাম্বা মিং অমা হেক্তা থোরজিনখিবমুগুমা থোনখিবা মত্তে। লায়রবী চুপী অমদা মমিং "ইরাকখুনবী" হায়না খোজিনবা যাওরি। মমায় পাক্তবা অমদা যাওগাক হায়না হেক্তা থোরজিনবগুম্বা গঙ্গা, যমুনা, গদাবেরী, নর্মদা, সিন্ধু, চন্দ্রভাগা, বিপাশা, ইরাবতীমমিংশিং অসি থোদোক অথমমদগী থোকনখিবমক্তনি। খুদম ওইনা হায়রবদা ভগীরথনা পুথরকপগী ভগীরথী কৌখি। থৌরীনা নাচ্যাকহনখিবদগী বিপাশা (বি-পাশা) থোরপ্রিবসিনি। জটাদগী গঙ্গাবু কয়ম হায়না পুগদৌরিবনো হায়না চিংনয়বদি মহাদেববু গঙ্গাধর কৌরিবসিসু যানিংতকম থোক্লবনি। অদুনা আমাতোন, মিশিংশিংনবচিংদা থোনখিবসু ময়ম লৈরমখিদনি। (কালাচান্দ)

# মণিপুরী মহাভারত

## চতুর্থোঽধ্যায়ঃ।

(অজমীঢ়বংশগী হারী, বিশ্বামিত্রগী মপোকী হারী

অমুপা মচাশিংগী মামং মখা)

### অনুশাসন পর্ব্বগী মরিশুবা অধ্যায়।

#### ভীষ্মউবাচ

শ্রূয়তাং পার্থ তত্ত্বেন বিশ্বামিত্রো যথাপুরা। ব্রাহ্মণত্বং গতস্তাত ব্রহ্মর্ষিত্বং তথৈবচ ॥১॥

ভরতস্যান্বয়েচৈবাজমীঢ়ো নামপার্থিবঃ। বভূবভরতশ্রেষ্ঠ যজ্বা ধর্মভৃতাংবরঃ ॥২॥

তস্যপুত্রো মহানাসীজ্জহ্নুর্নামনরেশ্বরঃ। দুহিতৃত্বমনুপ্রাপ্তা গঙ্গাযস্য মহাত্মনঃ ॥৩॥

তস্যাত্মজস্তুল্যগুণঃ সিন্ধুদ্বীপোমহাযশাঃ। সিন্ধুদ্বীপচ্চরাজর্ষির্বলাকাশ্বো মহাবলঃ ॥৪॥

বল্লভস্তস্য তনয়ঃ সাক্ষাদ্ধর্ম ইবাপরঃ। কুশিকস্তস্য তনয়ঃ সহস্রাক্ষসমদ্যুতিঃ ॥৫॥

কুশিকস্যাত্মজো ধীমান্ গাধির্নাম জনেশ্বরঃ। অপুত্রঃ প্রসবেনার্থী বনবাসমুপাবসৎ ॥৬॥

---

ভীষ্মনা হায় ঃ— ঈবুংঙো! কুন্তীনন্দন! মমাঙৈদা বিশ্বামিত্রনা মতৌ করম্না ব্রাহ্মণত্বপু অমুত্তনসা ব্রহ্মর্ষিত্বপু ফংখিবা; মাহুগী মরমদা ঐ তশেংবা নঙোন্দা মীগে. পুক্নীং চঙ্না তাফ ॥১॥ ভরতবংশদা অজমীঢ় হায়না কৌরবা কাওরবা নিংথৌ অমা লৈরম্মি। অজমীঢ় হায়রিবা নিংথৌ অসি যজ্ঞ তৌবা অমদি ধর্মচেনবশিংগী মরুংদা মতম্ অমুদা, খ্বাইদগী হেনবা মীশক অমনি ॥২॥ নিংথৌ জহ্নু হায়বমু মহাক্কী মচানি। গঙ্গাজীমক্না মহাক্না ওইরবা জহ্নু কৌবা নিংথৌ অসিগী মনাক্তা লাক্লুনা মচানুপী ওইনা পোক্পিখি।৩॥ জহ্নু হায়রিবসিগী মচানা সিন্ধুদ্বীপ কৌই। মহাক্সু ঐপাগী মতৌগুম্না গুণ চেনবা মিংচৎ চাউরবা বিপাজম ওইখি। সিন্ধুদ্বীপ হায়বসিগী বলাকাশ্ব হায়বা ওহোন্না কম্নবা মচা অমা পোকখি।৪॥ বলাকাশ্বগী মচা বল্লভ হায়বমু মাম্না মমিং চৎলকা নিংথৌ অমা ওইখি। মহাক্ মাঙৈশেংবা ধর্ম হায়বা লাই হুমকী অনীশুবা শাহোনগুম্মি। বল্লভগী মচানা কুশিক হায়রিবসিনি। কুশিক হায়রিবসি ইন্দ্রমক্না পাংথক্নি ॥৫॥ কুশিকগী মচানা গাধি হায়রিবসিনি। মহাক মতম কুইনা মচা পোক্তে। মচা কংনবগীদমক বন্দা মতম কুইনা তপস্যা অমদি পুণ্যকর্ম তৌদুনা লৈখি ॥৬॥

তথা চ কৃতবত্যোবে মাতা সত্যবতী চ সা। তথ গর্ভমনুপ্রাপ্তে উক্তে তে বৈবুধিতি ॥৩৫॥
দৃষ্ট্বা গর্ভমনুপ্রাপ্তাং ভর্য্যাং সচ মহানৃষিঃ। উবাচ তাংসত্যবতীং দুর্মনাভৃগুসত্তমঃ ॥৩৬॥
ব্যত্যাসেনোপযুক্তস্তে চরু র্ব্যক্তংভবিষ্যতি। ব্যত্যাসঃ পাদপে চাপি সুব্যক্তংতে কৃতংশুভে ॥৩৭॥
ময়াহিবিশ্বং যদ্ব্রহ্ম ত্বচ্চরৌ সংন্তেবশিতম। ক্ষত্রবীর্য্যং চ সকলং চরৌ তস্যা নিবেশিতম ॥৩৮॥
ত্রৈলোক্যবিখ্যাতগুণং ত্বংবিপ্রং জনয়িষ্যসি। সাচক্ষত্রং বিশিষ্টং বৈ তত্ত এতং কৃতংময়া। ৩৯॥
ব্যত্যাসস্তু কৃতোযস্মাৎ ত্বয়া মাত্রাচ তেন্তুতে। তস্মাৎ যাব্রাহ্মণং শ্রেষ্ঠং মাতাস্তে জনয়িষ্যতি ॥৪০॥
ক্ষত্রিয়ং তূগ্রকর্ম্মানং ত্বংভদ্রে জনয়িষ্যসি। নহি তে তৎকৃতং সাধু মাতৃস্নেহেন ভাবিনি ॥৪১॥
সা শ্রুত্বা শোকসংতপ্তা পপাব বরবর্নিনী। ভূমৌ সত্যবতী রাজন্ ছিন্নেবরুচিরা লতা ॥৪২॥
প্রতিলভ্য চ সাসংজ্ঞাংশিরসাপ্রনিপত্য চ। উবাচ ভর্য্যা ভর্ত্তারং গধেয়ী ভার্গবর্ষভম্ ॥৪৩॥
প্রসাদয়ন্ত্যাং ভার্যায়াং ময়ি ব্রহ্মবিদাংবর। প্রসাদং কুরু বিপ্যর্ষ নমেস্যাৎ ক্ষত্রিয় সুতঃ ॥৪৪॥

---

অহু চারবা তুংদা মমামচা অনীসি মিয়োন্থে। ৩৪। মাগী লোয়নবী সত্যবতীনা মিয়োনখিবহুবু অহুগা মিয়োনবগী মতৌ মওংহুবু উবদা মহাজ্ঞানী ঋচীক অসি মপূক্কীং ওন্থোক্না মুংঙাইখিত্রে ॥৩৫॥ মহাক্না হায়রকই— ঈবেম্মা। সত্যবতী ঐনা অন্নম য়েংবদা চরু অনীহু নমামচা ওন্থোক্নপ্রমাত্রে। অহুগা উ পাম্বী অনীহুবু কোন্‌বদম্ন ওয়তৈননা কোম্নথ্রে হায়না থগুলে ॥৩৬। নংগীদমক্তা ভগ্ন চরুহুনা ঐনা ব্রহ্ম তেজ লৈরব নচা ব্রাহ্মণ অমা পোক্লনবা মন্ত্র শোনজিনখিবনি। নমানা চাননবা চরুহুনা ক্ষত্রিয়গী হৌ-নবা তেজবীর্য্য লৈরবা ক্ষত্রিয় মচা অমা পোক্লনবা মন্ত্র শোনবিখিবনি। ৩৭। ঐগী অশাদা মরোল অহমদা কাওরবা নচা ব্রাহ্মণ অমা পোক্লগনি অহুগা নংগী নমাগীনা থাইদগী চংখোন্নবা মচা ক্ষত্রিয় অমা পোক্লগনি হায়না থক্লযনি। অহুগা মাহুমক শোয়দনা থোক্লনবা মন্ত্রসু ঐনা তোঙাল তোঙায়া শোনখিবনি ॥৩৮॥ নীংথিজবী। নখোয় অনীনা ওয় তৈননা চরু অমীহু চানপ্রবনিনা নংগী নমানা ওন্থোক্না তেজ-বীর্য্য লৈয়বা মচা ব্রাহ্মণ অমা পোকপা তারে। অহুগা নহাক্না ওন্থোক্না অকিবগী মশক ওইরবা, ভম-থিরবা কর্ম তৌবা নচা ক্ষত্রিয় অমা পোকপা তারে। ঈবেম্মা। নহাক্না নমাবু তুংশিথিবদগী তৌপ্রবা কর্ম অসে অকবা নত্তে ॥৪০ ৪১॥ নিংথৌ। যুধিষ্ঠির। মপুরোয়বগী বাসি তাবদা মথক্ মত্তো নীংথি-জয়বী সত্যবতা অসি উপাম্বী মশাদগী কক্থত্‌না তায়ক্লবী উরীগী মতৌওম্না লৈমায়থক্তা জ্ঞান য়াওদনা তাহুনা লৈথি ॥৪২॥ গুহাক লৈরগা অমুক্ জ্ঞান তায়ক্লবদা শাধিগী মচানুপী অসি ভৃগু শাদৈগী লৈ-তেংগী মশক্ ওইরবা, মপুরোয়বা ঋচীকগী মখোঙদা তুহনা মথুৎ লোয়হুনা মোহুক্না অহুয়া হায়খি— ব্রহ্ম তত্ত্ব থগুবগী মমুংদা অখোইবা। ব্রহ্মর্ষি! নবাই ঐসে নহাকী লোয়মথীনি অহুনা ঐ মতোন্দা বর অমত্তা নিজগে, মাহু শোয়দনা পীনবিয়ু, চানবিয়ু ঐবু। ঐগী গর্ভদগী ঊচা ক্ষত্রিয় পোক্লনবসে অমত্তা পীনবিয়ু। মাসিনি ঐনা নিজরিবা বর হায়রবু ॥৪৩ ৪৪॥ ক্ষত্রিয়গী তেজ পুবা, ভমথিরবা কর্ম

কামং নমোঽগ্র কর্ম্মৈব পৌত্রো ভবিতুমর্হতি। ন তু মে স্যাৎসুতস্ত্রেবমেষদীয়তাং বরঃ ॥৪৫॥
এবমস্ত্বিতি হোবাচস্বাংভার্য্যাং সুমহাতপাঃ। ততঃ সা জনয়ামাস জমদগ্নিং সতং শুভম্ ॥৪৬॥
বিশ্বামিত্রং চাজনয়ৎ গাধিভার্য্যা যশস্বিনী। ঋষেঃপ্রসাদাৎ রাজেন্দ্র ব্রহ্মর্ষের্ব্রহ্মবাদিনম্ ॥৪৭॥
ততোব্রাহ্মণতাযাতো বিশ্বামিত্রোমহাতপাঃ। ক্ষত্রিয়ঃস্মোঽপ্যথ তথাব্রহ্মবংশস্য কারকঃ ॥৪৮॥
তস্যপুত্রা মহাত্মানো ব্রহ্মবংশবিবর্ধনাঃ। তপস্বিনোব্রহ্মবিদো গোত্র কর্তার এবচ ॥৪৯॥
মধুচ্ছন্দশ্চ ভগবান্ দেবরাতশ্চ বীর্য্যবান্। অক্ষীনশ্চ বভ্রুঃকালপথস্তথা ॥৫০॥
যাজ্ঞবল্কশ্চ বিখ্যাতস্তথা স্থূনোমহাব্রতঃ। উলূকোযমদূতশ্চ তথর্ষিঃ সৈন্ধবায়নঃ ॥৫১॥
বলগুজঙ্ঘশ্চ ভগবান্ গালবশ্চমহানৃষি। ঋষি বজ্রস্তথা খ্যাতঃ সালঙ্কায়ন এবাচ ॥৫২॥
লীলাঢ্যোনারদশ্চৈব তথাকূর্চমুখঃ স্মৃতঃ। বাহুলিমুসলশ্চৈব বক্ষোগ্রীবস্তথৈবচ ॥৫৩॥
আংঘ্রিকো নৈকদৃক্ চৈবশিলাযূপ শিতঃ শুচিঃ। চক্রকো মারুতন্তব্যো বাতঘ্নোঽথাশ্বলায়নঃ ॥৫৪॥
শ্যামায়নোঽথগার্গ্যশ্চ জাবালিঃ সুশ্রুতস্তথা। কারীষিরথসংশ্রুত্যঃ পরপৌরবতন্তবঃ ॥৫৫॥
মহানৃষিশ্চ কপিলস্তথর্ষিস্তাড়কায়নঃ। তথৈব চোপগহনস্তথর্ষিশ্চাসুরায়নঃ ॥৫৬॥
মার্দমর্ষির্হিরণ্যাক্ষো জঙ্ঘারির্বাভ্রবায়ণিঃ। ভূতিবিভূতিঃ সূতশ্চ সুরকৃৎতুতরৈবচ ॥৫৭॥
অরালির্নাচিকশ্চৈ চাম্পেয়োজ্জ্বয়নৌ তথা। নবতন্তুর্বকনখঃ সেয়নো যতিরেবচ ॥৫৮॥

---

ভৌবতনা মশিজাং ওইবা অমা পোকনি হায়বদো ঐগী ঈশূদা ভাকনবিয়ু, ঈশু ওইনা পোকহনবিয়ু। মাহু ঐ ঈচা ওইনা পোকহনবিগনু। অসিনি, ঐনা নিজয়িবা বর হায়ববু ॥৪৫॥ মাহু ভাবদা মহা তপস্বী মপুরোয়বা ঋচীক মুনিনা করে মাহু ওইরসনু হায়না বর পীরে। থর লৈরগা সত্যবতীনা জমদগ্নি কৌবা ওথোক্পা গুণ চেন্নবা মচা অমা পোকখি ॥৪৬॥ নিংথৌ অথোইবা, যুধিষ্ঠির। ঋচীক মুনিগী বরদানদগী নিংথৌ গাধিগী বিশ্বামিত্র কৌবা ব্রহ্মবাদী ওইবা মচা অমা পোকখি ॥৪৭॥ মরম অদুনা বরদানদুগী শক্তিনা বিশ্বামিত্র কৌবা নিংথৌ মচা অসি মখুংদা ব্রাহ্মণত্ব ( ব্রাহ্মণ ওইবগী মওং ) বু ফংখি। ব্রাহ্মণমক ওইখি ॥৪৮॥ ব্রহ্মাতত্ব থগুলবা মহাজ্ঞানী বিশ্বামিত্র কৌবা অসিগীদু ব্রাহ্মণ বংশগী চাওখৎননবগী মশক্ ওইরবা, বিশ্বামিত্রগী গোত্রবু বিস্তার তৌবা মচা ভাক কোকখি ॥৪৯॥ মখোয় অদুদি— ভগবান মধুচ্ছন্দা, শক্তি লৈরবা দেবরাত, অক্ষীণ, শকুন্ত, বভ্রু, কালপথ, মাঙং চংলবা যাজ্ঞবল্ক্য, ব্রত কন্নবা স্থূন, উলূক, যমদূত, সৈন্ধবায়ন, ভগবান বলগুজঙ্ঘ, মহর্ষি গালব, বজ্রমূনি, কাওরবা সালংকায়ন, লীলাঢ্য, নারদ, কূর্চামুখ, বাহুলি, মুসল, বক্ষোগীব, আঙ্‌ঘ্রিক নৈকদৃক, শিলাযূপ, শিত, শুচি, চক্রক, মারুতন্তব্য, বাতঘ্ন, আশ্বলায়ন, শ্যামায়ন, গাঁগ্য জাবালি, সুশ্রুত কারীষি, সংশ্রুত্য, পর, পৌরব, তন্তু, মহর্ষি কপিল মুনি অথোইবা তাড়কায়ন, উপগহন, অসুরায়ন, মার্দমর্ষি হিরণ্যাক্ষ, জঙ্ঘারি, বাভ্রবায়ণি, ভূতি, বিভূতি, সূত, সুরকৃৎ, অরালি, নাচিক, চাম্পেয়, উজ্জয়ন, নবতন্তু, বকনখ, সেয়ন, যতি, অম্ভোরুহ, চারুমৎস্য

অষ্টোকঃশ্চারুমত্যশ্চ শিরীবীচাথগার্দভিঃ। উর্জযোনিরুদাপেক্ষী নারদীচ মহানৃষিঃ ॥৫৯॥
বিশ্বামিত্রাত্মজাঃ সর্বেমুনয়ো ব্রহ্মবাদিনঃ। তথৈব ক্ষত্রিয়ো রাজন্ বিশ্বামিত্রোমহাতপাঃ ॥৬০॥
এতত্তে সর্বমাখ্যাতং তত্ত্বেন ভারতর্ষভ। বিশ্বামিত্রস্য বৈ জন্ম সোমসূর্য্যাগ্নিতেজসঃ ॥৬১॥
যত্র যত্রচ সন্দেহো ভূয়স্তে রাজসত্তম। তত্র তত্র মাংব্রূহি চ্ছেত্তাস্মি তবসংশয়ম্ ॥৬২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্ত্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাম অনুশাসনপর্বনি দানধর্মপর্বনি বিশ্বামিত্রোপাখ্যানে চতুর্থোঽধ্যায়ঃ ॥

---

শিরীথি, গার্দভি, উর্জযোনি, উদাপেক্ষী অমসুং মহর্ষি নারদী হায়রিবশিংসে বিশ্বামিত্রগী মচা ওজকনি। নিংথৌ! যুধিষ্ঠির। বিশ্বামিত্র হায়বদো ঋচীক মুনিগী মচানগী ক্ষত্রিয় ওইনা পোক্লকসু, ব্রাহ্মণত্বমু ফংখিবনি * ॥৬০॥

ভরত শাগেগী অথোইবা নিংথৌ যুধিষ্ঠির! চুমিং থা অমসুং মৈ অমমসিগী তেজ পুরবা বিশ্বামিত্রগী অমুগা মাগী মচাশিংগী মমিং মথাক্তু ঐনা লোইনা নত্তোক্সা নীরবনি। করম করম্বা মকমদা চিংনবগে, চিংনবা লৈরবসু মহাক্কী চিংনবদো ঐ কোক্‌বকে ॥৬১-৬২॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অনুশাসন পর্বদা দানধর্মপর্বগী মরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

---

* মথক্তা হায়রিবা মিংশিং অসি বিশ্বামিত্রগী মচাশিংগী মিং মক্তনি হায়রি। মথোরশিং অসিগী মনু'দা ন'রদ কপিল অসিনচিংবা মিং কয়াসু রাওরি। ব্রহ্মাগী মচা, মহাভক্ত ওইবা, খুইনা তান খওনরিবা মহর্ষি নারদ অমু নত্তে। মতা চারুবদগী পওথোন থোনখিবা মিংনি। কপিল হায়বা অমসু রাওরি। মাসিসু খুইনা খওনবা, সাংখ্যযোগবু পুথোকখিবা, দেবহূতিগী মচা ওইনা পোকপিখিবা কপিল ভগবান অমু নত্তে। মতা চারুবদগী মায়িখিবনি। অমুগা অমনা করিনো হায়বদা মথক্তা হায়রিবা মিংশিং অসি বিশ্বামিত্রমক্কী মচানসু মহাক্কী গোত্রদা বংশপরম্পরাদা পোকখিবা ওজকনি হায়বসি খওদনবনি॥
(কালাচাঁদ)

তস্মিন্ বৃক্ষে তথাভূতে কোটরেষু চিরোষিতঃ। নজহাতি শুকোবাসংতস্যভক্ত্যাবনস্পতেঃ ॥৭॥
নিষ্প্রচারো নিরাহারো গ্লানঃশিথিলবাগপি। কৃতজ্ঞঃসহবৃক্ষেণ ধর্মাত্মা সোঽপ্যশুষ্যত ॥৮॥
তমুদারং মহাসত্ত্বমতিমানুষচেষ্টিতম্। সমদুঃখসুখংদৃষ্ট্বা বিস্মিতঃপাকশাসনঃ ॥৯॥
ততশ্চিন্তামুপাগতঃ শক্রঃ কথময়ংদ্বিজঃ। তির্যগ্‌যোনাবসম্ভাব্যমানৃশংস্যমবস্থিতঃ ॥১০॥
অথবানাত্র চিত্রং হি অভবৎবাসবস্য তু। প্রাণিনামপি সর্বেষাং সর্বং সর্বত্র দৃশ্যতে ॥১১॥
ততোব্রাহ্মণ বেষেণ মানুষরূপমাস্থিতঃ। অবতীর্য্যমহীং শক্রস্তংপক্ষিণ মুবাচহ ॥১২॥
শুকো পক্ষিনাংশ্রেষ্ঠ দাক্ষেয়ী সুপ্রজাত্বয়া। পৃচ্ছে ত্বাং শুকমেনং ত্বং কস্মান্ন ত্যজসি দ্রুমম ॥১৩॥
অথ পৃষ্টঃশুকঃ প্রাহ মূর্ধনা সমাভবাদ্যতম। সাগতং দেবরাজ ত্বং বিজ্ঞাতঃ তপস্যামরা ॥১৪॥

---

হুংশিনা কিনা ভক্তিগা লোয়ননা ব্যবহার তৌদুনা থমজরকপনি। অদুনা মহাকী আশ্রয় ওইবিবা উ অদুনা চাকশিল কংশিন্নরুবা কাওবদা তেনরাদুনা উ অদুবু থাদোকখিদে ॥৭॥ ধর্ম খঙলবা, তৌবিমল খঙলবা উচেক (তেনরা) অদুনা উ অদুবু থাদোকলমদুনা অমদগী অমদা কোয়শায় পাইথোক্তে। মহাক মশা অদু অদুকী কংশিল থাইজিলক্রে— বা ঙাওবা (থোংবা) কাওবগী শক্তি লৈশিন্নকত্রে। অদুনা উ অদুগা কংশিল থুইজিল চাকথেকমিন্নদুনা শিননবগী থোয়াং লৈত্রে ॥৮॥ উচেক অদুগী মশাগী অরাবা থাওবা, তপথবা, তহা তহাদবা গুণশিং অসি থম্না লৈরাম্ম। মহাক্না হোৎনরিবদু মহা অলৌকিক ওইবা (মর্ত্য লোককী তাইবং মীমক্না ঙমদবা) থবক অমা ওইনা থোকত্রে। মহাকী অদুম ওইবা অরাবা হুং-ঙাইবা চপ মান্নবা খল্লোকুনা থবক তৌবা শক্তিদু উবদা লাইরেম্বাকী ইন্দ্রমকী পুক্নংদা অঙকপা চিংনবা পোকখি ॥৯। উচেক মচা অসিনা মপাল নাইত্রবা থৌজাল অদুগা তৌবিমল খঙবগী গুণ শক্তি পুন্নমকদু মহাকী ময়মাইগী ওইনা শীজিন্নদুনা তপস্যা তৌরিবসি করিগীদমক্তনো হায়বসি ইন্দ্রনা খল্লে মহাকনা তৌরিবা তপস্যা আসদি তাইবং মীমক্না ঙম্ফদবনি হায়নদু ইন্দ্রনা খনবা হৌরকই ॥১০॥ ইন্দ্রনা মতম অদুদা অসুমদু খল্লি— অমরোমদা থল্লুবগদি থোইনা ঙককমদু ওইদে। ময়মদি মকম পুন্নমক্তা থরাম পানবা শা উচেক পুন্নমকী মওং মতৌ লমচৎ শাজৎশিং অসি তোঙাল তোঙানবগী মওংগী ওইনা উবদু লৈরম্ম ময়াওই ॥১১॥ অদুগী তুংদা ব্রাহ্মণগী মশক পুদুনা লাকপা ইন্দ্রনা তেনরাগী মনাক্তা চত-শিন্নদুনা অসুম্না হায়রে ॥১২॥ উচেকশিংগী মনুংদা অথোইবা। নংবু মচা ওইনা পোকচবা কংবগী দক্ষপ্রজাপতি মশূ ওইবী নহাকী নমা তেনরা অমোম (তেনরা নীঙোল) অমো ময়ামবক কবী মচা অকবা পোকপী হায়বদু ওইরে। ঐনা খঙনীং হুংনিংলিবদি নহাক্না উপাম্বী অসিবু হৌজিক থাওনা থাদোক্তনা লৈরিবসিনা করিগীনো? ॥১৩॥ মাদু তাবদা মকোক নোম্না থুকমদুনা তেনবা অদুনা ব্রাহ্মণ শাদুনা লাকলিবা ইন্দ্রদা অসুম্না হায়বকই— দেবরাজ। ইন্দ্র। নহাকপু থাগত তৌজরি। তপস্যাগী পাম্বৈনা ব্রাহ্মণ শাদুনা লাক্লিবা দেবরাজ ইন্দ্র নহাকপু নশক খঙবা ঙম্মি ॥১৪॥ তেনরাগী

ততো দদর্শ তাপেন সাধু সাধ্বিতি ভাষিতম্। অহো বিজ্ঞাবিতোযং মনসা পূজিতস্ততঃ ॥১৫॥

তমেব ভক্তকর্মণং স্তুবং পরমধার্মিকং। বিজ্ঞাপি তা প্রীতিং প্রপচ্ছ বলসূদনঃ ॥১৬॥

নিষ্পত্রমফলং শুষ্কমশরণ্যং পতত্রিনাম। কিমর্থং সেবসেবৃক্ষং যদা মহাদ্রিংবনম ॥১৭॥

অন্তেঽপি বহবো বৃক্ষাঃ পত্রসংচ্ছন্নকোটরাঃ। তত্তাং পর্য্যাপ্তসংচারা বিদ্যন্তেঽস্মিন্ মহাবনে ॥১৮॥

---

মাচু তাবদা ইন্দ্রনা পূমচক শুকপ্রচুনা পুক্লীংদা অস্থম হায়না থক্লকই—"হৈস্। অশুকপানি কয়াদা শুকপ্রবা বিজ্ঞানবোসে। * অস্থুয়া খল্লবা ইন্দ্রনা পুক্লীং মহাকপু হয়া হয়া খাগংখি ॥১৫॥

উপাম্বী অসিদা মহাক্লা থম্লিবা ভক্তি (প্রেম) অসি কয়াদা শুকপ্রবা। অসিনচিংবসি থম্লা থঙনা বলামুয়বু হাংগুম্বা ইন্দ্রনা, নীংথিবা কর্ম তৌবতনা মশিঞ্জাং ওইরবা উচেক (তেনবা) অহুদা অস্থুয়া হায়রকই ॥১৬॥ তেনবা। নহাক্লা লৈয়িবা উপাম্বী মনা পুম্বা কেনখ্রে! মহৈস্থ অমত্ত যাত্রে। মশাপুম্বা পুমকং কংথিবনা উপাম্বী অসি উচেকনচিংবা জীব অমত্তনা লৈবদা মতীক চাত্রবনি। অতুপা বন অসিস্থু মহা অক্তিবগী মশক্ ওইরবা পাক চাউরবা উমং অমা ওইনা লৈরবনি। অদুবু কম্বিগীদমক নহাক্লা উপাম্বী অসিবু শিথাং থাঙনা কোম্লুনা লৈম্বিবনো? ॥১৭॥ বন অসিগী মচুংদা উপাম্বী অসি নত্তবা চাউয় চাউরবা মহৈমরোং চুম্নবা, মনা মশা পুংলবা উপাম্বী কয়া কয়া কৌম্বি (লৈম্বি) য়াং চাউরবা,

---

* হৌজিকী মীয়োন্গী আধি.ভৌতিক বিজ্ঞানবু থাজৈশেংবা বিজ্ঞান (সাইন্স) নি হায়না থঙনম্নিবসি থাজৈশেংবা অশেংবা বিজ্ঞান হায়বহু নত্তে। অয়ানবা তৌশিম্নবা বিজ্ঞাননি। মাসিগী য়াকম অসিদা আধুনিক পাশ্চাত্য বৈজ্ঞানিকশিংমক্লস্থ তাব তায়ক্লে। তৌশিম্নবা পোৎ তাক্লা শাননবগী বিজ্ঞাননি। পোৎ অমা শাননবা খুৎলায় হায় শাই। শাম্নিবা পোৎ অদুস্থ তেকথি—কায়থি। খুৎলায় অদুস্থ তেকথি কায়থি। অদুগা ঈশ্বরনা মাগী বিজ্ঞাননা শাম্নিবা হকচাং অসিদি কায়প্রবস্থ খুৎলাইদি লেঙদনা লৈহৌই। তপস্যাগী শক্তিনা খুৎলায় ওইদুনা থঙবা-উবা ঙম্বা পোশক অদু আধিভৌতিক বৈজ্ঞানিকশিংনা ঙবা-উবা শাবা ঙমদে। মশক থঙদবা পোকতৈগী উথিক্লিবা মী অমনা লাকপদা, নহাক্তি অদুনি, মম্নিং মমেক অদুমা হৌই, মং অসি প্রৈস্তোন্দা মাচু হায়গে হায়দুনা লাকপনি, অসিনচিংবা তপেংনা হায়দোকপা অদুগা থঙবা হায়বসি তাইবং মীগী অচম্বা মনোবিজ্ঞান অদুগা আধিভৌতিক বিজ্ঞানগী শক্তিগী য়াংমদনি। তপস্যাগী শক্তিনা উচেকী হকচাংদুদা লৈম্নিবা উচেক নত্তবা আত্মাসিনা মৌয়কলিবা থাক অসি আত্ম (ঈশ্বর) গী সর্বজ্ঞত্ব (ওম্নিসিয়েন্স) হায়বা থাক্লা য়ৌরক্লবনি। অদুগুম্বা সর্বজ্ঞ ওইরবা আত্মাসিনা উচেকী (শা উচেকী) হকচাংদা চত্তুনা কম্বিগী পোক্লম্নি হায়বা য়াকম (য়াহং) অদুনা অতোপ্পা অমনি। মাচুগী মতাং অদুনা কর্মগী (কর্মতত্বগী) য়াকমনি। অদুনা তেজস্যানা তাইবং মীগী তাবাদা, লোইনা থম্মোকপা ওইনা হায়দোকলিবসে থাজনকম থোক্লে। অদুনা তপস্যাতনা আত্মানা আত্মাশক্তিবু কংবা উখি। (কালাচাঁদ)

গতায়ুষমসামর্থ্যং ক্ষীণসারং হতশ্রিয়ম্। বিমৃশ্য প্রজ্ঞয়া ধীর নহীমং সুবিরংক্রমস্ব ॥১৯॥

ভীষ্মউবাচ

তদুপশ্রুত্য ধর্মাত্মা শুকঃ শক্রেণ ভাষিতম্। সুদ ধর্মভিনিঃশ্বস্য দীনোবাক্যমুবাচহ ॥২০॥

অনতিক্রমনীয়ানি দৈবতানি শচীপতে। যত্রাক্ষরং তবপ্রশ্নস্তু রবোধ সুরাধিপ ॥২১॥

অস্মিন্নহং দ্রুমে জাতঃ সাধুভিশ্চ গুণৈর্যুতঃ। বালভাবেন সংগুপ্তঃ শত্রুভিশ্চ ন ধর্ষিতঃ ॥২২॥

কিমনুক্রোশ্য বৈকল্যমুৎপাদয়সিমেহনঘ। আনৃশংস্যাভিযুক্তস্য ভক্তস্যানন্যগতস্যচ ॥২৩॥

অনুক্রোশোহি সাধূনাংমহদ্ধর্মস্য লক্ষণম্। অনুক্রোশশ্চ সাধূনাং সদা প্রীতিং প্রযচ্ছতি ॥২৪।

ত্বমেব দৈবতৈঃ সর্বৈঃ পৃচ্ছস্য ধর্মসংশায়ং। অতস্ত্বং দেবতানামাধিপত্যে প্রতিষ্ঠিতঃ ॥২৫॥

---

মথক মতৌ কক্কয়বা, উচেকশিংনা লৈবদা মতীক চায়বা ওাক্তনি ॥১৮॥ উচেক্! উপাম্বী অসিদি ময়াগী য়পুন্‌পিস্‌ লোইশিল্লকলবনি। অসুম কংশিল্লকপদা মহাক্কী ফজবা পুম্বা পুম্মাও মাঙ্খবনি। অহ্‌না ঐনা হায়রিবসি কয়ি লৈবংগে হায়বসি মুন্না থক্লগা উপাম্বী অসি থাদোকুনা অমদা লৈরুরো ॥১৯॥ ভীষ্মনা হায়:— যুধিষ্ঠির! ইন্দ্রগী ৱাসি তাবদা, যোংশাশোয় শাংনা য়ানা চেংনুনা য়য়া নোংমুপকপা য়াক্কৈনা অস্থনা উচেকুনা ইন্দ্রদা হায়রকই ॥২০॥

শচীগী চায়থোইবা দেবরাজ ইন্দ্র! লাইবক্ত বিধাতানা অপুম্বা থোকউ হায়না অথিবসিবু হৃনা-ওম্বা করিত্তম্বা অমতনা লাম্থোকপা কম্থোকুনা চংথিবা ওমদে। দেবরাজন ঐ-গী হংবিম্বিবতুগী পাউ-খুম্হুদি ঐ খুমজগে তাবিয়ু ।২১। ঐগী জন্মস্থান (পোক্ককম) দি উপাম্বী অসি নে। ময়াগী মথাইয়োম্দা লৈজহুনা ঐনা মথল মথা অয়াম্বা গুণ অমদি বিত্তা কয়া ফংজরে। উপাম্বী অসিনা মন্না ভয়চাওম্ ঐবু যোকপি থাকৃপিয়ক্লি। মহাক্কা ওাকপি শেন বরক্ষপনা ঐবু কনাগুম্বা অমত্তনা আক্রমন তৌবা লাকচবা ওমদ্রি ।২২। পাপকী শক্লক য়াওদ্রবা দেবরাজ! হৌজিক চায়কাদ্রবা ময়মশিং অসিনা ঐনা উপাম্বী অসিবু য়াম্না হুংশিজে। মাগী মকমদা ঐগী লেঙবা য়াদ্রবা প্রেম অমদি ভক্তি অমা পোকখ্রে। হুংশিবা অমদি থৌজাল হৈবা কৌবা ধর্ম অদুবু ঐনা ওাকুনা লৈজরি। ঐ মত্ত্যকপু থাদোকুনা অতৈ মফম অমদা চৎনীংদে। ঐগী অসিগুম্বা উপাম্বী অসিদা থাজয়িবা সংভাবনা অসিবু অয়েম্বদা তাহনবিগদবগী অদুগা ঐগী ধর্ম অ'সবু থাদোকহন্নবগী হোৎনবিরিবা ঊজিনবিরিবসিন্না কারি-গীনো? ॥২৩॥ ভৌবিমল থঙবগা লোয়ননা থৌজানবা হায়বা ধর্ম আসদি সৎপুরুষ (সজ্জন) শিংবগী খুদমনি। অসিগুম্বা দয়া ভাব তানা সৎপুরুষশিংগী থম্মোয়দা হুংতাইবা পোকহল্লি ।২৪॥ স্বর্গ দেবতাশিংগী থম্মোয়দা ধর্মগী মরমদা চিংনয়কপা মতমদা দেবরাজনা মখোয়গী চিংনবদু কোকহন্নুনা ধর্মগী ওয়বু ভাকপিরিবনি। অদুমত্তনস্থ দেবরাজনা দেবতা পুম্নমকী মকোক্ থোংনা লৈবিরিবনি।২৫॥ সহস্রাক্ষ (মীৎ লিশিং অমা পানবা)! দেবরাজ! দেবরাজনা ঐবু উপাম্বী অসি থাদোকহনবা হোৎনরিগদ্রু।

# মণিপুরী মহাভারত

**ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ।**

**দৈবদগী পুরুষার্থনা হেনবগী মতাং**

**(লাইবক্ক তম্ব ওাইবদগী নিপাথোক্লা মোম্বনা হেনবা)**

**তরুকশুবা অধ্যায়**

**যুধিষ্ঠির উবাচ**

পিতামহ মহাপ্রাজ্ঞ সর্বশাস্ত্রবিশারদ। দৈবেপুরুষকারেচ কিংস্বিৎশ্রেষ্ঠতরংভবেৎ ॥১॥

**ভীষ্ম উবাচ**

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্। বসিষ্ঠস্যচ সংবাদং ব্রহ্মণশ্চযুধিষ্ঠির।২॥

দৈবমানুষয়োঃ কিংস্বিৎ কর্মণো শ্রেষ্ঠমিত্যুত। পুরা বসিষ্ঠোভগবান্ পিতামহমপৃচ্ছত ॥৩॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ— শাস্ত্র পুম্নমক লোইনা খঙবিহৈবিরবা ঈবুধো! দৈব অমুগা পুরুষর্থ হায়রিবা অনীসিগী মনুংদা কনানা হেনবগে? (লাইবক্তা তম্বা হায়বগা নিপাথোক্লা নোমঙ্গনা কংবা হায়বগা অনী অসিগী মনুং কনানা হেনবগে?) ॥১॥ ভীষ্মনা হায়ঃ— যুধিষ্ঠির! নহাক্না হংলিবা মতাং অসিগী মরমদা য়াম্না কুইরবা, বসিষ্ঠগা ব্রহ্মাগা ওাঙনখিবা বিষয় অমু খুদম্ ওইনা হেক চেক লৌনৈ।২॥ য়াম্না কুইরবা মারীান। ভগবান্ বসিষ্ঠনা লোক পুম্নমকী মবুধো ব্রহ্মাদা অহুম হায়না হংখি— খঙদ উদবা লৈত্রবা হে লোকপিতামহ! দৈবগা পুরুষকারগা অনী অসিবু কনানা হেনবগে * ॥৩॥

---

* অহানবা ভাবনদি, য়াহং অসি য়াম্না লায়বা য়'হং অমা ওইনা তায়। মহাক্কী বসিষ্ঠমক্না খঙনহুনা হংভিবা য়াকম্‌অসি ঐথোরম্ব খঙকম থোকপনি। ঈশম শম্বা খুদমদা হায়রগা নিপাথোক্লা লাঙ্গল পায়হুনা মথন্তনা থোইহুনা মক্ক লিংল-হুম্রবম্ব চহী অমু মরায়বক থাকনা মাগী লৌবুকী মশাদা নোং হেক মতা— থিত্রবদি পুরুষকার (নিপাংথাক্লা নোম্বা) হায়বহুনা কারিমতা ওইত্রে। নোং অমু চপচানা মতম চানা তারবম্ব কুষক মশানা নোমহৌত্রব.দ, থোইহৌত্রবদি দৈব (মরায়বকত নোং মতম চানা তারবিকপা) হায়বহুনম্ব করিমতা ওইত্রে। নোং তাবা, হুংশা শাবা হায়ম্রিবা অসিদি তাইবং মীনা নিপাথোক্লা নোমহুনা তাহনবা শাহনবা ঙম্বা নত্তে। অমুগা নোং তাহল্লিবা দৈবী শক্তিহুনম্ব মশানা লাকুমা লাঙ্গল পায়হুনা লৌবুক্তা

তপস্তুরূপসৌভাগ্যং রত্নানিবিবিধানিচ। প্রাপ্যতে কর্মণাসর্বং নদৈবাদকৃতাত্মনা ॥১২॥
তথা স্বর্গশ্চ ভোগশ্চ নিষ্ঠাসচমনীষিতা। সর্ব্বং পুরুষকারেণ কৃতেনেহোপলভ্যতে ॥১৩॥
জ্যোতীংষি ত্রিদশা নাগা যক্ষাশ্চন্দ্রার্কমারুতাঃ। সর্বং পুরুষকারেণ মনুষ্যাৎ দেবতাংগতাঃ ॥১৪॥
অর্থো বা মিত্রবর্গোবা ঐশ্বর্য্যংবাকুলান্বিতম্। শ্রীশ্চাপি দুর্লভাভোক্তুং তথৈবাকৃতকর্মভিঃ ॥১৫॥
শৌচেন লভতে বিপ্রঃ ক্ষত্রিয়ো বিক্রমেণতু। বৈশ্যঃপুরুষকারেণ শূদ্র শুশ্রূষয়া শ্রিয়ম্ ॥১৬॥
নাদাতারং ভজন্ত্যর্থানক্লীবং নাপিনিষ্ক্রিয়ম্। না কর্মশীলং নাশূরং তথানৈবতপস্বিনম্ ॥১৭॥
যেনলোকাস্ত্রয়ঃসৃষ্টা দৈত্যাঃ সর্বাশ্চ দেবতাঃ। সত্রব ভগবান্ বিষ্ণুঃসমুদ্রে তপ্যতে তপঃ ॥১৮॥
স্বংচেৎ কর্মফলং ন স্যাৎ সর্বমেবাফলং ভবেৎ। লোকোদৈবং সমালম্ব্য উদাসীনোভবেন্নতু ॥১৯॥
অকৃত্বামানুষং কর্ম যাদৈবমনুবর্ত্ততে। বৃথাশাম্যতি সম্প্রাপ্য পতিং ক্লীবমিবাঙ্গনা। ২০।
ন তথামানুষে লোকে ভবমন্তি শুভাশুভে। তথা ত্রিদশলোকেহি ভয়মল্পেন জায়তে ॥২১॥

---

সংসার অসিদা পুরুষকারদা নম্ভূনা থবক তৌবা মীনা স্বর্গ, ভোগ, ধর্মদা নিষ্ঠা (অরেপ্পা), বুদ্ধি চাওথংপা আসনাচংবসি লোইনা ফংভি। হায়বিবশিং অসিদা মরায়বক্তা তম্বা ঙাইবা মীনা থক্ ফংদে ॥১৩॥ থুমিং, থা, থরানামচাক, গ্রহ, দেবতা, নাগ যক্ষ মৈ মুংশিং পুম্নমক অসে পুরুষকারগী মতু হন্না মর্ত্ত্যলোকগী দেবলোকমচিংবা মাগী মাগী লোকত চংনম্রিবসিনি ।১৪॥ মশাগী পুরুষার্থ উত্তুনা থবক তৌদবা মীদি লম্থুম, মরূপ-মপাং ঐশ্বর্য্য, শাবৈ-জাৎ অচৌবদা পোকপা, ফংঙমদ্রবা সম্পত্তি (লক্ষ্মী) আসনাচিংবসি অমত্তা ফংবা ঙমদে ॥১৫॥ অশেং অমাং তৌচৈবা তৌকৈফবনাচিংবা বিধিবু ঙাক্না চংপা ব্রাহ্মণশিংনা, মতীক্ মগুণ মথৌনা উৎতুনা থবক তৌবা ক্ষত্রিয়শিংনা, ধর্ম কায়দনা লম্থুম তানবা, ব্যবসায় তৌবা বৈশ্যশিংনা অদুগা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অহুমসিগী সেবা তৌবা শূদ্রশিংনা সম্পত্তিবু লায়না ফংবা ঙাম্ম ॥১৬। দান তৌদবা, অরীকপা, নপুংসক পইবা মী, তন্দুনা থবক শূন্দবা, মীবেম ওইরবা, অপাম্বা মিহৌবনা মশাগী অতগা অতোপ্পা মীগী আম্মাব্ যৈথচ্চরবা মী, মরিল মথৌনা লৈতবা মী অদুগী লাইনিং পরৈ চেংনা জগৎকী মঙ্গলগীদমক তপস্যা তৌরবা (অরাবা থাওরবা) মী মথোয় অসিনা সম্পত্তিবু থক ফংবা ঙমদে ॥১৭॥ মথোয়দি হায়রুদু মরোল অতম্বু দৈত্যদানবাচিংবা জগৎ পুম্নমকপু লেম্বীম্বিবা সৃষ্টিকর্ত্তা শ্রীবিষ্ণুমকন্ সু ক্ষীর সমুদ্রদা অকনবা তপস্যা তৌরি ॥১৮॥ তৌরম্বিবা কর্মনা মহৈ য়াত্রবদা, মথুং ফেঙহুনা মরায়বক্তা তম্বা হায়বদুতা ঙাইহুনা তন্দুনা লৈথোকনৈ ॥১৯॥ নিপাথোক্কা তৌগদবা মথৌ তৌদনা, লাইবক্তা তম্বা ঙাইহুনা লৈবা মীশিং অদুদি পুনসিদা অন্নাবা থুদোংঙাইবত্তা ফংহুনা লৈ। নপুংসক (অখুবো) ওইবা নিপাবু মপুরোয়বা ওইনা ফংদুরবী তুপীনা মপুনশিবু য়ুনা লেনবদুগুম্বা থবক তৌদবা নী মপুনশিহু অরেম্বদা মাঙহল্লি ॥২০॥ দেবলোক (স্বর্গ) তা পাপ কর্ম থজিক্তং তৌরবদা কম্রি থোকদগে হায়না কিবা অদুপতি মর্ত্ত্যলোক

কৃতঃপুরুষকারস্তু দৈবমেবানুবর্ত্ততে। ন দৈবমকৃতে কিঞ্চিৎ কস্যচিৎ দাতুমর্হতি ।২২।

যথাস্থানানি দিব্যানি দেবতানামপি। কথং কর্ম বিনা দৈবং স্থাস্যন্তি স্থাপয়িষ্যন্তি ।।২৩।।

ন দৈবতানি লোকেঽস্মিন ব্যাপারং যান্তি কস্যচিৎ। আত্মনঃ কর্ম্মসন্ত্রাসমায়ামাবিহ্বলং শনকৈস্তথা ।২৩।।

---

( মনুষ্য লোক ) অসিদা অকবা ফত্তবা পাপ পুণ্য কয়া কয়া তৌরবদা কর্ম খোঙনগে হায়না কিবদে। *
।।২১।। নিপাখোক্লা থবক তৌবা ( পুরুষকার ) হায়বহুনা দৈব ( লাইবক্তা তম্বা ) হায়বহুগী মতুং ইন্দুনা চৎলি। পুরুষকারহক্ত তৌবিক্রবদি দৈবনা অতন্‌বা, থবক তৌনিংদবহুগীদমক্ কবিমতা তৌবা ওমদে ।।২২।। দেবতাশিংগী ইন্দ্রপদবীনচিংবা বিভূতি ( সম্পত্তি ) অহু কাওবা অনিত্যারি। পুণ্যকর্ম তৌরবদি মখোয়গী শক্তি সম্পত্তি অহুন্ ওহাক ওহাকৌনি। মখোয়না মর্ত্ত্যলোকী তাইবং মীশিংনা কয়ম হায়না মতেং পীবা ওমগনি ? ।।২৩।। মতেং পীবদি লায়রবদনা মর্ত্ত্যলোক আসিনা তাইবং মী কয়া অমতনা তপস্যা তৌবা, পুণ্য কর্মনচিংবা তৌবসে মখোয়না পামদে, মখোয়গী মকম শিন্নরগদবা হায়না য়ায়া চিংদে। মীগী যাগযজ্ঞ তপস্যা কাওবা থুগাইনবা হোৎবে। অহুগুম্বা লাইশিংগী কৃপা ভাইহুনা লাইনা

---

* হায়রিবসিগী তাবতি মর্ত্ত্যলোক অসিদদি পাপ কর্ম তৌরবসু মাহুগী দোষ অমদি ফত্তবা মহৈ অহু ওাকখোরবা প্রায়শ্চিত্ত প্রতীকার, মন্ত্র যন্ত্র, যাগযজ্ঞ, দান ধর্ম তীর্থগমননচিংবা উপায় কয়া কয়া লৈ। মাহু, স্বর্গদদি লৈতে। মর্ত্ত্যলোকনা লৈবা ঐখোয়না যজ্ঞদাননচিংবা তৌরকপা মতমদা স্বর্গগী দেবতা মখোয়হুম কৌথরি আবাহন তৌরি। অহুগুম্বা দেবতা মখোয় মশামক্না পাপ কর্ম তৌরবদি প্রায়শ্চিত্ত প্রতীকার করিমতা লৈতে। স্বর্গদগী নাম্বরকপা ঈম্বিরকপা অহুনা অমুক হুয়া পাপখোনিদা পোক্লরবা নত্তনা মখোয়গীদমক্তি প্রায়শ্চিত্ত প্রতীকারনচিংবা করিগুম্বা অমত্তা লৈজদে। অহুনা বেদ পুরান, ধর্ম্মশাস্ত্র, স্মৃতি মীমাংসানচিংবা কর্ম কাণ্ডগী মন্ত্র নিয়ম্ বিধি ময়াম্না লৈরিবসি মর্ত্তলোকতা জীবশিংগীদমক্তনি। ইন্দ্রবরুণনচিংবা দেবতাশিংগীদি অম্সুম তৌগদবনি, অম্সুম তৌরোইদবনি হায়বা করিমতা লৈতে। অহুনা ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংগী মহুংদা কনাগুম্বা অমনা অয়ানবা থবক অমা তৌরবদি অহুগা মুনিশিংবু থৌওই উশিত্তহুনা মখোয়দা নত্তবা লমচৎ চৎলুরবদি মুনিগী শাপগী ওক্ লিমচিংবগী মপোক্তা পোকলে। থুদম ওইনা হায়রবদা ইন্দ্রপদবী কংওুরবা নহুষ, যযাতি, নৃপ অসিন চিংবসি চুম, হংঙোই, লাইরেলনচিংবগী মপোক্তা পোক্লরি। অহুনা তাইবং মীনা য়াবা কিবদগী দেবতা শিংগী অয়াবা অকিবনা শরুক লিশিং অমা হেন্নি। মর্ত্তলোক্তা পোকপশিংগীদি পুরুষকারগী মথক্তা নম্বুনা দানধর্মনচিংবগী থবক তৌরগা, তৌরুবা পাপ কর্মগী দোষ অহু ঈয়াই লায়না কোকৃহনবা য়াই। অহুনা মুংশা থীদে, কিদে। অহুনা দৈবদগী পুরুষকারনা য়ামা হেন্নি। ঐখোয়দগী হেন্না খোয়বা লাইশিং অহুনা ঐখোয়গী লাইবক্তা কয়ি তম্বিরকদৌরিবনো ? ঈশা ঈশানা হোৎনারনা লাইবক্তা লাইনা তম্বা ভাইহুনা লৈবনা কয়িমতা ওইরোই। ( কালাচান্দ )

অধীশাংকেবত্তানাংচ সদা ভক্তি চিগ্রহঃ। কস্তবাচা হ্যদৈবং স্যাৎ যতোদৈবং প্রবর্ত্ততে ।২৫॥
কথং তস্য সমুৎপত্তির্যতো দৈবং প্রবর্ত্ততে। এবং ত্রিদশলোকেঽপি প্রাপ্যন্তে বহবোগুণাঃ॥
আত্মৈব হ্যাত্মনোবন্ধুরাত্মৈবরিপুরাত্মনঃ। আত্মৈব হ্যাত্মনঃ সাক্ষী কৃতস্যাপ্যকৃতস্যচ ॥২৭॥

---

লাইবক্তা তথিরকপা হায়না ভাইরিবসিমক অপগুবগী থবক্তি ॥১৪॥ মর্ত্ত্যলোকী ঋষি মুনিশিংগা অহু স্বর্গগী দেবতাশিংগসু য়ায়া য়েংথিনবা তাব অমসু দৈবা উই। দেবতাশিংনা খাবশিংগী ধ্যান তপস্যাবু থুগাইগদবগী হোৎনৈ। অহুগা ঋষিশিংনবু মথোয়বু মাথী মাগী পদবী (খুত্তম) দগী ঈস্থনবা য়ায়া হোৎনৈ। অহুগা দৈব য়াওদনা ভাওবগী শরক্তা মথাংদোকুনা দৈবা মীনা শুক্তাইবা কংবসু কনা য়াওথিবগে? মূয়া থবক্করগসু কর্ম থুদিংমক্তী মরু অসি দৈবগী খুদোনবীদা দৈ ॥২৫॥ দৈবশক্তি য়াওদনা পুরুষার্থগী উৎপত্তি (পোকপা) হায়বহুসু ওইবা য়াত্রি করিবনো কাঃববু করিগুম্বা থবক অসিদা চত্তশিনবগী মূলকারনাদ দৈবনা হেক্তা ওইরম্মি। পূর্ব্ব জন্মদা তৌথিবা পুন্য কর্মহুগী মথাক দৈহোবগী সংস্কার অহুনা ইন্দ্রকী মপোক্তসু পুন্য কর্মদা পুক্নীং হেক্তা চত্তমগদবান। দেবলোক কাওবদা ময়ায়বক্ কবা, ময়ায়বক্তা তম্বা হায়বহুগী প্রভাব অসিসু দৈ ॥২৬॥ আত্মাতনা থাংগৈশংবা মরুপনি, আত্মাতনা তম্থিরবা য়েকুবা অহুম মওই। অহুগা আত্মাতনা অক কত্তুবা থবক অনীমক্তী সাক্ষীনি * ।২৭॥

---

* মাসি শ্রীভগবৎগীতাদসু অহুম মহায়রি। আত্মানা থাজৈশংবা মরুপনি হায়বাসদা কনাগী মরূপ হায়রিবনো হায়না হংলবাদ পাক খুদদা য়ানা থোকই। অহুনা, আত্মাগী মরূপনি হায়না খুম্বা নত্তনা অতৈ খুমনিংভাষ্ট দৈদত্তে। অয়ায়বা মওংদা হায়রগনা মশানা মশাগী মরূপ'ন, মশানা মশাগী মরূপ অমদি য়েকুবা ওইবা অহুপ কনা অমতনা মরূপ অমদি য়েকুবা ওইবা য়ারোই। তাইবং মীনা মশানা মশাবু হুংশিজবা অহুপ মতু মচা কাওবদা হুংশিরুবা ওমদে। মচাবু হুংশিরুরিবহুমকসু মশাবু কা হেয়া হুংশিরুবগীনি। মীনম্মুরিবা, মীগী মপোৎ পান্মুরবা, কল্পকউরিবা পুম্নমক্ আস মশানা মশাবু হুংশিরুবদগীনি। মশাতবু হুংশিবা মীবুদ হুংশিদবদগী মীহুগী মপোত্তু হুরাম্নুরিবনি। হুরাম্নুবদগী দাও কংহল্লিবসি মশাননি। অহুনা মশানা মশাগী য়েকুবা হায়বহু অহুম ওইজরে। মচানা পুন্যকর্ম তৌরগা মহাক্ মপানা স্বর্গ কাগদবা নত্তে। মুক্তি পদবী কংনবা মশানা যোগসাধন তৌরগা মচানা মুক্তিহু কংগদবা নত্তে। অহুনা মশানা মশাবু নরক তাহল্লি, মশানা মশাবু স্বর্গ কাহল্লি। ময়ম অহুনা মশানা মশাগী মরূপ ওইবা অহুপ অমনা ওইরবা ওমদে। মশানা মশাগী য়েকুবা ওইবা অহুনা অমনা লাকুনা ওইরবা য়ারে। মরূপ ওইরগনা আত্মা (মশা) থাংগৈশংবনি। য়েকুবা ওইরুরগনা আত্মা থাংগৈশংত্রে। আত্মা থাংগৈশংদববু অনাত্মা (আত্মা নত্তবা) কৌই। আত্মানা অনাত্মা ওইথিবগী মরূ ওইবা কারন (ময়ম) দি মশানগী হোংবা চাউবা, গোপাল, শ্যাম কৌশিন্নরিবা হুকচাংসিবু আত্মা মশানা মশামাক্ক ঝায়না থাজুথিবা অহুমক্তা ওই। ময়ম অহুনা অনাত্মা তায়বা আত্মা অহু আত্মা (মশা) মকী য়েকুবা

কৃতংচাপ্যকৃসং কিঞ্চিৎ কৃতে কর্মনিসিদ্ধ্যতি। সুকৃতং দুষ্কৃতং কর্ম ন যথার্থং প্রপদ্যতে ॥২৮॥
দেবানাং শরস্তণং পুন্যং সর্বং পুণ্যৈরবাপ্যতে। পুণ্যশীলং নরং প্রাপ্য কিংদৈবং করিষ্যতি ॥২৯॥
পুরা যযাতির্বিভ্রষ্ট শ্চ্যবিতঃ পতিতঃ ক্ষিতৌ। পুনরারোপিতঃ স্বর্গং দৌহিত্রৈঃ পুণ্যকর্মভিঃ ॥৩০
পুরুববাশ রাজর্ষির্দ্ধি জৈরভিহিতঃপুরা। ঐল ইত্যভিবিখ্যাতঃ স্বর্গ প্রাপ্তোমহীপত্তি ॥৩১॥
সস্বমেধাদিভির্যজ্ঞৈঃ সংকৃতঃ কোশলাধিপঃ। মহর্ষিশাপাৎ সৌদামঃ পুরুষাদত্বমাগতঃ ॥৩২॥
অশ্বথামাচ রামশ্চ মুনিপুত্রৌ ধনুর্ধরৌ। ন গচ্ছতঃ স্বর্গলোকং সুকৃতেনেহকর্মনা ॥৩৩॥

---

অকনৌবা পুরুষার্থ ( পুরুষকার ) গা লোয়ননা তৌখিবা কর্মচুগী মাচং অচু হুন্দকী মপোক্তা। চিহোৎ তোংনদনা পাঙখোক্লবা ওইনস্থু চবা য়াওরি। অচুপা কর্মচুগী মহৈস্থ চঙখোম্না ফংলি। অচ্চগুম্বা হুন্দকী মপোকী পাপ অমদি পুন্য কর্মনা থুদক থুদক্তা মহৈ পীবা ওমদে ॥২৮॥ দেবতাশিংগী আশ্রয় হায়ববু পুন্য কর্মদা চঙজবা, পুন্য কর্ম তৌবা লোইরে অসিবা। পুন্য কর্মনা ফংনিংবমখৈ ফংবা ওমনৈ। অচু-গুম্বা পুন্যাত্মা ( পুন্য চেনবা ) ওইবা মীশকপু ফংলবদি দৈব (মরারবক্তা তম্বা ) হায়বচুনা করি তৌজরগনি, ( মরারবক্তা ফংলগনু হায়না অমত্রবা অচু ফাওবা পুরুষকারগা লোয়ননা তোবা পুন্য কর্মনা লায়না ফংহল্লি ॥২৯। মমাঙৈদা মহাকী পুন্য কর্মগী মহৈনা স্বর্গ য়ৌরুরবা যযাতি হায়বচু মহাকী পুন্য কর্মগী মহৈনা স্বর্গ য়ৌরুববস্থু, পুন্য কর্মচুগী মহৈনা মেক লোইশিল্লকপদা মহাক স্বর্গদগী অমুক নৈথাদা তায়কই। অচবু পুন্য কর্ম তৌবা মচানুপীনা পোকপা মশুশিংনা তৌবা পুন্যকর্মগী মহৈনা যযাতি হায়বচু অমুক স্বর্গ কাখি ॥৩০॥ মতৌ অম্মুম্না মমাঙৈদা ঐল হায়না মমিং চৎলবা রাজর্ষি পুরুরবা কৌবচু ব্রহ্মণ-শিংগী আশীর্বাদতগী স্বর্গলোকপু ফংবা ওমখি। ৩১। মাসিগী ওন্নতৈনবা থুদম অমা পীগে তাও। অশ্ব-মেধযজ্ঞ করা করা তৌচুনা মকম পুম্বদা সম্মান ফংলকাওবদা কোশল দেশগী নিংথৌ সৌদাম হায়বচু মহর্ষি বাসষ্ঠগী শাপতগী মীশা চাবা তিংচাবা অমা ওর্খি ॥৩২॥ মতৌ অম্মুম্না অশ্বথামা, পরশুরাম

---

ওইরে। হকচাংসিগা মরম কায়মতা থমদনা আত্মা মশা মথন্তবা তোঙায়া তাচুনা লৈরবদি আত্মা মশামক্ অখেংবা, অমাংবা হকচাংসিগা তিম্নরুদবা হায়বচুমক ওইরে। অচুনা য়ারিবমখৈ আত্মাসি অনাত্মা তাখিদনবা আত্মা মশামক্তা হোংনকম থোকই। অনিত্য ওইরিবা সনা লুপা মণিমুক্তানচিংবা তায়কায়বসি আত্মাসিনা অনাত্মা ওইরিঙৈ চৈয়ক অচুদনি। মাসি করিনলো হায়বদা আত্মাসিনা অনিত্য ওইবা হকচাংসিগ, হকচিম্না তিম্নরুনদগীনি। গোপাল কৌবা হকচাংসিদা লৈরিবা, গোপালমু করিহু কৌরবা আত্ম ঐনা গোপাল কৌশিল্লিবা হকচাং অসিগা অমত্তা ওইশিন্নচুনা চান্নীংশিবসিনা করিগীলো হায়রসি ধ্যান তৌরগা ঈরায় লায়না থগবা ওমগনি। যোগধ্যান হায়ববু আলতনি। মখানা তৌজবা পাপ পুন্যবু মশানা উবা অচুপ অতৈনা উবা ওমদে। অচুনা আত্মাতনা থাংগৈখেংবা সাক্ষীনি। ( কালাচাঁদ )

পাপমুৎসৃজতে লোকে সর্বং প্রাপ্যস্বদুর্লভম্। লোভমোহসমাপন্নং ন দৈবং ত্রায়তে নরম্ ॥৪২॥
যথাগ্নিঃ পবনোদ্ধূতঃ সুসূক্ষ্মোঽপি মহান্ ভবেৎ। তথা কর্মসমাযুক্তং দৈবং সাধু বিবর্দ্ধতে ॥৪৩॥
যথাতৈলক্ষয়াৎদীপঃ প্রহ্রাসমুপগচ্ছতি। তথাকর্মক্ষয়াৎদৈবং প্রহ্রাসমুপগচ্ছতি ॥৪৪॥
বিপুলমপিধনৌঘং প্রাপ্য ভোগান্স্ত্রিয়োবা। পুরুষ ইহনশক্তঃ কর্মহীনোহিভোক্তুম্ ॥
মুনিহিমপিচার্থং দৈবতৈ রক্ষ্যমাণং। পুরুষ ইহমশক্ত্যা প্রাপ্নুতেনিত্যযুক্তঃ ॥৪৫॥
ব্যয়গুণমপি সাধুং কর্মনা সংশ্রয়ন্তে। ভবতি মনুজলোকাৎ দেবলোকোবিশিষ্টঃ ॥
বহুতরমুসমৃদ্ধ্যা মানুষাণাং গৃহাণি। পিতৃবনভবনাভং দৃশ্যতেচামরনাম্ ॥৪৬॥
ন চ ফলতি বিকর্মাজীবলোকে দৈবং। ব্যপনয়তি বিমার্গং নাস্তিদৈবে প্রভুত্বম্ ॥

যামলবা সম্পাত্তি পীরুরবস্থ মাহু ভুং কোইনা পাপীহুগী মনাক্তা লেংদনা লৈয়ু য়াদে। করিগুম্বা মওং অমদা সম্পত্তি ( লক্ষ্মী ) লহুনা মহাকপু থাদোক্লধহনা চৎখি। অপাম্বা কল্লকপা মিহৌবনা লৈথা তাব্রবা মী অমবু দৈব হায়বহুনা কনবা উদ্ধার তৌবা ঙমদে।৪২। মৈরিক্ মচা পিশক অমনা নুংশিৎকী সহায়তা ফংবদা মাগৈপুম্বা শীঙ্গুনা শন্দোকচবা ঙম্মি। অদুগুম্না পুরুষকার (নিপাথোক্না নোম্বা) হায়বহুগী সহায়তা ( মতেং ) দগী দৈব ( ময়ায়বক্তা ভম্বা ) কৌবহুনা মথং মথং বিস্তার তৌবা ঙমজবনি * ।৪৩॥ থাউনা হেক লোইথিবদা মৈস্ত হেক মুংথিবহুগুম্না পুরুষকার ( কর্ম ) না হেক মুথরকপদা দৈব ( ময়ায়বক্ত ভমথিবা ) হায়বহুস্থ মথং মথং বিস্তার তৌবদি লায়রদনা মথং মথং মুথরকই ॥৪৪॥ মশানা পুরুষকার উত্তবা, ময়ায়বক ফবদগী ফংবনি হায়খিবা কৌচেঙ সনা লুপা মণিমুক্তাবু ফংজরুরিবা মী মহাক অদুনা মহাক্কী ফংঙুরিবা ধনসম্পত্তি অদুস্থ নীংথিনা ভুং কোইনা ভোগ তৌবা ঙক্কদে। অদুগা নোম্বা কনবা, নিপাথোক্না থবক তৌবা মীদি কশ্বাগী হোৎনজবনা দেবতাশিংনা লোয় থুপ্না থম্বা সম্পত্তি অদু ফাওবা লৈনুংদগী চত্তথোক্কুনা লোবা ঙম্মি।৪৫। দান তৌমনথিবনা লায়রবা মী মহাক্কী মকমদদি দৈবনা মহাক্কী মনা পীগে হায়বগী মতৌগুম লাকই। মতম অদুদা মহাক্কী ময়ুম অদো ইহলোক (মর্ত্যলোক) কী য়ুমদগী হেনবা স্বর্গলোক্কী য়ুম অমগী মতৌগুম ধনসম্পত্তি পুম্নমক্না থনবা ওইরকই। মশানা নোমহুনা ফংবা সম্পত্তিনা দান তৌবা মী অদুগী য়ুমদি দেবতাশিংগী চঙ্জফম ফাওবা ওই। লাইবক ফবনা, মতা চারুহুনা ফংবা সম্পত্তিনা ধনবান্ সম্পত্তিমান ওইবা মীনা দান তৌনিংদে। অদুগুম্বা দান তৌদবা মীগী সম্পত্তিনা থল্লবা য়ুম অদুদি দেবতাশিংগী মমীত্তা মেংকমগুম্ ওইনা থোকই। মোংকমগুম উই ॥৪৬। জীবজগৎ অসিগী নম্নংদা উত্তাগ ( হোৎনবা ) লৈতবা, পুরুষকার তৌদবা, ময়ায়বক্তা ভম্বদা ঙাইবা

* ময়ায়বক কবা মীগী উন্নতি, কীর্ত্তি, ( মিংচৎ ), সম্মান, ধনসম্পত্তি অসিনচিংবা মথং মথং লাকপগুম উরিবসি হন্দকী মপোক্তরা নত্রগা নহালমুক্কী মপোক্তরা তৌথিবা পুরুষকার লহুগী দৈব হায়বগী বিস্তারনি। অদুনা পুরুষকারগী মচেৎ অগা য়াওদনা দৈবনা বিস্তার তৌবা ঙমদে। (কালাচাঁন্দ)

গুরুমিহকৃতমগ্র্যাং কর্মসংযাতি দৈবং। নর্মান্তিপুরুষকারঃ সঞ্চিতস্তত্রতত ॥৪৭॥
এতত্তু সর্বনাখ্যাতংজয়াবৈমুনিসত্তম। ফলং পুরুষকারস্য সদামংদৃশ্য তত্ত্বতঃ ॥৪৮॥
অভ্যুৎথানেন দৈবস্য সমারব্ধেন কর্মনা। বিধিনা চৈব স্বর্গমার্গমবাপ্নুযাৎ ॥৪৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং অনুশাসনপর্বনি
দান ধর্মপর্বনি দৈবপুরুষকার নির্দেশে ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ ॥

---

মীনা হীরম্ পুম্বদা মহেশ্বরোং চুম্না চাওথৎতুনা লৈবসে কনা অমতা উদবনি। দৈব (মরারবক্ত তম্বা) হারবহুনা মী অমতবু ফত্তবা লম্বী, ফত্তবা লমচৎ চৎপদগী থিংহুনা অকবা লম্বীদা চৎহনবা ভমদবনি। গুরুবু মাঙ থামন্দুনা শিষ্যনা চৎশতুগুম্না পুরুষকারবু মাঙ থাহল্লগা দৈব হারবহুনা তুং ইল্লবা ভাক্তনি। মমাঙৈদা নঙ্গগা নহাক্মুকী মপোক্কা তৌথিবা পুরুষকার অহুতনা দৈববু মহাক্না পুনিং পুনিংবা মায়গৈদা কোরথাং থা হুনা পুবানি ।৪৭॥ মুনি অখোইবা! পুরুষকারগী অসিগুম্বা মাহৈনা অমদি মহৈবু প্রত্যক্ষ ওইনা উহনা তত্ব পুম্বসি নত্তোন্দা হায়রবনি ॥৪৮॥ তাইবং মীওইবনা দৈবগী মথক্তা খোঙ শাস্ত্রোক্তগা মতুংদা পুরুষকারগী মথক্তা নন্দুনা থবক তৌরগা স্বর্গগী লম্বীবু ফংবা ওম্বনি ॥৪৯॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অনুশাসনপর্বদা দান ধর্মগী পর্বনা পুরুষার্থনির্দ্দেশগী তরুকশুবা অধ্যায় লোইরে।

---

# মণিপুরী মহাভারত

## সপ্তমোহ ধ্যায়ঃ

### ( কর্মগী ফল ( মহৈ ) গী তত্ত্ব তাকপা )

### তরেৎশুবা অধ্যায়

যুধিষ্ঠির উবাচ

কর্মণাং চ সমস্তানাং শুভানাংতরতর্বত। কল্যানিমহতাং শ্রেষ্ঠ প্রব্রূহিপরিপৃচ্ছত: ॥১॥

ভীষ্ম উবাচ

হন্ত তে কথয়িষ্যামি যন্মাং পৃচ্ছসি ভারত। রহস্য যদৃষীণাং তু তচ্ছৃনুষ যুধিষ্ঠির

যা গতিঃ প্রাপ্যতে যেন প্রেত্যভাবেচিরেপ্সিতা ॥২॥

যেনযেন শরীরেণ যৎযৎকর্ম করোতিযঃ। তেন তেন শরীরেণ তৎতৎ ফলমুপাশ্নুতে ॥৩॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হংঙি— মহাপুরুষশিংগী মনুংদা অথোইবা ! ভরত বংশগী অথোইবা ! ঈবুধৌ ! ঐনা হৌজক তাজনীংলিবসি শুভকর্ম (অকবা কর্ম) থুদিংমক্কী মহৈশিং অসি করি করিনো হায়বসিনি। মাসিগী মরমদা ইবুধৌনা অয়ুক্কা তাহন্‌বয়ু ॥১॥ ভীষ্মনা হায়— ভারত। যুধিষ্ঠির! নহাক্না হংলিবদো ঋষিশিংগী মকমদা কাওবা য়াম্না অথুপ্পা রাকমনি। অহুনু ঐ নঙোন্দা হায়দোক্কে মুম্না তারো। শিরবা মতুংদা তাইবং মীনা ( তাইবং মীগী আত্মানা ) ফংলিংবা, ফংগে তাম্নরম্বা অহুগুম্বা গতি ( পদবী লমথুকম) অদো, অহুগী মরমদসু হায়গে তাও ॥২॥ তাইবং মীনা অহুম্‌ অহুম্‌ ওইবা ঙকচাদা হায়বদি স্থূল শরীরদবু ওইরবসু সূক্ষ্ম শরীরদবু ওইরবসু তৌরু তৌরুবা কর্মগী মহৈদো হায়রিবা হকচাংশিং অহুদা চঙ্‌ চঙহুনা ফংঙই * ।৩।

---

* ঐ হায়না হায়দোরক্লবা, হায়দে ওত্রবসু মীকুপ খুদংগী পানবা লৈতনা থম্বিব, অয়ম্বা দর্শনিক-শিংনা আত্মা হায়না খঙনরবা মতাক্‌সিনা লৈয়িবাসি হকচাং মথল অনীদনি। অমনা স্থূলশরীর (মপানগী মতৌবা অঙৌবা হকচাং ) অসিনি। অমনা অউবা হকচাংসিগী মনুংদা মশক উদবমথৈ কুপ্পবা পীক্লবা ( সূক্ষ্ম শরীর ) হকচাংনি। তাইবং মীনা ( তাইবং মীগী আত্মানা তাইবং মীগীতা নত্তনা জীব পুম্বনা ) তৌর তৌরিবা থবক ( কর্ম ) অসি স্থূলশরীরদা লৈরিঙৈদা তৌবা অমা অহুগা সূক্ষ্মশরীরদা লৈরিঙৈদা তৌব অমা, অমদি শোয়দে। অহুনা থবক অমা তৌরবদি করিগুম্বা অপাম্বা পামদবা মহৈ অমদি ফংবা মতারবনিনা, স্থূলশরীরদা লৈরিঙৈদা তৌখিবা কর্মগী মহৈ অহু স্থূলশরীরদা চঙহুনা ফংঙবা

যস্যাংযস্যামবস্থায়াং যৎ করোতি শুভাশুভম্। তস্যাংতস্যামবস্থায়াংভুঙ্‌ক্তে জন্মনিজন্মনি ॥৪॥
ননশ্যন্তি কৃতংকর্মসদা পঞ্চেন্দ্রিয়ৈরিহ। তে হ্যস্য সাক্ষিণোনিত্যংষষ্ঠ আত্মাতথৈবচ ॥৫॥
চক্ষুর্দদ্যান্মনোদদ্যাৎ বাচংদদ্যাচ্চসুনৃতাম্। অনুব্রজেদুপাসীত স যজ্ঞ পঞ্চদক্ষিণঃ ॥৬॥

---

অতুম অতুম ওইবা লৈরু লৈরুবা অবস্থাদা তৌথি তৌথিবা কর্মহুগী মহৈদু অতুম অতুম ওইবা অবস্থাদা অতুম মফংগান। হন্দকী অবস্থাদু লাকপা নংহৌদ্রবসু হয়েংমুকী মপোক অমগী অতুগুম্বা অবস্থাদা ফংগনি ॥৪॥ মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় মঙাসিনা খুৎলায় ওইদুনা তৌথিবা কর্ম অদো, মাঙ-থিগদবা নত্তে। মাসগী সাক্ষীদি কনানো হায়বদা মী, নাকোং, লৈ, নাতোল, উনশা, পূক্নীং অরুক্ আসনা অদুম্ মওই ॥৫॥ অদুনা, তাইবং মীনা তৌগদবা হায়ববু কনাগুম্বা অতিথি অমা য়ুমদা লাক্লবদি সুংশিবা চানবিবা অপেনবা মীৎয়েংনা (মীৎনা) অতুম ময়েংবনি। মাগী সেবা পূজা, তরাম তরাম ওকপনচিংবা কর্মদ পূক্নীং অস অদু চঙহনগনি। চৎথিবা মতমদা খোংকাপ অনী অতুমতা ভইরবসু অতুম মঈয়গনি। হায়রিবা থবক (মীৎকী নাকোংগী, নাতোনগী, লৈগী, উনশাগী) মঙা অসি গৃহস্থগী পঞ্চযজ্ঞ কৌই। অরৈবা খরা দান তৌগ্রিবতুনা যজ্ঞগী দক্ষিণানি। * ॥৬॥

---

তারে। ফংদবতদি নৈরত্রে। আত্মাসিনা ঐ গোঙবা চাউবা কৌই হায়না মপানগী স্থূলশরীরদা লৈ-রিঙৈদা তৌনিবা কর্মগী মহৈ অদু হন্দকী মপোকী হেঙবা চাউবা কৌবা হকচাংসিদরা নত্রগা চয়েংমুকী হোঙবা চউা স্থূলশরীর অমদা চঙদুনা ফংজবা তারে। মপানগী হকচাংসিগা করিমতা মরম লৈনদবা মনোময় নত্রগা চিন্ময় ওইবা কুপথ্রবা হকচাংসিদা লৈরিঙৈদা তৌথিবা থন্‌থিবা থবক অদু হন্দকী মপোকী সূক্ষ্মশরীরসিদর নত্রগা হয়েংমুকী মপোক্কী সূক্ষ্মশরীরদরা ফংজবু তারে। মকম অসিদা কর্মগী কল (মহৈ) হায়বসি তৌথ্রিবা কর্মদুগী মথাক্ কর্মদুবুনি হায়নসু লৌগদবনি। হন্দকী মপোক্তা তৌরিবা তৌনিংলিবা কর্মগী মথাক অসি তৌথ্রিবা কর্মদুগী তৌহৌদবা শরুক অদুনি। অসিরাইকাওবদা তেন-শিনজগে। (কালাচাঁন্দ)

---

* মীৎনা খুৎলায় ওইদুনা সুংশিবা, অপেনবা মীৎয়েংনা য়েংবা, নাকোংনা থুৎলায় ওইদুনা ভাভলক-লিবদুবু য়াম্না লাঙতক্না তানীংনা তাবা, শীরকলিবা টৈহ লৈনচিংবগী মনম্বু য়াম্না সুংশিনা নম্বিবা মথুত্তা মথূৎকী উনশাদা খূৎকী উনশাসিগা পায়হনবা শোক্রহনবা, পীয়ক পুরক্লিবা পোত্তুবু হরাউনা চানীংনা লৈতোল অসিনা তংবা চাবা, মঙা আসনি, ইন্দ্রিয় মঙানা খুৎলায় ওইদুনা তৌবা পঞ্চকর্ম (পঞ্চযজ্ঞ) হায়ববু। মাগী অকবা মঙ্গল ওইবতা থনবা হায়বা তরুকগুবা কর্ম অসিনা তরুকগুবা ইন্দ্রিয় পূক্নীংগী কর্মনি। কর্মশিং অসে প্রাক্তনকর্মগী মহৈনি। হায়বদি নহান্মুকী নত্রগা মমাঙৈদা তৌগ্রবা কর্মশিংদুগী মহৈনি। কর্মগী মহৈদি কর্মতনা ওইগদবনি। অসিগুম্বা কর্মশিংসিবু কর্মশিং মশাসিদগী হেন্না অতোপ্পা মহৈ অমা পামদনা তৌরবদি মাদুবুনি নিষ্কামকর্ম হায়রিবসি। নিষ্কামকর্ম

যোদন্ত্যাদপরিক্লিষ্টঃন্নমধ্বনি বর্ত্ততে। শ্রান্তযাদৃশপূর্বায় তস্য পুণ্যংফলংমহৎ ॥৭॥
স্থণ্ডিলেষু শয়ানানাং গৃহানিশয়নানি চ। চীরবল্কলসংবীতে বাসাংস্যাভরণানি চ ॥৮॥
বাহনানি চ যানানি যোগাত্মনিতপোধনে। অগ্নীনুপশয়াহস্য রাজ্ঞঃ পৌরুষমেব চ ॥৯॥

চাদ থাক্তবনা মশা চোকনা লাক্লিবা, মশক খঙনদবা অতিথি অমদা নত্রগা ভিক্ষারীদা অন্নদান তৌরিবদো, চাউত্রবা পুন্যকর্ম অমনি। চাউত্রবা যজ্ঞ অমনি। সন্ন্যাসী ওইরে থাদোকলে হায়তুনসু থাদোকালবা পোশক অতুনা মচাক ওইহন্দুনা যজ্ঞ তৌত্রবদি আত্মা অমবু পেলহন্ত্রবদি, মাচু তৌশিন্নবা সন্ন্যাসীনি ॥৭॥ বনদা চত্তুনা বানপ্রস্থী পবিত্রাজক ওইতুনা উমং রামংদা লৈনিন্ মথক্তা হীপতুনা ভগ-বানগী নাম শোন্দুনা লৈখিবতুগী হায়বদি অতুগুম্বা কর্মতুগী মহৈনা হয়েমুক্কী মপোক্তা সনাগী কমুং তাংবলং মথক্তা হীপ্পা কংভুই। উকুশেং জটা পুতুনা মশাদা কন্নিমতা থোমদনা ভগবানগী নাম শোনবা গুণ কীর্ত্তন তৌবতনা মশিঙ্গাং ওইত্রবা মহাক অতুগীদি মতাক্তা তৌত্রবা কর্মতুগী মহৈদ মণিমুক্তানা থল্লবা আভুষণ ( কিজেং লৈতেং ) কয়া কয়া ফংভুই * ॥৮॥ মী মতাক অতুগী থম্মোয়না নুমিৎ চুপ্পা যোগযুক্ত ( যোগসাধনতা তৌতুনা লৈবা ) ওইরবদি হয়েংমুক্কী মপোক্তা নীংথিজরবা বাহন ( শাদোং ) মথদ ফংভি। অগ্নিদেবগী উপাসনা তৌবা মীনা হয়েংমুক্কী মপোক্তা তেজ শক্তি পৌরুষ ( মরিল মথৌনা লৈবা ) বু ফংভি ॥৯॥

---

যজ্ঞ ওইহন্দুনা তৌরিবা, অতুগা তৌগে খাল্লবাসমক মপোক কয়াগী কর্মগী মহৈনি। কর্মদি ব্রহ্মোদ্ভবনি। ব্রহ্মদগী পোকপনি! ব্রহ্মদগী কর্ম পোকই। ব্রহ্মনা মশক উদবনা কর্মবু মশক উদে। অতুনা কর্মগী মহৈসু মশক উকম থোক্তে। কর্ম তৌরগা ফংলিবা সনা লুপাতু কর্মতুগী মহৈ নত্তে। কর্মদি নিত্যনি ব্রহ্মনি। সনা লুপাদ অনিত্যনি। মরম অতুনা "কক এব কর্মণঃ ফলম হায়রিবতুনি। (কালাচাঁন্দ)

* মতাং অসিদা থিক্তং চিংননীঙায় হায়ববু উকুশেং জটা পুতুনা উফুল রাইফুল তৈতুনা নাম শোন্দুনা ভগবানগী ধ্যান তৌতুনা লৈরিবসি হয়েংমুক্কী মপোক্তা সনা লুপা মণিমুক্তা ফংননবা, সম্পত্তি ফংননবগী-দনক্তরা হায়বা চিংননীঙায় ওইবা রাহং অমা লাকই। অতুগীদমক্তা উকুশেং জটা পুরিবতুসু, ব্রত উপাসনা তৌরিবতুমকসু নিষ্কামবুদ্ধিদা তৌগদবনি। অতুগুম্বা নিষ্কামবুদ্ধিদা তৌখিবা ত্যাগী সন্ন্যাসী-শিং অতুদি হয়েংমুক্কী মপোক্তা নিষ্কামবুদ্ধিদা ভগবানগী শোন্নিংবা অমদা শোনবা মীশক ওইনা পোকলুই। পোকলুরিবা থবক অতুমক নহান্নুক্কী তৌখ্রিবা কর্মশিংতুগী মহৈ ঙাক্তনি। অতুগুম্বা পূর্বসংস্কার লৈবা মহাত্মাশিংনা হন্দক্কী মপোক্কী মোন্নুং মোন্তেক সনা লুপা ধনজন কয়া কয়া লংথোক্লমতুনা বন্দা উমংদা অঙাওবগুম ভগবানগী নাম শোন্দুনা চংখি। অতুনা সকামকর্মগী মহৈনা সকামকর্ম, নিষ্কামকর্মগী মহৈনা নিষ্কামকর্ম অমনা অতুম মওই। অতুনা শম্মা হায়রবদা কর্মগী মহৈ হায়ববু তৌরিবা কর্মতুমক্তা হেক্ত ওইরে। ওইসু ওইহনগদবনি। অতুনা কর্মগী ফলগী তত্ত্ববিচার অসি য়াম্মা কুপ্পা লৈ। ( কালাচাঁন্দ )

রসানাং প্রতিসংহরে সৌভাগ্যমনুগচ্ছতি। আমিষ প্রতিসংহারে পশূন্ পুত্রাংশ্চবিন্দতি ॥১০॥
অবা কৃশির স্তুথো লম্বেতুদকসং চ যো বসেৎ। যতত্বং চৈকশায়ী যঃ স লভেতেপ্সিতাংগতিম্ ॥১১॥
পাদ্যমাসনমেবাথ দীপসন্ন প্রতিশ্রয়ম। দদ্যাদতিথিপূজার্থং স যজ্ঞঃ পঞ্চদক্ষিণঃ ॥১২॥
বীরাসনং বীরশয্যাং বীরস্থানমুপাগতঃ। অক্ষয়াস্তস্য বৈলোকাঃ সর্বকামগমাস্তথা ॥১৩॥
ধনংলভেত দানেন সৌনেনাজ্ঞাং বিশাম্পতে। উপভোগাংশ্চতপসা ব্রহ্মচর্য্যেণ জীবিতম্ ॥১৪॥

---

অথুম অহাওনচিংবা রস খিবিকপু থাদোক্লনা ধ্যান তপস্যা তৌরবদি সৌভাগ্য ( মরাম্বক ফবা ) বু অত্থুগা মাংস ( শা-ঙা )বু থাদোক্লবদি শা শঙ মচামশুনচিংবা ফাম্না ফংঙি * ॥১০॥ মকোক্ মখারোমদা ওস্থুনা উশাদা হন্দুনা তপস্যা তৌনা, নত্রগা ঈসিংতেদা কৈদুনা ধ্যান তপস্যা তৌবা নত্রগা মথন্তা কনাসু য়াংদনা ব্রহ্মচর্য্য পালন তৌদুনা কৈবা মহাম অত্থুদি মপুক্রীং থুংনা অনীংবত্থু ফংঙি ॥১১॥ অতিথিগী খোংহাংদুনবা ঈশিং, থম্মনবা ফিদা, মঙাল পীননবা থাউমৈ, থক্-চাননবা অম্ম, কৈননবা য়ুম, অসিনচিংবা মঙা আসনা অতিথিগী পুজাগীদমক শেম শাদুনা পম্মবাদি অত্থুগা হায়রিবা মঙা অসিবু দান তৌরবাদি "পঞ্চদক্ষিণযজ্ঞ" হায়না বৌই। হায়বদি মাসি দক্ষিণা মতিক চানা কৎলবা পঞ্চযজ্ঞ ( যজ্ঞ মঙা ) নি ॥১২॥ বীরাসনদা ফমদুনা, ফালফমদা অকনবগী অরোইবা য়াইথ্রা হীপথ্রবা মহাক অত্থুদি অমাঙ অতা লৈত্রবা লোক ( পদবী থুভম্ ) বু ফংঙি। অসিগুম্বা মী মহাক অদো নীংবা পুম্বা থুংবা হায়বা মীশক্তু ওই ॥১৩॥ প্রজাপুম্নগী মপু। নিংথৌ! তাইবং মীনা দান তৌরগা লন ফংঙি। মৌনব্রত পালন তৌরবদি মী পুম্বদা য়াথং তাউথবা ভম্বগী শক্তি অত্থু ফংঙি। তপস্যানা অত্থুগা ব্রহ্মচর্য্য পালন তৌবনা শাংলবা পুনশি ফংঙি ॥১৪॥

---

* হায়রিবা ময়াম অসি হন্দকী মপোক্তাদ পুরুষকার ঈত্তৌ তৌদ্রবস্তু অত্থুম মফংগগদ্রা হায়না চিংনফম থোকই। নহালমুক্কী পুরুষকার অত্থুগী মহৈনা হন্দক্কী মপোক্কা থ্বজক্তুংদা ওইরবস্তু পুরুষকার (নিপা থোক্কা হোৎনবা ) অত্থু তৌক্লরবদি হায়রিংশিং অসি মরী-মরী অত্থুম মরাকই। মাত্থু বুনিদিব্য (মরাম্বক ফবা) হায়রিবসি অত্থুনা হন্দক্কী মপোক্কা থোইনা হোৎনরুদনা থজিক্তুং হোৎনবদা ফংঙি (মরায়বক কৈ) হায়নরিবসি নহালমুক্কী মপোক্কা তৌখিবা পুরুষকার অত্থুগী মহৈনি। হায়বদি শম্না হায়রবদা পাম্বী মঙ্ক ফাওদনা মহৈ য়ানবা য়াদবগুম্না পৌরুষ (পুরুষকার) ফাওদনা দৈব ( মরায়বক্তা তম্বা) হায়বত্থু থক ওইবা ফারোই। অত্থুনা দৈব হায়বত্থুনা পৌরুষ (পুরুষকারগী মহৈ ওইনা লৈংতনি। অত্থুনা হন্দক্কী মপোক্কা থবক তৌরগা মহৈ চাদ হায়বগী ফানিংঙাই লৈতে। অত্থুনা পৌরুষ ( পুরুষকার) বু তুং ওইননা থমলগা দৈব ভাক্তনি আশাদা লৈফম থোক্তে। অত্থুগা অমনা করিনো হায়বদা দৈবদি নোংদম নাইদবনি। অত্থুগা পুরুষকারদি থজিক্তুং তৌপ্রবদা মাত্থু অরম্বদা থক মাওদে। গীতাদস্থু—নেহাভি-ক্রমনাশোহস্তি, প্রত্যবায়োনাবিদ্যতে" হায়না অত্থুম্ মহায়রি। ( কালাচাঁন্দ )

রূপমৈশ্বর্য্যমারোগ্যমহিংসাফলমশ্নুতে। ফলমূলাশিনো রাজ্যং স্বর্গঃ পর্ণাশিনাং ভবেৎ ॥১৫॥
প্রায়োপবেশিনো রাজন্ সর্বত্র সুখমুচ্যতে। গবাঢ্যঃ শাকদীক্ষায়াং স্বর্গগামী তৃণাশনঃ ॥১৬॥
স্ত্রিয়স্ত্রিষবনং স্নাত্বা বায়ুং পীত্বা ক্রতুং লভেৎ। স্বর্গং সত্যেন লভতে দীক্ষয়া কুলমুত্তমম্ ॥১৭॥
সলিলাশী ভবেদ্‌যস্তু সদাগ্নিঃ সংস্কৃতো দ্বিজঃ। মন্ত্রং সাধয়তো রাজ্যং নাকপৃষ্ঠমনাশকে ॥১৮॥
উপবাসঞ্চ দীক্ষায়ামভিষেকঞ্চ পার্থিব। কৃত্বা দ্বাদশবর্ষাণি বীরস্থানাদ্বিশিষ্যতে ॥ ১৯॥
অধীত্য সর্ববেদান্বৈ সদ্যো দুঃখাদ্বিমুচ্যতে। মানসং হি চরন্ ধর্মং স্বর্গলোকমুপাশ্নুতে ॥২০॥
যা দুস্ত্যজা দুর্মতিভির্যা ন জীর্যতি জীর্যতঃ। যোঽসৌ প্রাণান্তিকো রোগস্তাং তৃষ্ণাং ত্যজতঃ সুখম্ ॥২১॥
যথা ধেনুসহস্রেষু বৎসো বিন্দতি মাতরম্। এবং পূর্বকৃতং কর্ম কর্তারমনুগচ্ছতি ॥২২॥
অচোদ্যমানানি যথা পুষ্পাণি চ ফলানি চ। স্বকালং নাতিবর্তন্তে তথা কর্ম পুরাকৃতম্ ॥২৩॥

---

অহিংসা কৌবা ধর্মগী আচরণ তৌরবদি ঐশ্বর্য্য অমদি অনায়েক লৈতবা হায়বত ফংঙি। উহৈ রাহৈত্তা চাদুনা, উনাত্তা শায়দুনা ব্রত উপাসনা তৌরবা মহাক অদুদি স্বর্গবু লায়না ফংবা ঙম্মি ॥১৫॥ নিংথৌ! শি কাওবা চরা হেন্দুনা ব্রত উপাসনা তৌরবদি মহাক অদুগীদি মফম মতম পুম্নমক্তা নুংঙাইবগী নুংঙাইবমক্তা ওই। শাকাহারতা তৌদুনা নিরামিষা চাদুনা দীক্ষা লৌখ্রবা মী মহাক অদুদি গোধনবু ফংঙি শা শল শগোল শামুনা যম্না লৈবা হায়বদু ওই। নপীতা শায়দুনা ধ্যান তৌবা মী মহাক অদুদি স্বর্গলোকপু শোয়দনা ফংঙি ॥১৬॥ নুপী নহাগা ভিন্ন-খোৎনবা পুম্না থাদোকুনা নুংশিত্তা চাদুনা লৈরবা মী মহাক অদুদি যজ্ঞ মথল মথল তৌবগী মহৈ অদু চপচানা ফংঙি। দীক্ষা বিধি করাদনা লৈরবা মী মহাক অদুদি অচৌবা শাগৈজাত্তা পোকই ॥১৭॥ ঈশিংতা থকুনা অগ্নিহোত্র (যজ্ঞ) তৌরবা অদুগা মন্ত্র সাধনা-তদা পুক্নীং চঙদুনা লৈরিবা ব্রাহ্মণ অদুদি রাজ্য ফংঙি। নিরাহার (কারমত্তা চাদবা) ব্রত তৌরগা স্বর্গলোক ফংঙি ॥১৮॥ নিংথৌ! চহী তরানিথোই চুপ্পা অচাথক্ পুম্নমক থাদোকুনা তীর্থস্নান তৌদুনা লৈরবা মী অদুদি লালকমদা য়েক্নবগী মমাঙদা নীংহনদনা থরায় থাবা অকনবশিং অদুনা ফংগদবা পদবীদুদগীসু হেন্না রাংলবা থাক্কী পদবীবু ফংবা ঙম্মি ॥১৯॥ বেদ পুম্নমকপু নিয়ম নাইনা তমলবা মী মহাক অদু খুদক খুদক্তা লাকপা অরাবা খুদোংথীবদগী কোকই। মপুক্নীংতদা ধর্মগী আচরণ তৌরিবা মী মহাক অদুনা স্বর্গবু অদুম মফংঙি ॥২০॥ মবুদ্ধি থেনবা, পুকচল কত্তবা মীনা পাক থাদোকপা ঙমদবা মপানগী হকচানা ফংশিল্লকলকাওবা মহাক্তি ফংশিন্দবা, পুনশিচুপ্পা থরায় মাওহল্লনবগী মশক ওইবা লায়নাগুম্বী তৃষ্ণা (আশা থৌরাংবা) হায়বদু থাদেরবা মী মহাক চদুতনা নুংঙাইববু ফংবা ঙম্মি ॥২১॥ শম্বী লিশিং লিশিংগী মরক্তগী থন্দোকুনা শম্নাউনা মমা শম্বীরোমতদা চেনশিল্লকচদুগুম্না নহালমুকী মপোক্তা তৌরম্বা কর্ম অমদি মথাক্ অদুনা মহাকপু তৌরম্বা মী মহাক অদুতবু মরামদগী থন্দোকুনা চেনশিল্লকই ॥২২॥ মনা মপাল মহৈশিংনা কনা ফনাশীনসু থৌইন্‌শিল (য়াথং) য়াওদনা মতম চপ চপ চানা মথন মথন্তা

জীর্যন্তি জীর্যতঃ কেশা দন্তা জীর্যন্তি জীর্যতঃ। চক্ষুঃশ্রোত্রে চ জীর্যেতে তৃষ্ণৈকা তু ন জীর্যতে ॥২৪॥

যেন প্রীণাতি পিতরং তেন প্রীতঃ প্রজাপতিঃ। প্রীণাতি মাতরং যেন পৃথিবী তেন পূজিতা ॥২৫॥

যেন প্রীণাত্যুপাধ্যায়ং তেনস্যাৎ ব্রহ্ম পূজিতম্। পার্বতস্যাদৃতা ধর্মা যস্যৈতে এয় আদৃশ্রুতার।

অনাদৃতাস্তু যস্যৈতে সর্বাস্তস্যাফলাঃ ক্রিয়াঃ ॥২৬॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

ভীষ্মস্যৈতৎ বচঃ শ্রুত্বা বিস্মিতাঃ কুরুপুংগবাঃ। আসন্ প্রহৃষ্টমনসঃ প্রীতিমন্তো তদা ভবংস্তদা ॥২৭॥

যন্মন্ত্রে ভবতি বৃথোপজপ্যমানে, যৎসোমে ভবতি বৃথাভিষূয়মানে।

যচ্চাগ্নৌ ভবতি বৃথাভিহূয়মানে তৎসর্বংভবতি বৃথাভিধীয়মানে ॥২৮॥

ইত্যেতদৃষিনা প্রোক্তমুক্তবানস্মিয়্যাবিভোঃ। শুভাশুভফলপ্রাপ্তৌ কিমতঃপ্রোতুমিচ্ছসি ॥২৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং অনুশাসন পর্বনি দানধর্মপর্বনি

কর্মফলিকোপাখ্যানে সপ্তমোঽধ্যায় ॥

---

পোকরেকপচুওক্লা মমাংহৈদা তৌখিবা কর্মশিংতুগী মহৈশিংতুগী মহৈশিংতুম্ম মতম মতমদগী চপ্ চাবা গতি য়েংচুনা হেক হেক লাকই ॥২৩॥ অহল ওইরক্লবা মতমদা শম্ লোইনা বেল্লকই, কোক তাওতকই, পোক হোরকই, য়া তেক্লকই, মনশা খুইজিলকই, মী উরক্তে, না পততকই, মতম অচু য়োরফাওবদা তৃষ্ণা ( থোয়াংবা অপাম্বা ) কোবা মহাক্তদি অচুম্বৈদগী তগং তগৎ তেক্লা অতুম মরৈরি। নোংমা নোংমগী ঙনৌতা নৌচুনা মথং মথং মপাঙ্গল শন্নাবতুম্ চেনগৎলকই ॥২৪॥ মপাবু পেলহনবা মীচুবু প্রজাপতি ব্রহ্মানা পেনাব। মানা পূজা তৌরিবচু পৃথিবী মাতাবু পূজা তৌরিবানি। ওঝা গুরুবু পেলহল্লিবা, পূজা তৌরিবচু পরংব্রহ্ম পরমাত্মাবু পেলহল্লিবানি ॥২৫॥ মমা মপা গুরু অহুম অসিবু পেলহল্লা, পূজা তৌরবা অচু ওইরবাদি ধর্ম পূন্নমক্ত ভাক্লা চৎলবগা অম্মানি। অহুম্ আসবু থওই উশিক্লবাদি মহাক্কী ধর্ম কর্ম পুম্বা ভ্রষ্ট ওইরবান ॥২৬॥

বৈশমপায়ননা হায়— মহারাজ! জনমেজয়! ভীষ্মগী মতৌন্দগী পাউতাক য়ারীশিং অমগী কর্মগী থুপলবা তত্ত্বশিং তাবদা তিল্লিবা কুরুবংশগী মী পুম্ব কুম্বী থম্মোয়দা অঙকপা মুংঙাইবা অপেম্বা পোকখি। মাগী মাগী থম্মোয়দা হয়াউ মুংঙাইবগী ঙৈপোম চৌখি ॥২৭॥ ভীষ্মনা হায়— যুধিষ্ঠির! বেদমন্ত্রশিংবু লাম্না, খোঙ্খোক চুমদবা শীজিন্নবা মীনা কংবা পাপ, সোমযাগনচিংবা যজ্ঞবু তৌরগা দক্ষিণা তৌত্রবা মী মহাক অচুনা কংবা পাপ অর্থ য়াওদনা বিধি কায়না অগ্নিদা হোম তৌবা মীনা কংবা পাপ দোষ ময়াম অসি মিথ্যাভাষণ ( মীনম্বা ভাঙবা ) অমতনা লোইনা কংডি ॥২৮॥ নিংথৌ। অকবা কত্তবা

কর্ম খুদিংগী কংগদবা মহৈশিং মরমদা ব্যাসনা তাকখিবা পূরমক অছু ঐনা নত্তোন্দা লোইনা লীরবনি। হৌজিক মথা করি অমমুক তানীংলি ? ।।২৯।।

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অনুশাসন পর্বদা দানধর্মগী পর্বদা কর্মফলিকোপাখ্যানগী তরেৎতবা অধ্যায় লোইরে ॥

— — ——

# মণিপুরী মহাভারত

## অষ্টমোঽধ্যায়ঃ।

### ( অথোইবা ব্রাহ্মণগী মহিমা তাকপা )

### নিপালশুবা অধ্যায়

**যুধিষ্ঠির উবাচ**

কে পূজ্যাঃ কে নমস্কার্য্যাঃ কান্নমস্যসি ভারত। এতন্মে সর্বমাচক্ষ্ব যে স্পৃহয়সে নৃপ ॥১।

উত্তমাপৎগতস্যাপি যত্র তে বর্ত্ততেমনঃ। মনুষ্যলোকে সর্বেস্মিন্ যদমুত্রেহ চাপ্যুত ॥২॥

ভীষ্ম উবাচ

স্পৃহয়ামি দ্বিজাতেভ্যো যেষাংব্রহ্ম পরংধনম্। যেষাং স্বর্গস্তপঃ স্বাধ্যায়মাধনম্ ॥৩।

যেষাং বালাশ্চ বৃদ্ধাশ্চ পিতৃপৈতামহাংধুরম্। উৎবহন্তি ন সীদন্তি তেভ্যোবৈ স্পৃহয়াম্যহম্ ॥৪॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়— ভরত শাগেগী মুংঙাইনিংঙাই, লেম্বনিঙাইগী মশক্ ওইবা। ইবুধৌ। জগৎ অসিদা কয়ম কয়স্বা মীশকা পূজাতৌননীঙায়, খুকম্নীংঙাই ওইবগে? কয়ম কয়স্বা মীশকপু ইবুধৌ নশামক্কা খুরুম খাজযগে? ইবুধৌ ভীষ্ম নশামক্কা কয়ম কয়স্বা মীশকী করি কয়ম কয়স্বা গুণবু মিহৌকগা লোয়ননা পাম্বিবগে? মাস পূম্নমকসি অমুক্তা হায়াবিয়ু ॥১। শাথিনা অরাবা থুদোংথাবদা তায়স্ মতমদা কয়ক কয়স্বা মীশকপু নীংশিংবিয়কপগে? অদুগা ইহলোক পরলোক অনীমক্তা কায়নবা মীশকা কবা কনানা ওইবগে? হায়ায়িবশিংসে থোজানবিদুনা অমুক্তা তাকপিয়ু ॥২॥ ভীষ্মনা হায়— যুধিষ্ঠির, ব্রহ্ম ( বেদ–বেদ জ্ঞান ) না মাগী অথোইবা মরল ওইবা, আত্মজ্ঞানতনা স্বর্গনি থনজবা, বেদশাস্ত্রবু নৈনবা তম্বতনা মাগী অথোইবা তপস্যা ওইজবা, অদুগুম্বা ব্রাহ্মণবু ঐনা মিহৌই ॥৩। অদুগুম্বা মহাক অদুগী শাগেদা পরিবারদা লৈরিবা অঙাং মচা মচাদগী অহল্লমন্ কাওবনা মপা মপুগী শরম্পরাদগী চৎনরকপা ধর্ম্মিক অমদি আধ্যাত্মিক ওইবা থবকপু য়োকথৎ চাওখৎহনবগী থবক্তা পূক্নীং চঙলিবা অদুগা অদুগুম্বা গুণ ওইবা, জগৎকী মঙ্গলগী মশক্ ওইবা থবক্তা পূক্নীং চঙবা ওইরিবা, অদুগুম্বা মহাক অদুবু ঐনা পামজৈ মিহৌই ॥৪॥

ন মেত্বৎপ্রিয়তরো লোকেঽস্মিন্ পাণ্ডুনন্দন। ত্বত্তশ্চাপি প্রিয়তরা ব্রাহ্মণা ভরতর্ষভ ॥১৩॥
যথা মম প্রিয়তরাস্তকো বিপ্রাঃ কুরূত্তম। তেন সত্যেন গচ্ছেয়ং লোকান্ যত্র স শান্তনুঃ ॥১৪॥
ন মেপিতাপ্রিয়তরো ব্রাহ্মণেভ্যস্তথাভবৎ। ন মেপিতুঃ পিতাবাপি যে চান্যেঽপিসুহৃজ্জনাঃ ॥১৫॥
ন হি বৃজিনং কিমেতৎ বিদ্যতে ব্রাহ্মণেষিহ। অণু বা যদি বাস্থূলং বিদ্যতে সাধুকর্মসু ॥১৬॥
কর্মনা মনসা বাচি বাচাবাপি পরন্তপ। যন্মেকৃতংব্রাহ্মণেভ্যস্তেনাদ্য ন তপাম্যহম্ ॥১৭॥
ব্রহ্মণ্য ইতি মামাহুস্তস্মা বাচাস্মি তোষতঃ। এতদেব পবিত্রেভ্য, সর্বেভ্যঃ পরমং স্মৃতম্ ॥১৮॥
পশ্যামি লোকানমলাঞ্শুচীন্ ব্রাহ্মণযামিনঃ। তেষুতাত গন্তব্যমহ্নায় চ চিরায় চ ॥১৯॥
যথা ভর্ত্রাশ্রয়ো ধর্মঃ স্ত্রীণাংলোকে যুধিষ্ঠির। স দেবঃ সা গতি র্নান্যা ক্ষত্রিয়স্য তথা দ্বিজাঃ ॥২০॥

---

বিজ্ঞান জ্ঞাননা ভিন্নবা ব্রাহ্মণ ওইবা অমা পোকচন্নমলবদি ঈশানা থম্লনি, পোকপগী মহৈ য়াম্লবনি হায়না থজরম্লদবনিদো ॥১১-১২॥ পাণ্ডুনন্দন! যুধিষ্ঠির! সংসার অসিদা নঙদগী মপোকীদি নঙোন্দগী হেন্না নুংশিজবসে ঐগী কনা অমত্তা লৈতে। অদুবু, হৌজিক হায়রিবা ব্রহ্মজ্ঞানী ব্রাহ্মণশিংদুবুদি ঐনা নঙোন্দগীসু হেন্না নুংশিজৈদো ॥১৩॥ কুরু শাগেগী অথোইবা! অদুগুম্বা ব্রহ্মজ্ঞানী ওইবা ব্রাহ্মণবু নঙোন্দগী হেন্না নুংশিজৈ পামজৈ। হায়রিবা তত্ত অসিগী প্রভাবনা ঐ ব্রহ্মজ্ঞানীশিং অদুনা লৈরিবা পুণ্যলোক অদুদা চৎপ্রগে। মকম অসিদা ঐবু পোকপা ঈপা শান্তনুনা লৈরি।১৪। ঐদি ঐগী ঈপা শান্তনু অদুদগীসু ব্রাহ্মণশিং অদুনা হেন্না নুংশিজৈ। ঈপাদুডা নত্তনা শাগেনাতে মরূপ-মপাংশিংদগীসু ব্রাহ্মণশিং অদুবু হেন্না নুংশিজৈ। ঈপা ঈপুশিংমকগীসু মথোয়না হেল্লি হায়না ঐনা খল্লি ॥১৫॥ ঈপা ঈমাগী মকমদা ঐগী করিগুম্বা অরানবা দোষ অপরাধ লৈখিবদি য়াই, লৈরম্বসু য়াই। অদুগা ব্রাহ্মণশিংদুগী মকমদদি ঐদি করিগুম্বা দোষ অপরাধ অমত্তা লঙজখিবা লৈত্রি হায়না খল্লি ॥১৬॥ য়েক্কবশিংবু অরাবা পীডম্বা নিংথৌ যুধিষ্ঠির! পুক্নীংনা, চকচাং খোঙ-খুৎনচিংবনা অদুগা রাহৈনা করিগুম্বা অরানবা লমচৎ অমত্তা অদুগুম্বা ব্রাহ্মণশিং অদুদা ঐনা চৎখিবা লৈত্রি। মাদুগী মহৈনা তেন্না পুময়োম্ য়োমলবা চকচাং অসিদা করিগুম্বা অরাবা অনাবা চৈনাখোল অমত্তা ঐঙোন্দা হৌজিক ফাওবা ফাওত্রি ॥১৭॥ লোকনা সমাজনা ঐবু ব্রাহ্মণভক্তনি হায়নৈ। মথোয়গী অদুগুম্বা রাহৈদু তাবদা ঐ য়াম্না পেন্থে। অদুগুম্বা ব্রাহ্মণশিংগী সেবাতনা ঐঙোন্দদি থাইদগী হেন্না শেংলবা অমদি পুণ্য চেন্নবা কর্ম ওই।১৮॥ অদুগুম্বা ব্রাহ্মণশিংগী সেবাতনা ফংগদবা পুণ্যলোক অদো, ঐনা মকম অসিদগী তশেং তশেংনা উরি। ঐ হৌজিক, অদুগুম্বা ব্রাহ্মণশিংনা লৈবা পুণ্যধামদা চৎপা তারিবানি ॥১৯॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠির! মপুরোয়বতনা নুপীশিংগী মকমদা অথোইবা দেবতা অমদি গুরু ওইবদুগুম্বা ক্ষত্রিয়শিংগী মকমদদি ব্রহ্মজ্ঞানী ওইবা ব্রাহ্মণশিংতনা ক্ষেত্রিয়শিংগী মকমদা অথোইবা দেবতা অমদি গুরু ওই। ব্রাহ্মণশিংতনা ক্ষত্রিয়পরমগতি অমদি অথোইবা দেবতা ওই। ক্ষত্রিয়শিংগীদি অদু নত্তবা অতৈ অতোপ্পা গতি অমতা লৈত্রে ॥২০॥

পিতেব পুত্রাণ রক্ষেথা ব্রাহ্মাণোন ধর্ম্মচেতস:। গৃহে চৈবামবেক্ষেথাঃ কিংস্বিদস্তীতি জীবনম ।।২৭।।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং অনুশাসনপর্বনি
দান ধর্মপর্বনি অষ্টমোহ্ ধ্যায়: ॥

মথুৎত্তা চৈ-চৈত্তুপ পায়দুনা শল ইরোইবু ভাক শেনবহুগুম্না নিংথৌনা মথুত্তা রাজদণ্ড পায়দুনা ব্রাহ্মণশিংবু ভাক শেন্দুনা লৈগদবনি।২৮।। মচানা মপা অহল ওইরববু ভাক শেনবা য়োকপত্নগুম্না ক্ষত্রিয় নিংথৌনা মপা শক্লবা ব্রহ্মণ প্রজাশিংবু ভ'ক শেনগদবনি। য়ুম্বু রেন্না য়ুম অচগী অরাং অপা কাঁয় কয়ি লৈরিবগে হয়ান চিংথি কনা কনা য়াওরিবগে হায়না মীকুপ য়াক দন য়েংবহুগুম্না।২৭।খৌনা বিশেষ ওইনা ব্রাহ্মণ্জাণী ওইবা ব্রাহ্মণনচি'বা প্রজাশিংবু চোকশিন্না ভাক শেন্দুনা য়োক থাক্নুনা থমগদবনি ॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অনুশাসন পর্বদা দান ধর্মপর্বদা ব্রাহ্মণগী মহিমা তাকপগী নিপালগুবা অধ্যায় লোয়রে।

---

# মণিপুরী মহাভারত

## নবমোঽধ্যায়ঃ।

( ব্রাহ্মণদা দান তৌবগী বিষয় লমচুইগা য়োংগা ভাওনরকপগী মতাং )

মাপলগুবা অধ্যায়

### যুধিষ্ঠির উবাচ

ব্রাহ্মণাংনাং তু লোকাঃ প্রতিশ্রুত্য পিতামহ। ন প্রযচ্ছন্তি মোহাৎ তেকে ভবন্তি মহাদ্যুতে ॥১॥

এতন্মে তত্ত্বতো ব্রূহি ধর্মং ধর্মভৃতাং বর। প্রতিশ্রুত্যদুরাত্মানো ন প্রযচ্ছন্তি যে নরাঃ ॥২॥

### ভীষ্ম উবাচ

যো দদ্যাং প্রতিশ্রুত্য স্বল্পংবা যদিবাবহু। আশাস্তস্যহতাঃ সর্বাঃ ক্লীবস্যেব প্রজাফলম্ ॥৩॥

যাংরাত্রিং জায়তে জীবো যাংরাত্রিং চ বিনশ্যতি। এতস্মিন্নন্তরে যৎযৎ সুকৃতং তস্যভারত ॥৪॥

যচ্চ তস্য হুতং কিঞ্চিৎ দত্তংবা ভরতর্ষভ। তপস্তপ্তমথো বাপি সর্বংতস্যোপহন্যতে ॥৫॥

অত্রৈতৎ বচনং প্রাহুর্ধর্মশাস্ত্রবিদো জনাঃ। নিশম্য ভরতশ্রেষ্ঠ বুদ্ধ্যা পরমযুক্তয়া ॥৬॥

অপিচোদাহরন্তীমং ধর্মশাস্ত্রবিদো জনাঃ। অশ্বানাং শ্যামকর্ণানাং সহস্রেণচ মুচ্যতে ॥৭॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ—ধর্মাত্মাশিংগী মনুংদা অখোইবা ! খোইদোক্ত তেজ লৈরবা ইবুঙো ! ব্রাহ্মণদা করিগুম্বা তক্সাংখিবা অমদগী পীজ্রবদি মী মহাক অদু হন্দকমুক্কী নত্রগা হয়েং মপোক্কা করি ওইখিবগে ? ধর্ম অসিগী তত্ত্ব অসি মুম্না অমুক্কা তাকপিয়ু ॥১-২॥ ভীষ্মনা হায় :— যুধিষ্ঠির ! কনাগুম্বা অমদা করিগুম্বা অম পীগনি হায়দুনা রাশক্লগা নত্রগা সংকল্প তৌরগা পীজ্রবদি, নপুংসক ওইবা অথুংবী মীগী মচামশু ফংবগী আশা পুম্বা মাঙবদুগুম্না মানা তৌরম্বা আশা পুম্বা লোইনা মাঙতি ॥৩॥ ভরত নন্দন ! যুধিষ্ঠির ! জীবনা (মীওইবনা) অদুগুম্বা অহিংদা শিখিবা অহিং অনীদুগী মরক্তা পুনাশ চুম্না মহাক্না তৌখিবা পুণ্য কর্ম দান ধর্মগী মহৈ পুম্নমক অদু প্রতিজ্ঞাভঙ্গগী হায়বদি রাশক থুগাইবগী দোষ পাপনা মীকুপ্তা লোইনা মাঙখি ॥৪-৫॥ ভরত শাগেগী অখোইবা ! ধর্মশাস্ত্রবু কুপনা নৈনবা, দেবানীবু তত্ত নৈনবা মীশিংনা হায়রিবা রাকম বিষয় অসি মুম্না লেপনরপা হায়খিবনি ॥৬॥ খঙহৈবা মীশিংনা অসুম্না হায়নৈ, মদুদি রাশক কায়বা, মথাগী রাশক

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্। শৃগালস্য চ সংবাদং বানরস্য চ ভারত ॥৮॥
তৌ সখায়ৌ পুরা হ্যাস্তাং মানুষত্বে পরন্তপ। অন্যাং যোনিং সমাপন্নৌ শৃগালীং তথা ॥৯॥
ততঃ পরাসূন্ খাদন্তং শৃগালং বানরোঽব্রবীৎ। শ্মশানমধ্যে সংপ্রেক্ষ্য পূর্বজাতিমনুস্মরন্ ॥১০॥
কিং ত্বয়া পাপকং পূর্বং কৃতং কর্ম সুদারুণম্। যস্ত্বং শ্মশানে মৃতকান্ পূতিকানৎসি কুৎসিতান্ ॥১১॥
এবমুক্তঃ প্রত্যুবাচ শৃগালো বানরং তদা। ব্রাহ্মণস্য প্রতিশ্রুত্য ন ময়া তদুপাহৃতম্ ॥১২॥
তৎকৃতে পাপকীং যোনিমাপন্নোঽস্মি প্লবঙ্গম। তস্মাদেবংবিধং ভক্ষ্যং ভক্ষয়ামি বুভুক্ষিতঃ ॥১৩॥

ভীষ্ম উবাচ

শৃগালো বানরং প্রাহ পুনরেব নরোত্তম। কিং ত্বয়া পাতকং কর্ম কৃতং যেনাসি বানরঃ ॥১৪॥

বানর উবাচ

সদা চাহং ফলাহারো ব্রাহ্মণানাং প্লবঙ্গম।
তস্মান্ন ব্রাহ্মণস্বং তু হর্তব্যং বিদুষা সদা। সন্তং বিবাদো মোক্তব্যো দাতব্যং স্ব প্রতিশ্রুতম্ ॥১৫॥

---

থুগাইজবা মীনা লওজবা পাপ দোষ অতুগী প্রায়শ্চিত্ত শংবাদ্রবা চুগী মনাকোং পানবা শগোলশিং ভম দান তৌরবতদা ওই। মতুতদা প্রতিজ্ঞা ভঙ্গগী পাপ কোকই। *॥৭॥

ভরতবংশদা পোকপা নিংথৌ! অসিগুম্বা কিবা অসিগী মতাং কাবপদা হৌগে অশি ওইবা মীনা লমচৎইগা য়োগা অনীনা ওওনখিবগী ৱারী অদু হেক হৌকৈ ॥৮॥ শেকুবশিংবু রাতনবগুম্বা। য়েকু-বশিংবু নমহৎপগুম্বা নিংথৌ! মপোক অমদা মরূপ ওইমিন্নরম্বা মী অনীনা মাগী মাগী কর্মগী গতিনা অতোপপা মপোক অমদা অমনা লৈহুই অমনা য়োং ওইনা পোকখি॥৯॥ নোংমা লমহুই অতুনা মোংকমদা শক্ন চীক্কুনা খেক্কুনা চাবহু উবদা মহালমুক্কী মপোক নীংশিংবা য়োং অতুনা নীংশিংডুকুনা মরূপ ওইরম্বা লমহুই অতুদা অসুম্না হায়রকই:— মরূপ! মহাক মহালমুক্কী মপোক্ত করম্বা কত্রবা কর্ম তৌরুবনা ইন্দকী মোংকমদা শক্ন চীক্কুনা শক্ন চাহুনা লৌরুবনো ॥১০-১২॥ য়োং অতুনা অসুম্না হাংলক্রবদা লমহুই অতুনা অসুম্না খুমলকই:— মরূপ! য়োং! ঐনা মহালমুক্কী মপোক্তা ব্রাহ্মণ অমদা দান তৌগনি, পীগনি হায়রুনা হায়রুরগা (রিশবলুরগা) রাশক অদু ঙাকখিদে। দানহু তৌখিদ্রে। অতুনা ইন্দকমুক্কী মপোক্তা, পাপ যোনিদা পোক্রিবসিনি। মরম অতুনা খোইনা লামলকাওবা অবংবা শক্ন ভারুতনা ঐগী চীঞ্জাক ওইরিবসিনি। কত্রবা, হংগোইনিঙাই ওইরবা পোৎশক্কা ঐগী চীঞ্জাক ওইরি ॥১২-১৩॥ ভীষ্মনা হায়:— নিংথৌ! অতুগী তুংদা লমহুইহুনসু য়োং অদুদা ওনখতুনা হংডকই —মরূপ! নংদ করম্বা কত্রবা কর্ম তৌরুবদগী য়োং ওইনা পোক্রিবনো? ॥১৪॥ মাহু তাবদা য়োংহুনা অসুম্না হায়রকই—ঐ মহালমুক্কী মপোক্ত ব্রাহ্মণগী উহে রাহে ফহুমা চাখি। মাহুগী পাপনা ঐ য়োং ওইনা পোক্রিবসিনি। অতুনা

---

* হায়রিবাস ভাবতি প্রাতজ্ঞাভঙ্গ (রাশক কায়বগী) প্রায়শিত্ত তৌবা ওইথোক্কবনি (কালাচাঁদ)

### ভীষ্ম উবাচ

ইত্যেতৎ ক্রতুতো রাজেন ব্রাহ্মণস্য ময়া শ্রুতম্। কথাং কথয়তঃ পুণ্যাং ধর্মজ্ঞস্য পুরাণীম্ ॥১৬॥
শ্রুতশ্চাপি ময়াভূয়ঃ কৃষ্ণস্যাপি বিশাম্পতে। কথাংকথয়তঃ পূর্বং ব্রহ্মানং প্রতিপাণ্ডব ॥১৭॥
ন হর্ত্তব্যং বিপ্রধনং ক্ষন্তব্যং তেষু নিত্যঃ। বালাশ্চ নাবমন্তব্যা দরিদ্রা কৃপণা অপি ॥১৮॥
এবমেবচ মাংনিত্যং ব্রাহ্মণাঃ সংদিশন্তিবৈ। প্রতিশ্রুত্যভবেৎ দেয়ং নাশাঃ কার্য্য দ্বিজোত্তমে ॥১৯॥
ব্রাহ্মণো হ্যশিরা পূর্ব্ব কৃতয়া পৃথিবীপতে। সুসমিদ্ধো যথাদীপ্তঃ পাবকস্তদ্বিধো স্মৃতঃ ॥২০॥
যং নিরীক্ষ্য সংক্রুদ্ধ আশয়া পূর্বজাতয়া। প্রদহেচ্চাহি তং রাজন কক্ষমক্ষয্যভুগ্ যথা ॥২১॥
স এব হৃষদা তুষ্টো বচঃ প্রতিনন্দতি। ভবত্যগদ সংকাশো বিষয়ে তস্য ভারত ॥২২॥
পুত্রান্ পশূংশ্চ বান্ধবান্ সচিবাংস্তথা। পুরং জনপদং চৈব শান্তিরিষ্টেন পোষয়েৎ ॥২৩॥

অশিংবা মান। ব্রাহ্মণগী মপোৎ লেম্নথুনা থক লৌরোইদবান। করিগুম্বা মতমদা ব্রাহ্মণশিংগা থক থংন-চৈনরোইদবান। অহুগা ব্রাহ্মণনা করিগুম্বা পোৎ অম দান তৌগনি কংকনি হায়রুরবদি মাহু শোয়-দনা পীথেকাথগদবান ॥১৫॥ ভীষ্মনা হায়ঃ—নিংথৌ। রারী অসে ঐনা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমগী মচীন্দগী তাখি। মহাক অহু মমাঙৈগী লিরবা রারী য়াম্না লী লীহুনা তাহল্লম্মী ॥১৬॥ প্রজাগী মপু। পাণ্ডুনন্দন। অহুগা ঐনা রারী অস ভগবান শ্রীকৃষ্ণমক্তদগীসু অমুক তাখি। কৃষ্ণনা রারী অসি কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমগী মকমদা লীবিরিবৈদা ঐনা তাখিবনি। ঐভোন্দমক্তদি লীবিখিবা নত্তে ॥১৭॥ ব্রাহ্মণগী মরল থক হুরোহদৌবনি। ব্রাহ্মণ মশানা নভোন্দ লাল্লরবসু ক্ষমাভাবতা (মীগী মরাল খিদবগী ভাবতা) ব্রাহ্মণহুদা অয়ানবা থক শীরোইদৌবনি। অভাং ওইরবসু, মশক থীরবসু, লীক্লবসু ব্রাহ্মণবু থোওই উশিন্তবা থক তৌকদে ॥১৮॥ ব্রাহ্মণশিং মশানসু ঐভোন্দা পাউতাক অসি হেক হেক পীবিখিবনি মাহুদি ব্রাহ্মণগী মরল থক লৌরোইদৌবনি। ব্রাহ্মণগী য়াথং মকম পূম্বদা ভাকদবনি ॥১৯॥ পৃথিবীগী মপু! যুধিষ্ঠির! ব্রাহ্মণদা করি পোৎ পীগনি কংকনি হায়হুনা ব্রাহ্মণহুগী থম্মোয়দা আশা অম পোকহল্লরবদি আশা অহু ব্রাহ্মণহুগী থম্মোয়দা লংলবা মৈগী মতীগুম চাক্তুনা ভান্দুনা লৈ। আশাহু থুহন্দ্রবদি আশাগী মশক ওইরবা মৈ অহুনা ভনশিল্লকুনা নংবু চাকথেক্লগনি ॥২০॥ নিংথৌ। অহানবদা তৌখ্রবা আশা অহু কায়থ্রবদি আশাহুনা মৈ ওইনা হোৌরবা ব্রাহ্মণনা য়েংথোকখিবা মায়গৈ নত্রগা পোৎ অদো উৎ ওইনা মাঙবহুগুম্না মাঙডি ॥২১॥ ভরতবংশদা পোকপা। নিংথৌ! যুধিষ্ঠির! নীংব থুংহুনা পেনখিহুনা ব্রাহ্মণনা মাগী আশীর্বাদ কী রাহৈতনা নিংথৌবু লৈশি লৈথোনবিথ্রবা অহুগুম্বা রাহৈহুনা নিংথৌগী রাজ্য অহুগী মকমদা ওস্তোক্লা কায়রবা হীনাক (মহৌষধি) অম ওই। লায়না পূম্নমক কোকহনবা গুম্বা বৈদ্য (মাইবা) অমগী মশক ওই॥২২॥ অহুগা মাহুনা দান তৌজরিবা দাতা অহুগী মচা মশু শাপৈ নাতৈ, শগোল শামু, মন্ত্রী নগর অহুগা লৈপাক পূম্নমক অহৌনমক্তদি মহামঙ্গলগী চাওথংননবগী মচাক অম ওই। আশীর্বাদকী রাহৈহুমতনা পূম্নমক্তুনা

এতদ্ধি পরমং তেজো ব্রাহ্মণেস্বিহ দৃশ্যতে। সহস্রকিরণস্যেব সবিতুর্ধরণী তলে ॥২৪॥

তস্মাদ্দাতব্যমেবেহ প্রতিশ্রুত্য যুধিষ্ঠির। যদীচ্ছেচ্ছোভনাং জাতিং প্রাপ্তুং ভরত সত্তম ॥২৫॥

ব্রাহ্মণস্যেহদত্তেন ধ্রুবং স্বর্গো হ্যনুত্তমঃ। শক্যঃ প্রাপ্তুং বিশেষেণ দানং হি মহতী ক্রিয়া ॥২৬॥

ইতো দত্তেন জীবন্তি দেবতাঃ পিতরস্তথা। তস্মাদ্দানানি দেয়ানি ব্রাহ্মণেভ্যোবিজানতঃ ॥২৭॥

মহদ্ধি ভরতশ্রেষ্ঠ ব্রাহ্মণস্তীর্থমুচ্যতে। বেলায়াং ন তু কস্যাঞ্চিৎ গচ্ছেৎ বিপ্রো হ্যপূজিতঃ ॥২৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাম্ অনুশাসন পর্বণি দানধর্মপর্বণি শৃগালবানরসংবাদে নবমোঽধ্যায়।

য়োক থাকই ॥২৩॥ পৃথিবী অসিদা ব্রাহ্মণগী খুদিংদগী তেজ অমু মঙোন্না নুমিৎ লৈশিং লৈশিং পুরবা নুমিৎকী মতৌগুম উই ॥২৪॥ ভরত শাদৈগী অথোইবা নিপা! নিংথৌ! করিগুম্বা মপোক্ত নীংথিবা অথোইবা মপোক্ত পোক্নিংলবসি কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমদা কাউরক্লবা অদু নাহক্না তাউদোকপুরবাদ, স্বর্গকলুরবদি মাহ শোয়দনা পীথোকখিগদবনি ॥২৫॥ ব্রাহ্মণদা অপাম্বা পাম্নবা থাদনা দান তৌরবদি স্বর্গগী মুংঙাইরবা ভোগপু চাবা (ফংবা) ঙম্মি। মরম অদুনা কর্ম পুম্নমক্তগী দান হায়বা ধর্ম অসি হায়্না অথোইবা অমা ওইনা লৈবনি ॥২৬॥ ইহলোকঅসিদা ব্রাহ্মণদা মতীক চানা দান তৌরবদি দেৱতা লৈবাক্কা লাইয়াম অদুগা পিতৃ মাতৃলোক পুম্বনা পেনবনি। মরম অসিদা জ্ঞানী ওইবা ব্রাহ্মণ দান তৌগদবনি ॥২৭॥ ভরত শাদৈগী অথোইবা! ব্রাহ্মণ হায়বসি চাওথবা মগুন লৈবা তীর্থ অমনি হায়নরিবনি। অদুনা নয়নদা ব্রাহ্মণ অমনা হরাও হরাও লাক্লবদি মহাকপু করিগুম্বা অওবা দান অমম থংহন্দনা থক চৎহনখিরোইদৌবনি। নীংথিজন্না নোল্লুম্পা হাইহনবু হরাব তরাম বিদায় তৌগদবনি ॥২৮॥

মক্তম অসিদা শ্রী মহাভারতদা শ্লোক লৈশিং চাননা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অনুশাসনপর্বদা দান ধর্মগী পর্বদা শৃগালবানরসংবাদগী মাংগলগুবা অধ্যায় লোইরে।

---

# মণিপুরী মহাভারত

## দশমোঽধ্যায়ঃ

### ( অধিকার লৈতবা মী উপদেশ পীবগী মাওবগী কান্নববগী মতাং )

### তরাশুবা অধ্যায়

#### যুধিষ্ঠির উবাচ

মিত্রসৌহৃদযোগেন উপদেশং করোতি যঃ। জাত্যাধরস্য রাজর্ষেদোষস্তস্য ভবেন্নবা ॥১॥

এতদিচ্ছামি তত্ত্বেন ব্যাখ্যাতুং বৈ পিতামহ। সূক্ষ্মা গতির্হি ধর্মস্য যত্র মুহ্যন্তি মানবাঃ ॥২॥

#### ভীষ্ম উবাচ

অত্র তে বর্ত্তয়িষ্যামি শৃণু রাজন্ যথাক্রমম্। ঋষীণাং বদতাং পূর্বং শ্রুতমাসীৎ যথাপুর ॥৩॥

উপদেশো ন কর্ত্তব্যো জাতিহীনস্য কস্যচিৎ। উপদেশে মহান্দোষ উপাধ্যায়স্য ভাষ্যতে ॥৪॥

নিদর্শনমিদং রাজন্ শৃণু মে ভরতর্ষভ। দুরুক্তবচনে রাজন যথাপূর্ব্বং যুধিষ্ঠির ॥৫॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হংজি :—ঈবুধৌ। কনাগুম্বা রাজর্ষি অমনা মরূপ ওইনা চান্নবা তিন্নরুবদগী অতোনবা জাতিগী মীদা শূন্নবচিংবদা ধর্মগী পাউতাকরুচিংব পীরুরবদি রাজর্ষি অদুগী করিগুম্বা দোষ পাপ অমৎত্ত লৈরবরা? বিষয় অসিগী মরমদা ঐ য়াম্ন মুম্ন খঙজনীওজি। য়াসি শব্দোক্ত তশেংনা অমুক্ত ব্যাখ্যা তৌদুনা তাকপিয়ু। করিনা হায়রবদু ঈবুধোনা খঙবিরিবতুনি, ধর্মগী গতি হায়রবসি য়াম্ন কুপনা থুপনা লৈপ্র-বনি। অদুনা, ধর্মগী মরমদা কুপ্পা খিজিন্নুরবদি অয়াম্বনা খুন্ফম খঙদবনু লাকই ॥১ ২॥ ভীষ্মনা হায় :—নিংথৌ। মহাক্না হংলিবা বিষয় অসিগী মরমদা মমাঙৈদা ঐনা ঋষিমুনিশিংগী মচীন্দগী তাথিবশিং অদু মথংশীংবা হায়রকে: চনীংতাম্ন পুক্নীং অনী লোংদনা তাও ॥৩.৪॥ অতোনব জাতিগী মীদা য়ারিবমথৈ পাউতাক পীরোইদৌবনি। মাদুম তৌরবদি পউতাক পীরুরিবা উপদেশক মহাক্নীসু য়াম্ন অমাঙবা ওইবত্ত বত্তনা দোষ পাপ অমসু ওই ॥৪॥ ভরত শাগেগী লৈতেংগী মশক ওইরবা নিংথৌ! মহাক্না হায়রিবা বিষয়গী মরম খুদম ওইনা য়ারী অম লিগে তাও। য়ারী অসে, অরাবা তারবা, অতোনবা জাতিদা পাউতাক পীরুবগী দোষ পাপ অদুগা য়াম্ন লৈনবা য়ারীনি ॥৫॥

ব্রহ্মাশ্রমপদেবৃত্তং পার্শ্বে হিমবতঃ শুভে। তত্রাশ্রমপদং পুণ্যং নানাবৃক্ষগণায়ুতম্ ॥৬॥
নানাগুল্মলতাকীর্ণং মৃগদ্বিজনিষেবিতম্। সিদ্ধচারণসংযুক্তং রম্যং পুষ্পিতকাননম্ ॥৭॥
ব্রতিভির্বহুভিঃ কীর্ণং তাপসৈরুপশোভিতম্। ব্রাহ্মণৈশ্চ মহাভাগৈঃ সূর্যজ্বলনসন্নিভৈঃ ॥৮॥
নিয়মব্রতসম্পন্নৈঃ সমাকীর্ণং তপস্বিভিঃ। দীক্ষিতৈর্ভরতশ্রেষ্ঠ যতাহারৈঃ কৃতাত্মভিঃ ॥৯॥
তপোহধ্যয়নঘোষৈশ্চ নাদিতং ভরতর্ষভ। বালখিল্যৈশ্চ বহুভির্যতিভিশ্চ নিষেবিতম্ ১০॥
তত্র কশ্চিৎ সমুৎসাহং কৃত্বা শূদ্রো দয়ান্বিতঃ। আগতোহ্যাশ্রমপদং পূজিতশ্চ তপস্বিভিঃ ॥১১॥
তাংস্তু দৃষ্ট্বা মুনিগণান দেবকল্পান মহৌজসঃ। বিবিধাং বহতো দীক্ষাং সম্প্রাহৃষ্যত ভারত ॥১৩॥
ভবৎপ্রসাদমিচ্ছামি ধর্মং বক্তুং দ্বিজর্ষভ। তন্মাং ত্বং ভগবান বক্তুং প্রব্রাজয়িতুমর্হসি ॥১৪॥
বর্ণাবরোহহং ভগবান শূদ্রো জাত্যাস্মি সত্তম। শুশ্রূষাং কর্তুমিচ্ছামি প্রপন্নায় প্রসীদ মে ॥১৫॥

হিমালয়গী নাকল চাংখোঙ অমদা ফজরবা আশ্রম লৈ। আশ্রম অদুগী মনুংদা জ্ঞানী ব্রাহ্মণশিংসু য়াম্না লৈ। মাদুদা থৌদোক অম থোকখি। আশ্রম অদো, মথক মথা য়াম্না তৈপাংদ লৈপাম্না পম্না লৈদুনা ওইখোল্লা ফজরবা মফম অম ওইরম্মি ॥৬॥ মথল মথলগী ফজরবা উগী য়াগীনা থল্লা লৈবা আশ্রমনি। উচেক সাং সাংনা অদুগা শজী শংগাইশিংনা আশ্রম অদুগী সেবা তৌবগুম লৈরম্মি গন্ধর্ব সিদ্ধসাধ্য চারণশিংনা থল্লা লৈবা আশ্রমনি। আশ্রম অদুগী অকোয়বদা মনাক কয়াদা লৈগী লৈমজুনা থল্লা হৌই ॥৭॥ ব্রত নিয়ম কল্লবা ব্রাহ্মণ তপস্বীমচুনা মাচ মচিদা আশ্রম অদুগী সেবা তৌবগুম লৈ। নুমিৎ থাগী তেজ পুরবা, পুকচেল চাউরবা ব্রাহ্মণতনা থল্লা লৈরবা আশ্রমনি ॥৮॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা আশ্রম অদো ব্রতনিয়ম কল্লবা, নিয়ম বিধি কায়দনা দীক্ষা ফংলবা, ওথা নাইনা তমলবা ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লবা খজিক খজিক চাবদা হেক্ত পেল্লরবা মুনিশিংতনা থল্লা লৈরবনি। বালখিল্য সন্ন্যাসীশিংনা আশ্রমদুগী সেবা তৌদুনা লৈরিবনি ॥৯॥ ভরত শাগৈগী লৈতেং! নিংথৌ! যুধিষ্ঠির! আশ্রম অদো নুমিৎ চুপ্পা বেদ গানগী খোল্লেত্তনা পুমনিন নিল্দুনা লৈরিবনি ॥১০॥ মফম অদুদা নোংমা য়াম্ন থৌজাল হৈবা শূদ্র অমা থৌনা ফনা চঙকই। মফম অদুদা লৈরম্বা তপস্বীশিংদুনা মহাকপু তরাম তরাম্ন স্বাগত তৌবিরম্মি ॥১১॥ ভরত নন্দন যুধিষ্ঠির! মফম অদুদা লৈরম্বা দীক্ষমন্ত্র লৌদুনা ধ্যানপস্যাব্রত উপাসনা তৌদুনা লৈরিবা মুনিশিং অদুবু উবদা শূদ্র অদু ওইখোল্লা পেনখ্রে নুংঙাইখ্রে ॥১২॥ ভারত! ভরতভূষণ! যুধিষ্ঠির শূদ্র অদুগী পুক্নীংদা থওহৌদনা তপস্যা তৌরগে হায়না থমখি। অদুনা মহাক কুলপতি (মুনিশিংদুগী মকোক—মহন্ত) অদুগী চরণ অদু পায়দুনা অসুম্না হায়জরকই ॥১৩॥ স্বামীজী! ব্রাহ্মণ অথোইবা! নমাই ঐ ব্রাহ্মণগী কৃপাদগী ধর্মগী তত্ত্বজ্ঞান ফংজনীঙঙি। অদুনা ভগবন! ঐঙোন্দা থৌজানবিদুনা সন্ন্যাসগী দীক্ষামন্ত্র পীনবীয়ু ॥১৪॥ ঐ সন্ন্যাসী ওইজরগে। খাঙ্গেশেংবদি নমাই ঐ অতোনবা জাতি শূদ্র জাতিদা পোকপনি ॥১৫॥

কুলপতিরুবাচ

ন শক্যমিহ শূদ্রেণ লিঙ্গমাশ্রিত্য বর্ত্তিতুম। আস্যতাং যদিতে বুদ্ধি শুশ্রূষানিরতো ভব ॥১৬॥
শুশ্রূষয়া পরাঁল্লোকানপ্স্যাসিনশংশয়ঃ ॥১৭

ভীষ্ম উবাচ

এবমুক্তস্তু মুনিনা স শূদ্রোঽচিন্তয়ন্নৃপ। কথমত্র ময়া কার্যং শ্রদ্ধা ধর্মপরাচমে ॥১৮॥
বিজ্ঞাতমেব ভবতু করিষ্যে প্রিয়মাত্মনঃ। গত্বাশ্রমপদাৎ দূরমুটজং কৃতবাংস্তু স ॥১৯॥
তত্র বেদীং চ ভূমিং চ দেবতায়তনানি চ। নিবেশ্য ভরতশ্রেষ্ঠ নিয়মস্থোঽভবন্মুনি ॥২০॥
অভিষেকাংশ্চ নিয়মান্ দেবতায়তনেষু চ। বলিং চ কৃত্বা হুত্বা চ দৈবতাং চাপ্যপূজয়াৎ ॥২১॥
সংকল্পনিয়মোপেতঃ ফলাহারো জিতেন্দ্রিয়ঃ। নিত্যং সান্নহিতাভিস্তু ঔষধিভি ফলৈস্তথা ॥২২॥
অতিথীন পূজয়ামাস যথাবৎ সমুপাগতান। এবং হি সুমহান কালো ব্যতক্রামত তস্যৈব ॥২৩॥

---

মাদু তরদা কুলপতি হায়রকই :— অ শ্রম অসিদা বনাহন্না শূদ্র অমহনা সন্ন্যাসী লিঙ্গা মস্থু লৌদুনা সন্ন্যাসী ওইবা য়াদে। অদুগা নহাক্না অ শ্রম অসিদা লৈগে হায়বদি, লৈনিংলবদি লৈব য়াই, লৈয়ু। লৈরিবা মহ ত্মশিং অসিগী সেবা লাংবা তৌদুনা লৈয়ু। সেবা ধর্ম্মতনা অথোইবা থাম অদো অদুম ফংগনি। মাদুদা বরিমতা চিনবা তৌগন্নু ॥১৬–১৭॥ ভীষ্মনা হায়ঃ—নিংথৌ! মুনিদুনা অসুম্না হায়রক্লকপদা শূদ্রনো অসুম্না খল্লকই। অসিদা এৈনা মীগী সেবা তৌদুনা কৈদৌরুগনি। এৈগী আশাদি আশ্রম অসিদা সন্ন্যাসী ওইদুনা লৈবনি।১৮। অসুম চায়না মহক্না ওহাক থল্লগা আশ্রমদুদগী তুমিন্না লাপ্না চংশিন্দুনা মাগী লনাইগী আশ্রম থাংপোকশও অম শাক্লে ॥১৮॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা! মহাক্না মগাকী আশ্রম অদুদা যজ্ঞ তৌননবা বেদী অম শাগংথি। দেবালয় মন্দির অম শাদুনা মুনি অমগী মতৌগুম্না নিয়ম নাইনা লাইনিংদুনা ধ্যান তৌদুনা লৈগা হৌথি ॥২০॥ মহাক অসি মুমিৎ খুদিংগী অদুমলক স্নান তৌই। নিয়ম নিয়ম বিধি কায়দনা, দেবতাশিংগী পূজা তৌই। অগ্নিদেবদা হোম তৌই, যজ্ঞ তৌই। মুমিৎ খুদিংগী নিয়ম কায়দনা দেবতাশিংগী পূজা তৌবদু কায়াদে ॥২১॥ মহাকনা পুক্নীংদা লাকপা সংকল্প পুন্নমক থাদোকতুনা, ইন্দ্রিয় পুন্নমক খুদুম মথাদা থমদুনা, উহৈ য়াহৈত চাদুনা মহাকী আশ্রম অদুদা মতম লেপ্লি। লনাগুম্বা অতিথি অমা লাকপদা তরাম তরাম্না ওকতুনা মতীক চানা আতবিদুগী সেবা পূজা তৌই মতৌ অসুম শূদ্রমুনি অদুমা মহাকী আশ্রমদা লৈরকপদি মতম কয়া য়াম্না কুইরকলে ॥২২-২৩॥ মোংমা মুনি অমা মহাকা ওহাক্তুং সৎসঙ্গ তৌনিংবগী মতাংদা মহাকী আশ্রম অদুদা লাকলম্মি। শূদ্র মুনি অদুনা তরাম তরাম্না ওকতুনা মুনিদুগী মতিক চানা, বিধি কায়দনা সেবা পূজা তৌই। মহাক্না তৌরিবা অতিথি পূজা অদুদা লাক্লিবা মুনি অদু গুম্বোক্না পেনখি ॥২৪॥ ভরত বংশগী লৈতেংগী মশক ওইবা নিংথৌ! সেবা পূজা লোইরবমতুং অদুদা শূদ্র মুনি অদুনা লাক্লিবা মুনি

অথাস্ত্যা মুনিরাগচ্ছৎ সংগত্যা বৈতমাশ্রমম্। সম্পূজ্য স্বাগতেনর্ষিং বিধিবৎ সমতোষয়ৎ ॥২৪॥
অনুকূলাঃ কথাঃ কৃত্বা যথাগতমপৃচ্ছত। ঋষিপরমতেজস্বী ধর্মাত্মা সংশিতব্রতঃ ॥২৫॥
এবং সুবহুশস্তস্য শূদ্রস্য ভরতর্ষভ। সোঽগচ্ছদাশ্রমমৃষিঃ শূদ্রং দ্রষ্টুং নরর্ষভ ॥২৬॥
অথতং তাপসং শূদ্রঃসোঽব্রবীৎ ভরতর্ষভ। পিতৃকার্যং করিষ্যামি তত্র মেঽনুগ্রহং কুরু ॥২৭॥
বাঢ়মিত্যেব তংবিপ্র উবাচ ভরতর্ষভ। শুচির্ভূত্বাস শূদ্রস্তু তস্যর্ষেঃ পাদ্যমানয়ৎ ॥২৮॥
অথ দর্ভাংশ্চ বন্যাংশ্চ ওষধীর্ভরতর্ষভ। পবিত্রমাসনং চৈব বৃষীং চ সমুপানয়ৎ ॥২৯॥
অথ দক্ষিণমাবৃত্য বৃসীং চরম শৈর্ষিবীম্। কৃতাং ন্যায় তো দৃষ্ট্বা তং শূদ্রমৃষিরব্রবীৎ ॥৩০॥
কুরুষ্বৈতাং পূর্বশীর্ষাং ভবাংশ্চাদঙ্মুখঃ শুচিঃ। স চ তৎকৃতবান শূদ্রঃ সর্বং যদৃষিরব্রবীৎ ॥৩১॥
যথোপদিষ্টং মেধাবী দর্ভাদ্যাদি যথাতথম্। হব্য কব্যবিধিং কৃৎস্নমুক্তং তেন অপস্বিনা ॥৩২॥
ঋষিণা পিতৃকার্য্যে চ স ধর্মপথে স্থিতঃ। পিতৃকার্যা কৃতে চাপি বিসৃষ্টঃ স জগাম হ ॥৩৩॥
অথদীর্ঘস্য কালস্য সতপ্যন্ শূদ্রতাপসঃ। বনে পঞ্চত্বমগমৎ সুকৃতেন চ তেন বৈ ॥৩৪॥

---

অদুদা মহাক্না লাকপগী মরম অদু হংওকই। অরায় অথুম তৌনদুনা ওহাক রাগী শামিয়ৈ। মতৌ অসুমনা জ্ঞানী ওইরবা তেজ কল্লবা ব্রাহ্মণ মুনি অসি মরক্তা শূদ্র মুণি অদুগী আশ্রমদা মহাক্না উনবা হেক হেক লাকই ॥২৫-২৬॥ মোংমদি শূদ্র মুনি অদুদা লাক্লিবা ব্রাহ্মণ মুনিদা অসুম্না হায়রক্লই :— ঐ, পিতৃলোককী শ্রাদ্ধ তর্পণ অমতং তৌনিংঙি। মাসিদা মুনি নহাক্না য়াওবিয়ু ॥২৭॥ মাগী রাদু তাবদা ব্রাহ্মণ মুনিদুনা কৈ য়াওনি হায়রদুনং মহাক্কী নিমন্ত্রণ অদু স্বীকার তৌরে, লৌরে। মহাক্কী শ্রাদ্ধ তর্পণ অদুদা ব্রাহ্মণ অদু লাকপদা মুনি অদু খোঙ থুং শেংনবা ঈশিং পুশিল্লকই ॥২৮॥ অতিথি ব্রাহ্মণ মুণি অদুগীদমক্তা কুশ আসননচিংবা উঠৈ রাগৈনচিংবা চান রুবা পুশিল্লকই। কুশনা শাবা কক ফিদানচিংবা পুশিল্লকই ॥২৯॥ মহাক্না ব্রাহ্মণ মুণি অদুনা কয়নবা মথারোমদগী পুরকপা মাগী কক(আসন) অদু ব্রাহ্মণ অদুগীদমকত মমায় মথা ওন্ন থাই। শাস্ত্রগী বিধি কায়না আসন থাবদু উবদা ব্রাহ্মণ মুনি অদুনা অসুম্না হায়থি ॥৩০॥ নহাক্না পুরক্লিবা কুশগী আসন (কক) অসিগী মমায় অসি খোংপোক ওন্না থাউ। নশা পুম্বা মসুং মপান শেংনা নমায় অরাং ওন্ন ফম্মু ॥৩১॥ নিংথৌ! শিলেবা শূদ্র অদুনা কুশ, কুশগী আসন, হব্য কব্যনচিংবা যজ্ঞগী পোচ্চং পুম্নমক অদু পুরক্লুনা ব্রাহ্মণ মুণিদুনা হায়বা তাকপা মতুং ইন্না থবক পুম্নমক মথংশীংনা তৌই ॥৩২॥ ঋষিদুনা মাগী পিতৃকর্ম পুম্নমক পাঙথোক্লবা তুংদা শূদ্র মুনিদুদগী বিদায় লৌদুনা চংখি। অসোমদা শূদ্র মুনি অদু মাগী ধর্মগী থবক অদুদা পুক্নীং চঙনা তৌদুনা লৈহৌই ॥৩৩॥ অসুম মতম কুইনা লৈরক্লবা তুংদা শূদ্র তপস্বী অদু বন অদুদা শিথি। মহাক্না তৌরম্বা পুণ্য কর্মগী মহৈ অদুনা চাউরব, রাজবংশা অমদা মহাতেজ কল্লবা রাজকুমার অমা ওইনা পোকখি। ঈবুঙো! নিংথৌ! ব্রাহ্মণ ঋষিদু মপু কাল ধর্মগী মতুং মপুনশি লোইখি। ভরত

অজায়ত মহারাজ বংশেসমেহ্যুতিঃ। তথৈব স ঋষিস্তাত কাল ধর্মমমাপহ ॥৩৫॥
পুরোহিতকুলেবিপ্র আজাতো ভরতর্ষভ। এবং তৌ তত্রসম্ভূতা বুভৌ শুভ্রমনীতদা। ৩৬।
ক্রমেণ বর্দ্ধিতৌ চাপি বিদ্যাসু কুশলাবুভৌ। ৩৭।
অথর্ববেদে বেদে চ বভূবার্ষিঃ সুনিশ্চিতঃ। কল্প প্রয়োগে চোৎপন্নে জ্যোতিষেচ পরংগতঃ ॥৩৮॥
সাংখ্যে চৈব পরা প্রীতিস্তস্য চৈব ব্যবর্ত্ত। পিতর্য্যপরতে চাপি কৃতশৌচস্তু পার্থিব ॥৩৯॥
অতিবিক্তঃ প্রকৃতিভী রাজপুত্র স পার্থিবঃ। অভিষেকেন স ঋষিরাভিষিক্ত পুরোহিতঃ ॥৪০॥
স তং পুরোধায় সুখমবস্য ভরতর্ষভ। রাজ্যং শাশাস ধর্মেণপ্রজাশ্চবিপালয়ন্ ॥৪১॥
পুণ্যাহবচনে নিত্যং ধর্মকার্য্যেষু চামকৃং। উৎস্ময়ন্ প্রাহসচ্চাপি দৃষ্ট্বারাজা পুরোহিতম্ ॥৪২॥
এবং স বহুশো রাজন্ পুরোধসমুপাহসৎ। লক্ষয়িত্ব পুরোধাস্ত বহুশস্তংনরদবিপম্ ॥৪৩॥
উৎস্ময়ন্তং চ সততং দৃষ্ট্বাসৌ মন্যুমাবিশৎ। অথশূন্যে পরোধাস্ত সহ রাজা সমাগত ॥৪৪॥
কথাভিরনুকূলাভী রাজানং চাভ্যরোচৎ তত্তোহ ব্রবীন্নরেন্দ্রং স পুরোধা ভরতর্ষভ ॥৪৫॥
বরমিচ্ছামাহং ত্বেকং ত্বয়া দত্তং মহাদ্যুতে ॥৪৬॥

---

শাগেগী অথোইবা নিংথৌ! ঋষি অহুম্ব ওসাংগী রাজবংসতুগী রাজপুরোহিত ব্রাহ্মণ অম ওইনা পোকখি। অমুম তৌহুনা মথোম্ন অনী অহু দেশ অমতদা পোকামম্লখি। অত্তাং অনীহু মথং মথং চাওখৎলকই, বিদ্যা মখল মখলদসু খোইনা চাওখৎনরকই।৩৫-৩৭। ব্রাহ্মণ মুনি অহু মতুংদা বেদশাস্ত্রদা য়াম্না হৈরবা অহু কর্মকাণ্ড অমদা জ্যোতিষ শাস্ত্রদা চওখাল্লবা পণ্ডিত অম ওইখি। অর্থর্ব বেদগী মরমদা মমুৎ তানা খঙলবা মীশক ওইখি। সংখ্য শাস্ত্রসু পুক্কি চওনা নৈনবা মীশক ওইখি।৩৮। নিংথৌ মচা অম ওইনা পোকলকপা শুভ্র মুনিহুবুসু অপা নিংথৌহু শিরবতুংদা মন্ত্রী পুম্নমকা তিম্নহুনা নিংথৌ ওইনা অভিষেক তৌখি ॥৩৯॥ নিংথৌ অহুগী রাজপুরোহিতসু ওসাইগী বেদশাস্ত্র হৈরবা ব্রাহ্মণ অহুনা ওইখি ॥৪০। ভরত শাগেগী অপোইবা! নিংথৌ! ব্রাহ্মণ ঋষি অহুবু রাজপুরোহিত ওইহনহুনা নিংথৌ অসি য়াম্ন নুংঙাইনা অহুগা প্রজা পুম্নমকপু সুখ শান্তিগা লোয়ননা শাসন তৌহুনা লৈখি ॥৪১। যাগ যজ্ঞগী ধর্মগী অনুষ্ঠান অহুগা স্বস্তিবাচনবচিংদা থবক হেক হেক তৌরকপা মতমদা মরক মরক্তা পুরোহিত অহুনা নিংথৌরোমদা চাইকেৎ য়েংলগা মোমোম্ন করেম্নবগুম্বা মওংদা নোক্লকপনু য়াওই। অহুগা করিগুম্বা মতমদনা কাক কাক লাউনসু নোকথোরকই। ৪২॥ নিংথৌ! যুধিষ্ঠির! নিংথৌ অহুম্ব মরক্তা পুরোহিত অহুসু নোক্লকপসু য়াওই। অহুগা পুরোহিত অহুনা করেম্নবা মওংদা নোক্লকপহু উবদা নিংথৌ আসগী পুক্কংদা নুংঙাইতবা চিংবা, নুংশাখীবনচিংবহু হেক হেক পোকলকই ॥৪৩। নোংমঙি মথোম অচীকপা বর অমদা উনখি। ব্রাহ্মণ অহুনা ওম্বোক ওম্বোকপা রাং শাহুনা নিংথৌ অহুবু হবাউহনখি ॥৪৪। ভরত শাগেগী অথোইবা! অহুদগী নিংথৌবু ওহাক হয়াউহপ্পগা পুরোহিত অহুনা নিংথৌদা অসুম্না হায়রকই— মহাতেজ কল্লবা

রাজোবাচ

বরাণাং ভেশতং দদ্যাং কিংবতৈকংদ্বিজোত্তম। স্নেহাচ্চ বহুনাচ্চ নাস্ত্যোদেয়ং হি মেতঃ। ৪৭॥

পুরোহিত উবাচ

একং বৈবরমিচ্ছামি যদিতুষ্টোঽসি পার্থিব। প্রাক্তজানাহি তাবৎ ত্বং সত্যংযদনানৃতম্। ৪৮॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

বাঢ়মিত্যেবতং রাজা প্রত্যুবাচ যুধিষ্ঠির। যদি জ্ঞাস্যামি বক্ষ্যামি অজানন্নতু সংবাদ। ৪৯॥

পুরোহিত উবাচ

পুণ্যাহবাচনে নিত্যং ধর্মকৃত্যেষু চাসকৃৎ। শান্তিহোমেষু চ সদা কিংহসসি বীক্ষ্যমাম্ ॥৫০॥

সব্রীড়ং বৈ জপতি হিমনোবৈহসতা ত্বয়া। কামবা শাপিতো নান্যথা বক্তুমর্হসি ॥৫১।

সুব্যক্তং কারণংহ্যত্র ন তে হাস্যমকারণম্। কৌতুলং মে সুভৃশং তত্ত্বেন কথয়স্বমে ।৫২।

রাজোবাচ

এবমুক্তেত্বয়া প্রিয়দবাচ্যং ভবেদপি। অবশ্যমেব বক্তব্যং শৃণ বৈ্ ক্ষমনাদ্বিজ ।৫৩।

---

ঊনীংথৌ। নিংথৌ মহাক্না পীবিবা বরদাণ অমত্তং পামজৈ ।৪৫-৪৬। নিংথৌনা হাব—ব্রাহ্মণ অথোইবা। মহাক্না হায়রিবদো অমত্ত নত্তে, ঐগোন্দগী বরদান চাম লৌবিবা য়াগনি। ঐ ব্রাহ্মণ নগোন্দ বরদান চাম পীবা ওমগনি। অমতগীদ করি হায়রক্লনি, চাম থোক্না তাকপিয়ু। ব্রাহ্মণ মহাক্না ঐবু মুংশিনা তৌবিরি-বসিগী হায়রুরবদি, ব্রাহ্মণনা হায়বদা ঐ পীরোইদৌবসি চাম নত্তে, অমতনি, অমদগী হেন্ন পামজদে। অদুনা মহারাজনা অমুক্তা হান্না শোয়দনা পীগনি হাশকপিথো. অদুগা চায়জগে। চুম হায়বিয়ু, মীনম-বীগদু ।৪৮॥ ভীমনা হাবঃ—যুধিষ্ঠির! রাজ্ তাবদা নিংথৌদুনা— কৈ,পৌবিগদৌরিবা পোশক্তু হান্না থওদোক্লগা হাশকচগে, পোশক্তু থওগ্রবমথৈ হাশকচরোই ৪৯। পুরোহিত অদুনা হায়রকই—মহারাজ! ঐনা মহারাজগীদমক্তা মুমিৎ খুদিংগী পূণ্যাহবাচন যাগযজ্ঞনাচংবা থৌরমপা মতমদা মহারাজনা ঐগোন্দা য়েং য়েংদুনা মরক ময়ক্তা নোকপিরবদু করিগীনো? মাসিনি, ঐনা থওজমীজলিবাস ।৫২॥ নিংথৌ মহাক্না মরক ময়ক্তা নোকথোরকপদুদা ঐগী পুক্নীংদা চিংনবা-ঊকায়বা মুংগাইতবা ঊপোক পোকই। ময়ম অদুনা নিংথৌ! অশেংবা ময়ম অদো মুম্ন অমুক্ত তাকপিয়ু। ঐ থওজনীংদুনা কৌযনি, নত্ত নত্তবা হাথল অমরোমদা থনবিগদু ।৫১॥ মহারাজনা ঐবু অদুগা ঐনা কর্মাশিংদুবু লোম্ন লোম্ন য়েংলগা নোকথোকপিরকপা অসিগী ময়ম অসি শোয়দনা অম লৈরমথিগনি। ময়মদি—সংসারসিদা থবক্ পুম্বা (কারণ) অময়ম্ লৈরিবা তাক্লনি। মসিনি ঐনা হান্না থওনীংলবা। ঐগী অপাম্বা হায়ববু মহারাজনা নোকপিবগী ময়ম অসিতনি। অদুনা নোকপগী ময়ম অস শেংনা অমুক্তা তাকপিয়ু ।৫৩। নিংথৌনা

পূর্বদেহে যথাবৃত্তং তন্নিবোধদ্বিজোত্তম। জাতিস্মরোস্ম্যহং ব্রহ্মন্নেবধনেনমে শৃণু ॥৫৩॥
শূদ্রো‌হহমভবং পূর্ব্বং তাপাস্তগুণসংযুতঃ। ঋষিরুগ্রতপস্ত্বং চ তদাভূদ্দ্বিজসত্তম ॥৫৫॥
প্রীয়তাহি তদা ব্রাহ্মণ মমানুগ্রহবুদ্ধিনা। পিতৃকার্য্যে ত্বয়া পূর্বমুপদেশঃ কৃতোহনঘ ॥৫৬॥
বৃস্যাং দর্ভেষু হব্যে চ কব্যে চ মুনিসত্তম। এতেন কর্মদোষেণ পুরোধাস্ত্বমজায়থাঃ ॥৫৭॥

হায়ঃ— ব্রাহ্মণ অথোইবা। ব্রাহ্মণনা হংবিরিবসে হায়নিংঙ্গকাগুবদা হায়দোককম থোকই। মরমদি ঐ ব্রাহ্মণ নহাক্কী লমন য়ায় তোল্লি। হায়জগে— লীজগে পূক্নীং চঙনা তাবিয়ু ॥৫৩॥ ব্রাহ্মণ। ঐখোয় অনীগী নহালমুক্কী মংগোক্ত থোকখিবা থোদোক্কো মথং মথং হায়জরকে, মুম তাবীয়ু। ব্রাহ্মণ। ঐসে ব্রাহ্মণ কৃপাদাী নহালমুক্কী লীঙশিংবা ওম্বা মীশক (জাতিস্মর) অম ওইনা পোক্লরে। অদুনা, মপোক অসিগা হেক থংনবা নহাল মপোক্কী ঘটনাদো লীজগে তাবিয়ু ॥৫৪॥ ব্রাহ্মণ ঐসে নহালমুক্কী মপোক্ত শূদ্র অম ওইনা পোক্লম্মি অদুবু শূদ্র ওইরবসু তপস্যা য়ায়া কনবা তপস্বী অমা ওইরম্মি। মতম অদুদা ব্রাহ্মণ নহাক্তি তপস্যা কল্লবা, অপাম্বা মিহৌবা লৈত্তবা চাউল্লবা মহর্ষি অম ওইনা লৈবিরম্মি ॥৫৫॥ পাপকী শক্তক য়াওদ্রবা ব্রাহ্মণ! মতম অদুদা ব্রাহ্মণ নহাক্না ঐবু য়ম্ম নুংশিনা নুনা তৌবিরম্মি। শূদ্র ওইরিবৈদা ঐনা ঐগী প্রেত কর্ম (পিতৃকর্ম) নচিংবা তৌবদা ব্রাহ্মণ নহাক্না ঐভোন্দা পাউতাক য়াম্ন পীবিখি। মাদুসু নহাক্না ঐবু য়াম্ন চানাবিবদগীনি ॥৫৬॥ ব্রাহ্মণ অথোইবা! নহাক্না ঐভোন্দা, ঐনা শূদ্র ওইরিবৈদা, কুশগী কক অসুম্না থাগদবনি, মমায় অসোমদা ওনগদবনি, মতোম্না অসামদা ওনগদবনি, হব্য কব্যনচিংবা হোমগী সামগ্রী (পোচ্চং) নচিংবসি অসুম্না থমগদবনি অসিনচিংবা পাউতাক অসি নহাক্না অদুদৈ মহর্ষি অম ওইরিবৈদা ঐভোন্দা তাকখি-তম্বিখি। তৌবিখিবা কর্মশিং অদুগী দোষনা মহর্ষি ওইরবা নহাক্না যজমান চাবা ব্রাহ্মণ অম ওইনা হন্দক পোক্লরবনি। অদুনা ঐগী রাজপুরোহিত ওইনা পোকপা তারিবসিনি *॥৫৭॥

* হায়রিবা আসিগী ভাবত্তি— মপা যজমান চাদবা ব্রাহ্মণ অমনা যজমান চাবা, কুলপুরোহিত, মচা ব্রাহ্মণ অম পোকপা য়াওরি। যজমান চাদবা, মহর্ষি ওইবা ব্রাহ্মণগী মচানা যজমান চাবা, লোভী ওইবা দান দাক্তপা পাম্বা ব্রাহ্মণ অম ওইনা পোকপা য়াওরি। মসি হস্বরকপা, মপোকনি। কর্মনা ঈশ্বরকপনি। মদুদগীসু অমুক হস্বরক্লবদি শূদ্রগী মপোক্তা পোকলুবসু য়ারি। অদুদগী হস্তেশ্রগনা শা উচেক্কী, রোংগী লমহৈগী মপোক্তা পোকখিগদবনি। সজ করুরগা শূদ্রগী হকচাংদা লৈরম্না আত্মাসিনা হকচাংদুগুম্বা নত্তবা মহারাজর্ষি ওইবা নিংথোগী অদুদগী অমুক কর্ম করগা মহর্ষিগী অদুদগী অমুক কর্ম করগা ব্রহ্মর্ষিগী অদুদগী অমুক ব্রহ্মজ্ঞানী, ব্রহ্মজ্ঞানী ব্রহ্মাত্মক ওইনা বিষ্ণু ভগবানমক্কী মচা ওইনা পোকই। অসিনি।

(কালাচাঁদ)

অহং রাজা চ বিপ্রেন্দ্র পশ্য কালস্য পর্য্যয়ম । মৎকৃতস্যোপদেশস্য ত্বয়া বাসমিদং ফলম্ ॥৫৮॥

এতস্মাৎ কারণাৎ ব্রাহ্মণ প্রহসেত্বাং দ্বিজোত্তম । নত্বাং পরিভবন ব্রহ্মণ প্রহসামি গুরুস্তবান॥৫৯॥

বিপর্য্যয়েন মে মন্যুস্তেন সংতপ্যতে নমঃ । জাতিং স্মরাম্যহং তুভ্যমতস্ত্বাং প্রহসামিবৈ ॥৬০॥

এবং তবোগ্রং হি তপ উপদেশেন নশিতম্ । পুরোহিতত্বমুৎসৃজ্য যতস্ব ত্বং পুনর্ভবে ॥৬১॥

ইতস্ত্বমধমামন্যাং যা যোনিং প্রাপ্স্যসে দ্বিজ । সৃহ্যতাং দ্রাবণং বিপ্র পূতাত্মা ভব সত্তম ॥৬২॥

---

যেংবিয় ব্রাহ্মণ । কাল কৌবা লাইগী গতি (খোঙচৎ) না শূদ্রগী মপোক্ত। লৈরম্বা ঐ অসে (আত্মা) না নিংথৌ মচাগী মচা ওইবগী মঙ দা লাক্লি। মহর্ষি মহাযাগী ওইরবা ব্রাহ্মণ নহাক্না শূদ্র ওইরম্বা ঐহাক্না উপদেশ তৌখিবদগী চন্দকী মপোক্ত অচম্বা যজমান চাবা, রাজ পুরোহিত অম ওইনা পোক্লরে ॥৫৮॥ মহু অস্মম উরকপা, থল্লুবহুদা নোক্লীংবা অম পোকখিবনি। কালগী গতিহু উবগা নোকপনি, ব্রাহ্মণ নহাকপু উরগা নোকচবা নত্তে শূদ্র ওইরিবৈদা শূদ্রদা ধর্মগী কর্মকাণ্ডগী শিক্ষা পীখিবা অহুনা কারণ ওইহুনা মহর্ষি ওইরম্বা নহাক্না খম্বা অচম্বা ব্রাহ্মণ ওইনা পোক্লরবান। মসি অস্মন উরুবদগী ঐনা নোকপনি। অসি নত্তবা অতৈ মরম অমতা লৈতে। উবা ওমাংবসিহু ব্রাহ্মণ নহাকী কৃপাদগীন। নহাক্তি ঐগী মপোক মপোকী ভস কাওবা গুরু ওইরবরাক্লি ॥৫৯॥ মসি খল্লুবদা ঐগী পুক্লিংদা অশাবা, হুংলাইতবা,মুংশো থীবা অমসু পোকই পুক্লীংদা লাঙতকবা অমসু পোকই। ঐগী হৌমগী মপোক অহুপা ব্রাহ্মণ নহাকী হায়গী মপোক অহু অস্মম উরকপহুদা নোকাখিবনি। অসি নত্তবা মরম অতৈ করিস্নু লৈতে ॥৬০॥ ব্রাহ্মণ। নহালমুক্কী ব্রাহ্মণ নহাক্না ওস্তোক্না কল্লবা তপস্যা অম তৌখি। অহুবু শূদ্র ওইরম্বা ঐহাক্না, শূদ্র ওইরিবৈদা ধর্মগী কর্মকাণ্ডগী শিক্ষা অমদি উপদেশ পীবিখি। কর্ম অহুগী মহৈনা হন্দকী মপোক্তা হন্থবা মপোক্ত পোকবিরিবান। মরম অহুনা পুরোহিত ওইবগী থবক মথৌ অসি থাদোকপিহুন। তপস্যা অমুক তৌবীহুনা মাসদগী হেনবা মপোক দেহ অমদা আত্মাসনা চঙুনবা প্রযত্ন তৌবিয়ু হোৎনবিয়ু ॥৬১॥ ব্রাহ্মণ। সাধু শিরোমনি ! মীগী ফননবা তৌগনবা। হন্দকী মপোক আসদগী অমুক হন্থবা মপোকত পোক্তনবা চেকশিনবীয়ো। মাতুদগীদমক্ত। দান ধর্মদা হেক চঙগদবা লম্বু সনা লুপা ঐগী লনগৈদগী পুবথো। অহানবদা থম্মোয়বু শেংদোক্লনবা প্রযত্ন হোৎনবা তৌবিয়ু *॥৬২॥

---

* মতাং অসি পারগা ঐখোয়না অহুকপা ঘটনা অমদি উপদেশ অম কংতি। হৌজিক শূদ্রগী মপোক দেহদগী লাকপা আত্মা আসনা ক্ষত্রিয়গী দেহদা চঙঙক্লনা ব্রাহ্মণদা পাঙ্তাক পীররি। শিক্ষা পড়া তৌহুনা ব্রাহ্মনদা জ্ঞান তাক্লরি। আত্মাসিনা মথং মথং কাখৎলনবা পরমধাম য়োবিনবা লম্বী তাকপত নত্তনা উৎসাহ পীরি। উৎসাহ পীবত নত্তনা দান যজ্ঞনাচংবা তৌক্লননবা মনীং তম সনা লুপা পুথনবসু নিংথৌসিনা হায়রবি। অসিগুম্বা নহালমুকা মাংথাংবা নিংথৌ (ক্ষত্রিয়) সিনা ব্রাহ্মণ পুরোহিত অসিগী গুরু অমুক

### ভীষ্ম উবাচ

ততো বিসৃষ্টো রাজ্ঞাতু বিপ্রো দানাম্যনেকশঃ। ব্রাহ্মণেভ্যো দদৌবিত্তং ভূমিং গ্রামাংশ্চ সর্বশঃ ॥৬৩॥

কৃচ্ছ্রাণি চীর্ত্ব চ ততো যথোক্তানি দ্বিজোত্তমৈঃ। তীর্থানি চাপি গত্বা বৈ দানানি বিবিধানি চ ॥৬৪॥

দত্ত্বা গাশ্চৈব বিপ্রোভ্যং পুত্তাত্মাভবদাত্মবান্। তমের চাশ্রমং গত্বা চচার বিপুলংতপঃ ॥৬৫॥

ততঃ সিদ্ধিং পরাংপ্রাপ্তো ব্রাহ্মনো রাজসত্তম। সম্মতশ্চাভবত্তেষা সাশ্রমে তন্নিবাসিনাম্। ৬৬॥

এবং প্রাপ্তো মহৎকৃচ্ছ্রমৃষিঃ সনুপসত্তম। ব্রাহ্মণেন ন বক্তব্যাং তস্মং বর্ণাবরে জনে। ৬৭॥

বর্জয়েত্নুপদেশং চ সদৈব ব্রাহ্মণো নৃপ। উপদেশং হি কুর্বাণো দ্বিজঃ কৃচ্ছ্রমবাপ্নুয়াৎ ॥

সেবিতব্যং সদা বাচা দ্বিজেন নৃপসত্তম। ন চ প্রবক্তব্যাংমিহ কিঞ্চিৎ বর্ণাবরে জনে ॥

ব্রাহ্মনাঃ ক্ষত্রিয়া বৈশ্যাস্ত্রয়ো দ্বিজাতয়ঃ। এতেষু কথয়ম ব্রাহ্মণো ন প্রদুষ্যান ॥৬৮॥

ভীষ্মনা হায়ঃ—যুধিষ্ঠির! অতগী তুংদা ব্রাহ্মণ অসি নিংথৌহুদগী বিদায় লৌহুনা তূমিম্না চংথি।

ব্রাহ্মণশিংদা মাগী লৈজবা লম্ব ম, লৌরী ইংথোল পূম্বনক দান তৌথি ॥৬৩॥ মহর্ষি ব্রাহ্মণ শংদগী পাউতাক লৌহুনা অকনবা তপস্যা তৌথি, মাগী লৈজবা পূম্বা তীর্থ তীর্থদা চত্তুনা জ্ঞানী ওইবা তীর্থবাসী ব্রাহ্মণ শিংদা দান তৌথোকখি ॥৬৪॥ শল ইরোই শম্বী শম্নাও পূম্বা ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌথোক্লমলা মহাক্কী হায়গী আশ্রমদা হজিল্লক্কুনা অকনবা তপস্যা তৌবা হৌখি ॥৬৫॥ নিংথৌ অথোইবা, যুধিষ্ঠির! অহুদগীদি ব্রাহ্মণ আশ্রম অহুদা লৈরিবা ব্রাহ্মণ মুনি ঋষিশিং অম্বুগী থাইদগী সম্মান তৌকম ওইবা সিদ্ধপুরুষ অম ওইখি ॥৬৬॥ নিংথৌ পূম্বমক্কী কোকথক্কী লৈবা নিংথৌ! যুধিষ্ঠির! ব্রাহ্মণ অহুনা নহালমক্কী মপোক্ত হম্ববা মপোক্ত পোকখি। অহুনা, ব্রাহ্মণ ওইবশিংনা হম্ববা জাতিদা পোকপশিংদা ধর্মগী উপদেশ থক পীবা হৌনদে ॥৬৭॥ নিংথৌ! ব্রাহ্মণনা শূদ্রগী মকমদা ধর্মগী উপদেশ থক পীরোইদৌবনি। পীরবদি অপীবা মশামক ওম্বোক্লা খুদোংথীবদা তারকই। নিংথৌ! অথোইবা! ব্রাহ্মণ মশামক্লা মচীম্না অত্তোনবা জাতিগী মীদা ধর্মগী পাউতাক থক পীরোইদৌবনি। পীবমক তারবসু ভেম্নবা হম্বরবা পূকচেল পীক্রবশিংদা থক পীবা হৌনদে * নিংথৌ॥ ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অহুম অসিদি দ্বিজাতিনি। অহুম অসিবু দ্বিজাতি কৌই। অহুনা হায়রিবা অহুম অসিদা ধর্মগী তত্ত্ব তাকপা, ধর্মগী পাউতাক পীবা য়াই কায়বা লৈতে ॥৬৮॥

---

ওইবগুম হায়বদি অমম্বদগী অঙানবা লম্বীদা চংথিনবা পাউতাক পীরি। মসি পূম্বমক অসি থললূবগা মত্তাং অসিনা তাইবং মী ঐথোয়না মতুংদা মপোক্লা অকবা অম কাংঙুনবা লম্বী তাক্লি। (কালাচান্দ)

* হায়রিব রাসি, কনাগুম্বগী পূক্লিংদা য়াম্না চিংনকম ওইবত্ত নত্তনা য়েংনিংঙাই ওইবা রাকম অমনি। ময়মদি ধর্মগী তত্ত্ব জ্ঞান ময়াম অহুগা তাইবং মীওইবগী পূক্লিং হকচাং অমদি অত্মাগী চাওথক্লনবা পাউতাক

তস্মাৎ সদ্ভির্ন বক্তব্যং কস্যচিৎ কিংচিদগ্রত্য। সূক্ষ্মা গতি র্হি ধর্মস্য দুর্জ্ঞেয়া হ্যকৃতাত্মভিঃ ॥৬৯॥
তস্মান্মৌনেন মুনয়ো দীক্ষাং কুর্ব্বন্তি চ দৃতাঃ। দুরুক্তস্য ভয়াৎ রাজন্ নাভাষন্তে চ কিংচন ॥৭০।
ধর্মিকা গুণসম্পন্নাঃ সত্যার্জবসমন্বিতাঃ। দুরুক্তবাচা ভিবিতৈঃ প্রাপ্নুবন্তীহ দুষ্কৃতম্ ॥৭১॥
উপদেশো হি কর্ত্তব্যঃ কদাচিদপি কস্যচিৎ। উপদেশাৎ হি তৎপাপং ব্রাহ্মণঃ সমবাপ্নুয়াৎ ॥৭২॥

---

অদুনা হেক অকং অফংবা মীদা অউ অউবা মকম মরাং খঙরনা ধর্মতত্ত্ববু পঙতাক তাকপা রাদে। মরমগী গতিদি য়াম্না কূপ্না থুপনা লৈগ্রবনি। খম্মোর শোংদ্রবা, চীঙাক মকম মরাং খঙদ্রিবা ইন্দ্রিয়বু খুদম চন্দ্রিবা মাগী মকমদা মীদা মহাক্না লৌব উম্নবা তাকপা অসিমকস্তু অক্লবা থবক অম ওইনা থোকই ॥৬৯। নিংথৌ। অদুনা অশিংবা মুনি ঋষিশিংনা মৌনব্রত তৌদুনা দুমিন্না রা ডাঙদনা অতোপ্পা অমদা দীক্ষা মন্ত্র পী। করিগুম্বা নত্তবা অরানবা রাহৈ অমদা রাওখিগনি হায়না কিবদগীদু মুনিশিংনা রারিমথে মতম পুম্নমক্তা রা ডাঙদে।৭০। ধর্ম চেন্নবা গুণ লৈরবা নাপল লৌনমবনচিংবা লৈত্রবা মী ক ওবদু শাস্ত্রগী বিরুদ্ধ ওইবা কর্ম তৌরবদি তৌরিব সুকর্ম অদুগী দোষ পাপ পুবা তাই ॥৭১॥ ব্রাহ্মণনা শূদ্রদুদা উপদেশ উপদেশ পীরবদি শূদ্রদুনা তৌবা দোষ পাপ পুম্নমক পুদুনা, মহাক শূদ্র ওইনা পোকপা তাই ॥৭২।

পীবসি অচৌ অশাং, শাগে নাতে ঙাং চাউবাশংতদা পাংগদবনি হায়বসি য়াম্না রেৎননীংঙাইনি। হৃদবা মীশিংগী হৃদয়বা রাখল জ্ঞান অসি অদুম হৃদ্দুবা লৈহল্লগনি হায়বাস রেৎমীঙয়ায় ওইবা রাৎ অম লাকই। অদুবু, অসিদা হায়বসিগী ভবার্থ— ব্রহ্মণনা মশামক্না মচাম্না শূদ্রগী মাঙদা মুখা মুখী ওইনা কমদুনা বেদগী মন্ত্র অদুগা যজ্ঞনচিংবা কর্মকাণ্ডগী পাউতাক হকথেনমা পীহৈদে অসিতনি। ব্রাহ্মণদুদগী কনাগুম্বা অমনা তত্ত্ব অদু তমথোক লোথোক্লগা খুখ ও হৈনা চৎহনখিবদুনা য়াম্ন খঙনীং তানীংবা শূদ্রগী নাকাংদা য়ৌগবখিদনি বেরা লৈক্তে অসিতনি। ব্রহ্মণ অমনা হৈবা লেংবা ধর্মগী তত্ত্বগী লাইরিক অদু শূদ্র অদুদা ধর্ম তাক্লবা দীক্ষনচংবা পীবা তারবদি শূদ্র মাগী মপা মপুগী চৎনরকপা ধর্ম মথৌ, মশিল পুম্নমক থাদোকহনবা তারবনি। অদু ওইরবদি ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য শূদ্রগী মথৌ তোঙান তোঙান্নবা বেদ শাস্ত্রশিং অসি অরেম্বদা ওইবা তারক্লবনি। অদুগা অমনা, ব্রহ্মণ গুরুদুনা শিষ্য ওইরিবা শূদ্র অদুবু মচাগুম সুংশবা তারক্লবর ভনত মুনিনা শঙ্কী মচা অমবু সুংশিমনখিদুনা শিরবকন্দা তরক্কী আম্মাদুনা শঙ্কীগী হকচাংদা চঙখিদুনা মপোক অম শঙ্কী ওইনা পোকখিবদুগুম্বা গুরু ব্রাহ্মণদুগী আত্মা অদু লৈথা তাবা মওংদা চৎখিবা তারবনি। ঐ লৈথা তারবদু শূদ্র নহাকপু উদ্দার তৌরমলগা লোইরে হায়না মশাগী ওইজবা থাদোক্লবদু আত্মাদি অমতনিনা হারবদি অত্মাদি ব্রহ্মণদু শূদ্রদু করিমত্তা ওইদবনিনা গুরুদু আত্মানা আত্মাবু হায়বদি, মশানা মশাবু হৈদ্বা আত্মাহত্যা দোষ অমদু তৌবা তারক্লবনি আ মহুংদা অকায়বা লাকপগী খুদম মতাং অসিদা য়ারী ওইনা পীবত্তনি।

কালাচাঁদ

বিমৃশং তস্মাং প্রাজ্ঞেন বক্তব্যাং ধর্মমিচ্ছতা। সত্যানৃতেন হি কৃত উপদেশ হিনস্তি হি ॥৭৩॥
বক্তব্যমিহ পৃষ্টেণ বিনিশ্চিত্য বিনিশ্চয়ম্। সচোপদেশঃ কর্ত্তব্যো যেন ধর্মমবাপ্নযাৎ ॥৭৪॥
এতত্তে সর্বমাখ্যাতমুদেশকৃতে ময়া। মহান্ ক্লেশোহি ভবতি তস্মাদ্নো পদিশেদিহ ॥৭৫॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং অনুশাসন পর্বনি দানধর্মপর্বনি
শূদ্রমুনি সংবাদেদশমে হধ্যায় ॥

অছুনা ধর্মগী তত্ত্ব খঙনীংবা ধর্মগী মানমর্য্যাবু ঙাকনীংবা মীনা ঙাকথোকপা মতমদা য়াম্না চোকশিন্না তুং মাঙ য়েংহুনা অকায়বা কয়ি লৈপ্রগদগে হায়না খন্নুনা ঙাঙগদবনি। ময়মদি অচুম্বগা অয়ানবগা য়াম্নবা য়াহৈনা পীবা পাউতাক অহুদি মহা মাঙনবগী মথক ওই ॥৭৩॥ কনাগুম্বা অমনা ধর্মগী ময়ম য়াকয় অম হংলয়বদি, য়াম্ন য়াখল বিচার তৌয়গা শাস্ত্র পূমমক তত্ত্ব সিদ্ধান্ত মহুগা খন্নগা পাউথুম পীগদবনি। অহুম তৌয়বদি অতাকপা মহাকপু ধর্ম কর্ম তৌবগী মচৈ কাণ্ডি ॥৭৪॥ নিংথৌ! উপদেশ পীবগী তত্ত্ব পুম্বা নঙোন্দা হায়য়বনি। অধিকার লৈতবা, মতীক মপা ওইদবা মীদা ধর্মগী উপদেশ থক পীহৈদে। পীয়বদি অপীবা মী অহু মহা খুদোং থীবদা তারে। অহুনা মকম ময়াং খঙদনা পাউতাক পঙদি পিয়ু ॥৭৫॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অনুশাসন পর্বদা দানধর্মগী পর্বদা শূদ্রমুনি সংবাদগী তরাগুবা অধ্যায় লোইরে ॥

---

# মণিপুরী মহাভারত

## দশমোঽধ্যায়ঃ।

( তৌবিমল খণ্ডবা মীগী পোলোই—মাহুগী প্রায়শ্চিত্ত, নিপা মুপীগা খোংনবদা নুপীনা ফংবা নুংঙাইবনা নিপাদগী হেনবা মরম অমদি মারী )

### তরানিথোইশুবা অধ্যায়

### যুধিষ্ঠির উবাচ

প্রায়শ্চিত্তং কৃতঘ্নানাং প্রতিব্রূহি পিতামহ। মাতা পিতৃন্ গুরূংশ্চৈব হত্বা সন্যস্ত মোহিতাঃ ॥১॥
যে চাপ্যন্যে পরে তাতকৃতঘ্ন নিরপত্রপাঃ। তেষাং গতিং মহাবাহো শ্রোতুমিচ্ছামি তত্ত্বতঃ ॥২॥

### ভীষ্ম উবাচ

কৃতঘ্নানাং গতিস্তাত নরকে শাশ্বতীঃ সমাঃ। মাতাপিতৃগুরূণাং চয়ে তিষ্ঠন্তি শাসনে ॥৩॥
কৃমিকীটপিপীলেষু জায়ন্তে স্থাবরেষু চ। দুর্লভো হি পুনস্তেষাং মানুষ্যে পুনরুদ্ভবঃ ॥৪॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হাঙ্ঙঃ—ঈবুধো। রানা খোকাপিরকপা মমা মপাবু উশিং খোঙদবা, তৌবিমল খণ্ডবা অহুগুম্বা মীশিংগী পাপ অহু কেরুনবা করি প্রায়শ্চিত্ত লৈবগে? মাহু ঈবুধোনা ঐঙোন্দা তাকপিয়ু ॥১॥ অহুগা ঈবুধো! ঈকায়বা খণ্ডবা, তৌবিমল খণ্ডবা মীশিংগী পোলোইনা কমদৌবগ,— মাসি পুম্নমক অসি মচা থায়না তাকনীংই ॥২॥ ভীষ্মনা হায়—:তৌবিমল খণ্ডবাশিংগী পোলোই হায়ববু নায়কত্ত তাবা অসিতনি, মমা মপা গুরু অহুম আসগী মকন্দা তৌবিমল খণ্ডবা, মখোয়গী লমন শিংগে থন্দবা মখোয়শিংহুদি হয়েংমুকী ভীল, কণ্ড, কৌজেং হায়রো ওইনা পোক্লে। অহুদগী হেন্দোকহুনা হৈপাল উপাল উ বা ওইনা পোকই। মখোয়না অমুক তাহবং মীগী মপোক্ত কারকপা হায়বসে য়াম লুই অহুগা ওইনু ওইখোক্তে ॥৩॥ বিষয় অসিদা, কুইরবা ইতিহাসকা রারী অম হেক হেক নীনৈ। মমাঙৈদা বৎস স্বাক্ত কৌবা মহাজ্ঞানী ওইরবা মহর্ষি অমা অঙকপা কল্লবা তপস্যা তৌরম্মি। মতম কুইনা তপস্যা তৌরকপনা মহাকী মশাহু লৈশোনা পুমরোম য়োমখ্রে। অহুদগীদি থর লৈরগা মহাক লৈশোবুং অমগী মতৌগুম থিন্দুনা লৈখ্রে, অহু য়োয়কাওবদা মহাক মহাকী তপস্যা অহুদগী থক হনবা লৈত্তে ॥৪॥

এবংতদা শ্রীরভিভাষ্যমানা, দেবস্য সমক্ষং গরুড়ধ্বজস্য ।
উবাচ বাক্যংমধুরাভিধানং মনোহরং চন্দ্রমুখী প্রসন্না ॥৫॥

শ্রীরুবাচ

বসামি নিত্যংশুভগেপ্রগল্ভে, দক্ষেনরেকর্মণি বর্ত্তমানে ।
অক্রোধনেদেবপরেকৃতজ্ঞে, জিতেন্দ্রিয়ে নিত্যমুদীর্ণসত্ত্বে ॥৬॥
নাকর্মশীলে পুরুষেবসামি, নচাস্তিকে সঙ্করিকে কৃতঘ্নে ।
নভিন্নবৃত্তে ন নৃশংসবর্ণে নচাপি চৌরে নগুরুষ্বসূয়ে ॥৭॥
যে চাল্পতেজোবলসত্ত্বমানাঃ ক্লিশ্যন্তিকুপ্যন্তি চযত্রতত্র ।
ন চৈব তিষ্ঠামি তথাবিধেষু নরেষু সংগুপ্তমনোরথেষু ॥৮॥
যশ্চাত্মনি প্রার্থয়তে নকিঞ্চিৎ যশ্চস্বভাবাপহতান্তরাত্মা ।
তেস্বল্পসন্তোষ পরেষু নিত্যং, নরেষ্বহং নিবসামি সম্যক্ ॥৯॥
স্বধর্মশীলেষু চ ধর্মবিৎসু বৃদ্ধোপসেবানিরতে চদান্তে ।
কৃতাত্মনি ক্ষান্তিপরেসমর্থে, ক্ষান্তাসুদান্তাসু যথাবলাসু ॥১০॥

---

ভা[illegible]। ৫। রুক্মিণীনা অসুম্না হংলবদা মায়খোং—থা মানবী লক্ষ্মী দেবীনা গরুড়ধ্বজ ওইবা ভগবান্ নারায়ণগী মাঙমক্তদা রুক্মিণীদা অসুম্না হায়রকই ।৫। মরায়বক কবা, কিগন্দবা লৌনা কবা, থবক্ত হৈ শিংবা মথৌদা পুক্নীং চেঙবা, অশাউবা মিহৌবা লৈতবা, দেবতা ঈশ্বরগী সেবা পূজাদা পুক্নীং চঙবা ইন্দ্রিয় খুহুম চনবা । নোংম নেংমগী চাওখৎলকপা সত্বনা গুননা তিনবা অদুগুম্বা মীশক্তা মনাক্তা ঐহাক ত্তনা লৈ ॥৬॥ পাঙদবা থবক শূনীংদবা ঈশ্বর থাজদবা নাস্তিক ওইবা, বর্ণসঙ্কর (মুকুশল) ওইবা তৌবিমল খঙদবা, মরমচং থীব', তমদিবা হুয়ানবগী লমচং চৎপা, অহন্মন্ গুরুজনশিংগী দোষ থিগনবা অদুগুম্বা নীশক্তা থম্মোয়দা অদুপা মমুদ মক দা ঐ থক লৈতে ॥৭॥ মতীক মগুণ, মথৌনা মরিল লৈতব, মশাগী মানমর্য্যাদা থমথবা মীথোই মিহেনগেস্নু খন্দবা থবক থুদিংদা মমায় লৈথোকপা, মীগী মশাস্ত ভাংগে খনবা, মবুক্নীংদদি অম হল্লগা চীনবান্থোংদনা অম হায়দোকপা, চীনগা খুৎকা মায়নবা, মপান্থোংতদা কজন উংনীবা অদুগুম্বা মীগী মকমদা মকমদা ওম্ম ঐ লৈনিংদে ॥৮ মশাগী ওইজ—থইথক খন্দবা অদুপা খুদবা, অশঙবা, পঙথবনা থম্মোয় কুপগ্রবা, তনবনা থরদং কবহুদগী মথা তানিংদবা, অদুগুম্বা মীগী মুমদা ঐ লৈতে, লৈনিংদে ॥৯॥ মহোশানা পোকপদগী, ধর্মগী তত্ত্ব থিনিংবা, নৈননীংবা মায় ধর্ম চেনব, মিমুংশি খঙবা, অহন্মন্ লাইগুরু সেবাদা পুক্নীং চঙবা, ইন্দ্রিয় খুহুম চনবা, কন্তবা থবক্তগী মশানা মশাবু থামজিঙবা, পুক্নীংদা লাকপা কন্তবা রাথলশিংবু নমহৎওম্বা, মীগী মরানবু ভাকপিহৈবা, মশাগী

বসামি স্ত্রীষু কান্তাসু দেববিজপরাসু চ।
বিশুদ্ধগৃহভাণ্ডাসু গোধান্যাভিরতাসু চ।
প্রকীর্ণভাণ্ডামনবেক্ষ্য কারিণীংসদা চ ভর্ত্তুঃপ্রতিকূলবাদিনীম্ ॥১১॥
পরস্য বেশ্মাভিরতামলজ্জা মেবংবিধাং তাং পরিবর্জযামি।
পাপামচোক্ষামবলেনীং চ ব্যপেতধৈর্য্যং কলহপ্রিযাং চ ॥১২॥
নিদ্রাভিভূহাংসততং শয়ানাসেবং বিধাং তাং পরিবর্জয়ামি।
সত্যাসু নিত্যং প্রিয়দর্শণাসু সৌভাগ্যযুক্তাসু গুণান্বিতাসু ॥১৩॥
বসামি নারীষু পতিব্রতাসু কল্যাণশীলাসু বিভূষিতাসু।
যানেষু কন্যাসু বিভূষিতাসু। যজ্ঞেষু য মেঘেষু চ বৃষ্টিমৎষু ॥১৪॥
বসামিফুল্লাসু চ পদ্মিণীষু নক্ষত্রবীথীষু চ শারদীষু।
গজেষু গোষ্টেষু তথা২সনেষু সরঃসুফুল্লোৎপলপঙ্কজেষু ॥১৫॥

---

মথৌনাবু ফুদোকপ ওয়্বা আসনচংবা গুণনা লৈতেংলিবা, লৈতেংলিবীশিং অহুগী মরমদা ঐনা লেপ্তনা লৈ। অচুম্বত ও'ওবী, মনুং মপান্দা ইচম চম্বী, ব্রহ্মণনচিংবা লাই গুরুশিংগী সেবা পূজাদা পুক্নীং চঙবী অহুগুম্বী সুপীশিংগী মমুমদা লক্ষ্মী ঐনা থুবৈ অমত্তা নাম্ছেক্তনা লৈ। অংঙম্বা কাম্নদবা থবক্তা মতম মাঙহন্দবা, মতম লৈবা থিবিক্তা তশেং তশেংনা লৈদুনা লাইগী অতিথিগী সেবা পূজাদা পুক্নীং চঙবা মীশিংহুগী মমদা ঐ তত্তনা লৈ ॥১০॥ ঈমুং মনুংগী পুশম্ তেঙ্গোৎ কোল্লিক ঈচাই চাইনা থম্বী, চনীং তানা ঈমুংগী থবক থনা তৌদবী সুমিৎচুপ্প মপুরোয়বগী চীম্বক্ত খুম্বী থংনবা যুম অহুগা লৈকোক লৈকাইগী মমদা চত্তুনা রাত্রী রাতাই শাগনবী, ঈকাই হংগোইবা লৈতবী অহুগুম্বী সুপীনা লৈবা যুমবু লক্ষ্মী ঐনা থূদক থাদোকৃই ॥১১॥ সুংশি থঙদবী, পাপকী থক্ত তৌগনবী, অশেং অমাং থঙদবী, ইপা পাথৎপী শাউগনবী থৎন চৈনগনবী, ফমুংতদা হীপতুনা লৈগনবী, তুমংনু উইগনবী অসিগুম্বী সুপীনা লৈবা মমদগী লক্ষ্মী ঐনা লাপনা চথোকই ॥১২॥ অচুম্বত ও'ওবী ঈচম চম্বা কিজেৎ লৈতেংতদা অহুম পেঙ্গবী অহুত্তনসু অহুমক ফজনা লেম্ন মরৈবী, অতম্ন মোং হাদবা গুণনচিংবনা লৈত্তেং ওইবী, ওইজ ওইথকপা ফংবত্তনা মাগী শরূক ওইগনবী, মাহুত্তনা মরায়বক ফবী হায়বহু ওইবী, মপুয়ায়বা নীংবী, আচার বিচার তৌনা চৎপী অচম্বা কিজেৎতনা তরু তরু লৈগনবী অহুগুম্বী সুপীগী মনাক্ত লক্ষ্মী ঐ ত্তনা লৈ ১৩॥ ফজ ফজবা শগোল শামু রথ দোলাইনচিংবা বাহন ( শাদোং ) শিংগী মরক্তা নিংথিজবী কন্য কুমারীশিংগী মরক্তা, ফজ ফজবা তরু তরুবা কিজেৎ লৈতেংনচিংবা কিরোলগী মরক্তা, যাগযজ্ঞমীশিংগী মরক্তা চুথবিগদবা মুয়বা নোংগী মরক্তা মকা কম্না শাংলবা থয়ো থম্বাল মরক্তা, শরৎ ঋতুগী লংলবা থবানমিচাকশিংগী মরক্তা ফজ ফজরবা শগোল শামুনচিংবনা শগোল শঙ শামুশঙ শন্শাংনচিংবগী মনুংদা ফজ ফজ২বা হম্পা

নদীষু হংসস্বননাদিতাসু ক্রৌঞ্চাবঘুষ্টস্বরশোভিতাসু ।
বিকীর্ণকূলদ্রুমরাজিতাসু তপস্বিসিদ্ধ দ্বিজসেবিতাসু ॥১৬॥
বসামি নিত্যং সুবহূদকাসু সিংহৈর্গজৈশ্চাকুলতোদকাসু ।
মত্তে গজে গোবৃষভে নরেন্দ্রে সিংহাসনে সৎপুরুষেষু নিত্যম্ ॥১৭॥
যস্মিঞ্জনো হব্যভুজং জুহোতি গোব্রাহ্মণং চার্চতি দেবতাশ্চ ।
কালেষু পুষ্পৈর্বলয়ঃ ক্রিয়ন্তে তস্মিনগৃহে নিত্যমুপৈমি বাসম্ ॥১৮॥
স্বাধ্যায়নিত্যেষু সদাদ্বিজেষু ক্ষত্রে চ ধর্ম স্থিরতসদৈব ।
বৈশ্যেঃকৃষাভিরতে বসামি শূদ্রে চ শুশ্রূষন নিত্যযুক্তে ॥১৯॥
নারায়ণে ত্বেকমনা বসামি সর্বেণ ভাবেন শরীরভূতা ।
তস্মিনহিধর্মঃ সুমহান্ নিবিষ্টো ব্রহ্মণ্যতাচাত্র তথা প্রিয়ত্বম্ ॥২০॥

---

অসিনচিংবগী মরক্তা, মকাকয় শাংলবা থম্বায় থন্নব পূখ্রী ঈমায়দা লক্ষ্মী ঐনা ভত্তনা লৈ ॥১৪-১৫॥ তাম্বু কাঙ্ক, থংগোল লাব অমোমশিংনা মথৌ পোঙ্না মুংশিবা খোংম্বাক্তা মথায় হরাওনা খোংলিবা, মখোয়ত্বুনা থোইনা কজবা অমুক হেনগংহল্লিবা, মপান মপান্দা উপাম্বীশিংগী পরেংনা কজহল্লিবা, চীক্লবা তোর্বান ত্নুনা মুনি তপস্বীশিংনা তুমিন তুমিন ধ্যান তৌতুনা লৈরিবা, ঈশিংনা লৈমায় চোল্লবা মখোয়গী মনুংদা শামু নোংশানচিংবনা কুমথতুনা শাম্বরিবা ঈরুজরিবা অদুগুম্বী তুরেলশিংদসু লক্ষ্মী ঐ লৈ ॥১৬॥ মরাই কায়বা শামু, শল্লাবা, নিংথৌ, নিংথৌগী সিংহাসন অদুগা মহত্ত্ব ওইবা সৎপুরুষশিংদসু লক্ষ্মী ঐ লৈ। মমুমদা নিয়ম নাইনা তত্তনা যজ্ঞ তৌরিবা, শল ব্রাহ্মণগী সেবা পূজা তৌরিবা, অনৌ অনৌবা কজ কজরবা হৈ লৈনা গোব্রাহ্মণনচিংবা পূজা ভোগদবগী মপৈ মপৈ পৈথংনতুনা লৈরিবা মকম অদুদসু লক্ষ্মী ঐ লৈ ॥১৭-১৮॥ ব্রাহ্মণশিংনা বেদ তমতুনা নৈনতুনা অদুগা বেদগান তৌতুনা লৈরিবা, স্বধর্মদা পরায়ণ ওইবা ক্ষত্রিয়শিংনা থাঙ তাগী অভ্যাস তৌতুনা লৈরিবা বৈশ্যশিংনা নীংথি নীংথিজবা পোচ্চেনা লল্লোন ইত্তিক তৌতুনা লৌউ শীউতুনা লৈরিবা অদুগা শূদ্রশিংনা সেবাধর্মদা পুক্নীং চংতুনা লৈরিবা অদুগুম্বা মফমশিংদা লক্ষ্মী ঐ লৈ ॥১৯॥ লক্ষ্মী ঐ মূর্ত্তি নাইনা অতেপ্পা অমদা পুক্নীং চঙদনা ভগবান্ নারায়ণগী নাক্তলি

---

* হায়রিবসিগী ভাবতি প্রকৃতিগী ফজবা (সৌন্দর্য্য—বিউটি) হায়বতুমক শ্রীনি, লক্ষ্মীনি হায়বনি। শ্রী, (লক্ষ্মী) হায়বসিগী অর্থদি ফজবা হায়বনি। অদুগুম্বী প্রকৃতিগী নীংথিজরবা মকম অদুদা শ্রী (ফজবী) হায়বতুরা মূর্ত্তি নাইনা চোংথোক্নুনা লৈ। অদুবু প্রকৃতিগী ফজবতুদি লেঙদনা লৈয় হায়বা য়াদবনিনা, হায়বদি গ্রীষ্ম ঋতুনচিংবা লাকপদা ফজবতু মাঙথি। মকম্ থাদোক্নুনা শ্রী (লক্ষ্মী) না কজরবা মকম অমদা অমুক চংথি। অতুনা লক্ষ্মীনা মকম অমতদা ভুংতুনা লৈয় য়াত্রবসিনি। অদুগা করম করম্বা মফমদা চংথিবগে হায়বতুদি মথক্তা লোইনা শাংথাগ্রে। (কালাচাঁদ)

নাহং শরীরেণ বসামি দেবী, নৈবংময়া শক্যমিহাভিধাতুম।
ভাবেন পুংসি নিবসামি পুংসি সবর্ধতে ধর্মযশোঽর্থকামৈঃ ॥২১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং অনুশাসনপর্বনি দান ধর্মপর্বনি শ্রীরুক্মিণী সংবাদে একাদশোঽধ্যায়ঃ ॥

---

লেঙদনা লৈ। মহাক্মাদি হায়রিবা পুন্নমক অসে নারায়ণদদি হাপ্তনা লৈ। মহাক্ম অমনা, ব্রাহ্মণশিংগী মফমদা প্রেম (নুংশিবা) হায়বদো, শ্রীনারায়ণদদি লেঙদনা লৈ ॥২০॥ ইন্দ্র! লক্ষ্মী ঐদি নারায়ণগী নাহ দা মূর্তি নাইনা নখোয়গুম্ না লৈ। অতৈদদি মূর্তি মাইনা লৈতে। অদুগা নখোয়না হৌজিক মূর্তিসিমক পুম্নমা অতৈ মফমদসু লক্ষ্মী ঐনা লৈবগুম লৈবা ওন্মি হায়বসি ওমদে। ধর্ম অর্থ কামগী ভাবতা থল্লবা সৎপুরুষশিং অদুগী মফমদা লক্ষ্মী ঐ ভাবনা(ব খল)তগী পাদ্নৈনা লৈ হায়বদি ভাবনা হুমক্রা ঐগী মূর্তি ওইদুনা লৈরি॥২১।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অনুশাসনপর্বদা দান ধর্মগী পর্বদা শ্রীরুক্মিণী সংবাদগী তরামথোইশুবা অধ্যায় লোইরে।

---

* রুক্মিণীগী মফমদা লক্ষ্মী হায়রিবসিগী ভাবতি হায়দারকপতদা লক্ষ্মী (শ্রীসম্পত্তি সৌন্দর্য্য,সুন্দরতা অংগ্রো ভবা হায়রগা পম্পরিটি) হায়বসি মশক উবা য়াবা নত্তে। লক্ষ্মী হায়বা রাহৈসিমক মুপী অমগী মমিং ওইনা থোল্লবদি ব্যক্তিবাচক বিশেষ্যনি। মত্রবদি ভাববাচকবিশেষ্যনি। ভাববাচকবিশেষ্যদি মশক উবা ঙম্ নত্তে। হিমালয়গী ফজবা উই হায়বসি হিমালয়বু উই হায়বনি ফজবা ( বিউটি ) দুবুবি উবা ওমদে। খুদম ওইনা হায়রবদা দয়াবতী বেগবী মুশীবুদি উবা য়াই দয়া হায়বদুদি উবা ওমদে। অদুবু বনাওম্বনা মচামুপীবু দয় বতী হায়না থোনবগী মক্তা দয়া (দয়া দেবী) হায়বা হেক থোল্লবদি মশক উয়ে। মতৌওম্না মশক উদবী লক্ষ্মী (ফজবা) হায়বীদুনা মূর্তি নাইনা লৈবনা নারায়ণগী মফমদদি ব্যক্তি বাচক ওইনা লৈ। অদুগা অতৈদদি ভাব বাচক বিশেষ্য ওইনা হায়বদি ভাবনা ওইনত লৈ হায়বতনি। (কালাচান্দ)

---

# মণিপুরী মহাভারত

দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ।

( তৌবিমল খঙদবা মীগী পোলোই— মাহুগী প্রায়শ্চিত্ত, নিপা নুপীগা তিন্ন-
থোংনবদা নুপীনা ফংবা নুংঙাইবনা নিপাদগী হেনবা মরম অমদি ৱারী )

তরানিথোইশুবা অধ্যায়

যুধিষ্ঠির উবাচ

প্রায়শ্চিত্তং কৃতঘ্নানাং প্রতিব্রূহি পিতামহ। মাতা পিতৃন্ গুরূংশ্চৈব যে বসন্তি স্ম মোহিতাঃ ॥১॥
যে চাপ্যন্যে পরে তাতকৃতঘ্ন নিরপত্রপাঃ। তেষাং গতিং মহাবাহো শ্রোতুমিচ্ছামি তত্ত্বতঃ॥২॥

ভীষ্ম উবাচ

কৃতঘ্নানাং গতিস্তাত নরকে শাশ্বতীঃ সমাঃ। ন তাপিতৃগুরূণাং চয়ে তিষ্ঠন্তি শাসনে ॥৩॥
কৃমিকীটপিপীলেষু জায়ন্তে স্থাবরেষু চ। দুর্লভোহি পুনস্তেষাং মানুষ্যে পুনরুদ্ভবঃ॥৪॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হংজিঃ—ঈবুধৌ। ৱানা যোকপিরকপা মমা মপাবু উশিং থোওইদবা, তৌবিমল খঙদবা অহুগুম্বা মীশিংগী পাপ অহু কোক্লনবা করি প্রায়শ্চিত্ত লৈবগে? মাহু ঈবুধৌনা এরেজোন্দা তাকপিয়ু ॥১॥ অহুগা ঈবুধৌ। ঈকায়বা খঙদবা, তৌবিমল খঙদবা মীশিংগী পোলোইনা কমদৌবগে,— মাসি পুন্নমক অহুগা ঈবুধৌ। অসি মচা খায়না তাজনীংই ॥২॥ ভীষ্মনা হায়—ঃতৌবিমল খঙদবশিংগী পোলোই হায়রবু নরকত তাবা অসিতনি, মমা মপা গুরু অহুম অসিগী মকমদা তৌবিমল খঙদবা, মথোয়গী লমন শিংগে থন্দবা মথোয়-শিংহুদি হয়েংমুকী তীল, কাও, কৌজেং হারৌ ওইনা পোক্লে। অহুদগী হেন্দোকহুনা হৈপাল উপাল উ রা ওইনা পোকই। মথোয়না অমুক তাইবং মীগী মপোক্ত কারবপা হায়রবসে য়ায় লুই অহুগা ওইনু ওই-খোক্লে ॥৩॥ বিষয় অসিদা, কুইরবা ইতিহাসকী ৱারী অম হেক হেক লীনৈ। মমাঙৈদা বৎসনাভ কৌবা মহাজ্ঞানী ওইরবা মহর্ষি অমা অওকপা কল্লবা তপস্যা তৌরম্মি। মতম কুইনা তপস্যা তৌরকপনা মহাকী মশাহ লৈশোনা পুময়োম য়োমখ্রে। অহুদগীদি থয় লৈরগা মহাক লৈশোবুং অমগী মতৌগুম খিন্দুনা লৈখ্রে, অহু য়োরকাওবদা মহাক মহাকী তপস্যা অহুদগী থক হনবা লৈত্তে ॥৪॥

শরণায় শরণ্যায় শক্তেইশরনায়চ। নমঃ সর্বভবেশায় ভূতভব্যভবায়চ ॥১১৮॥

পাহি মাং দেবদেবেশ কোপ্যজোঽস সনাতন। ত্রেবং গতোঽসি শরনং শরণ্যং ব্রহ্মযোনিনাম্ ॥১১৯॥

স্তবাং স্তবং স্তুতবত্ত স্তুওযোমে প্রনশ্যত। শৃনোমিচ গিরংদিব্যামন্তধনিং গত্যাং শিবম্ ॥১২০॥

শ্রীভগবানুবাচ

মা ভৈর্গরুংমন্ দান্তেঽসি পুনঃ সেন্দ্রান্ দিবৌকস। স্বং চৈব তানং গত্বা প্রেক্ষ্যসে পুত্রবান্ধবান্ ॥১১২॥

হৌরককমগী মশকত্ন ওইরবা, অহুগুম্বা মহাবিষ্ণুগী চরনদা হম্না হম্না খুরুমজারি ॥১১৬-১১৭॥ তপস্যা, বেদ পূম্নমক্তা ভুংনকম ওইবা, তপ্না তপ্না কূপ্না কূপ্না যুগ খুদিংবু পরিবর্ত্তন তৌরিবা (*) চগুজয়রুবশিংদা অ'শ্রয় পীবিরিবা, চগুজয়রুবাশিংবু মুংশিবিবা, শক্তি লৈজরবা মীশিংগী আশ্রয় ওইবিরিবা, মথোয়গী মীংবা থুংহল্লিবা, জগৎ পূম্বগী আশ্রয় (আধার) ওইরিবা, ভূত, বর্ত্তমান, ভবিষ্যত, অহুম্মক্তা মশক ওইবা ভগবান্ শ্রীচরনদা হম্ন হম্না খুরুমজরি ॥১১৮॥ দেবতা পূম্নমক্তা দেবতা ওইবা। নঙাক্তা ঐবু কন্‌বিয়ু। মকম্ মতম পূম্বদা লেঙদনা লৈবা। নহাক অসে কনাগুম্বা চীয় হায়দোকপা খোক্তবা মহাপুরুষ অমনি। ব্র'হ্মণ পূম্নমক্তা চগুজকম্ পীবিবা দেবতা অমনি। ঐ হৌজিক অয়াবা খুদোং থীবদা তায়ে। নংগী চরণদা কনবিয়ু হায়না চগুজরি।১১৯॥ অসুম হায়না ঐনা স্তুতি হেক তৌজবদা ঐগী হকচাংগী থম্মোয়গী অয়াবা চোকথবা পূম্বা পূমকোক্ হেক কোকথি। গুহাক লৈরগা মশক উদবা কনাগুম্বা অমগী শক্তিনা হায়দোক লাউথোরকপা খোঞ্জেল অমা ঐনা তাখি ॥১২০॥ শ্রীভগবান নারায়নদা হায়রকই গরুড়। নং থক কিগনু। নহাক পুক্নীং ইন্দ্রিয় পূম্ববু খুহুম্ চল্লে। নহাক্ ইন্দ্রনচিংবা লাইরামগা লোয়ননা

(*) সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি অসুম্ হায়না লৈরিবা যুগ মরিগী শৈশিল হায়বদি, অমগী মথংদা অমা অসুম হায়না লাক্লিবসি থল্লরবদি অঙবপ'নি অহুগা চিংননীংঙাইদ। হায়বদি ঙসি মখৈ সত্যযুগ লোইরে, হয়েংদগী ত্রেতা ওইরনি। ঙসিদগী ত্রেতা লোইরে হয়েংদগী দ্বাপর হৌরনি অসুম হায়না লৈরিব্রা নত্রগা লাক্লি লাক্লিবা মীয়োলচুদা মশানা অসুম ওইজরকপ্রা, মকম মতম হায়বা পোশক অনী অহুদি অহুম কারদনা মরৈজৈ। অহুনদি কনানা ওলহল্লিবা যুগ নো হায়বসি য়ায় য়েৎনীংঙাই ওইবা বিষয় অমনি। মূলশ্লোকতা হায়রিবা অসিগী ভাবতি পুক্নীং য়াখলবু শেম্বিরিবা সৃষ্টিকর্ত্তা মহাক্তা য়ায় শিংবা মওংদা ভাইবং জীবশিংগী থম্মোয়দা পোকলিবা ভাব বিচার ধারনা জ্ঞান বুদ্ধি, পূম্নমক অসিবু তপ্ন তপ্না মশক হোংহনবনি অসিতনি। মীওইবগী থম্মোয়দা লেঙদনা লৈরম্বা সত্যবাদ (অচুম্বা ঙাঙবা) নঙিংবচুম্বা অসুমচুম মশক ওন্নকপা অচুম্বা ঙাঙনীংলক্তবা, যাগযজ্ঞনচিংবগী তৌবগী য়াথল অমদি অপাক্চু মরোং অসুম ভাশিল্লকপা অসিদগী যুগপরিবর্ত্তন হায়বহ মশানা অহুম তাজরবনি। থঙহোং হোংহম্নবা অমত্ত মথে। শ্রীধিক (সৃষ্টিকর্ত্তা) মা তপ্না তপ্না, হোংডি হায়বা থঙহন্দনা হোংহনবনি (কালাচান্দ)

সুপর্ণ উবাচ

ততস্তস্মিন্ ক্ষণেনৈব সহসৈব মহাদ্যুতিঃ। প্রত্যহশ্চাপ তেজস্বী পুরস্তাৎস মমাগ্রতঃ॥১২২॥

সমাগম্য ততস্তেন শিবেন পরমাত্মনা। অপশ্যং চাহমাশ্রমং নরনারায়ণাশ্রমে॥১২৩॥

চতুর্দ্বিগুণ বিন্যাসং তং দেবং সনাতনম্। যজ্ঞতন্ত্বানৃষীন্ দেবান্ বদ তোধ্যামতো মুনীন্॥১২৪॥

মুক্তান্ সিদ্ধান নৈষ্ঠিকাংশ্চ জপতোযজতো গহীন্। পুতপপূর পরিক্ষিপ্তং ধুপিতং দীপিতং হিতম্॥১২৫॥

বন্দিতং সিক্তসম্মৃষ্টং নরনারায়না শ্রমম্। তদদ্ভুতমহং দৃষ্ট্বা বিস্মিতোঽস্মি তদানঘাঃ।

জগাম শিরসাদেবং প্রযত্নোত্তরা সনা॥১২৬॥

তদত্যদ্ভুত সংকাশং কিমেতাদীতি চিন্তয়ন্। নাধ্যগচ্ছং পরং দিব্যং তস্য সর্বভবাত্মনা॥১২৭॥

প্রণিপত্য সুহূর্ধবং পুনঃ পুনরুদীক্ষ্যচ। শিরস্যঞ্জলিমাধায় বিস্ময়োৎ ফুল্লোচনঃ॥১২৮॥

অবোচং তমদীনার্দং শ্রেষ্ঠানাং শ্রেষ্ঠমুত্তমম্। নমস্তে ভগবন্ দেব ভূতভব্য ভবৎপ্রভো॥১২৯॥

---

নহাক্কী পরিবার পুন্নমকপু উরুরগনি। মরূপ মপাং পুন্নমকসু উনরুরগনি॥১২১॥ গরুড়না হায়—মুনি পুন্নমক। ওহাক ঐনা মপেক মতাল কল্লগা নারায়নবু থোইনা লাপ্তনা ম'ত্তমক্তনা উবা ফংখি॥১২২॥ মহামঙ্গলগী মশক ওইরবা মূর্ত্তি অদু উজরবা ঐ ওয়োক্লা পেনরে। ঐনা অমুক করি উখিবগে হায়রবদা মপাম্বোম্ নিপাল পানবা মূর্ত্তি অদু নরনারায়ণগী আশ্রমতায় চংলি॥১২৩। অদুদগী আশ্রম অদুদা ঋষি মরাম হোম তৌদুনা লৈরম্মি। দেবতাশিংনা য়ারী শাদুনা লৈরম্মি। মুনিশিং অদু ধ্যান যোগদা লুপ্তনা লৈকখি। যোগসিদ্ধ ওইরবা নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারীশিংনা তাপ তৌদুনা লৈরম্মি। গৃহস্থশিংনা যজ্ঞগী অনুষ্ঠান তৌদুনা লৈরি॥১২৪॥ নরনারায়নগী আশ্রম অদু মনম্ মুংশিরবা ধুপ দীপ পুন্নমক্কী মনম্ মতায় পুনথল থল্লি। মনম মুংশিরবা লৈতগী মপৈ মপৈনা মকম মকমদা পৈদুনা তাদুনা লৈ। আশ্রম অদু অউবা পুন্নমক্কী মকমদ মহা মঙ্গলগী মশল্লি। সৎপুরুষ মহাত্মাশিংনা কোক নোয় থুকুম্মি। রাইরন শেংনা তৈথোকই, লূরবা ঈশিংনা মকম্ পুন্নমক্। অতক্পা দৃশ্য অদুবু উবদা ঐগী পুক্লীংদা অতক্পা মুং-ওাইবা অনীমক্ পোকখি। ঐনা পুক্লীং হকচাং থম্মোয় য়েংনা ঈকোক নোম্দুনা ভগবানদা চত্তখি॥১২৬॥ আশ্রমগী দৃশ্য অদু উবদা ঐগী পুক্লীংদা অকি অথংবা অমত লৈখিত্রে। পুন্নমক্কী পোককম পরমাত্মাদুগী মতীক্ মগুণ ঐ কন্নিমত খঙজরমদে॥১২৭॥ অমনা জর তৌওম্রবা পরমেশ্বরগী মূর্ত্তি অদু উবদা ঐগী মীৎ অনী অসি মীৎকুপ্পা খঙখিত্রে, মুংওাইবা অতকপনা পুনথন্ থনত্রে। কোক্ ভোম্দুনা খুৎ লোম্মদুনা মহাত্মা মহাপুরুষ অদুদা অসুমা হায়জখি॥১২৮॥ হৌগ্রবা ওইরিবা, ওইরকদবা পুন্নমক্কী মপু ওইরিবা নারায়ন হে দেব! নহাক্কী চরণদা হুন্না হুন্না খুকমজরি। প্রভু! নহাক্কী আশ্রয়দা চত্তদুনা, নহাক্কী আশ্রয় ফংজদুনা অতকপা কজরবা দৃশ্য শুন্না উজরে উরিবা কজরব মশেক মতালশিং অসিগী আদি (অহৌবা), মধ্য (মরক্কী) অদুগা অন্ত (অথোইবা) দি কন্নিমত উজদে। উরিবা পুবদি কন্নিবো

সদেবকমিদং দেব ময়াদৃষ্টং যদা শ্রয়ম্। অনাদিমধ্যপর্য্যন্তং কিং তচ্ছং সিতুমর্হসি ॥১৩০॥
যদি জানাসি মাং ভক্তং যদি বাসুগ্রহো ময়ি। শংস সর্বমশেষেণ শ্রোতব্যং যদি চেন্ময়া ॥১৩১॥
স্বভাবস্তব দুর্জ্ঞেয়ঃ প্রা! দুর্জ্ঞাবোঽ ভবস্য। ভবৎ ভূতভবিষ্যেশ সর্বথা সহনো ভবান ॥১৩২॥
ব্রূহি সবসশেষেণ তদাশ্চর্য্যং মহামুনে। কিং তদত্যদ্ভুতং বৃত্তং তেষ্বগ্নিষু সমন্ততঃ ॥১৩৩॥
কানি তান্যগ্নি হোত্রাণি কেষাং কাবঃ শ্রুতা ময়া। শৃবতাং ব্রহ্ম নতভমদৃশ্যানাং মহাত্মনাম্ ॥১৩৪॥
এতন্মে ভগবন্ কৃষ্ণ ব্রূহি সর্বমশেষতঃ। গৃণন্ত্যগ্নিসমীপষু কেচ তেব্রহ্মরাশয়ঃ ॥১৩৫॥

শ্রীভগবানুবাচ

মাংনে দেবান গন্ধর্বা নপিশাচান রাক্ষসঃ। বিদ্রস্ত'ত্বন তত্বস্থং সুক্ষমাত্মা নবস্থিতম্ ॥১৩৬॥

---

হায়বহু ঐ করিমত খঙজদে। অহুনা প্রভু। মহাক্না অমুক্না তাক্পিয়ু।১২৯ ১৩০॥ ঐবু নহাকী ভক্ত অমনি হায়না লৌবিরবদি, অহুগা ঐভোন্দা কৃপাদৃষ্টি (থৌজ্ঞালগী মীৎয়েং) থম্বিরবদি অহুগা ঐনা তাব য়াবা অম ওইরগদি মপুং কানা মথাক্ থম্দনা তাকপিয়ু ॥১৩১॥ ভগবন্। নহাকী স্বভাব অসে খঙকম্ ঈথোক্ থোক্তবনি। পরমাত্মা নহাক্না মশক মওং নাইরিবসিগী উদ্দেশ্য অসি খঙবদা ওস্তোক্না অরুব অমনি। ভূত, বর্ত্তমান ভবিষ্যগী স্বামী ওইবা নারায়ণ! নহাক অসি খঙকম ঈথোক থোক্তবনি ॥১৩২॥ মহামুনি। অঙকপা কংনা শীং ঈরাও য়াওদনা চাক্লবা মৈশিং অসিনা করিনো। পূম্নমক্ অসে চানবিহুনা অমুক্ত তাকপিয় ॥১৩৩॥ অগ্নিহোত্রশিং অসিনা কনা কনানো, করি করিনো? বেদপাঠ তোরিবা, সামগান তৌরিবশিং অসিনা অহ'নবদা করি করি ওইরম্বগে? মথোস্ত মতায়, মশক্তি অমত্ত উদে ॥১৩৪॥ হে! ভগবন! হে কৃষ্ণ! হায়রিবা পূম্নম অসে মপুং কানা অমুক্ত তাকপিয়ু। যজ্ঞগী মৈশিং অসিগী মনাক্ত বেদ পাঠ তৌহনা সামগান শক্তুনা লৈরবা ব্রাহ্মণশিং আসনা কনা কনানো? মথোর অসি হায় করি করি কনা কনা ওইরম্বগে? ॥১৩৫॥ শ্রীভগবান্না হায়রক্তঃ—গরুড়! ঐসি কমানো করিনো হয়রবদি লাই হিংচাবা, গন্ধর্ব, যক্ষ রক্ষ কিন্নর তাইবং মী কনা অমত্তনা খঙবা ঙমদে। ঐ মসি তত্ত্ব পূম্নমকী পীক্লব (পরমাণু) মও'দা তত্ত্বশিং অহুগী আত্মাগী মশক ওইনা লৈ (*) ॥১৩৬॥

---

(*) হায়রিবা য়া অসিমক্ আত্ম'মক্তনগীম্ভ হেন্ন অমুক্ কুপ্পবা বিচারগী বিষয় অমনি। হক্চাং অসিগী মচাক্ ওইহুনা লৈবিবা মৈ ঈশিং মুশিং অকাশ, লৈপাক্ হ'য়রিবা মত্তা অসিগী অমমম্গী পরমাণু মরাম লৈরিবা ওাক্লি। সমুদ্রদা লৈরিবশিং অসিগী পরমাণু, উরিবা মৈ ময়াম অসিগী পরমাণু, শীৎলিবা মুংশিং শিং অসিগী পরমানু, আকাশ অসিগী পরমাণু অহুগা উরিবা চীংমায়চিংবা লৈপাকশিং অসিগী পরমণু লৈরিবা ওাক্লি। মথোয় অসি মাগী মাগী পরমাণুশিংগী মপৈ অমমমনি। মতৌ অসিগুম্না মশক উদবা পোংশিগীম্ভ পরমাণু লৈরিবা ওাক্তনি। হায়বদি, মন, বুদ্ধি, জ্ঞান, আত্মা হ'য়রবশিং অসিগীম্ভ মাগী মাগী পরমাণুগী মপৈ অমমম লৈকম থোকই। মমিং অমত্তবু পুহুনা লৈরবদি অট্টবা উদবা খঙদে পরমাণু লৈরিবসিগুম্না উবদা আকাশ অসিমকীম্ভ পরমাণু মপৈ লৈ। অসিত নত্তনা ভাব, বিচার চিত্তানচিংমামথোয় অসিগীম্ভ মাগী মাগী পরমাণুগী মপৈ অমমম্ লৈ। নত্রবদি মথোয় অসি লৈকম ঈথোক্ থোক্ত্রবনি। পরমাণুশিং অহুনা মথোয়গী আত্মা ওইহুনা লৈরিবনি। অহুনা মন বুদ্ধি জ্ঞাননচিংবগীম্ভ মাগী মাগী ভোঙামবা আত্মা অমমম লৈ।

চতুর্থাহং বিভক্তাত্মা লোকানাং হিতকাম্যযা। ভূতভব্য ভবিষ্যাদিরনাদি বিশ্বকৃত্তমঃ ॥১৩৭॥
পৃথিবী বায়ুরাকাশমাপো জ্যোতিশ্চ পঞ্চমম। মনো বুদ্ধিশ্চ তেজশ্চ তমঃ সত্বং রজস্তথা ॥১৩৮॥
প্রকৃতি বিকৃতিশ্চেতি বিদ্যাবিদ্যে শুভাশুভে। মত্ত এতানি জায়ন্তে নাহমেভ্যঃ কদাচন ॥১৩৯॥
যৎকিঞ্চি চ্ছ্রেয়সা যুক্তঃ শ্রেষ্ঠভাবং ব্যবস্যতি। ধর্মযুক্তং চাপুন্যং চ সোঽহমস্মি নিরাময়ঃ ॥১৪০॥
যঃ স্বভাবাত্মতত্ত্ব হেতুঃ কারণৈরুপলক্ষ্যতে। অনাদিমধ্যনিধনঃ সোহেস্তরাত্মাস্মি শাশ্বতঃ ॥১৪১॥
যৎত্তু মেপরমং গুহ্যং রূপং সূক্ষ্মার্থদর্শিভিঃ। গৃহ্যতে সূক্ষ্মভাবজ্ঞৈঃ স বিভাব্যোহস্মি শাশ্বতঃ ॥১৪২॥

লোক পুম্মক্কী কান্নবগী দমক্ত বিষ্ণু ঐনা ঈশানা ঈশ্বর শক্রক মরিধোক্না থাইদোকতুনা লৈরিবনি। ভূত ভবিষ্যৎ বর্ত্তমান হায়রুনা লৈরিব কালবিভাগ অসিমক্কী আদি দি ঐনি। কালবিভাগ অাস লৈত্রিভৈগী মমাওদসু ঐদি অহুম মরৈরিবনি। অসিগুম্বা বিষ্ণু ঐগী আদি দি ঐ ঈশামক নত্তনা অতৈ অমা লেত্রে। অহুনা ঐবু অনাদিনি হায়রিবসিনি। আদি লৈত্রবনিনা, মধ্যসু লৈত্রে, অনন্তসু লৈত্রে। অহুনা অহুনা অনন্ত হায়রিবাসিনি। অসিগুম্বা ঐ সিনা অউবা উদবা বিশ্বজগৎ অনিগী সৃষ্টীকর্ত্তানি ॥১৩৭॥ পৃথিবী (লৈপাক), বায়ু (নুংশিৎ), আকাশ, ঈশিং, মৈ, মন (পুক্নীং), বুদ্ধি (জ্ঞান), তেজ (মঙাল), অহংকার, সত্ব, রজ, অম, প্রকৃতি, বিকৃতি, বিদ্যা অবিদ্যা (জ্ঞান অজ্ঞান) শুভ অশুভ অসিনচিংবা হায়রিবা পুম্নমক অসি বিষ্ণু ঐওোন্দগী থোকথিবা ভাক্তনি, ঐগী বিস্তারনি। অহুশা ঐদি হায়রিবশিং অসিগী মনুংদগী কনাগুম্বা অমদগী পোকলকপা নত্তে ॥১৩৮-১৩৯॥ জগৎকী মঙ্গল ওইবগী থাথলত্তদা লৈরিবা, মনুং মপাল পুম্বা পুমশেংলবা, মহাধর্ম চেন্নবা শেংলবা থাথলত্তদা লৈরবা মী অহুগী মকমদা বিষ্ণু ঐদি পরমেশ্বর, পরমাত্মা হায়বত্থ ওইহুনা লৈ ॥১৪০॥ স্বভাব (মশাগী ভাব, লৈরিবা মওং) বু অহুগা আত্মাগী তত্ত্ববু থওবা মীশিংনা মানা মানা মওং হেতু কারন সাধনা সাক্ষাৎকার তৌনরিবা, উনরিবা, অহুগা আদি মধ্য অন্ত অহুম অসি লৈতবা অহুগা মথক্ত হায়প্রিবা পুম্নমক অন্তরাত্মা মহাক অদো বিষ্ণু ঐনি, কনা অমত্ত নত্তে ॥১৪১॥ কৃপপ্রবা থুপ্লবা অর্থবু থওলিবা থওগে হায়না নৈনরিবা পীকপ্রবা পরমাণুগী মওংদা

(*) মশক উবা পোংশিংবক্কী পরমাণুদি মশক উদবা পোংশিংহুগী পরমাণুগীদি অমুক করিহায়রুরনি। মাসি, নোংচুপ লেমগী বিজ্ঞান, পরমাণুবাদ (এতোসিজম)গী পরাগী রাংমদনি। অহুগুম্বা অউ উদবা পোংশিংহুগী পরমাণুগী মশীংদি তাইবং মীগী লথা কোটি অর্বুদ বৃন্দ,নচিংবা মশীংগী সংজ্ঞাশিং অসিনা কোওদোকদবা নত্তে। তাইবং মীত নত্তনা লাইশিং মরুসু ওমগদবা নত্তে। অহুমক্তনা অনির্বচনীয় (সনম্পীকেবনা)নি বায়রিবসিনি। পীক্লবা হকচাংসমতগী আত্মানা বকচাংগী মকম পুম্নমক্তা ব্যাপ্ত ওইনা শান্থুংনা লৈবসি উনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিগী হায়বিরা ওরমাণুশিং আসনা আত্মা ওইনা শান্থুংনা লৈরিবনি। অসুম্না শীন্থুংনা লৈববু বিষ্ণু কৌই। বিষ্ণু হায়বদি শান্থুংনা লৈরিবা হায়বান। হায়রিবা বিষ্ণুসিগী মনুংদা কনাগী আল্লা, খোদা যীশু, বুদ্ধ, রাম কৃষ্ণ হায়রিবশিং অসি মাং যুক্ত চাওনা লৈরিবনি (কালাচান্দ)

যত্তু মে পরমং গুহ্যং যেন ব্যাপ্তমিদং জগৎ। সোহহং মং মত্তঃ সর্বসত্ত্বঃ সর্বস্য প্রভবোহ প্যয়ঃ ॥১৪৩॥
মত্তো জাতানি ভূতানি ময়া ধার্য্যন্ত্য হর্নিশম্। ময্যেব বিলয়ং যান্তি প্রলয়ে পন্নগাশন ॥১৪৪॥
যো মাং তথা বেদয়ান্ত তস্য তস্যাস্মি কাশ্যপ। মনো বুদ্ধিগতঃ শ্রেয়ো বিদধানি বিহঙ্গম ॥১৪৫॥
মাং তু জ্ঞাতুং কৃতা বুদ্ধি র্ভবতা পক্ষিসত্তম। শৃণু যে হহং যশ্চ হা যদর্থং চাহস্থিত্য তঃ ॥১৪৬॥

---

লৈরবা ভাবাবচার অদুগা তোঙ্না মশাগী সিদ্ধত্ত লেপ্পবা অদুগুম্বা জ্ঞানীশিংনা পরমাত্মা হায়না হায়্রন হায়নরিবা কৌনবিবনো ঐবুনি করা অমবুতবু নত্তে ॥১৪২॥ জগৎ পুম্নমক্তা মথন্তনা শাম্বংনা লৈরিবা থোই-দোক্লা কৃপ্পবা ঐগী রূপ অদুগা অচঞ্চত্ত পুম্নমক্কী তত্ত্বগী মশক পরমাত্মা হায়রবদো ঐনি। অমাঙ অতা লৈত্রবা মশক উদবমথে পাক্রবা ঐ-না ভমথৈ লৈতনা চাউরব বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিবু পুরিবনি ॥১৪৩॥ গরুড। অচঞ্চত্ত জীব পুম্নমক অসে ঐঙোন্দগী থোকখিবা থোকখিবমক্তানি। ঐ লৈবনা অসুক য়াম্বসে আহং মুংথিন্দা জীবিকা কংহ্না হংহ্না লৈরবনি। অদুগা মথোয়শিং অসে প্রলয়গী মতমদা ঐঙোন্দা অমুক লোইনা লুপ্পরিবনি শুপ্প রবনি ॥১৪৪॥ কাশ্যপ! গরুড়। অতে অম থন্দনা মানা মানা পাম্বা মওংদা ঐবু নীংলিবশিং অদুনা লেপ্প রবা মওং অদো ঐসু অদুম মপুই। গরুড! অচঞ্চত্ত জীব পুম্নমক পুক্নীংদা বুদ্ধিদা জ্ঞানদা লৈদুনা ঐনা মথোয়দুগী অপাম্বদো অদুমপী (*) ॥১৪৫॥ গরুড়! মশাপানবা

---

(*) মী খুদিংগী মাগী মাগী পুক্নিংদা লৈরবা অপাম্বাস অমত মায়দে। খুদম ওইনা হায়রবদা মী অমনা অমত ওইনা পাম্লবা কি হায়বদু পোশক অমত ওইরবসু মাগী মাগী পুক্নীংদা লৈরবা পাম্লবা ফিদুগী মচু মওং অদু অমত মায়দে। অশংবা মচু ওইনা চপ মান্ননা পাম্লরবসু মরাক মমুং মওং মতৌগী অপাম্বা অদু অমত মায়দে। মাদু কাওবদা মায়রবসু মাগী মাগী পুক্নীংদা ফিদুগী পীনিংলিবা মমল অদু হায়দোরকপদা অমত্ত মায়দে। মাদু কাওবা মায়রবসু অমনা মচাগীদমক অমনা মীঙোন্দা পীথিনবগীদমক্তা ফি অদু লৈনারবনি। কারসু লেত্তবা কি অদু লৈবদা অদুক য়াম্না য়াথন্দা বিচারদা থেম্নরবদি, মানা মানা ইষ্টদেবগী মওং মতৌ মাংং শাক্তগী য়াথন্দা করিগী থেম্নরোই। ঈশ্বর হায়বদুনা অমা ওইরবসু ঈশ্বরদুবু পাম্লিবা মী (ভক্ত) শিং অদুগী পুক্নীংদা জ্ঞানবিজ্ঞানদা লেপ্পারবা পামজরিবা মওং মমিং অদু অমত মায়রোই। মায়ত্রবসু ঈশ্বর মাগীদি মঙোন্দদি করি কায়বা মাঙবা লৈত্তে। অদুনা করিমত্তা কায়বা মাঙবা লৈতবনা মানা মানা মূর্ত্তিদা ঈশ্বরনা অদুম মপুই। কি য়োনবা মীদুনা পীরিবা তোঙান তোঙানবা মচাগী তোঙান তোঙানবা মরাক মমুং অদু লৈনিংবা মী খুদংমক্তা কক্ কক্তুনা অদুর ময়োল্লি, অদুম মপী। শংলবসু ফিনি, ভাঙলবসু ফিনি, মুবরসু ফিনি, মরাক্ পীক্লবসু ফিনি মমুং তেল্লবসু ফিনি। কি ওইবাদি ঈকায় কায়দে। মতৌ অসুম্না ঈশ্বর (বিষ্ণু) ওইবা ঐবু ঈকায় কারত্রবদি মানা মানা মওংদু ঈশ্বরনা লৌই। অসুম্না মানা মানা নীংবদু পাম্বদু খুৎহল্লি। গীতাদসু "যং যং বাপি স্মরন্ ভাবম্" অসিনচিংবা অদুম মহায়রবদুনি। মখন অদুনা তোঙান তোঙানবা ভক্তশিংগী পীক্ল পীক্লবা কৃপ্প কৃপ্পবা ভাবনাগী পরমাত্মু মরাম অদুনা শাগৎলকপা পানথৎলকপা শ্রীবিষ্ণুগী মূর্ত্তিদি অনন্তনি ভক্তশিংগী মশীংনা অমত্ত ওইবনা। (কালাচান্দ

বিষয়েষু নিরারম্ভা বিযুক্তজ্ঞানচক্ষুষঃ। অনন্যমনসো ধীরাঃ স্বভাবাবিয়মাশ্রিতাঃ ॥১৫২॥
যৎতৎ বিরক্তি দৃষ্টং তৎ সরঃ পদ্মোৎপলায়ুতম্। তত্রাগ্নয়ঃ সংনিহিতা দীপ্যন্তেস্ম নিরিন্ধনাঃ ॥১৫৩॥
জ্ঞানামলাশয়া তস্মিন যে চন্দ্রাংশুনির্মলাঃ। উপাসীনা গৃণন্তোহ গিং প্রস্পষ্টাক্ষর ভাষিণঃ ॥১৫৪॥

---

থাদোক্তুনা থম্মোয়বু জ্ঞানতদা হাপ্তুনা মপান্দা চাক্লিবা মৈশিংসিবু মপান্দা চাকহন্দনা আম্মাদা চাক-হন্দুনা থাদোক্তুনা তেঙ্গাল তোঙানবা মহাও মচুগী পোৎশিংবু থাদোক্তুনা সংসারগী বিষয়শিংদা চত্তকপা প্রবৃত্তি পুম্নমকপু থিংহুনা বন্ধন (কাজিনব) পুম্নমকপু থাকুনা বন্ধন পুম্নমক অহুদগী নাম্মোক্তুনা বন্ধন তৌরবি-বা পোৎ থুদিংমক জ্ঞানগী মীৎয়েংতনা য়েংহুনা ঐবুত্ত থাম্নবা মহাক অহুতনা ঐবু ফংবা ভম্মি ॥১৫২॥ নহাক্লা নোংমদে স্বক্তা ফজ ফজরবা থম্মায় থম্ন শাংগল পুম্রী উথি। অহুগা পুম্রী অত্তগী মনাক্তগী শীং য়াওদনা মথন্ মথস্তনা চাক্চব যজ্ঞগী মৈ কয়াবু উথি ॥১৫৩॥ জ্ঞানগী মঙ্গাম্তনা ভাঙ্গরবা থম্মোয়গী আত্মজ্ঞায়া মখোয়গী ওইরব। চন্দ্রমাগী মঙালগুম মেঙলবা লংলব। মঙাম্না মখোয়গী ওইরবা অহুগুম্বা যোগী জ্ঞানীশিংনা অশেংবা খোম্মোক উচ্চারণনা স্তুতিগান তৌহুনা ঐগী উপাসনা তৌই। অহুগুম্বা মখোয় অম্লনা মনুং মপান্ জ্যোতি তগী মশক ওইহুনা মপানগী পঞ্চভূতনা শাবা হকচাং কাওবা অদৃশ্য ওইথহুনা

---

তৌব মতমদস্থ পঞ্চ দাতবু মবহন পূজানাচিংবা মতমদা ওঁ বিষ্ণু য়োং তৎসৎ হায়না হৌরগা বিষ্ণুগী পূজা হায় তৌই। ঐবুত্ত থন্দুনা পুক্নীং থনী ভোভনা যজ্ঞ তৌ হায়না বিষ্ণুনা হায়রিবসিগী ভ বাক্ত বিষ্ণু মাবুত্ত থম্নু হায়ব। নত্তে। যজ্ঞদা য়াওরিবা অউবা উদবা পোশক ময়ামচুগী পোং থুদিংমক্তা হৌ রককম অহু জ্ঞান বিজ্ঞান অনী চঙহুনা মুম্না য়েংশিন্নগা কংলু হায়বনি। উদবা বিষ্ণু মভোন্দ অউবা অনিত্য ওইব। লৈশু চেঙ হন্নাইনচিংবহু কংকদৌরিবনি। পরমাণু হায়বদি কূপমন্ পীকমন্দুনা উদে হায়-হায়বনি। অহুগুম্বা পরমাণুদগী হেন্না পীক্নবা বিষ্ণু মভোন্দা কংপা মতমদা লৈ থুদংমক্কী পরমাণু তত্ত্বহু য়েংশিনহুনা কংলু হায়বনি। অহুম্না জ্ঞানবিজ্ঞানগী দৃষ্টিনা য়েংশিন্নগা কংপ তরবদা অকুপ বিচার তৌ তৌহুনা কংপাত্তারবনিনা য়াথল থনকম ওইবা পুক্নীং হায়বহুবু অতৈ অতৈ বিষয়দগী লাপথোকহনগদবনি। মাহুমক ভমত্রবস্থ কচ্ছারিবা মহাকপু সাকার ওইনা থম্নগা ওইহন্নীংবা মশক মওং মমিংগা ইষ্ট দেবহুগী মশক মওং হৌদককমনাচিংবগা চনত্রবদি ঈনাক থুনবা অমদা লীক্রোল থুজীং, হৈনা হৈনা অমত্তং কংলুরবদি-লৌবু লোবিবিগত্রা লৌবু লৌবিরয়োইত্রা হায়না পুক্নীংদা চিংনবা অম পোকই। চিংনবগী থাজবা য়াৎ লকই। থাজবা (বিশ্বাস) য়াৎপদগী ভক্তি অহু মপুং ফারকতে। মরমদি ভক্তিবু শাগৎলকপা মহাকশিংগী মহুংদা বিশ্বাস (থাজবা) হায়বসিনা মরু ওইবা মচাক্লি। ভক্ত শ্রদ্ধাবু য়াওত্রবদি কন য়াম্ন ফজবা মমল য়াম্বা পোশক ওইহুনস্থ ভগবাননা লৌবিদে। বিষ্ণুনা ভাকপিরিবদি বিষ্ণু মাবুত্ত নীঙহু অতৈবু নীংগদ্ধ হায়রবা নত্তে। জগৎকী পোং থুদিংমক্তা শীন্দুনা লৈরীবা হায়বদি বিষ্ণু ওইহুনা লৈরিবা মগাকপু পাঙ্গ হায়বনি। (কালাচান্দ)

আকাঙ্ক্ষমাণাং শুচয়স্তেষ্বহিষু বিচক্ষণ   যে ভাবিতাত্মানো মদ্যোবার্ত্তিরতাঃ সদা ॥১৫৫॥
উপাসতে চ মামেব জ্যোতি ভূতানিরাময়াঃ।   তৈর্হি তত্রৈবদন্তব্যং নারাগম্যতিরচ্যুতৈঃ ॥ ৫৬॥
নিরাতঙ্কা হ্যনিষ্যন্দা শচন্দ্রাংশুসদৃশপ্রভাঃ।   নির্মমা নিরহঙ্কারা নিরালম্বা নিরশিষঃ।১৫৭।
মদ্ভক্তাঃ সততং তৈবৈ ভক্তস্তানপি কাপ্যহম্ব।   চতুর্থাহং বিভক্তাত্মা, চরামি জগতো হিতঃ ॥১৫৮॥
লোকানাং ধারণার্থায় বিধানং বিদধামিচ।   যথাবত্তদপেষেণ শ্রোতুমর্হন্তি মে ভবান্ ॥১৫৯॥
একা মূর্তির্নিগুণাখ্যা যোগংপরমাস্থিতাঃ   দ্বিতীয়া সৃজতে তাতত্তত্ত্ব প্রামং চরাচরম্ ॥১৬০॥

---

মশা মশামক মৈতগী মশক ওইহনা মৈন মৈন যজ্ঞ উপসনা তৌবগুম ঐগী উপাসনা তৌহনা লৈরিবনি ॥১৫৫। কুপ্পবা তত্ত্ববু পুহনা লৈরিবা ঐবুক থন্দুনা মখোয়গী অন্তঃ করন (থম্মোয়) অমত্ত ঈথংত লংহনা লৈরবনি। অরা অনা পুম্বগী মশক ওইরবা অমম্বা অমত যাওদনা মতাম্তগী মশক ওইহনা ঐগী উপাসনা তৌহনা লৈরিবান মখোয় অদো মাগী মাগী তৌরিবা নিয়ম ব্রত অমদগী খোওকম ন মত লেত্তদনা ব্রত চেৎনা ঐগী উপাসনা তৌহনা লৈরিবনি ॥১৫৫-১৫৬॥ মখোয়গী হকচাংগী মচু কুচু অমত্ত থাগী মতাম্গী ঈংলবা লাংলবা ভৌকরবনি। মখোয় অদো পোইদোকপা মরাপোৎ অমত চাদনা লৈরবানি। মৈনাক্ত থুমিৎ চুপ্পা ফম্বগী হুমাং মতীক অম মশাদা পকপ্রবনি। অহংকার (ঐ হায়বা রাখল)দগী রাংমদ লৈরবা কাম্য কর্ম তৌবগী মতৈ অমত পাথক্লবা মশানা মশাবু (আত্মানা আত্মাবু) য়োকচ থাকচরবা মক্তান। মখোয়না ঐগী ভক্ত ওইবহুতুম ঐসু মখোয়গী ভক্ত ওইহনা লৈরবনি (*) ॥১৫৭॥ ঐনা জগংকী কল্যান (মঙ্গল) পীদমক ঈশাবু শরুক্ মরি পোক্ল পাংদোক্লুশা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসীগী মরুম পুম্নমক্তা কোয়রং চত্তুনা লৈরিবনি। অতুম্না লৈবহুমক্তা জগংকী অচচচ জীব থুদিংমক্তা মাগী জীবিকা কহনা হিংহনা লৈরিবনি। মকম মতম অরাম্বদা ঐনা ভাকশেন্দুনা লৈবনা নীতায়দনা কোয়চৎ চত্তুনা লৈবা ওম্মিবনি। মখোয় থুনিংগী হিংনমবগী বিধি বধানসু ঐনা শোয়দনা অতুম হোৎনহনা লৈরিবনি মাসিগী তত্ত্ব পুম্নমকসি উবগী অধিকারসু নক্লোন্দা লৈরবনি ॥১৫৯। গরুড়। ঐগী নিগুন মূর্ত্তি অমা লৈরি। মূর্ত্তি অদো ওম্মোকপা যোগশক্তি অমগী মথক্ত নন্দুনা লৈরিবনি। মগুণ মূর্ত্তি অমনা মশক উবা অচচচ

---

(*) মশ মশানা তৌবা ভক্তিনা ভগবান মক্ পুম্নু মখোগী মবা পোলহন্দুমা মখোয়গী ভক্তহুম ওইহনপ্রবনি। ভগবান মকী মূর্ত্তিব মশা মশানা ওইজাখিবনা মখোয় মশাদগী তোওনবা ভগবানবু মখোয়না উাথক্লবান। মখোয় মশামক্তা ভগবান শ্রীহরিমকী মূর্ত্তি ওইবা কংপ্রবা মখোয় কাওবনা ঈশ্বর লৈত্তে ভগবান লৈত্তে থক্ হায়দে। অতুনা উপাসনা অতুম ভৌংহুমা নৈ। মাহু য়োক্লিবা খ্বাইদগী হম্বরবা জ্ঞানগী থাক্তা হায়বদি অজ্ঞান (মূর্খিতা)দা লৈরবা মশানা তপস্যাবু তৌদবা মীশিংনা ঈশ্বর লৈত্তে হায়। (কাচালান্দ)

সৃষ্টিং সং হরতে চৈকো জগৎ স্থাবরজঙ্গমম্ । জাতাত্মনিষ্ঠা স্থাপয়ন মোহয়ন্নিব মায়য়া ॥১৬১॥
ক্ষিপন্তী মোহয়ন্তীচ হ্যাত্মনিষ্ঠা স্বমায়য় । চতুর্থাংসে মহাভূতা জগৎবৃদ্ধিং দদাত্যসা ॥১৬২॥
রক্ষতে চাপি নিয়ন্তা সোহহম্মি নত্তশরঃ । ময়া সর্ব্বমিদং ব্যাপ্তং ময়ি সর্বং প্রতিষ্ঠিতম্ ॥১৬৩॥

---

জীব পুম্বনকী সৃষ্টি তৌরিবনি ।১৬০॥ অহুগুম্বী মূর্ত্তিনা অচচ্চত্ত পোৎ খুদিংমকপু সংহার তৌত লৌশিল্লি খোমজিল্লি । অতুগা অহুম শুবী মূর্ত্তি অদুনদি আত্মাতদা ভূংতুনা লৈ । হায়রিবী অহুম শুবী মূর্ত্তি আসিনা কত্তবা পাপী তাপীশিংবু মাঙহল্লি । অসুম্না জগৎ পুম্ববু খোক্লিবী ভাকশেল্লিবী মূর্ত্তি অসিমক্ ঐান । অতুনা নংনা উরিবা ঐসে মশক মওং নাইবী সাকার ওইবী মূর্ত্তি অসিসু আত্মাতদা ভূংতুনা লৈ । মাসিনা অউবা জগৎপু চাওখৎহল্লি (হকচাংসবু চাউখোকহল্লি) অতুগা নিয়ম নাইনা মাসবু ভাকশেল্লিবা । মূর্ত্তি অতুসু ঐনিনি ।১৬২॥ ঐ ইথত্তনা জগৎ পুম্বাস শিক্ষু না লৈরিবনি । জগৎ পুম্বসে অসিসু পীক্লবা শক্লক হেন্দোক্তনা ঐগী ঈথক্ত নন্দুনা লৈরিবনি । জগৎ পুম্বগী হৌরককম মরু অতু ঐনি । ঐনা য়ৌদব মকম লৈতে । অমনা কক্পা মুথৎপা য়াদবা, অমাঙ অত্তা লৈতবা ঐনি (*) ।১৬৫॥

---

(*) তোঙান তোঙানবা মশক মওং মামং পুবা পোৎশিংগী হৌরককম বীজ(মট-মরু) অমত্তদগীনি হায়বাস মপানগী জগৎ আসদা ওত্তনা অতুম মউ-রি । মৈগী মরুনা অমনত্তে লৈগী মরুনা অম নত্তে, লাশিংগী মরুনা অমা নত্তে, লশিং পাম্বগী মরুনা অতোপ্পা অমনা নত্তে । হায়রিবা মখোয়শিংসিগী মরুদি অমতনি । লাশিংগী থাক ফাওবা প্রকৃতিগী মথৌ ওহরম্মি । লাশিংদগী লৈং, লৈংদগী কি কিদগী ফুংরৎ কৈজোম তম্লকি মথং মথং লাক্লবা বিস্তার আসাদ বিক্রাতনি । তাইবং মীনা ফংহনবা বিকারনি । থাইগী আদি কারণ ওইনা লশিং মরু অতুসু লৈপাকা বিকারনি । অতুগা অসিগুম্বা অসিদি বিকার (বিকৃতি) ওইরবসু লৈগী খুংলেমগী বিকার নত্তে । অতুনা ঈশ্বরগী প্রকৃতিদসু পরা অপরা হায়তুনা অনীথোক্লা লৈরি । পরা প্রকৃতি মথে মৈ ঈশিং নংশিং আকাশ লৈপাক মঙা অসিগী বিকার মত্তনি । পরা প্রকৃতি অসিগী তোঙানবা মপর প্রকৃতি হায়বা অমা লৈরে । মাতুদি জীবাত্মা হায়রিবসিনি । মতাক মকসু মপানগী পরা প্রকৃতি মৌদাশিংনাচংবাশিং আসগা ফিজুরুবদগী বিকার ফংতি । অতুনা জীবাত্মাসু প্রকৃতিগী মতুং চল্লি । মহাপুরু অপরা প্রকৃতি হায়রগা থত্তনৈ । অতুনা অপরা প্রকৃতিদ অমত্তনি জীবাত্মা মথক্তবুনি অপরা প্রকৃতি হায়রিবসি । পরা প্রকৃতিদি যামথে । কনা কনাগুম্বগী মতত্তা, ব্রহ্ম হায়ববু জীব অসিনি "জীবো বক্ষৈব কেবলম অসুম্না শংকরাচ র্য্যানচিংবা ব্রাহ্মকরাদীশিংনা হায়নৈ । মতাং অসিদা শ্রীবিষ্ণুনা গরুড়না তাকপিরিবদি হায়রিবা পরা অপরা প্রকৃতি পুম্বনকী মূল কারনদি মকম পুম্বদা শীম্বুংনা লৈরিবা বিষ্ণু ঐনি মরমদি মথক্তা হায়রিবা প্রকৃতিশিং অসি মতম মকম পুম্বদা শীম্বুংনা লৈবা গুমদে । বিষ্ণু হায়ববু মকম মতম পুম্বদা শীম্বুংনা লৈবা হায়বতনি । অতুগীদমক্তা বিষ্ণু সহস্রনামদা বিশ্বং বিষ্ণুঃ বষট্ কার অসিনচিংবনা মকোক ওইনা হৌই । (কালাচান্দ)

অহং সর্বজগৎবীজং সর্বত্র গতিরব্যয়ঃ। যানিত্যান্যগ্নিহোত্রাণি মেচ চত্বারঃতত্রাশয়ঃ।
গৃর্ণান্তি বেদসততং তেষ্বগ্নিষু বিহঙ্গম ॥১৬৪॥

ক্রমেণ মাং সমায়ান্তি সুখিনঃ জ্ঞানসংযুতাঃ। তেষমহং তপো দীপ্তং তেজঃ সম্যগ সমাহৃতম্
নিত্যংতে মন্নিবর্ততে তেষু চাহথ তন্নিতঃ ॥১৬৫॥

সর্বতো মুক্তসঙ্গেন মষ্যনন্যসনাধিনা। শক্যঃ সমাসাদয়িতুমহং বৈজ্ঞানাক্ষুষা ॥১৬৬॥

একান্তিনো ধ্যানপরা সাত্তভাবাৎ ব্রজন্তি মাম্। সত্বযুক্তা মতির্যেষাং কেবলাত্মনিনিশ্চিত তাঃ ॥১৬৭॥
তেপশ্যান্তি স্বমাত্মানং পরমাত্মান মব্যয়ম্। অহিংসা সর্বভুবেষু তেষ্বাস্থিতমার্জবম ॥১৬৮॥

---

নোংমদোঙ্গক্ত লৈবা অীন উচকশিংগী মমুংদা শথোঙবা পক্কড়। চন্দ্রমাগী মেঙলবা লংলবা মঙানুত্তম কুচু পুরবা মৈগী মনাক্ত কমহনা বেদ পাঠ তৌ হুনা হোম তৌরিবা ব্রাহ্মণশিং অসে জ্ঞান বিজ্ঞাননা তম্নবা অকা অপুনবা ঈয়াও মাওদনা ঈমুংত মুংজাইনা এগা তিন্নহুনা লৈরবা তাক্কনি। মথোয়গী মশাদগী হাই-দোয়ক্লিবা তেজ অসে ঐনি। মথোয়শিং অসে ঐতোন্দা (ঐগী মমুংদা লৈরবা তাক্কনি ঐ ঈশামকম্ম মথোয়গী মরক্তা লেকশিন্ন লৈরিবনি ॥১৬৪–১৬৫॥ অতোপ. অতোপ্পা কান্নদবা অনিত্য ওইবা পোংশক-শিংদা আসক্তি থমজবা ঐতোত্তদা পুক্নিং চেপ্রবা মথোয়হুমক্তনা ঐবু থাংগৈগনোনা উবা ফংভ ॥১৬৫॥ অসিগুম্বা সন্ন্যাস মতৌ অসিগা সন্ন্যাসী ওইহুনা অমমম থম্দনা ঐবু থনবা মী মতাক অহুনা ঐবু মশক মওং উবা ফংভি ॥১৬৬॥ সাত্ত্বকী ওইবী বুদ্ধি চেম্নবা মতম পুম্বদা আত্মাগী তত্ত্ববিচারসিবু নৈনরিবা মী মতাক অহুনা মগী আত্মাদ মকী মশক ওইরবা অবিনাশী (অমাঙ অতা লৈতবা) পরমাত্মাগী মায়কা দর্শন ফংভি (*) ॥১৬৭॥ হায়রিবা মথোয়শিং অসে অচচচত্ত জীব পুম্নমকপু অহিংসা দৃষ্টিনা য়েংভি। সরলতা (ঈচম চম্বা পুকচেল থোয়বদবা) কৌগা অচুম্বা গুণ সংগুণ মথোয়গী থম্মোয়দা লাকই। মতম অহুদা মথোয়গী থম্মোয় (চিত্ত) অদো পরমাত্মাদা তিনথি। মথোয়নবু তিনপ্রবনি আত্মা মশামকম্ম পরম ত্মাদা অহুম তিনম্রে। অহুত্তম পরমাত্মাগা একাকার ওইরবা আত্মাহু মশা মশাবু উজবা ফংবা পরমাত্মাবু উবা হায়বহু অহুম মওইপ্র ॥১৬৮॥ মমুংগী কুম্নবা রাকম অসে ওষ্ঠোক্না ভকপ্রবা রাম্রী অমনি অতৈ রাবিরাশংবুম্ম অম তাব

---

(*) হকচাং নুংদা লোয়বা আত্মা সিদগী তোঙানবা পরমাত্মা হায়বনম পরিত্রা নত্রগা আত্মাসিমক্না হেক ওইখিত্রা ? আত্মা সিনা অমুক চঙজকয়িবা অসি আত্মানা মশা মাত্মাদা চঙজবা হায়জবা স্তুতি তৌবনচিংবা তায়বাদ মাহুদি চিংনবা শমা পোকপা তায়বলিনা আত্মাসি নত্তনা অতোপ্পা মত্তোন্দগী হেন্না পরমাত্মা (পরমা আত্মা) অম লৈবা লৈকম লোকই। অহু ওইবাদ মহাক্তি কমদৌই কদায়দ লৈ অসিনাচিংবসি হংকম চিংনকম ভাক্ত লাকই। মতাংসদা ভগবান বিষ্ণু শ্রীহরিনা গরুড়দ অসুম হায়না তাকপিরি মাহুদি পরমাত্মা হায়বসে আত্মসিগী থাঙ্গ শেংবা মূর্ত্তিনি। মশাগী থাংগৈগশেংবা মওংবু উবফনবা মশাল্দ উরিবা হকচাংসিগা চেংপরনা লৈবসিদগী নম্বোয়কুনা, হায়বদি হকচাং অসিবু থাদোক্লমহুনা সন্ন্যাস মতৌবমহুনা সব মওং অসি তাননবা সাধনা তৌরিবা আহুনা একাগ্রতাংসিগী মমুংদা লৈন লৈনা মশাবু

ধর্ম্ম মর্থঞ্চ কামঞ্চ মোক্ষং চৈবার্জবং জপম্। তমঃ সত্ত্বং রজশ্চৈব কর্মজঞ্চ ভবাপ্যয়ম্ ॥১৮৪॥
সত্তদাহং তথাব্রূপ ত্বয়া দৃষ্টঃ সনা নঃ। ততস্ত্বহং পরতরঃ শক্যঃ কালেন বেদিতুম্ ॥১৮৫॥
মম যৎ পরমং গুহ্যং শাশ্বতং ধ্রুবমব্যয়ম্। তদেবং পরমো গুহ্যো দেবো নারায়ণো হরি ॥১৮৬॥
ন তচ্ছক্যং ভুজঙ্গারে বেত্তুমভ্যুদ স্বাধিতৈঃ। নিরারম্ভন মন্ত্রাত্মাঃ নিরাশীবন্ধ নান্যথা ॥১৮৭॥

---

সাংখ্যশাস্ত্রনা অহুগা সাংখ্যশিরো তাম্নবা তত্ত্ব অহুস্র ঐনি, অচচ্চত জগৎব্রহ্মাণ্ড অসিন লৈরিবসে ঐগে শনি (*) ॥১৮৩॥ ধর্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ, সরলতা, জপ সত্ত্বগুণ, রজোগুণ, কর্মদা থোকখিবা জন্মমরণ (পোকপা শিবা) পুম্নমক্ অসে ঐগী স্বরূপ (লমাইগী শক্) মক্তনি ॥১৮৪॥ গরুড়! মহাক্না উথিবা ঐগী রূপ (ঈশক্) অহুনগীম্ন অমুক হেন্ন লেঙত্রবা থ্বাইমক্তগী অথোইবা অহেনবা রূপ অদো মতম্গী মতুং ইন্না মহাক্না অহুম উরক্কনি। ঐগী থ্বাইদগী অরোনবা (অথুপপা), মকম্ মতম্ পুম্বদা লেঙত্রবা মশক্ হোংত্রবা, অমাত্ত অতা লৈত্রবা পদবী (ধাম-লৈকম) অদো, অহুন্ন মহাক্না মতমগী মতুং ইন্না অহুম থঙঙকনি উরকনি। অহুনা ঐ অসি নারায়ণ দেব হরি, হায়না জগৎনা খঙনৈ অহুগা থ্বাইদগী হেন্না অথুপ্পা পরমেশ্বরনি হায়না জগ'ন্না খঙনৈ কৌনৈ।' ৮৫ ১৮৬॥ গরুড়! লৌকিক উন্নতিদা হায়বদি লোক তা, সমাজদা সম্পত্তিদা চাওথৎলবনি হায়না খঙহনবা উহমবা চাবগী মচাক থুংলায় ওইনা লৈরিবা সনা জুপ

---

(*) করিগুম্বা পোৎ অমনা লৈরবদি, লৈরিবা পোৎ অহুগী লৈকম অমদি শোয়দনা লৈগনি লৈকম অহুবু আধার কৌনি। জগন্না লৈরিবা পোৎ খুদিংমক্কী আধার অমমম্ লৈ। ক্ষুমিং থা থবান্-মিচাক্নচিংবা পোৎ খুদিংমক্কী অধর অমমম্ লৈ। আকাশ হায়রিবা অসিমক্কী আধার অমা লৈগনি। অহুনা আধার অহুগী মথক্তা আকাশ লৈ। আধর অহুনা হেক নীঙথায় থিবদা আকাশ অসি লৈবা য়ারোই। অহুনদি মাগী মাগী আধ'র অমমম্ লৈনরিবা পোৎ খুদিংমক্ অসিবা অমত্ত ওইনা পুন্নপ হৌহুনা মপৈ অমা ওইন। লৈরিবা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিগী আধার লৈবা তারিকনি অহুগুম্বা সর্বাধার (থ্বাইগী অমত্ত অইবা তুংনক্কম্) অহ্ করিনো? মাগী মওং, মাগী পরিমাণ মাগী মমিং করি ওইকম থোক্কই? হায়বসি হংদবা য়াত্রবা খঙজবা য়াত্রবা রাকম অমনি। মরমদি হৌজিক হৌজিক হকচাং মপূম অসিগী সর্বাধার ওইরিবা আত্মাসিগী আধারদি ওসাইগী সম্পূর্ণ জগৎকী আধায় ওইরিবা মহাক্না ওইবা মত্তারবনি। অহুনা আত্মা অসিগী তিন্নকম মকম অহ্ থিনরকপনি। অহ্ পুথোক্কে হায়বগীদমক্ ধ্যান তৌনরিবনি যোগ সাধন (তিন্নকননবগী হোৎনব) তৌনরিবনি। অহুগুম্বা আত্মা পুম্নমক্কী তিন্নকম অহ্ নিক জমা ওইরমবনি। (কালাচান্দ)

গচ্ছন্তি তং মহাত্মানং পরং ব্রহ্ম সনাতনম্ । স্থূলোঽহমেবং বিহগ ত্বয়া দৃষ্টস্তথানঘ ॥১৮৮॥
এতচ্চাপিচন বেত্ত্যন্য ত্বামৃতে পন্নগাশন । মা মতিস্তব পাপ্নাশমেষা গতিরুত্তমা ॥১৮৯॥
মদ্ভক্তো ভব নিত্যং ত্বং ততো বেৎস্যসি মেপদম্ । এতত্তে সর্বমাখ্যাতং রহস্যং দিব্যমানঘম্ ॥১৯০॥
এতচ্ছ্রেয়ঃ পরং চৈতৎ পন্থানং বিদ্ধি মোক্ষণাম । এবমুক্ত্বা স ভগবাং স্তত্রৈবান্তরধীয়ত ॥১৯১॥
পশ্যতো মহাযোগী জগামা পতি গতিম । এতৎ এবং বিধং তস্য মহি মানং মহাত্মনঃ ॥১৯২॥
অচ্যু তস্যা প্রমেয়স্য দৃষ্টবানস্মি যৎপুরা । এতৎ বঃ সর্বমা খ্যাতং চেষ্টীতং তস্য ধীমতঃ ॥১৯৩॥

মরানুভূতং প্রত্যক্ষং দৃষ্ট্বা চাদ্ভুতকর্মণঃ ।

ঋষয় ঊচুঃ

অহো শ্রাবিত মাখ্যানং ভবতাত্যদ্ভুতং মহৎ ॥১৯৪॥

পুন্যং যশস্য মায়ুষ্যং স্বর্গ্যং স্বস্ত্য যনং ময্য । এতৎ পবিত্রং দেবানামেতৎ গুহ্যং পরন্তপ ॥১৯৫॥
এতজ্জ্ঞানবতাং শ্রেয়মেষা গতিরনুত্তমা । য ইমাং শ্রাবয়েৎ বিদ্বান কথাং পর্বসু পবর্সু ॥১৯৬॥

মূল্লা দলাননচিংবাশিংগী ভানাশল পৈশিনবদ। পুক্লীং চঙলিবশিংনা ঐ (বিষ্ণু)গী তত্ত্ব অমদি স্বরুপবু কারমত খঙবা ওম্মোই । খঙগে হায়নসু ভাম্ননীংঙোই । অনিত্য ওইবা কাম্য কর্ম মথৈবু থাদোক্লুনা, কান্নবা পোশক্ অমগীদমক্ মী অমদা থুং লোম্নরুবা হান্নবহুদগী লাপথোক্ন লৈরবা, জগৎকী অমাদ আত্মাগী মঙ্গলগী দমকতা খতন তৌরিবা যতি অহুংনা সনাতন ওইবা ওরঃব্রহ্ম পরমাত্মাবু ফংবা ওম্মি ॥১৮৭-১৮৮ পাপকী শত্রুক মাওত্রগা উচেক্ নিংথৌ গরুড় । ঐগী ওমথৈলে ভবা মপেপাক্ চাউরবা হকচাংগী রূপপু নহাক্না উৎরেলো । নং নত্তনা অসিগুম্বা স্থুল মূর্ত্তি (পাক্ চাউরবা মূর্ত্তি) কনা অমনা উবা ওমথিদ্রি ॥১৮৯॥ নহাক্কী অসিগুম্বী বুদ্ধি অসে করিগুম্বা মতমদা মাওঙরোইদ, মাওদবত্ত্ব ওইরসু । নহাক্ মতম পুম্বদা পুনশি চুম্বা ঐ মী ধ্যানদা, ঐগী আশ্রয়দা লৈয়ু । মাহুদত নহাক্ ঐগী তত্ত্ব অমদি স্বরূপপু লাম্ননা খঙবা ফংবা ওমগনি ॥১৯০॥ নঙোন্দা হান্নত্রিবা অকুপ্পা রাকম অসে মী লাইশিংমক্না খঙবদা রানা লোক্লবা রাকমনি । তাবদা জগৎ পুম্বগী মহা মঙ্গলগী মশক্নি । গরুড় । ঐনা নঙোন্দা তাহল্লিবা তত্ত্ব অসে মুক্তি (মোক্ষ-অরামবা খুতম ফংনিংবশিং অমত ওইনা চৎকদবা লম্বীনি ॥১৯১॥ ঋষি পুম্নমক্ ! অসি কাওবসি ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুনা ঐঙোন্দা তাহল্লপা খুদক্কা মাওথি । মহাযোগী ওইরবা মশামক্ আত্মগতিগী মশক্ ওইরবা পরমেশ্বরদো উন উনা অদুম মউথিদ্রে । ॥১৯২॥ অসুম তৌবা ঐনা মমাঙৈদা প্রমাণ পীনিংঙাই লৈতবা মহাত্মা অচ্যুত শ্রীহরিগী মহিমাবু উমীৎমক্না ঐনা উজখি ॥১৯৩॥ অঙকৃপা কর্মতম্না মাগী মথৌ ওইরবা শ্রীহরিগী লীলাগী ঐনা উজখিবা শক্লক্ থম্নদং ময়ামদা তম্জরবসিনি ॥১৯৪॥ মাহু তাবদা ঋষিশিং অহুনা হাঁস । গরুড় ! ওম্বোক্না ওক্লবা মমল য়াম্নবা রাবু নহাক্না ঐথোয়দা তাহনবিরে । রারী অসি ওম্বোক্না শেংব্রবা যগীদা (বৈকুণ্ঠধামদা) রোনবগী লম্বীনি । জগৎকী মহামঙ্গলগী মশক্নি ॥১৯৫॥ রেম্নবা ওম্বা, কম্নবা

নিরাশা বর্জনাঃ সত্ত প্রয়াত্তাক্তবশাস্বতাম্। আরম্ভযজ্ঞাম্বু সৃজ্য জপহোম পরায়ণাঃ
ধ্যায়ন্তো মনসা বিষ্ণুং গচ্ছন্তি পরমাংগতিম্ ॥২০৪।
তদেব পরমো মোক্ষো মোক্ষদ্বারংচ ভারত। মদা বিনিশ্চি অত্মানো আচ্ছন্তি পরমাং গতিম্ ॥২০৫॥
শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাংসংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং অনুশাসনপর্বনি দানধর্মপর্বনি লোকযাত্রা কথনে
ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ

—(:×:)—

শিংদগী লাংহোক্‌য়রম্বা মথোর অচুভন অমাও লৈত্রবা বিষ্ণুগী ধ্যানগী পাৈহৈতনা অথোইবা গতিবু ফংবা
ওমি ॥২০৪॥ ভরত নন্দন! যুধিষ্ঠির! মবুদ্ধি লেপ্পবা মথোয়চুনা পরমাত্মাগী তত্ত্বসিবু খঙচুনা অথোইবা
গতিবু ফংই। পরম গতি অদো মোক্ষ (মুক্তি,গী দ্বার (থোঙ)নি ॥২০৫॥
মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদাগী কন্নিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অনুশাসন পর্বদা,
দান ধর্ম পর্বদা লোকযা ত্রাদিকৌবা তরাহুমদোই শুবা অধ্যায় লোইরে।

—(:×:)—

# মণিপুরী মহাভারত

## চতুর্দশোঽধ্যায়ঃ

(ভীষ্মনা হায়বদগী শ্রীকৃষ্ণনা মহাদেবগী মহাত্ম্যবু
লৌহনবগী মতাং)

তরামরি শুবা অধ্যায়

——:×:——

যুধিষ্ঠির উবাচ

ত্বয়াহ পগেন নামানিশ্রুতানীহ জগৎপতে। পিতামহেশায় বিভো নামান্যচক্ষ্ব শম্ভবে ॥১॥
বভ্রবেবিশ্বরূপায় মহাভাগ্যংচ তত্ত্বতঃ। সুরাসুরগুরৌ দৈবে শংকরেঽব্যক্তযোনয়ে ॥২॥
ভীষ্ম উবাচ
অশক্তোঽহং গুণান্ বক্তু' মহাদেবস্য ধীমতঃ। যোহি সর্বগতো দেবো নচসর্ব্ব প্রদৃশ্যন্ত ॥৩॥

যুধিষ্ঠিরনা হায়—গঙ্গানন্দন। ঈবুধো। ব্রহ্মামকী মঙ্গল ওইননবগী থবক্ তৌগনবা জগদীশ্বর
শিবজীগী নামগুণ পুম্নমক ঈবুধোনা তাবি শক্‌পিথিবদো অমত্ত হায়বিয়ু ঐহ্ তাজগে ॥১॥ বিরাট্ মূর্তি
পুম্নবা বিশ্ব জগৎপু ধারণ তৌরিবা ভগবান্ শঙ্করগী নাম অনাদি মহিমাশিং মসা লৌবিয়ু ॥২॥ ভীষ্মনা

ব্রহ্মবিষ্ণুসুরেশানাং স্রষ্টা চপ্রভুরেবচ। ব্রহ্মাদয়ঃ পিশাচান্তা যং হি দেবা উপাসতে ॥৪॥
প্রকৃতীনাং পরত্বেন পুরুষস্য চযঃ পরঃ। চিন্ত্যতে যো যোগবিদ্ভির্ঋষিভি স্তত্ত্বদর্শিভিঃ।
অক্ষরং পরমংব্রহ্ম অসচ্চ সদসচ্চ যঃ ॥৫॥
প্রকৃতিং পুরুষং চৈব ক্ষোভয়িত্বা স্বতেজসা। ব্রহ্মাণ মসৃজৎ তস্মাৎ দেবদেবঃ প্রজাপতিঃ ॥৬॥
কোহি শক্তোগুণাণ বক্তুং দেবদেবস্য ধীমতঃ। গর্ভজন্ম জরাযুক্তো মর্ত্ত্যো মৃত্যু সমাবৃতঃ ॥৭॥
কোহি শক্তোভবং জ্ঞাতুং মদ্বিধঃ পরমেশ্বরম্। ঋতে নারায়নাৎ পুত্র শঙ্খচক্র গদাধরাৎ ॥৮॥
এষো বিদ্বানগুণ শ্রেষ্ঠোবিষ্ণুঃ পরমদুর্জয়ঃ। দিব্যচক্ষুর্মহাতেজা বীক্ষতে যোগচক্ষুষা ॥৯॥
রুদ্রভক্ত্যাতু কৃষ্ণেণ জগৎব্যাপ্তং মহাত্মনা। তংপ্রসাদ্য তদদেবং বদর্য্যাং কিল ভারত ॥১০॥
অর্থাৎ প্রিয়তরত্বংচ সর্বলোকেষু বৈতদা। প্রাপ্তবানেব রাজেন্দ্র সুবর্ণাক্ষান্মহেশ্বর ॥১১॥
পূর্ণং বর্ষসহস্রং তু তপ্তবানেব মাধবঃ। প্রসাদ্য বরদং দেবং রোচরগুরুং শিবম্ ॥১২॥
যুগে যুগে তু কৃষ্ণেণ তোষিতো বৈমহেশ্বরঃ। ভক্ত্যা পরময়া চৈব প্রীতশ্চৈব মহাত্মনঃ ॥১৩॥

---

হায়—নিংথৌ! থোইদোক্ হেন্লোক্ বুদ্ধিমান্ ওইরবা মহাদেবগী মহিমশিংদো ঐ লোইনা লৌবা ঙম্মোই। মকম্ পুম্বদা শীন্দুনা লৈবা, পুম্নমক্কী আত্মা ওইনা লৈবনা অরেম্ব। মকম অমদা উদবা, ব্রহ্মাবিষ্ণু, ইন্দ্রমকোয় অশেম্বা মপু ওইবা ব্রহ্মাদগীনা হিংচাবাইতাম্বা কাওবনা মহাক্কী সেবা পূজা তৌরিবা মক্তোন্দগী বরদান পাম্নিবা, প্রকৃতিদগী ওন্থোকপা মওংদা তোঙাম্ব তাহনা লৈরিবা, যোগতত্ত্ব খঙলবা যোগীশিং মক্না মহাক্পু ধ্যান তৌহনা থন্দুনা লৈরিবা অমাও অভা লৈত্রবা পরংব্রহ্ম পরমাত্মামক্কী স্বরূপ ওইবা, দেবতাশিংগী দেবতা ওইবা মহাক্কী প্রকৃতি পুরুষ অনীমক্পু উথক ইপোমদা ঙাওহন্দুনা ব্রহ্মামক্কী সৃষ্টি তৌথিবা, অহুগুম্বা মহাদেবগী নামগুণবু গর্ভ, জন্ম জরা মৃত্যু লুত্তোংগী মপৈ ওইরবা হকচাংসিদা চঙকৃপা কয়ম্বা জীবনা ভগবান সদাশিবগী মহিমাবু শকপা শোনবা ঙমদোরিবনো? ॥৩-৭॥ উবুক্তো। যুধিষ্ঠির! শঙ্খ চক্রগদা ধারী ভগবান শ্রীনারায়ণ নত্তনা কয়ম্বা জীবনা মহাক্কী মতীক্ মগুণবু শকপা শোন্বা ঙম্গনি? ॥৮॥ ভগবান্ সদাশিব হায়বসে, লোইনা খঙবা বিষ্ণু হায়বহুমক্ মহাক্নি। কনা অমত্তনা ঙমকত্রবা লোক অহুমদা লৈতবা মীৎ অহুম্বা মহাক্কী ওইবা মহাতেজ কয়রবা দেবতা অমনি। মহাক্তি মহাক্কী যোগদৃষ্টি শোইনা উবা খঙবনি ॥৯॥ যুধিষ্ঠির! রুদ্রদেবদা তৌথিবা কৎথিবা ভক্তি অহুত্তনা দ্বারকাপতি শ্রীকৃষ্ণনা জগৎ পুম্বদা শীন্দুশংনা লৈবগী শক্তি কংথিবসি কৃপাদগী সংসারগী পোৎ থুদিংমক্তদগীসু মমল হেল্লবা, পয়কপ্ থোক্লবা অহুগুম্বা মওংবু কংহনা লোকপুম্নমক্কা থাইগী চায়কম্ ওইবা দেবতা অপ ওইখিদো ॥১০-১১॥ যুধিষ্ঠির! হৌজিক্ লৈরিবা শ্রীবাসুদেব কৃষ্ণসে অসিনা মথাৎতৌদা ভগবান্ শিবনা চান্‌বিনমবগীদমক্ত চহী লিশিং অম চুপ্না তপস্যা তৌখি শ্রীকৃষ্ণনা তপস্যা তৌহনা মহাদেববু পেনহাথি। শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তি অহুনা মহাদেবসু ওন্থোক্না মথাৎতৌদা যুগ অমমা বদরিকাশ্রমদা শ্রীকৃষ্ণনা মহাদেবগী দর্শন কংথিবনি ॥১২॥ দিব্যদৃষ্টি কংলবা মহেশ্বরগী

ঐশ্বর্য্যং যাদৃশং তস্য জগৎযোনের্মহাত্মনঃ। তদয়ং দৃষ্টবান্ সাক্ষাৎ পুত্রার্থে হরিরচ্যুতঃ ॥১৪॥
যস্মাৎ পরতরং চৈব নান্যাং পশ্যামি ভারত। ব্যাখ্যাতুং দেবদেবস্য শক্তো নামান্য শেষতঃ ॥১৫॥
এষ শক্তো মহাবাহু র্বক্তুং ভগবতো গুণান্। ভবতাং কীর্ত্তয়িষ্যামি ব্রতেশায় যথা তথম ॥১৬॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

এবমুক্ত্বা তদা ভীষ্মো বাসুদেবং মহাযশাঃ। ভবমাহাত্ম্যসংযুক্তমিদমাহ পিতামহঃ ॥১৭॥

ভীষ্মউবাচ

সুরাসুরগুরো দেব বিষ্ণো ত্বং বক্তুমর্হসি। শিবায় বিশ্বরূপায় যন্মাং পৃচ্ছৎ যুধিষ্ঠিরঃ ॥১৮॥
নাম্নাং সহস্রং দেবস্য তণ্ডিনা ব্রহ্মযোনিনা। নিবেদিতং ব্রহ্মলোকে ব্রহ্মণোয়ৎ পুরাতনং ॥১৯॥

---

পেনখি (*) ॥১৩॥ জগৎকী আদি কারণ ওইবা শিবগী অঙকৃপা ঐশ্বর্য্য হায়ববু, মচা ফংনবগীদমক্ তপস্যাতৌখিবা শ্রীকৃষ্ণনা মতম নত্রবস্থ মহাদেববু মশাগী মূর্ত্তি মঙ ঈকায় কায়রন্দনা চোংথোক্লরন্দুনা দর্শন তৌখি—উরখি ॥১৪॥ মরম্ অদুনা হে ভারত। যুধিষ্ঠির। শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা কনাগুম্বা অমত্তনা দেবদেব মহাদেবগী নামশিং অদুগা গুণমহিমাশিংদুবু মপুং ফানা তাকপা ঙম্বা অমত্ত ওংদ্রে ই ॥১৫॥ নিংথৌ। ননাক্তু লৈরিবা কৃষ্ণসে অসিতনা মহেশ্বর মহাদেবগী গুণ কীর্ত্তন তৌবা ঙমগদবনি। অমত্তে কনা অমত্তনা ঙম্মোই ॥১৬॥ বৈশম্পায়ননা হায়—তাও নিংথৌ। জনমেজয়। মিংচৎ চাউরবা কল্লবা ভীষ্মনা যুধিষ্ঠিরদা অসুম্ম হায়রম্লগা শ্রীকৃষ্ণ রোম্দা ওনশিন্দুনা শ্রীশঙ্কর মহাদেবগী মহিমাগা তিন্নবা বাহৈ অসি হায়রকই ॥১৭॥ লাইহিংচাবা পুম্নমক্কী অধিদেব ওইরবা হেবিষ্ণু দেব। নিংথৌ যুধিষ্ঠিরন মহাদেবগী গুণ, নাম, মাহাত্ম্যগী মরমদা হংজরিবসে, ঈবুঙো নহাক্ নত্তনা বিশ্বরূপ শিবজীগী মরমদা গুণ কর্মবু তাকপিননা কনা অমত্তা লৈতে ॥১৮॥ মমাঙৈদা যুগ অমদা ব্রহ্মাগী মচা তণ্ডী মুনিনা ব্রহ্মলোকতা ব্রহ্মাগী মঙ্ মক্তদা মহাদেব শিবজীগী সহস্রনাম (মিং লিশিং অম) বু থোনখিব লৌথিবগু বাসু দেব। নহাকমক্তা যুধিষ্ঠিরদা থর লৌদুনা তাহনবিয়ু। ব্রত কল্লবা ব্যাসনচিংবা তপস্বী মরাম্ অদুগা

---

(*) মত্তাং অশিবু পাবিরিবা পাঠকাশিংগী পুক্নীংদা চিংনকমদু থোক্লবা চিংনবা অম পোক্লনি শ্রীকৃষ্ণমক্তা করম্বা ভক্তিগা লোয়ননা মহাদেবগী সেবা পূজা, ধ্যান তপস্যানচিংব তৌরিবনো হায়বাস য়াম্ম চিংনকম্নি। অদুবু, অদুম থক্ চিংনবিরোইদবনি। মরমদি দ্বাপরদা শ্রীবিষ্ণুনা বসুদেবগী মচা বাসুদেব ওইনা অবতার তৌবদি লোকসংগ্রহগীদমক্তনি, সমাজগীদমক্তনি। মহাদেবগীদি হায়বু হায়রন্দু যুধিষ্ঠিরগী রাজসূয় যজ্ঞগী উৎসবত্তা ভাইবং মীচম্নাশিংগী সেবা লাংবা, লুথাক্ চত্তম শেংব ফাওবা শ্রীকৃষ্ণনা মথৌ ওইনা লৌখি শিবব্রহ্মাদি সত্যত্রেতানচিংবা যুগ খুদিংদা শকলোন পুদুনা অবতার তৌবা ঙমদে মাদু শিকুত্তনা ওশ্নি। বিষ্ণুনা কৃষ্ণ ওইরা ফাওবদা বিষ্ণু সেবা ব্রহ্মাগী পূজা শিবগী পূজা চাং ক্লুয়েমচিংবগী পূজা ফাওবা থত্তনা থত্তনা তৌখি। (কালাচান্দ)

দ্বৈপায়নপ্রভৃতয় যথা তথা চেমে তপোধনাঃ। ঋষয়ঃ সুব্রতাঃ দান্তাঃ শৃণ্বন্তু গদতস্তব ॥২০॥
বর্দ্ধনায় নন্দিনে হোত্রে গোপ্ত্রে বিশ্বসৃজেঽগ্নয়ে। মহাভাগ্যং বিভো ব্রূহি মুণ্ডিনেঽথ কপর্দ্দিনে ॥২১॥

বাসুদেব উবাচ

নগতিঃ কর্ম্মণাংশক্যা বেত্তুমীশস্য তত্ত্বতঃ। হিরণ্যগর্ভপ্রমুখা দেবাঃ নেন্দ্রাঃ মহর্ষয়ঃ ॥২২॥
নবিদুর্যস্য ভবনমাদিত্যাঃ সূক্ষ্মদর্শিনঃ। সকথং নরমাত্রেণ শক্যো জ্ঞাতুং সতাংগতিঃ ॥২৩॥
তস্যাহমসুরঘ্নস্য কাংশ্চিৎ ভগবতোগুণান্। ভবতাং কীর্ত্তয়িষ্যামি ব্রতেশায় যথা তথম্ ॥২৪॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

এবমুক্ত্বা তু ভগবান্ গুণাংস্তস্য মহাত্মনঃ। উপস্পৃশ্য শুচির্ভূত্বা কথয়ামাস ধীমতঃ ॥২৫॥

বাসুদেব উবাচ

শুশ্রূষধ্বং ব্রাহ্মণেন্দ্রাস্ত্বং ত্বং তাত যুধিষ্ঠির। ত্বং চাপগেয় নামানি শৃণুষ্বেহ কপর্দিনে ॥২৬॥
যদবাপ্তং চ মেপূর্ব্বং সাম্বহেতোঃ সুদুষ্করম্। যথাহং ভগবান দৃষ্টো ময়া পূর্ব্বং সামাধিনা ॥২৭॥
শম্বরে নিহতে পূর্ব্বং রৌক্মিণেয়েন ধীমতা। অতীতে দ্বাদশে বর্ষে জাম্ববত্যব্রবীদ্ধিমাম্ ॥২৮॥

---

ইন্দ্রিয় খুত্থম চল্লবা মহর্ষি মনাম্ অসিবুস্থ তাহনবিয়ু ॥১৯-২০॥ খুইদগী অমাংবা মতোন্দা তোতোপন লৈবা, মতম পুম্বদা আনন্দতগী মশক্ ওইবা যজ্ঞগী হোতা (হোমতৌবা) গোপ্তা ( অঙাকপা শেম্নবা ) জগৎপু শেম্বা গার্হপত্যনচিংবা অগ্নিগী মশক্ ওইবা মুণ্ডী (শময়াওদবা লুকোক্পা) কপর্দী (জটাপুবা) অহুঙবা ভগবান্ মহাদেবগী মহিমা অদো বাসুদেব নশামক্না ময়ামদা খরু লীবিয়ু ॥২১॥ বাসুদেবনা হায়ঃ—ভগবান শঙ্করনা তৌবা কর্মশিংগী তত্ত্ব অমদি মাহমাবু খঙবা হায়বসে ওইথোকতবনি। ব্রহ্মা ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংনা, মহর্ষিশিংনা কুপ্পা য়াশিন্ন অদিত্য দেবমক্না ভগবান্ সদাশিবগী লৈকম্ অসি চপ চানা খঙবা ঙম্মদ, অহুনদি অচচ্চত্ত পুম্বগী আশ্রয় ওইরবা মহাক্কী ময়মদা তাইবং মীনা করম্ হায়না খঙবা ঙম্পদৌরিবনো ? ॥২২ ২৩॥ ময়ম অহুনা ফিংচায়ইতম্বা পুম্নমক্পু নমহৎপঙবা, ব্রত তপস্যা পুম্বগী ঈশ্বর ওইবা ভগবাম্ শঙ্করগী গুণ খরতংতবু ময়ামগী মকমদা ঐ লীজগে ॥২৪॥ বৈশম্পায়ননা হায়—নিংথৌ জনমেজয়। অস্নুম্ হায়না শ্রীকৃষ্ণনা ময়ামদা হায়রগা আচমন তৌদুনা পুক্কীং হক্পাং শেনো ভগবান্ মহাদেবগী গুণ মহিমাবু লীবা হৌরক্ই ॥২৫॥ মকম অসিদা কম্লুনা লৈবিরিবা জ্ঞানী মহর্ষি পুম্নমক্! অহুগা মহারাজ যুধিষ্ঠির! অহুগা গঙ্গা নন্দন ভীষ্ম! ভগবান্ শঙ্করগী নাম ময়ম অহু তাবিয়ু ॥২৬॥ মমাঙৈদা ঐনা ঐগী ইচা সাম্বগী পোক্কনবগীদমক্তা য়াম্না কন্না তপস্যা তৌদুনা করম্ হায়না নামতত্ত্বশিংদু ফংখিবা অহুগা করম হায়না ভগবান শঙ্করবু মূর্ত্তি মাইনা দর্শন ফংখিবগে হায়বদুগী ময়মদা ঐ হায়রকে তাবিয়ু ॥২৭॥ যুধিষ্ঠির মহারাজ! রুক্মিনীগী মচা প্রদ্যুম্ননা শম্বরাসুরবু হাৎলুনা দ্বারকাদা হল্লক্লবা মতুং চহী তরানিথোই শুরবদা জাম্ববতীগী মচা প্রদ্যুম্ন

প্রদ্যুম্নচারুদেষ্ণাদীন্ রুক্মিণ্যা বীক্ষ্য পুত্রকান্। পুত্রার্থিনী মামুপেত্য বাক্যমাহ যুধিষ্ঠির ॥২৯॥
শূরং বলবতাং শ্রেষ্ঠং কান্তরূপমকল্মষম্। আত্মতুল্যং মম সুতং প্রযচ্ছাচ্যুত মাচিরম্ ॥৩০॥
নহি তেঽপ্রাপ্যমস্তীহ ত্রিষু লোকেষু কিঞ্চন। লোকান্ সৃজেস্ত্বমপরানিচ্ছন যদুকুলোদ্বহ ॥৩১॥
ত্বয়া দ্বাদশবর্ষাণি ব্রতীভূতেন শুষ্যতা। আরাধ্য পশুভর্তারং রুক্মিণ্যাং জনিতাঃ সুতাঃ ॥৩২॥
চারুদেষ্ণঃ সুচারুশ্চ চারুবেশো যশোধরঃ। চারুশ্রবাশ্চারুযশাঃ প্রদ্যুম্নঃ শম্ভুরেব চ ॥৩৩॥
যথা তে জনিতা পুত্রা রুক্মিণ্যাং চারুবিক্রমাঃ তথা মমাপি তনয়ং প্রযচ্ছ মধুসূদন ॥৩৪॥
ইত্যেবং চোদিতো দেব্যা তামবোচং সুমধ্যমাম্। অনুজানীহি মাং রাজ্ঞি করিষ্যে বচনং তব ॥৩৫॥
সা চ মামব্রবীদ্গচ্ছ শিবায় বিজয়ায় চ। ব্রহ্মা শিবঃ কাশ্যপশ্চ নদ্যো দেবা মনোনুগাঃ ॥৩৬॥

---

চারুদেষ্ণমচিংবু উবদা মাগীগী অচুম্বা পোক্‌নীংবী জাম্ববতীনা ঐত্তোন্দা। অসুমনা হায়খি ॥২৮-২৯॥ জনার্দ্দন। পতিদেব। নহাক্না চপ্‌ মানবা কনবা, নপাংগল কনবশিংগী মথুংদা অথোইবা, মশক্‌ মতৌদা মপা নৈতবা কনবা, মশাদা পাপকী শরুক্‌ য়াওদ্রবা ঈচা অম ঐগীসু পীবিয়ু ॥৩০॥ যদুখাগী খুত্থাইনবমী মশক্‌ ওইবা; লোক অহুম (স্বর্গমর্ত্যপাতাল)দা নহাক্না ফংবা ঙম্মোইদবা পোৎশক্‌ অমত্তা লৈতে। নহাক্না তৌপে ওইহনগে হায়নবু থম্বাদ স্বর্গমর্ত্য পাতাল লোক অহুম অসি নত্তনা অতৈ অতোপ্পা লোক অম শেমগে শাগে হায়ব কাও তখিনা (*) ॥৩১॥ নহাক্না রুক্মিণীগী মমকুদি চহী তরানীথোই চুপ্পা ব্রত তপস্যা তৌদুনা মহাদেবগী ধ্যানত্তিদা লুপ্তনা প্রদ্যুম্নমচিংবা মচা কয়া পেক্‌হনবিরে ॥৩২॥ মধুসূদন। চারুদেষ্ণ, সুচারু, চারুবেশ, যশোধর, চারুশ্রবা, চারুযশ। প্রদ্যুম্ন অমদী শাম্বুমচিংবা ফজরবা কয়া কনবা মচা কয়া কয়া রুক্মিণীগীদি লৈহনবিরে। অদুগুম্না ঐগীসু ফয়বা ঈচা অমত্ত পীনবিয়ুম্ম ॥৩৩-৩৪॥ জাম্ববতীনা কৃষ্ণ ঐত্তোন্দা। অসুম্না হায়জয়কপদুদা ঐ (কৃষ্ণ)না মাত্তোন্দা, অসুম্না হায়খি রাণী, জাম্ববতী। করে ঐ চংলগে নহাক্না নীংলিবদু থুংহল্লগে ॥৩৫॥ মতম অদুদা জাম্ববতীনা ঐত্তোন্দা অমুক হায়খি—থরায়গী মবুঙো! জনার্দ্দন! বিজয় অমদি মঙ্গলবু ফংনবা লেঙ্খিবিয়ো যদুনন্দন! ঈবুঙো! ব্রহ্মা শিব, কাশ্যপ, নদীময়াম্‌, পুক্নীংগী চুনবা দেবতাশিংনা ক্ষেত্র ভৈষধনচংবানা,

---

(*) জাম্ববতীনা কৃষ্ণ ঐত্তোন্দা। অসুম্না হায়খি হায়না শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না ভীষ্ম, যুধিষ্ঠির ব্যসনচংবা মহর্ষি জ্ঞানী ময়াম অদুদা তাহনখি। মসি, কৃষ্ণ কৌবা ঐ অসে কহিবে, কনানো হায়বদু কৃষ্ণ মশামক্না হায়দোকপদি য়াদবনিনা জাম্ববতীদা নামা পানাশিন্দুনা কৃষ্ণগী তত্ত্ববু কৃষ্ণ মশামক্না তাকপনি। মাসি, কৃষ্ণগী কূপশ্রবা বুদ্ধিনীতি (পোলিশি) অমনি। লৈবিব মরোল তয়ামবি অসি নত্তনা অতোপ্পা মরোল অমশেম্বা হায়বসি ব্রহ্মা রুদ্রমচিংবা দেবতাশিংগী শক্তিগী য়াংমদনি শ্রীবিষ্ণুতনা মহাক্কী অথ নৈঋটন চাঁয়সী শাক্তি কৌবী শক্তি অদুদ্বা তৌগদবা থবক্নি। অদুনা বিষ্ণু হায়বদু ঐনি হায়না কৃষ্ণ মশানা মরামদা থগতন্নবনি। মদুগী য়াকম্ অসি ভীষ্ম নত্তবা অতৈবা অমত্তবা থত্তবা ওমদে। মায় থগদুনা ভীষ্ম মশামক্না থগম থগবা মহাদেবগী শক্তিবু লৌবিয় হায়না কৃষ্ণনা হায়খিখি। (কালাচান্দ)

তস্মাহমদ্ভুত ভাবানশস্তুং গিরিসত্তমে। ক্ষেত্রঞ্চ তপসাং শ্রেষ্ঠং পশ্যাম্যহংকৃতমুত্তমম্ ॥৪৪॥
দিব্যং বৈয়াঘ্রপদস্ত উপমন্যো র্মহাত্মনঃ। পূজিতং দেবগন্ধর্বৈর্ব্রহ্ম্যা লক্ষ্ম্যা সমাবৃতম্ ॥৪৫॥

ধবককুভকদম্ব নারিকেলৈঃ কুরবককেতকজম্বু পাটলাভিঃ।
বট বরুণক বৎসনাভবিল্বৈঃ সরলকপিত্থ পিয়ালসালতালৈঃ ॥৪৬॥

বদরী কুন্দ পুন্নাগৈরশোকা কাম্র তিন্দুকৈঃ। মধুকৈঃ কোবিদারৈশ্চ চম্পকৈঃ পনসৈস্তথা ॥৪৭॥
বন্যৈর্বহুবিধৈর্বৃক্ষৈঃ ফলপুষ্পপ্রদৈর্বৃতম। পুষ্পগুল্মলতাকীনং কদলীষণ্ড শোভিতম্ ॥৪৮॥
নানাশকুনিসম্ভোজৈ্যঃ ফলৈর্বৃক্ষৈ রলংকৃতম্। যথাস্থানবিনিক্ষিপ্তৈ র্ভূষিতং তম্বরাশিতঃ ৪৯॥

---

মহাক্‌পু বিদাম্ব তৌথি (*) ॥৪০॥ ঐনা হিমাচলগী চীংথক্ত য়েংবৎপা মতমন্না মওকপা কক্সবা দৃশ্যমক্ত উথি। মকম অহু তপস্যা ধ্যান তৌননগী থাইদগী চেনবা মকমনি থনখি। ধ্যান তপস্যা তৌনবগী থাইদগী উত্তম ওইবা ক্ষেত্র অমনি থজলে ॥৪৪॥ ঐনা অসুম য়েংথিবদা ব্যাঘ্রপাদ মচা মহাত্মা উপমন্যুগী দিব্য (লাইয়মলেন্‌গী ওইবা) আশ্রম অমু উবা ফংখি। উপমন্যু হায়রিবা মহাত্মা অসি যোগী মুনি গন্ধর্ব দেবতাশিংনা সম্মান তৌরবা সিদ্ধপুরুষ অমনি। মাগী হকচাংগী অকোয়বদা হকচাং মুদেগী হাক-লোয়কপা ব্রহ্মতেজ ওবা পুমলাং লংনা লৈরবা মহাপুরুষ অমনি ॥৪৫॥ উনিংথৌ, উচন, অর্জুনবৃক্ষ, কদম্ব, য়ুবী পাম্বী কুরবকা কোবা উপাম্বী, কেতক, জামুন কুথাউ কৈক্রং খোংনাং বট, বরুণবৃক্ষ বৎসনাভ, চাবিথাগোক পাম্বী, থৈবোং পাম্বী, কপিত্থ, কোনাপাম্বী, শোয়োই পাম্বী কুন্দ কোবা উপম্বী, নাগকেশর পাম্বী, লাউবিখোং পাম্বী (অশোকবৃক্ষ) চৈলৌ পাম্বী, অতিমুক্ত কোবা উপাম্বী, লুরাং খোং, কোবিদার লৈহাও পাম্বী হৈরোং পাম্বী থৈথোং অসিনচিংবা মথল মথলগী চৈলৈ পাম্বী পাম্বং পায়েংনা আশ্রম অমুগী কৈতেং ওইনা আশ্রম অমুবু ফজহল্লি। উরী যারী লৈন মচ মশূ্ী মথল মথল্লা আশ্রম থন গৌই। তাওলবা চাউরবা লক্ ময়োলশিংনা আশ্রম অমুগী ফজবগী মথক্ত অমুক হেন্ন ফজহল্লম্ম ৪৬-৪৮. মথল মথা অমাম্বা মচু মওং মমিংগী উচেকশিংনা আশ্রমগী কৈতেং ওইবা চেপাল লৈপাকশিং অমুগী মথেয়ানা অমুক্ কৈতেং ওইহল্লি মকম লৈকন চানা চানা পৈরিবা, মনম মুশিরবা উৎকী মপৈশাং অচুনা অমুক আশ্রম

(*) শয়নশয্যাথক্তা লৈরিবা ভীষ্ম অকোয়বদা কাম্লবা ব্যাসনচিংগী মহার্ষ অমুগা ভীষ্ম যুধিষ্ঠির-নচিংবা মীয়ামমচুগী মকমদা কৃষ্ণমক শ্রীবিষ্ণুনি হায়বগী থুনম ওইনা লাউ বরি। গরুড়গী মথক্তা অতৈ দেবীদেবা জীব অমুতনা তোংবা য়াবা নত্তে। মশাক্তদা শ্রীবিষ্ণুকু গরুড় নং ঐগী বাহন ওইয়। ঐনা য়থবা তোংলবদি ঐগী কীয়াম্মা লৈমু হায়না মপু মনাই অনী য়ানশ্রবনি। কৃষ্ণনা দ্বারকাদা গরুড়বু কেক নীংশিংবগা হায়বদি ভবনা কৌথনা থুংলৈ হায়বসিনা পীরিগা প্রমানদি দ্বারকাগী কৃষ্ণসে ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুমক্তি হায়বসিনি। অমুগা যুগ লীলাগী মান মর্যাদা তাকপা ওইনা শ্রীভগবান্ বিষ্ণুনা শিব মহাদেবা থুম্বা লেত্তগদৌরি। মাসিমক্তী শ্রীকৃষ্ণগী চাউপ্রবা মহাত্ম্য অমনি (কালাচন্দ)

ঋক্ষবানরশার্দূল সিংহদ্বীপিসমাকুলম্। কুরঙ্গবর্হিণাকীর্ণং মার্জারভুজগাবৃতম্।
পৃষশ্চমৃগজাতীনাং মহিষর্ক্ষনিষেবিতম্ ॥৫০॥
সকৃৎপ্রভিন্নৈশ্চ গজৈর্বিভূষিতং প্রহৃষ্টনানাবিধপক্ষিসেবিতম্।
সুপুষ্পিতৈরম্বুধরপ্রকাশৈর্মহীরুহাণাং চ বনৈর্বিচিত্রৈঃ
নানাপুষ্পরজোমিশ্রো গজদানাধিবাসিতঃ ॥৫১॥
দিব্যস্ত্রীগীতবহুলো মারুতোঽভিমুখো ববৌ ॥৫২॥
ধারানিনাদৈর্বিহগপ্রনাদৈঃ শুভৈস্তথা বৃংহিতৈঃ কুঞ্জরাণাম্।
গীতৈস্তথাকর্মানামুদারৈঃ শুভৈঃ খগৈঃ সামগানাং চবীর ॥৫৩॥
অচিন্ত্য মনসাপ্যন্যৈঃ সরোভিঃ সমলংকৃতম্। বিশালৈশ্চাগ্নিশরণৈর্ভূষিতং কুশমাবৃতৈঃ ॥৫৪॥
বিভূষিতং পুণ্যপবিত্রতোয়য়া সদাচজুষ্টং নৃপজহ্নুকন্যয়া।
বিভূষিতং ধর্মভৃতাং বরিষ্ঠৈর্মহাত্মভির্বহু সমানকল্পৈঃ ॥৫৫॥

---

অংগী ফজবব হেনগংহল্লম্মি ॥৪৯॥ রুক কোবা শজা, য়োংগী জাং জাং শহুং, কৈ নোংশা কৈশাল শজী শওাই, হা-হং, খৈরোই, লিল, তোঙান কোঙম্বা জাতিগী শজাশিংগী মপৈ মপৈনা অহুগা শওম্গী মপৈ মপৈনা আশ্রম অহুগী বনগী মমুংদ মনাং মথা তম্না কোয়চৎ চত্তুনা শাম্নরম্মি ।৫০॥ মকোক্তগী ঈহ নুহানবা গজমুক্তানা শোদোক্লনা মহী চেম্বরক্লবা অহু শামুশানা বন অহুগী ফজববু হেনগংহল্লম্মি। হয়াই ভম্বা মখেল লাংবনা ময়ায় কায়বা উচেকশিংনা বন অহুগী উথক্ খুদিংদা মহুম শায়ম্মি। মনা মপাল মহৈনা থম্নবা উপাম্বাশিংনা বন অহুগী মমু দা নোংমংবস্তম খোইনা নীংথিজরম্মি। অহুগুম্বা বন অহুনা আশ্রম অহু থোইনা ফজাহল্লম্মি ॥৫১॥ নাকল অময়োমদা মথল মথলগী মনম মুংশিরবা লৈশিংগী লৈরিক্লা থল্লবা অহুগা শামুশিংগী চাইরুদগী শিম্বরকপা ময়াই (গজমুক্তা)গী মরমনা থল্লবা, নামিবা মুংশিংনা ওয়া ওয়া শিংলকলি। হায়রিবা মুংশিংশং অহু হুম্মকপদ নীংথিজরবী রমণীশিংগী মুংশিবরা খোম্বাংদা হল্লবা ঈশৈগী ধ্বনি (মখোল বুম্ব হুম্ব শীংপদ অহুম য়াওরক্লি ॥৫২॥ রাংলবা চীংথক্তগী তারক্পা জল প্রপাত (ঈশিং চাইনী শিং অহুনা চেম্বকপা ঈশিং মরীশিং অহুগা মখোল, উচেকশিংগী তোঙল তোঙানবা খোম্বংশী ঈশৈগী মখোল, শামুশিংনা খোংলকপগী মখোল, কিম্নরী শাগী নীংথজরবা খোম্বাংনা শক্লকপা ঈশৈগী মখেল, মরক্ত সামগান শকপা যাজ্ঞিক ব্রহ্মণশিংগী বেদগান মখোল পুম্নমক অসিনা অমত ওইনখিহনা বনভূমিগী অকোয়বহু সংগীতময় (ঈশৈতগী মূর্ত্তি) ওইবা অম পুহনখি ॥৫৩॥ বনগী ফজবা দৃশ্য অহু ভাইবংমীগী রাথম চীন্না লাম্বা ফংদবা হায়দোকপা ওমফত্রবা মওংনি। হৈপাল লৈপাক্ল থম্নবা বন অহুগী মনম মুংশিরবা লৈ-লৈনাবক্ অহুদা চত চওহনা যোম তৌবগী মনম্ মুংশিরবা থৌরি থৈগুশিংগী মরী মরীনা মখোল্লহুগী মনমবু অমুক হেন্ন হুংশিহল্লি ॥৫৪॥ অকক্সবা ভীম। নিংথৌ যুধিষ্ঠির।

বায়ুহারৈরম্বুপৈর্জপ্যনিত্যৈঃ সম্প্রক্ষলৈর্যোগিভির্ধ্যাননিত্যৈঃ ।
ধূমপ্রাশৈরূষ্মপৈঃ ক্ষীরপৈশ্চ সংজুষ্টং চ ব্রাহ্মণেন্দ্রৈঃ সমন্তৎ ॥৫৬॥
গোচারিণোঽথা অশ্মকুট্টা দন্তোলূখলিকাস্তথা । মরীচিপাঃ ফেনপাশ্চ তথৈব মৃগচারিণঃ ॥৫৭॥
অশ্বত্থফলভক্ষাশ্চ তথা হ্যুদকশায়িনঃ । চীরচর্মাম্বরধরাস্তথা বল্কলধারিণঃ ।৫৮॥
সুদুঃসহান্ নিয়মাংস্তাংস্তান বহতঃ সুতপোধনান্ । পশ্যন্ মুনীন্ বহুবিধান্ প্রবেষ্টুমুপচক্রমে ॥৫৯॥
সুপূজিতং দেবগণৈর্মহাত্মভিঃ শিবাদিভি র্ভারত পুণ্যকর্মভিঃ ।
দদর্শ তচ্চাশ্রমমণ্ডলং সদা দিবীব রাজন্ শশিমণ্ডলং যথা ॥৬০॥

---

অমুক্তা মরক্ অচুনা পুণ্য চেন্নবা শেংলবা ঈশিংনা থল্লবা ঈচেম্ন মহাক্কী ওইরী জহ্নবী গঙ্গানা আশ্রম উমং অচুগী শোভা (কজবা)বু হেনগৎহল্লা হল্লা আশ্রম অচুগী সেবা তৌবগুম্ ইপোং ফাদনা চেল্লি। অমমল্লা মৈবী অমমমগী মতৌগুম্ তেজ লৈরবা ব্রাহ্মণ অথোইবা মহাত্মাশিং অচুনা লৈতেং ওইরিবা অচুগুম্বা আশ্রমনি ॥৫৫॥ বন অচুগী মফম্ মফম্দা অথোইবা জ্ঞানী ব্রহ্মাণশিংনা চেংমলপ্ চোম্লপ তারখ। মখোয়হু থরবা হুংশিত্তা চাহুনা লৈবা বায়ুহ্রনীনি থরনা ঈশিংত্ত থক্কুবা জীবিকা ওই, থরনা জপ ধ্যান তৌবত্তনা চাবথক্প পুম্বা থাদেক্কুগা লৈবা কাওবুনি। থরনা লাকলিবা মথৈ মীং-থিজবা রাহৈনা মৈত্রী ভাবত্তা অতিথিশিংবু পেলহন্বা মীশক ত্তাক্কা ওই। অচুগুম্বা ধর্মত্তনা মখোয়না মখোয়গী থম্মের হকচাংবু শেংদোকত্তনা মখোয়গী মথৌ (ধর্ম) ওইহনবা ব্রহ্মাণ কয়া লৈরম্মি। যোগী ওইবা ব্রহ্মাণশিংনা মুমিৎ চুম্না ধ্যানজপর্ত্ত্য পূক্নীং চঙহুনা লৈ। থরনা যজ্ঞগী মৈগী মখু থক্পা (ধূমপা), থরনা খোরকপা মুমিংকী মঙাল থক্পা (রশ্মিপা) অচুগা থরনা শঙ্গোত্ত থক্কুনা জীবিকা ওইবা (দুগ্ধপা) ব্রহ্মণ মক্কুনি। অসিগুম্বা ব্রাহ্মণ জাং জাংনা থম্ম লৈবা অশ্রমবর্মনি ॥৫৬॥ অগুগা থরদি শম্মী শম্মউগী সেবা লংবাতদা পূক্নীং চঙহুনা গোসেবা গোপূজা তৌবা ব্রাহ্মণশিং অচনা মুমিৎ চুম্না শলশিং অচুগত্ত লোয়নহুনা বন অচুদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈ। থরনা মখোয়না চানথক্কবা অচ পোংশিং অচুবু মুংদা ত্তক্কুনা, থরনা শূম্বন্দা গুহুনা অচুগা থরনা মখোয়গী ময়া অদ্মনা ক্রক্ ক্রক্ শারহুনা চায়। অচুপা থরদি মৃগ র্যা কৌবা ব্রতহু লৌহুনা মুমিৎ চুম্না বন অচুগী চফম খুদংদা শজী শজাই-শিংত্তগা শায়মিন্নহুনা মখোয়না চামন্নহুনা লৈ ॥৫৭॥ কয়া কনাগুম্বা যোগী ব্রাহ্মণশিংনা খোংনাং মহৈত্ত চায়, কয়া কনাগুম্বনা ঈশিংদা হাইপ্নি। কনা কনাগুম্বনা উকু মাকু কৈ শজী মউল শেংলি ॥৫৮॥ অচম্বা মী অমনা তোঙমজ্রবা অকিবগী মশক্ ফংলবা তপস্যাত্তনা সিদ্ধ ওইরবা মহাত্মশিংনা থল্লা লৈরবা অশ্রম অচুদা চত্তঙ্ক্রগে ঐনা শেম্শাহুবা লৈরে ॥৫৯॥ ভরত শাংগেগী অথোইবা, ধর্মচেন্নবা নিংথৌ। পুণ্য চেন্নবা, শিবসনকাদি, নারদমচিংবা দেবর্ষিশিং কাওবনা ঈশ্বর থুমলবা অশ্রম অচু অমুম মোংবদা নোংমলোমহক্কা নিরালয ওইনা ভাউহুবা লৈবা চন্দ্রমণ্ডলগী মতৌগুম্ পূক্নাল ওঃম লৈরম্মি ॥৬০॥

ক্রীড়ন্তি সর্পৈর্নকুলা মৃগৈর্ব্যাঘ্রাশ্চ মিত্রবৎ। প্রভাবাৎ দীপ্ততপসাং সন্নিকর্ষান্মহাত্মনাম ॥৬১॥
তত্রাশ্রমপদে শ্রেষ্ঠে সর্বভূতমনোরমে। সেবিতে দ্বিজশার্দূলৈর্বেদবেদাঙ্গ পারগৈঃ ।৬২॥
নানানিয়মবিখ্যাতৈ ঋষিভিশ্চ মহাত্মভিঃ। প্রবিশন্নেবচাপশ্যং জটাচীরধরং প্রভুম ।৬৩।
তেজসাতপসা চৈব দীপ্যমানং যথানলম্। শিষ্যৈরনুগতং শান্তং যুবানং ব্রহ্মণার্ষভম্ ।৬৪॥
শিরসা বন্দমানং মামুপবন্দ্যাবভাষত ॥৬৫॥

মহাতপস্বীশিং অচুগী তপস্যাগী প্রভাবনা অচুগা মথোরগা ঈতীস্ত ভিন্নচুনা লৈবচুদগী বন অচুদা লৈবা থৈরোঙীগা লিলগা কৈশিংগো শজীগা অমমমগা চান্নতবা মন্নাপকুম্না লৈমিন্নৈ (*) ॥৬১॥ বেদ বেদাঙ্গ পুন্নমকী জ্ঞানগী চাংজো লাম্ব কংগ্রবা কাওব্বা ব্রাহ্মণ যোগী পণ্ডিত কন্না কন্নানা মাগী সেবা তৌরিবা, অশেং অমংগী নিয়ম বিধি মুন্ন খঙলবা মশা মশানস্থ ভারু চংলিবা মহর্ষিশংনা মাগী মতীক মগুণবু থাগংলিবা অচুগা মাচুনা লৈবগী মুংঙাইবা কংজরিবা, ভাইবং মীক নত্তুনা শা উচেক জীব পানবা পুন্নমকী পুক্নীং হুনববগী মশক্ ওইরবা আশ্রম অচুদা হেক চঙখিবমকদা, উকুশেংপা জটা। মাংনা পুন্নবা ওন্থোক্না তেজ কন্নবা, মশাদগী হাইদোরকপা ব্রহ্মতেজনা আশ্রম অচুবু পুমথাল ভালকন্ন, বেদ বেদান্ত লোননা লৈন্নবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা মাগী শিষ্য ওইচুনা মাগী অনাগবগ কমচুনা লৈরিবা মহাত্মা উপমন্যুবু ঐনা উই ॥৬২–৬৪॥ ঐনা কোক্ নোম্ন চঙশিন্দুনা নোল্লুক্না খাবু থক্‌ম্ম। মহম অচুনা উপমন্যুনা ঐঙোন্দা শস্নুনা হায়নকই পুণ্ডরীকাক্ষ। জনার্দন। জগৎ পুন্নমক্ক পূজা তৌনীডবইবনা ঐগী পূজা তৌবরি। জগৎ পুন্নমক্ক থুবমনীভাই ওইবনা ঐবু থুবম্বিরি। জগৎ পুম্বনা দর্শন তৌনীভাই ওইবনা ঐগী দর্শন তৌকনি হায়চুনা লাকপিচুনা ঐঙোন্দা মশামক্না লক্লুন দর্শন পীবিরাব। নহাক্না মখাগু

(*) প্রকৃতিগী কন্নবা নিয়মবু তপস্বীশিং অচুনা থুগাইচুনা অকবা কচুম্বা মওং লেমদেকই। থৈরোঙগা লিলগা, শজীগা কৈগা, চৌদোংগা উচিগা, মচোংগা কলগা য়েংখংবা হায়বসি, অচুগা য়েংখনববা হায়বাস প্রকৃতিগী কন্নবা নিয়মনি। মথোন্নগীদি লাযরচুনা লাইবং মী ঐগোয়গী মকক্কন্ন করিস্তু ঈতো তৌনন্নবস্ন য়েংথিনৈ, কন্নকনৈ, মিরৌনৈ। মাস তৌনচননবা হননুনা ধর্মগ জন্না মানক্ মাতঙগী নিয়ম পঙ্তাক কন্না কন্না তাক্নি। অচুনী পণ্ডিতশিংনা ভাষণ কন্না কন্না পীনরি। অচুবু তৌনারবসি পাক শালোকপা ওন্নথে ওমহন্দে, শা উচেক্ শিংদি কমুক কান্ন হাংক্লান। অচুবু ভূমন ভূমন্না, ভাঙশকপা খোইদেক্না তৌনদনা আশ্রম অচুদা লৈরিবা মহশান্ত মূর্তি পুরবা অমগমগা লোঙমিন্নবা মওং মতৌ, মুংশিনরিবা, ভূমিন্ ভূমিন্ন ধ্যান জপ তপস্যা তৌচুনা লৈরবা শা উচেকশিং অচুগা মন্নাপ মপাঙম লোন্নমিন্নবা তপস্বীশিং অচুগা অস্নুম লৈমিন্নাখকক্ষী, সংকজ অচুগী প্রভাবতগী শাক্নগী পাইতাক্ ঈতা তান্নবস্নু শেমদোকপদা থোক্নযোইদোবা কৈ শাজানাচেন অংতোনবা জীব অচু কাওবা প্রকৃতিগী কন্নবা নিয়ম বিধি অচু থুগাই। (কালাচান্দ)

উৎপাদিতং বৃষাঙ্কেন দীপ্তজ্বলনসন্নিভম্। দত্তং ভগবতা কৃষ্ণ দুর্ধর্ষং তেজসাদ্ভুতম্ ॥৭৭॥
নশক্যং দ্রষ্টুমন্যেন বর্জয়িত্বা পিনাকিনম্। সুদর্শনং ভবত্যেবং ভবেনোক্তং তদা তু তৎ ॥৭৮॥
সুদর্শনং তদা তস্য লোকেনাম প্রতিষ্ঠিতম্। তজ্জীর্ণমভবত্তাত গ্রহস্যাঙ্গেষু কেশব ॥৭৯॥
গ্রহস্যাতিবলস্যাঙ্গে বরদত্তস্য ধীমতঃ। নশস্ত্রাণি বহন্ত্যঙ্গে চক্রবজ্রশতান্যপি ॥৮০॥

---

মীশিং মসু দা লৈবা নাপল তৌরবা দৈত্যবু হাৎলগা বিষ্ণু নঙোন্দা। চক্র অমা নঙোন্দা কৎখিবদো ওহোক্রা মহী মরাই কম্লবা খুৎলায়রনিদো খুৎলায়রদুগী মাঙদা অঙোম্বা কনাগুম্বগী করিগুম্বা খুৎলায় অমত্তা মীকুপ অমত্তা লেপ্লা ঙমদ্রিবনি (*) ॥৭৬-৭৭॥ পিনাকপানি ভগবান সদাশিব নত্তনা কনাগুম্বা দেবতা অমত্তনা খৎলায়দুনু য়েংবা ঙাওবা ঙমদবনি। অহানবদি খুৎলায় অদো মশক য়াম্ব থীরগনি। য়েংবদা আকবগী মশক কংলগনি। মতুংদা ভগবান শ্রীশংকরনা মহাক্কী শক্তিনা য়েংবদা মশক ফজরবা সুদর্শন ওইরবা খুৎলায় অম ওইহনখিবনি। অদুনা কৃষ্ণ! মহাক্কী খুৎলায়রদুগী সুদর্শন হায়না মিংথোনখিবা সুদর্শন মক ওইহনখিবদু ভগবান সদাশিবননি। কৃষ্ণ! খুৎলায় অদো মতম অমদা গ্রহগী মশাদা শোকহুতবদা খুনক্ত চংশনাখবনি ॥৭৮-৭৯॥ ভগবান শংকরনা খুৎলায় মহুদা অসুম্বা বরসু পীবিখিবনি সুদর্শন।

---

(*) য়ারী মতাং অসিমসু মীচম্ অমগুম্ খাইনা খল্লবা কৃষ্ণ মশামক্তা খাইদুগী মাঙদা লীথোরকওনে। অসুম্বা লীবরক্লিবা মতাংসি অনী গুরে। অহানবনা গরুড়না কৃষ্ণবু হিমালয় চীংথোঙ তায় থিল্লবগীনি। বিষ্ণু নত্তনা অমন। নেৎপা য়াবা শাদোং নত্তে। গরুড়নসু মৃথক্ত বিষ্ণু নত্তনা কনাগুম্বা মী লাই হিংগাবা অম কাওবা তোংহন্দবনি। কৃষ্ণ মশামক্তা মশাবু বিষ্ণুদুনি হায়না তাহনবনি। জাম্ববতীগী পখোংবায় ওইনা লাকাশরবনি। অনীশুবা মতাংসিদসু উপমন্যুনা কৃষ্ণনা হে বিষ্ণু। অদুংগী নঙোন্দা মহাদেবনা সুদর্শন চক্র পীখিবদো হায়রবা য়ারী অম লীথোরকলিবাসু কৃষ্ণ মশামক্তা মশাবু অদুংগী শ্রীকৃষ্ণদুনি হায়না ময়ামদা তাহাল্লবনি। আথা মশামক্তা শ্রীকৃষ্ণ (বাসুদেব) কৌব কুরোম্ দেহগী মনুং কৈদুনা আথা ঐ পরমাত্মানি, বিষ্ণুনি হায়না ধর্ম প্রচার তৌবনি। মপা স্বাংদা জাম্ববতীনা হায়জবদগী মাগী মপুক্তীং পেম্নবা তপস্যা তৌবা লাকশিন্নবনি জগৎপু খুৎক্ত পোকহনবা ওথা শক্তিমান মহাক্তা মচা অমতং কাপে হায়দুনা তপস্যা তৌবা লাকপা হৌনত্রা? অদুনা দ্বারকাদা লৈবগী তত্ত্বাদ আথা মাঙনা থঙাঙ। (কালাচান্দ)

---

(*) গ্রহগী চক্র হায়রবাসিগী তাবাতি সুমিৎ, থা, মঙ্গল বুধনাচিংবা মহাগ্রহ, উপগ্রহ, গ্রহ, নক্ষত্র তারা শিং আমগী অমমগী মাগী মাগী তোঙান মওংগী চক্র অমমম্ লৈজে। মাগী মাগী চক্রশিং অদুগী ময়ায় চবুক্ত হায়রিবা গ্রহশিং অসি লৈ। চক্র অসুবু অংগ্রেজী তারাদা ফায়রগা ওরবিৎ, সার্কল নচিংবা হায়রগা থঙৈ। অদুগা চক্র অসুবু মণ্ডল, পরিধি নচিংবসু কোই। অদুনা, সূর্য্যমণ্ডল, চন্দ্রমণ্ডল গ্রহমণ্ডল (গ্রহচক্র) অসিমচিংবা চক্র মণ্ডল) কয়া কয়া লৈরি। মণ্ডালগী মকোয় (মণ্ডল) শিং অসিগী ময়ায় চবুক (কেন্দ্র) তা

অর্দ্যমানাশ্চ বিবুধা গ্রহেণ সুবলীয়সা। শিবমস্তবয়ান্ অসুরমুরেন্দ্রান্ সুরা ভৃশম্ ॥৮১॥
তুষ্টোবিদ্যুৎ প্রভস্যাপি ত্রিলোকেশ্বরতাং দদৌ। শতং বর্ষসহস্রাণাং সর্বলোকেশ্বরোঽভবৎ ॥৮২॥
মমৈবানুচরো নিত্যং ভবিতাসীতি চাব্রবীৎ ॥ তথা পুত্র সহস্রানামযুতং দদৌ প্রভুঃ ॥৮৩॥
কুশদ্বীপংচ সদদৌ রাজ্যেণ ভগবানজঃ। তথা শতমুখো নামা ধাত্রা সৃষ্টোমহাসুরঃ ॥৮৪॥
যেন বর্ষশতং সাগ্র মাত্মমাংসৈর্হুতোঽনলঃ। তং প্রাহ ভগবা তুষ্টো কিং করোমীতি শঙ্করঃ ॥৮৫॥
তং বৈশতমুখঃ প্রাহযোগো ভবতুমেঽদ্ভুতঃ। বলংচ দৈবতশ্রেষ্ঠ শাশ্বতং সম্প্রযচ্ছমে ॥৮৬॥
তথেতি ভগবানহ তস্য তৎবচনংপ্রভুঃ। স্বায়ম্ভুবঃ ক্রতুশ্চাপি পুত্রার্থমবতংপুরা ॥৮৭॥

---

গ্রহগী অসাশংগা লৈব চাক শং অহুনা ইন্দ্রগী বজ্রালশিংনা নত্তোন্দা কারমত্তা তৌব ভম্মোই (ক) ॥৮০॥ মতম অহুদা মপাঙ্গল কনবা গ্রহ অহুনা দেবতা (লাই)শিংবু অংপ নৈব হৌরকলে। অহুবু ভগবান্ শঙ্করগী বরদান কংলবা অহুগুম্বা লাইশিং অহুনা দৈত্যাশিংবু নৈহৎপা ভমখি। অ সগুম্বা লাইহিংচাবগী লাঙ্গাও অসি মতম য়ামকুইন চথরাম্ম।৮১। মতৌ অসুম তৌহুনা রুদ্রদেব (মহাদেব)না পেনবি-খিবা চাববিখিবনা বিদ্যুৎপ্রভ কৌবা দৈত্যহুনা মরোল অহুমগী আধিপত্য কংবি। মহাক্ শ্রীশঙ্করগী কুপাংদগী চহী লিশং তরা মরোল অহুমগী নিংথৌ ওহবা কংখি।৮২। মহাক ঐগী চায়খোইরবা খোঙ্-লোয় অমসু ওইগনি " অসুম হায়বসু মত্তোন্দা মহাদেবনা বর পীবিখি। মহাক্কী মচা কোটি অমা পোক-হনখি ।৮৩। পোকপা শিব লৈত্রবা ভগবান রুদ্রনা মত্তোন্দা কুশদ্বীপ পীবিখি। মতম্ অমদা ব্রহ্মানা শতমুখ কৌবী অসুর অম শেমখি। মহাক্না চহী চাম চুপ্পা মশামক্কী ককচাংবু মখোঙ মথুৎপু কক্ কক্লুনা মৈদা হোম তৌহুনা মহাদেববু পেনহন্নবা হোৎনখি ।৮৪। মাহুদা পেনগ্রহুনা মহাদেবনা মত্তোন্দা নহাক কারি পাম্মি হায়না হংখি। মতম অহুদা শতমুখ কৌবা দৈত্যনা মহাদেব! ঐঙোন্দা যোগশক্তি পীনবীয়ু হায়না খুমখি। ননাই ঐবু নহাক্কী মতম পুম্বগী খেঙ্গলোয় ওইহনবিয়ু হায়নসু মহাক্না হায়জখি ।৮৫-৮৬। মহাক্কী রাহু তাবদা শক্তিমান ওইরবা দেবনা "করে, অহুনক ওইরসনু" অসুম হায়না হায়খি।
মণ্ডালশিং অহু পুরিবা লেঙদবা মণ্ডাল মতুম অমমম লৈ। উরবা সূর্য্যমণ্ডল আসদা ঐখোয়না উরবসি সূর্য্যগী মণ্ডালগী মশক্ ওইবা মণ্ডল অহুতনি সূর্য্য মশামক্পু নত্তে। মণ্ডল মচাশিং আসি মহামণ্ডল অমগী মনুংদা লৈবান। মহামণ্ডল অহুবু মহাচক্র হায়নসু কৌই। অহুগুম্বা মহাত্মা অহু সর্বশক্তিমান অমগী খুদোন্বীদা লৈ। হায়বদি মাগী খুদোম্বীগী মথাদ মানা হাকবত ইম্দুনা উরুরুরুক লৈরুনা লৈ। হায়বসিগী প্রতীক (সিম্বোল) ওইনা বিষ্ণু ভগবান্ মাগী খুদানবীদ মণ্ডালগী তাংথক নাইদবা মকোয় (মণ্ডল-চন্দ) অহু পুই সার্কল মচা অমগী কেন্দ্রবিন্দু (সেণ্টর) অহুবু কেন্দ্রবিন্দু ওইনা অহুম্ লৈহনগা মাগী অকোয়বদা মপান মপান্দা পরিধি অমমম অহু রেক্শ্বনি হায়বদি আকাশনা লৈরিবমখৈ রেকপদি ওইথোক্কবনি। অহুনা বিষ্ণু (সর্বশক্তিমান)গী খুদোম্বীদা লৈরিবা চক্র আসি অনন্ত চক্রনি। অথীবা করবা চক্র মরাম অসিনা পুরপ্পা উরুরুক লৈরবদি করনা উনি। থীনা উরোই। অহুবুনি সুদর্শনচক্র হায়রিবসি (কালাচান্দ)

আবিশ্যযো যেনাত্মানং ত্রীণি বর্ষশতান্যপি। তস্য চোপদদৌ পুত্রান্ সহস্রং ক্রতুসম্মিতান্ ॥৮৮॥
যোগেশ্বরং দেবগীতং বেত্থ কৃষ্ণ ন সংশয়ঃ। যাজ্ঞবল্ক্য ইতিখ্যাত ঋষিঃ পরমধার্ম্মিকঃ ॥৮৯॥
আরাধ্যচ মহাদেবং প্রাপ্তবানতুলং যশঃ। বেদব্যাসশ্চ মাহাত্মা পরাশরসুতো মুনিঃ ॥৯০॥
সোঽপি শঙ্করমারাধ্য পাপ্তবান তুলং যশঃ। বালখিল্যা মঘবতা হ্যবজ্ঞাতাঃ পুরাকিল ॥৯১॥
তৈক্রু দ্ধৈর্ভগবান্ রুদ্রস্তপসা তোষিতো হ্যভূৎ। তাংশ্চাপি দৈবত শ্রেষ্ঠঃ প্রাহ প্রীতোজগৎপতিঃ ॥৯২॥
সুপর্ণং সোমহর্ত্তারং তপসোৎপাদয়িষ্যথ। মহাদেবস্য রোষাচ্চ আপোনষ্টাঃ পুরা ভবন ॥৯৩॥
তাশ্চ সপ্তকপালেন দেবৈরন্যাঃ প্রবর্ত্তিতাঃ। ততঃ পানীয়মভবৎ প্রসন্নে ত্র্যম্বকে ভুবি ॥৯৪॥
অত্রের্ভার্য্যাপি ভর্ত্তারং সংত্যজ্য ব্রাহ্মবাদিনী। নাহং তস্য মুনের্ভূয়া বশগাস্যাং কথংচণ ॥৯৫॥
ইত্যুক্ত্বা সামহাদেবমগচ্ছচ্ছরণং কিল। নিরাহার ভয়াদ ত্রস্ত্রীণি বর্ষশতান্যপি ॥৯৬॥
অশেত মুসলেষ্বেব প্রসাদার্থং ভবস্যসা। তামব্রবীদ্ধসন দেবোভবিতাবৈ সুতস্তব ॥৯৭॥

---

মতোন্দা বরদান তৌখি। অসুম তৌদুনা স্বয়ম্ভু মনুগী মচা কংগে চগী চহম চুপা। যোগসাধনতনা ভগবান মহাদেবগী ধ্যানদ লুপখি। ভগবান মহাদেবনা পেন বিখিদুনা মামকা মায়বা মচা লিশিং অম পীবিখি। ৮৭-৮৮॥ কৃষ্ণ! দেবতা পুম্নমক্না মাগী লোইবা খঙ্বা নাইত্রবা মতম লৈবা খিবিক্তং শক্ত শোয়রিবা অদুগুম্বা মহাদেবগী মহিমাদি নহাক্না হেন্ন খঙবিরিবানি। মাসদা চিংনকম করিমত্ত লৈতে। যাজ্ঞবল্ক কৌবা কাওরবা ঋষি অদুনা মহাদেববু মহাক্কী ধ্যান তপস্যাতনা পেলহনখিদুনা জগতত অমাওঅতা লৈতবা মিংচৎপু ফংখি ॥৮৯॥ পরাশর মুনিগী মচা ব্যাসনু মহা দেবগী কৃপাদগী অমগা চাংদমনীংঙাই লৈতবা অান অমদি মিংচৎপু ফংখি ॥৯০॥ অসুম্না হায়নবা অম লৈ; মমাঙৈদা ইন্দ্রনা বালখিল্য কৌবা ঋষিশিংবু করেম্না নোক্লখি মাদুদা মুংঙাইমনাখৎদুনা বালখিল্য ঋষিশিংনা অকনবা তপস্যানা মহাদেবগী ধ্যান তৌখি। মহাদেববু বালখিল্য ঋষিশিংনা পেলহন্‌খি ॥৯১॥ পেল্লবা মহাদেবনা মখোয়না অসুম্না হায়রকই মখোয়গী তপস্যাগী শক্তিনা ইন্দ্রগী অমৃতবু মুনবা ঙম্বা, মাবু ঊকায়বা পীবা ঙম্বা গরুড় কৌবা অমা পোক্লনি ॥৯২॥ মমাঙৈগী রাষ্ট্রী লৈর মতম অমদা মহাদেব শাউবদগী ঈশিং হায়বা জাৎ অদুমথৈ শূক্লৈ লৈরক্রবনি। পুম্নাও মাঙ্ডুরবনি। মতম্ অদুদা দেবতাশিংনা মহাদেবগী মকম্নদা চঙজখি। মখোয়না সপ্তকপালযাগ (সপ্তকপালযাগ কৌবা যজ্ঞ)না মহাদেবগী মকমদগী অমুক ঈশিং ফংখি। মাদুগী সুমিত্তগী ত্রিলোচন মহাদেবনা মাগী শাক্তনা পৃথ্বী যজ্ঞা অমুক ঈশিং লৈংথখি ॥৯৩-৯৪॥ মতম অমদা অত্রিমুনিগী লোয়নবী অনসূয়ানা কাবগুম্বা থৌদোক্ অমদগী মপুরোয়বা আত্রবু থাদোক্লুনা চৎখি। ঐ অত্রিমুনিগী খুদম মথাদা লৈররোই অসুম হায়না থম্নুনা মহাক্না মহাদেবগী থৌজাল ফাংনবগী অকনবা তপস্যা তৌখি। মহাদেবগী আশ্রয়দা চঙজখি ॥৯৫॥ মহাক্না অত্রিমুনিবু কিবদগী য়োঙ্কুক মথক্তা হাঙুনা চহী চহুম চুম ভগবান্ শ্রীশঙ্করনা পেনাবনবগীদমক্তা অকম্নবা তপস্যা তৌখি ॥৯৬॥ পেল্লবা মহাদেবনা মতোন্দা অসুম্না হায়খি দেবী। অনসূয়া! ঐগী কৃপাদগী ঐগীমমক্ তৌবা যজ্ঞগী চরু হেক চাবদা (থকুপাদা)

বিপ্রা তত্রাচ ক্রমেণ ভবিষ্যাবি নসংশয়ঃ। বংশে তথৈব নাম্না খ্যাতিং যাস্যতি চেপ্সিতাম।৯৮॥
বিকর্ণশ্চ মহাদেবং তথাভক্তসুখাবহম্। প্রসাদ্য ভগবান্ সিদ্ধিং প্রাপ্তবান্ মধুসূদন ॥৯৯॥
শাকল্যঃ সংশিতাত্মাবৈ নববর্ষশতান্যপি। আরাধয়ামাস ভবং মনোযজ্ঞেন কেশব ॥১০০॥
তং চাহ ভগবাংস্তুষ্টো গ্রন্থকারো ভাবষ্যসি। বৎসাক্ষয়া তেকীর্ত্তি স্ত্রৈলোকে বৈতাবষ্যাত ॥১০১॥
অক্ষয়ংচ কুলং তেত্ত মহর্ষিভিরলং কৃতম্। ভবিষ্যতি দ্বিজশ্রেষ্ঠং সূত্রকর্ত্তা সুতস্তব ॥১০২॥
সাবর্ণিশ্চাপি বিখ্যাত খ্যাবিরাসীৎ কৃতে যুগে। ইহ তেন তপস্তপ্তং ষষ্টীর্বর্ষশতান্যথ ॥১০৩॥
তমাহ ভগবান্ রুদ্র সাক্ষাৎ তুষ্টো'হস্মি তেনঘ। গ্রন্থকৃল্লোকবিখ্যাতো ভবিপস্য জরামরঃ ॥১০৪॥
শক্রেণতু পুরা দেবো বারাণস্যাং জনার্দ্দন। আরাধিতোহ ভূৎ ভক্তেন দিগবাসা ভস্মগুণ্ঠিত ॥১০৫॥

---

নপুরোমবা অত্রি য়াওদনা নচা অমা কংগনি (পোকনি) মাহুদা নং কন্নিমত চিংনবা তৌগনু। মহাক্ অদো নহাক্কী বংশদা ওন্থোক্না মমিং চৎলবা মীশক্ অম ওইগনি।৯৭-৯৮॥ অসুমু তৌদুনা কৃষ্ণ! জনার্দ্দন তৌভগদবা শক্তিনা মহাক্কী ওইরবা মহাদেবগী তপস্যা তৌখিবনী মহেনা বিকর্ণ হায়বহুনস্থ সিদ্ধি ফংখি ॥৯৯॥ কেশব! কৃষ্ণ! শাকল্য হায়বা খ্যাব অদো মপুক্কীদা চহীরম্ পুম্নমক্তা ইচিংত চিমগন্‌বা মীশক অম ওইরখি (*) মহাক্না মানাসিক যজ্ঞবা হায়বদি ধ্যানযজ্ঞনা শিবজীগী চহী মপাল চুপ্পা আরাধনা তৌরম্মি ॥১০০॥ মহাক্না তৌরিবা তপস্যা অদুদা পেল্লদুনা ভগবান্ সদাশিবনা মতোন্দা অসুম হায়রকই ঈবুঙো। নহাক্ অচৌবা গ্রন্থকার অম ওইগনি। মরোল অদুমদা অমাত অতা লৈত্রবা মিংচৎ ফংগনি। নহাক্কী মিংচৎনা মায়পৈপুম্বা শীংহংনা চৎকনি॥১০১॥ মহাক্কী বংশ অদু মহাজ্ঞানী ওইবা মহর্ষিশিংতনা লৈত্তেং ওইগনি। নহাক্কী নচা অদু মহাজ্ঞানী সূত্রকার ব্রাহ্মণ অম ওইগনি ॥১০৩। সত্যযুগতা সাবর্নি কৌবা ব্রাহ্মণ অম লৈরসি মহাক্না মফম অসিদা লক্তুনা চহী লিশিং তরুক্ চুপ্পা অকমবা তপস্যা তৌরম্মি ॥১০৫॥ নোংমা মতোন্দা ভগবান্ মহাদেবনা সাক্ষাৎ দর্শন অসুম্না হায়রকই পাপকী শরুক্ য়াওদ্রবা। নংনা তৌরিবা তপস্যা অসিদা ঐ য়াম্না পেল্লে। নহাক জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিদা কাওরবা গ্রন্থকার অম ওইগনি। অজর অমর ওইবা মিংচৎসু ফংগনি॥১০৪॥ জনার্দ্দন! মমতৌগী কুইরবা রাখি। বারাণসীদা ইন্দ্রনা দিগম্বর (মায়পৈনা

---

(*) শাকল্য হ রব ঋষ গায়বসি শব্দশাস্ত্রগী মহা আচার্য্যা অমনি ন্যায় ব্যাকরণ শাস্ত্রগী চাউথ্রবা আচার্য্যনি। মশা মথন্তনা পুথোরকপা রাখল বৃদ্ধি মহাক্ মশানা অদুম্ চিংনবৈ। মশানা মশামথন্তগা মরৈন্নেৎনবৈ। পূর্ব্বপক্ষ উত্তরপক্ষ (সম্নোটার-ওপোজর) অমীমক্ মশামথন্তনা অদুম্ মওইবৈ। মাসিদা অচুম্বানি, কনা অমন্তনা রেৎপা তম্মরোই হায়না তৌরকপা মশাগী অহং কার অদু মশানা অদুম্ অমুক কক্থৈচে। 'সন্দেহাত্মা বিনশ্যতি' হায়বহু মহাক্না কিশিল্লকুনা চহীরম্ রাখল পুম্নমক্তা চিংনবা লৈতনা সিদ্ধান্ত লেপনবা মহাদেবগী উপাসনা তৌখি। মতুংদা চিংনবীতায় লৈত্রবা মহাসিদ্ধ পুরুষ অমা ওইখি। (কালাচান্দ)

আরাধ্যচ মহাদেবং দেবরাজমবাপ্তবান্। নারদেনতু ভক্ত্যাসৌ তব আরাধিতঃ পুরা ॥১০৬॥
তস্য তুষ্টো মহাদেবো জগৌ দেবগুরুগুরুঃ। তেজসা তপসা কীর্ত্ত্যা ত্বংসমো নভবিষ্যতি ॥১০৭॥
গীতেন বাদিতব্যেন নিত্যং মামনু পাস্যসি। ময়া পিচযথাদৃষ্টো দেবদেবঃ পুরা বিভো ॥১০৮॥
সাক্ষাৎপশুপতিস্তাত তচ্চাপি শৃণুমাধব। যদর্থংচ ময়া দেবঃ প্রযত্নেন তথাবিভো ॥১০৯॥
আরাধিতো মহাতেজাস্তং চাপি শৃণু বিস্তরম। যদবাপ্তং মে পূর্বং দেবদেবান্মহেশ্বরাৎ ॥১১০॥
তৎ সর্বং নিখিলেনাদ্য কথয়িষ্যামি তেহনঘ। পুরা কৃতযুগে তাত ঋষিরাসী ন্মহাযশাঃ ১১১
ব্যাঘ্রপাদ ইতি খ্যাতো বেদবেদা পারগঃ। তস্যাহমভবং পুত্রো ধৌম্যশ্চাপি মমানুজঃ॥১১২॥
কস্যচিদথকালস্য ধৌম্যেনসহ মাধব। আগচ্ছমাশ্রমং ক্রীড়নমুনীনাং ভাবিতাত্মনাম ॥১১৩॥
তথাপি চময়া দৃষ্টা দুহ্যমানা পয়স্বিনী। লক্ষিতং চময়া ক্ষীরং স্বাদুতোহ্যমৃতোপমম ॥১২৪॥
ততোঽহ মুমক্রবং বাল্যাজ্জননীম যনন্তদা। ক্ষীরোদনসমাযুক্তং ভোজনং হিপ্রযচ্ছমে ॥১১৫॥
অভাবাচ্চৈব দুগ্ধস্য দুঃখিতাজননীতদা। ততঃ পিষ্টং সমালোড্য তোয়েনসহ মাধব ॥১১৬॥
আবয়োঃ ক্ষীরমিত্যেব পানার্থং সমুপানয়ৎ। অথ গব্যং পয়স্তাত কদাচিৎ প্রাশিতং ময়া ॥১১৭॥

ক্ষীজেৎনহুনা) মতম কুইনা ভগবান বিশ্বনাথ মহাদেবগী তপস্যা তৌখি। তপস্যাগী মহে অতুনা মহাক্রা দেবরাজ ওইখি ॥১০৫॥ দেবর্ষি নারদনু ভক্তিগা লোয়নবা মহাদেবগী ধ্যান তপস্যা তৌখি। মতম অদুদা মারদদা পেন্‌বিখিহুনা তেজদা তপস্যাদা অদুগা মিংচৎতো নংগী মাংনা অতৈ কনা অমত্ত লৈতবা ওইসনু। ঈশৈ অমনি ঈশৈগী বীনানাচাবা মন্ত্রগা লোয়না ঐগী খোঙলোয় ওইদুনা ঐগী ঈতুং ইন্দুদা হরিগী গুণ কীর্ত্তন শকৃশোন্দুন লৈবা ওইনু ॥১০৬ ১০৭॥ মাধব! কৃষ্ণ! উপমন্যু ঐনসু মমাদৈদা ঐগী অকনবা তপস্যনা মহাদেবগী সাক্ষা দর্শন ফংখিবগী ৱারি অদু শীংগে তাও ॥১০৮॥ ভগবন্ মাধব! মহাতেজ কনবা মহাদেবনু ঐনা মতো করম্না পেলহনখিবা মাতুগী ৱারী অদু শীংগে মুন্না তাও ॥১০৯॥ তপস্যাগী শক্তিনা ঐনা মহেশ্বর ফংখিবা শক্তিশিং অদো ঐনা অমুক শন্দে ক হায়গে তাও ॥১১০॥ কৃষ্ণ! জনার্দন! মমাত্তৈদা সত্যযুগতা মতীকমঙল চাউরবা মমিং চৎলবা ঋষি অম লৈরম্মি। মহাক্ ব্যাঘ্রপাদ হায়না ফাওখ। দেব বেদাঙ্গ পূম্নমক্কী চাংকো শাম্ব ফাওবা মীনি ॥১১॥ ঐ অাস কৃষ্ণ! ঋষি অদুগী মচানি। ঐগী ঈনাও নিপাদুনা ধৌম্য কৌই। নোংমা ঐন ঐগী ঈনাও ধৌম্যসিগা অসুম বনদা চৎচতুনা শারমিম্নবদগী কনাগুম্বা মুনি অমগী অশ্রমদা থংজই ॥১১২-১১৩॥ মফম অদুদা ঐনা শজোম্ রাম থোকৃপী শঙ্গী অমা সজোম অসুম তমদুনা লৈবদু উই। অদুগা অমৃতগা মান্নবা থুম্নবা শজোম্ অদুবুসু ঐনা উই ॥১১৪॥ ঐনা মমদা হন্নক্রগা ঈমা! ঐতোন্দা শজোমগা হারবা, শজোম তোৎলবা চাক্ চাবনবা পীয়ু হায়না নোংমা ঈমাদা হায়কই ॥১১৫॥ মমদা শজোমাদি লৈতবানিনা শজোম চাগে হায়না ঈমাদা হায়করবদুদা ঈমানা ওয়োক্রা ৱাখি। ঈমানা চেঙথম তরুগা রাম অদু ঈশিংদা মৈরগা রাম মহী অদুবু ঈচীনাও ঐখোয় অমীদা শজোমনি থকৃউ হায়দুনা পী।১১৬। জনার্দন! ঈমাগী তেজী

পিত্রাহং যজ্ঞকালেহপি নীতো জ্ঞাতিকুলং মহৎ। তত্র সা ক্ষরতে দেবী দিব্যা গৌঃ সুরনন্দিনী ॥১১৮॥
তস্যাহং তৎ পয়ঃ পীত্বা রসেন হ্যমৃতোপমম্। জ্ঞাত্বা ক্ষীরগুণাংশ্চৈব উপলভ্যাহি সম্ভবম্ ॥১১৯॥
স চ পিষ্টরসস্তাত ন মে প্রীতিমুপাবহৎ। ততোহহমব্রবং বাল্যাজ্জননীং মম মাতরম্ ॥১২০॥
নেদং ক্ষীরোদনং মাতর্যৎ মে দত্তবত্যসি। ততো মামব্রবীদম্বা দুঃখশোকসমন্বিতা ॥১২১॥
পুত্রস্নেহাৎ পরিষ্বজ্য মূর্ধ্নি চাঘ্রায় মাধব। কুতঃ ক্ষীরোদনং বৎস মুনীনাং ভাবিতাত্মনাম্ ॥১২২॥
বনে নিবসতাং নিত্যং কন্দমূলফলাশিনাম্। আস্থিতানাং নদীং দিব্যাং বালখিল্যনিষেবিতাম্ ॥১২৩॥
কুতঃ ক্ষীরং বনস্থানাং মুনীনাং গিরিবাসিনাম্। পাবনানাং বনাশানাং বনাশ্রমনিবাসিনাম্ ॥১২৪॥
গ্রাম্যাহারনিবৃত্তানামারণ্যফলভোজিনাম্। নাস্তি পুত্র পয়োহরণ্যে সুরভীগোত্রবর্জিতে ॥১২৫॥
নদীগহ্বরশৈলেষু তীর্থেষু বিবিধেষু চ। তপসা জপ্যনিত্যানাং শিবো নঃ পরমা গতিঃ ॥১২৬॥
অপ্রসাদ্য বিরূপাক্ষং বরদং স্থাণুমব্যয়ম্। কুতঃ ক্ষীরোদনং বৎস সুখানি বসনানি চ ॥১২৭॥

---

সঙ্গ থকৃত্রিতৌদা ঐদি হায় চায়বা আদুবা শঙ্গোম অঙ্গু অতুক থকৃঙ্গবনি। অমুক্তন্থ ঈপানা ঐবু কনাগুম্বা ঈনাক্ নিপা অমগী যজ্ঞদা পুবিরমগবনি মাহুদা শঙ্গী শেংলবা শঙ্গোম্ অঙ্গু থকৃতুনা থাংগৈখোবা শঙ্গোমগী মহাও সঙ্গ থকলবনি ॥১১৭-১১৮॥ অমৃতগুম থম্বা শাঙ্গাম অঙ্গু শকৃউ সুমিং অহুন্দী শঙ্গোম মহাও কমদৌ হায়বসি থকলবনি ॥১১৯॥ অদুনা ঈমাগী চেঙ্গী গীথকৃপন্থদা দায়নী শঙ্গোমগী মহাও অহুপা মাহ্রবহুদা ঈমাদা ঐনা অসুম্না হায়খি ॥১২০॥ ঈমা। মহাক্না হসি শঙ্গোমগা তোংলবা চাক্ (শঙ্গোম ক্ষীর নি হায়না পীজখিবসে অশেংবা শঙ্গোমনা হোবা ক্ষীর নত্তে। ঐগী য়াম্থ তাবদা অয়াবা মুংঙ্গাইতবগা লোয়ননা পীদি পীজনীংবী নৈতবী লাইরবী ঈমামা মুংশিজনা মচা ঐবু মথ দা কেমপ্লুবা কোক্ নাম্বুনা মমতুনা কয়ি হায়রকুপগে হায়রবু ঈমাগী ঈবুঙ্গো। বনদা মতম্ নৈবা থিবিজি নৈতুনা বনগী উতং বাহে চাবা, মহুং মপান লেইবা শেংলবা অহুগুম্বা মুনি ঋষিশিংদা যজ্ঞগী প্রসাদ ওইবা মখোয়গী অংগম শঙ্গোমগী শঙ্গোম ক্ষীর অহু অসিদাদ কদায়দগী ফংগনি? ॥১২১-১২২॥ বালখিল্য মুনিশিংনা সেবা তৌরিবা লাইরেমবাকী গঙ্গগী তলতনা নীংক ওইরবা চীং মাল বনতদা নৈবা মুনিশিং অহুনা কদায়দগী শঙ্গোম ফংগনি ॥১২৩। মুমিং চুম্না থম্মোয় চুকচাং শেংনা বনতদা হোৌবা পানবা মাং মরোং উতৈ বাহৈত্তে চাবা বনদা অশ্রমতদা নৈবা পুমক্ চাবা চাক্ য়েঙ্গানাচংবা অচাপোংশিংদগী লাপ্না চংলোকুপ্নবা, বনগী উক য়াকতা চাবা অহুগুম্বা মখোয় অহুনা শাঙ্গাম কদায়দগী লৌকনি? ॥১২৪॥ ঈমাগী ঈবুঙ্গো। মকম অসিদদি সুরভী শঙ্গীগী চাদি নৈতে। অদুম্না ঐখোয়না নৈরিবা বন অসিদা শঙ্গোম নৈতে। চীং মাল কুরেল তলনবা থম্বা তীর্থশিংদা ধ্যান জপনাচিংবদা পুক্কীং চত্তুনা নৈরবা ঐখোয় মুনি থাবাশিংগী ভগবান্ শঙ্কর তদা আশ্রয় লৌতুনা লৈরবান ॥১২৫-১২৬॥ ঈবুঙ্গো। চঙ্গজয়কুপা পুমমক্কা বর পীন নৈরবা, সুখং চুম্বা তুমিয় লৌতদনা নৈরবা, অমাঙ অতা নৈত্রবা ভগবান বিরূপাক্ষ মহাদেবগী কৃপা থৌজাল নত্তনা শঙ্গোম, ক্ষীর অহুপা শেংব চ ননব কক ফজরবা ফিরোল কয়া ফংগনি

তং প্রপদ্যস্ব বৎস সর্বভাবেন শঙ্করম্ । তৎ প্রসাদাচ্চ কামেভ্যঃ ফলংপ্রাপ্স্যসি পুষ্কলম্ ॥১২৮॥
জনন্যাস্তদ্বচঃ শ্রুত্বা তদাপ্রভৃতি শত্রুজিৎ । প্রাঞ্জলিঃ প্রণতোভূত্বা ইদমম্বামচোদয়ম্ ॥১২৯॥
কোঽয়মম্ব মহাদেবস কথংসপ্রসীদতি । কুত্রোবসতে দেবো দ্রষ্টব্যোবা কথংচন ॥১৩০॥
তুষ্যতে বা কথং শর্বোরূপং তস্যচ কীদৃশম্ । কথং জ্ঞেয়ং প্রসন্নোবা দর্শয়েজ্জননি এম ॥১৩১॥
এবমুক্তাতদা কৃষ্ণ মাতা মেসুত বৎসলা । মূর্ধন্যাঘ্রায় গোবিন্দ সবাষ্পাকুললোচনা ॥১৩২॥
প্রমার্জন্তীচ গাত্রাণিমম বৈমধুসূদন । দৈন্যমালম্ব্য জননী ইদমাহ সুরোত্তম ॥১৩৩॥

অম্বোবাচ

দুর্বিজ্ঞেয়ো মহাদেবো দুরাধারো দুরন্তকঃ । দুরাধর্ষশ্চ দুর্গ্রাহ্যো দুর্দৃশ্যো হ্যকৃতাত্মভিঃ ॥১৩৪॥
যস্য রূপাণ্যনেকানি প্রবদন্তি মনীষিণঃ । স্থানানিচ বিচিত্রাণি প্রসাদাশ্চাপ্যনেকশঃ ॥১৩৫॥
কোহি তত্ত্বেন তংবেদ ঈশস্য চরিতংশুভম্ । কৃতবান যানি রূপাণিদেবদেবঃ পুরাকিল ।
ক্রীড়তেচ তথা শর্ব প্রসীদতি যথাচবৈ ॥১৩৬॥

---

॥১২৭॥ ইবুঙো। মকম অসিদদি ভগবান শঙ্করগী চয়নদা চঙজরগা মহাক্কা থৌজানবিরগা চাচানীংবা উটৈ য়াটৈ ফংলিবনি ॥১২৮॥ য়েঙ্গবা ওম্বা, জনার্দন। ইমাগী ৱাহৈ তাবদা ঐনা ইমাগী চয়নদা খুৎ লোয়না খুরমজুনা ইমাদা অহুম হায়না হংডি ॥১২৯। ইমা। শঙ্কর, মহাদেব হায়বাসবু কনানো ? করি তৌরগা মহাক্কা পেনবি ? শিবা শঙ্কর হায়বা দেবতা আসবু কদায়দা লৈবগে ? মহাক্কী দর্শনদি করম্ হায়না ফংগনি ? ॥১৩০॥ ইমা। শিবজীগী রূপ(মশক্) অদুবু কয়দৌবগে ? করি ফংলগা করি পুজা ইমা। শিবজীগী রূপ(মশক) অদুবু কমদৌবগে ? কায় ফংলগা করি পূজা তৌরগা মাগী পেনবা ওই-বগে ? মাসি শিবনি মহাদেবনি হায়বসি কয়না খঙগদগে অদুগা করি উপায়না মাবু পেনহল্লগা মাগী দর্শন ফংগদগে ? ॥১৩১॥ উবদা থম্মোয় হকচাং পূক্লীংগী লেজনবা মুংঙাইননবগী মশক্ ওইবা। শ্রীগোবিন্দ। দেবতা পুম্নমক্কী অথোইবা ওইবা মধু সূদন। ইমাগী মকমদা ঐনা অসুমা হংজরবদা ইমানা মপি তম্নং তম্নং চেয়া ঐগী কোক্ত হকচাং পুম্বদা ভম্বা ওপ্পা নাল্লহনা তম্লব থুম্নবা ৱাহৈনা ঐঙোন্দা অসুম্না হায়রকই ॥১৩২– ৩৩॥ পূক্লীং ইন্দ্রীংবু লাক্নাশনবা কাজিনবা ওম্রিবা মীশিং অদুগী মকমদদি মহা-দেবগী রূপপু অদুগা তম্নবু উবা থঙবা হায়বসে য়ায় য়ায়নুবা থবক্ অম ওইনা লোকই। মহাকপু থম্মোয়না পূক্লীংনা উদুনা কাজিন্নুবা থম্বা হায়বসে য়ায় নুবা পাক্ তোঙমদবা থবক্ অমনি। মহাকপু ফংনমবগী অপনবা অমদি য়েঙ্গবা তিংথং য়ায় দৈ। মাবু ফংবা উবা হায়বাস তৌঙমদবা থবক অমনি ॥১৩৪॥ মহাজ্ঞানী ওইবা মীশিংনা অসুম্না হায়বৈ মাহুদি ভগবান মহাদেবগী রূপ (মঙং মশক্) মথল মথা য়ায় দৈ। মহাক্কা লৈবা মকমসু মথা অঙক্পগী মশক্নি। অদুগা মহাক্কা চানবিহনা পীবিরকপা বরদানসি মওংসু অঙক্পা ফংনা তোঙান তোঙানি ॥১৩৫॥ মমাঙৈদা ভগবান্ সদাশিবনা পুথিবা তোঙান তোঙানবা মশক মওংশিং অদুবু কনানা শীংথাবা ঙমগদগে। মহাক্কা শান্নথিবা মথাক্কা অদু কনানা থঙবা ঙমগদগে? করি তৌরগাম

হৃদিস্থঃ সর্ব্বভূতানাং বিশ্বরূপো মহেশ্বরঃ। ভক্তানামনুকম্পার্থং দর্শনং চ যথাশ্রুতম্ ॥১৩৭॥
মুনীনাং ব্রুবতাং দিব্যমীশানচরিতং শুভম্। কৃতবান যানি রূপাণি কথিতানি দিবৌকসৈঃ ॥১৩৮॥
অনুগ্রহার্থং বিপ্রাণাং শৃণু বৎস সমাসতঃ। তানিতে কীর্ত্তয়িষ্যামি যস্মাৎ ত্বং পরিপৃচ্ছসি ॥১৩৯॥

অশ্বোবাচ

ব্রহ্মবিষ্ণু সুরেন্দ্রনাং রুদ্রাদিত্যাশ্বিনামপি। বিশ্বেষ মপি দেবানাংবপুর্ধারয়তে ভবঃ ॥১৪০॥
নরাণাং দেবনারীণ ং তথা প্রেতপিশাচয়োঃ। কিরাতশবরাণ্যাংচ জলজানা মনেকশঃ ॥১৪১
করোতি ভগবান রূপমাটব্যশবরন্যাপি। কূর্মো মৎস্যস্তথা শঙ্খঃ প্রবালাঙ্কুরভূষণঃ ॥১৪২॥
যক্ষরাসক্ষসর্পাণাং দৈত্যদানবয়োরপি। বপুর্ধারয়তে দেবো ভূয়শ্চবিলবাসিনাম্ ॥১৪৩॥
ব্যাঘ্রসিংহমৃগাণাংচ তরক্ষ্বৃক্ষপতত্রিণাম্ উলূক শ্বশৃগালানাং রূপানি কুরুতেঽপিচ ॥১৪৪॥
হংসকাক ময়ূরাণাং কৃকলাসকসারসাম্ রূপাণি চবলাকানাং গৃধ্রচক্রাঙ্গয়োরপি ॥ ৪৫॥
করোতি বাস রূপাণি ধারয়ত্য পর্ব্বতন্ গোরূপংচ মহাদেবো হস্ত্যশ্বোষ্ট্রখরাকৃতিঃ ॥১৪৬॥

মহাত্মা পেন্‌বিবগে হায়বহুস্তু কনা অমতনা থক্তদে। কমানদি থগুপদগে ? ॥১৩৬॥ জগৎ ব্রহ্মাণ্ডনা মাগী মশক ওইবা ভগবান মহেশ্বরনা অচৰ্চিন্ত জীবপানবা পুম্নমক্কী থম্মোয়দা চঙহনা ভাম্দুনা লৈ। ভক্তশিংবু চানবিরকপা মতমদা মহাত্মা করি করম্বা শক্লোল পুহনা দর্শন কংহনবগে? শঙ্করগী মহামঙ্গলগী মশক্ ওইবা চরিত্র অমদি লীলাগী মরমদা জ্ঞানীশিংনা লীনবা রাম্নীশিংতুগী মরমদা ঐনা তাহোবা থবহু ঐ লীগে ॥১৩৭॥ ঈবুঙো। ব্রাহ্মণশিংদ চানবিহনা মহাত্মা উৎপিথিবা, দেবতাশিংমক্তা ভাতনথিবা মতং-শিং অহু ঐখ্রী শম্না হায়গে ঈবুঙো। মহাদেবগী মম্নমদা নংনা থগুবীংহনা হংথবা বিষয়শিং অহু ঐ লোইনা হায়গে ॥১৩৮॥ কৃষ্ণ। ঐগী ঈমানা উপমন্যু ঐঙোন্দা অনুমনা যাহৌদোক্ পীরগা করি হায়থি হায়বদা ঈবুঙো। উপমন্যু। ভগবান শিবদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু, ইন্দ্র, রুদ্র, আদিত্য অশ্বিনী কুমার অসিনচিংবা দেবতা পুম্নমক্কী মশক্ লোইনা পুই ॥১৩৯-১৪০॥ ভগবান্ মহাদেবদি তোঙাল তোঙানবা নিপাম্নী স্বর্গগী নাইরেম্বীশিংগী প্রেতপিশাচশবরীশিংগী ঈশিংদা লৈব জীবাশংগী বনদা লৈব শা উচেক্ ভাবশিংগী অহুগা শাদানবা জীবনচিংবশিংগী শক্লোল পুই ॥১৪১॥ থেঙ্গু, ঙা, মোহবুং অসিনচিংবা জলজন্তশিং অসিগীত নত্তনা, ফজরবা বৌরবা হৈ লৈন থম্নবা বসন্তনচিংবা খত্তুশিংগী মতংস্থ ভগবান্ মহাদেবনা হেক্ হেক্ পুই। যক্ষ, রাক্ষস, গন্ধর্ব, কিন্নর দৈত্য, দানব, লিলনচিংবা পাতালদা লৈব জীব-শিংগী মতংস্থ ভগবান মহাদেবনা হেক হেক্ পুই ॥১৪২-১৪৩॥ কৈ নোংশা শঙ্খী শংঙাই কৈশালমকু হুই নচিংবগী মতংস্থ করি করিগুবা ভগবান্ শ্রীমহাদেবনা হেক হেক্ পুই ॥১৪৪॥ তাহু, কাক. রাচোং, লাঙ্গা রাইছু, উরোক্, ভানুথংগোংনচিংবগী মতংস্থ মতম মতমগী মতুং ইন্ন মহাদেবনা পুই। চীং মান শাল উরোট শগোল শামু উট পাথা (লোলা)গী মতংস্থ চত চতহুনা ভগবান্ মহাদেবনা হেক হেক শাইর ॥১৪৫-১৪৬॥ মহাক বাং লাউরবা হায়োর কৈ নোংশানচিংবগী মতংস্থ হেক হেক পুই। মীরমুলেন্দা 'লৈতবা লাইরেবাকী

ততোঽহং তেপ আস্থায় তোষয়ামাস শঙ্করম্। একং বর্ষসহস্রং তু বামাঙ্গুষ্ঠাগ্রবিষ্ঠিতঃ ॥১৬৮॥
একং বর্ষশতং চৈব ফলাহারস্ততোঽভবম্। দ্বিতীয়ং শীর্ণপর্ণাশী তৃতীয়ং চাম্বুভোজনম্ ॥১৬৯॥
শতানি সপ্তচৈবাহং বায়ুভক্ষস্তদাভবম্। একং বর্ষসহস্রং তু দিব্যমারধিতোময়া ॥১৭০॥
ততস্তুষ্টো মহাদেবঃ সর্বলোকেশ্বরঃ প্রভুঃ। একভক্ত ইতি জ্ঞাত্বা জিজ্ঞাসাং কুরুতে তদা ॥১৭১॥
শক্ররূপং কৃত্বা তু সর্বৈর্দেবগণৈর্বৃতঃ। সহস্রাক্ষস্তদা ভূত্বা বজ্রপাণির্মহাযশাঃ ॥১৭২॥
সুধাবদাতং রক্তাক্ষং স্তব্ধকর্ণং মদোৎকটম্ আবেষ্টিতকরং ঘোরং চতুর্দংষ্ট্রং মহাগজম্ ॥১৭৩॥
সমাস্থিতঃ স ভগবান্ দীপ্যমানঃ স্বতেজসা। আজগাম কিরীটী তু হারকেয়ূরভূষিতঃ ॥১৭৪॥
পাণ্ডুরেণাতপত্রেণ ধ্রিয়মাণেন মূর্দ্ধনি। সেব্যমানোঽপ্সরোভিশ্চ দিব্যগন্ধর্বনাদিতৈঃ ॥১৭৫॥
ততো মামাহ দেবেন্দ্রস্তুষ্টস্তেঽহং দ্বিজোত্তম। বরং বৃণীষ্ব মত্তস্ত্বং যত্তে মনসি বর্ত্ততে ॥১৭৬

---

ঈমানা অসুম হায়না তাকপিরবদা তাকপিবা ভুমিং অতুদগী হৌনা ঐ ওাস ফাওবা ভগবান্ সদাশিবগী মকম্‌দা লেপ্তব্রবা ভক্তিগা লোয়ননা জপ, তপস্যা তৌহুনা লৈরক্লিবসিনি। তৌজিক্তি ঐগী দেবতা অতৈ অমদা চঙ্‌য়ানবা ভক্তি অাস সদাশিবগী চয়নতদা লেপ্তদনা লৈগে ॥১৬৭॥ ঐনা ঐগী তপস্যা অসিগী আশ্রয় লৌহুনা তপস্যাসিগী পাম্বৈনা ভগবান্ সদাশিববু পেনহজবা ওমলে। ঐ অহান্‌বদা চহী লিশিং অম চুপ্পা ওয়থ্‌বা খোওগী খোওবী থক্তা ভার পুম্বা পীহুনা লেপ্তুনা মহাক্কী তপস্যা তৌহুনা লৈখি ॥১৬৮॥ অতুদগী চহী চমী চুপ্পা উচৈ মাচৈক্ত শায়হুনা লেনখি অনীওবা চহীচামনা উথক্তগী কেনবা অকংবা উনাত চাহুনা শায়হুনা লেনখি। অহুমশুবা চহী চামনা ঈশিং থক্তুনা মাগী মাম শোম্মুনা লেনখি ॥১৬৯॥ অকোনবা চহী চাত্রেং অমনা মুংশিক্তা চাহুনা হায়বদি মুংশাশোয়ত্তা তোম্মুনা লেন্‌খি। মতৌসুম্না লাইগী চহীদা চহীলিশিং অমা চুপ্পা ঐনা ভগবান্ মহাদেবগী তপস্যা তৌচনা লৈখি ॥১৭০॥ অদুগী তুংদা লোক পুম্নমক্কী মালী মহাদেবনা ঐনা তৌজবা সেবা পূজা নচিংব তৌজবঙ্গু উবদা থোইদোক্না পেনবিখিহুনা ঐনা মাগী মকমদা ভক্তি অমদি শ্রদ্ধা অস্তু পরীক্ষা তৌগে হায়না থন্‌বিরক্‌লে ॥১৭১॥ মহাক্না নোংমা লাইথিবিক্কা ঈকোয় কোয়না ইন্দ্রগী মশক লৌরহুনা ঐগী নাক্ত লেপ্তবিরকলে। মহাক্ নয়ন (মীৎ) লিশিং ঈরং লংনা থোইদোক্না নীংথিজখি তেজ লৈবা ইন্দ্রয় অসি মখুত্তা বজ্র পায়হুনা থোইদোক্না নীঙথিজরম্মি ॥১৭২॥ মহাদেবনা শাযোন লৌরিবা ইন্দ্র অসি মমীৎ ওাওতি। না-কোং চপ চপ মুংখৎনা পাল্লি। অমৃতগী মতৌগুম্না পুমলংলংক্তি। কোল থেককুবা মনাত্তোম্না লোইনা নীংথিজরবা, তৌরবা ময়া পানবা ময়াথকাবনা মেংবদা থোইনা অকিবা ফংনা নীংথীজরবা মাং চাউরবা ঐরাবত কৌবা শামুগী মথক্ত তোংহুনা মশামক্কী তেজনা অমুক থোইনা নীংথিজনা ঐগী ঈনাক্ত লাকখি। মহাক্কী কোক্তা নীংথিজববা লূহুপ, ওকশমদা লীক পরেং অদুগা পাম্বোমদা তাল, (পাম্বোমকাবী)না পোইনা নীংথিজৈ ॥১৭৩-১৭৪॥ মহাক্কী কোকথক্তা ভোয়োক্ ভৌরবা পে পাল্লম্মি। অকোয়বদা ফজরবী অপসরাশিং পুংলোল্ ঈশৈগা লোয়নমা মাগী সেবা তৌরম্মি। গন্ধর্বগন্ধর্বী ঈশৈনা মায়গৈপু পূমলিন নিল্লি ॥১৭৫॥ মতম অদুদা দেবরাজনা ইন্দ্রনা ঐঙোন্দা অসুম্না হায়রকই ব্রাহ্মণ অহোইবা। মহাক্না তৌরিবা ধ্যান

অলমন্যাভিস্তেষাং কথাভিরপ্যন্যধর্মযুক্তাভিঃ। যেষাং ন ক্ষণমপি রুচিতো হরচরণস্মরণবিচ্ছেদঃ ॥১৮৩॥
হরচরণনিরতমতিনা ভবিতব্যম্ অনার্জবং যুগং প্রাপ্য। সংসারভয়ং ন ভবতি হরভক্তিরসায়নং পীত্বা ॥১৮৪॥
দিবসং দিবসার্দ্ধং বা মুহূর্ত্তং বা ক্ষণং লবম্। ন হ্যলব্ধপ্রসাদস্য ভক্তির্ভবতি শঙ্করে ॥১৮৫॥
অপি কীটঃ পতঙ্গো বা ভবেয়ং শঙ্করাজ্ঞয়া। ন তু শক্র ত্বয়া দত্তং ত্রৈলোক্যমপি কাময়ে ॥১৮৬॥
শ্বাপি মহেশ্বরবচনাৎ ভবামি স হি নঃ পরঃ কামঃ। ত্রিদশগণরাজ্যমপি খলু নেচ্ছাম্যমহেশ্বরাজ্ঞপ্তম্ ॥১৮৭॥

ন নাকপৃষ্ঠং ন চ দেবরাজ্যং ন ব্রহ্মলোকং ন চ নিষ্কলত্বম্।
ন সর্বকামানখিলান্ বৃণোমি হরস্য দাসত্বমহং বৃণোমি ॥১৮৮॥
যাবচ্ছশাঙ্কধবলামলবদ্ধমৌলির্ন প্রীয়তে পশুপতির্ভগবান্ মমেশঃ।
তাবজ্জরামরণজন্মশতাভিঘাতৈর্দুঃখানি দেহবিহিতানি সমুদ্বহামি ॥১৮৯॥

---

চাহুনা চিংদা থকুমা তপস্যা তৌরবসু লাইহিংচাব পুম্নমক্কী গুরু সদাশিবগী কৃপা য়াওদনা তপস্যা তৌরিবা তপস্বী মহাক্কী অরাবচুকোকপা কংনিংবসু কংবা ঙম্মক্ত য়ারোই ॥১৮২॥ মীকুপ অমত্তং ফাওবা ভগবান্ সদাশিবগা কায়নবা ঙমদবা, শিবগী ভক্ত মহাক্কী মফমদা অতৈ লাইহোম্বা য়াম্না শিংবুল অমদি অতোপ্পা ধর্মগ্রন্থগী য়ারীনা মপোল্লা কৰি অমত্ত কাম্নরোই। হায়রবদি মহাক্না ঙম্মত্তা তাংলিংলোই ॥১৮৩। খোম্নরবা কত্রবা কলিকাল অসিদসু ভাইবংমীনা ভগবান সদাশিবগী চরণদা চঙ্জগদবনি। শিবভক্তিগী মশক্ ওইরবা হীদাকপু তীনিংলগা চাঙবতদা সংসারগী অরাবগী মশক্ ওইরবা রোগ (লায়না) দগী কোক্পা নাম্বোকপা ঙমগনি ॥১৮৪। অহুগুম্বা মী মহাক্ অহুগী মথক ভগবান্ মহাদেবগী কৃপাগী মিংচেং কৈরবা মরম্বক থীরবা মহাক্না লোংমতাংগীত ওইরবসু, লোংমগী ভংথাই অংগীদমক ওইরবসু মতম্গা মীকুপ নাকুম অমতগীত ওইরবসু ভগবান সদাশিবগী কৃপা (থৌজাল) মরাক অমত্ত ফংবা ঙম্মোই ॥১৮৫॥ ইন্দ্র! দেবরাজ! ভগবান সদাশিবগী য়াথংতবু ওইরবদি তুমীৎ তীল কাম ওইনা পোকপুই হায়রব কাওবা য়াজে। ইন্দ্র! মহাক্না পীবিবা লৌজো হায়রফাওবদা মরোল অহুমগী রাজ্য ফাওবা ভগবান শঙ্করগী য়াথং নত্রবদি পামজদে। ভগবান রুদ্র মহাদেবগী য়াথংতবু ওইরবদি ঐ হৌজিক হুই ওইরো হায়রবা কাওবা, য়াথং অহুবু উকোক থোংনা পুজগনি য়াজগনি। মাহুতদা ঐগী নীংবা থুংলে হায়রমসু থজগনি। অহুনা দেবরাজ! মহাদেবগী নত্তনা কনাগুম্বা দেবতা অমগী বরদাননচিংবা স্বর্গগী রাজ্য ফাওবা অমত্ত পামজদে কংগে লৌগে হায়নসু থজদে ॥১৮৬-১৮৭। স্বর্গলোকসু পামজদে। দেবতাশিংগী রাজ্যসু মিহোৎজদে। কংগে হায়নসু থজ্জক্রদে। ব্রহ্মলোকসু কংজনীংদে, নির্গুণ ব্রহ্মাগা সাযুজ্য (তিম্নথিবা-একাকার) ওইথিবা অহু ফাওবা পামজদে। জগৎ পৃথিবী অসিদা মহাক্কী কৃপাবু কংজবা নত্তনা অহুগা কংজব নীংবা নত্তনা অতৈ করিগুম্বা কামনা অমত্ত ঐগী লৈজদে। ঐনা পামজবা হায়রবদু ভগবান সদাশিবগী খুরাগী মনাই ওইজবা চরণদাস ওইজবা অসিতনি ॥১৮৮। মহাক্কী কোকথক্তা চন্দ্রমা (থা)না

দিবসকরশশাঙ্কবহ্নিদীপ্তং ত্রিভুবনসারমসারমাদ্যমেকম্।
অজরমমর মপ্রসাদ্য রুদ্রং জগতিপুমানিহ কো লভেত শান্তিম্ ॥১৯০॥
যদি নামজন্মভূয়ো ভবতি মদীয়ৈঃ পুনর্দোষৈঃ। তস্মিংতস্মিন্‌জন্মনি ভবেৎ ভবেয়মহং ক্ষয়াভক্তিঃ ॥১৯১॥

শক্র উবাচ

কঃ পুণর্ভবনে হেতুরীশে কারনকারণে। যেন সর্বাদৃতেপন্যক্ষ ৎ প্রসাদংনাভিকাঙ্ক্ষস ॥১৯২॥

উপমন্যুরুবাচ

সদসংব্যক্তমব্যক্তং যমাহুর্ব্রহ্মবাদিনঃ নিত্যমেকমনেকংচ বরং তস্মাৎ বৃনীমহে ॥১৯৩॥
অনাদিমধ্যপর্য্যন্তং জ্ঞানৈশ্বর্য্যমাচিন্তিতম্। আত্মানং পরমং যস্মাৎ বরং তস্মাৎ বৃনীমহে ১৯৪॥
ঐশ্বর্য্যং সকলং যস্মা দনুৎপাদিতমব্যয়ম্। অবীজাৎবীজসম্ভূতং বরং তস্মৎ বৃনীমাহে ॥১৯৫॥

---

লৈত্তেং ওইরিবা, রাংলবা জটানা মুকুটনা কোক্তী লৈতে ওহবিবা। ঐগী ইষ্টদেবনা কেক পেনবিত্র কাওবা অরা মৃত্যুনচিংবা অরাব থুদেংথোবা পুম্নমকপু ঈকোক্‌থোনা পুত্থনা তপস্যা তৌজগান। মকোংগী, পুক্কীংগী থম্মোয়গী অরাবা পুম্বা খাওজগনি ॥১৮৯ মহক্কী নয়ন (মীৎ) কী মচা ওইরব চন্দ্র সূর্য্য, অগ্নিনা জগৎতা মঙাল পীত্থনা লৈরিবা, মরোল অদুমগী সারাংশ ওইদুনা লৈরিবা, মহাক নত্তনা জগত্তা করিগুম্বা সারাংশ অমদি তত্ত্ব অমত লৈত্রবা জগৎব্রহ্মাণ্ড আসগী আদিকারণ ওইদুনা লৈরিবা, পোক্‌পা শিষা লৈত্তবা, মাগুম্বা অনীগুবা দেবতা অমত লৈত্রবা অদুগুম্বা ভগবানবু ভক্তিকাবতনা পেলহন্দ্রবা অদুপকী মথৈ সংসারসিদা সুখশান্তি ফংবা ওত্মোই ॥১৯০॥ ঐগী কর্মগী দোষনা সংসারসিদা হয়ম হয়ম পোকপা তারবসু মপোক্ মপাক থুদংদা ঐনা কংজনীংবা অমদি থুনিংবা কামনা (আশা) দি মহাক্ ভগবান সদাশিব মাগী চরনদা ঐগী লেত্তত্রবা ভক্তি ত্থনা লৈবা অসিতনি॥ ১৯১॥ ইন্দ্রনা হায়ঃ—ব্রাহ্মণ! কারণ পুম্নমক্কী আদিকারণ ওইবা সদাশিব হায়বা অম লৈ হন্নবসগী প্রমাণ কয়ি লৈ? সদাশিবগী সত্তা (লৈবা) গী প্রমাণ কয়ি লৈ? মহাক নত্তনা অত্তোপ্পা দেবতা অমগী মফমদগী করিগুম্বা বর অমত্তা পামদ্রবা অদুগুম্বা নহাক্কী ইষ্টদেব ওইরিবা সদাশিব হায়বা দেবতাদুগী সত্তা (লৈবা) দা কয়ি প্রমাণ লৈ॥ ১৯২। উপমন্যুনা হায়ঃ—দেবরাজ! মহাত্মা শিংবা ব্রহ্ম বাদীশিংনা মাগী মাগী তোঙাল তোঙানবা মত (রাপু) গী মতুং ইন্না মহাকপু সৎ, অসৎ, ব্যক্ত, অব্যক্ত, নিত্য, এক, অনেকনি হায়নরিবা, কৌনরিবা অদুগুম্বা মহাদেব হায়বদুদগী ঐ বর ফংনিংঙি। মতেংদতা বর নিজগনি ॥১৯৩॥ মহক্কী আদি (অহৌবা), মধ্য (মরক্) অদুগা অন্ত (অথোইবা) লৈত্তবা, জ্ঞান তনা মহক্কী ঐশ্বর্য্য ওইবা, থম্মোয়গী চেত্‌না শক্তিদগীসু রাংথদা লৈবা, অসগুম্বা গুণ থিবিক্রা তিনবদগীসু মহাকপু আশংবশিংনা মহাকপু পরমাত্মা হায়নসু কৌনরিবা অদুগুম্বা মহাদেব হায়বদুদগী ঐ বর ফংনিংঙি। মতোংদা বর নিজগনি ॥ ১৯৪॥ যোগীশিংনা মহাদেবগী ঐশ্বর্য্যবু নিত্যনি, সিদ্ধনি, অদুগা অবিনাশী (অমাংতা লৈত্তবনি) হায়রৈ। মহাক্তি মথামক্ কারণ য়াওত্রবসু কারণ পুম্নমক্কী পোকফমনি হায়রৈ। অদুগুম্বা মহাদেবকী মফমদগী

তমসঃ পরমং জ্যোতিস্তপস্তাপস্তুনাং পরম্। যং জ্ঞাত্বানানুশোচন্তি বরং তস্মাৎ বৃণীমহে ॥১৯৫॥
ভূতভাবনভাবজ্ঞং সর্বভূতাভিভাবনম্। সর্বগং সর্বদং দেবং পূজয়ামি পুরন্দর ॥১৯৬॥
হেতুবাদৈর্বিনির্মুক্তং সাংখ্যযোগার্থদং পরম্। যমুপাসন্তি তত্ত্বজ্ঞা বরং তস্মাৎ বৃণীমহে ॥১৯৮॥
মঘবন্ মঘবাত্মানং যংবদন্তি সর্বেশ্বরম্। সর্বভূতগুরুং দেবং তস্মাৎ বৃণীমহে ॥১৯৯॥
যং পূর্বমসৃজৎ দেবং ব্রাহ্মণঃ লোকভাবনম্। অণ্ডমাকাশমাপূর্বং বরং তস্মাৎ বৃণীমহে ॥২০০॥
অগ্নিরাপোনিলঃ পৃথ্বী খংবুদ্ধিশ্চমনোমহান্। স্রষ্টা চৈষাংভবেদ্যে হন্যো ব্রূহিকঃ পরমেশ্বরাৎ ॥২০১॥

ঐনা বর ফংনিংঙি। মঙোন্দগীত্ত বর নিজগনি।।৯৫॥ অজ্ঞানগী মশক্ ওইরবা তমম্বদগী ভোঙাম ভাহুনা লৈরবা, অথোইবা জ্যোতি (মঙাল) পুম্নমক্কী মশক্ ওইবা, তপস্বীশিংগী তপস্যাগী আধার ওইবা, মহাক্কী জ্ঞানগী ওয়বু ফংলবা মীনা কনিগুম্না ঙন্নিগুম্বা বিষয় শমদা অরাবা ফংবলেতে। অদুগুম্বা ভগবান মহাদেবগী মফমদা বর নিথিজনি। বর নিজখিনি ॥১৯৬॥ সুরনন্দয়! অচচত্ত ভূত পুম্নমক্কী উৎপাদক (পোকহনবা) ওইবা অদুগা ভূতশিংগী মপুক্কীবু হায় খঙদোকপিবা, অদুগা মখোয় অমুক্ত সংসার তৌরিবা (তৌশিল্লবা), মক্কম পুম্নমক্তা শীন্দুংনা লৈরিবা, হেক্ নিরিবা পুম্নমক্পু পীগুম্বা অদুগুম্বা মহা-দেবহুগীনি ঐনা তৌরিবা তপস্যা, পূজাসে ॥১৯৭॥ হেতুবাদ, যুক্তিবাদ পুম্নমক্কী মংমদা লৈবা, মহাক্কী ভক্তশিংদা সাংখ্যগী অদুগা যোগগী অথোইবা অর্থ ওয়বু পীনাশিরিব, তত্ত্ব খঙবশিংনা মহাক্কী উপাসনা তৌনরবা অদুগুম্বা মহাদেবদগী বর ফংনিংঙি, মঙোন্দা হায়জ নিজনীংঙি ॥১৯৮॥ জ্ঞানীশিংনা মহাক্পু দেবতা পুম্নমক্কী নিংথৌ (ইন্দ্র নি হায়নরিবা, অদুগা ভূত (জীব) পুম্নমক্কী গুরু ওইরিবা অদুগুম্বা মহাদেবদগী বর ফংজনীংঙি ॥১৯৯॥ মহাক্না মতম অমদা আকাশ শীন্দুংনা লৈবা ব্রহ্মাণ্ড আসিগী জগৎ পুম্বগী স্রষ্টা (অশেম্বা মপু) ব্রহ্মা মকীস্থ অশেম্বা ওইবা অদুগুম্বা মহাদেবগী মফমদগী ঐনা বর ফংজনীঙ ॥২০০॥ (*) দেবরাজ। ইন্দ্র। মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, পৃথিবী, আকাশ, মন (পুক্নীং) বুদ্ধি অহংকার

(*) ময়াম খাইনা সাধারণ ওইনা খঙনাবদি ব্রহ্মানা সৃষ্টি তৌবা, বিষ্ণুনা রক্ষা (স্থিতি) তৌই অদুগা মহাদেবনা সংহার তৌই (মাঙহল্লি) অসিনি। পুরানদসু বিষ্ণুগী নাভিদগী ব্রহ্মা অদুগা ব্রহ্মাগী খপাউবদগী রুদ্র (মহাদেব) পোকই অসিনা ময়াম্না সাধারণ ওইনা খঙনরিবহু। অদুবু শৈব ধর্মগী উপাসক শিবভক্ত উপমন্যুনা হায়রিবাদ বিষ্ণুবুসু ব্রহ্মাবুসু মহাদেবনা সৃষ্টি তৌবনি হায়রি। মতাং অসি অদুগা হায়রিবা বিষয় অসিমক যাম্না তকন্নীয়নি। শেম্বাগা ভাকপগা, থুগাইবগা কর্ম অদুম অসিগী শক্তি অদুম অসি কনানা ঈহান্ হানকম্ লৈকম্ খোকপগে হায়বসি তর্ক (ন্যায়)গী চাউরবা বিষয় অমনি। শেমদনা ভাকপা যাদে, অভাকপনা কয়দনা ভাকশেল্লিবা, পোশক অদু লৈতনা থুগাইবা যাদে। অদুগা অশেম্বা সৃষ্টিকর্ত্তাহুনা শেম্নরবদা, ভাকনীঙাই, থুগাইনীঙাই পোশক অমতসু লৈবা যাদে। অমরোমদা জগৎসৃষ্টি তৌরিবা ব্রহ্মা হায়রহুমকপুসু বিষ্ণুনা শেম্মি। অদুনা বিষ্ণুনা শেম্বগা ভাকপগা খবক্ অনী

পূজিতং সিদ্ধগন্ধর্বৈর্দেবৈশ্চ ঋষিভিস্তথা। দেবদেবপ্রসাদেন তৎসর্বং কুশিকোত্তম ॥২০৯॥
অব্যক্তমুক্তকেশস্য সর্বগ স্যেদমাত্মকম্। চেতনাচেতনাদ্যেষু শক্র বিদ্ধি মহেশ্বরাৎ ॥২১০॥
ভুবাদ্যেষু মহান্তেষু লোকালোকান্তরেষু চ। দ্বীপস্থানেষু মেরোশ্চ বিভবেষন্তরেষু চ ॥২১১॥
ভগবন্ মঘবন্ দেবং বদন্তে তত্ত্বদর্শিনঃ। যদি দেবাঃ সুরাঃ শক্র পশ্যস্ত্যন্যাংভবাৎপতিম্ ॥২১২॥
কিং নগচ্ছন্তি শরণং মর্দিতাশ্চাসুরৈঃ সুরাঃ। অভিঘাতেষু দেবানাংসে যক্ষোরগরক্ষসাম্ ॥২১৩॥
পরস্পরবিনাশেষু স্বস্থানৈশ্বর্যদোভবঃ। অন্ধকস্যাথ শুক্রস্য দুন্দুভের্মহিষস্য চ ॥২১৪॥
যক্ষেন্দ্র বলরক্ষঃসু নিবাতকবচেষু চ বরদানাবঘাতায় ব্রূহি কোঽন্যোমহেশ্বরাৎ ॥২১৫॥
সুরাসুরগুরোর্বক্ত্রে কস্যারেতঃ পুরাহুতম্। কস্য বান্যস্য রেতস্তৎযেন হৈমোগিরিঃ কৃতঃ ॥২১৬॥

---

স্তুনচিংবা হায়রু থীরুবগী করি কান্নব লৈ। ইন্দ্র ! নহাক নশামকস্থ নয়ন (মীৎ) জিশিং অমনা লৈত্তং ওইদুনা, মহর্ষি দেবতা কয়া কয়াগী সম্মান ফংদুনা খ্বাইদা কিনা লৈবা তৌদুনা লৈবিরিবসে ভগবান্ মহাদেবগী প্রসাদ (কৃপা) ফংদুনা ওইবা যাগদ্রা খল্ল ॥২০৮-২০৯॥ ইন্দ্র ! অচেতন, জীব পানবা পান্দবা পোৎ খুদিংমক্তা মাসিনা অচুনি, মাসিনা অচুনি হায়না লক্ষণ তোঙান তোঙান্না হায়বা য়াবগী অমদি মাননবগী লক্ষণ অমমম লৈরিবসে, অমুকস্তু বাক্ত অমুকস্তু অব্যক্ত ওইদুনা, মুক্তকেশ সর্বব্যাপী ওইবা ভগবান্গী প্রভাবদনা লৈবা য়ারিবনি। মরম্ অচুনা হেক্ লৈরিবা মশক্ মমিং নাইবা-নাইদবা পোৎ পুম্নমক অসে ভগবান মহাদেবদগী থোকনি ওইথিবমক্তনি ( ) ॥২১০॥ ভগবন্ দেবরাজ! ইন্দ্র ! ভূলোকতগী মহর্লোক ফাওবদা, লোক লোকাণ্ডর পুম্নমক্তা, চীংগী চীংদুং মরক্তা, দ্বীপস্থান ঈথৎ পুম্নমক্তা, মেরু চীংগী বৈভবনা থল্লবা প্রান্তদেশ চীংথোঙ লমন্দম পুম্বদা অত্ত থত্তলবা মহাদেবগী লৈকম (নিবাসস্থান) মক্তনি ॥২১১॥ ইন্দ্র ! তেজ লৈরিবা দেবতাশিংনা মহাদেব মখুবা অতৈ অতোপ্পা দেবতা অম লৈরম্লবদি মহাদেববু থাদোক্লমদুনা অতোপ্পা দেবতাদুগী শক্ত করিগী আশ্রয় লৌথিজিবনো ? ॥২১২॥ নাইদ, হিংচাবা, যক্ষ রক্ষ পুম্নমক্না অনৌগমগা সংঘর্ষ তৌনরক্পা, শত্রুরক্পা যুনন্তনবা তৌনরক্লবা মতমদা, মাগী মাগী ফংকম শরক তথিদুনা মাগী মাগী মকমদা ঐশ্বর্য্য অমমম্ পীবিখিবাদা ভগবান সদাশিব নত্তনা কনানস্থ নত্তে ॥২১৩॥ অদুগা মসিমস্থ হায় ইন্দ্র ! অন্ধকাসুরবু, শুক্রবু, দুন্দুভিবু মহিষাসুরবু, কুবেরগী লান্মী হিংচাব গন্ধর্বশিংবু অমুগা নিবাত কবচ কৌবা হিংচাবশিংবু বরদানতনা কলহনখিবা অদুগা মথোয়বু অমুক মাঙহনবা তৌথিবসি ভগবান্ সদাশিব নত্তনা কনাননো ? অমিশুমা সৃষ্টিসংহারগী শক্তিবু মহাক্ নত্তনা করম্না দেবতা অমনা পুবা ঙমথিবগে ? ॥২১৪-২১৫॥ মমাংতৌদা মহাদেবগী বীর্য্য নত্তনা করম্না দেবতাগী বীর্য্যনা লাইহিংচাবগী গুরু অগ্নিদেবগী মচৌন্দা হবিষ ওইনা হোম তৌদুনা মাদুনা মেরু পর্বত (সনচীং) পুথোক্খিবগে ? মেরুপর্বত সনচীং হায়দুনা সনাতগী চীং অম লৈরিবসে কনাগী বীর্য্যদগী

---

(৩) মশাগী ইষ্টদেব ওইবা ভগবান্ মহাদেবদা ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়নন। সর্বশক্তি মান্ ভগবান্ পরমাত্মাগী শক্তি পুম্নমক্ থোমজিন্দুনা মহাশৈব উপমন্যুনা ৱাকম অসি হায়রভনি। (কালাচান্দ)

বিশ্বেশং কারণগুরুং লোকা লোকান্তকারণম্। ভূতাভূতভবিষ্যচ্চ জনকং সর্বকারণম ॥২২৫॥
অক্ষরাক্ষরমব্যক্তং বিদ্যাবিদ্যে কৃতাকৃতে। ধর্মাধর্মৌ যতঃ শক্র তমহং কারণং ব্রুবে ॥২২৬॥
প্রত্যক্ষমিহ দেবেন্দ্র পশ্য লিঙ্গং ভগাঙ্কিতম্। দেবদেবেন রুদ্রেণ সৃষ্টিসংহার হেতুনা ॥২২৭॥
কর্মযজ্ঞক্রিয়াযোগৈঃ সেব্যমানঃ সুরাসুরৈঃ। নিত্যং কর্মফলৈ হীনং তমহং কারনংবদে ॥২২৩॥
স্থূলং সূক্ষ্মমনৌপম্যমগ্রাহ্যংগুণগোচরম। গুণ হীনং গুণাধ্যক্ষং পরং মাহেশ্বরং পদম ॥২২৪॥
বিশ্বেশং কারণগুরুং লোকলোকান্তকারণম্। ভুতাভুতভাবব্যচ্চ জনকং সর্বকারণম্ ॥২২৫॥
অক্ষরাক্ষরমব্যক্তং বিদ্যাবিদ্যে কৃত.কৃতে। ধর্মাধর্মৌ যতঃ শক্র তমহং কারণং ব্রুবে ॥২২৬॥
প্রত্যক্ষমহি দেবেন্দ্র পশ্য লিঙ্গং ভগাঙ্কতম্। দেবদেবেন রুদ্রেণ সৃষ্টিসংহারহেতুনা ॥২২৭॥
মাত্রা পূর্বং সমাখ্যাতং কারণং লোকরক্ষণম্। নাস্তি তেশাৎ পরং শক্র তংপ্রপদ্য যদীচ্ছসি ॥২২৮॥

মী লাই হিংচাবা পুম্নমক্না মানা মানা ভগ্না ক্রিয়াযোগনা, যজ্ঞনা, সকামকর্ম যোগেনা অমগা নিষ্কামকার্ম যোগগী পান্থনা মহাক্কী তপস্যা অমদি সেবা পূজ বু তৌনরিবা মহাদেব মহাকপু ঐনা সর্বকারন কারণনি হায়না উপাসনা তৌরি ॥২২৩॥ মহাদেবগী পরমধাম অমগা পরমপদাদ য়ায়া কুপ্পনি, চাংদমনিংতাই লৈতবনি। ইন্দ্রিয়না লাম্ব ফংদবান। সগুণ, নির্গুণ অমগা অ.সঙ নত্তনা গুণ পুম্নমকী নিয়ম তৌরিবা অদুগুম্বা মহাদেবনি ॥২২৪॥ ইন্দ্র অনন্ত জীব পুম্নমক্না থল্লবা জগৎ পুম্নমক আসগী মপু ওইরিবা, প্রকৃতি দেবীমকী নিয়ম তাক্লিবা, লোক পুম্নমক্ অসিগী অমুক লোকশন থোমজিনবগী অমত ওইবা কারণ ওইরিবা, ভুতভবিষ্যৎবর্তমান কাল অহুম্ আসগী নশক্ ওইনা লৈরিবা, লেঙ্গভি পাল্লিবা পুম্নমক্ আসগী উপাদান কারণ ওইরিবা, ক্ষর, অক্ষর বিদ্যা অবিদ্যা অমগা ধর্ম অধর্ম পুম্নমক মতোন্দগী পোকপ্রবা অদুগুম্বা মহাদেববু ঐনা সর্বকারন কারণনি হায়না লৌজরি ॥২২৫ ২২৬॥ দেবেন্দ্র! লাই পুম্নমকী নিংথৌ! সৃষ্টি সংহার অনীমক্কী কারন ওইরিবা দেবাধিদেব রুদ্রদেবনা লিঙ্গগী মুর্ত্তি লৌহনা শিবলিঙ্গ কৌহনা প্রত্যক্ষ ওইনা লৈরবসে য়েংবিয়ু। মাসিনা মহাক্না জগৎ পুম্নমককী পোকথবগী কারণ ওইরিবনি হায়বগী খুদমনি ॥২২৭॥ ইন্দ্র! ঙসিমালা ঐভোন্দ নেংমা অসুম্না হায়রি মাহাক উপমন্যু! মরোল তরামরি অসিদা মহাদেব নত্তনা কনাগুম্বা দেবতা অমতনা সর্বকারনকারণ ওইবা য়াদবনি থওঙু। কার্য্য পুম্নমকী

পুম্বা ঐভোন্দা থোমজিন্দুনা ঐগী স্তাক তৌরসে হায়না অহুম মরোলবান। আস য়োনা লৈশি লৈগোনবনি তারগা বিষ্ণুনসু রুদ্রগী শক্তি পুম্বা ঐভোন্দা থোমজিন্দুনা বিষ্ণু ঐবু স্তুতি তৌরসে হায়না অহুম মকৌবিনি। অসুম্ তৌহনা ব্রহ্মানসু মহাক্কী শিষ্যশিংদগী আসগুম্বা স্তুতিশিংসবু অহুম মতাবিনি। ইষ্টদেবশিংনা অসুম হায়না লৌবিরি হায়বাসি থওদবনা থাজদবনা মাগী মাগী সেবক ভক্তশিংনা তাব তাদহুনা নংগী ইষ্টদেবদগী ঐগী ইষ্টদেবনা শক্তিমান ওইবা হেক্লি হায়দুনা অতাংগী মতৌত্তমা মশা মশাগী ইষ্টদেববু থাগৎনরি নংগী ধর্মবুদি ঐগা ধর্মনা হেক্লি অমুক হায়না য়েংনরি থংনরি। (কালাচান্দ)

প্রত্যক্ষং নমুত্তেস্বরেশ বিদিতং সংযোগ লিঙ্গোদ্ভবম্। ত্রৈলোক্য সবিকারনির্গুণং গণংব্রহ্মাদিরেতোদ্ভবম্।
যংব্রহ্মেন্দ্রহুতাশ বিষ্ণুসহিতা দেবাশ্চ দেবাশ্চ দৈত্যেশ্বর।
নান্যৎকামসহস্র কাল্পিতধিয়ঃ শংসন্তি ঈশাৎ পরম।
তং দেবং সচরাচরস্য জগতো ব্যাখ্যাতবেদোত্তমম্।
কামার্থী বরয়ামি সংযতমনা মোক্ষায় সদ্যঃ শিবম্ ॥২২৯॥
হেতুভির্বা কিমন্যৈ স্তৈরীশঃ কারণ কারণম্। নশুশ্রুম যদন্যস্য লিঙ্গমভ্যর্চিতা সুরৈঃ ॥২৩০॥

কারনদি সংহার তৌরিবা মহাদেবতনা ওইবনি। মরম অদুন নহাক্কী করিগুম্বা অপাম্বা অমা লৈরবদি মাদু ফংননবা ভগবান্ সদাশিবগী চরণদা জত্তজো মত্তোন্দা আশ্রয় লৌ। (*) ॥২২৮। সুরেশ্বর! দাই পুন্নমক্কী নিংথৌ! নত্তাক্না খণ্ডনবদু মত্তাম ব্রহ্মানচিংবা প্রজাপাত পুন্নমক্কী সংকল্পাদগী পোক্লকপা রুদ্রদেব হায়বসে জগৎ পুন্নমক্কী থোক্লকন লিঙ্গ (তগ)গী মূর্ত্তি লৌদুন চোংথোরকপানি কামনা (অপাম্বা) মখল মখল্লা তিন্নবা, ব্রহ্মা, ইন্দ্র অগ্নি অদুগা বিষ্ণুমক্কা তিন্নরবা লাইশুান্না মী লাই হিংচাবশিংগী মরুংদা মহাদেবগুম্বা অদুগা মহাদেবদগী হেনবা দেবতা অমত লৈতে হায়নৈ। অচচ্চত্ত জীব পুন্নমক আসগীদমক্ত বেদবেদান্তদা ফাওরবা বেদবেদান্তনা তাক্লিবা তত্ত্বগী সাকার মূর্ত্তি ওইরবা, মঙ্গমঙ্গলগী মশক ওইরবা ভগবান শঙ্করগী মকমদা কামনা (অপাম্ব) পুন্নমক্কী কংননবগীদমক চত্তজার অদুগা মুক্তিপদবী (অরানবা খুভম) পীনাবিয়ু হায়রগীদমক্তস্ত এনা ভগবান সদাশিবগী মকমদগী নিজরি ॥২২৯॥ অতৈ অতৈ কারণ ময়ামদু হায়রুবগী থোহনা কায়বা লেতে। প্রমান খজিক্ত অদিনা মরম ওইদুনা ভগবান মহা-দেবতনা কারন পুন্নমক্কী কারণ (সর্ব কারণ কারণ) ওইরবদু ওই হায়বাস সিদ্ধ ওইরবানি। মশানা তাব প্রমানদি ভগবান সদাশিবগী লিঙ্গগী পূজা তৌনবদিগুম্না অতৈ অতোপ্পা দেবতাশিংগী লিঙ্গবুস্থ পূজা

(*) মহাদেবগী শাক্ত অমাচ মথৌনর খুণ্ডদগী অহেনবানি, অতৈ অতৈগী থবক মথৌ পুন্নমক্কা হায়বদি কার্য্য পুন্নমক্কী কারণদি মহাদেবগী মংশী শক্তি শাক্ততনা ওইবান হায়বাসগী ভবতিঃ—অনোবা মুম অমা শাগৎকে অদুগা মাদুবুস্থ ভাকশেনগে হায়রদি মগী মুম্ অদু থুগদকপা মাওহনবা তাই। অদুনা থুদেকপা মাওহনবা হায়বা থবক অসিন, শেম্বা ভাকপা হায়বা কর্য্য(থবক) শনীদুগী কারণনি হায়রবদি মচাক নত্রগ থুংলায়নি হায়বান। মাসবু লাকপা চৎনবা হৈদি মরম (কারণ) অসুম হায়না কৌনৈ খণ্ডনৈ। কারণ হায়রবসি নিমিত্ত কারণ, উপাদান কারণ, হেতু কারণ অসুম হায়না মখল মখল য়াম্ম লৈপ্রে লৈতবা, লৈচন্দবা হায়বদুনা মদুগী লেবকদর, লৈহল্লকনগী হহান হানবা মুক্ষনি। হায়রবদি সংহার হারবা থবক অদুনা কুংদা লাকদবা সৃষ্টি স্থিতি অনীমক্ক করণান। ফি কৈত্রিংঙদা, ফি অদু লৈহননবগী কারণদি লাংনা ওই লাং অদুনা কার্য্য ওইহল্লগা শহাকপু থোকহল্লবা উপাদান কারণনা লশিংনা ওই। মতৌ অদুগুম্না সৃষ্টি স্থিতি অনীমক্কী কারণদি সংহারত (সংহার)তনা ওই। সংহারবু মথৌ ওইনা পুরবদি মহা-দেবান। অদুনা মহাদেবনা অথোইবনি হায়বান। (কালাচান্দ)

ব্যক্তাং তদুক্ত্যাং ব্যাপ্তংতি চরাচরমিদং জগৎ ॥২৩৫॥

দিবসকরশশাঙ্কবহ্নি নেত্রং ত্রিভুবনসারমপারমীশমাদ্যম্ ।

অজরমমরনপ্রসাদ্যরুদ্রং জগতি পুমানিহ কোলভেত শান্তিম্ ॥

তস্মাৎ বরমহং কাঙ্ক্ষে নিধনং চাপি কৌশিক । গচ্ছ বা তিষ্ঠ বা শক্রযথেষ্টং বলসূদন ॥২৩৬॥

কামমেষ বরো মেঽস্তু শাপো বা হরমহেশ্বরাৎ । ন চান্যাং দেবতাং কাঙ্ক্ষে সর্বকামফলামপি ॥২৩৭॥

এবমুক্ত্বা তু দেবেন্দ্রং দুঃখাদাকুলিতেন্দ্রিয়ঃ । নপ্রসীদতি মে দেবঃ কিমেতদিতি চিন্তয়ন্ ॥২৩৮॥

অথাপশ্যং ক্ষণে নেব তমেবৈরাবতং পুনঃ হংসকুন্দেন্দুসদৃশং মৃণালরজতপ্রভম্ ॥২৩৯॥

বৃষরূপধরং সাক্ষাৎ ক্ষীরোদমিবসাগরম । কৃষ্ণপুচ্ছং মহাকায়ং মধুপিঙ্গল লোচনম্ ॥২৪০॥

বজ্রসারময়ৈঃ শৃঙ্গৈর্নিষ্টপ্তকনকপ্রভৈঃ । সুতীক্ষ্ণৈর্মৃদুরক্তাগ্রৈরুৎকিরন্তমিবাবনিম ॥২৪১॥

---

॥২৩৫॥ লেক লৈরবা পুংলিঙ্গ মথৈ শিব (মহাদেব)গী মশাক্তু । অতুগা স্ত্রীলিঙ্গ মথৈ উমাদেবীনি হায়না খঙ্গদবনি । অদুনা মহেশ্বরগা উমাগা অনীসিত্তনা অচচত্ত জীব পুম্নমক্কা থম্লবা জগৎ অসি শীন্থুংনা লৈরিবান ॥২৩৫॥ ঙুমিং থা অমদি অগ্নি (মৈ)না নয়ন (মীৎ) ওইনা লৈরিবা, মরোল অতুমগী মাচ ওইবা তথ পুম্নমক্কী অউবা মশক ওইনা লৈরিবা অচচত্ত পুম্বগী আদি কারণ (অজ্ঞানবা লোক্ম) ওইদুনা লৈরিবা, অজর অমর ওইরবা রুদ্র দেবগী কৃপা নত্তনা, মহাকপু পেলহন্দনা জগৎ আসিদা কনম্থা মীনা শান্তি ফংগদগে ? মরম অদুনা কৌশিক । ইন্দ্র । ঐ মসে ভগবান শঙ্করগী মফমদগী বর নত্রগা মৃত্যুবু ফংনিংদুনা লৈরিবানি । বলাসুর কৌবা হিংচাববু হাৎত্তবা ! নহাক ঐগী সিদা লৈবিথগেম্না নত্রগা লেত্তগ্র-গেম্না থোকপা তৌবিয়ু ॥২৩৬॥ ঐদি মহেশ্বরগী বরযু ফংলবস্তু শাপপু ফংলবস্তু হয়াত্ত হয়াত্ত লৌজ-গনি । অদুগা মহেশ্বর নত্তবা অতৈ দেতী দেব অমনা বর অমদি শুভ মঙ্গল পুম্নমক ঐ পামজদে লৌজ-নীংদে ॥২৩৭॥ উপমন্যু আস দেবরাজ ইন্দ্রদা অসি হাওবা হায়রমগা থাম অরাবা লাত্তক্কনা লোয়মনা, করিদোমদগী মহাদেবনা লৌজিক হাওবা ঐত্তোন্দা পেনবিত্রিবনো, ঐবু করিগী অন্নুক থীনা চানবিত্রিবনো হায়না ভুমিম্ন থুংত্তাইত্তনা মাম্নথোং লাংশম্ন কমহ্‌না লৈথ ॥২৩৮॥ অদুদগীজি ঐনা ওহাক লৈরগা কারি উবগে হায়ববু ইন্দ্রগী ঐরাবত কৌবা শামু অদু নাং চাউরবা শম্ভাবা অমগী মশক লৌরকই । মহা অদুগী মচুদু কাংত, কুন্দ (কুন্দো) অদুগা থাগী মচু মাম্ন । মহাকী হকচাংগী মশেক অত্তোবা থম্বালগী মচু মশেক্ অসি মত্তায় । ত্তোমবা শেংলবা লুপাগী মত্তৌত্তম ত্তঙ্গপ ত্তম্নেনো উত্তো ত্তোই । অদুম মোংবদা ক্ষারসমুদ্রনা শম্ভাবা অমগী মশক লৌদুনা লাক্লবা হায়না থাম্ন । শাংলবা মথৈ অদু মুনিন মুই, মশা মউ অদু যাম্ন নাং চাউই । মমী অনীগী মচু অদু থোইহীগী মচু (পিঙ্গলবর্ন) নি ॥২৩৯-২৪০॥ মহা অদুগী শাংলবা মচি অনীদু উবদা বজ্রগী মচ ওইবা শম্নকত্তনা শাজা হায়না থম্ন । মশা, মচি অদুগী মাম্নগৈ পুবদা হাইদোরকপা মশেক মত্তাম অদুনা লৈদা মেক্রবা মপাগী মরীক অমম্না ম্নুকৈ ।

জাম্বুনদেন দাম্না চ সর্বতঃ সমলংকৃতম্। সুবক্ত্রং খুরনাসং চ সুকর্ণং সুকটীতটম্ ॥২৪২॥
সুপার্শ্বং বিপুলস্কন্ধং সুরূপং চারুদর্শনম্। ককুদং তস্য চাভাতি স্কন্ধমাপূর্য বিষ্ঠিতম্ ॥২৪৩॥
তুষারগিরিকূটাভং সিতাভ্রশিখরোপমম্। তমাস্থিতশ্চ ভগবান দেবদেবঃ সহোময়া ॥২৪৪॥
অশোভত মহাদেবঃ পৌর্ণমাস্যামিবোডুরাট্। তস্য তেজোভবো বহ্নিঃ সমেঘঃ স্তনয়িত্নুমান্ ॥২৪৫॥
সহস্রমিব সূর্যাণাং সর্বম পূর্য্যাধিষ্ঠিতঃ। ঈশ্বরঃ সুমহাতেজাঃ সংবর্ত্তক ইবানলঃ ॥২৪৬॥
যুগান্তে সর্বভূতানাং দিধক্ষুরিব চোদ্যতঃ। তেজসা তু তদা ব্যাপ্তং দুর্নিরীক্ষ্যং সমন্ততঃ ॥২৪৭॥
পুনরুদ্বিগ্নহৃদয়ঃ কিমেতদিতি চিন্তয়ন্। মুহূর্তমপি তত্তেজো ব্যাপ্য সর্বা দিশো দশঃ ॥২৪৮॥
প্রশান্তং দিক্ষু সর্বাসু দেবদেবস্য মায়য়া। অথাপশ্যং স্থিতং স্থাণুং ভগবন্তং মহেশ্বরম্ ॥২৪৯॥

পুম্বা শীম্ফুংনা চাইদোরকপগুম উই। মচী অনীচুগী মক্তোক অচু য়াম্ন ভুম্মি পৌই। মচুদি য়াম্না থোংনা ওাঙদি। অশুম থেংবদা থৌরবা মচি অনীচুনা পৃথিবীসিবু কাউট্রিং কাকনা থিবগাইরদোগুম উই ॥২৪২॥ শল অচুগী হকচাং (মশা) পুম্বচু শেলবা সনাতনা থাম্নবা লৈতেং মক্তনা পুমকূপ কুপ্নি। শল অচুগী মায়থোং, খুজীল মনাতোন মনাকোং মথুাক পুম্নমক্ অচু থেংবদা ওাঙ্কোক্লা পুক্কীং হুনা কক্তে ॥২৪৩॥ শল অচুগী নাকথং অনীচু থেংবদা ওাঙ্কোক্লা নীংথৈজ। মরেং অচু ওাঙ্কোক্লা পাক চাউনা কল্লি। কায়াৎ খুদিং থেংবদা পুক্কীং হুনবগী মশক্কি। রাং চাউরবা মরুম অচুনা শল অচুগী মরেং থান মনজলবু কুপ্পুনা থপগুম উচ হকচাং কায়াৎ খুদিং অচু থেংগুবদা মীৎকম হোংবা য়াদে ॥২৪৩॥ হিমালয় চীংদোলগুম নক্সগা ওৌরবা নোং (লৈচিন) গী মপাক্ মতুম শমগুম নীংথিজরবা নন্দিকেশ্বর কৌবা শঙ্গাও অচুগী মথক্তো ভগবান দেবাধিদেব মহাদেবনা ভগবতী উমাদেবীগা লোয়ননা পূর্নিমা থাজগী মতোওগুম ওাঙ্কোইচুনা লৈবচু উথি ॥২৪৪॥ মহাকী মশাদগী চাইদোরকপা অচুগুম্বা তেজ অচুনা নুম্নবা মথোম্না ওংলবা নোংশিংবা থম্নবা আকাশবু শীম্ফুংনা কুপ্পবা মুদিং লশিং অমনা সমত ওইনা ওাঙ্কোরকপগুম মাথৈপেপুম্বা শীম্ফুংনা শন্দোরকই ॥২৪৫॥ ওদোক্ল তেজ কল্লনা মহাতেজস্বী ওইরবা মহাদেবনা পীরকপা দর্শন অচু উবদা প্রমাণ অম্নদা হায়রগা কল্ল অমমম্না লেইরকপদা অংচত্ত পুম্নমক্পু চাকথেল্লগে হায়বগী মতামগুম থোরকপা প্রলয়গী মৈগী মতৌন ॥২৪৬॥ ভগবান সদাশিবসি মশা মথন্তগী তেজনা মাথৈপে পুম্বা পুমত্তাল ওাম লৈরম্মি। মরম অচুনা মতোম্লোমদা ওনথকুনা যোংবা ওনদে। অচুনগীদি ঐস্ম মহাচিন্তাগী ঈপাক্লা তাঙ পুনা ওহাক্তং তৌকম খওদনা লৈরম্মি ॥২৪৭॥ ওহাক্ লৈরগা মাথৈগে পুম্বচু চায়গী মতো-ওম্না দেবাধিদেব মহাদেবগী মায়ানা পুম্নমীং ঈংথত্থে মথৈগে পুম্বা মশাশক্তিগী মশক ওইথি ॥২৪৮॥ মাচুগী ভুমদা ঐনা কল্লি উবগে হায়ববু ভগবান শ্রীশঙ্কর অসি মহাশক্তিগী মশক ওইনা সৌম্যমুর্ত্তি পুংনা লৈথি। নীলকণ্ঠ মহাদেবগী থৌরীচম্নম শংবাম্ননা ওথোক্লা নীংথিজৈ। মহাত্মা অসি কল্লিগুম্বা বিষয় অমদা আসক্তি থম্নবা মহাবৈরাগ্যগী মুর্ত্তি পুচুনা লৈ। জগৎকী তেজ পুম্নমক্কী হোৎককপগী মশক্ ওইনা লৈ [illegible] লাচুম্নম শীলাল লাল্লি। ভগবান স্থাণু (লেপবা) মহাদেবসি তোঙাল তোঙানবা লৈতেং পুম্নমক্

নীলকণ্ঠং মহাত্মানমসক্তং তেজসাং নিধিম্। অষ্টাদশভুজং স্থাণুং সর্বাভরণভূষিতম্ ॥২৫০॥
শুক্লাম্বরধরং দেবং শুক্লমাল্যানুলেপনম্। শুক্লধ্বজমনাধৃষ্যং শুক্লযজ্ঞোপবীতিনম্ ॥২৫১॥
গায়দ্ভির্নৃত্যমানৈশ্চ বাদয়দ্ভিশ্চ সর্বশঃ। বৃতং পার্শ্বচরৈর্দিব্যৈরাত্মতুল্যপরাক্রমৈঃ ॥২৫২॥
বালেন্দুমুকুটং পাণ্ডুং শরচ্চন্দ্রমিবোদিতম্। ত্রিভির্নেত্রৈঃ কৃতোদ্যোতং ত্রিভিঃ সূর্যৈরিবোদিতৈঃ ॥২৫৩॥
সর্ববিদ্যাধিপং দেবং শরচ্চন্দ্রসমপ্রভম্। নয়নাহ্লাদনং সৌভাগ্যমনন্তং পরমেশ্বরম্ ॥২৫৪॥
মূর্তিমন্তি তথাস্ত্রাণি সর্বতেজোময়ানি চ। ময়া দৃষ্টানি গোবিন্দ ভবস্যামিততেজসঃ ॥২৫৫॥
ইন্দ্রায়ুধসবর্ণাভং ধনুস্তস্য মহাত্মনঃ। পিনাকমিতি বিখ্যাতমবতং পন্নগো মহান্ ॥২৫৬॥
সপ্তশীর্ষো মহাকায়স্তীক্ষ্ণদংষ্ট্রো বিষোল্বণঃ। জ্যাবেষ্টিতমহাগ্রীবঃ স্থিতঃ পুরুষবিগ্রহঃ ॥২৫৭॥
শরশ্চ সূর্যসংকাশঃ কালানলসমদ্যুতিঃ। এতদস্ত্রং মহাঘোরং দিব্যং পাশুপতং মহৎ ॥২৫৮॥

---

পুহনা প্রসন্ন ওইনা লৈবিবহ ঐনা উই ॥২৪৯-২৫০॥ মতম অসিদা মহাদেব অসি ভোয়েক্ ভোবা কীজোল থোক্লম্মি থবাক পাম্বোম পুম্বা অঙৌবা চন্দননা পুমৈতৈ। মহ কী কিয়াল অমুম্ব ভো-য়োক ভোই। ভোরবা যজ্ঞোপবীত (নৌগুণ)না থোইদোক্না নীংথিজৈ। অমনা কমণ্ডলবা শকল্লেল পুই ॥২৫১॥ মহাক্না মাপনা কন্নবা থোঙাজোর মক্কনা পুমকোম কোয়। মহ কী থোঙজোর মনাইশিং অমুনা মহাকী মগুণবু শকই শোল্লি, জগোই শাই ॥২৫২॥ ভগবান সদাশিবকী কোকথক্তা নীনিপানবা থাগী মুকুট (লুহুপ)না থোইনা নীংথিজরম্মি। মহাকী অঙ্গী মচু অমু লুপা কুদোংবগী মচুগুম ঈরং লংনা ভোয়োক্ ভোই। মহাক্ অসি শরৎ ঋতুগী মপুং ফারবা থাগী মতোগুম্না থোইদোক্না নীংথিজরম্মি। মায়থোং অহ নয়ন (মীৎ) অহুমনা লৈতেং ওইনা থোইনা নীংথিজৈ। নয়ন অহুম অমু নোংমদোম্বক্ত থোক্পা ঙমিং অহুমগী মতোগুম্ থোইনা নীংথিজৈ ॥২৫৩। মায়েগ শকাই পুম্বগী অধিপতি (মপু) অমুগা বিদ্যা পুম্বমক্কী অধিপতি (মপু নিংথৌ) ওইনা ঙাম্বেইরিবা মহাদেব অসি জগৎকী মমীৎ পানবা জীব পুম্বমক্কী মীৎকী কুম্মেগী মতোগুম থোইনা নীংথিজৈ। অস্ত্রম্ ভোমুনা প্রধান অম পীনিংঙাই লৈত্রবা মহাদেবকী রূপ (মশক) কীনর্শন কাথি। ভগবান মহাদেবগী লংলবা বিগ্রহ (মূর্তি) অমুগী মথক্তা সনাগী থম্বালগী লৈনাক্না লেংবা পুষ্পমালা (লৈপরেং)না থোইনা নীংথিজৈ ॥২৫৪॥ গোবিন্দ। কৃষ্ণ। চাংলম্লীথঙাই লৈত্রবা তেজবা মহাকী ওইরবা অস্ত্রগুম্বা মহাদেবজীগী থুংলায়শিং অমুনা ভাকথং মীগী মতোগুম্ মূর্তি লাইনা চোংথোক্নুনা মহাদেবগী অকোয়বদা থোগল ভোমুনা লৈবমু ঐনা উথি ॥ ৫৫॥ মহাত্মা ওইরবা রুদ্রদেবকী, চুমথাংগী মচু পুরবা পিনাক হায়না কাওরবা লীরুঃ অমুনা চাউ শাংলবা লিলগী মশক্ পুরুমা লৈ ॥২৫৬॥ মকোক অরেং লোওতি। মথা মউ যাম্ন কৈ। থৌরবা মথা মচৌল পায়রবা ওইনা ঐনা উই। কজবা মচু মচু কী কী কামহুনা মরা কাহুনা লৈ। লীরুং অমু কজবা উজরবা লীরীনা লৈ-তেওই। লীরুং অমুনা শক্তি লৈরবা পুরুষ অমগী মতোগুম্ মহাদেবগী মাক্ত চপ লেপ্লুনা লৈবমু ঐনা উরোক্লে॥ ভগবান মহাদেবগী তেজ অমো ভূমিংকী অমধি প্রলয়গী মতমগী লৈথী মতোগুম অনিস্বা

মধ্যদেশেতু দেবস্য ব্রহ্মালোকপিতামহঃ। দিব্যং বিমানমাস্থায় হংসযুক্তং মনোজবম্ ॥২৭৬॥
বামপার্শ্বগতশ্চাপি তথানারায়ণঃ স্থিতঃ। বৈনতেয়ংসমারুহ্য শঙ্খচক্রগদাধরঃ।২৭৭॥
স্কন্দো ময়ূরমাস্থায় স্থিতোদেব্যাঃ সমীপতঃ। শক্তিকণ্ঠেসমাদায় দ্বিতীয় ইবপাবকঃ ॥২৭৮॥
পুরস্তাচ্চৈব দেবস্য নন্দিং পশ্যাম্যবস্থিতম। শূলং বিষ্টভ্য তিষ্ঠন্তং দ্বিতীয়মিব শঙ্করম্ ॥২৭৯॥
স্বায়ম্ভুবাদ্যা মনবো ভৃগ্বাদ্যা ঋষয়স্তথা। শক্রাদ্যা দেবতাশ্চৈব সর্বএবসমভ্যয়ুঃ ॥২৮০॥
সর্বভূতগনাশ্চৈব মাতরোবিবিধাঃ স্থিতাঃ। তেঽভিবাদ্যমহাত্মানং পরিবার্য্যসমন্ততঃ ॥২৮১॥
অস্তুবন বিবিধৈঃ স্তোত্রৈর্মহাদেবং সুরাস্তদা। ব্রহ্মাভবং তদাস্তৌষীৎ রথন্তরমুদীরয়ন্ ॥২৮২॥
জ্যেষ্ঠসাম্না চদেবেশংজগৌ নারায়ণস্তদা ॥২৮৩॥
গৃণন্ ব্রহ্ম পরং শক্রঃ শতরুদ্রিয়মুত্তমম্। ব্রহ্মা নারায়ণশ্চৈব দেবরাজশ্চ কৌশিকঃ ॥২৮৪॥
অশোভন্ত মহাত্মানস্ত্রয়স্ত্রয় ইবাগ্নয়ঃ। তেষাংমধ্যগতো দেবো ররাজ ভগবাঞ্ছিবঃ ॥২৮৫॥
শরদভ্রবিনির্মুক্তঃ পরিবিষ্ট ইবাংশুমান। অযুতানিচ চন্দ্রার্কানপশ্যং দিবিকেশব ॥২৮৬॥
ততোঽহমস্তুবং দেবং বিশ্বস্য জগতঃ পতিম্

উপমন্যুরুবাচ

নমো দেবাধিদেবায় মহাদেবায় তে নমঃ ॥২৮৭॥

---

থক্তাখোইনা নীংথজনা তাম্বোইরুনা লৈ ॥২৭৬-২৭৭॥ কুমার স্কন্দ (কার্ত্তিকেয়) না য়াহোং থক্তাখাদে'ং ওইরুনা শক্তি অমাদ তা পায়দুনা পার্বতীগীনাক্তা তাম্বোইরুনা লৈ। কার্ত্তিক অসি মৈগী মতৌগুম্না পুমতান ওয় লৈ ॥২৭৮॥ মহাদেবগী মাঙওইননা, তা পায়দুনা লৈবা নন্দীবু ঐনা অনী ওবা মহাদেবমক্তী মতৌগুম্না লৈবদু উখি ॥২৭৯॥ স্বায়ম্ভুবচিংবা মনু, ভৃগুবচিং ঋষি ময়াম অমুগা ইন্দ্রনচিংবা দেবতা ময়ামপু ঐনা উবা ফংখি।২৮০। মকম অদুদা ভূতগণ খিবিক্ মাতৃকা দেবী মখল মখল, লৈরম্মি। মখোয় অদুনা মহাদেবগী অকোয়বদা লৈদুনা মথল মথা অয়াম্বা স্তুতিগান মহাদেবগী পেয়নবা তৌরম্মি ॥২৮১॥ ব্রহ্মা মখামক্তা সামবেদগী রথন্তর ভগকা সামগাননা মহাদেবগী স্তুতি তৌরম্মি। নারায়ণ বিষ্ণু মখামক্তা জ্যেষ্ঠসামগী ঈশৈনা শিবগী মহিমা (মতীক মগুণ)বু থায় থায়দুনা শক্লম্মি ।২৮২-২৮৩॥ ইন্দ্রনা শতরুদ্রিয়গী পাঠবু নীথিজরবা পরব্রহ্ম শিবগী স্তুতিগান শক্লম্মি। ব্রহ্মা, নারায়ন, দেবরাজ ইন্দ্র মখোয় মহাত্মা অহুম অসিনা মৈয়ুল অহুমগী মতৌগুম্না মহাদেবগী অকোয়বদা তাম্বোইরম্মি ॥২৮৪॥ মখোয় অহুমসিগী মরক্তা বিরাজমান ওইদুনা লৈরিবা ভগবান শিব অসি শরত্ তঙ্গকী লৈচিনশিংগী মবুক্তগী হাইদোয়কদুনা মখাগী পরিবিষ্টি মঙ্গংদা লৈবা সূর্য্যদেবগী মতৌগুম্না থোইনা নীংথিজখি ॥২৮৫॥ কেশব! জনার্দ্দন! মতম অসিদা ঐনা নোংমদোম্বক্তা লুমিং থা লিশিং লিশিং থোকপদু উতাল তায় উব ফংখি অদুগীদি ঐ (উপমন্যু) না জগৎ ব্রহ্মাণ্ড মপুম অসিবু তাক শেজিবা মহাদেবগী স্তুতিগান তৌবা হৌই ॥২৮৬॥ উপমন্যুনা অমুম্না স্তুতি থীখি দেব পুমমক্কী অধিদেব ওইবা দেবাধিদেব, দেবদেব মহাদেব। নতোন্দা

নমঃ পদ্মার্ধমালায় উৎপলৈর্মিশ্রিতায়চ। অর্ধচন্দনলিপ্তায় অর্ধস্রগনুলেপিনে ॥২৯৫॥
নম আদিত্যবক্ত্রায় আদিত্যনয়নায়চ। নম আদিত্যবর্ণায় অদিত্যপ্রতিমায়চ ॥২৯৬॥
নমঃ সোমায় সৌমায় সৌম্যবক্ত্রধরায়চ। সৌম্যরূপায় মুখ্যায় সৌম্যদংষ্ট্রাবিভূষিনে ॥২৯৭॥
নমঃ শ্যামায় গৌরায় অর্ধপীতার্ধপাণ্ডবে। নারীনরশরীরায় স্ত্রীপুংসায় নমোঽস্তুতে ॥২৯৮॥
নমো বৃষভবাহায় গজেন্দ্রগমনায়চ। দুর্গমায় নমোস্তভ্যমগম্যগমনায়চ ॥২৯৯॥
নমোঽস্তুগণগীতায় গণবৃন্দরতায়চ। গণানুযাতমার্গায় গণনিত্যব্রতায়চ ॥৩০০॥

---

হয় হয় খুরুমজরি। নহাক্কি সুরেন্দ্র (লাইগী নিংথৌ) মুনীন্দ্র (মুনি পুম্নমক্কী নিংথৌ) অদুগা মহেন্দ্রনি ইন্দ্রগীসু ইন্দ্রনি অদুওয়া ইষ্টদেব মহাদেবগী চরণদা হয় হয় খুরুমজরি ॥২৯৪॥ মহাদেব। নহাক্কি হকচাং তংখাই অমদা থম্বাল লৈনাতনা মালা ওইনা লৈতেংলি অদুগা তংখাই অমনা থম্বাল মপুংগা মচেৎকা য়ামহনা মাহনা মালা ওইনা লৈতেংলি। হকচাং তংখাই অমনা চন্দনতনা লৈতেং ওইনা পুমতৈ তৈরি। তংখাই অমদনা থজয়বা লৈ শূনা লৈতেং ওইরি। অদুগুম্বা হকচাং তংখাই অমনা নিপা ওইগুম্বা তংখাই অমনা নুপী ওইগুম্বা অর্ধনারীরূপ-অর্ধনররূপপু গুম্বা নহাক্কী নকমদা হয় হয়া খুরুমজরি ॥২৯৫॥ নহাক্কী মায়থোংনা নুমিৎকী মথৌগুম্না পুমলংলংলি। নয়ন (মীৎ)না নুমিৎকী মথৌগুম পুমলংলংঙি। অঙ্গ (হকচাংগী) মশেকসু নুমিৎকী মশেকুম তগুপতরেংনা পুংতাল তাল্লি। অদুনা নোংমতোন থক্কী মতালগী মপৈ সূর্য্যদেবগী মূর্ত্তিমক ওইনা তাম্থোইবিরিবা নহাক্কী চরনদা হয়া হয়া খুরুমজরি ॥২৯৬॥ অমুক্কা নহাক্কী মূর্ত্তিসে থাম্বক্কী মূর্ত্তিগা চপমান্নে। হকচাং কায়াৎ পুম্বা, মায়থোং পুম্বা চীং লেয়া লৈবগী মওংসু পুরি। তম্বা, পেনবিহৈব চীংলেম্বা শককম পুরিবা নহাক্কী চরণদা হয় হয় খুরুজমরি। তৌরবা লংলবা য়াগী পরেংনসু থোইনা নীংথিজরিব নংগী নকমদা খুরুমজরি ॥২৯৭॥ হরিহরগী শক্-লাল পুবনা হকচাং তংখাই অমনা শংবান্নে অনৌবা লোংগী কুচু মাল্লি অদুনা হকচাং তংখাই অমনা তৌরোক তৌই। হকচাং তংখাই অমগী কীজোম্না পীতাম্বরনি তংখাই অমগীনা শ্বেতাম্বর (অঙৌবা ফি)না ওইরি। হকচাং তংখাই অমগী মীৎনাকোংনচিংবা কায়াৎ পুবা নুপীগী কায়াৎ তাক্কনি। অদুগা তংখাই অমগীনা নিপাগী হকচাংগী কায়াৎকী মওং তাক্ক পুই। স্ত্রীপুরুষ অনীগী অপুনবা মূর্ত্তি পুরিবা হরিহর নহাক্কী নকমদা হয় হয়া খুরুমজরি ॥২৯৮॥ নহাক্কী শাদোংনা অমুক্কা শল্লাবনা অমুক্কা য়াং চাউরবা শামুবা ওই। অসুমুম ওইরবোয়ে হায়রবা তাংদাংনা থওওমদবা মূর্ত্তিবু পুরিবা মহাদেব! নহাক্কী নকমদা হয়া হয়া খুরুমজরি। অতোপ্পা কংওম য়ৌঙমজবা মকম অদুতনা নহাক্কী গতিনি, নহাক্কী লৈফমনি। অতোপ্প অমনা চংওমজবা লম্বী অদুতনা নহাক্কী লম্বী ওইরিবা অদুগুম্বা মহাদেব নহাক্কী চরণদা হয় হয়া খুরুমজরি ॥২৯৯॥ নহাক্কী নতীক নগুণ অমদি মহিমাবু নহাক্কী প্রমথ থোঙ-লোয়শিংনা শক্তি। নহাক্কী নহাক্কী থোঙলোয়শিংগী মরক্তদা নুংঙাইহনা শাহনা লৈথোক্লুই। নহাক্না চৎপা মকম মকমদা নহাক্কী থোঙলোয়শিং অসিনা তত্তনা মত্নী মত্নী ইরি। নহাক্কী লেবা তৌজবতনা

নমঃ শ্বেতাভ্রবর্ণায় সংধ্যারাগপ্রভায়চ। অনুদিষ্টাভিধানায় স্বরূপায় নমোঽস্তুতে ॥৩০১॥
নমো রক্তাগ্রবাসায় রক্তসূত্রধরায়চ। রক্তমালাবিচিত্রায় রক্তাম্বরধরায়চ ॥৩০২॥
মণিভূষিত মূর্ধায় নমশ্চন্দ্র ধতূর্ষিনে বিচিত্রমণিমূর্ধায় কুসুমাষ্টধরায়চ ॥৩০৩॥
নমোঽগ্নিমুখনেত্রায় সহস্রশশিলোচনে। অগ্নিরূপায় কান্তায় নমোঽস্তুগহনায়চ ॥৩০৪॥

---

প্রমথগণশিং অসিগী তপস্যা, ব্রত, মথৌ ওইজরিবা নহাক্কী চরণদা হয় হয়া খুরুমজরি। (*) ॥৩০০॥ অমুক্কা নহাক্কী অংগকান্তি (হকচাংগী মশেক্তি) অঙোবা লৈচিন্‌গী মচুগুম্‌ ঙৌরে'ক্‌ ঙৌই। অমুক্কা নহাক্কী নশেক্কা সন্ধ্যা মতমগী তারমৃদাই মুংশিংকী মশেক্‌শি। নহাক্কী মিংশিংগী অহুগা মওংশিংগী অবক্লবা মশীং অমত্তা লৈতে। নহাক্কি মতম পুম্বদা নশাগী রূপ (স্বরূপ) তা কেওনদনা অহুম মরে। অহুগুম্বা তোঙাল তোঙানবা রূপ পূম্বংক্ল, পুক্কম নংগী অমত্ত ওইবা মশক্ত ওইত্থনা লৈবা নহাক্কী নকমদ হয় হয়া খুরুম্‌জরি ॥৩০১॥ অঙাঙবা মচু পুবা মতমদা কী জানস্থ, মালাস্থ, লৈ পরেংস্থ নৌগুণস্থ অঙ'ঙবকপী মচু পুম্বা রুদ্রদেব নহাক্কী নফমদা এরনা হয় হয়া খুরুমজরি। ৩০২। মর্ত্য লাকত লৈতবা, লাইরৈবাক্কী মনিরত্নতনা নহাক্কী কোকথক্কী লৈতেং ওইরি। নহাক্কী লাইবক্কা থা মচংনা নাংমদোন্দা থোকপগুম থোকলি। পাক চাউরবা কোক অদো মচু মচুগী মণিনা থোইনা নীংশিজরি। নহাক্কী কাকথংক্ত লৈমখল নিপায় থোইনা নীংথিজরি ॥৩০৩ নহাক্কী চীন অমদ মীংত্তি অ'গ্ন চেবংকী লৈকমনি। নহাক্কী নেত্র

---

(*) মহাদেবগী মূর্তিনা পল্লেপফম লৈতবগী মরম্‌দি অ'সনি। কনা কনাগুম্বা যেগীনা পাঞ্চভৌতিক হকচাং মুংদা লৈবা প্রকৃতি পুরুষ অনীবু জীব ব্রহ্ম অনীবু, আত্মা অনত্মা অনীবু, নিরাকার সাকার ব্রহ্ম অনীবু অমুক তোখাই তোখাই ত'হনগদবগী অমুক পুনশিনহনগদবগী সাধনা তৌরি। অহুবু মপাঃহ্মোংওদা অনীসি অমনি, অনীমি অমতদা পুনবনি, অমনা অনী থোক্কা লৈজবতনি হায়না মানা মানা ওয়া বদনা যুক্তিযুক্ত ওইব, দার্শনিক প্রমাণ পীনাও, তর্কবিতর্ক তৌনরি। অঙম্ অঙম্ ত'য়হনা মাগী সাম্প্রদায়িক মততা চিংশনগদবগী হেৎনরি। পুরুষগী হকচাংনা অপরা প্রকৃতিনি প্রকৃতিগীনা অমনি। মায়দে, অসিনচিংবা বাদ (আর্গুমেন্ট) কয়া কয়া পীনদুনা চৌত্তদা ফংনৈ। থবক্কা মশা মশানা উৎপাদি অমত্তা ওয়দে। যোগীশ্বর ওইবা মহাদেব মহাক্তি যোগ সাধনতনা মশাগী মশানুগী প্রাকৃতিক ওইবা হকচাংবু অমুকস্থ নিপাগী ওইবা, অমুকস্থ তংগই তংখাই নিপা মুপী ওইনা হকচং তংখাই অমশীনা, লিঙ্গ (পুংলিঙ্গ) তংখাই অমগীনা মুগীগী লিঙ্গ (স্ত্রীলিঙ্গ) যেনি, পুই। তংখাই অমনা হরিগী তংখাই অমনা হরগী অহুগা অমুক্কা ব্রহ্মাগী রূপ পুদুনা ত্রিরূপ, অমুক্কা চতুর্মুখ, অমুক্কা একানন, অমুক্কা চতুরানন (মাঙ্‌থোং মরি) অমুক্কা পঞ্চানন (মায়থোং মঙা লাওবা) ওইব মূর্তি পুই। পুষ্পদন্ত কৌবা গন্ধর্বনা "অতীতপন্থানং তবচ মহিমা বাঙমনসয়োঃ" অসুম হায়না শকখি। মহাদেব মহাক্কী শক্তি অমসি মহিমাসি হাইদনা অমদি পুরুষীংনা হায়জোকপা যাবা থনবা যাবা নত্তে। পুরুষীং মাটে অনীগী মাংমদনি। (কালাচাঁদ)

খচরায় নমস্তুভ্যং গোচরাভিরতায়চ। ভূচরায় ভুবনায় অনন্তায় শিবায়চ ॥৩০৫॥

নমো দিগ্বাসসে নিত্যমধিবাসসুবাসসে। নমো জগন্নিবাস য় প্রতিপত্তিসুখায়চ ॥৩০৬।

নিত্যমুদ্ধমুকুটে মহাকেয়ুরধারণে। সপকণ্ঠাপহারায় বিচিত্রাভরণায়চ ॥৩০৭॥

নমস্ত্রিনেত্রনেত্রায় সহস্রশতলোচনে। স্ত্রীপুংসায়ন পুংসায় নমঃ সাংখ্যায় যোগিনে ॥৩০৮॥

শংযোরভিস্রবন্তায় অথর্বায় নমোনমঃ। নমঃ সর্বার্তিনাশায় নমঃ শোকহারায়চ ॥৩০৯॥

---

(মীৎ) মরাম্না থালিশিং অমদগী হেন্না ওাল্লি। নহাকী নহাকসে অমুক্রা চাক্লবা মুামংকী মওৌগুম্না য়েংবা ওমদে। অমুক্রা থরো থম্বালগী মতৌগুম্ থোংলবা নৌরবা ওইহুনা য়েংবগী লেনবা লৈতে। অদুগুম্না মূর্ত্তি পুরিবা নহাকী মফমদা হন্না হন্না খুরুমজরি।৩০৪। চন্দ্রসূর্য্য অনীগী মূর্ত্তি পুহুনা আকাশ 'নোংমদোন)দা কোয়পাই পাইনা লৈরিবা দেবতা নহাকী নখমদা ঐন হন্ন হন্না খুরুমজরি। শস্বী সন্ন ওশিংনা থন্না শজীক্ চাহুনা কোয়চৎচত্নুনা লৈরিবা মফম্ অদু নহাকী য়ান্ন মুংওাইজরখা মু'শিজ'বা মফমনি। নহাক্ অ'স মরোল অহুমনা অমত ওইনা মশক নাইনা মূর্ত্তি ওইনা চোংদোক্লুবা মর্ত্ত্য লৈক অসিদা কোয়চৎ চক্লুনা লৈবা মূর্ত্তি অমগুম্বনি। মপান্ন ইন্দ্রবা শক্রেল পুবা শিব মঙ্গল)গী মশক্ ওইবা নহাকী নফমদা হন্ন হন্না খুরুমজরি ॥৩০৫॥ অমুকস্থু নহাক্তি দিগম্বরনি, মায়গৈনা ফীজোল ওই। ফিরোল করিমত্ত য়াওদে। অমূকস্থু অচস্তত্ত জীব পুন্নমকী লৈফম্ তুংনকম ওই। ফজ ফজরবা ফিজেৎ লৈতেংনা নহাক নশাবু অমুকস্থু ফজহল্লি। সিদ্ধি পুন্নমকী মহৈশিং অদো নওোন্দদি ঈস্বায় লায়না থোকই। অদুগুম্বা সিদ্ধি পুন্নমক্তা ত্তিন্নবা মওোন্দা হন্না হন্ন খুরুমজরি।৩০৬। নহাকী কোনতি মত্তম পুম্বদা করিগুম্বা লুহুপ অম নত্রগা অমনা লৈতেংহুনা ওাক্ত লৈ। চাউরবা নোয়রবা পাম্বোমদা ফজরবা কেয়ুর অমনা লৈতেংহুনা ওাক্ত লৈ। থবাক্তা অমদি চকশম্ অকোয়বদা লিলগী লৈ পবেংনা য়েত্নুনা ওাক্ত লৈ। নহাকী অঙ্গ কায়াৎ খুদিংদা থোমজিল্লিবা লৈতেংশিং অসিমক্ য়েংবদা অওম্পা অকিবগী মশক চাক্তনি। অসিগুম্বা ফিজেং লৈতেং কাওবা অওক্পগী মশক্ত ওইবা নহাকী নকমদা হন্ন হন্না খুরুমজরি।৩০৭। সূর্য্যদেব, চন্দ্রদেব অগ্নিদেব দেবতা অহুম অসিনা নহাকী নংন (মীৎ) অহুমগী মশক ওইহুনা লৈ। নহাক্তি অস্থুমা ত্রিলোচন ওইনা ওইন সহস্র লাচন(মীৎ লিশিং অম পানবা)সু হেক্ত মওই। নহাক্তি নিপানি, মুপীনি অহুগা অমুকস্থু নপুংসক সুনি। নহাক্তি সাংখ্যযোগগী তত্ত্ববু মুন্ন খঙলবা মহাযোগী অমনি। অদুগুম্বা মহাযোগী নহাকী চরণদা হন্ন হন্ন খুরুমজরি ॥৩০৮॥ নহাক্তি, যজ্ঞ মপুং ফাহনবা শংযু কৌবা দেবতাদুগী মশক্তি। অথর্ব বেদ হায়হুনা মশক নাইরবা দেবতা অমনি। অথর্ববেদগী মূর্ত্তিগী মশক ওইরবা নত্তোন্দা হন্ন হন্না খুরুমজার। লায়না মখল মখলবু অহুগা হকচাংগী পুক্লীংগী অপাম্পু কোকহনবা নত্তোন্দা হন্না হন্ন খুরুমজরি ॥৩০৯॥ লুম্নবা নোংগী থোম্বে ক্ পুবা, মায়া পুন্নমকী তুংলবা ওইবা মহাদেব নকমদা হন্না হন্ন খুরুমজরি। ক্ষেত্র (লৌবুক্) বুস্থ অহুগা লৌবুক্তুদা হন্ন লিংনবা

নমো মেঘনিনাদায় বহুমায়াধরায়চ। বীজক্ষেত্রাভিপালায় স্রষ্ট্রায় নমোনমঃ ॥৩১০॥
নমঃ সুরা সুরেশায় বিশ্বেশায় নমোনমঃ। নমঃ পবনবেগায় নমঃ পবনরূপিণে ॥৩১১॥
নমঃ কাঞ্চনমালায় গিরিমালায় বৈনমঃ। নমঃ সুরারিমালায় চণ্ডবেগায় বৈনমঃ ॥৩১২॥

---

মরুবুসু ওাকপিরিবা মহাদেব মহকী নকমদা হুম্না হুম্না খুরুমজরি। জগৎকা সৃষ্টিগী আদি কারণ ওইবা সদাশিব নহাকী নকমদা হুম্না হুম্না খুরুমজরি (*) ॥৩১০॥ মহাক্তি লাইহিংচাবশিং অনীমকী স্বামী (মপু) নি। নহাকী চরণদা হুম্ন হুম্না খুরুমজরি। নহাক্তি বিশ্বব্রহ্মাণ্ড মপূম্ অসিগী ঈশ্বরনি। নহাক্তি বায়ুদেবতাগী মতৌওম শক্ত কনবনি। বায়ুদেবতামকী মশক্ উবা শক্লোরি। নহাকী চরণদা হুম্না হুম্না খুরুমজরি ॥৩১১॥ সনরীক পয়েংনা লৈতেং ওইহুনা চাংমুং মানুং খিবিক্তা সুংওাইনা শায়হনা লৈথোক্পনি। য়েরুবা মরামবু হাংলগা মথোয়গী মকোকশিং অহুবু পয়েং লেংহুনা লৈপয়েং মরক্ত শিজিন্নবনি। শাক্ত কন্নবা অঙকপকংলবা দেবতা নহাকী চরণদা এৈনা হুম্না হুম্না খুরুমজরি ॥৩১২॥ ব্রহ্মামকীওকপু

---

(*) মহাদেববু জগৎসৃষ্টিনি হায়না শৈবশিংনা তৌরিবা স্তুতি অসি অমরোম্দদি থোইনা হেজিন্না হায়বা নত্তে। অকোনবা লাকপা সৃষ্টিগী মকমদা অহানবা লৈরম্বা সৃষ্টিবু থুগাইবা মাঙহনবা হায়বসিনা আদি কারণনি, অহানবা মচান্নি। অহুনা অহানবা মচাক ওইবনা অনৌবা সৃষ্টি অহুগী সৃষ্টি কর্ত্তানি হায়বা য়াই। পুরানগী মতুং ইন্নদি ব্রহ্মানা সৃষ্টি তৌই, বিষ্ণুনা ওাকই। অহুগা রুদ্রনা সংহার তৌই। অমরোমদা হায়রগা, শেম্লিবা পোশক্ অহু অহু ঈহান হানবদা লৈরমদবনি। লৈরম্নবদি মাহু অমুক শ.ময়োইদৌবনি। ঈয়ম্ লৈরম্হুবুনি সংহার হায়রিবসি। অহুনা ঈয়েলৈতবা হায়বা হায়বসিনা লৈবগী মকমদা আদিকারণনি। অমৌবা য়ুম অমা অমুক পানখৎপগী শাগৎপক উদবা মচাক্তি অহানবগীহু শীদোকপা, থুদেকপা হায়বা মশক্ কর্মহুতনা ওইগদৌরিবনি। অহুগুম্বা মশক্ উদবা কর্ম অহুদি ব্রহ্মাদগী পোকপনি। অহুনা, শৈব ধর্ম চৎপা শৈবশিংনা মহাদেববু সাকারব্রহ্মগী থাক কাওবদা পুথৎলি। মাগী মাগী ইষ্ট দেববু থাইদগী রাংলবা থাক্তা পুথত্তুনা গজৎব্রহ্মাণ্ড অসিগী হর্ত্তাকর্ত্তা কাওবা ওইহনবা অহুগা মাহু ওয়নবা য়েৎনবা হায়বসি মথানা তাবনি। অহুগ মুম্না বিজ্ঞামগী দৃষ্টিদা গঞ্জুয়বহু শেম্বা ওাকপা থুগাইবা হায়বা কর্ম অহুম্ অসি অন্যোন্যাশ্রয়নি। হায়বদি মথোয় অহুম অসি অমনা অমগী মকমদা অমুমুক কার্য্য অমুমুক কারন ওইনৈ। থুগাইনবা, মাঙহন্নবা পোশকহু ওাকশেনবিয়রবদি থুগাইবা অমা কর্মহু লৈব, ওইবা য়াদে। এ:কশ্বর বাদীশিংনা হায়রিবনা শেম্বা ওাকপা থুগাইবা হায়বা থবক্ অহুম অসে ঈশ্বর অমতনা তৌবনি অহুমনা নত্তে। মহাক্না ওাক্লিবহুবু অমনা ঈয়ায় লায়না থুগাইরবদি মহাক্ সর্বশক্তিমান ওইবা য়াত্রে। শক্তিমান ওইবা ওম্বদি য়াদ্মি। সর্বশক্তি মান্ ওইবদি অমদগী হেনবা য়াদে। অহুনা ব্রহ্মাবিষ্ণু মহেশ্বরবু শেম্বা সর্ব শক্তিমান অমা লৈকম থোকই। মাহুবু মহাবিষ্ণু হায়না কৌগে কৌ অসিনি।

(কালাচাঁদ)

ব্রহ্মশিরো পহর্ত্তায় মহিষ ঘ্নায়বৈ নমঃ। নমঃ স্ত্রীরূপধরায় যজ্ঞবিধ্বংসনায়চ ॥৩১৩॥
নমাস্ত্রিপুরহর্ত্তায় যজ্ঞবিধ্বংসনায়চ। নমঃ কামাঙ্গনাশয় কালদণ্ডধরায়চ ॥৩১৪॥
নমঃ স্কন্দবিশাখায় ব্রহ্মদণ্ডায় বৈনমঃ। নমো ভবায় শর্বায় বিশ্বরূপায় বৈনমঃ ॥৩১৫॥
ঈশানায় ভবঘ্নায় নমোঽস্ত্বন্ধকঘাতিনে। নমো বিশ্বায় মায়ায় চিন্ত্যাচিন্ত্যায়বৈ নমঃ ॥৩১৬॥

---

কককওম্বা মহিষাসুরবু হাৎওম্বা নহাকী নকমদা হয় হয়া খুরুমজরি। সুপীগী মশক লৌদুনা যজ্ঞবু থুগাইবা নহাকী নকমদা হয় হয়া খুরুমজরি (*) ॥৩১৩॥ হিংচাবশিংগী ত্রিপুর (পুর অহুম্‌বু মীকুপ্তা মাঙহনবা, দক্ষযজ্ঞবু থুগাইবা নহাকী চরণদা হয় হয়া খুরুমজরি। কালদণ্ড পায়রবা কামদেবগী মশাবু উৎ ওইনা মাঙহনখিবা নহাকী নকমদা হয় হয়া খুরুমজরি ॥৩১৪॥ স্কন্দ অমদি বিশাখগী মশক ওইবা নহাকী চরনদা হয়া হয়া খুরুমজরি। ভব (সংসার অহুগা সংসারবু থোক্‌হনবা) শর্ব (থোক্‌হল্লিবা সংসারবু অমুক হন্না সংহার তৌবা) গী মশক ওইবা নহাকী চরণদা হয়া হয়া খুরুমজরি। বিশ্বব্রহ্ম ও অসিবু নহাকী অওবা শক্লোন ওইনা পুওম্বা নহাকী চরণদা হয় হয় খুরুমজরি ॥৩১৫॥ নহাক্তি অওবা উদবা, অচচত্ত গুয়মকী মপান। অমুক পোকপা অমুক শিবগী মশক্‌ ওইরবা সংসার অসিদগী মুক্তি (লাম্থোক্‌পা) পীবিবসু নহাক্রি (*)। অন্ধকী রসুর হাৎওম্বা কায়া কৌবীহুগী অওবা মশক ওইবা থনকম থোকত্রবা মুক্তিবু পুরিবা নহাকী নকমদা

---

(*) ব্রহ্মাগী কোক্‌কক্‌পা হায়রিবসি ব্রহ্মপ্রজাপতিগী মচা দক্ষপ্রজাপতিগী মণ্ডক কত্তুনা যজ্ঞ থুগাইখিবা অহুগী অর্থ ওইনা লৌবসু য়াই। সুপী পার্বতীগী মশক লৌদুনা দক্ষযজ্ঞবু থুগাইখিবনা সুপীগী মশক লৌদুনা যজ্ঞ থুগাইবা হায়বনি। (কালাচান্দ)

---

(*) বিষ্ণুগী উপাসক ওইবা বৈষ্ণবশিংগী, শিবগী উপাসক ওইবা শৈবশিংগী, শক্তি (দুর্গা)গী উপাসক ওইবা শাক্তশিংগী ব্রহ্মবাদীশিংগী মুক্তি হায়বসিগী ময়মদা (মকমদা) থমরিবা ধারণা (রাপু–রাখল) অসি অমত্ত মান্নদে। লাম্থোকপা অরানবা থুত্তম হায়বহুমদি চপ্‌ মান্নে। অহুবু কদায়দগী লাম্থোকদৌরিবনো হায়বহুমদি মাগী মাগী রাপু (সরণি)দা অমত্তা মান্নদে। শৈবশিংনা হায়রিবদি পোকপশিবগী মশক্‌ ওইরবা সংসারবু মীকুপ্তা মাঙহনবগী শক্তি পুরিবা মহাকী কৃপা নত্তনা মওোন্দা হায়জবা মাগী স্তুতি তৌবমত্তনা মুক্তি থক কংবা য়ারোই অসিনি। সংসারবু শৈহনবা ব্রহ্মাবু, সংসারবু ঙাক্লিবা কাজিরবা বিষ্ণুবু উপাসনা তৌরগা মহাক্না কন্নিদমক্‌ মহাক্না ঙাক্লিবা সংসারসিদগী লাম্থোক্তুনা চেলথিপদৌরিবনো অসিনি শৈবশিংনা হায়রিবসি। রুদ্রগী শক্তি পুদুনা সংসার হেক কক্‌থৎলু অসিনি মথোরনা হায়রিবনা। শক্তিশিংনা হায়রিবা ব্রহ্মাদা লৈরিবা শেম্বগী শক্তি, বিষ্ণুদা লৈরিবা ঙাকপগী শক্তি অহুগা শিব (রুদ্র)দা লৈরিবা সংহারগী শক্তিশিং অসি শক্তি কৌবী, অমগীসু অমগী ওইবী, মওোন্দা কনা অমত্তনা চঙবা ভবানী (দুর্গা) মওোন্দা হায়জবা নত্তনা কনা অমত্তনা মুক্তি পদবী কংবা য়ারোই অসিনি। গীতাদা

ত্বং নো পতিশ্চ শ্রেষ্ঠশ্চ ত্বমেবহ্রদয়ংতথা। ত্বংব্রহ্ম সর্বদেবানাং রুদ্রাণাং নীললোহিতঃ ॥৩১৭॥
আত্মাচসর্বভূতানাং সাংখ্যে পুরুষ উচ্যতে। ঋষভস্ত্বং পবিত্রাণাং যোগিনাং নিষ্কলঃ শিবঃ ॥৩১৮॥
গৃহস্থস্ত্বমাশ্রমিণা মীশ্বরাণাং মহেশ্বরঃ। কুবেরঃ সর্বযক্ষাণাং ক্রতূনাং বিষ্ণুরুচ্যতে ॥৩১৯॥
পর্বতানাং ভবান্ মেরুনক্ষত্রাণাংচ চন্দ্রমঃ। বসিষ্ঠস্ত্বমৃষীনাংচ গ্রহানাং সূর্য্য উচ্যতে ॥৩২০॥
আরণ্যানাং পশূনাংচ সিংহস্ত্বং পরমেশ্বরঃ। গ্রাম্যানাং গোবৃষশ্চাসি ভবাল্লোকপ্রপূজিতঃ ॥৩২১॥
আদিত্যানাং ভবান্ বিষ্ণু র্বসূনাংচৈবপাবকঃ। পক্ষিণাং বৈনতেয়স্ত্বমনন্তো ভুজগেষুচ ॥৩২২॥
সামবেদশ্চ বেদানাং যজুষাং শতরুদ্রিয়ম্ সনাৎকুমারো যোগানাং সাংখ্যানাং কপিলোহ্যসি ॥৩২৩॥

---

হন হন্না থুরুনজরি ॥৩১৫॥ শঙ্কর! নহাক্না ঐগী অথোইবা পতিনি। নহাক্না ঐঙোন্দদি খুইদগী অহেনবনি ঐগী হৃদয় (থম্মোই) হায়রবা নহাক্নি। দেবতাশিংগী মনুংদা ব্রহ্মা হায়রবহু নহাক্নি। রুদ্রশিংগী মনুংদা নীললোহিত হায়রবা রুদ্রহু নহাক্নি ॥৩১৭॥ জীবপান্‌বা পুম্নমক্কী আত্মা হায়বহু নহাক্নি, সাংখ্য শাস্ত্রশিংগী পুরুষ হায়রিবহু নহাক্নি অশোংবশিংগী মনুংদা ঋষভদেব হায়বহু নহাক্নি। যোগীশিংগী মনুংদা কলা (শরীর) অমত থাইদোক্‌পা য়াত্রবা নিষ্কল ওইবা শিব (মঙ্গল) হায়বহুনু নহাক্নি ॥৩১৮॥ আশ্রমী-শিংগী মনুং গৃহস্থ, ঈশ্বরশিংগী মনুংদা মহেশ্বর, যক্ষশিংগী মনুংদা কুবের অমুগা যজ্ঞশিংগী মনুংদা বিষ্ণু হায়বহুনু নহাক্নি ॥৩১৯॥ চীংগী মনুংদা মেরু হায়বহু নহাক্নি। নক্ষত্রশিংগী মনুংদা চন্দ্রনা হায়বহু নহাক্নি। ঋষিশিংগী মনুংদা বসিষ্ঠ অমুগা গ্রহশিংগী মনুং সূর্য্য (নুমিৎ) হায়রবহুনু নহাক্নি ॥৩২০॥ মহাদেব! নহাক্নি লম্লোলদা লৈবা শাশিংগী মনুংদা নোংশানি। পরমেশ্বর হায়রবা ঐঙোন্দদি নহাক্নি, অতৈ অমনা নত্তে। য়ুমলক্ত লৈবা শাগী মনুংদা নহাক্না শন্নাবনি ॥৩২১॥ অদিত্যশিংগী মনুংদা বিষ্ণু হায়রবহু নহাক্নি। বসুদেবতাশিংগী মনুংনা মহাক্না অগ্নিনি। উচেকশিংগী মনুংদা বিনতা নন্দন গরুড় হায়রবহু নহাক্নি। (*) লিনশিংগী মনুংদা অনন্ত শেষনাগ হায়রবহু নহাক্নি ॥৩২২॥ বেদশিংগী মনুংদা ভগবাননা হায়রিবনা বাদীবিবাদীশিং অসিনা ভাগুনরিবা বাদ (আর্গুমেন্ট) মমামদি কৃষ্ণ (বিষ্ণু) ঐমক্নি অসিনি। য়াসিনা মথক্কী হায়রিবা মরাম অসি থুদক্ত কক্‌থৎপগী য়ানি। অমুবু দেবীভাগবতদা অমুক চথরিবনা বাদেবী সর্বভূতেষু বাদরূপেণ হায়বদি বাণী সরস্বতী রূপেণ সংস্থিতা অসিনচিংবা অসিনি। হায়রিবা য়াকম পুম্নমক অসিদা লেপ্তবা য়াত্রবা, খুইমক্কা সাধারণ (কমন) ওইবা অর্থদি অমাবা থুবোংশিংগী লান্‌থোক্‌পা হায়বসিমদি ঈকায় খাম্নবা অমুম মরে। মাসি আম্মানা মথা আম্তাবু তারুবত্তদা ওই। (কালাচাঁদ)

---

(*) উচেকশিংগী মনুংদা লৈরিবা গরুড় হায়বহু মহাদেবনি হায়রবদি গরুড়সি বিষ্ণুগী আঙোংনি। অদুদি মহাদেবনি বিষ্ণু ভগবানগী শাদোং (বাহন) ওইব অরি হায়বসি মথাংনা অমত্তনি। বিষ্ণুগা মহাদেবগা মথা অমত্তনিঙ্গু হায়রে। অদু ওইরবদি থোক্লবা কায়বা লৈতে। বিষ্ণুমু গরুড়নি, গরুড়মু বিষ্ণুবু বিষ্ণু মশানা কোরপাই পাইহনা পুই। আত্মা মশানা আত্মা মশাবু পুই। আত্মাবু হকচাং শিবা পুদে।
(কালাচাঁদ)

শক্রোঽসি মরুতাংদেব পিতৃণাং হব্যবাড়সি। ব্রহ্মলোকশ্চ লোকানাং গতীনাং মোক্ষ উচ্যতে ॥৩২৪॥
ক্ষীরোদঃ সাগরাণাংচ শৈলানাং হিমবান্ গিরিঃ। বর্ণানাংব্রাহ্মণশ্চাসি বিপ্রানাং দীক্ষিতোদ্বিজঃ ॥৩২৫॥
আদিত্বমসি লোকানাং সংহর্ত্তা কাল এবচ। যচ্চান্যদপি লোকেবৈ সর্বতেজোঽধিকং স্মৃতম্ ॥৩২৬॥

সামবেদ নহাক্নি। যজুর্বেদগী মন্ত্রশিংগী মনুংদা শতরুদ্রিয় হায়বা মন্ত্র অদু নহাক্নি। যোগীশিংগী মনুংদা সনৎ কুমার হায়বা যোগীদু নহাক্নি। সাংখ্যতত্ব খণ্ডবশিংগী মনুংদা কপিলদেব হায়বদু নহাক্নি ॥৩ ৩॥ হে দেব! মহাদেব! নহাক্তি মরুৎশিং মনুংদা ইন্দ্রনি। পিতর (পিতৃলোক) শিংগী মনুংদা লৈরিবা হব্যবাহন হায়বদু নহাক্নি। লোকশিংগী মনুংদা অথোইবা ব্রহ্মলোক হায়বদু নহাক্নি। গতিশিংগী মনুংদা মোক্ষগতি হায়বদু নহাক্নি ॥৩২৪॥ মহাদেব! সমুদ্রশিংগী মনুংদা ক্ষীর সমুদ্র হায়বদু নহাক্নি। চিংগী মনুংদ হিমালয় হায়বদু নহাক্নি। বর্ণশিংগী মনুংদা ব্রাহ্মণ হায়বদু নহাক্নি। ব্রাহ্মণশিংগী মনুংদা দীক্ষিত ওইবা ব্রাহ্মণদু নহাক্নি (*) ॥৩২৫॥ হে শংকর! নহাক্তি লোক পুম্নমকী আদিনি। লোক পুম্নমকপু অদুবু অমুক সংহার তৌরিবা থোমজিল চিংশিল্লিবসু নহাক্নি। অদুনা নহাক্তি পুম্নমকপু সংহার

---

(*) ব্রাহ্মণনা ক্ষত্রিয়বৈশ্যনচিংবদা দীক্ষা পী। যজ্ঞ ব্রতনচিংবা তৌননবগী মন্ত্র ডাকই। দীক্ষা ফংলবা মী অদু দীক্ষিত কৌই। ব্রাহ্মণ মশামক্না দীক্ষিত ওইবসি পঙনা যাওদে। হেক পোকপদগী করিগুম্বা যজ্ঞনচিংবা শুভ কর্ম অমগীদমক হায় দীক্ষা লৌবা লৌহনবা ব্রাহ্মণ অসি য়ায় কৈতে। মরেক্তদি ব্রাহ্মণ পুম্নমক পোকপদগী দীক্ষ লৌকম থোকপনি। অদুনা দীক্ষিত ওইবা ব্রাহ্মণতনা অশেংবা ব্রাহ্মণ ওইগদবনি অদুগুম্বা দীক্ষিত ওইবা ব্রাহ্মণ ব্রহ্ম মকী মশক্নি। মতুংদদি অদুগুম্বা দীক্ষিত ওইবা ব্রাহ্মণগী মচা মশু মথৈ দীক্ষিত হায়মা অদুম থঙনথ্রে। ব্রাহ্মণ অশেংবা ব্রাহ্মণনি হায়ন থঙ নথি। অদুগুম্বা দীক্ষিত ওইবা ব্রাহ্মণ অদু মহাদেবগী শক্রোল পুবা ব্রাহ্মণ অমনি হায়বা য়াই। ব্রাহ্মণ খুদিংমক নিয়মবিধি কায়দনা দীক্ষিত ওইবা ওমত্রবসু অমতং দীক্ষিত ওইব মহাকী মচা মশু অদুগা মীয়োল মথৈ দীক্ষিত কৌবা যুমনাক অম ওইনা থঙনথ্রে, হৌজিকসু খঙনরি। খুদম ওইনা হায়রবদা ব্যাকরণ সিদ্ধান্ত কৌমুদী লেংবা ব্রাহ্মণ অদু মমং ভট্টোজী দীক্ষিত কৌই। দীক্ষিততি যুমনাকনি। মিংগী মতুংদা যুমনাকনা কোয় ইবৈ। মতুংদা খাইনা থঙনবা লোন্দ শম্মা হয়না তাত্রে। অর্থদি দীক্ষিত হায়বসিগী অর্থগা অমানি। ভট্টোজী দীক্ষিত হায়বসি ভট্টোজী শর্ম্মা হায়গুম্বনি। হেক পোকপদগী দীক্ষিত ওইদুনা হায়বদি দীক্ষা কংদুনা লাকপা মহাপুরুষ ওইবা ব্রাহ্মনসি পঙনা থোকলোই। পোক্কবদি মহাক অদু মহাদেবমকী শায়োম্নি হয়দুনা মূলশ্লোককী অর্থদা উপমন্যু হায়বা শৈবসিনা হায়রি মাদুদি মহাদেব! ব্রাহ্মণশিংগী মনুংদা দীক্ষিত ওইবা ব্রাহ্মণ অদু নইক্নি। অদুম হয়না উপমন্যুনা মহাদেবগী স্তুতি তৌরি। সাম্প্রদায়িক উপাসক অমনা মাগী উপাস্য ইষ্টদেববু খাইগী য়াংলবা থাক থাক থাংগতনা স্তুতি তৌবা হায়বসি তৌরশানি।

(কালাচান্দ)

ত্বং সর্বভগবানে ইতিমেনিশ্চিতা মতিঃ। নমস্তে ভগবন দেব নমস্তে ভক্তবৎসল ॥৩২৭॥
যোগেশ্বর নমস্তে নমস্তে বিশ্বসম্ভবঃ। প্রসীদ মম ভক্তস্য দীনস্য কৃপণস্যচ ॥৩২৮॥
অনৈশ্বর্য্যেণ যুক্তস্য গতির্ভব সনাতন। যচ্চাপরাধং কৃতবানজ্ঞাত্বা পরমেশ্বর ॥৩২৯॥
মদ্ভক্ত ইতিদেবেশ তৎসর্বং ক্ষন্তুমর্হসি। মোহিতাস্মি দেবেশ যথা রূপবিপর্য্যয়াৎ ॥৩৩০॥
নার্ঘ্যং তেন ময়াদত্তং পাদ্যং চাপিমহেশ্বর। এবং স্তুত্বাহমীশানং পাদ্যমর্ঘ্যং চ ভক্তিতঃ ॥৩৩১॥
কৃতাঞ্জলি পুটো ভূত্বা সর্বং তস্মৈ ন্যবেদয়ম। ততঃ শীতাম্বুসংযুক্তা দিব্য গন্ধসমান্বিতা। ৩৩২॥
পুষ্পবৃষ্টিঃ শুভা তাত পপাত মমমূর্ধনি। দন্দুভিশ্চ ততাদিব্যস্তাড়িতো দেববিদ্বরৈঃ।

ববৌচ মারুতঃ পুণ্যঃ শুচিগন্ধঃ সুখাবহঃ ॥৩৩৩॥

ততঃ প্রীতো মহাদেবঃ সপত্নীকো বৃষধ্বজ। অব্রবীৎ ত্রিদশাংস্তত্র হর্ষয়ন্নিব মাংতদা ॥৩৩৪॥
পশ্যধ্বং ত্রিদশাঃ সর্বে উপমন্যো র্মহাত্মনঃ। ময়ি ভক্তিং পরাং নিত্যমেকভাবাদবস্থিতাম ॥৩৩৫॥

---

তৌবা মহাকাল হায়বহুমক নহাক্নি। সংসারদা লৈরি উরিবা তেজগী মমুংদা অথোই অহেন নাইনা চাউথংলেকলিবা চাওখংলকলিবা অসিমক ভগবান সদাশিব মহাকমকী স্বরূপনি। মাসি ঐগী অমনা ককপা হাত্রবা সিদ্ধান্তনি ॥৩২৬। ভগবন। হে দেব। মহাদেব। নংগী চরণদা যোঞ্জরি। ভক্তবৎসল চানবি হৈবা। নঙোন্দা হয় হয়া খুরুমজরি। যোগ যোগী পুম্নমকী ঈশ্বর। নঙোন্দা যোল্লকচরি। বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিগী হৌরককম আদি কারণ ওইবা। নঙোন্দা খুরুমজরি ॥৩২৭॥ হে সনাতন! পরমেশ্বর! তোঙবা চঙজকম লৈত্রবা ননাইবু চানবিয়ু। হে ঈশ্বর। মহাক ফংনবা ঐশ্বর্য্যশক্তিন্থ ননাই ঐতোন্দা লৈজদে। নংতনা ঐগী আশ্রয়নি, নংতনা ঐগী চঙজকমনি ॥৩২৮। হে দেবেশ! মনাইনা নংগী নকমদা লাবখিব পুম্বা চানবিহনা তাকপিয়ু। ঐ অসে নহাকী ভক্তনি। অহুগা, ভক্তনি হায়নসু লৌবিয় ॥৩২৯॥ হে দেবশ্বর! হে দেবতা পুম্নমকী ঈশ্বর! নহাক্না মীকুপ খুদিংগী মথীং-লাকতমত্রবা শকলোন উৎপিহুনা ঐবু শুদ্ধাংপিয়ে। ময়ম অহুনা ঐনা করম্বা অর্ঘ্যনা, পাদ্যনা, করম্বা পুজাগী সামগ্রী (পোৎচঃ)না পেনহগুগদগে হায়বদো খঙজদ্রে। অহুদনসু নঙোন্দা কথোকংতাই করিমত লৈজদ্রবা হায়বহুসু ওইজয়ে। ৩৩০। মতৌ অসুমা ভগবান্ শ্রীশঙ্করগী স্তুতি তৌরগা ঐনা মাগী চরণদা অর্ঘ্য পাদ্যনচিংবো লৈজবা পুজাগী সামগ্রী মায়ম অহু কংদি। অদুগী ঐনা খুৎলোয়হুনা ঐগী থবাক হকচাং পুম্নমক মঙোন্দা সমর্পণ তৌখোকই ॥৩৩১॥ মতম অহুদা ঐগী কোকথক্ত ঈংলেবা ঈশিং অহুনা মনম হুংশিনবা লৈগী মপৈ থীকথরকই। লাইরৈবাক্তগী লাইগী মনাই মথলামিংনা দেবদুন্দুভি (লাইরৈবাকী পুংজাও) রৈরকই। মনম হুংশিনবা হৈ লৈগী মনম পুরবা নামিরবা হুংশিং থীংলকই ॥৩৩২-৩৩৩॥ মতম অহুনা, লোয়নবী উমাদেবীগা লোয়মনা পেনাবিরবা মহাদেবনা ঐগীমক্ত দেবতাশিংদা অসুমনা হায়রকই ॥৩৩৪॥ লাইরাম্ পুম্নমক্। নথোর পুম্নমক। য়েংউ, উপমন্যু কৌবা ব্রাহ্মণ অনিবা ঐগী

এবমুক্তাস্তদা কৃষ্ণ সুরাস্তে শূলপাণিনা । ঊচুঃ প্রাঞ্জলয়ঃ সর্বে নমস্কৃত্বা বৃষধ্বজম্ ॥৩৩৬॥

ভগবন্ দেবদেবেশ লোকনাথ জগৎপতে । লভতাং সর্বকামেভ্যঃ ফলং ত্বত্তো দ্বিজোত্তমঃ ॥৩৩৭॥

এবমুক্তস্ততঃ শর্বঃ সুরৈর্ব্রহ্মাদিভিস্তথা । আহ মাং ভগবানীশঃ প্রহসন্নিব শংকরঃ ॥৩৩৮॥

শ্রীভগবানুবাচ

বৎসোপমন্যো তুষ্টোঽস্মি পশ্য মাংমুনিপুংগব । দৃঢ়ভক্তোঽসি বিপ্রর্ষে ময়াজিজ্ঞাসিতো হ্যসি ॥৩৩৯॥

এবমুক্তস্য চৈবাথ মহাদেবেন ধীমতা । হর্ষদক্ষণ্য তুল্য রোমহর্ষস্ত্বজায়ত ॥৩৪১॥

অব্রুবংচ তদাদেবং হর্ষাগদগদয়া গিরা । জানুভ্যামবনীংগ প্রণম্যচ পুনঃ পুনঃ ॥৩৪২॥

অদ্য জাতো হ্যহং দেব সকলং জন্ম চাদ্য মে । সুরাসুরগুরুর্দেবো যৎ তিষ্ঠত মমাগ্রতঃ ॥৩৪৩॥

যংন পশ্যন্তি চৈবাদ্ধা দেবা হ্যমিতবিক্রমম্ । তমহং দৃষ্টবান্ দেবং কোঽন্যো ধন্যতরোময়া ॥৩৪৪॥

---

ঈকমদা কয়াম কনগ্রবা লেঙ্গবা ভক্তি থমগ্রবা । মহাক্না থম্নিবা ভক্তি অমদি শ্রদ্ধা অসে মথা তানিংঙাই লৈত্রবনি ॥৩৩৫॥ কৃষ্ণ । জনার্দ্দন । ঐঙোন্দা চানবি পেনবহনা তাকপিন্নিবা মহাদেবনী রা অসি ভাবদা অহুক মাম্বা দেবতাশিং অহুমা থুং লোয়নহনা মহাদেবদা অসুম্মা হায়রকই ॥৩৩৬॥ ভগবন্ । দেবদেব । মহাদেব । লোক পুম্নমক্কী মবুঙো ! হে জগৎপতি ! উপমন্যু কৌবা ব্রাহ্মণ মচা অসিনা তৌজন্নিবা ভক্তি অসিগী মহৈ (বরদান) দি মহোক্না অহুম অসিদা মহাক্না হেক নীংজবা পামজবা পুম্নমক্ পীবিকম লোকই ॥৩৩৭॥ ব্রহ্মা নচিংবা দেবতা পুম্নমক্কী রাসি ভাবদা মহাদেবনা মোমোন তৌনা ঐঙোন্দা অসুম্ম হায়রকই ॥৩৩৮॥ ভগবান মহাদেবনা হায়:—ইবুঙো ! উপমন্যু ! নংগী নকমদা ঐদি ওহোক্না পেন্নে । মুনি অথোইবা । নং ঐঙোন্দা য়েংঙকউ । ব্রহ্মর্ষি । নংনা ঐগী ঈকমদা লেঙ্গ-ত্রবা ভক্তি থমগ্রবনি । ঐঙোন্দা নংনা তৌন্নিবা ভক্তি কয়াগুম য়োশিনগ্রবগে হায়বহু ঐনা মুম পরীক্ষা তৌরে ॥৩৩৯॥ নংনা ঐঙোন্দা তৌন্নিবা ভক্তি অহুগা থম্নিবা শ্রদ্ধা অসি উবদা ঐ ওহোক্না পেন্নে । অহুমা ওসি ঐ নংনা নংনা নীংলিব পুম্নমক থুংহল্লগনি ॥৩৪০॥ মহাজ্ঞানী ওইরবা মহাদেবনা অসুম্মা হায়বিরকপহু ভাবদা ঐগী মীওগী হরাউহুংডাইবগী পিরাং মরী মরী শিংহরকই । পুক্নীং অমদি মপানগী হকচাংদা থওহৌদনা তুজুংবা পোকখি ।৩৪১। অহুদগী ঐ(উপমন্যু)না লৈমায়থক্ত খুরু খুদক কুম্পুনা নোক্নুক্না হুংঙাইমনখিবদগী রাহৈ মপুং ফানা হায়ব থোক্তনা, রাহৈ মচেৎ মচৎ ওইনা মহাদেবদা অসুম্মা হায়জখি ॥৩৪২ হে দেব । থাজৈশোনবা তাইবং পানবদা পোকপা হায়বদো ঐগীদি ওসিত মওইখ্রি । পোকপগী মহৈ মানবা হায়বদো ঐগীদি ওসিত মওইরে । মরমদি দেবতা পুম্নমক্কী দেবতা ওইবা নহাক্না ওসি ঐঙোন্দা সাক্ষাৎ ওইনা দর্শন পীনবিরে । লাইহিংচাবা পুম্নমক্কী গুরু ওইরবা নহাক্না ওসি সাক্ষাৎ ওইনা ঐগী মাঙদা লেপ্লিরবে ।৩৪৩। হায়নীংঙাই লৈত্রবা শক্তি অমদি পরাক্রম (পাজল)না মহাক্কী ওইরবা অহুগুম্বা মহদেব নহাক্কী দর্শন ফংব হায়বসে দেবতাশিংমক্তসু ওয়ান্নিবনি ।

এবমুক্তঃ সদাং প্রহৃষ্টভগবাংল্লোক পুজিতঃ। মহেশ্বরো মহাতেজাশ্চরাচরগুরুঃ শিবঃ ॥১৫৫॥

শ্রীভগবানুবাচ

অজরশ্চামরশ্চৈব ভবদুঃখবর্জ্জিতঃ। যশস্বী তেজসা যুক্তো দিব্যজ্ঞানসমন্বিতঃ ॥১৫৬॥

ঋষীনামভিগম্যশ্চ মৎপ্রসাদাৎ ভবিষ্যসি। শীলবান্ গুণসম্পন্নঃ সর্বজ্ঞ প্রিয়দর্শনঃ ॥১৫৭॥

অক্ষয়ং যৌবনং তেহস্তু তেজশ্চৈবানলোপমম্। ক্ষীরোদঃ সাগরশ্চৈব যত্রযত্রেচ্ছসি প্রিয়ম ॥১৫৮॥

---

অতা লৈত্রবা, অমৃতপ মায়রবা শঙ্গোমনা থোংব চাক (শঙ্গোমকীর) অহ্ তজনা চাব ফংবা ওইজগে। অহুগা অমবা কৰিনো হায়রবদা, ঈবুঙো! নশাক্না ঐগী অশ্রম অসিদা তঙবা লেপ্তদনা লৈবা হায়রহ ওইজবিয়ু (*) ॥১৫৪॥ শ্রীভগবান্ মহাদেবনা হায়ঃ—ব্রাহ্মণ। নহাক অরাবগী লেশ মাত্র ফংদবা অজর অমর ওইবু। মিংসং অমদি দিব্যজ্ঞাননা শক্তবা মীশক্ অম ওইয়ু ॥১৫৬॥ ঐগী কৃপাদগী নহাক ঋষি পুম্নমকনা দর্শন ফংনবা তাংনরবা ওইবা অহুগা যোগীন্দ্র মুনীন্দ্র, মহর্ষি পুম্নমকী ঈকায় খুম্নবীংঙোর ওইবা মীশক অমসু ওইরসনু। অসিত নত্তুমা লমচং ব্যবহার ফজবা মহাগুনী মহাজ্ঞানী ওইবা, মী খুইগী মীত্তা কুপৈথুম থেংনিংবা মীশক অমা ওইরসনু ॥১৫৭॥ নহাকী যৌবনগী অবস্থা অসে অমাং অতা লৈতবা, মশক থোংদবা ওইরসনু। মৈগী মতৌগুম্বা তেজ পুরনা লৈবা ওইরসনু। ক্ষীরসমুদ্র হায়রিবদো নত্তেন্দদি ঈয়ায় লাম্বনা ফংবা পোশক অমগুম ওইরসনু। নশাক্না পাম্লক পাম্লকপা পোৎশকশিং অদো চৎলু চৎলুবা মফম মতম পুম্বদা ফংবা ওইরসনু। ব্রাহ্মণ। নহাকী নীংবা পাম্বা পুম্নমক

(*) উপমন্যুনা মী খুইনা তম্লবা তপস্যা অহুগা মী খুইনা মগী মাগী ইষ্টদেবদ থম্বা, কৎনবা তমত্রিবা ভক্তি খুদ নেম্নমনা মহাদেবনু চহী কয়া চুপ্পা ধ্যান তৌরুনা দর্শন ফংলবদা নিথোয়ুকলিবা বর অসিদি ঈচম চম্বা, অত্তাং এমনা নিগদবা বর মনী অহু নিরক্তি মহাদেবনদি জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিগী মমুংদা নহাক্না হেকপাৎনু হয়ু ঐ নীংঙে অসি ফাওবা মত্তেন্দা হায়রবদি, ইন্দ্রগী খুত্তম্ পীয়ু হায়বা কাওবা পীবিরগনবনি। অহুবু থেক তোকথোকুনা তত্তনা শঙ্গোম ক্ষীর চাবা ফজগে হায়না নিথোরক্লিবসি তাবদা অত্তরূপা অমদি মোকনীংবা পোকই। ফম্নিস্থ লৈত্তবা শঙ্গোম অহুবু লিশিং থোকফমবা তম্বা সনাজগী চীং অম থিনবিয়ু নত্রগ থোকতা হায়রবত্ত থোকফমগদবী কামধেনু অম পীয়ু হায়রবনু মাহ মহাদেবনা খুদক্ক পীবিরগনবনি। মাহু ঈহায় হায়দনা উপমন্যুনা অত্তাং অতারনা বর অম নিথোরক্লিবা অসিগী মমুংগী ভাব অমদি রহস্যাদি মমথৈদা মহাক্না অত্তাং ওইরিথৈদা মমাদা শঙ্গোম্ চাগে হায়রুবনা মচাগী মত্তৌ থেংবা তমদহুনা মমানা তেত্তবী পীথকখিবা, পীদি পীজনীংবী মতীনবাম এক এক কবী মমগী মুক্তি অহ নীংশিঙতকুনা মমাগী অমৃত থোম্নলাং লমন্ শিংগে থন্দুনা মাতৃ ভক্ত উপমন্যুনা বর অসি নিথিবনি। (কালাচান্দ)

তত্রতে ভবিতাকামং সাংনিধ্যং পয়সোনিধেঃ। ক্ষীরোদনং চভুক্ষ হ্যমমৃতেম মমন্বিতম্ ॥৩৫৯॥
বন্ধুভিঃ সহিতঃ কল্পান্তেতোমামুপযাস্যসি। অক্ষয়া বান্ধবাশ্চৈব কুলংগোত্রং চতেসদা ॥৩৬০॥
ভবিষ্যতি দ্বিজশ্রেষ্ঠ ময়ি ভক্তিশ্চ শাশ্বতী। সান্নিধ্যং চাশ্রমেনিত্যাং করিষ্যামি দ্বিজোত্তম ॥৩৬১॥
তিষ্ঠ বৎসমথাকামং নোৎকণ্ঠাংচ করিষ্যসি। স্মৃতস্ত্বয়া পুনর্বিপ্র করিষ্যামি চদর্শনম ॥৩৬২॥
এবমুক্ত্বা সভগবান্ সূর্য্যকোটিসমপ্রভঃ। ঈশানঃস বরন্ দত্ত্বা তত্রৈবান্তরধীয়ত ॥৩৬৩॥
এবং দৃষ্টো ময়া কৃষ্ণ দেবদেবঃ সমাধিনা। তদবাপ্তংচ মেসর্বং যদুক্তংতেনধীমতা ॥৩৬৪॥
প্রত্যক্ষং চৈবতে কৃষ্ণ পশ্য সিদ্ধান্ ব্যবস্থিতান। ঋষীন্ বিদ্যাধরান্ যক্ষান্ গন্ধর্বাপসরসস্তথা ॥৩৬৫॥
পশ্য বৃক্ষলতাগুল্মান্ সর্বপুষ্পফলপ্রদান্। সর্বর্তুকুসুমৈর্যুক্তান সুখপত্রান্সুগন্ধিনঃ ॥৩৬৬॥
সর্বমেতন্মহাবাহো দিব্যভাবসমন্বিতান। প্রসাদাৎ দেবদেবস্য ঈশ্বরস্য মহাত্মনঃ ॥৩৬৭॥

বাসুদেব উবাচ

এতচ্ছ্রুত্বা বচস্তস্য প্রত্যক্ষমিবদর্শনম্। বিস্ময়ং পরমং গত্বা অব্রুবং তমহামুনিম্ ॥৩৬৮॥

---

ফংবা ওইরসনু। ক্ষীর সমুদ্র হায়রিবদা নকন পুম্বনা মংগী নাক্ত লৈবা ওইরসনু ॥৩৫৯॥ কল্প অম চুপ্পা নহাক নহাকী শাগৈবা মরূপ মপাংগা লোয়ননা অমৃতগা লোয়নবা ক্ষীর অদো চাবা ফংবা ওইরসনু। নহাকী বংশ অমুগা গোত্রগী মরী মতা ফাওবা তত্তনা লৈবা ওইরসনু ॥৩৫৯-৩৬০॥ ব্রাহ্মণ অথোইবা! ঐগী ঈকমদা নহাকী লেপ্তত্রবী ভক্তি লায়বক্তু লৈরসনু। অদুগা নহাকী আশ্রম অসিদা ঐ মতম পুম্বনা ঈশক উৎল্লনা লেপ্তদনা লৈগনি ॥৩৬১॥ ঈবুঙো! ব্রাহ্মণ! নহাক মফম অসিদা লেপ্তদনা লৈয়ু। নহাক করিগুম্বা বিষয় অমগীমক চিন্তা অমত তৌগনু। ব্রাহ্মণ! নংনা ঐবু হেক নীংশিংলক-পা মতম মতমদা ঐ নঙোন্দ দর্শন হেক হেক দর্শন পীগনি ॥৩৬২॥ অসিফাওবা হাযবিরম্বগা মুমিং কোটি অমনগী হেন্না ঙাল্লবা মশেক পুম্বা মহাদেবা শ্রুনক মুৎথি; ম তথোকখি (অন্তর্ধান কাখি) ॥৩৬৩॥ অহনা কৃষ্ণ! ঐ (উপমন্যু)না কংলখিবা। মুর্ত্তি নাইবা বুদ্ধি জ্ঞানগী মশক ওইরবা মহাদেবনা তাক-পিরম্বা পুম্বমক অদু অমত রাস্তনা ঐত্তোন্দ থোকখি। পীবিরম্বা বর দানখিক্কু লোইনা ফংলখি ॥৩৬৪॥ কৃষ্ণ! ঐনা হায়রিবা পুম্বনক অসি প্রত্যক্ষ ওইনা অমুক্ত য়েংঙু ॥৩৬৫॥ য়েংঙু, মফম অসিদা হৌরবা লৈরিবা হৈপাল লৈপাল উরী পুম্বমক অসি মাগী মাগী ঋতু নাইবা-নাইবা লোইনা মহৈ মরোং চুম্বা পাল্লিবসে। মাশিংনা পাল্লিবা য়াল্লিবা মনা মপাল মহৈ পুম্বা লোইনা মনম মুংশিবা ভাঙলি, মহাওনা অমৃতগুম থুম্বা হাউগা লল্লনি ॥৩৬৬॥ অকনবা! জনার্দ্দন! কৃষ্ণ! মফম অসিদা অচচ্চত্ত পেৎ থুদিংমক দিব্য ভাব (লোইরৈবাকী লাইরমুক্তেনগী মওং)দা লৈবা ভক্ত লৈরি। মাসি পুম্বমক অসি শ্রীশঙ্করগী কৃপাদগী ওইরিবা ভাক্তান ॥৩৬৭॥ শ্রীবাসুদেব কৃষ্ণনা হায়ঃ—মহারাজ! যুধিষ্ঠির! উপমন্যুগী রাস্ত ত বদা ঐনা অসুম য়েংথোকখিবদা ঐ থাংগৈশেংনমক মহাদেবগী দর্শন অদু সাক্ষাৎ ওইনা উবা ফংবগুম তৌই। অদুদগীদি মহামুনি উপমন্যুদা অঙকপগা লোয়ননা অসুম হায়খিঃ—ব্রাহ্মণ!

অন্যো দিক্ষিতসংস্থানাং দর্শনং ত্রিদশেশ্বরম্। এবং কথয়তস্তস্য মহাদেবাশ্রিতাং কথাম্ ॥৩৭৮॥
দিনান্যষ্টৌ ততো জগ্মুর্মুহূর্তমিব ভারত। দিনে অষ্টমে তু বিপ্রেণ দীক্ষিতোঽস্মি যথাবিধি ॥৩৭৯॥
দণ্ডী মুণ্ডী কুশী চীরী ঘৃতাক্তো মেখলী কৃতঃ। মাসমেকং ফলাহারো দ্বিতীয়ং সলিলাশনঃ ॥৩৮০॥
তৃতীয়ঞ্চ চতুর্থঞ্চ পঞ্চমঞ্চানিলাশনঃ। একপাদেন তিষ্ঠংশ্চ ঊর্দ্ধবাহুরতন্দ্রিতঃ ॥৩৮১॥
তেজঃ সূর্য্য সহস্রস্য অপশ্যং দিবি ভারত। তস্য মধ্যগতং চাপি তেজো বৈ পাণ্ডুনন্দন ॥৩৮২॥
ইন্দ্রায়ুধপিনদ্ধাঙ্গং বিদ্যুন্মালাগবাক্ষকম্। নীলশৈলচয়প্রখ্যং বলাকাভূষিতাম্বরম্ ॥৩৮৩॥
তমাস্থিতশ্চ ভগবান দেব্যা সহ মহাদ্যুতিঃ। তপসা তেজসা কান্ত্যা দীপ্তয়া সহভার্য্যয়া ॥৩৮৪॥
ররাজ ভগবাংস্তত্র দেব্যা সহ মহেশ্বরঃ। সোমেন সহিতঃ সূর্য্যো যথা মেঘস্থিতস্তথা ॥৩৮৫॥

---

উপমন্যুগী ৱাসি তাবদা ঐনা মতৌন্দা অঙ্গুম্না হায়রি ব্রাহ্মণ। মহামুনি! ঐ মহাক্কী কৃপাদগী মহাদেবগী দর্শন ফোয়দনা ফজরগনি হায়রবসি থাজরে ॥৩৭৭॥ ভারত শাগৈগী মুংতাইননবা মশক ওইরবা। উপমন্যু কৌবা ব্রাহ্মণ মুনি অদুগী মকমদগী মহাদেবগী মখিমাগী ময়ম ওইবা ৱারী শাং তারবা তুংদা নুমিৎ নিপাল্লিবু ঐনা মীকুপ অমগুম লেনখি। নুমিৎ নিপাল্লি হেক শুবদা মুনি উপমন্যুনা ঐঙোন্দা শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা দীক্ষা পীখি ॥৩৭৮—৩৭৯॥ মহাক্না ঐগী শম অসি কোকপিরে। ঐনা হকচাং পুম্বসি মহাক্কী থীনা পুম্নপ লুপ্পা লৈখিরে। মহাক্না ঐবু দণ্ড মণ্ডলু কুশ কৌপীন চবা ধারণ তৌহল্লে। অহানবা থা অম ঐবু উতেত্ত চহল্লি। অনীশুবা থানা ঈশিং থকুনা লেপহল্লি ॥৩৮০॥ অহুম শুবা মরি-শুবা থানা ঐনা পাম্বোম অনীনি ৱাংনা থাগৎতুনা খোঙ নামতদা ভার পীহুনা পুম্না লৈখি। উইনিং শানিংবা খতনবা পুম্বা ঈরাক্ত চঙ্ঙবখিদ। হায়রিবা থা অহুম অসিদা ঐ চীগ্রাক থায়বু মুংশিল্লনা ওইরখি। মুংশা শের হোনবতনা ঐগী চীগ্রাক হায়বহ অহুম মওইরে ॥৩৮১॥ ভারত। পাণ্ডুনন্দন! মহারাজ যুধিষ্ঠির! তরাং শুখা থাহেক চঙ্ঙকপদা নোংম লোম্বক্তা হুমিং লিশিং লিশিংনা অমুক্তু ওইনা থোকপদা তানগদবা অদুগুম্বা মণ্ডল মপৈ অম ঐনা উই। মণ্ডল মপৈ অদুগী মমুংদা, ময়াম চবুক্তা তেজোম্বা মণ্ডলগী মকোয় অম ঐনা উবা ফংখি। মণ্ডল মকোয়দুগী অকোয়বদ মচু তরেংবা লোয়নবা চুমথাং থনবহ ঐনা উই। অকোয়বদুদা বিদ্যুন্মালা (নোংথাংগী) না অকোয়বদুগী মতোন্না তাপ্পে ইহুনা লৈবহ ঐনা উখি। মণ্ডল মকোয় অদো অথংবা মণ্ডল মপৈগী চীংহুম অমগুম্না ঐনা উরম্মি। হায়রিবা মণ্ডল মকোয় অনীসিনা আকাশ মপুম অসিগী লৈতেং ওইনা লৈখি ॥৩৮২—৩৮৩॥ অথংবা মণ্ডল মকোয় অদুগী ময়াম চবুক্তা ভগবান্ শ্রীমহাদেব অসি ওহঙ্ক তেজ লৈরবী উমা দেবীগা লোয়ননা বিরাজমান ওইদুনা লৈ ॥৩৮৪॥ অথংবা তেজ অদুগী ময়ক্ত ভগবান মহাদেবনা লৈবসি প্রমাণ অমদা হায়রগা মুরবা নোংমপাক অমগী মমুংদা চন্দ্রনা (থা)গা লোয়ননা থোয়কপা নুমিৎকী

যোগীশ্বরঃ সুবহবো যোগদং পিতরং গুরুম্। ব্রহ্মর্ষয়শ্চ সপ্তান্যাস্তথা দেবর্ষয়শ্চ বৈ ॥৩১৩॥
মহাভূতানি ছন্দাংসি প্রজানাং পতয়ো মখাঃ। সরিতঃ সাগরা নাগা গন্ধর্বাপ্সরসস্তথা ॥
বিদ্যাধরাশ্চ গীতেন বাদ্যনৃত্যাদিনার্চয়ন। তেজস্বিনাং মধ্যগতং তেজোরাশিং জগৎপতিম ॥
পৃথিবী চান্তরিক্ষংচ নক্ষত্রাণি গ্রহ স্তথা। মাসার্ধমাসা ঋতবো রাত্রিঃ সংবৎসরাঃ ক্ষণাঃ ॥৩১৪॥
মুহূর্তাশ্চ নিমেষাশ্চ তথৈব যুগপর্য্যায়াঃ। দিব্যা রাজন্ নমস্যন্তি বিদ্যাসিদ্ধবদস্তথা ॥৩১৫॥

---

হায়রবা আদিতি কুমার (*) অনী অসিন্না অহুম ব্রহ্মা মশামকন্না সদাশিব মহাদেবগী মনাক্তা লেপ্তুনা সামগননা মহদেবগী পেন্নবা স্তুতি তৌহুনা লৈবনু ঐনা উবি ।৩১২। সিদ্ধ যোগী মম্মামনা, মচা-শিংগা লোয়নবা ব্রহ্মর্ষিশিংনা দেবর্ষিশিংনা অমুগা অতোপ অতোপ্পা যোগাসিদ্ধ ওইরবা মহাপুরুষ-শিংনা মখোয়গী পিতা অমদি গুরুগী মশক ওইহনা লৈরবা মহাদেবগী স্তুতি তৌরনা মথুৎ মথুৎ লোয়হনা লৈরম্মি ।৩১৩। মহাভূত ছন্দ প্রজাপতি, যজ্ঞ নদী (তুরেল), সমুদ্র, নাগ (লিল্), গন্ধর্ব, অপ্সর অমুগা বিদ্যাধর মখোয়সিনা, পুংশেল, ইশৈ অমদি জগোইনা, মাঙ্কক মতাংশিংগী ময়ামদা তেওানবা মশেক মঙাল পুহনা লৈরবা, জগৎকী মপু মহাদেবগী সেবা পুজা তৌহনা লৈরি। নিংথৌ। যুধিষ্ঠির! পৃথিবী অন্তরিক্ষ (নোংমদোন) নক্ষত্র, গ্রহ, মাস (থা), পাক্ষ (কৃষ্ণপক্ষ শুক্লপক্ষ), ঋতু, রাত্রি (অহিং), সংবৎসর (চহী), ক্ষণ, নিমেষ (মীকুপ্পা-না হুম) অমসুং অমদি কপা যুগ মরিশিংনা অমুগা দিব্য বিদ্যা মখোয়-শিংসিনা মূর্তি লৌইনা (মশক লাইনা) ঢাংখোয়রকুনা শিবজীগী অকোইবদা লেপ্তুনা নমস্কার তৌরম্মি। অমুনা নত্তনা সত্ববেত্তা (*) ওইরবা মহাপুরুষ কয়া শুবানসু মহাদেবনু নোম্বা থুরুমহুনা লৈরম্মি ।৩১৪-৩১৫।

(*) অদিত, অদিতি অনীসি লোম্নরানি। দিতিনা পোকপমখৈনা দৈত্যনি অদিতি পোকপ মচামখৈ-না আদিত্য কোই। ইন্দ্র অমগা ইন্দ্রগী মনাও ওইনা পোকপা উপেন্দ্র বামনসু অদিতিগী মচানি। বামনদি শ্রীবিষ্ণুনা ইন্দ্রগী মনাও বামন ওইনা অদিতিগী মচা ওইনা পোকপিবনি। অমুনা অনীসিবু অদিতি কুমার হায়রবসিনি। (কালাচান্দ)

---

(*) সত্ত্ববেত্তা হায়বগী অর্থদ সত্ত্ববু মশক্ খঙবা হায়বনি। সত্ত্ব (সত্তা হায়বগী অর্থনা লৈবা (ওইবা) নত্রগা অচুম্বা হায়বনি। লৈবা (ওইবা) হায়বসি অংগ্রেজী ভাষাদা একজিষ্টেন্স, বিয়িং অমসুম হায়রগা থহনৈ। লৈবগী তত্ত্ববু খঙবা হায়বাসি ভাবদদি মীয়ামনা ভাবগা মঙ্গলদি যাম্না কুম্না লৈ। মাঙদা থিল্লিবা চক অমুনা লৈরিবনু এখোয়না উই, খঙ্গি। অমুবু উরিবনু লৈবা হায়বতবুরা, চকুহুমক্ পুম্না, চফুগী মশং মমিংথবুরা, অমুগা চফুগী মচাক লৈপাক্ অমুবুরা অমুগা লৈপাক্ ওইরবদি লৈপাক্তা গন্ধ (মনম) হায়বা অমদি লৈরিবনা গন্ধহবুরা অমুগা লৈরবদি লৈ (ওই) হায়বা থবক্ (ক্রিয়া) লিমকী কর্ত্তা কনানো, অমুগা হায়রিবশি সিংহসু লোনে খঙলবসু বদায়দা লৈরিবনো, চফুদি লৈপাক্মা লৈপাক্তা লৈপাক্না লৈরিব্রা হায়বা অসিনচিংবসি জ্ঞানবিজ্ঞান অনীমক্কী দৃষ্টি কোণ (পোইন্ট ওফ ভিয়ু)দা

যনৎ কুমারো দেবাশ্চ ইতিহাসাস্তথৈব। মরীচিরঙ্গিরা অত্রি পুলস্ত্যঃ পুলহ ক্রতুঃ ॥৩৯৬॥
মনবঃ সপ্ত সোমশ্চ অথর্বা সবৃহস্পতিঃ। ভৃগুর্দক্ষঃ কশ্যপশ্চ বসিষ্ঠঃ কাশ্য এবচ ॥৩৯৭॥
ছন্দাংসি দীক্ষা যজ্ঞাশ্চ দক্ষিণাঃ পাবকো'হবিঃ। যজ্ঞোপগানি দ্রব্যাণি মূর্তিমন্তি যুধিষ্ঠির ॥৩৯৮॥
প্রজানাং পালকাঃ সর্বে সরিতঃ পন্নগানগাঃ। দেবানাং মাতরঃ সর্বা দেবপত্ন্যঃ সকন্যকাঃ ॥৩৯৯॥
সহস্রাণি মুনীনাংচ অযুতান্যর্বুদানিচ। নমস্যন্তি প্রভুং শান্তং পর্বতাঃ সাগরাদিশঃ ॥৪০০॥
গন্ধর্বাপ্সরসশ্চৈবগীতবাদিত্রকোবিদাঃ। দিব্যতালেষুগায়ন্তঃ স্তুবন্তি ভবমদ্ভুতম ॥৪০১॥
বিদ্যাধরা দানবাশ্চ গুহ্যকারাক্ষসাস্তথা।
সর্বানি চৈবভূতানি স্থাবরাণি চরাণিচ। নমস্যন্তি মহারাজ বাঙমনঃ কর্মভির্বিভুম ॥৪০২॥
পুরস্তাৎ ধিষ্ঠিতঃ শর্বো মমাসীৎত্রিদশেশ্বরঃ। পুরস্তাৎ ধিষ্ঠিতং দৃষ্ট্বা মমেশানং চভারত ॥৪০৩॥

মহারাজ। যুধিষ্ঠির। সনৎকুমার, দেবতাশিংগী মপৈ, ইতিহাস, মরীচি, অঙ্গিরা অত্রি, পুলস্ত্য, পুলহ, ক্রতু, মনু তরেৎ, সোম দেবতা অথর্বা, বৃহসপতি, ভৃগু, দক্ষ, কশ্যপ, বসিষ্ঠ, কাশ্য, ছন্দ, দীক্ষা, যজ্ঞ, দক্ষিণা, অগ্নি, হবিষ্য যজ্ঞোপযোগী (যজ্ঞগী সামগ্রীশিংনা মূর্তিনাইবা থোরকপা), প্রজাপতি পুম্নমক্ নদী, নগ (চীং) নাগ (লিল), ইন্দ্রনচিংবা দেবতাগী মমাশিং, দেবপত্নী (দেবতাশিংগী লোয়নবীশিং), দেবকন্যাশিং, অহুগা মহর্ষিশিং, চীংমান, সমুদ্র মায়কৈসলাই লিশিং লিশিং লখা লখা অর্বুদ, কোটি কোটিনা, মহা শান্তমূর্তি পুরবা ভগবান মহাদেবগী স্তুতি তৌরম্মি ॥৩৯৬–৪০০॥ পুং ঈশৈ যন্ত্র থিবিক হৈশিংলবী অপসরাশিংনা গন্ধর্বশিংগা লোয়ননা তোঙাল তোঙান্বা তাল দা, তোঙাল তোঙায় রাগ অমদি সুরদা ঈশৈ শক্শকুনা মহাশক্তিশালী মহাদেবগী স্তুতি তৌরম্মি ॥৪০১॥ মহারাজ। যুধিষ্ঠির। বিদ্যাধর দৈত্য দানব, গুহ্যক, রাক্ষস, অহুদগী হেন্দোকুনা অ চচত্ত জীব পুম্নমক্না মাহৈ, থরান, হকচাং পুক্নীংগা লোয়ননা ভগবান মহাদেববু খোম্জক্না খুরুমজনা লৈখি ॥৪০২॥ দেবতা পুম্নমক্কী ঈশ্বর ওইবা দেবেশ্বর মহাদেবনা সাক্ষাৎ ঐগী মাঙদা লেপ্তুনা লৈরম্মি। ভারত। মহারাজ। যুধিষ্ঠির। মহাদেবনা ঐগী মাঙদা লেপ্তুনা লৈবহ উবদা প্রজাপতিশিংদগী হৌনা ইন্দ্র কাওনা ঐতোম্মোমদা মুম্ন য়েংহনা লৈনখি। মতম্ অসিদা ঐ মহাদেব বোমদা মুম্ন হঙ্গৎনা য়েংবা ঙমখিদে। মতোন্দা মুম্ন য়েংননবগী

---

চিংনবা লৈতনা খঙপে হায়রবদি তরাই তরাইবা থবক্ নত্তে। হায়বদি, সত্ব (সত্তা)বু মুম্ন খঙবা হায়বসে থিজিনবা মী থরক্তগীনি। খঙশিনহনবু সথবেত্তা (লৈববু খঙবা) কৌই। মখোয়সিঙগা অখঙবাশিং অসিদি মহাবৈজ্ঞানিক মহা আধ্যাত্মিক ওইবা মীশকশিংতনা ওইগদৌরিবনি। অহুগুম্বা মীশকশিং মহা পুরুষশিংদুমক্না মহাদেবগী মাঙদা খুৎলোয়নহনা থুরম্মি হায়বসিনা মহাদেবগী মহিমাবু হেনগৎহনবতানী। মখোয়শিংহনা মহাদেবগী মূর্তিবু মুঙা কুপ্না য়েংশিন্নিবসি সাংহায় (খোমজিনবা, মুথৎপা মাঙহনবা হায়বা থবক্ অমুগী অর্থা) মূর্তি অমু অসিয়া হায়বা য়েংবনি। (কালাচান্দ)

ইষ্টং দানমধীতঞ্চ ব্রতানি নিয়মাশ্চযে। হ্রীঃ কীর্ত্তিঃ শ্রীর্দ্যুতিস্তুষ্টিঃ সিদ্ধিশ্চৈব ত্বদর্পনী ॥৪১২॥
কামঃ ক্রোধো ভয়ংলোভো মদঃ স্তম্ভোঽথমৎসরঃ। আধয়ো ব্যাধয়শ্চৈব ভগবংস্তনবস্তব ॥৪১৩॥
কৃত্তির্বিকারঃ প্রণয়ঃ প্রধানং বীজমব্যয়ম। মনসঃ পরমা যোনিঃ প্রভাবশ্চাপি শাশ্বতঃ ॥৪১৪॥
অব্যক্তঃ পাবনোঽচিন্ত্যঃ সহস্রাংশুর্হিরন্ময়ঃ। আদির্গণানাং সর্বেষাংভবানবৈ জীবিতাশ্রয়ঃ ॥৪১৫॥
মহানাত্মা মতির্ব্রহ্মা বিশ্বঃ শম্ভু স্বয়ম্ভুবঃ। বুদ্ধিঃ প্রজ্ঞোপলব্ধিশ্চ সাবিৎ খ্যাতি মতিঃ স্মৃতিঃ ॥৪১৬॥

(মচাক) পুম্বা নহাকী নহাকমক্তনি। মাঙ্গদা কল্পিমক্ত ডিংনফম লৈতে (*) ॥৪১১॥ যজ্ঞ, দান, অধ্যয়ন, ব্রত, নিয়ম, লজ্জা (ঈকাইবা), কীর্ত্তি (মিংচৎ) শ্রী ফজবা) থায়বা দেবতা; দ্যুতিমেতাল), তুষ্টি (অপেনবা), সিদ্ধি (থবক মচৈ য়ানবা) পুম্বাসি ভগবান নহাকী স্বরূপ চপ চাবা মতৌ)বু কান্নবগীদমক্ত লৈরিবা ডাক্তনি ॥৪১২॥ ভগবন্! সদাশিব! কাম, ক্রোধ, ভয় (আকিব), লোভ, মদ (ময়াই কাবা), স্তব্ধতা তুকক তুকাই চনবা, পঙথবা মাৎসর্য্য (কল্লপা-শীংনবা) আধি, ব্যাধি (লায়না-রোগ) পুম্মক অংসে নহাকীহকচাং মক্তনি ॥৪১৩॥ ক্রিয়া (থবক), বিকার, প্রণয় (নুংশিবা-নুংশিনবা) প্রধান অবিনাশী (অমাঙ অতা লৈতবা) বীজ (মরু) পুক্নীং হায়বা ইন্দ্রিয় অসিগী শেমনবা মচাক্ অদুগা সনাতন ওইবা (লেঙ্গুতরোই-দৌব) প্রভাব (শক্তি) হায়রিবা নহাকী স্বরূপ ডাক্তনি ॥৪১৪॥ অব্যক্ত (কেডাদাক্তবা মশক) পাবন দোষ পুম্বা শেংদোক্লনবগী মশক্ ওইবা অচিন্ত্য (খনফম থোক্তবা), হিরন্ময় (সুমিংকী মশক্) ওইবা নহাক্তি গণ পুম্বসিগী আদিকারণনি, আশ্রয়নি ॥৪১৫॥ মহান, আত্মা, মতি (বুদ্ধি, বিশ্ব (জগৎ), শম্ভু, স্বয়ম্ভু (মশা মথন্তনা ওইজ-পোকচরকপা), বুদ্ধি প্রজ্ঞা (লৌশিং) উপলব্ধি (ফংবা, পুক্নীংদা কাওবা) সংবিৎ (খঙবা) খ্যাতি (মিংচৎ), ধৃতি (থাঙচইবা) অদুগা স্মৃতি (নীংশিংবা) হায়রবা অমনা অমগী শব্দার্থ ওইবা য়ানা লৈরিবা পর্য্যায়বাচী নাম শব্দ ভরামরি অসিনা পরমাত্মা ওইবা নহাক্না লৈরিবনি হায়বদু কোক-দোক্লি। বেদজ্ঞানীগী পাম্বৈনা নহাক্কী মশক মুম্না খঙলবা বেদজ্ঞ ওইবা ব্রাহ্মণ বিপ্রশিংনা সংসারগী ভক্সাংপা মায়াবু থাদোকপা ঙম্মি (*) ॥৪১৬-৪১৭॥ ঋষিশিংনা নগুণ শরুম্নিবা নহক অসি নহাক্কী

(*) শেমলিবা শারিবা পোশক্ অহুমক্ শেম্বা শাবা হায়বা কর্মহুগী অক্তবা মথক্নি। ডাক্লিবা শোম্নরিবা পোশক অহুমক্ ডাকপা শেম্নবা হায়বা কর্ম (থবক) অদুগী অক্তবা মশক্নি। থুগাইম্নিবা, মৈনচিংবদা থাদোক্লিবা পোশক অহুমক থুগাইবা থাদোকপা হায়বা কর্মহুমক্কী অক্তবা মশক্নি। মহাদেব মশামক্ সংহার (থুগাইবা, মাঙহনবা) হায়বা কর্মহুগী মূর্ত্তিনি। মাঙহন্‌গদৌরিবী পোশক পুম্বা মৈদা থাদোকদৌরিবা পোৎ পুম্বা মহাদেবগী মূর্ত্তিনি। (কালাচান্দ)

(*) মথক হায়রিবা প্রজ্ঞা বুদ্ধিনচিংবা ভরামরি অসি নক্ষত্রদগু মথোয়সিগী মনুংদা অমত্তবুনা পাম্বে ওইদুনা মোহ (ভমহৎপা)বু থাদোকপা য়াই। সংসারদা লৈরিবা ভাইবং মীনা চিংনরিবা ভমহৎলিবসি

পর্য্যায় বাচকৈঃ শব্দৈর্মহানত্মা বিভাব্যতে। ত্বাং বৃংধ্ব ব্রহ্মণো বেদাং প্রযোদং বিদিষজ্জতি ।।৪১৭।।
হৃদয়ং সর্বভূতানাং ক্ষেত্রজ্ঞস্তৃমৃষিস্তুতঃ। সর্বতঃ পাণিপা দস্তুং সর্বতোঽক্ষিশিরোমুখঃ ।।৪১৮।।
সর্বতঃ শ্রুতিমল্লোকে সর্বমাবৃত্য তিষ্ঠতি। ফলং ত্বমাসি তিগ্ম্যাংশো নির্মেষাদিষু কর্মসু ।।৪১৯।।
ত্বং বৈ প্রভার্চিরপুরুষঃ সর্বস্য হৃদি সংশ্রিতঃ। অনিমা গরিমা প্রাপ্তি রীশনো জ্যোতিরব্যয়ঃ ।।৪২০।।
ত্বয়ি বুদ্ধির্মতির্লোকাঃ প্রপন্নাঃ সংশ্রিত শ্চযে। ধ্যানিনো নিত্যযোগাশ্চসত্যসন্ধা জিতেন্দ্রিয়াঃ ।।৪২১।।

যস্ত্বাং ধ্রুবং বেদয়তেগুহাশয়ং প্রভুং পুরাণং পুরষংচ বিগ্রহম।
হিরন্ময়ং বুদ্ধিমতাং পরাংগতিং সবুদ্ধিমান বুদ্ধিমতীত্য তিষ্ঠতি ।৪২২।।

খোঙলোয় ভূত প্রেত, প্রমথগণশিংসিগী থম্মোয় খুদিংদা তুংহুবা লৈরিবনি। অহুনা নহাক্তনা ক্ষেত্রজ্ঞ [ক্ষেত্র মশক খঙবা, হকচং মশক খংবাঙ্ক হায়বত্থু ওই। মাহৈগে পুম্বদা নহাকী খোঙগী খোঙ খুংকী খুংমক্তনি। মফম পুম্বদা নহাকী মীৎ, কোক মায়থোংমক্তনা থুরক হাওদনা লৈরিবনি ।।৪১৮।। মফম পুম্বদা নহাকী নাকোংমক্তনা। নহাক মখক্তনা জগৎ পুম্বাশীন্নুনা লৈরিবনি। অচচচক্ত জীব পুম্বনা মমীৎ অমুমুক উহংশিনবদা অদুগা মীৎ অমুমুক পাঙথোকপদা তৌরিবা থবক পুম্নমক অসিগী, মীকুপ খুদিংগী তৌরিবা কর্ম পুম্নমক অসি মহৈ অহুমক নহাকী স্বরূপনি, নহাকমক্নি ।।৪১৯।। অমাঙ অতা লৈত্রবা, পরমেশ্বর ওইবা নহাকমক মুমিংকী মথান্নি, মৈগী মৈরিনি। নহাক নশামক পুম্নমকী থম্মোয়দা আত্মাগী মশক ওইহুনা লৈরিবনি। অণিমা, গরিমা, প্রাপ্তি সিদ্ধি পুম্নমক অসি অদুগা মথোয়গী অমাঙ অতা লৈত্রবা জ্যোতি মশেক মঙালশিং অহুসু নহাক্না অহুম মওইরি ।।৪২০।। মঙোন্দা মপান নাইত্রবা অমা, পুক্নীংগীশক্তি লেঙদনা লৈ। নহাকী আশ্রয় লৌহুনা, নঙোন্দ চঙজরবা অহুঙুগা মী মহাক অহু নঙোন্দা ধ্যানপরায়ণ, ওইবা, নিত্যযোগযুক্ত (মপুক্নীং হোংদবা যোগী ওইবা) অহুম্বা থাখত থনবা অদুগা মপুং ফানা ইন্দ্রিয় খুহুম চনবা হায়বত্থু মই ।।৪২১।। অহুঙুম্বা মী অহুনা মহাকী থম্মোয়দা নহাকপু আত্মা ওইহুনা লৈরিবা অদুগা, পুহু পুরাণ পুরুষ, মূর্ত্তি নাইবা সাকার ওয়বম্বা, হিরন্ময়পুরুষ হায়বহুনি হায়না খঙলিবা অদুগা বুদ্ধিমান জ্ঞানীশিংগী অমত ওইবা গতিনি হায়না চিংনবা লৈত্রবা

ফংগদ্রা, ফংলরোইদ্রা, থাদোকদ্রা লৌশিনগদ্রা থাদোকপা মথাররোইদ্রা অসিনচিংবা থাখলশিং অসিনাম।
মসি সংহারকারী মহাদেবগী ওত্তবু মূম খঙনবদগীনি। মুথৎপা মাঙহনবা হায়রদি সংহার হায়রসি অউব (ব্যক্ত) ওইবা পোৎশিংগী ভাক নত্তে। চিন্তাবু মুথৎপসু সংহার অমমি চিন্তা অহু হেক মুংথিরবা ওম্মাংপা (মেহ) হায়বহুগীসু সংহার অহুম ওইথি। গীতাদসু বুদ্ধিনাশদগী স্মৃতিনাশওই অভিনষ্টিয়া হায়রি। থোম্জিল লৌশিনখ্রিবসি, মঙহনখ্রিব মুথৎখ্রিবসু স্মৃতি তৌরিবা অহুনরা ভাকলিবা অহুনরা থুপাইবগী মাঙহনবগী শক্তি পুরিবা শক্তিমান হুনরা হায়বগী ওত্ত অসি হেকখঙবদা মেহ (ওমহৎপ) হায়বই থুদক্না মাঙনি।

(কাশীদাস)

বিক্রিয়াসর্বে সূক্ষ্মাণি ষড়ক্ষ্যাহ্ণ মূর্ত্তিতঃ। প্রধান বিধিযোগস্থ্যমেব বিপশ্চিতঃ ॥৪২৩॥
এবমুক্তে ময়া পার্থ ভবে চার্ত্তিবিনাশনে। চরাচরং জগৎসর্বং সিংহনাদংতদাকরোৎ ॥৪২৪॥
তংবিপ্রসংঘাশ্চসুরাসুরাশ্চ নাগাঃ পিশাচাঃ পিতরোবয়াংসি
রক্ষোগণা ভূতগণাশ্চসর্বে মহর্ষয়শ্চৈব তদাপ্রণেমুঃ ॥৪২৫॥

খণ্ডলিবা অশিংবা মী মহাক অদুদি থাংগৈ শেংবা লৌকিক পুম্নমক্কী লাম্হোক্‌খিদুনা পরমাত্মাগী ভাবতা নঙোন্দা লেপ্তনা লৈ ॥৪২২॥ মহত্তত্ত্ব, তন্মাত্রামশা অদুগা অহংকার হায়বা কুম্নবতত্ত্ব তরেৎ অসিবু মুম্নখণ্ডদুনা অদুগা নহাক্কী স্বরূপ ওইরবা অঙ তরুক্কী তত্ত্বজ্ঞানবু কংলবা মী মহাক অদুদি বিধি ফাম্নদনা নঙোন্দা চঙ্ঙপা ওন্নি চঙ্ঙকই (*) ॥৪২৩॥ কুন্তীনন্দন! মহারাজ যুধিষ্ঠির! শারীরিক মানসিক রোগ পুম্নমকপু পোকপি হৈরবা মহাদেবগী স্তুতিবু ঐনা অশুম হায়না স্তুতিংক তৌরকপা মতম অদুদা মায়গৈ মরীমক্কী অচচ্ছত্ত জীব পুম্নমক্কী অমত্ত ওইবা সিংহনাদগী খোল্লাউনা মায়গৈ পুম্বা পুম্নমিজ নিম্নরকই ॥৪২৪॥ ব্রহ্মণশিংগী মচৈ, দেবতা ময়াম, অসুর, নাগ, পিশাচ পিতর পশুপক্ষী, রাক্ষসশিং

(*) মশক উদবা মথে পীক্লবা মৈ ঈশিং মুংশিং আকাশ লৈপাক্কী মরীক (পরমাণু) মশা অদুগা মখোয় মশা অসিগী পুল্লপকী অউবা অচৌবা স্থুল ওইবা মহত্তত্ত্ব হায়বদুগা তরুক অসিগী মথক্তা অহংকারগী তত্ত্ব তরেৎ অশিবু মুম্ন খণ্ডলবা মী অদুতনা মপান্দ উরিবা অঙ তরুক্লা ভিন্নবা হকচাং অসি কনাগীনো হায়বদু মুম্ন খণ্ডলবা মী অদুনা তমা পরমাত্মাদা চঙখিবা ফিনখিবা ওন্নি। বৈজ্ঞানিক অমদি আধ্যাত্মিক ওইবা রাথল অসি ঈরৈ লৈতবা মী মহাক অদুনা চুম্নগী ভক্তিগী পাম্বৈতনা পরম আত্মদা ভিনখিগনি হায়না হোৎনবা অদুমু অম্নাবা ওইথোক্তবা থবক অম ওইনা থোকই। মৈ ঈশিং মুংশিং, অত্তিয়া, লৈপাক হায়রিবা ভূত মশা অসিগী পীক্লবা কুম্নবা পরমাণু মশা অদুনা তোঙাল তোঙায় ভাদনা লৈরিবৈ মতম অদুদা অহং (ঐ) হায়বগী তত্ত্ব অসি লৈরমদে। মখোয় মশা অসিনা পুল্লপ পুম্বা মপানগী অউবা হকচাং স্থূল শরীর অসি ওইখিদুনা হায়বদি পঞ্চতন্মাত্রা ওইরবদগী মহত্তত্ত্ব হায়বদু ওইখিবদগী, অহংকার (ঐ) হায়বা তত্ত্ব অসি লাকখি। মখোয় অসিবুনি তত্ত্ব তরেৎ হায়রিবসি। অদুবু অশুকপনি, তোঙাল তোঙাল লৈরিবৈদদি ঐ হায়বা রাথল অসি লৈরমদ্রগা মশা আস পুন্নগা করম হায়বা লাকশ্রিবনো হায়বসিনি। মৈ মথক্তনা ঐ হায়বা ভন্মমদে, ঈশিং মরীক (পরমাণু) মথক্তনা ঐ হায়বা ভন্মমদে। মৈ ঈশিংনাচিংবা পাঙ ভৌতিক হকচাং অসি ওইরকপা মতমদা, ঐ(অহংকার) হায়বা তত্ত্ব অসি লাকই। অদুমু থা অনী অদুমদা ভায়রিবা হকচাংদা ঐ (অহংকার) অসি লৈরবদু লৈতবগুম লৈরদ্রি। ভুংদা কোতদোরকপনি। হায়রিবা তরেৎ অসিতনমু লোইদ্রি। মন, বুদ্ধি, জ্ঞান হায়বশিংমু লাক্লি। মখোয়সিনা কদোমদগীনো? মখোয়সিমু অশিবা ভাক্তনি। মখোয়না ঐ হায়বসি হায়বা ভমদে। মখোয়দি খুৎলায়নি। কাইনথংদা আত্মা হায়বা অম লাকই। মহাকনদু ঐ হায়বসি হায়বা ঙমে।
(কালাচান্দ)

মম মূর্দ্ধ্নি চ দিব্যানাং কুসুমানাং সুগন্ধিনাম্ । আশয়োনিপতদ্বৃষ্টির্বায়ুশ্চ সুসুখো ববৌ ॥৪২৬॥
নিরীক্ষ্য ভগবান্ দেবীং হ্যুমাং মাঞ্চ জগদ্ধিতঃ । শতক্রতুং চাভিবীক্ষ্য স্বয়ং মামাহ শঙ্করঃ ॥৪২৭॥
বিদ্মঃ কৃষ্ণ পরাং ভক্তিং অস্মাসু তব শত্রুহন্ । ক্রিয়তামাত্মনঃ শ্রেয়ঃ প্রীতির্হি ত্বয়ি মে পরা ॥৪২৮॥
বৃণীষ্বাষ্টৌ বরান্ কৃষ্ণ দাতাস্মি তব সত্তম । ব্রূহি যাদবশার্দ্দূল যানিচ্ছসি সুদুর্লভান্ ॥৪২৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্রসংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাম্ অনুশাসনপর্ব্বনি দান ধর্ম্মপর্ব্বনি মেঘবাহন পর্ব্বাখ্যানে চতুর্দ্দশোঽধ্যায়ঃ ।

—:×:—

স্তুতিপ্রেত পূর্ণমক্ত অহুগা ঋষিশিংনা মহাদেবগী গুণগান তৌদুনা মক লুক্না থুরমখি ।৪২৫। মতম অদুদা ঐগী ইকোক থক্ত নোংমলোম্ভক্তী অঙং লৈতবা লৈগী লোং চুথখি । ওস্থোক্রা মনম মুংশিরবা নাথিরবা সংশিংকী ইপোমবা তপ্পা তপ্পা তৌরক্তৈ ॥৪২৬॥ মতম অদুদা মহাদেবনা উমা দেবী থোমনা যেংলগা অদুগী ঐতোন্নমদা অমুক যেংলগা ইন্দ্রপোমনা যেংলগা ঐঙোন্দ অস্থমা হায়রকই ॥৪২৭॥ শেক্রবা ওম্বা, শত্রুবশিংবু নৈথাই ওম্বা, কৃষ্ণ ! ঐগী ইথমনা কৃষ্ণ নহাকী পরা ভক্তি হায়বদু লৈবে হায়বসি অয়াম্বনা খঙলে । কৃষ্ণ ! নশাগী মঙ্গল ওইনবা তৌ । নহাকী নকমদা মহাদেব ঐগী অতৈগা যাম্নপ্রবা ওস্থোক্রা বিশেষ ওইবা প্রেম অমা লৈপ্রে ॥৪২৮॥ সৎপুরুষশিংগী মনুংদা অথোইবা । কৃষ্ণ । যদুশাগেগী কোকশক্তী মণি ! কৃষ্ণ নহাকী নকমদা ঐ বর নিপাল পীগে । অম্বনা কন্নি কন্নি পাম্বগে কংনিংবগে হায়ু ।৪২৯।

মখম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অনুশাসন পর্ব্বগী মনুংচনবা দান ধর্ম্মগী পর্ব্বদা মেঘবাহন পর্ব্বগী তরামখিশুবা অধ্যায় লোইরে ।

—(:×:)—

টীকাঃ—থং হায়রিবা মহাবিজ্ঞানগী বাকম অসিদি থোক হন্দোক্লগা আত্মা, পরমাত্মা ঈশ্বর অসিনচিংবা হায়দুনা পঙলাউক্ত লাউনখিবনি । মতাং অসিদা উপমন্যুনা হায়রি সংহারগী মূর্ত্তি মহাদেবগী মফমদা ভক্তিগা লোয়ননা চঙক্রিবথৈ পরমাত্মাগী হৌরককম্ অমদি অস্তিত্ব আস লাম্বা কংলোই। অদুগীদমক্তা গীতাদস্থ জ্ঞানবিজ্ঞাননা লাম্বা ফদবা বাকম অদু ভক্তি তনা সিদ্ধান্ত পানি হায়রি । অদুনা জ্ঞানযোগ কর্ম্মযোগকী মতুংদা ঈকোন কোনবদা ভক্তি যোগকী ব্যাখ্যান লাক্লিবনি । (কালাচান্দ)

———

# মণিপুরী মহাভারত

## পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ

( শিবপার্বতী অনীনা কৃষ্ণদা বর পীব, উপমন্যুনা মহাদেবগী মহিমা খঙ্‌পা )

## তরামঙাশুবা অধ্যায়

—:×:—

### শ্রীকৃষ্ণ উবাচ

মূর্ধ্না নিপত্য নিয়তস্তেজঃ স নিচয়ে ততঃ। পরমং হর্ষমাগত্য ভগবন্তমথা ব্রুবম্ ॥১॥

ধর্মে দৃঢ়ত্বং যুধি শত্রুঘাতং যশস্তথাগ্র্যং পরমং বলঞ্চ।

যোগপ্রিয়ত্বং তব সংনিকর্ষং বৃণে সুতানাং শতং ॥২।

এবমস্ত্বিতি তদ্বাক্যং ময়োক্তঃ প্রাহ শঙ্করঃ। ততো মাং জগতো মাতা ধারিণী সর্বপাবনী ॥৩॥

উবাচোমা প্রণিহিতা শর্বানী তপসাং নিধিঃ। দত্তো ভগবতা পুত্রঃ সাম্বো নাম তবানঘ ॥৪।

মত্তোঽপ্যষ্টৌ বরানিষ্টান্ গৃহাণ ত্বং যদমিচ্ছ। প্রণম্য শিরসা সা চ ময়োক্তা পাণ্ডুনন্দন ॥৫॥

কৃষ্ণনা হায়ঃ—মহারাজ! যুধিষ্ঠির! অঙ্গুদগীদি পুক্কীং ইস্রের পুম্বা খুত্তুম চম্মুনা মথেক মচাল মপৈগী মক্কো লৈরিব মহদেবগী মফম, কেক নেওম্না হবাও তুজু বগা লোয়নমা ঐনা অম্মুমা হাঘবি ॥১। ধর্মদা লেপ্তবা বাখল, কালকপদা হেক্কনা ওম্বা খাইদগী হেল্লবা মিংচৎ, মথা তানিংঙই লৈত্রবা পঙ্গল, যোগগী শক্তি, খ্বাই পুম্বগী চাংনীঙায় মুশিনীংঙায় ওইবা, নহক্কী নাক্ত লেপ্পদনা লৈবা মচালিশিংঙোমা হায়রিবা বর নিপাল অসি পীনবিয়ু ॥২। মাসিতাবদা ভগবান শঙ্করনা "করে, মাহুমক্ ওইরসনু" হায়না তাকপিবি। অহুগী তুংদা অসুচতু পুম্বগী মাক্রিথাকলিবা দেবপুম্বর শেংলোকপিবী, তপস্যা পুম্বমক্কী ফুংবকম ওইবী, জগদম্বা (তাইবং পানবগী মমা ওক্কবী, উমাদেবীনা পুক্কীং থম্মোয় অমত্ত ওইনা ঐঙোন্দা অমুম্মা হায়বিবি পাপকী শত্রু যাওত্রবা কৃষ্ণ! শ্যামসুন্দর! ভগবান সদাশিবনা নঙোন্দা সাম্ব কৌবা মচ অম পীবিরে ॥৩-৪॥ অহুনা ঐঙোন্দগীসু অপাম্বা বর নিপাল অম মুক নিয়ু। মাহু নঙোন্দা ঐগী লমাই ওইনা পীগে। অমুম হায়না ঐঙোন্দা উমা ঐঙোন্দা তাকপিরবদা পাণ্ডুনন্দন! যুধিষ্ঠির! মহারাজ! ঐনা জগদম্বা উমাদেবীগী চরণদা খুৎ লোয়নমা খুরমজনা অম্মুমা

দ্বিজেষু কোপং পিতৃতঃ প্রসাদং শতং সুতানাংপরমংচ ভোগম্।
কুলে প্রীতিং মাতৃতশ্চপ্রসাদং শমপ্রাপ্তিং প্রবৃণেচাপিদাক্ষ্যম ॥৬॥

উমোবাচ

এবং ভবিষ্যত্যমরপ্রভাব নাহংমৃষাজাতু বদে কদাচিৎ।
ভার্য্যাঃ সহস্রাণি চষোড়শৈব তাসু প্রিয়ত্বংচতথাক্ষয়ংচ ॥৭॥

প্রীতিং চাগ্র্যাংবান্ধবানাং সকাশাদ্দদামিতেহংবপুষঃ কাম্যতাংচ।
ভোক্ষ্যন্তে বৈ সপ্ততিং বৈশতানিগৃহেত্বত্যতিথীনাংচ নিত্যম ॥৮॥

বাসুদেব উবাচ

এবং দত্বা বরানদেবো মম দেবীচ ভারত। অন্তর্হিতঃ ক্ষণে তস্মিন সগণো ভীমপূর্বজ ॥৯॥
এতদত্যদ্ভুতং পূর্বং ব্রাহ্মণায়াতিতেজসে। উপমন্যবেময়া কৃৎস্নং ব্যাখ্যাতংপার্থিবোত্তম।
নমস্কৃত্বা তুস প্রাহ দেবদেবায় সুব্রত ॥১০॥

---

হায়জখি।৫। ব্রাহ্মণশিংগী মকমদা কহিগুম্বা মকম মতমদা শান্তিনবা, ঈপা ঈমানা ভত্তনা ঐগ্ভোন্দ পেনবিবা, মচা লিশিং লিশিংগী মপা ওইবা মখাতানিঙাই লৈত্রবা ভোগ, ঐশ্বর্য্যফংবা ঐগী শাগৈ নতৈ পুম্বা মুংঙাই য়াইকনা লৈবা ঈমানা ঐবু থম্মোয় শেংনা মুংশিবিবা, ঐবুত থন্দুনা শেন্দুবা লৈবিবা হীরম পুম্বা শান্তি ফংহুনা তৃপ্তি (অপেনবা) ফংহুনা লৈবা, থবক্ত য়াম্ন হৈশিংবা হায়রিবা বর নিপাল অসে নঙোন্দগী নিজবি।৬। ভগবতী উমা দেবীনা হায়ঃ—দেবতাশিংগী মতৌগুম্বা অজর অমর ওইরবা শ্রীকৃষ্ণ! হায়রিবদো লোইনা ওইগনি, ফংগনি। ঐ ওইরোইদৌবা মীনবা থক্ত ভাঙদে নহাক্কী লোয়নবী রাণী লিশিং তরাতক্ক ওইগনি। মখোয় পুম্বদো চপ মান্নবা নঙোন্দা প্রেম থম-গনি। অমাত্ত অতালৈত্রবা লম্বুম মিঃচৎ ফংগনি। শাগৈ নাতৈ মরূপ পুম্বা, মঙোন্দগী অপেনবা মুং-ঙাইবা ফংগনি। নহাক্কী হকচাংসে মুঙিৎ চুপ্পা থোৎনা লৌনা, য়োংবদা পুক্নীং হুনা লৈগনি নহাক্কী য়ুমদা মুহিৎ থুদিংগী অতিথি লিশিং তরেৎনা অন্ন সত্র ফংহুনা চানীংবা চাহুনা হয়াউ হয়াউ বর পীরম পীরম্লগা চৎখিনি।৭-৮। বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণনা হায়ঃ—ভরত নন্দন! মহারাজ। যুধিষ্ঠির। অকৌবা ভীমসেনগী মপাম্মুংনিংথৌ! মতৌ অসুমনা শিবউমা (উমাশঙ্কর) অনীনা মাগী মাগী বর পীরিরকনা অনীমক্ থুনকা অন্তর্ধান ফংখি (মাঙথোকখি)।৯। নিংথৌ অথোইবা। অত্তকপা রাকম থৌজোক পুম্বসি ঐনা মহাতপস্বী ব্রাহ্মণ অথোইবা উপমন্যুগী মকমদা মথেক মথোল অমত্ত হাত্তনা তম্বখি। নীংথিবা মতম পাকন তৌবিরিবা নিংথৌ। দেবাধিদেব মহাদেববু নীংশিংহুনা থৌরমহুনা উপমন্যুনা ঐঙোন্দা অনীনা হায়রিখি ॥১০।

উপমন্যুরুবাচ

নাস্তি শর্বসমোদেবো নাস্তি শর্বসমাগতিঃ। নাস্তি শর্বসমোদানে নাস্তিশর্বসমোরণে ॥১১॥

শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং অনুশাসনপর্বণিদানধর্ম পর্বণি মেঘবাহণপর্বাখ্যানে পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ।

—(:+:)—

কৃষ্ণ। মহাদেবগা মান্নবা দেবতা অইত অম লৈতে। মহাদেবগুম্বা ঐথোয়গী চঙজকম গতি অমত লৈতে। বরদান তৌবদা মহাদেবগা মান্নবা দেবতা অটৈ অমত লৈত্রবনি। লান্দা ভগবন শিবজীগা মান্ননা কনবা অমত লৈতে ॥১১॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অনুশাসন পর্বদা দান ধর্ম পর্বগী মনুংদা মেঘবাহন পর্বগী তরামঙা শুবা অধ্যায় লোইরে।

—(:+:)—

# মণিপুরী মহাভারত

## ষোড়শোঽধ্যায়ঃ

(উপমন্যু কৃষ্ণ অনীগী সংবাদ মহাত্মা তণ্ডিনা শকখিবা মহাদেবগী স্তুতিপান)

তরাতরুক্ শুবা অধ্যায়ঃ

—(:+:)—

### উপমন্যুরুবাচ

ঋষিরাসীৎ কৃতে তাত তণ্ডিরিত্যেববিশ্রুতঃ। দশবর্ষসহস্রাণি তেন দেবঃ সমাধিনা ॥১॥

আরাধিতোঽভূৎভক্তেন তস্যোদর্কং নিশাময়। স দৃষ্টবান মহাদেবমস্তৌষী চ্চস্তবৈর্বিভুম ॥২॥

ইতি তণ্ডিস্ত পোযোগাৎ পরমাত্মান মব্যয়ম্। চিন্তয়িত্বা মহাত্মানমিদমাহ সুবিস্মিতঃ ।৩॥

যংপঠন্তিসদা সাংখ্যাশ্চিন্তয়ন্তিচ যোগিনঃ। পরং প্রধানং পুরুষমধিষ্ঠাতারমীশ্বরম ॥৪॥

উৎপত্তৌচ বিনাশেচ কারণং যং বিদুর্বুধাঃ। দেবাসুরমুনীনাংচ পরং যস্মান্ন বিদ্যতে ॥৫॥

অজং তমহনীশানমনাদিনিধনং প্রভুম্। অত্যন্তসুখিনং দেবমনঘং শরণং ব্রজে ॥৬॥

এবং ব্রুবন্নেরত্না দদর্শ তপসাং নিধিম্। তমব্যয় নৌপম্যমচিন্ত্যং শাশ্বতং ধ্রুবম ।৭॥

---

উপমন্যুনা হায়ঃ—জনার্দ্দন। মমাতৈ সত্য যুগতা তণ্ডি কৌবা মমিং চৎলবা ঋষি অম লৈরম্মি। মহাক্না মহাক্কী অয়ৌবা ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়ননা চহী লিশিং তরা চুপ্পা মহাদেবগী পেয়নবা তপস্যা তৌখি। মহক্কী তপস্যা অদুগী মহৈহুবা মহাক করি কংখি। অদু নীজগে, তাবিয়ু। মহাক্না তৌবা স্তেত্র অমদি স্তুতি অদুনা মহাক্কী দর্শনবু সাক্ষাৎ মমীৎমক্না ফংখি ॥১-২॥ তণ্ডিনা মহাদেবগী তপস্যাদা মতম কুইনা লুপ্তুনা লৈরুবরা তুংদা অতকপা কংনা মহাক্না অসুম্না হায়খি ॥৩॥ সাংখ্যযোগগী বিদ্বান পণ্ডিতশিংনা মহাকপু পরাত্মা, প্রধান, পুরুষ, অধিষ্ঠাতা অদুগা ঈশ্বর অসুম হায়না মিংখোন্দুনা মহাক্কী মতীক মগুণবু থায় থায় থারদুনা শক্নিবা, যোগীশিংনা মতম পূম্বদা মহাক্কী ধ্যান অমদি চিন্তনদা লুপ্তুনা লৈরিবা, বৈজ্ঞানিক বিদ্বানশিং মহাকপু বিশ্বজগৎ অসিগী পোকললকপা অমাদ লোইশিনখিবগী কারণনি হায়বা খল্লিবা অমদি খগুজরিবা, তাইবং মী, লাইহিংচাবা অদুগা মুণি ঋষিশিংগী মনুংদসু মতোন্দগী হেনবা কনা অমত লৈত্রে হায়না খগুনব্রিবা, অতুগুবা পোকপাশিব নাইদবা অক্তোবা অয়োইবা লৈতবা, পাপদোষগী মমিগী শরক অমত পকবা অরাবগী শরক অমত রাজনা ইহুং তুংগীখোজুনা লৈবা, মতীক মগুণ চাউরবা মহাদেবগী আশ্রয়দা চত্তজরি ॥৪-৬॥ অসুম হায়না স্তুতি তৌরবপা মতমদিদা, তপস্যা

নিষ্কলং সকলংব্রহ্ম নিগুণং গুণগোচরম। যোগিনাং পরমানন্দমক্ষরং মোক্ষসংজ্ঞিতম্ ॥৮॥
মনোরিন্দ্রাগ্নিমরুতাং বিশ্বস্য ব্রহ্মণো গতিম্। অগ্রাহ্যমচলং শুদ্ধং বুদ্ধিগ্রাহ্যমনোময়ম্ ॥৯॥
দুর্বিজ্ঞেয়মসংখ্যেয়ং দুষ্প্রাপমকৃতাত্মভিঃ। যোনিং বিশ্বস্য জগতস্তমসঃ পরতঃ পরম্ ॥১০॥
যঃ প্রণেবস্তমাত্মানং জ্যোতির্জীবস্থিতং মনঃ। তং দেবং দর্শনাকাঙ্ক্ষী বহূন বর্ষগণান্নৃষিঃ ॥১১॥
তপস্যাগ্রে স্থিতো ভূত্বা দৃষ্ট্বা তুষ্টাব চেশ্বরম।
তণ্ডিরুবাচ
পবিত্রাণাং পবিত্রস্ত্বং গতির্গতিমতাংবর ॥১২।

পুন্নমকী ভুংনকম, সংসারগী করিগুম্বা বিকার অমত্তনা মত্তোন্দা চত্তবা ভুমদবা, মাগী মতীক মশুগদা কনাগুম্বা করিগুম্বা অমত্তগী চাংদম্নিংঙাম্নবা, মহাকী মতীক মগুণ মওদা থমকম থোক্তবা মকম মতম মতম পুম্বনা লেঙদনা লৈবা, মত্তোন্দগী করিগুবা শমক অমত থাইদোকপা লৌথোকপা য়াদবা, সগুণ অমদি নির্গুণ ব্রহ্মগী মশক ওইবা, লৌমীশিংগী নুংঙাইজননবগী মশক ওইরবা, মোক্ষ (মুক্তি)গী অত্তবা মশক ওইরবা মহাদেবগী দর্শন ফংখি ।৭-৮॥ মহাক অসে, মমু, ইন্দ্র, অগ্নি, মরুৎশিং (নুংশিৎ মচৈ), ব্রহ্মা মকীস্থ গতিনি। অয়োইবা ধামনি (*)। ইন্দ্রিয়শিংনা লৌবায়াদবা, লৌবা ভুমদবা দেবাতা অমনি। বুদ্ধি (জ্ঞান) তনা ফংবা য়াবা অচুগুম্বা শক্তিমান অমনি ॥৯॥ মহাদেবনা হায়বসি সংহার মূর্তিনা, লৈরিবা মওং অসি অচম্বা য়াখলগীদি য়াংমদনি। পাকলাম্ব ফংব য়াফম নত্তে। অনুম্মা তৌবনি হায়বা কনাগুম্বা অমত্তনা প্রমাণ পীবা ভুমদে। সংসারগী বিষয়দা লুপ্তনা লৈবা, মোংলবা থম্মোয় অমদি পুক্নীংবু পুম্নিবা মীনা মাগী তত্ত্বু উবা থত্তবা হায়বসে ওইথোকত্তবনি। সংহারগী মূর্তিবু অচুগা মথৌবু পুম্নিবা দেবতা অচুক্তনা জগৎকী আদি কারণ ওইগদবনি। মহাক্তি অজ্ঞানগী মশক ওইরবা অন্ধকার (অমম্বা)দগী আ য়ায় লাপ্ন লৈরবনি ॥১০॥ তণ্ডিনা হায়ঃ—দেবতা পুন্নমকগী অথোইবা। নহাক্তি। অশেংবা, দোষ লৈত্রবশিংগী মমুংদা শেংলবা, অমকপা য়াওরবনি। অযচ্ছত জীব পুন্নমকী অমক ওইবা লমথুংকমনি। তেজ (মশেক মঙাল) শিংগী মমুংদা খ্বাইদগী অৱবা, অকিব ফংলবা তেজনি। তপ (তপস্যা) শিংগী মমুংদা খ্বাইদগী হেন্না তপ চেন্নবা তপস্যানি ॥১২॥ গন্ধর্ব পুন্নমকী নিংথৌ বিশ্বাবসু

(*) যুগ যুগান্তর কয়া করাদা অবতার তোঙাল তোঙানবা লৌহনা শান্নম্বা বিষ্ণুনা অচুগা ব্রহ্মানচিংবা দেবতাশিংনা হেক হেক থুণ য়িবা লৌশিনখিবসি সংহারনি মশক উৎরনা উথিত্রিব, লৈরম্-বনা লৈখিত্রিবা অসিসু সংহারনি। অচুগুম্বা সংহারগী শক্তিবু পুম্নিবদি মহাদেবনি। ব্রহ্মাবিষ্ণুনচিং-বা দেবতা পুন্নমকীসু অয়োইবা গতি (ধাম) দি মহাদেবক্তা ওই অমুম্না হায়বতনি। মনুংগী ভাবত্তি পোক্কলকপা, লৈরমবা মতমদা তোঙাল তোঙানবা মওংদা পোক্কলবসু লৈরমলবসু লোইনিনখিবা মরমদি চপ মাটে। বেরবা লৈতে। অচুমক্তনা অবিকারীনি হায়ম্নিবনিনি। (কালাচান্দ)

যচ্চৈতৎ পরমংব্রহ্ম যচ্চ তৎপরমংপদম্ । যা গতিঃ সাংখ্যযোগানাং সভগবনাত্রসংশয়ঃ ॥২৫॥

নূনমদ্য কৃতার্থাঃস্ম নূনং প্রাপ্তাঃ সতাংগতিম যাং গতিং প্রার্থয়ন্তীহ জ্ঞাননির্মলবুদ্ধয়ঃ ॥২৬॥

অহো মূঢ়াস্ম সুচিরমিমং কালমচেতসা। যন্ন বিদ্মঃ পরংদেবং শাশ্বতংযং বিদুর্বুধাঃ ॥২৭॥

সেয়মাসাদিতা সাক্ষাৎ ত্বদ্ভক্তি র্জন্মভির্ময়া। ভক্তানুগ্রহকৃৎ দেবো যংজ্ঞাত্বামৃতমশ্নুতে ॥২৮॥

দেবাসুর মুনীনাংতু যচ্চগুহ্যংসনাতনম্। গুহায়াং নিহিতংব্রহ্ম দুর্বিজ্ঞেয়ং মুনেরপি ॥২৯॥

সএষ ভগবান দেবঃ সর্বকৃৎসর্বতোমুখঃ। সর্বাত্মা সর্বদর্শীচ সর্বগঃ সর্ববেদিতাঃ ॥৩০॥

দেহ কৃৎ দেহভৃৎ দেহী দেহভুগদেহিনাংগতিঃ।

প্রাণকৃৎ প্রাণভৃৎ প্রাণী প্রাণদঃ প্রাণিনাংগতি। অধ্যাত্মগতিরিষ্টানাং ধ্যায়িনামাত্মবেদিনাম্ ॥৩১॥

অপুনর্ভব কামানাং যাগতিঃ সোয়মীশ্বরঃ ॥৩২॥

---

অমাত্ত অতা নৈতবা হায়বহৃসু নহাক্তনা ওইরিবনি নহাকতি বিশ্ব, অবিশ্ব অনীসিদগীসু তোঙানবা মওং অমদা লৈরিবনি । চিত্ত (থরনী ভাম ওইদবা) হায়বা অনীসুসু নহাক্তি ॥২৪। পরংব্রহ্ম হায়রিবা পরমধামনি, পরমপদনি হায়রিবা, সাংখ্যযোগী কর্মযোগীশিংনা তায়রিবা অয়োয়ব গতিদি অসিনি অহুনি হায়নরিবা, তোঙাল তোঙাল হায়নরিবসে নহাক নথন্তনা অহুম মওইরিবনি ॥২৫॥ মকত্রবা জ্ঞাননা মথোয়গী ওইরবা মহাজ্ঞানীশিংনা কংনরিবা গতি অহব্ অহুগা কংগে হায়নসু তায়রিবা গতি (ধাম) অহুবু মুত্তি মাইনা ঐনা উবা কংবসে পোকপগী মহৈ মাপে ॥২৬॥ ঈস! ওহোয়্পনি! চহী মতম অয়ুক তুইবসি ঐ অমসা মায়া শোহদা তাহনা তুমহংহুনা লৈরুমে। মরমদি বিদ্বান পণ্ডিত জ্ঞানীশিংনা লেপ্পবা পরম পুরুষবু ঐনা নহাক মথৈ মীংশিংগুম্রে অহুম ওইবা সনাতন ওইবা পরমেশ্বরবু হৌজিক্ কাওবা থওবা ওমজি। থগে কংগে হায়নসু হোৎনজি ॥২৭॥ মপোক কয়দগী হোৎনজয়কপগী মহৈনা নহাকী নকমদা লেঙরবী ভক্তিবু কংজরে। ভক্ত থুদিংমক্তা মীচঙ মীথাই নাইদনা চানবিবা হায়ববু প্রভু! নহাকনি। নহাকী তত্ত্ববু মুম থওনবা জ্ঞানশিংনা মোক্ষ (মুক্তি) পদবীবু কংবৈ ॥২৮॥ লাইহিংচবা মুনি ঋষি পুম্নমক্তা পংবা কংভমদবা মাগী মাগী থম্মোয়দা য়ায় থুপ্পা কাজিন্দুনা লৈরব কাওবদা মুম থওমদবা ভগবান পরমা হায়বদো নহাক্তি। পুম্নমকপু শেম্মিবা থুগাইরিবসে নহাক্তি। সর্বাত্মা সর্বদর্শী সর্বব্যাপী (শীন্দ্রনা লৈওবা হায়ববু নহাকনি ॥২৯-৩০॥ প্রভু! নহাক্তি হকচাং শিবু শেম্মি শারিবা, হকচাংশিবু পুবিরিবা তাকপিরিবা মপুনি। অহুনদমক্ত নহাকপু দেহী কৌনরি। দেহ (হকচাং)শিবু পুরিবা দেহধারী-শিং অসিগী অয়োইবা গতিসু নহাক্তি। প্রাণবায়ু ময়াম্বু শেকহল্লি বসু নহাক্তি প্রাণবায়ুসুবসু পুরিবা প্রাণধারী, প্রাণী, প্রাণদাতা অহুগ। প্রাণীশিং অহুগী অয়োয়বা গতিসু নহাক্তি ॥৩১॥ নহাকপু ধ্যান তৌরিবা, ধ্যান যোগীশিংগী অয়োইবা অধ্যাত্মগতি অহুসু নহাক্তি। পোকপশিংবগী লাজিনী মাহোকপা শাত্রিবা হায়বদি অয়াবা থুকন শারিবশিংবা তৌনিংলিবা অয়োইবা গতি অহুসু নহাক্তি। আত্মজ্ঞানী ওইবা

অয়ঞ্চ সর্বভূতানাং শুভাশুভগতিপ্রদঃ। অয়ঞ্চ জন্মমরণে বিদধ্যাৎ সর্বজন্তুষু ॥৩৩॥
অয়ং সংসিদ্ধিকামানাং মাগনিঃ সোয়মীশ্বরঃ। ভূম্যাদ্য নূ সর্বভুবনান্নূপনদ্য সদিবৌকসঃ
দধাতি দেবস্তনুভিরষ্টাভি র্যো বিভর্ত্তিচ ॥৩৪॥
অতঃ প্রবর্ত্ততে সর্বংস্মিন্ সর্বং প্রতিষ্ঠিতম। অস্মিংশ্চ প্রলয়ংসতি অয়মেকঃ সনাতনঃ ॥৩৫॥

---

মীশিংবা কংমিংলিবা অয়োইবা গতি অহুন্ন নহক্নি (*) ।৩২। মানা মানা তৌবা অক কম্ম কর্মচুপী মতুং ইমা অক কম্ম মহৈ কংহনবম্ব মহেশ্বর মহাকমনি। অহুগুম্বা মহৈ অহু কাহনগে হায়হুনা অমুক পোক্ অমুক শিংহন্নিবা (সংকার তৌরিবা) অহুন্ন মহাকনি ॥৩৩॥ মুক্তিবু কংনিংহুমা কর্ম তৌরিবা নম্নগা থাদোকৃলিবশিং অমুগা মুক্ত ওইপ্রবশিং অহুনম্ম গতি (শ'ন) অহুন্ন পরমেশ্বর ওইবা ভগবান্ মহাক্না অহুম মওই। দেবতাশিংগা লোয়ননা লৈরিবা ভূ ভুব স্বনচিংবা লোক পূন্নমক্ অসিবু শৈমহুনা অহুগুম্বা মহেশ্বর অহুনা মৈ ঈশিং মুশিৎ, আকাশ, লৈপাক্, সূর্য্য, চন্দ্র যজমান হায়বা মহাকী মূর্ত্তি নিপাল অসিনা খুৎলায় ওইহুনা মশাম্না শেমলিবা শোশিংসিবু মহাক মশানা অহুম ময়োকপি ।৩৪॥ হ'য়রিবা উম্নিব

---

(*) টীকাঃ—অমত ওইবা মহাকপু কংগে ত্তগে হায়না তাম্নরিবা হোৎনরিবা জ্ঞানী, বৈজ্ঞানিক যোগী মুনি, ঋষি, জ্ঞানযোগী, কর্মযোগী, জ্ঞানযোগী, ভক্তিযোগী, শিংসিনা মহাকপু কংলগা মহাবপু উয়গা মহাকপু পাম্নগা শোক্লগা, মহাকা লৈমিন্নগ মুত্তাইদ্রি খল্লিবসি কয়ম্বা মমুংত্তাইনো হায়বসি অহুগা অহুং গুম্বা মুংত্তাইবমুবু অহুক য়াম্ন পাম্মুরিবসি কাম্নমন্নগীনে হায়রিবা মখোয় মশা মশাদা ওনশিন্দুনা হংলবদি পাক খুম্বা য়ারোই। মখোয়না খুমগে হায়নবদি অয়োইবা মুংত্তাইববু হায়বদি পরমানন্দহু কংলেদনা অসিত্তনি। কম্নিগীনো হায়বদা পোকপদগী শিব ফাওবদা, নোত্ত'বদগী মুমিং তঁবা কাওবা, মুমিং খুদিংগী, পুংজা খুদিংগী ত্তাইবংমী ঐখোয়না থিরিবসি মুংত্তাইবা (আনন্দ) হায়বা মহাক অহুতবুনি। নোংত্ত'বদগী খোত্ত অসি কাখোয়কুনা চখোয়ক্রিবসি অহুগা চখোক্লবিবসি অরাব অমত থিরুথিগে কম্ন লাউবা অমুক্তং কংত্তুথিগে হায়হুনা খোয়কপসি অমত য়াওদে য়াওম্ম য়াওয়োত। মাসি কম্নিগীনো হায়বদা থিরিবসি মুংত্তাইবা পাম্নিবসি জীবাত্মা সনি। জীব ওইহুনা হায়বদি হিংহুনা লৈবা হায়বা মখোয়দগী হেন্দোয়কুনা মু'ত্তাইবা হায়বহুমবুম্ম শাত্তপ ওইনা অমুক তপশিন্নকনি। জীবা,ত্মা (জীবা, আত্মা) হায়বগী অর্থদি মুংত্তাইবা কংবা মুংত্তাইবা কংনিংবা, মুংত্তাইবা তাম্নকম থোকপা অসিনচিংবসি অমত নত্তে। হিংহুনা লৈবা হায়বত্তনি। মধা থম্ন চথগে হায়নগা চুম হিংহুনা লৈবা অহুগা চুম হিংহুনা লৈকম থোকপা, অহুদগী অমুক মধা থম্ন অমুক চথ.গ হ'য়নগা চুম হায়বদি, সত্য ওইনা হিংহুনা লৈবা, অহুদগী অমুক মধা অর্থ অম অমুক চথগে হায়নবা অম অম অমুক য়ামশিন্নবদি সত্য হায়বা অলেংবা হায়বহু ওইয়োইদৌরিবনিনা অত্তৈ অত্তোম্না বিষয় অময়ুক লাম্নশিন্নুবনা চুম চুমা হিংহুবা লৈবদগী সেম্না কম্নিমত্তা তৌদনা হিংহুনা লৈবা হায়বা অর্থ অসিনো অয়োইবা অর্থ ওইনা তারকনি। কম্নিময়মননো হায়বদা অহিংবমা হিংবো পাম্বা, সে শুবা সেক'পা

যংজ্ঞাত্বা নপুনর্জন্ম মরণং চাপি বিদ্যতে। যং বিদিত্বা পরং বেদ্যং বেদিতব্যং নবিদ্যতে ॥৪০॥
যং লব্ধ্বা পরমং লাভং নাধিক্যংমন্যতেবুধঃ। যাং সূক্ষ্মাং পরমাং প্রাপ্তিং গচ্ছন্ত্যব্যয়মক্ষয়ম্ ॥৪১॥
যং সাংখ্যা গুণতত্ত্বজ্ঞাঃ সাংখ্যশাস্ত্রবিশারদাঃ। সূক্ষ্মাজ্ঞানতরাঃ সূক্ষ্মং জ্ঞাত্বা মুচ্যন্তি বন্ধনৈঃ ॥৪২।
যংচ বেদবিদো বেদ্যং বেদান্তে চপ্রতিষ্ঠিতম। প্রাণায়ামপরা নিত্যং সং বিশন্তি জপন্তিচ ॥৪৩।
ওঁকাররথমারুহ্য তেবিশন্তি মহেশ্বরম। অয়ং সদেবযানানা মাদিত্যদ্বারমুচ্যতে।৪৪॥
অয়ংচ পিতৃযানানাং চন্দ্রমা দ্বারমুচ্যতে। এষ কাষ্ঠা দিশশ্চৈব সংবৎসরযুগাদিংচ।৪৫॥
দিব্যাদিব্যঃ পরো লাভ অয়নে দক্ষিণোত্তরে। এনং প্রজাপতিঃ পূর্বমারাধ্য বহুভিঃ স্তবৈঃ ৪৬।
প্রজার্থং বরয়ামাস নীললোহিতসংজ্ঞিতম। ঋগভির্যমনুশাসন্তি তত্ত্বে কর্মনি বহ্বৃগা ॥৪৭।

---

মূর্তি অদুগী দর্শন পী ॥৩৯॥ মহাক্ অদুবু শগুলগা পোকপশিবগী লান্দা অমুক থুবররোইদ্রৌবা মহাকপু থগুসবা তুংদা অতৈ অমমুক থগুননীংঙাই লৈবরোইদৌবা অদুমগুম্বা মহেশ্বর মহাক্নি ॥৪০॥ জ্ঞানী যোগীশিংনা মহাকপু ফংলব তুংদা অতৈ করিগুম্বা পোশক্ অমত্ত ফংনিত্রবা, থম্মেয়দা থুপ্তুনা লৈবা কুপপ্রবা পরমাত্মুগী মশক ওইবামাবু ফংজরবদা, মংঙবা তুম্বা লৈত্রবা পরমাত্মা মহাক্কী মুক্তিবু উজবদা ব্রহ্মানন্দবু ফংজপ্রবা, সত্ত্বরজ তমনচিংবা গুণ কুনমারিগী তত্ত্ববু মুম্ন সাংখ্যযোগীশিংনা কুপ্পবা তত্ত্বদুবু থগুলবদুদা কূপ্পবা জ্ঞানগী মশক ওইরবা চিথক্ত তোংদুনা ভগবান্ মামক্না হিংহোনবা (নাবিক) শাদুনা সংসারগী ঈপাকপু লান্থোকপা ফংকপ্রবা, প্রাণায়ামনচিংবা সাধননা বেদান্তদর্শনশাস্ত্র নচিংবদা তাক্লিবা পরমেশ্বর মহাক্কী দর্শন ফংজদুনা অরাবা পূম্নমক্কী মুক্ত ওইজপ্রবা সাধক যোগীশিংবু কোন-শিনবিদুনা মহাক্না একাকার ওইহনবিবা অদুগুম্বা পূকচেল চাউরবা ভগবান মহেশ্বর মহাদেবনি ওঁকার (প্রণব)গী মশক ওইরবা রথমথক্ত তোংখত্তুনা লাকচরবা ব্রহ্ম যোগীশিংবু মহাক্কী দেহ মুংদা সংহার তৌরবা লোইশিন খোমজিনবিবা অদুগা অসিগুম্বা দেবযানগী মার্গ (লম্বী)গী থোঙগী মশক ওইবিবা অদুগুম্বা পর-মেশ্বর মহাক্নি ॥৪০ ৪৪॥ পিতৃযানগী মাগী থোঙ (দ্বার) ওইবা চন্দ্রমা (চন্দ্রলোক)গী মশক লৌদুনা লৈ-বিরিবা পরমেশ্বর মহেশ্বর মহাক্নি। তোঙান তোঙানবা মমিং পুদুনা লৈরিবা মায়কৈ, মীকুপ নাহুম, পুংজা দাগু, থোংমা, দিবারাত্রি, চয়োল, পক্ষ, থা, চহী, যুগ যুগ, মন্বন্তর হায়রিবা মকম মতমগী শা-য়োনশিং অসি মহাক্তনা ওইরিবনি। দিব্যলোকক্কী কুংঙাইবা, ইহলোকক্কী কুংঙাইবা অদুগা মতমদা থ য়রিবা কৃষ্ণপক্ষ শুক্লপক্ষ হায়ন পাননরিবা পূম্নমক অসি মহাক মাপুননা ওইরিবনি ॥৪৫॥ মমাঙৈদা প্রজাপতি ব্রহ্মানা স্তুতিগান মথক করা কয়ানা পরমেশ্বর মহাকপু পেলহনখিবদগী প্রজা সৃষ্টি তৌবা ওয়রবগী বরদান ফংজখি ॥৪৬॥ ঋগবেদগী বিদ্বান সাত্ত্বিক ওইবা ভক্তশিংন, ঋগ বেদগী ঋচাগাননা স্তুতি তৌদুনা মহাক্কী মহিমাবু শক্লিবা, অদুগা যজুর্বেদগী কর্ম কাণ্ডগী তত্ত্ববু খঙবা পণ্ডিতশিংনা যজ্ঞদা যজুর্বেদগী মন্ত্রনা দক্ষ নাগ্নি, গার্হপত্য, আহবনীয় অগ্নিনচিংবনা মৈগী রূপশিং অগ্নিগী মশক মহাদেবগী উদ্দেশ্যদা হোম তৌদিবা

যজুর্ম্মূর্ত্তির্যস্ত্রিধা বেদ্যঃ কৃত্যবত্যধ্বর্যবোহধ্বরে। সামভি র্যং চ গায়ন্তি সামগাঃ শুদ্ধবুদ্ধয়ঃ ॥৪৮॥

ঋতং সত্যং পরং ব্রহ্ম স্তুবন্ত্যাথর্বনা দ্বিজাঃ। যজ্ঞস্য পরমা যোনিঃ পতিশ্চায়ং পরঃ স্মৃতঃ ॥৪৯॥

রাত্র্যহঃ শ্রোত্রনয়ন পক্ষমাসশিরোভুজঃ। ঋতুবীর্যস্তপোধৈর্যো হ্যব্দগুহ্যোরুপাদবন্ ॥৫০॥

মৃত্যুর্যমো হুতাশশ্চ কালঃ সংহারবেগবান্। কালস্য পরমা যোনিঃ কালশ্চায়ংসনাতনঃ ॥৫১॥

চন্দ্রাদিত্যৌসনক্ষত্রৌ গ্রহাশ্চ সহবায়ুনা। ধ্রুবঃ সপ্তর্ষয়শ্চৈব ভুবনা সপ্ত এবচ ॥৫২॥

প্রধানং মহদব্যক্তং বিশেষান্তং সবৈকৃতম্। ব্রহ্মাদিস্তম্বপর্য্যন্তং ভূতাদি সদসচ্চযৎ ॥৫৩॥

অষ্টৌ প্রকৃতয়শ্চৈ প্রকৃতিভ্যশ্চ যঃ পরঃ। অস্যদেবস্য যদ্ভাগং কৃৎস্নংসম্পরিবর্ত্ততে ॥৫৪॥

---

অহুগ। মবুকচেল শেংলবা সামগান নীবিদ্বানশিংনা সামবেদগী মন্ত্রনা মহেশ্বর মহাকী স্তুতিগান তৌরিবা অহুগুম্বা মহাদেব মহাক্না যজ্ঞ পুম্নমক অসিগী অরোইবা পতিনি ॥৪৭–৪৯॥ অয়ুক নুংথিল অহুপা অহিংনা মহাকী নাকোং মীৎ অনীনি। পক্ষ (শুক্ল পক্ষ কৃষ্ণ পক্ষ) অনীনী মহাকী কোকপা পাম্বোম মম্বামগা অনীনি। ঋতুনা মাগী বীর্য্যনি। তপস্যানা মাগী মৈর্য্য তপথহৈ (তপথহৈবা) হ'য়বহুনি। বর্ষ (চহী) হায়বহুনা মাগী লিজ কৈগল অহুগা খোঙনি ॥৫০॥ মৃত্যু, যম, অগ্নি সংহারগী শাক্ত কল্লবা মতম, কাল হায়বহুমকী কারণ অহুগা সনাতন কাল হায়রিব। পুন্নসি মহাদেব মথামক্নি (*) ॥৫১॥ চন্দ্রমা, সূর্য্য নক্ষত্র, গ্রহ; বায়ু ধ্রুব সপ্তর্ষি, সপ্তভুবন (মরোল তরেৎ) মূল প্রকৃতি, মহত্তত্ব মাগী মাগী বিকারশিংগা লোয়নবা তোঙাল তোঙানবা তত্ত্ব, মরাম ব্রহ্মাদগী হৌনা পীক্লবা জীব কাওবনা থল্লবা জগৎ মপুম অসি, ভূতনচিংবা অরৈবা লৈতব. প্রকৃতি নিপাল অহুগা প্রকৃতিশিংসিদগী তেঙাম্না লৈবা পুরুষ, হায়রিবশিং অসিগী মহুং মহুংদা মহাদেবনা সংহার মূর্ত্তি লৌহুনা বিরাজমান ওইহুনা লৈরিবনি ॥৫২-৫৩॥ মহাদেবজীগী অংশ অমমম থল্লবা জগৎ মপুম অসিনা চক্রগী মতৌগুম্না অতং অথম লৈতব

---

(*) লৈরম্বাপেৎনা মৃৎথিবা কায়থিবা শিথিবা হ য়নসিবুনি সংহার হায়রিবাস। কায়থবা মৃৎ থ্রিবা, শিথ্রিবা পোৎ অহুদি উবা য়াই অহুগা সংহার (কায়থিবা মৃংথিবা অসিনচিংবা) অহুদি উব-কংবা নত্তে। সংহারদি অব্যক্তনি লৈরম্বা পোৎ অহুদি ব্যক্তনি। অব্যক্তনা ব্যক্তবু মাঙহল্লি অহুনা সংহারনা মূর্ত্তি নাইবা চোংথোরক্লকাওবদা মরেক লানা উগদব নত্তে। অহুনা মহাদেবগী মূর্ত্তিবু ওরাই ওরাইনা উব ফংগ্রিবসি অতনদি। চাকথোকখিবনা মথৌ ওইবা অগ্নি (মৈ), অহুগা শাক্ত কল্লবা মতম অসি হ'য়বদি, মৃত্যু ওইহনগদবগী লাকপা। কালবিন্দু অসি কাবখিংবা ঈয়ারাদনা শাক্ত কয়া লাকপনি, উদবনি। ভুমগ্রিবা মাঙাগ্রবা মরাম অদি কালগী মনুংদনি। থাইগী লোইশিনথিকম মতম হায়বহুদি উবা নত্তে। বর্ত্তমান কালগী মহুংদা লৈরিবা পোশকশিং অহুনা বর্ত্তমান কাল হায়বহুগী অউক্কা মূর্ত্তিনি। অতীত (ভূত) কামলৈরম্বা পোশকশিং অহুনা মশক উদবা ভূতকাল হায়বহুগী মূর্ত্তিমক্তনি। ভূত, ভবিষ্য বর্ত্তমান কাল অহুমনা মত্তেন্দা। ওইবা, মাগী মহুংদা থায়রিবা মহাক অহুবুনা মহাকাল সনাতনা কাল হায়রম কৌই।

(কালাচান্দ)

এতত্‌ পরমমানন্দং যৎ তচ্ছাশ্বতমেবচ   এষাগতির্বিরক্তানামেষভাবঃ পরঃ সতাম্‌ ॥৫৫॥
এতৎপদ মনুদ্বিগ্নমেতৎ ব্রহ্ম সনাতনম।  শাস্ত্রবেদাঙ্গবিদুষাসেতৎ ধ্যানং পরং পদম্‌ ॥৫৬॥
ইয়ংসা পরমা কষ্ঠা ইয়ংসা পরমা কলা।  ইয়ংসা পরমা সিদ্ধির্বিয়ংসা পরমা গতিঃ ॥৫৭॥
ইয়ংসা পরমা শান্তিরিয়ং সানিকৃত্তি পরা।  যং প্রাপ্য কৃতকৃত্যাঃ স্ম ইত্যমন্যন্ত যোগিনঃ ॥৫৮॥
ইয়ং তুষ্টি বিয়ংসিদ্ধি বিয়ং শ্রুতিরিয়ং স্মৃতিঃ।  অধ্যাত্ম গতিরিষ্টানাং বিদুষাং প্রাপ্তিরব্যয়া ॥৫৯॥
যজতাং কামমযানানাং মখৈর্বিপুলদক্ষিণৈঃ।  যাগতির্যজ্ঞশীলানাং সাগতিস্ত্বং নসংশয়ঃ ॥৬০॥
সম্যগ যোগজপৈঃ শান্তির্নিয়মৈর্দেহতাপনৈঃ।  তপ্যতাংযা গতির্দেব পরমাসা গতি ভবান ॥৬১॥
কর্মন্যাসকৃতানাংচ বিরক্তানাং ততস্ততঃ।  যা গতিব্রহ্মসদনে স্বগতিস্ত্বং সনাতনঃ ॥৬২॥
অপুনর্ভবকামানাং বৈরাগ্যে বর্ত্ততাংচযা।  প্রকৃতীনাং লয়ানাংচসা গতিস্ত্বংসনাতন ॥৬৩॥
জ্ঞানবিজ্ঞানমুক্তানাং নিরূপাখ্যা নিরঞ্জনা।  কৈবল্যা যা গতির্দেব পরমাসাগতির্ভবান্‌ ॥৬৪॥

---

কোয়দৈ লৈহৌনা লৈরি। ঈমুং মুংতাইনা য়েংহৌনা লৈরিবা পরমেশ্বর মহাক্কি মশাগী মহানন্দগী মশক্কি। অহৌনা আনন্দময় ওইবা ব্রহ্ম হায়বদো মহেশ্বর মহাক মশামক্কি। বিরক্ত বৈরাগী ওইব-শিংগী অরোইবা গতিগী মূর্তিনি। সৎপুরুষ ওইবা মহাত্মাশিংগী সুখবা য়াথলগী মূর্তিনি ॥৫৪—৫৫॥ পুক্কীংদা অতৈ অমগী, করিগুম্বা বিষয় অমগী মরমদা লাংতকনীডায় লৈত্রবা অথোইবা ধামনি, পরমপদনি। সনাতন ব্রহ্ম হায়ববু মহাক অসিনি। শাস্ত্র বেদ বেদাঙ্গ পুন্নমক হৈরবা জ্ঞানী পুন্নমক্না খাইদগী হেন্না ধ্যান তৌকম হায়ববু মহেশ্বর মহাদেবতনি ॥৫৬॥ পরাবাষ্ঠা (থমথোংব গতি), অথোইবা কলা (কলা বিদ্যা) পরমসিদ্ধি, পরমগতি পরমশান্তি, পরমানন্দ হায়রিবা পুন্নমক অসে মহাক্তনা ওইরিবনি। অহৌগুম্বা মহাকপু ফংজরগা যোগীশিংনা মশা মশাবু পোকপগী মহৈ য়াল্লে খল্লে ॥৫৭-৫৮॥ তুষ্টি (পেন্‌বা), সিদ্ধি (থবক মহৈ য়ানবা) শ্রুতি (তাবা শ্রুতিশাস্ত্র) স্মৃতি (নাংশিংবা) ভক্তশিংগী অধ্যাত্ম গতি ' অধ্যাগী অরোইবা থুংকম) অহৌগা জ্ঞানী ওইবা মীশিংগী অমাঙ অতা লৈত্রবা পদবী (মকম)বু ফংবা অসিনচিংবা মহাকমথক্তনা ওইরিবনি ॥৫৯॥ দান দক্ষিণা মতীক চানা তৌবা সকাম ভাবনাদা যজ্ঞতৌরিবা যজমানশিং অহৌনা ফংগ-গদৌরিবা গতি (পদবী-মকম) অহৌস্ হে মহেশ্বর! নহাক নথক্তনা অহৌম মওইরিবনি ॥৬০॥ মহেশ্বর! হে দেবদেব! অথোইবা যোগগী পাম্বৈনা অহৌগা মপানগী হকচাং ফাওবা থক থক কংশিলহন্নুনা অকনবা তপস্যা তৌবা তপস্বীশিংনা ফংজরিবা শান্তি অহৌগা তপস্বীযোগীশিং অহৌনা ফংজবিবা দিব্যগতি, হায়রিবা শান্তিগতি পুন্নমক অসে নহাক মশামক্কি ॥৬১॥ হে অনাদি অনন্ত দেব! হে সনাতন (মতম্‌ পুথদা লৈবা) মহাদেব! সন্ন্যাসী অহৌগা বিরাগীশিংবু খাইদগী অহেনবা ব্রহ্মলোকপু ফংহনরিবস্ নহাক্নি অতৈবা নত্তে ॥৬২॥ হে পরমেশ্বর! মুক্তি (অরানব খুঙমবু পামজহৌনা বৈরাগ্যগী মার্গদা চৎথিহৌনা প্রকৃতিদা প্রলয় (থপথিবা) বু ফংজখিবা মথোয়হৌনা কংঙ্গিবা গতি (ধাম) অহৌস্ নহাক্না অহৌম মওইরিবনি ॥৬৩॥ জ্ঞানবিজ্ঞান অনীনা তিন্নবা সাধনানা মরম ওইহৌনা তাইবং থাদোক্নুনা চৎখ্রবশিং অহৌনা সারূপ্য, সান্নিধ্যন-

বেদশাস্ত্রপুরাণোক্তাঃ পঞ্চৈতাঃ গতয়ঃ স্মৃতাঃ । ত্বৎপ্রসাদাদ্ধি লভ্যন্তে ন লভ্যন্তেঽন্যথা বিভো ॥৬৫॥

ইতি তণ্ডিস্তপোরাশিস্তুষ্টাবেশানমাত্মনা । জগৌ পরমং ব্রহ্ম যৎপুরা লোককৃজ্জগৌ ॥৬৬॥

উপমন্যুরুবাচ

এবং স্তুতো মহাদেবস্তণ্ডিনা ব্রহ্মবাদিনা । উবাচ ভগবান্ দেব উময়াসহিতঃ প্রভুঃ ॥৬৭॥

ব্রহ্মা শতক্রতুর্বিষ্ণুর্বিশ্বেদেবা মহর্ষয়ঃ । নবিদুস্ত্বামিতি ততস্তুষ্টঃ প্রোবাচ তং শিবঃ ॥৬৮॥

শ্রীভগবানুবাচ

অক্ষয়শ্চাব্যয়শ্চৈব ভবিতা দুঃখবর্জিতঃ । যশস্বী তেজসা যুক্তো দিব্যজ্ঞান সমন্বিতঃ ॥৬৯॥

ঋষীণামভিগম্যশ্চ সূত্রকর্তা সুতস্তব । মৎপ্রসাদাৎ দ্বিজশ্রেষ্ঠ ভবিষ্যতি ন সংশয়ঃ ॥৭০॥

কং বা কামং দদাম্যদ্য ব্রূহি যৎ বৎস কাঙ্ক্ষসে । প্রাঞ্জলিঃ স উবাচেদং ত্বয়ি ভক্তির্দৃঢ়াস্তু মে ॥৭১॥

উপমন্যুরুবাচ

এতান্ দত্ত্বা বরান্ দেবো বন্দ্যমানঃ সুরর্ষিভিঃ । স্তূয়মানশ্চ বিবুধৈস্তত্রৈবান্তরধীয়ত ॥৭২॥

---

চিংবা মমিং কাওবা য়াওব্রবা নিরঞ্জন কৈবল্যগী মশক ওইবা পরমগতিবু ফংব্রিবদু নহাকপুনি, নংগী থামবু কংথি জ ঙবনি ॥৬৪॥ প্রভু! মহেশ্বর! বেদশাস্ত্র পুরাণনচিংবদা আত্মা অসিগী মোঙফম গতি (থংফম) মঙা নি হায়রৈ। হায়রিবা মঙা অদো নহাক্কী কৃপাডনা ফংগদৌরিবনি । মরম অদুনা বেদশাস্ত্র পুরাণন-চিংবগী তত্ত্ববু খঙবশিংনা ফংনগদৌরিবা থাম অদুসু নহাকনি ॥৬৫॥ মতৌ অসুম্না তপস্যাগী দুংফম ওইবা তণ্ডি কৌবা ঋষি থরায় য়াওনা মহাদেবগী স্তুতি তৌখি । অদুগা মমাঙৈদা ব্রহ্মানা শ্রীবিষ্ণুগী স্তুতিগান তৌখিবদুগুম্না মহাত্মা মহাদেবগী স্তুতি তৌখি ॥৬৬॥ উপমন্যুনা হায়ঃ ব্রহ্মবাদী তণ্ডিনা অসুম হায়না স্তুতিগান তৌরবদা খুদক্তা মহাদেব অমদি, উমাদেবী অনীনা তণ্ডিদা অসুম্না হাইরকই ॥৬৭॥ তণ্ডিনা ঙসি ঐহাক্না হায়রিবা বাসে মমাঙৈদা কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমত্তনা, অমুক করি হায়গনি ব্রহ্মা বিষ্ণুন-চিংবা দেবতাশিংমক্তা তৌব ঙম্লমখিদ্রে । অসুম্না হায়রদুনা ওন্থোক্লা পেনবিরবা ভগবান সদাশিবনা তণ্ডিদা অসুম্না হায়রকই ব্রাহ্মণ! নহাক অমাঙবা লৈত্রবা, মশক হোংবা মশক ওনবা লৈত্রবা, অরা অনা করিমত্তা য়াওদ্রবা, মিংচং চাউরবা, মহৎতেজ কল্লবা অদুগা দিব্য জ্ঞাননা থিল্লগা দিব্য পুরুষ অম ওই-রনি ॥৬৯॥ ব্রাহ্মণ অথোইবা । অতোপ্পা ঋষি মুনিশিংমক্তা নত্তোন্দগী বিদ্যা উপদেশনচিংবা তাগদবগী ঙমগদবগী লাক্লগদবা অদুগুম্বা মহাজ্ঞানা ওইরবা নচা অমাসু পোক্লগনি। মহাক কল্পশাস্ত্রগী অচৌবা হৌদোকপা মীপা অম ওইগনি । মাসিদা করিমত্ত চিংনবা তৌগনু । অদুগা নহাক হায়, হৌজিক করি পাম্মি ? নংনা হেক পামবদু করি পীগে হায়রগে হায় ॥৭০॥ মাহু, তাবদা তণ্ডিনা মখুৎ লোম্নদুনা অসুম্না হায়রকই প্রভু! ঐনা পামজবা হায়রববু মতম পুম্বদা নংগী নখোঙ থম্মান্দা ঐগী লেপ্পবা ভক্তি লৈবা অদুগা নত্তোন্দা ঐকান্তিক ভক্তি থমজবা অসিতনি ॥৭১॥ উপমন্যুনা হায়! দেবর্ষি ব্রহ্মর্ষি

অন্তর্হিতে ভগবতি সানুগে যাদবেশ্বর। ঋষিরাশ্রমমাগম্য মমৈতৎ প্রোক্তবানিহ ॥৭৩॥
যানিহ প্রথিতান্যাদৌ তণ্ডিরাখ্যাতবানমম। নামানি মানবশ্রেষ্ঠ তানিত্বং শৃণু সিদ্ধয়ে ॥৭৪॥
দশনামসহস্রাণি দেবেষ্বাহপিতামহ। শর্বস্যশাস্ত্রেষু তথা দশনামশতানিচ। ৭৫॥
গুহ্যানীমানি নামানিতণ্ডিভর্বগবতোচ্যুত। দেব প্রসাদাৎ দেবেশ পুরা প্রাহমহাত্মনে ॥৭৬॥

---

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং অনুশাসনপর্বণি দানধর্ম পর্বণি মেঘবাহণপর্বাখ্যানে ষোড়শো ধ্যায়ঃ।

—(:+:)—

---

পূমমক্কা সেবা পূজা তৌনরিবা মহাদেবনা তণ্ডিগী অহুত্তমা হাইহ অহুদা পেনপ্রস্থবা মাহুমক ওইরম্ অসুম্না হায়রম্নগা মকম অচুদগী ঈথঙ খঙহৌদনা অন্তর্ধান ওহাখ ॥৭২। যত্ন শাগেগী অথোইবা ওইবা যাদবেন্দ্র, জনার্দ্দন। অসুম্না হায়রম্নবা মহাদেবনা অন্তর্ধান কংখ্রবা তুংদ ঐগী আশ্রমদা লাকুনা থোক-থোকখ্রিবা থৌদোক পূমমক অসে ঐহৌন্দা তমখি ॥৭৩॥ মীগী মমুংদা অথোইবা মানবেন্দ্র, জনার্দ্দন। মমাহৌদা তণ্ডিমুনিনা ঐহৌন্দা লাকুনা কাওর কাওরবা নামশিং থর ঐহৌন্দা হায়খিব তমখিবশিংদো ঐ হায়গে তাবিয়ু। হায়রিবা নামশিং অসে হীরম পুম্বদা সিদ্ধি পীননীঙাইগী মশকনি ॥৭৪॥ পিতামহ ব্রহ্মাজীনা মমাহৌদা দেবতাশিংগী মকমদা তাহন্খিবা নামশিং অদো শাস্ত্রশিংদা সহস্রনাম হায়না অহুম খওনরে ॥৭৫॥ অচ্যুত কৃষ্ণ। দেবেশ্বর ওইবা ব্রহ্মানা মহাদেবগী কৃপাদগী তণ্ডিগী মকমদা বর্নন তৌখিবা নামশিং অদো তণ্ডিমুনিনা উপমন্যু ঐহৌন্দা তাহনখিদে। হায়রিবা নামশিং অদো য়াম্না অথুপ্রদগী অথুপপা অর্থনাতিপ্রবা মামমকনি। মাহুবু মহাক্না ঐহৌন্দা থৌজানবিগুমা তাহনাখ তম্বিখি ॥৭৬॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকশিংশিং লাননা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অনুশাসন পর্বদা দান ধর্ম পর্বদা মেঘবাহনপর্বাখ্যানগী তরাতরুকশুবা অধ্যায় লোইরে।

—(:+:)—

# মণিপুরী মহাভারত

## সপ্তদশোঽধ্যায়ঃ

### (শিবসহস্রনামস্তোত্র অচুপা পাঠনী মল)

### তরাতরেৎ শুবা অধ্যায়ঃ

—(:+:)—

**বাসুদেব উবাচ**

ততঃস প্রযতোভূত্বা মমতাত যুধিষ্ঠির। প্রাঞ্জলিঃ প্রাহবিপ্রর্ষির্নামসংগ্রহমাদিতঃ ॥১॥

**উপমন্যুরুবাচ**

ব্রহ্মপ্রোক্তৈ ঋষিপ্রোক্তৈ র্বেদবেদাঙ্গসম্ভবৈঃ। সর্বলোকেষু বিখ্যাতং স্থাণুং স্তোষ্যামি নামভিঃ ॥২॥
মহদ্ভি র্বিহিতৈঃ সত্যৈঃ সিদ্ধৈঃ সর্বার্থসাধকৈঃ। ঋষিণা তণ্ডিনা ভক্ত্যা কৃতৈ র্বেদকৃতাত্মনা ।৩॥

---

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা হায়ঃ—মহারাজ। যুধিষ্ঠির! অদুগী তুংনা ব্রহ্মর্ষি ওইরবা পুরুীং অমদি ইন্দ্রিয় পুম্নমক্ মতীন্ লোঙহন্দনা পুক্লপ থমহুনা, খুৎলোয়হনা তক্লিগা লোয়নবা মহাদেবগী নাম সংগ্রহ অদু মকোক্তগী থিবা হৌখি ॥২॥ ব্রহ্মলোকত ব্রহ্মানা হায়খিবা, ঋষিশিংনা পরম্পরানগী হায়নরকপা বেদ বেদাঙ্গ পুম্নমক্তগী নিয়মনাইনা থোরকপা, লোক পুম্নমক্তগী নিয়মনাইনা থোরকপা, লোক পুম্নমক্তা কাওরবা, স্তুতি তৌনববগী থাইদগী মতীক চারবা অদুগুম্বা ভগবানগী স্তুতি অদু নামশিংদুনা তৌজগে ॥২। নাম পুম্নমক অসে মহর্ষিশিংনা পুথোকখিবনি। বেদশাস্ত্র পুম্নমক্ত মপুক্লীং লুপপ্রবা মহর্ষি তণ্ডিনা সংগ্রহ তৌখিবনি, থোম্জিনখিবনি। অদুনা নাম পুম্নমক অসে, সত্যমক্তনি, সিদ্ধমক্তনি অদুগা মীংথেব পুম থংহনবা অদুগুম নামমক্তনি। ফাওরবা, মহাজ্ঞানী, তত্বখঙলবা মহাপুরুষশিংনা নামশিং নিয়ম বিধি কারকনা লেংশ্রবনি। নামশিং অসে মহর্ষি তণ্ডিনা ব্রহ্ম লোকতগী মর্ত্যলোকত পুথখিবনি। অদুনা অদুম্বা, অয়ানবগী শক্তক ফাওরবা নামশিং অসে য়াম্ন ভরায়া তৌথিনা জগৎ পুম্নমা অপ তৌরখিবনি থানরিবনি। যদু শাটেগী কোকথকী মণি। শ্রীকৃষ্ণ। জনার্দ্দন। ব্রহ্মলোকতগী কুমথরকপা অবতরণ তৌরকপা শিবস্তোত্র অসে অটৈ অটৈ স্তোত্রগী অহেনবনি। স্তোত্র অসি খর্নগী সুখসম্পত্তি পুম পীবনিবনি। আচ্ছত্র জীব পুম্নমকী মকমদা মহামঙ্গলগী মশক্তি। মাসি ঐ জনার্দ্দন মচেংনা অদুক

প্রযত্নেনাধিগন্তব্যং ধার্য্যংচ প্রযতাত্মন । মাঙ্গল্যং পৌষ্টিকং চৈব রক্ষোঘ্নং পাবনংমহৎ ॥১৬॥
ইদং ভক্তায় দাতব্যং শ্রদ্দধানাস্তিকায়চ । নাশ্রদ্দধানরূপায় নাস্তিকা যাচিতাত্মনে ॥১৭॥
যশ্চাভ্যসূয়তে দেবং কারণাত্মানমীশ্বরম্ । সকৃষ্ণ নরকংযাতি সহ পূর্বৈ সহাত্মজৈঃ ।১৮॥
ইদং ধ্যানমিদং যোগমিদং ধ্যেয়মনুত্তমন । ইদজপ্যমিদং জ্ঞানং রহস্যমিদমুত্তমম্ ॥১৯॥
ইদং ব্রহ্মা পুরা কৃত্বা সর্বলোকপিতামহঃ । সর্বস্তবানাং রাজত্বে দিব্যানাং সমকল্পয়ৎ ॥২১॥
তদা প্রভৃতি চৈবায়মীশ্বরস্যমহাত্মনঃ । স্তব রাজ ইতি খ্যাতো জগত্যমর পূজিতঃ ॥২২॥
ব্রহ্মলোকাদয়ং স্বর্গে স্তবরাজোঽবতারিতঃ । যতস্তণ্ডি পুরা প্রাপ তেনতণ্ডি কৃতোঽভবৎ ॥২৩॥
স্বর্গাচ্চৈবাত্র ভূর্লোক তণ্ডিনা হ্যবতারিতঃ । সর্বমঙ্গলমঙ্গল্যং সর্বপাপপ্রনাশনম ॥২৪॥

---

পূম্নমক কোক্লনবগী মশাক্নি । অদুগ মাসি বেদ মরিদগী থোরকপা অর্থশিং অদুগা সমন্নর তৌদুনা পুথোকখিবনি । হায়বদি বেদমন্ত্রিগী অর্থগা চুনবা অমত ম্নাওনে । মাসিবু পুক্নীং অনী লোঙদনা, পুক্নীং অনী লাঙদনা, পুক্নীং কৌবা ইন্দ্রিয়বু থুদুম চন্দুনা পায় তৌগদবনি । অদুগা পাঠ তৌবা লোইরগা, হায়রিবা নামশিং অমুকসু পুক্নীংদা থম্ৎদবনি, কাওরোইদৌবনি । মাসি মঙ্গল পীন হৈবা হকচাংবু নোয় পেন্ন থম্নবগী উপায় অমদি চৈদাকী মশক ওইবনি । রক্ষবা চিংচা যাইতম্ন শাংনা ম্যাংখিবনবগী মহামন্ত্রনি অদুগা ওহ্নেংম শেংত্রবা অদুগা মোংনবা পুক্নীংবু শেংদোক্নহনবগী মশক ওইরবা মহৌষধিনি ॥১৫–১৬॥ শিবগী ভক্ত ওইবা মশাদবদা ভক্তি শ্রদ্ধালৈবা–অদুগা আস্তিক ওইবা মাগী মকমদা তাকনগদবনি । নাস্তিক ওইবা, ভক্তিশ্রদ্ধালৈতব আত্মাবু থুদুম চন্দবা, হায়বদি মশানা মশাবু থুদুম মশাদা থম্ন ভমগদবা মীদা থক তাকওঙদৌবনি, তকলোইদবনি ॥১৭॥ জনার্দন । জগৎকী আদি কারণ ওইবা মহাদেবগী মকমদা দোষগী দৃষ্টিথম্বা, নত্রবা মীৎয়েংনা য়েংবা মহাক অদুদি মহাকমপা মথত মতুনা, মহাকী মমাৎঙগী মপা মপু পুম্নমক অদুগা মহাকী মচামচা নরকতা তাই ॥১৮॥ শিবসহস্র নাম হায়বা স্তোত্র অসি ধ্যান নি, ধ্যেয়নি, যোগনি, জপনীয় জেপতৌগদবনক ওইবা)নি জ্ঞাননি, জেরনি অদুগা গুহ্যদগী উত্তম ওইবা মন্ত্রনি ॥১৯॥ থোইদোক্না শেংলবা মঙ্গলগী মশক ওইরবা শিবসহস্রনাম অসিবু অন্তকালদা পোক্নবদি আত্মা অসে শিবলোকতা পরমধামদা চৌথি ॥২০॥ লোক পুম্নমকী পিতামহ ওইবা ব্রহ্মানা ইহাক হানবদা স্তবরাজ অসি পুথোকখিবনি । দেবলোকতা পুথোক্নখিবা স্তব অসিনা স্তব পুম্নমকী মিংথৌগী মশক ওইবনা স্তবরাজ কায়না থকনখি । অদুনা মহাত্মা মহাদেবগী স্তব অসিনা দেবতা পুম্নমকী মকম পুজা তৌননীঙায় ওইবনা স্তবরাজ হায়ব মিং অসিনা মরোল অকমদা কাওখি ।২১-২২॥ স্তবরাজ অসে ব্রহ্মলোকতগী মর্ত্যলোক কুম্থরকপনি । মর্ত্যলোকতা হেক লাকপদা তণ্ডি মুনিনা ইহান হানবদা কংখিবনি । অদুমক্তনা মর্ত্যলোকতদি তণ্ডিকৃত সহস্রনাম স্তোত্র হায়না অদুম্ মতমদে ।২৩॥ তণ্ডিমুনিনা স্তবরাজ অসিবু সর্গলোকতদি মর্ত্যলোক কুম্থহন্খিবনি । মঙ্গল ওইবনি মী মঙ্গল ওইবনি পাপ পুম্নমক মাঙহনবগী মশকনি । অকম্বা । জনার্দন । স্তোত্র পুম্নমকী স্তোত্ররাজ

নিগদিযো মহাবাহো স্তবানামুত্তমংস্তবম্ ব্রহ্মণামপি যদ্ব্রহ্ম পরানামপি যৎ পরম্ ॥২৫॥
তেজসামপি যৎ তেজস্তপসামপি যত্তপঃ। শান্তনামপি যঃ শান্তোদ্যুতীনা মপিযাদ্যুতিঃ ॥২৬॥
দান্তানামপি যোদান্তো ধীমতামপিযাচধীঃ। দেবানামপি যোদেব ঋষীণামপিসত্ত্ববিঃ ॥২৭॥
যজ্ঞানামপিযো যজ্ঞঃ শিবানামপি যঃ শিবঃ। রুদ্রাণামপিযো রুদ্রঃ প্রভাপ্রভবতামপি ॥২৮॥
যোগিনামপি যো যোগী কারণা নাংচ কারনম্। যতো লোকাঃ সম্ভবন্তি ভবন্তি যতঃ পুনঃ ॥২৯॥
সর্বভূতাত্মভুতস্য হরস্যামিত তেজসঃ। অষ্টোত্তরসহস্রংতে মাম্নাং শর্বস্যমেশৃনু।
যচ্ছ্রুত্বা মনুজব্যাঘ্র সবান্ কামানবাপ্স্যসি ॥৩০॥
স্থিরঃ স্থাণুঃ প্রভুর্ভীমঃ প্রবরো বরদো বরঃ। সর্বাত্মা রর্ববিখ্যাতঃ সর্বঃ সর্বকরোত্তবঃ ॥৩১॥
জটী চর্মীশিখণ্ডীচ সর্বাঙ্গঃ সর্বভাবনঃ। হরশ্চ হরিণাক্ষশ্চ সর্বভূতহরঃ প্রভুঃ ॥৩২॥

---

অসে ঐ জনার্দন নত্তোন্দা হায়গে ॥২৪॥ স্তবরাজ অসে বেদ পুন্নমকীনু বেদনি। খ্বাইদগী হেনবা পোশক্ শিংদগীনু অহেনবা পোশক অমনি। তেজ জগৎ মথল মথলশিংদগী খ্বাইদগী অহেনবা তেজনি। তপ (তপস্যা) পুন্নমকুমদগীনু খ্বাইদগী খ্বাইদগী অহেনবা তপনি। শান্ত ওইবশিংদগী খ্বাইদগী হেনবা শান্তনি। কান্তি (মশেক্ মঙাল)শিংদগীনু খ্বাইদগী হেনবা কান্তিনি। জিতেন্দ্রিয় ওইবশিংদগীনু খ্বাইদগী হেনবা জিতেন্দ্রিয়নি। বুদ্ধিমান ওইবশিংগীনু বুদ্ধিগী মশক্নি। দেবতাশিংগীনু দেবতানি। ঋষিশিংগী মনুংদগী খ্বাইদগী হেনবা ঋষিনি। যজ্ঞশিংগী মনুংদগী খ্বাইদগী অহেনবা যজ্ঞ অমনি। কল্যান (মঙ্গল) ওইবশিংদগীনু খ্বাইদগী অহেনবা কল্যাননি। রুদ্রশিংগী মনুংদগীনু খ্বাইদগী রুদ্রনি। প্রভাব (ঐশ্বর্য্য) লৈবশিংগীনু অথোইবা প্রভাব ফুমহৈরা ওইরি। যোগীশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী অহেনবা যোগীনি। কারণ পুন্নমকতদগীনু খ্বাইদগী অহেনবা কারণ (সর্বকারনকারণ) নি। মত্তোন্দগী লোক পুন্না থোরকথিবনি। মত্তোন্দা লোক-পুন্না অমুক থুপথিবনি। অচঞ্চত্ত পুন্নমকী অমত ওইবা আত্মানি। অঙ্কুপ্পা ওমথৈ লৈতবা তেজনা নহাকী ওইবা মহাতেজস্বী শিবজীগী নাম অসি লিশিং অমগা নিপাল্লি। মাহু ঐত্তোন্দগী তাবিরো, লৌ-বিরো নিপা। অথোইবা জনার্দ্দন! বাসি হেক তাব লোইবদা নীংবা পুন্নমক থুংবিগনি ॥২৫-৩০॥ ১—স্থির তপথবা, চনীংতাব. লেতদবা ২ স্থাণু জগৎপু লেপ্তদবা থোতকম লেপ্তদবা পুত্তবা ৩ প্রভু পুন্নকপু ওম্বা, পুন্নমক্ লাকহৎপ ওম্বা অথনবা ৪ ভীম সংহারগী মতমদা অকিবা অত্তকপা শকলোল পুত্তবা ৫ প্রেবর হীরম পুন্নমকতা খ্বাইদগী মীথোই মীহেনবা ৬ বরদ নিজবা পুন্না পীবিবা, নীংজব পুম থুংহনবা ৭ বর মহাক্না পীবিন্নিবা মনহুমকী মশক নাইবা মুত্তি ওইবা, ৮ সর্বাত্মা জগত্তা লৈন্নিবা পুন্নমকী আত্মাগী মশক ওইবা, ৯ সর্ববিখ্যাত লোক পুন্নদা মকম মতম পুন্নমক্তা কাওরবা, মাঁমংচৎলবা, ১০ সর্ব লাকই লাকইথা পুন্না খ্বাগী মমকতমওইরম্বা ১১ সর্বকর জগৎ পুন্নমক অসিগী হীরম খুদিংমকপু শেম্বিবা ১২ ভব পুন্নমকী পোক্কম ওইবা ॥৩১॥ ১৩ জটী জটাপুবা, ১৪ চর্মী কৈনজী মউন শেৎপা ১৫ শিখণ্ডী শিখাপুবা, শিখাথাক-পা ১৬ সর্বাঙ্গ অঙ্গপুম্না পুবা, ত্তোঙাল ত্তোঙাবর জীব খুদিংগী অঙ্গ (হকচাং)বু মথাগী হকচাংত্তম পুত্তবা ১৭

লোকপালোঽন্তর্হিতাত্মা প্রসাদো হয়গর্দ্দভিঃ। পবিত্রশ্চ মহাংশ্চৈব নিয়মো নিয়মাশ্রিতঃ ॥৩৬॥
সর্ব্বকর্ম্মা স্বয়ম্ভূত আদিরাদিকরো নিধিঃ। সহস্রাক্ষো বিশালাক্ষঃ সোমো নক্ষত্রসাধকঃ ॥৩৭॥
চন্দ্রঃ সূর্য্যঃ শনিঃ কেতুর্গ্রহো গ্রহপতির্ব্বরঃ। অত্রিরত্র্যা নমস্কর্ত্তা মৃগবাণার্পণোঽনঘঃ ॥৩৮॥

---

মহারূপ অচৌবা অঙকপা শকলোন পুবা ৩৯ মহাকায় বিরাট মুর্ত্তি পুবা বৃষরূপ ধর্মগী মশক ওইবা ৪১ মহামশা মিচেং চাউবা, ৪২ মহাত্মা মহাত্মা ওইব পুকচেল চাউবা সর্বভূতাত্মা পুরুমকী আত্মা মশা মথন্তনা ওইরম্বা ৪৪ বিশ্বরূপ বিশ্বজগৎ অসিনা মামকী মুর্ত্তি ওইবা ৪৫ মহাহনু কীনথাম পাকচাউরিবা ৪৬ লোকপাল লোক পুম্নমকপু ঙাকশেল্লিবা, ৪৭ অন্তর্হি তাত্মা অমনা উবা য়াদবা উবা ঙমদবা মশক পুবা, ৪৮ প্রসাদ-ঈপেন্ত পেন্দুবা লৈথোকপা, ৪৯ হয়গর্দ্দভি—শকচরনচিংবা রথদা তোম্বা, ৫০ পবিত্রম-মহুৎ মশান পুম্নশেংশেংবা লৈপনবা, ৫১ মহান-খ্বাইমকী পুক্তা ক্তৌরনীভায় ওইবা, ৫২ নিয়ম-নিয়মবু ঙাকপা, ঙাক্লিবা নিয়ম অহুমক্তা অমুক মশাগী মশক ওইবা, ৫৩—নিয়মাশ্রিত-মশানা শেম্বা মথা লোনবা (*) ॥৩৬॥ ৫৪ সর্বকর্মা-উরিবা জগৎ পুম্নসিমক্তা মহাকনা তৌবা কর্মগী মশক ওইদুনা লৈবা, ৫৫ স্বয়ম্ভুত-মশানথন্তনা পোকচবা, নামপিতা লৈতবা, নিত্যসিদ্ধ ওইবা, ৫৬ আদি খ্বাইগী অহানবা ওইবা ৫৭ আদিকার আদি পুরুষ হিরণ্য গর্ভবু শেম্বা, ৫৮ নিধি ঐশ্বর্য্য পুম্নগী তুংনকম ৫৯ সহস্রাক্ষ মীৎ লিশিং অম পানবা, ৬০ বিশালক্ষ-পাকচাউরবা মীৎপানবা ৬১ সোম-চন্দ্রমাগী মশক ওইবা, ৬২ নক্ষত্রসাধক-নক্ষত্র পুম্নমকপু শেম্বিবা ॥৩৭॥ ৬৩ চন্দ্র-চন্দ্রমা (থা)গী মশক লৌহুনা জগৎপু হবাউহুং ঙাইহনবা, ৬৪

---

(*) য়াঙথৈবিথোই, য়াঙথৈহনদোই ওবা ব্যাখ্যাঃ—নিয়মবু শেম্মিবা মহাক অহ নিরুত্তা কৌই। অমুম তৌগদবনি, অমুম তৌগদবনি, অমুম তৌরোইদোবনি হায়না নিয়ম তৌম্বিবা মিশত্তা অহুনা মশাবুহ মানা শেম্মিবা নিয়ম অহুগী মথাপোয় লৈগদবনি। অহুব ওইবা নিয়ম তৌম্বিবা মহাক (নিয়ন্তা মশামক) নিয়ম অহুনি। অমুম হায়না নিয়ত্তা মামকা নিয়ম ওইবা ভবসি দেবতাশিংগী মহুৎদহ য়াম তাওই। হকচাংদা শেমজিল্লিবা তৌশিল্লিবাসি লৈপাক লৈপাক তেশিনবনি। হকচাং প্রসিবা হয়েং ওইরকদবা ওয়বা উফুল য়াইফুল উৎ অহুবু মশানা মশাদা তৌশিনবওবনি অহুভন্না মায়াদা তাউহুনা মপান্দা কনবা উবা পোৎ চৈতনা মাগী হকচাংদা তৌশিজবা মীশিং অহুনা ভগবানবু থক সাক্ষৎকার তৌবা য়ারোই উবা ওস্মোই। মাসিগী য়াখল অসিদা লেনপ্রবা জ্ঞানী ওইবা মীহাক্ অহুদি, মশাহোংগী খীমবা সংসারদা চংবাহিবা সমাজগী কিজেৎ চাকচাগী নিয়মদা করিমত য়াওবিরুদনা ঈকায় হংগোইবা অশাউবা লেমজবা অসিনচিংবা কায়রবশিং অসিদগী য়াংমদা লাম্হোকথিহুনা সমাজগী চংনবা কুন্দৈ কিয়োং কাও-বদা দিগম্বর ওইহুনা উফুল য়াইফুদ তৌশিন্দুনা চওশিল্লবা সিদ্ধপুরুষশিং অসি জগত্ত য়াম তাওগদি। সংসারগী বিষয় পুবা হুগী হুৎকনি, মাহু কপ্পবা লিলওবামঙ্গনি। মায়াদা তাউবা মীশিংবা মথা মশাদা থাউজল ওনশিনজবিবা দিল অহুনা চীকুনা শিজবা তাকনি। আশাবা লিলশিং অহুবু থাউজল ভব-

মহাতপা ঘোররূপ অদীনোদীনসাধকঃ। সংবৎ সরকরোমন্ত্রঃ প্রমাণং পরমংতপঃ ॥৩৭॥

সুর্য্য-সুর্য্যমংকী মশক লৌহুনা খ্বাইদা জ্ঞানগী জ্যোতি পীবা, ৬৫ শনি শনিগ্রহ, ৬৬ কেতু-কেতুগ্রহ, ৬৭ গ্রহ-চন্দ্র সুর্য্য অমী গ্রহনগী শক্তি পীবা লৌশিংলহনবা লৌশিংনবগী শক্তি পীবা, ৬৮, গ্রহপতি গ্রহ পুম্নমকপু পালন তৌরিবা, ৬৯ বর-বরপীবশিংগী বরমকী মশক ওইবা ৭০-অত্রি-অত্রিঋষিমকী মশক ওইবা, ৭১ অত্র্যানমস্কর্ত্তা-অত্রিমুনিগী পত্নী অনসুয়াবু দুর্বারাগী মশক্ লৌহুনা খুরুম্বা ৭২ মৃগবাণার্পণ-শজীগী মশক লৌহুনা চেন্নবা শজীবু তাম্নহুনা তেন্না কাপপা ৭৩ রনঘ-পাপকী শন্নক য়াওদবা ॥৩৮॥ ৭৪ মহাতপাঃ-মহাতপস্বী, মপা লৈত্তনা তপস্যাতৌবা ৭৫ ঘোরতপা-অকিবগী মশক কংমা তপস্যা তৌবা, ৭৬ অদীন-পুকচেল চাউবা, মীতোপ্পা হায়জদবা, ৭৭ দীনসাধক-তোন্নবা চঙজনরুব মীগী পামজবা পীথোকপা মীং-থখ্হনবা, ৭৮ সংবৎসরকরঃ-সংকমরবু শেম্বা ৭৯ মন্ত্র-প্রণবনচিংবা মন্ত্রগী মশক ওইবা ৮০ প্রমাণ-পুম্নমকী প্রমাণ তৌকম ওইবা (*) ৮১ পরমংতপঃ খ্বাইদগী হেনবা তপস্যাগী মশক ওইবা ॥৩৯॥ ৮২ যোগী-

শিনবগী মহুত্তা থাংগৈশেংবা লিলবু মশাদা শিজিন্নুনা ভগবানগী শ্রীহরিগীগী মামবু শেমলিবা অহুগা লোজিনৈ মতমংমতদা থাংগৈশেংবা লিল অহুনা চীকপগী মশাদা অনাব কাওত্রবা, মপান সংসারগী কন্নি-গুম্বা পীড়া, যন্ত্রণা অমত্তনা মহাক্না তৌরিবা ধ্যানতপস্যা অহুবু থুগাইবা ওমহন্ত্রবা মীশক অহু ওইহুনা ভগবান্ শ্রীহরি মহাকপু কংননবা হোৎনগদবনি হায়বা নিয়ম অনি তৌরিবা বিরুত্তা মশামক্না নিয়মহু মকওইহুনা সংসারগী যোগী মুনিগী সমাজদা আদর্শ পীওবসি মহাদেবতনি। অহুমক্তনা মহাদেবগী ৫২-৫৩ শুবা মামবুনা নিয়ম-নিয়মশ্রিত হায়না ভণ্ডি মুনিনা থোজিবসিনি হরি (কৃষ্ণ)দি মায়ামানুষ ওইহুনা লীলা শারবনিবা হর (মহাদেব)গী ফিজেৎ চাকচাসি থওনা থওনা লৌদে। অহুবু অতকপদি অহুগুম্বা দিগম্বর ওইবা উমূল রাইকূল তৈরবা মহাদেবতনা হরিগী মায়ানগী ঈহানবা ভক্তনি হায়রি। ভগবানগা ভক্তগা অমত ওইবহুগুম্বা হরিগা হরগা অনীনা হকচাং অমত্তদা পুনশিন্নথিহুনা হরিহর হায়বা নাম অম ওইখ্রিবহুম্ মহাদেব মশামক্না নিয়ম অহু নিয়মাশ্রয় ওইখিবদগীনি। অহুনা মামশিংসিগী মমুংদা য়াওরিবা য়াও-থৈনিথোই শুবা, য়াওথৈহুমদোইগুবা নাম অনি য়াম্ন অর্থ লৈবা মিংনি। লৌকিক অমদি হৌজিকী রাজ-নীতিগী হীরমদহু নিয়ম অমদি নিয়মাশ্রিত ওইবা হায়বসি নিংথৌ, মন্ত্রী ওইরিবশিং মশা মশামকহু ওইগদবনি। নিংথৌ-মন্ত্রী ওইজিতৈদা মামানা চৎলম্বা নিয়ম ব্যবহার পুম্ব নিংথৌ মন্ত্রীনচিংবা ওইরবা মতুংদা চত্তে। মশা মশানা সেবা পূজা তৌরবা মীশক মিং অহুবু লম্বীদা উবগা মমীৎ উইশিল্লি উশিন্নদে। অহুগুম্বা মীশক্না দেশগী শাসন পুগদবা নত্তে। (কালাচান্দ)

(*) পুম্নমকী প্রমাণ তৌকম ওইবা হায়বাদ মহাদেবগুম মহাজ্ঞানীনি, মহাদেবগুম মহা যোগীনি, মহাদেবগুম্ মহাবীরনি, মহাদেবগুম্ কামবু জয় তৌবা ওম্মি, মহাদেবগুম্ ব্রহ্মচারীনি, মহাদেবগুম ব্রহ্মচারী ওইনা গৃহস্থ ওই, মহাদেবগুম রাগরাগিনীনচিংবগী সংগীতকী ভম্ব লোইনা খঙি, মহাদেবগুম দিগম্ব-

যোগী যোজ্যো মহাবেতা মহাবলঃ। সুবর্ণরেতাঃ সর্বজ্ঞাঃ সুবীজো বীজবাহনঃ ॥৪০॥

শিবসহস্রনাম মথং মথং হায়থরকদিঃ

দশবাহুস্ত্বনিমিষো নীলকণ্ঠ উমাপতিঃ। বিশ্বরূপঃ স্বয়ং শ্রেষ্ঠা বলবীরো বলোগণঃ ॥৪১॥

গণকর্তা গণপতি দিগবাসাঃ কাম এবচ। মন্ত্রবিৎ পরমো মন্ত্রঃ সর্বভাববরো হরঃ ॥৪২।

যোগী পুরণী তয়কম ওইবা যোগী, ৮৩ যোজ্য-পুরীং চঙবা হায়বহুমকী চঙকম ৮৪ মহাবীজ-কারণ পুমমকী কারণ ওইবা, ৮৫ মহারেতা-মহাবীর্য্য শালী ওইবা, অকনবা ৮৬ মহাবল যোংনা কল্লবা ৮৭ সুবর্ণরেতাঃ-যৈগী মশক ওইবা, ৮৮ সর্বজ্ঞ লোইবা উবা থঙবা ৮৯ সুবীজ-অথোইবা মরু (বীজ)গী মশক্ ওইবা ৯০ বীজবাহন-জীব পুমমকী সংস্কারগী মশক ওইবা বীজ পুবা ॥৪০॥ ৯১ দশবাহু-পাখোম তরাপানবা ৯২ অমিনিব করিগুম মতম মীং কুপতবা, ৯৩ নীলকণ্ঠ-লাইহিংচাবনা থল্লবা জগৎপু কন্‌বিগে হায়বগী হলাহল হু থকউবদগী খোরী চরম শংত্রিক শংপ্রবা ৯৪ উমাপতি-গিরিরাজকুমারী উমাগী মপুয়োল্লবা ৯৫ বিশ্ব রূপ-বিশ্বজগৎনা মাগী মশক ওইবা, ৯৬ স্বয়ংশ্রেষ্ঠ-মশানা অতুম খ্বাইগী মকোক থোংবা ওইপ্রবা ৯৭ বলবীর শারীরিক শক্তি লৈরবা, ৯৮ বলোগন-শোল্লবশিংগী মপৈগী মশক ওইবা ॥৪১॥ ৯৯ গনকার্ত্তা-শোঙলোয় প্রমথশিংগী মপৈবু শেমগৎ শাগৎপা (*) ১০০ গনপতি-প্রমথনচিংবা মপৈগী মপু (স্বামী) ১০১ দিগ্বাসঃ-মায়গৈনা কীজোল ওইবা মফি মরোল য়াওদবা ১০২ কাম-কামদেবমকী মশক ওইবা, ওন্থোক্ল নীংথিঙবা ১০৩ মন্ত্রবিৎ-বেদপুরানচিংব ত্রহ্ম পুমমক্ত য়াওরিবা মন্ত্র যন্ত্রগী তত্ত্ব পুমমক থঙবা, ১০৪ পরমোমন্ত্রঃ-খ্বাইদগী হেনবা মন্ত্রমকী অউবা মূর্ত্তি ওইবা, ১০৫-সর্বভাবকর-জগত্তা লৈরিবা অউবা উদবা

ওই, মহাদেবগুম সন্ন্যাসি ওই, মহাদেবগুম কজৈ, মহাদেবগুম মী, মহাদেবগুম অমৃত পাব তৌই, মহাদেবগুম হু থকই মহাদেবগুম জগোই হৈ, মহাদেবগুম ঈশৈ হৈ, মহাদেবগুম ব্যাকরণ-হৈ, মহাদেবগুম দর্শনশাস্ত্র হৈ মহাগুম হীদাক লাংতক থঙতি, মহাদেবগুম চীংগুম লেঙদে মহাদেবগুম অত্তাওবগুম মোং-কমদা লৈ, মহাদেবগুম যোগীশ্বর ওই, মহাদেবগুম যোগেশ্বর ওই অস্তুম মশীং-লাকপ্তমদবা বিবয় করা কমায়া অথোইবগী প্রমাণ তৌরকৃপা মতমদা মহাদেবদা প্রমাণ তৌহনা কবিশিংনা শৈশকে। কালি-দাস মহা মাগী রঘুবংশ মহাকাব্যদা থাগার্থ বিবসংপৃক্তৌ পার্বতী পরমেশ্বরৌ" অসিনচিংবা হায় পার্বতী মহাদেব অনীনা তিন্নবগুম শব্দা মাগী অর্থগা তিয়ে। অদুগুম্বা মহাদেবগী নাম লিশিং অমগী মমুংবা মরিক্তু-গুবা নামদা প্রমাম চায়না মিংথোনথি তগু য়ুবিনা। (কালাচান্দ)

(*) মরিক্তু তরামপাল গুবা নাম গণকর্ত্তা হায়বসিগী মমুংগী অর্থদি খুং লিংহু সংঘ অমদোম্বা মত য়ায়বখৈ থোমজিন্নুবা সংব (মপৈ) অম শেম্বা হায়বদি গণকার্ত্তা অম ওইবগী নিয়ম অদি মহা-দেবদা ঈশ্বান্ হায়বনি। মহাদেবগী থোঙলোয় কাঙবুগী মমুংদা কেবা মৌবা ইনাক কৈরাক থুনবা অমক য়াওরে। উমুন রাইমুন তৈবা শরা তাক শিব রকনি। (কালাচান্দ)

কমণ্ডলুধরোধন্বী বাণ হস্তঃ কপালবান্। অশনী শতঘ্নী খড়্গী পট্টিশী চায়ুধী মহান্ ॥৪৩॥

স্রুবহস্তঃ সুরূপশ্চ তেজ স্তেজস্করো নিধিঃ। উষ্ণীষী চ সুবক্ত্রশ্চ উদগ্রো বিনতস্তথা ॥৪৪॥

দীর্ঘশ্চ হরিকেশশ্চ সুতীর্থঃ কৃষ্ণ এবচ। শৃগালরূপঃ সিদ্ধার্থো মুণ্ডঃ সর্বশুভঙ্কর ॥৪৫॥

অজশ্চ বহুরূপশ্চ গন্ধধারী কপর্দ্যপি। ঊর্ধ্বরেতা ঊর্ধ্বলিঙ্গ ঊর্ধ্বশায়ী নভস্থলঃ ॥৪৬॥

ত্রিজটীচিরবাসাশ্চ রুদ্রঃ সেনাপতির্বিভুঃ। অহশ্চরোনক্তংচরস্তিগ্মমন্যুঃ সুবর্চসঃ ॥৪৭॥

---

পোৎ পুন্নমকপু শেম্বিবা, পুথোকপা ১০৬ হর–সংসার পুম্ববু থুদত্তা মাঙহনবা ওম্বা, জীব থুদিংমকী অরাববু থুদক্ত মাঙহনবা মুথৎপা ॥৪২॥ ১০৭ কমণ্ডলুধর–থুৎনামদা মুবী থুজাই পায়বা, ১০৮ ধন্বী–থুৎ নামবা লীরুং তেল পায়বা ১০৯ বানহস্ত–অহুমগুবা থুৎবা তেল পায়বা ১১০ কপালবান-মীমকোক্কী কমণ্ডলু পায়বা ১১১ অশনী থুৎনামদা বজ্র পায়বা, ১১২ শতঘ্নী কৌবত্তা পায়বা ১১৩ খড্গী তরেৎ তুবা থুত্তা থাঙপাং পায়বা, ১১৪ পট্টিশী-নিপাল তুবা থুত্তা পট্টিশ কৌবা থাঙপাক্ পায়বা ১১৫ আয়ুধী-মাপল তুবা থুত্তা ত্রিশূল কৌবা থুৎলায় পায়বা ১১৬ মহান হীরম থুদিংমক্ত থাইদবী অহেনবা ॥৪৩॥ ১১৭ স্রুবহস্ত-তরাওবা থুত্তা স্রুব (থাবৈ) পায়বা, ১১৮ সুরূপ-করিগুম্বা মতমদা থাইদবী হেন্ন কজরবা মশক (শকলোল) পুবা ১১৯ তেজ–তেজস্বী ওইবা তেজ পুবসী হেন্দোক্কুনা তেজ হায়বহুমকী মশক ওইবা, ১২০ শ্রেয়স্করোনিধি–ভক্তশিংগী তেজবু হেনগৎহনবগীদমক্তা সম্পত্তি পুন্নমকী পোক্লকম ওইবা, ১২১ উষ্ণীষী-করিগুম্বা মতমদা নীংথিজরবা কোয়েৎ য়েৎপা, নূহপ উপপা, ১২২ সুবক্ত্র–মকথবা মায়থোং পুম্বা, ১২৩ উদগ্র–মভীক মথৌনা লৈবা ১২৪ তিনত–নোম্নকপা ॥৪৪॥ ১২৫ দীর্ঘঃ–মরেপ য়াংবা, ১২৬ হরিকেশঃ-ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর অহুম্মকী মূর্ত্তিপুবা ১২৭ সুতীর্থ–থাহদসী হেন্না মঙ্গল চেন্নবা তীর্থসী মশক ওইবা, ১২৮ কৃষ্ণ সৎচিং আনন্দগী পুক্লপ পুনবা শকলোল পুবা ১২৯ শৃগালরূপ–মোংকম-চিংবদা লমহুইগী শকলোল পুওম্বা ১৩০ সিদ্ধার্থ–হীরম্ পুন্নমক্তা সিদ্ধ ওইরবা, ১৩১ মুণ্ড–সুকোকথোক্কুনা ভিক্ষারী ওইদুনা চৎপা ১৩২ সর্বশুভংকর–পুন্নমকী মঙ্গল ওইননবগীদমক্ত শীনবা ॥৪৫॥ ১৩৩ অজ–পোকপা লৈতবা, পোক্তবা, ১৩৪ বহুরূপ-শকলোল য়াম্ন পুওম্বা ১৩৫ গন্ধধারী–কুঙ্কুমচন্দন কস্তুরীনাচিংবসী হুং শিন্নবা মনম পুগনবা, ১৩৬ কপর্দী—জটা পুবা, ১৩৭ ঊর্ধ্বরেতা—বীর্য্য পুম্বা থকলোমদা হাইনৎপ্রবা অখণ্ড ব্রহ্মচারী ওইবা ১৩৮ ঊর্ধ্বলিঙ্গ—লিঙ্গ পুম্ব থকলোমদা হাইগৎপ্রব, ১৩৯ ঊর্ধ্বশায়ী—মেৎমে-দোম্বকতা, ওস্রেংদা হীপ্তুনা লৈথোকপা, ১৪০ নভঃস্থল–নোংমদোন্ আকাশমা য়াসী লৈকম ওইবা ॥৪৬॥ ১৪১ ত্রিজটী–জটাঅহুম পুবা, ১৪২ চীরবাসাঃ–উকু থেৎপা লেপাইরবা ফিলেৎপা ১৪৩ রুদ্র অকিনবী মশক ওইবা অরাববু কোকহনবা লাপ চেম্বোকহনথিবা ১৪৪ সেনাপতি পাকচাউরবা লান্নী [illegible] চুচিংবা ১৪৫ বিভুঃ-মকম পুম্বদা শীঙ্গনা লৈবা ১৪৬ অহশ্চর–অয়ুকমংথিন্দা কোয়কৎ চৎপা ১৪৭ নক্তচর

গজহা দৈত্যহা কালো লোকধাতা গুণাকরঃ। সিংহশার্দ্দূলরূপশ্চ আর্দ্রচর্ম্মাম্বরাবৃতঃ ॥৪৮॥
কালযোগী মহানাদঃ সর্বকামশ্চতুষ্পথঃ। নিশাচরঃ প্রেতচারী ভূতচারী মহেশ্বরঃ ॥৪৯॥
বহুভূতো বহুধরঃ স্বর্ভানুরমিতোগতিঃ। নৃত্যপ্রিয়ো নিত্যনর্ত্তো নর্ত্তকঃ সর্বলালসঃ ॥৫০॥

অহিংদা কোয়চৎ চৎপা (* ১৪৮ তিগ্মমন্যু-শাউরকপা মতমদ শাথিনা, ওদ্ধোক্রা থাবা শাউগনবা ১৪৯ সুবর্চসঃ-মেঙলবা থোৎনব। ফজরবা মশেক মঙাল পুবা ॥৪৭॥ ১৫০ গজহাঃ-শামুগী মশক লৌহনা লাক-পা। ম্রাং চাউরবা হিংচাববু হাৎপা ১৫১ দৈত্যহা—অন্ধকনচিংবা দৈত্যশিংবু হাৎপা ১৫২ কাল-থোথোৎপর খোমজিন্দুনা অমুক্তদা মাওবা ১৫৩ লোক ধাতা-লোক পুম্নমকপু ধারণ ভবনপোষণ তৌরিবা ১৫৪-গুণাকর—গুণথিদিকী ভুংনকম্ ওইবা, ১৫৫ সিংহশার্দ্দূলরূপ-কৈ নোংশাবনচিংবগী মশকক্স পুবা ১৫৬ আর্দ্র-চর্মাম্বরাবৃত—ঈ নাইনা পোমচাৎ চোৎথিবা কৈ শজী মউমচিংববু শেৎপা ॥৪৮॥ ১৫৭ কালযোগী—যোগগী পম্বৈনা কালগী গতিমকপুথিংবা ঙম্বা, ১৫৮ মহানাদ—অনাহতকৌবা হোরবা ধ্বানগী মশক ওইবা, ১৫৯ সর্বকাম-কামনা পুম্নমক থুংহনবা ঙম্বা ১৬০ চতুষ্পথ-মহাকপু ফংননবগীদমক্ত লৈম্নিবা জ্ঞান যোগ, কর্ম যোগ, ভক্তিযোগ, অষ্টাঙ্গযোগ হায়দুনা লৈম্নিবা যোগ মরি অদুমকীস্থ মশক ওইবা ১৬১ নিশাচর-অহিংদা কোয়চৎ চৎপা ১৬২ প্রেতচারী প্রেতশিংগা লোয়ননা লৈবা ১৬৩ ভূতচারী—ভূতাশিংগ তলোয়ননা লৈবা ১৬৪ মহেশ্বর-ঈশ্বরনচিংবা দেবতাশিংমকীস্থ ঈশ্বর (মপু) ওইবা ॥৪৯॥ ১৬৫ বাহুভুক্ত সৃষ্টিগী মতমদগী অমত ওইনা মথক্ত লৈরম্বদগী মথল মথল ওইনা তোঙাল তোঙানবা মওংদা চোংথোকথিবা ১৬৬ বহুধর-পুম্নমকপু ধারণ তৌদুনা লৈঙম্বা ১৬৭ স্বর্ভানু-স্বর্ভানু কৌবা গ্রহগী মশক ওইবা ১৬৮

(*) মহাদেববু অহিংদা লুংখিন্দা অদুগা মকম মতম পুম্নমক্ত কোয়চৎপা হায়রিবসিগী ভাবত্তিং-মহাদেব (রুদ্র) হায়বা দেবতা হায়বসি সংহার(মৃত্যু) হায়বহুমকী মূর্ত্তিনি। তাইবং জীব খুদিংমকী মৃত্যু (শিবা) হায়বসি মকম মতম পুম্নমক্ত লৈ। অদুগা মাগী মশক্তি উদে। য়াম্মদুনা উদবনি, মর্ত্ত্যলোক অসিদা হেক লৈরিবা হৈপাল লৈপাল নাপী শিংবী খুদিংমক মৃত্যু হায়বহুগী মশক উবা মূর্ত্তিমক্তনি। অদুমক্তনা উরিবা জগৎ পুম্নমক অসিবু মৃত্যুলোগ হায়না কৌনরি। রুদ্র (মহাদেব) দি মশক উবা য়াদ-বা মৃত্যু হায়বহুমকী অউবা মূর্ত্তিনি মৃত্যুদি মফম মতম পুম্বদা কোয়চৎ চত্নুনা লৈবনিনা মহাদেববু অহম্বর নক্তংচর, দিবাচর নিশাচর কৌই। অদুগা মহাদেবগী থোঙলোয়দি নিশাচর ভূত প্রেতশিংতনা ওইরিবসিনি। মধুগী অকুপ্পা অর্থনা করিনো হায়বদা আধ্যাদ কোয়চৎ চৎপা য়াওদে। মপানগী হকচাংতমি কোয়চৎলিবা অসি। হকচাং অসিদ পঞ্চভূতকী মপৈ নত্তনা অতৈ কারিস্থ নত্তে। মপানগী ভূত প্রেতকী মশক ওইরবা হকচাং অসিবু মকম মতম পুম্বদা পোকপদগী শিবা কাওবা কোয়চৎ চৎহল্লি-বদি শিব য়াননবা মথোয়গী মচীঙাক থিবা চৎহল্লিবনি। হিংনমবা নত্তে আত্মাদি শিদবনিনা মহাক্ত হিংননবা মচীঙাক থিবা হৌনদে অশিবা হকচাং সিনা হিংননবা চীঙাকথিবদি ওইথোক্তবনিনা অশিবা হকচাংসিনা অশিববু থিজবতনি

(কালাচান্দ)

ঘোরো মহাতপাঃ শান্তোনিত্যো গিরিরুহোনভঃ। সহস্রহস্তো বিজয়ো ব্যবসায়োহ্যতন্দ্রিতঃ ॥৫১॥
অধর্ষণো ধর্ষনাত্মা যজ্ঞহা কামনাশকঃ। দক্ষযাগ পহারী চ সুসহো মধ্যমস্তথা ॥৫২॥
তেজোহ পহারী বলহা মুদিতোর্থো জিতোবরঃ। গম্ভীরঘোষো গম্ভীরো গম্ভীরবলবাহনঃ ॥৫৩॥

অমিত-ঙমথৈ লৈতবা ১৬৯ গতি-মুক্তি ফংলবশিংগীদু লমথু'ফম ওইবা ১৭০ নৃত্যপ্রিয়-জগোই শাবা ১৭১ নিত্যনর্ত্তঃ-মতম পুম্বদা জগোইত শাদুনা লৈগনবা ১৭২ নর্ত্তক-জগোই শাবনা মশিঙার ওইবা ১৭৩ সর্বলালসঃ পুম্নমক্ত দুংশিহৈবা ॥১০॥ ১৭৪ ঘোর-অকিবগী মশক ফংবা, ১৭৫ মহাতপা-অচৌবা মতৌ ঙম্বা ১৭৭ নিত্য-অমাঙ লৈতবা, ১৭৮ গিরিরুহ-কৈলাশচীংথক্তা লৈগনবা ১৭৯ নভঃ-আকাশগুম্বা পাক চাউবা করিগুম্বা পোশক অমতগা শম্ন শোম্নদনা লৈতম্বা, ১৮০ সহস্রহস্ত-পাম্বোম লিশিং অমপাবা ১৮১ বিজয়-ঙম্বা হায়বহুমক্কী মুত্তি পুঙ্গা, ১৮২ ব্যবসায়-হায়থিবা হোংবা ১৮৩ আতন্দ্রিতঃ-অতনবা লৈতবা ॥৫১॥ ১৮৪ অধর্ষণ-কনা অমতনা ঙম্বা য়াদবা, ১৮৫ ধর্ষনাত্মা-অকিবগী মশক্ ফংবা, ১৮৬ যজ্ঞহ-দক্ষগী যজ্ঞবু থ্ুগাইথিবা ১৮৭ কামনাশক-কামদেববু মাঙহনথিবা, মুত্তি মাইহনথিদবা ১৮৮ দক্ষযাগাপহারী-দক্ষগী যজ্ঞবু মুথংথিবা, ১৮৯-সুসহ-থোইদোক্না থাঙবা ফনবা ১৯০ মধ্যমঃ-মধ্যস্থ ওইদুনা লৈতম্বা (*)॥৫২॥ ১৯১ তেজোপহারী অতৈ অতৈগী তেজবু মশাগী তেজবু থুদক নম্মাংপা ১৯২ বলহা বলাসুর কৌবা দৈত্যবু হাংপা। ১৯৩ মুদিতঃ-মুমিং চুম্না ঈথুংত মুংঙাইদুনা লৈবা ২৯৪-অর্থ-পোৎ থুদিংমক্কী অর্থগী মশক ওইদুনা লৈবা (*) ১৯৫ অজিত-অমনা ঙমথিবা থকয়াদবা ১৯৬ অবর-করিগুম্ব অমদগী হেদুনা থক লৈবা য়াদবা ১৯৭ গম্ভীরঘোষঃ-মখোল লুম্বা, হোবা, ১৯৮ গম্ভীর-লেম্বা লুম্বা, ১৯৯ গম্ভীরবলবাহনঃ

(*) থৎনবা চৈনবদা, মরৈরেৎনবদা, অতম্ঙমদ ভায়বদা বাদীবিবাদী অনীগী মরক লৈদুনা মীমাংসা (সিদ্ধান্ত) পীঙম্বা অদুগুম্বা মীশক অদুবু মধ্যস্থ কৌই। মহাদেবদি হীরম পুম্নমক্তা মধ্যস্থ নিবিচার পতিনি। জ্ঞানবিজ্ঞানদা, পুং ঈশৈনচিংব কলা বিদ্যাগী হীরমদা ফুরবা থৎন চৈনবদা, অচুম চুমদগী বিচারদা, বেদবেদ্যন্তনচিংবা শাস্ত্রি পুম্নমক্কী নৈনয়বপা মহাদেবতনা মধ্যস্থ ওই। অমগীদু অমগীদু ঈওই হেক ওই। মীচঙ মীথাই নাইদে। অদুনা মধ্যম কৌবনি। (কালাচান্দ)

(*) টীকাঃ সংসারদা লৈরিবা লেঙঙি পাল্লিবা, অউব ঊনবা পোৎথুদিংমক্কী অর্থ অমমম লেবা ডাক্কনি। অর্থ লৈতবা পোৎ অমত লৈবা য়াদে। মকম অসিদা হায়রিবা অর্থ হায়বা শব্দসি ঘটীগী কবি অর্থনো ঘটনী অর্থদি চদু হায়বনি অসিনচিংবদা হায়নরিবা শীজিন্নরিবা অর্থ হায়বা শব্দদু মত্তে। পোৎ থুদিংমক্না লৈরিবা অদুগা লৈহান্নিবাসি করিগুম্বা উদ্দেশ্য অমগীদমক্তনি। ঘটনা লৈরিবাসি মতোম্দা ঊশিংনচিংবা করিগুম্বা অমা লৈহন্নবগীদমক্তনি। মথ্ুল ফুনবা মথুং হামদবা ঘটনা লৈবদুগী করিগুম্বা অর্থ অমত লৈত্তে। অদুনা ভাইবং মীনা হেক ভাঙথোরকলিবা পদ (য়াহৈ) থুদিংমক্কী অর্থ অমমম লৈ। মাদুবু পদার্থ কৌই। পদার্থ হায়বা শব্দগী অর্থদি পোৎ হায়বা মত্তে। ঘট হায়বা পদ অসিদা,

ন্যগ্রোধরূপোন্যগ্রোধো বৃক্ষকর্ণাস্থিতির্বিভুঃ। সুতীক্ষ্নদশনশ্চৈব মহাকায়ো মহাননঃ ॥৫৪॥
বিষ্বকসেনো হরির্যজ্ঞ সংযুগপীড়বাহনঃ। তীক্ষ্নতাপশ্চ হর্য্যশ্বঃ সহায়ো কর্মকালবিৎ ॥৫৫।
বিষ্ণুপ্রসাদিতো যজ্ঞঃ সমুদ্রো বড়বামুখঃ। হুতাশনসহায়শ্চ প্রশান্তাত্মা হুতাশনঃ ॥৫৬॥
উগ্রতেজা মহাতেজা জন্যো বিজয়কালবিৎ। জ্যোতিষামযনং সিদ্ধিঃ র্বাবগ্রহ ত্রবচ ॥৫৭॥

ওমথৈ লৈতবা পাঙ্গল্লা মহাক্কী ওইবা অদুগুম্বা রাংচাউরবা শল্লবনা শাদোং ওইবা ॥৫৩॥ ২০০ ন্যগ্রোধরূপ বটবৃক্ষগী মশক ওইবা ২০১ ন্যগ্রোধ-বটপাম্বীগী মখোঙদা লৈবা ২০২-বৃক্ষকর্ণাস্থিতি-বটপাম্বীগী মনা মশাদা য়াহীপুনা লৈবা বালমুকুন্দগী শকলোল পুবা ২০৩ বিভু-মখল মখা য়াম্লবা শকলোল পুবা ২০৪ সুতীক্ষ্নদশনঃ-থোৱবা য়াপানবা ২০৫ মহাকায়-মশা মঙ্ঘ রাং চাউরবা ২০০ মহাননঃ-মায়থোং পাক চাউরবা ॥৫৪॥ ২০৭ বিষ্বকসেন-দৈত্যশিংগী লাম্মী মপৈবু তকথায়দুনা কোয়চেল চেলহনবা ২০৮ হরি-অয়াব খুদোংথীবশিংবু খুদক্ত মাঙহনবা ২০৯ যজ্ঞ-যজ্ঞগী মশক ওইবা ২১০ সংযুগপীড়বাহন-লালকমদা চোকথবা লৈত্রবা বাহন (শাদোংনা মহাক্কী ওইবা, ২১১ তীক্ষ্ন তাপ-থাঙ্ঙমত্রবা নুমিৎকী মশক ওইবা ২১২ হর্য্যশ্বঃ-অশংবা শগোলমা মহাক্কী ওইবা ২১৩ সহায়-জীব পুন্নমক্কী সহায় উপায় তৌগনবা ২১৪ কর্ম কালবিৎ-থবক পুন্নমক্কী চপ চাবা মতম পুংকম খঙবা ॥৫৫॥ ৩১৫ বিষ্ণু প্রসাতিদ-বিষ্ণুমক্কা আরাধনা তৌদুনা মাবু পেলহনখিবা ২১৬ যজ্ঞ-বিষ্ণুমক্কা মশক ওইবা ২১৭ সমুদ্র-মহাসাগরগী মশক ওইবা ২১৮ বড়বামুখ-সমুদ্র ঈয়ায়দা ডাম্বোরকপা বড়বা কৌবা মৈগী মশক ওইবা ২১৯ হুতাসনসহায়-মৈগী মরূপ মুংশিৎমক্কী মশক ওইবা ২২০ প্রশান্তাত্মা-মহাশান্তিগী মশক ওইবা ২২১ হুতাশনঃ-মৈগী মশক ওইবা ॥৫৬॥ ২২২ উগ্রতেজা কল্লবা, শাথিরবা তেজনা মহাক্কী ওইবা ২২৩ মহাতেজা-ওম্বোক্ত কল্লবা তেজনা মহাক্কী ওইবা ২২৪ জন্য-সংসর পুন্নমকপু পোকপিবা ২২৫ বিজয়কাল বিৎ-জয় ওইবা মঙ্গল ওইননবগী চপ চাবা মতম পুংকম চপ

টীকা-(রাহৈ আসনা) লৌরবা চফু, কুম্ভ, নচিংবা শব্দশিং অদুগীদমক নত্তে। মাদুদি শব্দার্থনি পদার্থনত্তে। অদুনা মরোল ওরামায় আসদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক্কা লৈরিবাস অদুগা লৈহাল্লবসি নোংম নক্ত্রগা নোংম মাঙথিননবগীদমক্তনি। পোৎ খুদিংমক্কী অর্থ (উদ্দেশ্য)দি মাঙথিবা, তুমথিবা মৎখিবা অসিত্তনি। মাঙখিগে হায়বগীদমক্তা পোৎ খুদিংমক্কা লৈরিবনি। চফু (ঙচান্না লৈরিবসিগী অর্থ (উদ্দেশ্য) দি ঈশিং শোক্রনবগীদমক্তনি। অদুবু মাতুদি ঙক্কাক্কীদমক্তনি। অয়োক্তবা অর্থদি নাশ, বিনাশ (সংহার)নি। বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসি সংহার (নাশ) হায়বদুগী ওইবা মূর্তিনি। অদুনা সংহার মূর্তি মহাদেবগী মূর্তিনি বিশ্বজগৎ অসি। অদুগীদমক্তা মহাদেবগী ১৯৪ শুবা মিংনো অর্থ হায়বা রাহৈ অসিনা ওইরিবসিনি। অর্থগী অর্থদি উদ্দেশ্যনি। ঘট হায়বা পদ অসিগী অর্থদি হায়বদি পদার্থদি চফু হায়বা নত্তে, কুম্ভ হায়বা নত্তে। নথোয়দুদি শব্দার্থনি, পদার্থ নত্তে। অদুনা শব্দনা লৈবা অর্থগা পদনা লৈবা অর্থগা অমী অসি থক মায়দে। বিশ্বগী অর্থনা জগৎ হায়বসিনা ওইরবদি জগৎ হায়বসি বিশ্বগী শব্দার্থনি। বিশ্বহায়ব পদসিগী থাগৈশোংবা অর্থ (উদ্দেশ্য)দি নাশনি, সংহারনি। (কালাচান্দ)

শিখী মুণ্ডীজটী জ্বালী মুর্ত্তিজো মূর্দ্ধগোবলি । বেণবী পণবীতালী খলী কাল কটংকটংকট: ॥৫৮॥
নক্ষত্রবিগ্রহম তিগুণবৃদ্ধিলয়োগমঃ । প্রজাপতি বিশ্ববাহুবিভাগঃ সর্বগোহমুখঃ ॥৫৯॥
বিমোচনঃ সুসরণো হিরণ্যকবচোদ্ভবঃ । মেঢ্রজো বলচারীচ মহীচারী স্রুতস্তথা ॥৬০॥
সর্বতূর্য্যনিনাদীচ সর্বাতোদ্যপরিগ্রহঃ । ব্যালিরূপো গুহাবাসী গুহো মালী তরঙ্গবিৎ ॥৬১॥

চানা থঙবা ২২৫ জ্যোতিষা ময়নম-জ্যোতিষ পুম্নমক্কী তুংনকম ওইবা ২২৭ সিদ্ধি:-থবক মহৈ য়ানবা হায়বচু-মক্কী মশক উবা ২২৮ সর্ববিগ্রহ-দেক লৈরিবা পোৎখুদিংমক্কী মূর্ত্তি ওইবা ॥৫৭॥ ২২৯ শিখী-শিখা পুবা শিখা থাকপা গৃহস্থ ব্রাহ্মণগী মশক ওইবা ২৩০ মুণ্ডী-শিখা থাক্তবা সন্ন্যাসীগী মশক ওইবা ২৩১ জটী জটাধারী বানপ্রস্থগী মশক ওইবা ২৩২ জ্বালী-চাকলবা মৈদা যজ্ঞগী শীংবু মাঙশিনবা, ব্রহ্মচারীগী মশক ওইবা ২৩৩ মুর্ত্তিজ-অউবা হকচাং পুন্থনা জগত্তা কোঙওবা ২৩৪ মূর্দ্ধগ-কোক্তা সহস্রার চক্রবা পুম্নমক্কী ধ্যান তৌননীংবগী মশক পুবা । ২৩৫ বলী-খোইনা কল্লবা ২৩৬ বেনবী-বেম্নুখোংবা, বেম্নু পাব্বা কৃষ্ণমক্কী মূর্ত্তি ওইবা ২৩৭ পনবী-পনব কৌবা বাদ্যযন্ত্র পায়রুনা য়েবা ২৩৮ তালী খুবাক খুন খুনা তাল থাক্নুনা জগোই শাবা, ২৩৯ খলী-কৌচেঙ তক্ষম লনগৈ পুগৈ পুম্নমক্কী মপু ২৪০ কালকটংকট-যমরাজগী মায়াকাওবা নঙ্গক্তুনা থম্বা ॥৫৮॥ ২৪১ নক্ষত্রবিগ্রহমতি নক্ষত্র তারানাচংবা গ্রহ খুদংমক্কী খোঙচৎ (গতি) থঙবা ২৪২ গুণবৃদ্ধি-পোৎখুদিংমক্কী মশাদা লৈরিবা গুণ পুম্নমক্কা কুপপ্রবা বৃদ্ধি থম্বা থম্বা ২৪৩ লম-পোৎ খুদংমক্কী থুপথিকম ২৪৪ অগমঃ অসুম্ন মওইরবোম্নে হায়বসি খঙফং থোকতবা ২৪৫ প্রজাপতি-প্রজা পুম্নমক্কী স্বামী, ২৪৬ বিশ্ববাহু-মারগৈ মকম পুম্বদা মহাক্কী পাম্বোম ময়াম্ন শীন্থ্রুনা লৈবা ২৪৭ বিভাগ-খাইদোক্লবা য়েম্বোক্লবা হায়বচুমক্কী মশক ওইবা ২৪৮ সর্বগ মকম পুম্বদা পুমযৌ য়োবা, ২৪৯ অমুখ-মায়খোং (মায়) ঈপান্ পান্দবগুম্ লৈবা ॥৫৯॥ ২৫০ বিমোচন-সংসারগী অকা অপুন্দগী নাম্বোকহনবিবা ২৫১ সুশরণ-খুইদগী হেনবা চঙজকম ২৫২ হিরণ্যকবচোদ্ভব-হিরণ্যগর্ভমক্কী পোক্লকম ওইবা ২৫৩ মেঢ্রজ-লিঙ্গশরীরদগী পোকপা ২৫৪ বলচারী-পাঙ্গলবু পীনবিবা ২৫৫ মহীচারী-পৃথিবীগী মকম পুম্বদা কোরচং চৎপা ২৫৬ স্রুত-মকম পুম্বদা পুমযৌ য়োবা ॥৬০॥ ২৫৭ সর্বতূর্য্যনিনাদী-সংগীতকী খোংবা ফুব য়েবগী যন্ত্র পুম্নমক হৈবা ২৫৮ সর্বাতোদ্য-পরিগ্রহ-খোংব লেনবনচিংব যন্ত্র পুম্নমকপু হোদোক্লপা পুখোকপা ২৫৯ ব্যালরূপ-অনন্ত শেষনাগগী মশক ওইবা ২৬০ গুহাবাসী-অচচ্চত্ত জীব খুদিংমক্কী থম্মোয়দা লৈবা, ২৬১ গুহ-স্বামী কার্ত্তিকক্কী মশক ওইবা ২৬২ মালী-লৈগী, লিলগী শক্ক ওরুগী মালা শিবা ২৬৩ তরঙ্গবিৎ-অরাম্ থোরাংবনচিংবা থম্মোয় ঈপাক্ত হৌরকপা ঈথক পুম্নমক্কী হৌকম থঙবা পুম্নমক উবা ॥২৬৪॥ ত্রিদশ জীব পানবা পুম্ন পুম্নমক্কী পোকপা, লৈবা, শিবা হায়বা দশা (অবস্থা) অহুম অদিগী তম্ব পুম্বা থঙবা ২৬৫ ত্রিকাল থক-ভূত, ভবিষ্যৎ বর্ত্তমান কাল অহুম্নমকপু মথন্তনা পুবা ২৬৬

ত্রিনয়নস্ত্রিকাল ধৃক কর্ম সর্ববন্ধবিমোচন। বন্ধনস্ত্বসুরেন্দ্রানাং যুধি শত্রুবিনাশনঃ ॥৬২॥
সাংখ্যপ্রসাদো দুর্বাসাঃ সর্বসাধুনিষেবিতঃ। প্রস্কন্দনো বিভাগজ্ঞো অতুল্যযজ্ঞবিভাবিং ॥৬৩॥

---

কর্মসর্ববন্ধবিমোচন-কর্ম পুম্নমক্কী বন্ধন পুম্নমকপু ককথৎপা (*) ২৬৭ অসুরেন্দ্রানাং বন্ধন-বলিনাচিংবা দৈত্য অসুরশিংবু কাজিন্দুবা থম্বা ২৬৮ যুধিশত্রুবিনাশন-লান্দ রেক্কবা পুম্বা শাংঙম্বা ॥৬২॥ ২৬৯ সাংখ্যপ্রসাদ-আত্মা অমদি অনাত্মা অনীগী রাখলদা বিচারদা অদুগা নৈনবদা ওস্থেক্লা পেঙ্গবা অদুগা পেনবিবা (*) ২৭০ দুর্বাসাঃ-অত্রি অদুগা অনসূয়া অনীগী মচা ওইনা পোকপিবা রুদ্রাবতার দুর্বাসাঃ-মুনি ২৭১ সর্বসাধু নিষেবিত-সাধুমহাত্মা পুম্নমক্না সেবা পূজা তৌননীঙায় ওইবা, ২৭২ প্রস্কন্দন-ব্রহ্মানচিংবা দেবতা কাওবগী মফম তাগনবা ঙম্বা, ২৭৩ বিভাগজ্ঞ-জীব পানবা পুম্নমক্কী কর্ম অদুগা কর্মগী মহৈবু তোঙাল

(*) কর্ম হায়বসিদি অমতনি। ময়াম ওইনা তোঙাল তোঙান্না উরিবা কর্মশিং অসিদি ঙসাইগী অমতদুদগী শন্দোরকপা থোরকপা মক্তনি। খুদম ওইনা হায়রবদা পোকপা হায়বসি কর্ম (থৎক্) অমনি। মহাকতি অমতনি। মীনা পোকপা শানা পোকপা, উচেক্ন পোকপা অসিনচিংবদ লৈরিবা পোকপা হায়বা থবক অসিদি অমতনি। তুম্বা হীপ্প চাব, লৈবা, কম্বা চৎপনচিংবা কর্মশিং অসি পোকপা হায়রিবা কর্মদুদগী থোরকপা মক্তনি। অরাম্ থোরাংবা, মপাম্বা মিহোবা কর্মগী মমিংমক্তনি হায়রিবা কর্মশিং অসি ঙসাইগী অমত ওইবা পোকপা হায়বা কর্ম মউ অদুদগী লোঙথোরকপা মশা মরেং মক্তনি। মপা অমতদগী শন্দোরকপা মচা মশূ পুম্বা মপাদুগী জাৎ গোত্র মশা অমত ওইবদুগুম্না পোকৃপা কর্মদুদগী মথং মথং পোক-লকপা মথৈ কর্ম হায়বদুমক্ত ওইরিবাসিনি। পোকপা হায়বা কর্ম অদু লৈরমত্রবদি মশামরং কর্ম মচাশিং অসি অমত লৈরম্মরোইদোবনি। খ্বাইগী হৌকম পোকপা কৌবা কর্মদুমক্কীস্ত পোকলককম অম অদুম্ মরৈগনি। লোকতস্ত মপা পোকপা পুরোন তরেং, মমাপোকপা পুরোল তরেং হায়দুনা লৌঙ্ক-বসিনি। অদুদি পোকপা হায়বসিগী মপাদি কনানো হায়বদা শিবা হায়বনিনি। মাসস্ত কর্ম অমনি। মরমদি শিবা হায়বাস আত্মা (দেহী) সিনা হকচাংবু থাদোকপা হায়বতনি থাদোকপা লৌশিনবা কর্মগী কর্ম মক্তনি। অদুনা শিবা হায়ব কর্মশিনা পোকৃপা হায়বা কর্ম দুগী মপানি। মচাদুদগী মচা অমমুক্ত পোক্লগা হান্নগী মচাদু মপা অমুক কৌরে আত্মাদগী আত্মা থোকপনি। পোকলকলিবা আত্মাদু হান্নগী মাগী পোক্লককম আত্মাদুমক্তি। মশ অমতনি। হায়রিবা কর্ম মগা মচাশিং অসিনা তোঙাল তোঙানবা মওংদা কাজিল্লি। বন্ধন ময়াম অদু শিবা (সংহার) হায়বসিদা পূমলোয় হেক লোই। অদুনা সংহার মূর্ত্তি মহা-দেববু কর্মসর্ববন্ধনমিমোচন কৌরিবনি। (কালাচান্দ)

---

(*) টীকা মহাদেব (শিব)গী নাম লিশিং অমগী মনুংদা চনীহুম্ফু মাপাল গুবা নাম অসি "সাংখ্য প্রসাদ" হায়বসিনি। হৌজিকস্ত মিং অসিগী মতৌতমদুনা শিব প্রসাদ দ্বারকা প্রসাদ অসিনচিংবা মিং থোমরি। "সাংখ্য প্রসাদ" হায়বা মহাদেবগী নাম অসি অর্থদি আত্মা অনাত্মা অনীগী বিচারদা পেঙবা

সর্ববাস: সর্বচারী দুর্বাসা বাসবোঽমরঃ। হৈমো হেমকরোঽযজ্ঞঃ সর্বধারী ধরোত্তমঃ ॥৬৪॥
লোহিতাক্ষো মহাক্ষশ্চ বিজয়াক্ষো বিশারদঃ। সংগ্রহো নিগ্রহঃ কর্ত্তা সর্পচীরনিবাসনঃ ॥৬৫॥

তোঙাল খাররোকপগী মরম অমাদ ভত্তবু মুন্ন খঙবা ২৭৪ অভুল্য-মাগা চাংদমীংঙায় করিগুম্বা কনাগুম্বা অমত লৈতবা ২৭৫ যজ্ঞবিভাগবিৎ-যজ্ঞাগা মরম ওইবা হবিষ্যগী তোঙাল তোঙানবা শক্তকী ভত্তবু মুন্ন খঙবা ॥৬৪॥ ২৭৬ সর্ববাস-মকম পুম্বদা ময়ুমঙম লৈথোকপা, ২৭৭ সর্বচারী-মকম মতম পুম্বদা কোর-চৎ চত্তুনা লৈবা ২৭৮ দুর্বাসা-ভমথৈলৈত্তনা রাং চাউনা লৈবনা ফিরোয়চিংবনা কুপত্তুনা লৈবা য়াদবনা মায়গৈমা অত্তুম কীজোল ওইরবা ২৭৯ বাসব-ইন্দ্রমক্কী মশক ওইবা ২৮০ অমর-শিব লৈতবা ২৮১ হৈম ভমগী মপৈ ওইবা হিমালয়গী মশক ওইবা ২৮২ হৈমকর-সনা লুপা হীয়াইবু পুথোকপা ২৮৩ অযজ্ঞ করিগুম্বা কর্ম অমত্তবু শুংজোত্তোদনা লৈবগুম্বা, ২৮৪ সর্বধারী পুম্নমকপু মকোক থোংনা পুবা ২৮৫ ধরোত্তম-পোৎলুম পুবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী অহেনবা, জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিবু পুবমা খ্বাইদগী হেনবা ভারবাহী হায়বত ওইবা ॥৬৪॥ ২৮৬ লোহিতাক্ষ-ভাওলবা মীৎনা মহাক্কী ওইবা, ২৮৭ মহাক্ষ-লাওববা মীৎনা মহাক্কী ওইবা, ২৮৮ বিজয়াক্ষ-জয় ওইবা পরাজয় থক্ ওইদবা রথনা মহাক্কী ওইবা ২৮৯ বিশারদ-বিদ্যা পুম্বদা হৈশিংব' ২৯০ সংগ্রহ-পুম্নমকপু খোমজিন পৈশিনবা ২৯১ নিগ্রহ-কত্তবা পুম্নমকপু লাকৃহৎপা ২৯২ কর্ত্তা

অমদি পেনাবিবা হায়বনি। মাসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনি আত্মানা কদায়নো, অনাত্মানা কদায়নো হায়বগী বিচার অত্তুগা বিমর্শ (নৈনবা) অসি জ্ঞানী পণ্ডিতশিংমক্তা তৌবদে। ঈতাঙ তাওনা লৈনবা ঙাক্তমি। আত্মা নত্তববু অনাত্মা কৌই। অনাত্মা হায়বদি আত্মা নত্তবা হায়বনি। তাইবং মীগী মনুংদা থাজৈশেং-না থল্লুরবদি আত্মবান (আত্মাবু লোইবা) ওইরসি য়ামাংম্মাই ঐ পণ্ডিতনি ঐ জ্ঞানীনি ঐ নোয়রে, ঐ কংলে, ঐ ইনাক খুনবনি অসুম হায়না হায়নরিব মপানী হোঙবা, চাউবা, গোপাল, শ্যাম কৌরিবা হকচাংসিগা কোয়না হায়নবা ঙাক্তনি। অত্তুগুম্বা পণ্ডিত জ্ঞানীশিং অত্তনা অমুক অশিংবা শাত্তুনা আত্মা, জাবাত্মা ঈশ্বর, ব্রহ্মনচিংবগী রাস্থ ভাঙলি। অত্তুগা ভাঙলিবা মাদি আত্মবান্ মত্রি, অনাত্মবান ওইনা ওইমা আত্মাগী তত্ত্ব খিরি ভাঙলি, ব্যাখ্যাম তৌরি। মাত্তুমদি কল্পিমত ওইবা য়ারোই। আত্মানা আত্মবু থিগদবনি আত্মানা আত্মাবু উদ্ধারতৌগদবনি। অনাত্মানা আত্মাবু উদ্ধার তৌগদব নত্তে। গোপাল ঐ জ্ঞানীনি, শ্যাম ঐ পণ্ডিতনি হায়রিবমথৈ "ঐ" হায়রিবা আত্মাত্তু হকচাংগা তিম্নরি য়ানথায়নরি। অসুম্না হকচাংসিগা তিম্নরা লৈরিবমথৈ আত্মাত্ত কোনশেং নত্রি অনাত্মা তাত্তুনা লৈরি। লূরবা ঈশিং তিম্নরবস্থু সঙোম অত্তু অশোংবা শঙোম নত্তে। অশেংবা পোৎ হায়রসি অমগা হেক তিম্নবদা শেংদে। চক্কু মনুংদা লৈবঙম উবা আকাশ-না থাজৈশেংবা চক্কু মনুংত্তুদদি শৈতবত্তগুম্না 'ঐ' অসুম্না হায়দোরক্লিবা আত্মা ঐ সি হকচাংসিগী মনুংদা লৈতবনি অসুম্না নৈনত্তুনা লৈরিবা মীশিং অত্তুগী মকম মহাদেবনা ওম্বোক্তা পেনখি। সাংখ্য যোগনা নৈনরিবস্থ অসিনি। অত্তুনা মহাদেবু সাংখ্যপ্রসাদ কৌরিবসিনি।

(কোলাজলন)

মুখ্যোঽমুখ্যশ্চ দেহশ্চ কাহলিঃ সর্বকামদঃ। সর্বকাল প্রসাদশ্চ সুবলো বলরূপধৃক ॥৬৬॥
সর্বকামবরশ্চৈব সর্বদঃ সর্বতোমুখঃ। আকাশনির্বিরূপশ্চ নিপাতীহ্যবশঃ খগঃ ॥৬৭॥
রৌদ্ররূপোংশুরাদিত্যো বহুরশ্মিঃ সুবর্চসী। বসুবেগো মহাবেগো মনোবেগো নিশাচর ॥৬৮॥
সর্ববাসী শ্রিয়াবাসী উপদেশকরোঽকরঃ। মুনিরাত্মনিরালোকঃ সম্ভগ্নশ্চ সহস্রদঃ ॥৬৯॥
পক্ষীচ পক্ষরূপশ্চ অতিদীপ্তোবিশাম্পতিঃ। উন্মাদো মদনঃ কামো হ্যশ্বথোঽর্থকরোযশঃ ॥৭০॥
বামদেবশ্চ বামশ্চ প্রাগ দক্ষিণশ্চ বামনঃ। সিদ্ধযোগী মহর্ষিশ্চ সিদ্ধার্থ সিদ্ধসাধকঃ ॥৭১॥

---

পুন্নমকপু শেম্বা শাবা ২৯৩ সর্পচীরনিবাসন–লিলতনা মহাক্কী কীজোল ওইবা ॥৬৫॥ ২৯৪ মুখ্য–হীরম পুন্নমক্তা মকোক্ ওইবা, খ্বাইদগী হেনবা ২৯৫ অমুখ্য–মতোন্দগী হেন্ন মকোক থোংনবা অম লৈত্রবা ২৯৬ দেহ-হকচাং সিমক্তা মাগী অউবা মশক ওইবা ২৯৭ কাহলি-কাহল কৌবা যন্ত্রবু খোংবা, ২৯৮ সর্বকামদা নীংবা পুম্বা থুজ্জনবা ২৯৯ সর্বকাল প্রসাদ মতম পুম্বদা ঈপেন্ত পেন্‌ববা ৩০০ সুবল-নীংথিবা পাঙ্গলনা ভিল্লবা ৩০১ বলরূপধৃক- পাঙ্গলগা পাঙ্গল অচুগী মতীক চপ চাব রূপ(শক)কা অনীনা ভিল্লবা, ৩০২ সর্ব-কামবর নীংথিবা অথোংপা ফজ্জবশিংগী মসুংদসু খ্বাইদগী অহেনবা ৩০৩ সর্বদ-পুন্নমক পীওম্বা ৩০৪ সর্ব-তোমুখ–মায়গৈ পুম্বদা মমায় ওনবা ৩০৫ আকাশনির্বিরূপ-আকাশগী মতৌগুম্না রূপ পুন্নমক মতোন্দ হাপ্প চনবা ৩০৬ নিপাতী-পাপী পুন্নবকপু লৈথা তাহনবা ৩০৭ অবশ-করিগুম্বা কনাগুম্ব অতমতনা মথা পোল-হনবা ওমদবা ৩০৮ খগ-নোংমদোন্দা কোয়চৎ চত্তুনা লৈবা ॥৬৬-৬৭। ৩০৯ রৌদ্ররূপ–অকিবগী মশক ওইবা শক্লোলপুবা ৩১০ অংশু-মশেক মভাস্তুগী মশক ওইবা ৩১১ আদিত্য-অদিতিগী মচা ওইনা পোকপিবা ৩১২ বহুরশ্মি মথল মথা অয়াম্বা মশেক পুবা ৩১৩ সুবর্চসী–নীংথিজরবা মশেক মঙাল পুরবা ৩১৪ বসুবেগ-লুংশিংকী মতৌগুম্না শাফু কল্লবা ২১৫ মহাবেগ-শাফু কল্লবা, য়াঙলবা ৩১৬ মনোযোগ পুক্নীংগী মতৌগুম্না য়াঙলবা ৩১৭ নিশাচর-অহিংদা কোয়চৎ চৎপা ॥৬৮॥ ৩১৮ সর্ববাসী–অচচস্তু পোৎ খুদিংমক্তা আত্মাগী মশক ওইদুনা লৈবা ৩১৯ শ্রিয়াবাসী-লক্ষ্মীগা লোয়ননা লৈমিন্নবা বিষ্ণুগীমশক ওইবা ৩২০ উপদেশকর-তত্ত্ব থজনীংবশিংদো তত্তনা থল্লবা পাউতাক পীবা ৩২১ অকর-থবক পুন্নমক তৌরবসু মশাদা ঐনা তৌবনি হায়বগী অহংকার (নাপল) লৈতবা ৩২২ মুনি-মুমিং চুপ্পা তুমিত্ত লৈবা, ৩২৩ আত্মনিরালোক-মপানগী হক-হকচাংদগী তোঙান তাদুনা মথত্তনা রাখল থনবা ওম্বা ৩২৪ সম্ভগ্ন-মতীক চপচানা সেবা তোনমীঙায় ওইবা ৩২৫ সহস্রদ-দান (বরদান) লিশিং লিশিং পীওম্বা ॥৬৯॥ ৩২৬ পক্ষী উচেক (গরুড়)কী মশক লৌওম্বা ৩২৭ পক্ষরূপ-পক্ষ (শুক্ল পক্ষ কৃষ্ণ পক্ষ) গী মশক ওইবা ৩২৮ অতিদীপ্ত মশেক মঙাল য়াম্ন কনবা ৩২৯ বিশা-ম্পতি প্রজা পুন্নমকী মপু ৩৩০ উন্মাদ-প্রেমদা উমত্ত ওইদুনা ঈতাও তাওদুনা লৈবা ৩৩১ মদন-কামদেবগী মশক ওইবা ৩৩২ কাম-কামদেবমক্তী মশক ওইবা ৩৩৩ অশ্বত্থ-সংসারবৃক্ষগী মশক ওইবা ৩৩৪ অর্থকর লন্থ ম পুন্নমক পীওম্বা ৩৩৫ যশঃ-মিংচৎ হায়বতুমক্তী মশক ওইবা ॥৭০। ৩৩৬ বামদেব (বামদেব কৌবা ঋিবগী মশক ওইবা), ৩৩৭ বাম (পাপীশিংগী হিন্নদুদা লৈবা) ৩৩৮ প্রাক (খ্বাইগী মমাংদা লৈবা মহুক্রু

ভিক্ষুশ্চ ভিক্ষুরূপশ্চ বিপণো মৃদুরব্যয়ঃ। মহাসেনো বিশাখশ্চ ষষ্টীভাগো গবাংপতিঃ ॥৭২॥
বজ্রহস্তশ্চ বিষ্কম্ভী চমূস্তম্ভন এবচ। বৃত্তাবৃত্তকরস্তালো মধুর্মধুকলোচনঃ ॥৭৩॥

ঈহান হানবা) ৩৩৯ দক্ষিণ (য়াম্ন হৈশিংবা) ৩৪০ য়ামন (বলিবু পুনথিবা বামনগী মশক ওইবা) ৩৪১ সিদ্ধযো (সিদ্ধ ওইবা যোগী) ৩৪২ মহর্ষিগী মশক ওইবা) (থবক পুম্বদা সিদ্ধ ওইরবা) ৩৪৪ সিদ্ধসাধব (থবক পুম্বা সিদ্ধ ওইহনবা) ॥৭১॥ ৩৪৫ ভিক্ষু (চাকনিবা সন্ন্যাসী). ৩৪৬ ভিক্ষুরূপ (খ্বাইদগী ইনাক খুনবা ওইনা ওইনা চাকনিবগী মশক লৌবা) ৩৪৭ বিপণ (সমাজগী চৎনবীদগী য়াংমদা লৈবা) ৩৪৮ মৃদু (থোৎলবা নৌরবা স্বভাবনা মহাক্কী ওইবা) ৩৪৯ অব্যয় (অমাঙ অতা লৈত্রবা) ৩৫০ মহাসেন (দেব সেনাপতি কার্ত্তিককী মশক ওইবা) ৩৫১ বিশাখ (কার্ত্তিকমক্কী মতেং পাংবিবা) ৩৫২ ষষ্টিভাগ (প্রেভবম্মচিংবা শক্লক হুম্ফু থোক্লা থারলোকপ্রবা স ংবৎসরগী মশক ওইবা) ৩৫৩ গবাংপতি (ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী মপু ওইবা) (*) ॥৭২॥ ৩৫৪ বজ্রহস্ত (বজ্র পায়বা ইন্দ্রগী থাঙ্গৈশোংবা মশক ওইবা) ৩৫৫ নিষম্ভী (পুবথাংব ভমদম্বা পাকচাউবা শন্দোক্লবা মশক পুবা) ৩৫৬ চমূস্তম্ভ (লাইহিংচাব পুম্নমক্কী লাম্মী মপৈবু থুদক্ত ভমহৎপা) ৩৫৭ বৃত্তাবৃত্তকর (লালকমদা য়থ মথক্তা ত্তোংহুনা য়থী অম ওইনা যেক্লবা লাম্মী মরক্তা কেয়না চৎপহুবু য়ও কৌই। মাহুগী মওংদা যেক্লব

(*) গো শব্দগী অর্থ সি ইন্দ্রিয়, পৃথিবী, শঙ্খী, য়াহৈ মরি। অসি নত্তবা অতৈম্ন লৈ। অহুবু মরিসিনা অথোইবনি। মতাং অসিদদি গোশব্দগী অর্থ সি ইন্দ্রিয় হায়নত্ত লৌরি। অহুনা গবাংপতি হায়বদি ইন্দ্রিয় পুম্নকক্কী নিংথৌ হায়বনি। ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী নিংথৌদি পুরুষাং কৌবা ইন্দ্রিয় অহুনি। মরমদি মহাক্কা মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমমপু মহাক্কা পুনিংবা মায়গৈদা পুহুনা চৎলি। অহুগুম্বা মশক উদবা পুরুষং কৌবা ইন্দ্রিয় নিংথৌ মাগী অউবা মশকত্তি মহাদেবনা ওই। ইন্দ্রিয় পুম্নমকপুদি লায়রদনা, ইন্দ্রিয়শিংহুগী নিংথৌ পুরুষাংহুমকপুম্ন মহাদেবনা লাকহৎপা ওম্মি। কাম (কামদেব) হায়বসি মনসিজনি, হায়বদি পুরুষাংদগী পোকপনি। অহুগুম্বা সাকার ওইবা কামদেব কৌথা লাইহুবু মহাদেব থুদক্ত ভস্ম ওইহনথি। মতম অহুদা অঙ্গ লৈরম্বা মুর্ত্তি নাইরম্বা কমদেবসি অনঙ্গ ওইখি। অহুনা হৌজিক কাওবা কামদেববু অনঙ্গ হায়না কৌনৈ। অর্থ অমনা গবাংপতি হায়রগা শল্লাবা শঙ্খাওবু থগুনৈ। শঙ্খী মপৈবু মাজথানা পুহুনা মত্ত ওইহুনা চৎলিবা শল্লাবহুগী মথক্ত ত্তোংহুনা চৎপদগী মহাদেববু গবাংপতি হায়নম্ন কৌই। অর্থ অমদনা গবাংপতি হায়রগা বাণী (য়াহৈ-য়াঙাং)বু থগুনৈ। মহাদেব (মহেশ্বর) য়াঙাং য়াহৈ পুম্নমক্কী হৌরককম স্বরব্যঞ্জন পুম্নমক্কী হৌরককম ওং কারগী মশক্নি। অহুমক্তনা মহাদেনবু গবাংপতি হায়না কৌই। অতোপ্পা অর্থ অমদনা গবাংপতি হায়বদি পৃথিবীগী পতি লৈপাক্কী মপু (স্বামী) হায়বনি। লৈপাক্কী শায়োন ওইবা সনাগুপানচিংবা করিগুম্বা পার্থিব ওইবা পোশক অমত্তনা মহাদেববু ভমহৎপা ওমদে। অহোয়নহুম মহাদেবনা মথোয়হুম মক্কৎহুনা মশাদা লৈগিম্মুনা থোজাওহুনা শামৈ। অহুগীদমক্তম্ন মহাদেববু গবাংপতি হায়না কৌনৈ। মহুংগী অকুপা অর্থনা কাম্বিমো

বাচস্পত্যো বাজসনো নিত্যমাশ্রমপূজিতঃ। ব্রহ্মচারী লোকচারী সর্বচারীবিচারবিৎ ॥৭৪॥
ঈশান ঈশ্বরকালো নিশাচারী পিনাকধৃক। নিমিত্তস্থো নিমিত্তঞ্চ নন্দির্নন্দিকরোহরি ॥৭৫॥
নন্দীশ্বরশ্চ নন্দীচ নন্দনো নন্দিবর্দ্ধনঃ। ভগহারী নিহন্তাচ কালোব্রহ্মা পিতামহঃ ॥৭৬॥

---

লাম্বী মপৈগী মরক্তগী হূত্তুনা মশা ঈশোক শোকহন্দনা চোংথোরকপবুনা অবৃত্ত কৌই। অনীমক্কসি মহাদেবতনা তৌই। অদুগীদমক্ত মহাদেববু বৃত্তাবৃত্তকর হায়না কৌই।) ৩৫৮ তাল (হীরম পুম্নমক্কী অচ্চত্ত পোৎ পুম্নমক্কী তল-আ লৈথা কাওবা উত্তম্বা) ৩৫৯ মধু (বসন্ত ঋতুগী অক্তবা মশক ওইবা, ৩৬০ মধুক লোচন হাগী মত্তৌগুম্ তাঙলৈনরবা মীৎনা মহাক্কী ওইবা) ॥৭৩॥ ৩৬১ বাচস্পত্য (পুরোহিতগী থবক তৌবা) ৩৬২ বাজসন (শুক্লযজুর্বেদগী মাধ্যন্দিনী কৌবা শাথাবু হৌদোকপা, পুথোকথিবা) ৩৬৩ নিত্যমাশ্রমপূজিতঃ(করিগুম্বা আশ্রম অমদা লৈবা মীনা হায়বদি, ব্রহ্মচারী আশ্রমদা গৃহস্থাশ্রমদা মহুগা বানাপ্রস্থাশ্রমদা নত্রগা সন্ন্যাসাশ্রমদা লৈবশিংনা পুজা তৌনরিবা) ৩৬৪ ব্রহ্মচারী (ব্রহ্মনিষ্ঠ ওইবা ব্রহ্মচারী) ৩৬৫ লোকচারী ব্রহ্মচারী ওইনা ওইনা লোকগী আচারব্যাহার পুম্বা কায়দনা চৎপা) ৩৬৬ সর্বচারী (মফম পুম্নমক্তা কোয়চৎ চৎপা) ৩৬৭ বিচারবিৎ (বিচার তৌবা হৈবা, বিচারগী তত্ত খঙবা) ॥৩৬৮॥ ঈশান (জগৎপু নিয়ম তৌরিবা) ৩৬৯ ঈশ্বর (পুম্নমকপু শাসন তৌরিবা) ৩৭০ কাল (আদিকাল মধ্যকাল, অন্তকালমক্কী মশক ওইবা) ৩৭১ নিশাচারী (অহিংদা কোয়চৎ চৎপা) ৩৭২ পিনাকবান্ (পিনাক কৌবা লৌরুং পায়বা) ৩৭৩ নিমিত্তস্থ (মহুৎগী অমদি হুংগী হীরম্ পুম্নমক্ উবা) ৩৭৪ নিমিত্তম্ (থবক পুম্নমক্কী নিমিত্ত কারণ ওইবা। উপাদান কারণ ময়াম্না শাবা পোৎ খুদিংমক্কী অরোইবা নিমিত্ত কারনদি মাঙবা, হুম্থিবা, শিব হায়বহুনি) ৩৭৫ নন্দি (জ্ঞানতনা মহাক্কী সম্পত্তি ওইবা) ৩৭৬ নন্দিকার (অদুগুম্বা জ্ঞান সম্পত্তিদুবু পীনহৈবা) ৩৭৭ হরি (নারায়ণ বিষ্ণুগী মশক ওইবা) ॥৭৫॥ ৩৭৮ নন্দীশ্বর (নন্দী কৌবা পার্ষদগী স্বামী) ৩৭৯ নন্দী (নন্দী কৌবা গণ অদুমক্কী মশক ওইবা) ৩৮০ নন্দন অথোইবা অনান্দবু পীনহৈবা) ৩৮১ নন্দিবর্দ্ধন (সম্পত্তিবু শাওথৎহনবা)

---

হায়বদা গবাংপতি হায়বদি পুক্রীংগা থানা ইন্দ্রর তগ্রামাথোইগী মথক্ত লৈবা অদুপা মহাক লৈবতগী মথোয়নসু লৈজবা গুম্বা আম্বা অদুবুনি গবাংপতি হায়রিবসি। অদুনদি মহাদেবগী সৌম্য মূর্ত্তি অসিমক মশক উত্তমদবা আম্বা হায়বত্নমক্কী অউবা মূর্ত্তিনি। মরমদি মকম মতম পুম্নমক্তা সর্বচারী ওইদুনা লৈরগা হায়বদি পূমম্নো য়ৌদুনা লৈরগা স্থাণু ওইবা ঈরেং লেঙদবা লৈবসি হকচাংহুংদা আম্ব তনা তৌই। অদুগা আম্বা তৌরিবা মওং অসিমক মহাদেবনা তৌই। অদুনা গাংপতি ওইবা মহাদেব মহাক্কী নামশিংগী মহুংদা সর্বচারী স্থাণু অসিনচিংবসি নামশিং য়াওরিবর্বি মহুংদা লৈবা তত্ত অদুতনা য়াওরিবনি। অদুগা মহাদেবগী নামশিংশিং অমগী মহুংদা গবাংপতি হায়বা মিং অসি মহুংদা অর্থ য়াম্ন পুবা য়াহৈ অমনি। অদু মক্তনা গোপতি হায়না সমাস তৌদুনা মিং থোন্দনা সমাস থাইদোকুনা গবাংপতি (গোপতি) হায়না থোক্লিবসিনি। অসিনা অদমা টীকানি।

(কালাদাচ)

চতুর্মুখো মহালিঙ্গশ্চারুলিঙ্গস্তথৈবচ। লিঙ্গাধ্যক্ষঃ সুরাধ্যক্ষো যোগাধ্যক্ষো যুগাবহঃ ॥৭৭॥
বীজাধ্যক্ষো বীজকর্ত্তা অধ্যাত্মানুগতো বলঃ। ইতিহাসঃ সকল্পশ্চ গৌতমোঽথ নিশাকরঃ ॥৭৮॥

---

৩৮২ ভগহারী (ঐশ্বর্য্য পুম্নবু লাকুনা লংথোকপা) ৩৮৩ নিহন্তা (মৃত্যুগী মশক লৌহুনা পুম্নমকপু মাঙহনবা-হাংপা) ৩৮৪ কাল (কলাবিদ্যা চুস্ফূর্মরিগী তুংনকম য়ুম্ফম) ৩৮৫ ব্রহ্মা (লোক পুম্বা শেম্বা ব্রহ্মাণ্ড লেঙহনবা মশক ওইবা) ৩৮৬ পিতামহ (ব্রহ্মপ্রজাপতি পিতামহ ব্রহ্মামকী মশক ওইবা) ॥৭৬॥ ৩৮৭ চতুর্মুখ (মমায় মরি পানবা) ৩৮৮ মহালিঙ্গ ভমথৈ লৈতনা য়াং চাউরবা লিঙ্গনা মহাকী ওইবা) ৩৮৯ চারুলিঙ্গ (নৌয়বা ফজরবা কাঁজোল শেংপা) ৩৯০ লিঙ্গাধ্যক্ষ (প্রত্যক্ষনচিংবা প্রমাণ পুম্নমকী অধ্যক্ষ) ৩৯১ সুরাধ্যক্ষ (দেবতা পুম্নমকী অধ্যক্ষ ওইবা মকোক ওইবা) ৩৯২ যোগাধ্যক্ষ (যোগ মথল মথলগী অধ্যক্ষ ওইবা য়েংশিনবা মপু) ৩৯৩ যুগাবহ (যুগমরিবু পুথোকপা) (*) ॥৭৭॥ ৩৯৪ বীজাধ্যক্ষ (কারণ পুম্নমকী অধ্যক্ষ সর্বকারণ কারণ) ৩৯৫ বীজকর্ত্তা (কারণ পুম্নমক অহুবুসু মথন্তনা পুথোকপা) ৩৯৬ অধ্যাত্মানুগত: (অধ্যাত্মশাস্ত্রিগী নিয়মবিধি

---

(*) সত্য ত্রেতা দ্বাপর কলি হায়রিবাসি অনন্ত ওইবা কাল মহাকপু শরুক মরিথোক্না থায়দোকপ-তনি। মথোয় মরি অশিগী অমমম অসি মথোয়গী মনুংদা অমমমগী সংহারগী মতুংদা লাকপা মতনি। অসুম্না মথোয় মরি অসিগী থুংকোয়না অমুমুক চথরকপসিনা পুমলোয় অমুমুক লোইরগা থুংলোয় অসি হায়গুম্না অমুক অমুক চৎথ। মরি অসিগী পুল্লপকী থুংকোয় অমমম লোইরকপদা মহাপ্রলয় অমমম ওই। মহাপ্রলয়বু ওইদ্রবস্ত খণ্ডপ্রলয়বু ওইরবসু অমুক লোইশিনখ্রিবমি সংহার কৌই। অহুনা সংহার অমমম য়াওদমা যুগ মরিগী থুংকোয় অহু লাকপা য়াদে। অহুনা সংহারতনা যুগ মরি অসিবু পুথোকপনি। অরায়বা লৌকিকবিচারদা হায়রগা লশিংগী সংহারগী মতুংদা লংগী সৃষ্টি ওই। লংগী সংহারগী মতুংদা কিগী সৃষ্টি ওই। হায়বদি লং অহুনা লং ওইহনা হেক লৈরিমথৈ কিগী সৃষ্টি তৌবা য়াদে। অহুনা কিবু পুথোকপসি লংগী সাংহারননি। অহুবু ওইরক ওইরক্লিবা নামরূপকী অরস্থাশিং অসিদা লশিং হায়বা মহাক অহুমদি অহুম ঈয়াও ময়াওরকলি। মতৌ অহুগুম্বা কালগী তোঙাল তোঙানবা বিভাগ ময়াম অসিদা কাল হায়-বহৎমদি ঈয়াও ময়াওরি। অহুগুম্বা কাল মপূমহুমকী সংহারসু লাকথি অহুগা লাকথিগনি। অহুগুম্বা যুগ বিভাগ কালবিভাগ ময়াম অসি সংহার হায়বা মহাক অহুতনা পুথোকপনি। অসিগুম্বা যুগাবহ (কালাবহ) গী তৌবগী শক্তি (সংহার শক্তি) অসি ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর অহুমসিগী মনুংদা মহেশ্বরতননি। অহুনা মহাদেবগী নাম লিশিং অমগী মনুংদা চহুম মারফুতরাহুমদোইশুবদা যুগাবহ হায়বা নাম অমা লাক্লিবসিনি। কাল, দিগ, আত্মা মন অসিনচিংবসি ন্যায়শাস্ত্রদা নবদ্রব্যগী মনুং চঞ্জি। দ্রব্য হায়রিবসিমকসু পদার্থ তরুকী শরুক তরুকী শরুক অমতনি। মরম অহুনা শেম্বা, ভাকপা থুগাইবা হায়রিবা কর্ম অহুম অসি অমতনা পুল্লপ পুওমদে। মরমদি কয়িনবো হায়বদা অশেম্বগী শক্তি পুরিবহুনা থুগাইবগী শক্তি পুরবদি মাহ পূরকপা মতমদা শেম্বগী শক্তিবু থাদোকপা তাই। ন্যায়না মথানা তাব য়ানি। অহুবা যুগাবহ কৌবা

দম্ভো হ্যদম্ভো বৈদম্ভো বশ্যো বশকরঃ কলিঃ। লোককর্ত্তা পশুপতির্মহাকর্ত্তা হ্যনৌষধঃ ॥৭৯॥
অক্ষরং পরমংব্রহ্ম বলবচ্ছক্র এবচ। নীতি র্হ্যনীতিঃ শুদ্ধাত্মা শুদ্ধোমান্যোগতাগতঃ ॥৮০॥
বহুপ্রসাদঃ সুস্বপ্নো দর্পনোহথত্বমিত্রজিৎ। বেদকারো মন্ত্রকারোবিদ্বান্ সমরমর্দনঃ ॥৮১॥
মহামেঘনিবাসীচ মহাঘোরোবশীকরঃ। অগ্নিজ্বালোমহাজ্বালো অতিধূম্রো হুতোহবিঃ ॥৮২॥

---

ঙাকপিন্থনা চৎপা) ৩৯৭ বল (পাঙ্গল কনখিবনা পাঙ্গল হায়বহুমকী অউবা মশক ওইবা বল হায়বহুমক ওইবা) ৩৯৮ ইতিহাস (মহাভারতনচিংবা পুরাণ ইতিহাস পুম্নমকী মূর্ত্তিগী মশক ওইবা) ৩৯৯ সকলপ (শিক্ষা কল্পনচিংবা বিধিশাস্ত্র পুম্নমকী মশক ওইবা) ৪০০ গৌতম (তর্কশাস্ত্রিদু পুথোকপা গৌতম মুনিগী মশক ওইবা) ৪০১ নিশাকর (চন্দ্রমাগী মশক ওইবা) ॥৭৮॥ ৪০২ দম্ভ (য়েক্রবশিংবু নৈহৎপা) ৪০৩ অদম্ভ (ঙম্মি হায়বগী নাপল থোয়বা লৈতবা) ৪০৪ বৈদম্ভ (থোয়বা নাপলনচিংবা লৈতবগী মরূপ) ৪০৫ বশ্য (ভক্তগী মথা পোনবা) ৪০৬ বশংকার (অতোপপু মথা পোলহনবা) ৪০৭ কলি (কলি কৌবা যুগকী মশক ওইবা) ৪০৮ লোককর্ত্তা (লোক পুম্নমকপু শেম্বা) ৪০৯ পশুপতি (পশুশিংগী জীবশিংগী মপু) ৪১০ মহাকর্ত্তা (পঞ্চ মহা ভূতপু শেম্বিব) ৪১১ অনৌষধ (অন্ননচিংবা অচাথক অমত শীজিন্নদবা) ॥৭৯॥ ৪১২ অক্ষরম (অমাঙবা লৈতবা) ৪১৩ পরংব্রহ্ম (পরংব্রহ্ম পরমাত্মাগী মশক ওইবা) ৪১৪ বলবৎ (শক্তি পুম্বা পুঙম্বা) ৪১৫ শক্র (ইন্দ্র মকী মশক ওইবা, ৪১৬ নীতি (ন্যায়নীতিগী অউবা মশক ওইবা) ৪১৭ অনীতি (সাম, দান দণ্ড, ভেদ কৌবা নীতি মরিগী য়াংমদা লৈবা) ৪১৮ শুদ্ধাত্মা (ভশেং ভশেংবা আত্মামকী অউবা মশক পুবা, অন্যাত্মাগী মক্লক খজিক্ত য়াওত্রবা, ৪১৯ শুদ্ধ (মপানগী হকচাংদস্থু থোইদোক্না শেংলবা) ৪২০ মান্যঃ (সম্মান তৌন-নবগী মশক পুরবা) ৪২১ গতাগত (হংগৎহন্দাত চন্তুনা লৈরিবা সংসারগী মশক্ পুরিবা ॥৮০॥ ৪২২ বহুপ্রসাদ (খজিক্তং কচ্চবদা পেনবিবনা হেনবা), ৪২৩ সুস্বপ্ন মঙদা উব কাওবদা মহামঙ্গলগী মশক ওইবা, মশামকী তুম্বা অমদি সুষুপ্তি অবস্থা অত্থু উবদা থোইনা নীঙথিজবা), ৪২৪ দর্পণ (মহুং মপাল অমীমক মিংশেলগী মতৌগুম্না পুমলং লংবা, মক্তবা) ৪২৫ অমিত্রজিৎ (মহুং মপালগী য়েক্লব পুম্বা লোইনা ভম্বা) ৪২৬ বেদকার (বেদ পুম্নমকপু শেম্বা) ৪২৭ মন্ত্রকার (যন্ত্র মন্ত্র পুম্নমকপু শেম্বা, পুথোক-পিবা) ৪২৮ বিদ্বান (মহৈ য়াম্ন হৈবা), ৪২৯ সমরমর্দন (লাপকমদা য়েক্রবশিংবু নৈথাইবা ভম্বা) ॥৮১॥ ৪৩০ মহামেঘনিবাসী (প্রলয়গী মতমদা নোংমদোন্দা নোংলক্ত লৈব) ৪৩১ মহাঘোর (মহাপ্রলয়বু খুদক্ত থোকহনব ভম্বা) ৪৩২ বশী (থোথোৎপবু মথাপোলহনব ভম্বা) ৪৩৩ কর (পুম্নমকপু সংহার তৌভম্বা) ৪৩৪ অগ্নিজ্বাল (মৈগী মৈরিগুম্ তেজ লৈবা) ৪৩৫ মহাজ্বালঃ (মৈগী মশেকমঙান্দগীম্থু হেন্ন কনবা চাকপা মশেক

---

শক্তিমান ওইবা দেবতা অম লৈকম থোকই। মহাক অত্থুবু হায়বদি থুগাইবা কৌবা কর্মগুগী অধিষ্ঠাত্রী দেবতাবু হিন্দুপুরাননা যুগাবহ, সংহার কর্ত্তা কৌই। মাগী মশক মওংদি কমদোই হায়বহুগীদি নামশিং অদিনা মথং মথং তাক্লক্লিবসিনি। (কালাচাদ)

বৃষণঃ শঙ্করো নিত্যংবর্চস্বী ধূম্রকেতনঃ। নীলস্তথাঙ্গলুব্ধশ্চ শোভনো নিরবগ্রহঃ ॥৮৩॥
স্বস্তিদঃ স্বস্তিভাবশ্চ ভাগী ভাগকরোলঘুঃ। উৎসঙ্গশ্চ মহাঙ্গশ্চ মহাগর্ভপরায়ণঃ ॥৮৪॥
কৃষ্ণবর্ণঃ সুবর্ণশ্চ ইন্দ্রিয়ং সর্বদেহিনাম্। মহাপাদোমহাহ স্তোমহাকায়ো মহাযশাঃ ॥৮৫॥
মহামূর্ধা মহামাত্রো মহানেত্রো নিশালয়ঃ। মাহন্তকো মহাকর্ণো মহোষ্ঠশ্চ মহাহনুঃ ॥৮৬॥

মঙাল পুবা) ৪৩৬ অতিধূম্র (প্রসন্নদা চাকপা কন্নদা মৈহুৎপী কারকপা মৈখুগী মতৌগুম্বা মচুমা মহাক্তী ওইবা) ৪৩৭ হুতঃ (যজ্ঞগী মৈনা থাবকপা আহুতি কাংলগা পেনবিরবা মৈগী মশক ওইবা) ৪৩৮ হবিঃ (যজ্ঞগী কুণ্ডদা হোম তৌননবা হবিরনচিংবগী মশক ওইবা) ॥৮২॥ ৪৩৯ বৃষণ (কর্ম ফলবু হৈথবিরবপা ধর্মগী মশক্ ওইবা) ৪৪০ শঙ্কর (জগৎতা মঙ্গল পানহৈবা, মঙ্গলগী মশক ওইবা) (*) ৪৪১ নিত্যংবর্চস্বী (মুমিং চুপ্প পুমনংত লাংচুনা লৈবা) ৪৪২ ধূম্রকেতন (মৈগী মশক ওইবা) ৪৪৩ নীল (শ্যামবর্ন ওইবা হরিগী মশক ওইবা ৪৪৪ অঙ্গলুব্ধ(মশা মথক্তগী রূপপু উরগা থাওজবা, মিকৌবা) ৪৪৫ শোভন (থোইদোক্না নীংথিজবা) ৪৪৬ নিরবগ্রহ (অক অপুনবা লৈতবা) ॥৮৩॥ ৪৪৭ স্বস্তিদ (জীব খুদিংমক্না মঙ্গল পীনহৈবা ৪৪৮ স্বস্তিভাব (মহাক্না লৈরিবা অসিমক মহামঙ্গলগী মশক ওইবা) ৪৪৯ ভাগী (যজ্ঞদা মরু ওইবা শরূক্ ফংবা) ৪৫০ ভাগকর (যজ্ঞদা শরূক্ ফংবতা নত্তনা দেবতাশিং অতৈ অতৈগীসু শরূক্ য়েনবিবা) ৪৫১ লঘু(ঈম্নাং য়াংবা, ঈম্নাং য়াংনা পাইথোক মাঙথোকপ্রিবদা খঙহৌদবা ৪৫২ উৎসঙ্গ (করিগুম্ব থবক অম তৌবদা পাঙথোকপদা কনাগুম্বা করিগুম্বা মহায় অমত লোয়নদবা) ৪৫৩ মহাঙ্গ (মশা মঙ চাউশাংবা) ৪৫৪ মহাগর্ভ পরায়ণ (হিরণ্যগর্ভমকীসু চঙজফম আশ্রয় লৌফম ওইবা) ॥৮৪॥ ৪৫৫ কৃষ্ণবর্ন (শ্যামবর্ন ওইবা বিষ্ণুগী মশক শকলোন ওইবা) ৪৫৬ সুবর্ন (নীংথিবা মচু কুচু পুবা) ৪৫৭ সর্বদেহিনাম ইন্দ্রিয়ম্ (দেহবু পুরিবা দেহগী মপু আত্মাগী ইন্দ্রিয় মপৈগী মশক ওইবা)৪৫৮ মহাপাদ(চাউরবা—শাংলবা খোঙ পানবা) ৪৫৯ মহাহস্ত (চাউ শাংলবা খুৎ পানবা) ৪৬০ মহাকায় (হাং চাউরবা হকচাং পুবা) ৪৬১ মহাযশাঃ (শগৎ শীংঙ্খংবা মিংচৎ পুবা, মমিং চৎপা)॥৮৫॥ ৪৬২ মহামূর্ধা (ম্নাং চাউরবা কোকনা মাগী ওই-

(*) মহাদেবগী নাম লিশিং অমগী মথং মথং হায়থরকপদা চামরিনীফু শুবদা হায়রিবা নাম অসি অতৈ অতৈ নামশিং অহুদগী থোইনা হেন্না থাইনা শোন্নরবা শঙ্করবা নাম অমনি। শঙ্কর, শিব, রুদ্র হায়রিবশিং অসি অকাওবা নাম মক্তনি। মাসিগী মথুংদা থাইদগী রুদ্রবা মিং অসি শঙ্কর হায়বা মিং অসিনি। শম হায়বদি মঙ্গলবু হায়বনি। কর হায়বদি তৌরিবা শোধিবা হায়বনি। করবস্থ রুদ্রবস্থ মান্না মানা পাম্বহু ভক্তিতবু তৌরবদি খুদক্ত পেনরিবা মহাদেবনা অহুম মপীবি। মাহুন্না পীবহু শঙ্কর কৌবা মহাদেবহু নত্তে। আশুতোষ (খুদক্ত পেনবিবা) হায়বা মহাদেবহুননি। রাবণ কুম্ভকর্ননাচিংবনা জগৎপু মাঙন ভাক্রনবা বর নি। অহুম্ব মহাদেব অহুম মপীবি। মাহু জগৎকী উপকার ওইবা, জগৎকী মঙ্গল ওইবা বরদি নত্তে। অসিগুম্বা বর পীবসি শঙ্কর ওইনা পীব নত্ত। জগৎকী কল্যাণ (মঙ্গল) ওইবা বরদি শঙ্কর কৌবা মহাদেবনা পীবনি। অহুমা শঙ্কর হায়বা মিং অসি থাইদগী করবা মিংনি (কালাচাঁদ)

মহানাদো মহাকূর্মো হ্রস্বগ্রীবঃ শ্মশানভাক্। মহাবক্ষা মহোরস্কো হ্যন্তরাত্মা মৃগালয়। ।৮৭।
লম্বনো লম্বিতোষ্ঠশ্চ মহামায়ঃ পয়োনিধিঃ। মহাদন্তো মহাদংষ্ট্রো মহাজিহ্বামহামুখঃ ।।৮৮।।
মহানখো মহারোমা মহাকোশোমহাজটঃ। প্রসন্নশ্চ প্রসাদশ্চ প্রত্যয়ো গিরিসাধনঃ ।।৮৯।।
স্নেহনোঽ স্নেহনশ্চৈব অজিতশ্চ মহামুনিঃ। বৃক্ষাকারো বৃক্ষকেতুরনলো বায়ুবাহনঃ ।।৯০।।

বা ) ৪৬৩ মহামাত্র (রাং চাউরবা হকচাং কায়াৎ পুঙ্ব ) ৪৬৪ মহানেত্র (পাকলবা শাংলবা নেত্রনা মাগী ওইবা) ৪৬৫ নিশালয় (অমম্বা মহানিদ্রাগী তুংনকম ওইবা) ৪৬৬ মহান্তক মৃত্যুমক্তীসু মৃত্যু ওইবা) ৪৬৭ মহাকর্ন (চাউরবা পাক্লবা নাকোং পানবা) ৪৬৮ মহোষ্ঠ (শাংলবা চাউরবা চীনবাননা মহাক্তী ওইবা ৪৬৯ মহাহনু (চাউরবা পাক্লবা খদাং পানবা) ।।৮৬।। ৪৭০ মহানাস (রাংলবা পাক্লবা নাতোন্না মহাক্তী ওইবা) ৪৭১ মহাকম্বু (খোরীচরম চাউ শাংবা) ৪৭২ মহাগ্রীব (চাউ শাংলবা গুবঙম পানবা) ৪৭৩ শ্মশান ভাক (মোংকমতবু মহাক্তী লৈকমনি হায়না খন্দুনা মাহুদা চোংফন্দুনা সুংঙাইনা লৈখোকপা) ৪৭৪ মহাবক্ষাঃ (পাকচাউরবা থবাক্ল মহাক্তী ওইবা) ৪৭৫ মহোরস্ক (চাউরবা কল্লবা থবাক্লা মহাক্তী ওইরবা) ৪৭৬ অন্তরাত্মা (অচচ্চত্ত জীব পানবা পুন্নমক্তী অন্তরাত্মাগী মশক ওইবা) ৪৭৭ মৃগালয় (মহাক্তী ভম্পাক্লা শক্তীশংঙাইনচিংবা শাশিংগী শান্নকম য়াতাকম ওইবা ।৮৭।। ৪৭৮ লম্বন (ব্রহ্মাণ্ড কয়া কয়াগী তুংনকম) ৪৭৯ লম্বিতোষ্ঠ (প্রয়লগী মতমদা বিশ্বজগৎ পুম্ববু যোচ্ছিন্নগে হায়না থল্লকপা মতম কাখোরকপা চীনবান্ মচীন্ন মহাক্তী ওইবা) ৪৮০ মহামায়ঃ মী অমনা খনকম্ খোকত্রবা মায়ানা মহাক্তী ওইবা ৪৮১ পয়োনিধি (ক্ষীরসমুদ্রমক্তী মূর্ত্তি ওইবা, ৪৮২ মহাদন্ত (রাং চাউরবা য়াথক য়াথা পরেংনা মাগী ওইবা) ৪৮৩ মহাদংষ্ট্র (খোয়বা, রাংলবা য়াগী পরেংনা মহাক্তী ওইবা) ৪৮৪ মহাজিহ্ব (শাংলবা পাক্লবা লৈনা মহাক্তী ওইবা) ৪৮৫ মহামুখ (পাকচাউরবা মায়খোংনা মহাক্তী ওইবা) ।।৮৮।। ৪৮৬ মহানখ (পাকলবা তোঙলবা লংলবা খুজীন্ মহু পানবা বরাহদেব (ওক্তী)গী মূর্ত্তি ওইবা) ৪৮৮ মহাকোশ (চাউরবা চোল্লবা পুকনা মহাক্তী ওইবা) ৪৮৯ মহাজট (রাং চাউরব জটা পুবা) ৪৯০ প্রসন্ন (মহা আনন্দদা লূপ্তুনা লৈবা, ঈপেন্ত পেজবা) ৪৯১ প্রসাদ (অপেনবা হায়বহুমক্তী অউবা মূর্ত্তি) ৪৯২ প্রত্যয় (জ্ঞান হায়বহুগী অউবা মশক ওইবা) ৪৮৩ গিরিসাধন) চীংজাওবু লালগী খুৎলায় ওইনা শীজিন্নবা) ।।৮৯।। ৪৯৪ স্নেহন (অচচ্চত্ত জীব পান্বা পুন্নমক্তী মকমদা মমা মপাগী মতৌগুম্না সুংশিবিবা) ৪৯৫ অস্নেহন (সংসারগী বিষয়শিংদা স্নেহ থম্দবা সংসারগী বিষয়দা আসক্তি থম্দবা) ৪৯৬ অজিত (অমনা পাক ওমকদবা) ৪৯৭ মহামুনি (ধ্যান তৌবা ভূমিন্ন রাখল খনবগী মসুংদা খাইদগী (হনবা) ৪৯৮ বৃক্ষাকার (সংসারবৃক্ষগী মশক ওইবা, উপাস্যগী মশক ওইবা সংসার মপুম্বসিগী অউবা মশক ওইবা) ৪৯৯ বৃক্ষকেতু (রাং উপাস্যগী মতৌগুম্না কিরান্ন মহাক্তী ওইবা) ৫০০ অনল (মৈমক্তী মশক ওইবা) (*) ৫০১ বায়ুবাহন (সুংশিৎপু শাদোংগুম শীজিন্নবা)

(*) সংহার (প্রলয়) হায়বসি চাউরাক্লা মথল মঙানি। আকাশদা লৌশিন্‌খিবা, বায়ুদা লৌশিন-খিবা, অগ্নি (মৈ)দা লৌশিনখিবা, জল (ঈশিং)দা লোইশিনখিবা অহুগা পৃথিবী (লৈপাক)দা লৌশিন্বা

চতুর্ণী মেরুধামাচ দেবাধিপতিরেবচ। অথর্বশীর্ষঃ সামাস্য ঋক সহস্রামিতেক্ষণঃ ॥৯১॥
যজুঃ পাদভুজো গুহ্যঃ প্রকাশো জঙ্গমস্তথা। অমোঘার্থঃ প্রসাদশ্চ অভিগম্যঃ সুদর্শনঃ ॥৯২॥
উপকারঃ প্রিয়ঃ সর্বঃ কনকঃ কাঞ্চনচ্ছবিঃ। নাভি নন্দিকরো ভাবঃ পুষ্করস্থপতিঃ স্থিরঃ ॥৯৩॥

॥৯০॥ ৯০২ গগুলী (চৌংগী চৌংখোং চৌংমু্‌হুত্তা লৈগনবা), ৫০৩ মেরুধামা (মেরুচীংগী চীংদোন্দা লৈকম শেম্বা) ৫০৪ দেবাধিপতি (দেবতা পুম্নমক্কী নিংথৌ) ৫০৫ অথর্বশীর্ষ (অথর্ববেদনা মাগী কোক ওইবা)৫০৬ সামাস্য (সামবেদনা মাগী মাগী মায়থোং ওইবা) ৫০৭ ঋকসহস্রামিতেক্ষণ (ঋচামন্ত্র। লিশিং লিশিংনা মহাক্কী মীৎওইবা) ৫০৮ যজুঃ পাদভুজ (যজুর্বেদনা মহাক্কী খোঙ খুৎ ওইবা) ৫০৯ গুহ্য (থুপপ্রবা কুপথবা স্বভাবনা মহাক্কী ওইবা) ৫১০ প্রকশ (চানবিবা মতমদা ভক্তশিংগী মমাঙদা, ঈঙাল ঙাম মূর্ত্তি নাইনা চোংথোকপিবা) ৫১১ জঙ্গম (অমদগী অমদা লেপ্প লৈতনা কোয়চৎ চত্তুনা লৈবা) ৫১২ অমোঘার্থ (কম্রি-গুম্বা অমা হায়জনিজরুবা মাহ্ অরেম্বদা থক মাঙহন্দব ৫১৩ প্রসাদ (ভক্তশিংগী মকমদ। চানবিহ্নুনা ঈপেত্ত পেন্দুনা লৈবিবা) ৫১৪ অভিগম্য (ঈশায় লাম্বনা হেক্ক চঙশিঙ্গরুবা য়াবা অতৈ অতৈ দেবতাগুম্না দর্শন কংবদা সেবা পূজা তৌজগে চঙভ্রুবদা য়াই য়াদে, মতম নত্তে অশিনচিংবা রা য়াম্না পেৎপা নত্তবা) ৫১৫ সুদর্শনঃ (দশকংঙ্রুবদা অপেত্ত পেনবা মূর্ত্তিনা হেক্ক লৈরম্বা ॥৯২॥ ৫১৬ উপকার (খ্বাইগী মকমদা উপকার তৌবা হায়বা মপক উবব উপকর হায়হুমক্কী অউবা মূর্ত্তি ওইবা) ৫১৭ প্রিয়ঃ (খ্বাইগী মকমদা চাম্নথোইরবা মক্লপকুম্ লৈবা) ৫১৮ সর্ব (পুম্নমক্কী অমত ওইবা শকলোল পুবা) ৫১৯ কনবা (সনা হায়বা ধাতুহুমক্কী মশক ওইবা) ৫২০ কাঞ্চনচ্ছবি (সনাগী মতৌগুম মেঙলবা খোৎলবা কজরবা মচুগী মতৌগুম কুচুকুমেন ভন্থোক্লা কজবা) ৫২১ নাভি (পৃথ্বী পুম্বগী খোয়দোগী মশক ওইহুনা ময়ায়দা লৈবা) ৫২২ নন্দিকর (জীব পুম্বদা আনন্দ-মুংঙাংহবা পীবা) ৫২৩ ভাব (ভক্তি ভাবক্কী মশক ওইবা) ৫২৪ পুষ্করস্থপতি (জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিবু মথুৎমক্লা শেম্বা, স্থপতি (উগুবমীনা কমুং কাংথোল চনবগুম

অসিনি। প্রলয় (সংহার) হায়বসিমকৃতবু লোইশিনখিবা হায়বত্তনি। মথোয়শিং অসি সংহার (প্রলয়) মুর্ত্তি ওইবা মহাদেবগী বাহন (শাদোং) মক্তনি। অহুনা মহাদেবগী নামশিংসি অগ্নিবাহন, বায়ু বাহন, হায়রিবসিনি। আকাশনা লৈরিবসি আকাশদনি। বায়ুনা লৈরিবসি বায়ুদনি। মশানা মশাদা লৈজব ঙাকৃত্তনি। চক্ষু মমুংদা য়াওরিবা আকাশা অসি চক্ষু মমুংদা লৈবা নত্তে। মশানা মশাদা লৈজবনি। অহুনা মৈদা মৈনা লৈবমা হায়বদি মৈদা মৈনা লৈবনা মৈনা মৈগী বাহননি। সংহারগী বাহন দি মৈ নি। মৈগী বাহনদি বাহনদি মৈ নি। অহুনা সংহার মুর্ত্তি মহাদেবগী মিং অনল হায়বা থোক্লিবসিনি অনল হায়বা নাম অসি মহাদেবগী নাম লিশিং অমগী মমুংদা চামঙাণ্ডবনি। চপ চানা ভংখাই চনবা মিংনি। লৌশিনবা, চাক্খেকপা হায়বসি মন্ন ওইনা অনল (মৈ)গী মথৌনি। অহুনা মহাদেবগী মিংশিংগী ভংখাই চনবা চামঙাগুবা মিং (নাম)দি অনল হায়বসিনা ওইহল্লি ভক্তি লিনা (কালাচাদ)

দ্বাদশস্ত্রাসনশ্চাদ্যো যজ্ঞো যজ্ঞসমাহিতঃ। নক্তংকলিশ্চ কালশ্চ মকরঃ কাল পুজিতঃ ॥৯৪॥
সগণো গণকারশ্চ ভূতবাহনসারথিঃ। ভস্মশয়ো ভস্মগোপ্তা ভস্মভূতস্তরুর্গণঃ ॥৯৫॥
লোকপালস্তথালোকো মহাত্মা সর্বপুজিতঃ। শুক্লস্ত্রিশুক্লঃ সম্পন্নঃ শুচির্ভূতনিষেবিতঃ ॥৯৬॥
আশ্রমস্থঃ ক্রিয়াবস্থো বিশ্বকর্মামতিবরঃ। বিশালশাখস্তাম্রোষ্ঠো হ্যম্বুজালঃ সুনিশ্চলঃ ॥৯৭॥

---

জগৎসিবু শাবা) ৫২৫ স্থির (ঋতপু তপথহনা লৈবা) ॥৯৩॥ ৫২৬ দ্বাদশ (রুদ্র তরামাথোইগী মহুদগী ভোঙানবা তরানিথোংশুবা রুদ্র অমগী মশকনম লৈবা) ৫২৭ ত্রাসন (সংহারগী মুর্ত্তি পুবনা খাইগী মকমদা কিননীঙাই ওইবা) ৫২৮ আদ্য (খ্বাইমক্কী অগানব ওইবা) ৫২৯ যজ্ঞ (যজ্ঞ পুরুষ ওইবা, যজ্ঞ হায়বহুমক্কী অউবা মশক্ ওইবা), ৫৩০ যজ্ঞসমাহিতঃ (যজ্ঞ থুদিংদা থুংলবা) ৫৩১ নক্তম্ (প্রলয়গী মতমগী শংক্লবা অহিংগী মতৌগুম্বা) ৫৩২ কলি (কলি যুগকীসু মশক্ ওইবা) ৫৩৩ কাল (পুম্নমক্পু মাগী থয়াত্ত লংশিনবা কাল-মতম্ হায়বহুমক্কী মশক ওইবা) ৫৩৪ মকর (মকরগী মশক ওইবা) ৫৩৫ কাল (কাল হায়বহুমক্না হায়বদি মৃত্যু হায়বাহুমক্না পূজা তৌরিবা) ॥৯৪॥ ৫৩৬ সগণ (প্রমথ কৌবনচিংবা খোঙলোয়শিংগা তত্তুনা লোয়নবা) ৫৩৭ গণকর (বাণাসুরনচিংবা দৈত্যশিংবু মাগী মাগী ভক্তিদুগী মতুং ইন্না মহাক্কী গণশিংগী মনুং হেক হেক চলহন্বা) ৫৩৮ ভূতবাহন সারথি (ত্রিপুরনচিংবা হাৎপগী লাঙ্গাওদা ব্রহ্মামকপু সারথি ওইহনবা) ৫৩৯ ভস্মশয় (উৎরাইমথক্ত হীপ্পা) ৫৪০ ভস্মগোপ্তা (ভস্মতনা পান্থে ওইদুনা ভক্তশিংবু ঙাকপিবা) ৫৪১ (ভস্ম তৈশিন্নন্থিদুনা ভস্ম উৎতগী মশক ওইপ্রবা) ৫৪২ তরু (কল্প তরু কল্পবৃক্ষমক্কী মশক ওইপ্রবা) ৫৪৩ গণ (ভৃঙ্গিরিটি অমদি নন্দকেশ্বরনচিংবা খোঙলোয়শিংহুমক্কী মশক ওইখিবা ॥৯৫॥ ৫৪৪ লোকপাল (ভূ-ভুবনচিংবা লোকতরামরিবু মথন্তনা ঙাউপা) ৫৪৫ আলোক (লোকতগী লৌকিক সংসারদগী রাংমদা লৈপ্রবা) ৫৪৬ মহাত্মা (পুকচেল চাউরবা) ৫৪৭ সর্বপূজিত (লোক পুম্নমক্না পুজা তৌননীঙাই ওইবা; পূজা তৌরিবা) ৫৪৮ শুক্ল (মপানগী হকচাংত নত্তনা থম্মোয় কাওবা পুমত্তৌত্তৌবা, পূমলং লংবা) ৫৪৯ ত্রিশুক্ল (অহুম তৌবা, হায়বদি পুক্কীং হকচাং রাহৈ অহুম্মকসিদা অমকপা করিমত য়াওদবা, তৌ-য়োক তৌবা) ৫৫০ সম্পন্ন (সম্পত্তি পুম্নমক্না তিল্লবা) ৫৫১ শুচি (ঈশেংত শেংদুনা লৈবা) ৫৫২ ভূতনিষেবিত (থরায় পানব পুম্নমক্না সেবা তৌনরিবা) ॥৯৬॥ ৫৫৩ আশ্রমস্থ (মশা অমত আশ্রম মরিমক্ত লৈবা (*) ৫৫৪ ক্রিয়াবস্থ (যজ্ঞনচিংব কর্মদা পুক্কীং চংবা) ৫৫৫ বিশ্বকর্মমতি (সংসারবু শেম্নগী থবক্তা রাখল

---

(*) ব্রহ্মচর্য্যাশ্রম, গৃহস্থাশ্রম, বানপ্রস্থাশ্রম অহুগা সন্ন্যাসাশ্রম আশ্রমমরিনি। মথোয় মরি অসি তাইবং মীওইবগী পুনশিদা অম লোইরগা অমা, অশুম্না ক্রম নাইনা চখরকপনি। অদুবু মহাদেবদি মথন্তনা অমুক্তদা আশ্রমমরি অসিদা লৈ। কোক্তা জটাপুদুনা কৈমউন শেত্তুনা ব্রহ্মচারী ওইন ওইনা পার্বতীগা গ্রহস্থা লৈ। মাদুনা লৈন লৈনা পার্ব্বতী (উমা)গা লোয়ননা বনদা লৈদুনা বানপ্রস্থাশ্রমদা লৈ। মাদুদা লৈন লৈনা থুত্তাভিক্ষা পাত্র (কপাল) পায়দুনা সন্ন্যাসী ওইদুনা পার্বতী কাওবগী

কপিলঃ কপিশঃ শুক্ল আয়ুশ্চৈব পরোঽপরঃ। গন্ধর্বো হ্যদিতিস্তার্ক্ষ্যো সুবিজ্ঞেয়ঃ সুশারদঃ ॥৯৮॥
পরশ্বধায়ুধো দেবো অনুকারী সুবান্ধবঃ। তুম্ববীণো মহাক্রোধ ঊর্দ্ধরেতা জলেশয়ঃ ॥৯৯॥
উগ্রো বংশকরো বংশো বংশনাদো হ্যনিন্দিতঃ। সর্বাঙ্গরূপো মায়বী সুহৃদো হ্যনিলোঽনলঃ ॥১০০॥
বন্ধনো বন্ধকর্ত্তা চ সুবন্ধনবিমোচন। সযজ্ঞারিঃ সকামারির্মহাদংষ্ট্রো মহায়ুধঃ ॥১০১॥

থম্বা অতুগা হৈশিংবা) ৫৫৬ বর (খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোবপা অতুগা বর পীনহৈনা বরতুংকী মশক ওইতুনা মশা ফাংবা পীথোকপা) ৫৫৭ বিশালশাখ (চাউ শাংলবা পাম্বোম পানবা) ৫৫৮ তাম্রোষ্ঠ (চাং-ঙ্গাংনরবা চীনবাম্ন মহাক্কী ওইবা) ৫৫৯ অম্বুজাল (মহাসমুদ্রগী মশক ওইবা ৫৬০ সুনিশ্চল (শুকলেঙ লেঙদনা লৈবা) ॥৯৭॥ ৫৬১ কপিল (মরক মরক্ত মোংমানবা মচু-কুচু পুবা) ৫৬২ কপিশ (মরক মরক্ত নাপু মচু পুবা) ৫৬৩ শ্বেত (মরকমরক্ত অঙৌবা মচু পুবা) ৫৬৪ আয়ু (জীব পানবা পুন্নমক্কী পুন্শিগী মশক ওইবা) ৫৬৫ পরঃ (খ্বাইদগী কুইরবা ফিরবা) ৫৬৬ অর্বাচীন (খ্বাইদগী কুইত্রিবা) গন্ধর্ব (চিত্ররথনচিংবা গন্ধর্বগী মশক ওইবা) ৫৬৮ অদিতি (দেবতাশিং মমা অদিতিগী মশক ওইবা) ৫৬৯ তার্ক্ষ্য (বিনতাগী মচা গরড়গী মশক ওইবা), ৫৭০ সুবিজ্ঞেয় (ঈরায় লায়না খঙবা য়াবা অমদি য়াহনবা) ৫৭১ সুশারদঃ (খ্বাইদগী নীং-থিজবা খোম্থোক্লা য়া ঙাঙবা) ॥৯৮॥ ৫৭২ পরশ্বায়ুধ (শীংজংবু খুৎলায় ওইনা শীজিন্নবা পরশুরামগী মশক ওইবা) ৫৭৩ দেব (মহাদেব, দেবদেবগী মশক ওইবা) ৫৭৪ অনুকারী (ভক্তশিংমক্কী মতৌ তমতুনা সুংঙাইবিবা, সুংঙাইহনবা) ৫৭৫ সুবান্ধব (কন্নব শাগে নাত্তে মরূপ মপাং মক্তনা মহাক্কী ওইবা) ৫৭৬ তুম্ব) বীণতুম্তম্বানা শাবা বীণা পায়বা, খোঙবা) ৫৭৭ মহাক্রোধ প্রলয় অমদি সংহারগী মতমদা হায়নীংঙাই লৈতনা অশাউবা উৎপা) ৫৭৮ ঊর্ধ্বরেতা (বীর্য্যনা থকলোমদা হাইগৎপ্রবা) ৫৭৯ জলেশয় (বিষ্ণুগী মশক ওইতুনা ঈপাকথক্তা হীপ্তুনা চ্যেপতুনা লৈবা) ॥৯৯॥ ৫৮০ উগ্র (প্রলয়গী মতমদা ঙমথিনা অকিব মশক ওইবা মশক পুবা) ৫৮১ বংশকর (বংশাবলীবু শেম্বিবা) ৫৮২ বংশ (বংশতুমক্কী মশক ওইবা) ৫৮৩ বংশনাদ (বংশী খোংবা শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা) ৫৮৪ অনিন্দিত (নিন্দা তৌনিঙাই করিমত লৈতবা) ৫৮৫ সর্বাঙ্গরূপ (অরাৎপা লৈতবা অঙ্গ হকচাংনা মহাক্কী ওইবা) ৫৮৬ মায়াবী (অমনা পাক ঙমদবা মায়াবিদ্যা শীজিন্নবা) ৫৮৭ সুহৃদ (মরম ঈথবথমদনা থোজাল হৈবা, নুংশিবিবা) ৫৮৮ অনিল (নুংশিৎকী মশক ওইবা) ৫৮৯ অনল (মৈগী মশক ওইবা) ॥১০০॥ ৫৯০ বন্ধন (প্রেমগী থৌরীনা কাজিনবা য়াবা) ৫৯১ বন্ধকর্ত্তা (অকা অপুনগী মশক ওইরবা সংসার শেম্বা) ৫৯২ সুবন্ধনাবমোচনঃ (সংসারগী মায়াগী বন্ধনবু থদৎপিবা)

---

মকমদা ভিক্ষা নিতুনা সন্ন্যাসী ওই। মাস্তুম তৌবসি তাইবং মীগী মহুংদদি লায়রতুনা দেবতাশিংগী মহুংদস্ন অতাংবনি। মরম অতুনা মহাদেবগী নাম অমনা আশ্রমস্থ (আশ্রম পুন্নমক্ত লৈবা) হায়না থোক্লিবসিনি মহাদেবগী নামশিংগী মহুংদা মহাদেবনা খ্বাইদগী শামজবা নামশিংগী মহুংদা অমনি। (কালাচান্দ)

বহুধানিন্দিতঃ শর্বঃ শঙ্করঃ শঙ্করোঽধনঃ। অমরেশো মহাদেবো বিশ্বদেবঃ সুরারিহা ॥১০২॥
অহির্বুধ্ন্যোঽনিলাভশ্চ চেকিতানো হবিস্তথা। অজৈকপাচ্চ কপালী ত্রিশঙ্কুরজিতঃ শিবঃ ॥১০৩॥
ধন্বন্তরির্ধূমকেতুঃ স্কন্দো বৈশ্রবণস্তথা। ধাতা শক্রশ্চবিষ্ণুশ্চ মিত্রস্ত্বষ্টা ধ্রুবোধরঃ ॥১০৪॥
প্রভাবঃ সর্বগোবা য়ুর্যমা সবিতারবিঃ। উষঙ্গুশ্চ বিধাতাচ মান্ধাতা ভূতভাবনঃ ॥১০৫॥
বিভুর্বর্ন বিভাবীচ সর্বকামগুণাবহঃ। পদ্ম নাভোমহাগর্ভশ্চন্দ্রবক্তোঽনিলোঽনলঃ ॥১০৬॥

৫৯৩ সযজ্ঞারি (দক্ষযজ্ঞগী থুগাইবশিংগী মরূপ) ৫৯৪ সকামারি (কামবু জয় তৌবা যোগীশিংগী মরূপ) ৫৯৫ মহাদ্রংষ্ট্র (চাউরবা থৌরবা য়া পরেং হৌবা নরসিংহ দেবগী মশক ওইবা) ৫৯৬ মহায়ুধ (অচৌবা খুৎলায় পায়বা) ॥১০১॥ ৫৯৭ বহুধানিন্দিত (দাক্ষনা অহুগা দক্ষগী মরূপ মহাদেবগী মরূপ মওং তোঙাল তোঙানবদা নিন্দা তৌবা) ৫৯৮ শর্ব (প্রলয়গী মতমদা অমত থাক্তনা সংহার তৌবা) ৫৯৯ শঙ্কর (মঙ্গল পীনহৈবা) ৬০০ শংকর (ভক্তশিংদা নুংঙাইবা পীবিবা) ৬০১ অধন (সংসারগী লল থুমন চিংবদগী য়াংমদা লৈবা মরল মথুম লৈতবা) ৬০২ অমরেশ (দেবতাশিংগী ঈশ্বর) ৬০৩ মহাদেব (দেবতা পুম্নমক্কী অথোইবা) ৬০৪ বিশ্বদেব (জগৎ পুম্বগী ঈরাংনীঙায়) ৬০৫ সুরারিহা (দেবতাশিংগী য়েক্লবশিং হাৎঙম্বা ॥১৫২॥ ৬০৬ অহির্বুধ্ন্যঃ (অনন্ত শেষনাগগী মশক ওইবা) ৬০৭ অনিলাভ (নুংশিৎকী মতৌগুম্ন শাফু কনবা) ৬০৮ চেকিতান (য়াম্ন জ্ঞান লৈবা, জ্ঞানী ওইবা) হবিঃ ৬০৯(যজ্ঞনা হোম-তৌননবা হবিষ্য (হবি)মক্কী মশক ওইবা) ৬১০ অজৈকপাৎ (রুদ্র তরামথোইগী মনুংদা অজৈকপাৎ কৌবা রুদ্রতুগী মশক ওইবা) ৬১১ কপালী (মীমকোক্কী য়ুবী খুজাঈ পায়বা, কপালগী মশক ওইবা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিগী অমতা ওইবা স্বামী) ৬১২ ত্রিশংকুগী মশক ওইবা) ৬১৩ অজিত (কন্নাগুম্বা-করিগুম্বা অমতনা জয় তৌথিজ্রিবা, তৌহ্রোইদোবা) ৬১৪ শিব (মহামঙ্গলগী মশক্ ওইবা) ॥১০৩॥ ৬১৫ ধন্বন্তরি মহাকবিরাজ বৈদ্য ধন্বন্তরীগী মশক ওইবা) ৬১৬ ধুমকেতু (মৈগী মশক ওইবা) ৬১৭ স্কন্দ (স্বামী কার্ত্তিককী মশক ওইবা) ৬১৮ বৈশ্রবণ ( বিশ্রবাগী মচাকুবেরগী মশক ওইবা) ৬১৯ ধাতা (পুম্নমকপু ধারণ তৌরিবা ৬২০ শক্র (ইন্দ্রগী মশক ওইবা) ৬২১ বিষ্ণু (শ্রীনারায়নগী মশক ওইবা) ৬২২ মিত্র (আদিত্য তরানিথোইগী মনুংদা মিত্র কৌবা আদিত্য অহুগী মশক্ ওইবা) ৬২৩ ত্বষ্টা (প্রজাপতি বিশ্বকর্মাগী মশক ওইবা) ৬২৪ ধ্রুবঃ (অরেপ্পা নিত্য হায়বহুমক্কী মশক ওইবা) ৬২৫ ধরঃ (বসুদেবতা নিপালগী মনুংদা ধর কৌবা বসুদেব তাহুগী মশক ওইবা) ॥১০৪॥ ৬২৬ প্রভাব (খ্বাইদগী থোইদোক্লবা স্বভাবনা মহাক্কী ওইবা) ৬২৭ সর্বগ (সর্বব্যাপক ওইবা, মফম মতম পুম্বদা শীঙ্খুনো লৈবা) ৬২৮ অর্যমা (আদিত্য তরানিথোইগী মনুংদা অর্যমা কৌবা আদিত্যহুগী মশক ওইবা) ৬২৯ সবিতা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিবু পুথোকপিবা) ৬৩০ রবি (রবি কৌবা গ্রহাগী মশক ওইবা) ৬৩১ উষঙ্গু (পুম্নমকপু চাকথেকপ ঙম্বা মশেক পুবা সূর্য্যদেবগী মশক ওইবা) ৬৩২ বিধাতা (জগৎপু ধারণ পোষণ তৌবিবা) ৬৩৩ মান্ধাতা (জীব পুম্নমক্ত অপেনবা পীনহৈবা) ৬৩৪ ভুতভাবন (জীব পানবা পুম্নমকপু পোকহনবা) ॥১০৫॥ ৬৩৫ বিভু (মখল মথা অয়াম্বা মওং পুহ্না লৈবা) ৬৩৬ বর্ণবিভাবী (অঙৌবা নাপু অসিনচিংবা তোঙাল তোঙানবা

বলবাংশ্চোপশান্তশ্চ পুরাণঃ পুণ্যচঞ্চুরী। কুরুকর্ত্তা কুরুবাসী কুরু ভূতোগুণোষধ ॥১০৭॥
সর্বাশয়োসর্বচারী সর্বেষাং প্রাণিনাং পতিঃ। দেবদেবঃ সুখাসক্তঃ সদসৎসর্ব রত্নবিৎ ॥১০৮॥
কৈলাসগিরিবাসীচ হিমবৎগিরিসংশ্রয়ঃ। কূল হারী কুলকর্ত্তা বহুবিদ্যো বহুপ্রদঃ ॥১০৯॥

---

মচুদা বাক্ত ওইবা ফোঙদোকপা) ৬৩৭ সর্বকামগুদারহ (মথল মথা অয়াম্বা ভোগ অমদি গুণাশিংবু ফংহন-বিবা) ৬৩৮ পদ্মনাভ (খোয়দোদগী পদ্মালবু পুথোকপিরকপা বিষ্ণুগী মশক ওইবা) ৬৩৯ মহাগর্ত্ত (পাক চাউ-রবা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড পুকুংদা পুবা) ৬৪০ চন্দ্রবক্ত্র (থাগী মতৌগুম্না ফজবা মায়থোংনা মহাক্কী ওইবা) ৬৪১ অনিলঃ (বায়ুদেবগী মশক ওইবা) ৬৪২ অনল (অগ্নিদেবগী মশক ওইবা)॥১০৬॥ ৬৪৩ বলবান্ (থোইদোক্লা কনবা) ৬৪৪ উপশান্ত (মহাশান্তিগী মশক ওইবা) ৬৪৫ পুরাণ (থোইদোক্লা কুইরবা লিরবা) ৬৪৬ পুণ্যচঞ্চু (পুণ্যকর্ম তৌবগী পাম্বৈতনা মহাক্কী তত্ত্ববু খঙনবীগায় ওইবা) ৬৪৭ ঈ (মহাথৌজালগী মশক ওইবা) ৬৪৮ কুরুকর্ত্তা (কুরুক্ষেত্রবু শেম্বিবা) ৬৪৯ কুরু বাসী (কুরু ক্ষেত্রদা বাস তৌদুনা লৈগনবা) ৬৫০ কুরুভূত (কুরুক্ষেত্র মক্কী মশক ওইবা) ৬৫১ গুনোষধ (গুণ পুম্নমকপু পুথোক ঙম্বা হীদাক্কী মতৌগুম জ্ঞান বৈরাগ্যন-চিংবা গুণ পুম্নমকপু পুথোকপিবা ॥১০৭॥ ৬৫২ সর্বাশয় (পুম্নমক্কী তুংনকম ওইবা) ৬৫৩ সর্ব চারী (যজ্ঞগী বেদীমথক্ত থারিবা কুশ মথক্ত হবিষ্যবু চাবা) ৬৫৪ সর্বেষাং প্রাণিনাং পতি (জীব পানবা পুম্নমক্কী পতি স্বামী মবুঙো) ৬৫৫ দেবদেব (দেবতাশিংমক্কী মক্কীসু দেবতা ওইবা) ৬৫৬ সুখাসক্ত (মশাগ্থত্তগী পরমানন্দদ লুপ্তুনা লৈগনবা] ৬৫৭ সৎ (লৈবা হায়বদুমক্কী মশক ওইবা) ৬৫৮ অসৎ (লৈতবা হায়বদুমক্কীসু মশক ওইবা] * ৬৫৯ সর্বরত্নবিৎ (মনিমুক্তানচিংবগী মশক মুন্না খঙবা)॥১০৮॥ ৬৬০ কৈলাসগিরিবাসী কৈলাস

---

(*) লৈবা–লৈতবা হায়বা অনী অসিগী তত্ত্ব অসি য়াম্ন লুই। য়াম্ন লুবা তত্ত্বনি। সাংখ্য যোগ শাস্ত্রগী মরু ওইনা নৈনফম ওইবা বিষয়নি। চক্ নৈ হায়বদি উই, খঙি। অদুবু উরিবদুদি চক্নি। নৈ হায়বা অদুদি উদে। লৈবা হায়বসি কর্ম অমনি লৈতে হায়বসু কর্ম অমনি। চক্নৈ হায়বসিদা চক্গী মূর্ত্তিদি উই, লৈবা হায়বা কর্মদুগী মূর্ত্তিদি উদে। মতাং অসিদা ভক্তি মুনিনা হায়রি "লৈবা" হায়বদুগী মূর্ত্তিবু উনিংলবাদ মহাদেবগী মূর্ত্তি য়েংঙু। অদুগা "লৈতে" হায়বদুগী মূর্ত্তিবু য়েংনিংলবসু মহাদেবগী মূর্ত্তিবু য়েংঙু। মহাদেবগী মশাদা লৈবা পোশক অমত য়াওদে। লৈতবা ভাক্তনা লৈ হায়না উহনবা ভাক্তনি। অদুগা অমুক্তসু লৈবা ভাক্তনা লৈতে হায়না উহনবা ভাক্তনি। শম্ন হায়রবদা মহাদেবগী মশাদা কল্লকপা লৈতে, অশাউবা লৈতে, অকে অমোগী রাখল লৈতে। লৈপাক্কী হকচাংদা লৈপাক উং তৈশিল্ল। উৎ অদুসু উং ওইনা লৈতে, মঙোন্দদি লৈতেংনি। ঐ মহাদেব কৌই, ঐ চৌংদোন্দা লৈ হায়বগী রাখল ফাওবা লৈতে। শিলনা য়েৎপগী অনুভূতি (হকচাংদা ফাওবা) অদুসু লৈতে। ফিরোল করিমত লৈতে। মায়গৈ-আকাশনা ফিজোল ওই। আকাশ অদুসু মশক নাইনা লৈবা নত্তে। অদুনা মহাদেবগী মূর্ত্তি অসি লৈতবা হায়বদুগী মূর্ত্তিনি। মহাদেবগী মূর্ত্তি নত্তে। (কালাচাদ)

বনিজো বর্ধকী বৃক্ষো বকুলশ্চন্দন শ্ছদঃ। সারগ্রীবো মহাজক্রু রলোলশ্চ মহৌষধঃ ॥১১০॥
সিদ্ধার্থকারী সিদ্ধার্থচ্ছন্দোব্যাকবনোত্তরঃ। সিংহনাদঃ সিংহদংষ্ট্রঃ সিংহগঃ সিংহবাহনঃ ॥১১১॥
প্রভাবাত্মা জগৎকালস্থালো লোকহিতস্তরুঃ। সারঙ্গো নবচক্রাঙ্গ কেতুমালীসভ বন ॥১১২॥

চাংদা লৈবা) ৬৩১ হিমবৎগিরিসংশ্রয় (হিমালয় চীওদা লৈবা) ৬৬২ কূলহারী (কল্লবা ঈচেলগী মশক লৌহুনা তুরেল চাংজোবু থুগাইবা) ৬৬৩ কূলকর্তা (পুষ্করনচিংবা চাউর চাউরবা তীর্থশিংবু শেম্বিশাবিবা) ৬৬৪ বহুবিদ্যঃ (মখল মখা অয়াম্বা বিদ্যাবু হৈবা) ৬৬৬ বনিজ (বৈশ্যগী মশক্ লৌহুনা লল্লোল ঈতীকী থবক্ তৌবা) ৬৬৭ বর্ধকী (সংসারগী মশক্ ওইবা উপাম্বীবু ফকলগা উশূবা মীগী মশক লৌহুনা সংসারদা তোঙাল তোঙানবা পোশক শাশাহুনা পুথোবলক্লিবা ॥৬৬৮ বৃক্ষঃ (সংসারগী মশক ওইরবা উপাম্বীগী মশক ওইরবা) ৬৬৯ বকুল (বকুল পাম্বীগী মশক ওইরবা) ৬৭০ চন্দন (চন্দন পাম্বীগী মশক ওইরবা) ৬৭৩ মহাজক্রু (চাউরবা কল্লবা নাকথংগী শরুনা মহাকী ওইরবা) ৬৭৪ অলোল (তথক তথক লাউদবা) ৬৭৫ মহৌষধ (মমল য়াম্লবা হীদাকী মশক ওইরবা) ॥১১০॥ ৬৭৬ সিদ্ধার্থকারী (চঙজরক্পা-শিংগী নীংব পূম্বা থুংহনবা মহেয়ালহনবা) ৬৭৭ সিদ্ধার্থ (বেদগী ব্যাখ্যানা নিনয় তৌপ্রবা সিদ্ধান্তগী মশক ওইবা) ৬৭৮ সিংহনাদ (নোংশাগী খোল্লাউগুম্বা খোল্লাউনা মহাকী ওইবা) ৬৭৯ সিংহদংষ্ট্রঃ (নোংশাগী য়াগী মকৌগুম্ব খৌরবা য়ানা মহাকী ওইবা ৬৮০ সিংহগ (নোংশাগী মথক্ত তোংহুনা চৎপা-নোংশানা মহাকী শাদোং ওইবা) ৬৮১ সিংহবাহন (নোংশানা মহাকী বাহন শাদোং ওইবা) ॥১১১॥ ৬৮২ প্রভাবাত্মা (খ্বাইদগী হেনবা মরৈগী মওংদা লৈবা) (*) ৬৮৩ জগৎকালস্থাল (প্রলয়গী মতমদা লাকপা কাল-মতম

(*) খ্বাইদগী হেনবা মরৈগী মওংদা লৈবা হায়রিবা রাকম অসি মমুংদা অর্থ য়াম্ন লৈবা রাকম অমনি। তাইবং জীবনা, খোইদোক হেন্দোক্না হায়রবদি তাইবং মীনা লৈরিবা (হিংলিবা) মওং অসি অহুমথোকনা লৈ। সমাজদা, লোকত চৎনবা মওংদসু অহুম থোক্না অহুম মরৈ মাহুদি খ্বাইদগী হন্থবা শেৎনিংঙাই চাইনিংঙাই কাওবা মরাং কায়না লৈতবা, অনীগুবনা মাহুদগী থর ফগৎপা অহুগা খ্বাইদগী হেনবনা লাখপতি ক্রোর পতি ওইহুনা লৈবা মরৈ অসি। আধ্যাত্মিক জীবনদগী হায়রিবা ক্রম অসি মথক মথা থোক ওই। উকুশেং, জটাগু, মোংকনদা ময়ুমগুম ওন্থোইহুনা লৈবা মহাদেববু খ্বাইদগী হেনগৎ-পা মওং (অবস্থা)দা লৈবা হায়রি। লৌকিক ওইনা পানবগী মরমদদি খ্বাইদগী হন্থবা অনংবা মওংদা লৈরবা মহাদেবনি। অহবু খ্বাইদগী হেনবা মওংদা লৈবা হায়বগী অর্থদি উকু শেৎপা জটা পুবা উফুল রাইফুল তৈবা মহাকী কৃপা থজিক্তং ফংজবদা লাইহিংচাবা কয়া কথানা ইন্দ্রগী পদবী ফংনখি, চাউর চাউরবা নিংথৌ ওইনখি। অমর ওইনবা য়াওশ্রি। হন্থপ্রবা য়ুম্বান্দা লৈবা মহাকী বরদানদগী কুবেরনা ধনপতি লংকাগী নিংথৌ য়াবননা খ্বাইদগী য়াংলবা থাক্ত লৈবা ফংখি। মহাকী কৃপাদগী লৌকিক ওইবা অবস্থাদা কাথৎপা ভর্মলবদি ভমহজিবা মহাক অহুনা লৈরিবা অবস্থা অহু করম্বা থাক্ত লৈরি হায়বসি থম্মনীংঙাইনি।

ভুতালয়োভুতপতিবহোরাত্রমনিন্দিতঃ ॥১১৩॥
বাহিতা সর্বভুতানাং নিলয়শ্চ বিভুর্ভবঃ। অমোঘঃ সংযতো হ্যশ্বোভোজনঃ প্রাণধারণঃ ॥১১৪॥

হায়বা মহাক অহুমকীসু ত্থুংনফম ওইবা) ৬৮৪ লোকহিত (লোক পুম্নমক্কী ফননবা কান্নবত থনবববা) ৬৮৫ তরু (জীববু অন্নাবদগী লাম্ফোক্নবত হোৎনবিবা) ৬৮৬ সারঙ্গ (নোংগোবীগী মশক ওইবা) (*) ৬৮৭ নবচক্রাঙ্গ (অনৌবা হায়বদি নহা ওইরিবা কাংগুগী মশক ওইবা) ৬৮৮ কেতুমালী (লাপ্ন য়েংবদা মচু মচুগী ফিরালগী মপৈনা মালাগী গুম্বা শিব ওইনা উবা) ৬৮৯ সভাবন (ধর্ম কর্ম তৌকম মকমশিংবু ঙাক-শেন্দুনা থম্বা) ॥১১২॥ ৬৯০ ভুতালয় (পঞ্চ ভুতমচিংবা ভুত পুম্নমক্কী হায়বদি অচর্চ্চত্ত পুম্নমক্কী ত্থুংনফম ওইবা) ৬৯১ ভুতপতি (জীব পানবা থন্নার পানবা পুম্নমক্কী স্বামী, পতি, ওইবা ভুতনাথ) ৬৯২ অনিন্দিত (নিন্দা তৌননীঙায় য়াওদবা) ॥১১৩॥ ৬৯৪ সর্বভুতানাং বাহিতা (জীব পানবা পুম্নমকনা পুন্নিবা পুগদবা অন্নাবা পোৎলুম ভার পুম্নমক মথন্তনা পুবা) ৬৯৫ সর্বভুতানাং নিলয় (জীব পানবা পুম্নমক্কী লৈফম) ৬৯৬ বিভু (মফম পুম্নমক্ত শীন্থনা লৈবা) ৬৯৭ ভব (সত্তা হায়বহুমক্কী মশক ওইনা লৈবা, হায়বদি লৈবা হায়বহুমক্কী অউবা মূর্ত্তি ওইবা) ৬৯৮ অমোঘ (মহৈ য়ান্দবা থক তোক্লরোইদোবা, থম্বোক

লোকত চংনবা, খ্বাইদগী রাংলবা থাক্ত লৈননবগী মচাক ওইরিবা সনা লুপা মনি মুক্তা অসিবু লৈতুমগুম লংথোক্নুনা থোংগাওবীদোন। শান্নবগী মচাক ওইহনবা গুম্বা মহাদেবগুম্বগী মরৈ অসি খ্বাইদগী হেক হেন্দোকথবা মরৈ (জীবিকা) জগৎ অমনি। মহাক্কী অশাউবা মীৎয়েং অমতদা বৈভব চাউনা পাল্লম্বা কয়া কয়ানা থুরক্তা লৈথা তানখি। মপান্থোম লিশিং অমা আনবা, বৈভব চাউরবা নিংথৌরেল কার্ত্ত বীর্য্যার্জ্জুননা উকু রাকু শেৎপা দণ্ড কমাগুলুদগী হেন্ন লৈজদবা বসিষ্ঠ মুনিগী অবস্থাবু (য়ুম্বানবু) কন্নকখি। নিংথৌরেল বিশ্বামিত্রনা বসিষ্ঠগী মরৈ (য়ুম্বানবু)বু কংননবা তান্নখি। অহুগুম্বা বসিষ্ঠ ভৃগুনচিংবনা অমুক মহাদেবগী মরৈ (য়ুম্বান)বু কংননবা তান্নখি। অহুনা মহাদেবগী নাম লিশিং অমগী মহুংদা য়াওরিবা ৬৮২ গুবা প্রভাবাত্মা হায়বা নাম অসি য়াম্ন অর্থ লৈবা নাম অমনি। সংসারগী বিষয় পুম্নমক্তগী রাংম-দা লান্থোক্নুনা হায়বসি মুক্তাবস্থাদা লৈয়বা মরৈনা জীবাত্মাসিংগী খ্বাইদগী রাংলবা, খ্বাইদগী অহেনবা মরৈনি। (কালাচাদ)

(*) হুমিং থা শা উচেকনচিংব পুম্নমক্তা তৌরিব থবক পুম্বা অহুগা শা উচেক মথোয় মশামক মহাদেবগী মশক্কি হায়বসি য়াম্ন তোয়না মহাদেবগী নাম মন্নক্ত হায়থে। মসিগী মহুংগী তাবতি শা উচেক, ভাইবং মীন তৌরিবা তৌরিবা থবক পুম্না মহাদেবনা তৌরিব থবকুগা মান্নবা মকনি। তৌ-রিবা মথোয় মশামক মহাদেবী মশক ঙাক্তনি হায়বনি। থুনম ওইনা হায়রবদা নোংগোবীগী মশক ওইবা মহাদেব হায়রিবসিগী ভাবতি নোংগোবীনা তৌরিব থবক অসি, মহাদেবনা তৌরিবা থবক্কী (মথৌগী) পীক্লবা শরুক অমনি। অনৌবা নোংগী মরিক অমতং কংননবা নোংগোবীনা মরায় থাংগত্নুনা চহী চুম্না ঙাইহুনা লৈ। পুম্নী লাংথোংগী ঈশিং থাব। নোংমদোহুক্ত তারক্ষপা লৈপাক লৈথাগা শন্নদ্রিবা অথেং

ধৃতিমান মতিমান দক্ষ সংস্কৃতশ্চ যুগাধিপঃ। গোপতির্গোপতির্গ্রামো গোচর্মবসনোহরিঃ ॥১১৫॥

লাম্হোকপা য়াররে ইদৌবা, অরেম্বদা, খক মাংলংরোইদৌবা) ৬৯৯ সংযত (ইন্দ্রিয় খুত্থম চনবা, খুত্থম চনবদা হৈনপ্রবা) ৭০০ অশ্ব (উচ্চৈঃশ্রবানচিংবা সগোলগী মশক ওইবা) ৭০১ ভোজন (খ্বাইমকী অন্নদাতা ওইবা, চীঞ্জাক পীবিবা) ৭০২ প্রাণধারণ (থবায় পানবা পুম্নমকী প্রাণ-থবায় ভাকশেন্দুনা থম্বিবা ॥১১৪॥ ৭০৩ ধৃতিমান (ঈংথবা, তপথবা) ৭০৪ মতিমান (বুদ্ধি লৌশিং য়াম্না লৈবা) ৭০৫ দক্ষ (য়াম্না হৈশিংবা)

বা ঈশিং মরীক অহুত ভাইহুনা অরাবা কয়া থাওহুনা তপস্যা তৌহুনা লৈরি। মাসি নারায়ণপ্রিয় ওইবা মহাভক্ত মহাযোগী মহাদেবনা শ্রীনারায়ণ কৃপা মরীক অমতং ফংননবা নোংজু মুংশা ভাক্তনা তপস্যা তৌহুনা লৈরিবা মহাদেবগী মথৌগী পীক্লবা শরূক অমনি। অহুনা নোংগৌবী চেক্লা মশ'না মহাদেবগী পীক্লবা শয়োন অম ওই। ভীযবু হাংবদবগী হায়বদি সাংহার তৌগদবগী নোংশানা ভংহুনা চেলশিল্লিবা কর্ম অহুমক মহাদেবগী মথৌ কর্ম সংহার হায়মহুগী শরূক মচেৎ অমনি। অহুনা নোং কৈনচিংবা শা উচেক মশা মশা মফম মহাদেবগী মশক শক্লোল ভাক্তনি। অহুনা জগৎ সংসার অসিদা তৌরিবা কর্ম পুম্নমক মহাদেবগী কর্মমক্তনি। যোগীন্দ্র মুনীন্দ্র কয়া কয়ানা তৌরিবা তপস্যা কৌবা ধ্যান কৌবা থবকাশং অসি কাম ক্রোধ লোভনচিংববু সংহার তৌননবগী থবকনি, অত্তে কয়িসু নত্তে। মাহু খওজহুনা যোগীন্দ্র মুনীন্দ্র কয়া কয়ানা উকুশেৎ জটাপুরিবসি অহুগা মখোয়ন তৌরিবা কর্মসু মখোয় মশামকসু মহা- দেবগী মূর্ত্তি, কর্ম অমদি ধর্মগী শরূক অমমমনি হায়বতনি। অহুগা জগৎব্রহ্মাণ্ড অসি মহাদেব মহাকী সর্বব্যাপক ওইবা অত্তবা মূর্ত্তিগী মশাক্ল। মুম্ন খঙ্করুবদি তাইবং মী শা উচেকশিংনা তৌরিবা কর্ম পুম্নমক সংহারগী সংহারমক্তনি। অরাববু সংহার তৌননবা থবক তৌনরি, অরাম থৌরাংববু সংহার তৌননবা তোত্তাল তোত্তানবা থবক তৌনরি। কামক্রোধনচিংবা হেক্লবু সংহার তৌননবা যোগী- শিংনা মথল মথনগী যোগসাধননচিংবা থবক তৌনরি। পূক্নীংদা ফাওরকপা অমাত্মাগী জ্ঞান অজ্ঞান পুম্নমক সংহার তৌননবা সমাধিদা নৈনরি মাসি মোংকমদা লৈবগুম্বনি। অহুনা মহাদেব মথামকী শায়োন নত্তবা অহুগা মামানা তৌরিবা কর্ম পুম্নমক মহাদেবগী কর্ম নত্তবদি ঈয়াও য়াওদ্রে। জগৎ পুম্নমক মহাদেবগী মশকত্তম ওইদ্রে। মহাদেবনা তৌরিবা থবকতি মপান হকচাংবুসু সমাধিদা মোংকমদা মনুংগী লিঙ্গশরীর কৌবা হকচাংবুসু অষ্টাঙ্গ যোগসাধনগী অরোইবা সাধন সমাধি কৌবদা শংস্নোইহুনা লৈরি। মাসি পুম্নমক অসি মুন্না কুপ্না বিচার তৌহুনা তণ্ডি মুনিনা মহাদেবগী সহস্রনামবু পুথোকখিবনি। অহুনা পীরিবা নামশিং অসি ওইদবা শাশিন্নবা নাম অমত নত্তে। থবক থবকুগী মতুং ইন্না থোক্লকপা নাম মক্তনি। তাইবং মী ঐথোয়গী থবকতি ঈতৌতৌদনা মপানগী নাম (নিং)বদা কজহনবা অহুগা নত্তে। হৌজিকী দেবেন্দ্র মহেন্দ্র জগন্নাথনচিংব হায়হুনা থোনজিল্লিবা মিং সিগুম্বা নত্তে। মহাদেবদা দেবেন্দ্র মহেন্দ্র জগনাথচিংব নাম ময়ামবু থোজিল্লিবদি মহাদেবনা থাংগৈশেংবা দেব পুম্নমকা ইন্দ্র অহুগা জগৎ পুম্নমকী ইন্দ্র অহুগা জগৎ পুম্নমকী নাম ওইবদগীনি। অহুনা হায়রিবা তত্ত্ব পুম্বসি মুম্ন নৈনরগা মহাদেবদা থোল্লিবা মিংশিং অসি পণ্ডথোন থোনজিনবনি হায়না থক খল্লোইদৌবনি। (কালাচাদ)

হিরণ্যবাহুশ্চতথা গুহাপালঃ প্রবেশিনাম। প্রকৃষ্টারির্মহাহর্ষো জিতকামো জিতেন্দ্রিয়ঃ ॥১১৬॥
গান্ধারশ্চ সুবাসশ্চ তপঃ সক্তোরতির্নরঃ। মহাগীতো মহানৃত্যো হ্যপ্সরোগণসেবিতঃ ॥১১৭॥

---

৭০৬ সংকৃত (খুঁইমক্না সংকার তৌবা, সম্মান তৌবা) ৭০৭ যুগাধিপ (সত্য ত্রেতানচিংবা পুম্নমক্কী স্বামী-মপু) ৭০৮ গোপালি (ইন্দ্রিয়শিংবা ভাকশেবিরিবা ৭০৯ গোপতি (শঙ্খী শন্নাও পুম্নমক্কী স্বামী-মপু) ৭১০ গ্রাম গ্রাম (হীরম-পোশক পুম্নমক্কী মপৈ ওইবা) ৭১১ গোচর্মবসন (শউনবু ফিগুম্ পেংপা) ৭১২ হরি (ভক্তশিংগী অন্নাবা পুম্নমকপু মাঙহনবিবা) ॥১১৫॥ ৭১৩ হিরণ্যবাহু (সনামচু মানবা পাম্বোম পানবা) ৭১৪ গুহাপালঃ প্রবেশিনাম্ (গিরিগুহা মমুংদা চঙহনা ধ্যান তৌগ্রবশিং অহুগী গিরিগুহবশিং অহুবু ভাকপি শেনবিবা) ৭১৫ প্রকৃষ্টারি (কামক্রোধনচিংব য়েক্লবশিংবু শোম্বহনবা) ৭১৬ মহাহর্ষ (থোইদোক্ল হরাউ মুংভাইবগী মশকত ওইহনা লৈবা) ৭১৭ জিতকাম (কামক্রোধনচিংববু ভম্বা) ৭১৮ জিতেন্দ্রিয় (ইন্দ্রিয়শিংবু ভম্বা) ॥১১৬॥ ৭১৮ জিতেন্দ্রিয় (ইন্দ্রিয়শিংবু থুহম্ মথাদা থম্বা) ৭১৯ গান্ধার (গান্ধার কৌবা স্বরগী মশক ওইবা) (*) ৭২০ সুবাস (কৈলাস কৌবা নীংথিজরবা মফমদা লৈবা) ৭২১ তপঃ সক্ত (তপস্যাতদা পুক্নীং লুপ্‌নুনা লৈবা) ৭২২ রতি (উবনা মুংশিনীঙয়গী মশক ওইবা) ৭২৩ নর (বিরাট মূর্ত্তি পুবা) ৭২৪ মহাগীত (বেদশাস্ত্র পুম্বদা মহাক্কী গুণ, মাহাত্ম্য তশরুবা) ৭২৫ মহানৃত্য (অঙকপা অকিবগী মশক তাণ্ডব কৌবা জগোই শাবা)

---

(*) উদাও অনুদাও অমুগা স্বরিত হায়বসি স্বরগী খোন্থাং অহুমনি। অনুদাত্তনা অনেম্বনি, উদাত্তনা অরাংবা স্বরনি। অমুগা স্বরিত স্বরনা মরক্তনি, রাংমু রংদবা লমস্তুনেমদবা মরক্কী স্বরনি। অনুদাত্তনা অথম্মোয়দগী (নাভিদগী) পোকই, উদাত্তনা কোক লোমদগী পোকই। স্বরিতনা কর্ণমূলদগী পোকই। সপ্তস্বর (খোন্থাং তরেৎকী) অহানবা অহুমদি ষড়জ ঋষভ, গান্ধার অসিনি। অহুম অসিবু স রেগ অস্তুম অশম্বা মমিং মওদা মিংথোল্লি। "স" না ষড়জ, "রে"না রেখব (ঋষভ) অমুগা গান্ধারবুনা "গ" অস্তুম হায়না সংগীত শাস্ত্রদা-মিংথোন্নে। অহুম অসিগী অকোনবা স্বরদি গান্ধারনি। স্থিতি, স্থিতি, অমুগা সংহার অসিগী অকোনবস্থ সংহারনি। অতুনা গান্ধার হায়বা অহুমশুবা স্বর-অসি সংহারগী মূর্ত্তিনি। অমরোমদা হায়রগা মহাদেবদি সংহারগী অউবা মুর্ত্তিনি। অহুনা গান্ধার কৌবা খোন্থাং অসিনু নাকোনা উব য়াবা (তাব য়াবা) নাদময়ী মুর্ত্তিনি। হায়বদি মহাদেবগী বাঙময়ী মূর্ত্তিনি। ব্রহ্মাগী মুর্ত্তি মঙানি মাহুদি শব্দময়ী মুর্ত্তি জ্ঞানময়ী মুর্ত্তি, রসময়ী মুর্ত্তি, স্পর্শময়ী মুর্ত্তি, গন্ধময়ী মুর্ত্তি। অহুনা গান্ধার হায়বা অহুম শুবা খোন্থোং অসি সংহারগী বাঙময়ী (নাদময়ী) মুর্ত্তিনি। মহাদেবদি সংহার মুর্ত্তিনিনা গান্ধার হায়বা সুর (স্বর) অসি মহাদেবগী নাম অমনি। অমুম ওইবা রাখল অসিদা ভক্তি মুনিনা মহাদেবগী নামশিংগী মমুংদা ৭১৯ শুবদা গান্ধার হায়বা নাম অসি থোল্লম্বনি। অহুনা মহাদেব হায়বা দেবতা অসি গান্ধার কৌবা স্বর (সুর) মুর্ত্তিনি।

(কাংলাচাষ)

আবাঢ়শ্চ সুবাঢ়শ্চ ধ্রুবোঽথ হরিণো হরঃ। বপুরাবর্ত্তমানেভ্যো বসুশ্রেষ্ঠো মহাপথঃ ॥১২১॥
শিরোহারী বিমর্শশ্চ সর্বলক্ষণলক্ষিতঃ। অক্ষশ্চ রথযোগী চ সর্বযোগী মহাবলঃ ॥১২২॥
সমাম্নায়োঽসমাম্নায়স্তীর্থদেবো মহারথঃ। নির্জীবো জীবনো মন্ত্রঃ শুভাক্ষো বহুকর্কশঃ ॥১২৩॥

---

৭৪৪ দেবাসুর পতি (দেবতাশিং অমাদ অসুরশিং হিংচাবা দৈত্যনাচিংবগী স্বামী) ৭৪৫ পতি (যোবোৎপগী স্বামী-মপু) ৭৪৬ যুক্ত (ভক্তশিংগী উদ্ধারগীদমক মতম পুম্বদা লেম্ শাহুনা লৈবা, ৭৪৭ যুক্ত বাহু পুম্নমকপু কনবা য়াননবা, পুম্নমকপু অয়াবদগী থাংগৎপা য়াননবা পাংথোম ময়াম পানবা) ৭৪৮ দেবো দিবিস্পৃপবণঃ (স্বর্গদা লৈরিবা চাউরা চাউরবা ইন্দ্রনাচিংব দেবতাশিংমকীসু ঈড়াং পূজা তৌননীংঙাই ওইবা) ॥১২০॥ ৭৪৯ আবাঢ় (ভক্তশিংদা থাওবা কনবগী শক্তি পীনহৈবা) ৭৫০ সুবাঢ় (থাওব কনবগী অথোইবা শক্তি পুবা) ৭৫১ ধ্রুব (অয়েম্পা লেংঙদ্রবা মওংদা লৈঙস্বা) ৭৫২ হরিন (মতুং মপান্ ঈশোং শেংনা লৈবা) ৭৫৩ হর (পাপ পুম্নমকপু মাংহনবিব) ৭৫৪ আবর্ত্তমানেভ্যোবপু (স্বর্গলোকতগী চল্লকপশিংদা অনৌবা নীঙথিবা হকচাং পীনবিবা) ৭৫৫ বসু শ্রেষ্ঠ (অথোইবা লল্) ৭৫৬ মহাপথ (থুইলগী অহেনবা লম্বীগী মশক ওইবা) ॥১২১॥ ৭৫৭ বিমর্শশিরোহরি (য়াম্ন ঋথল বিচার তৌনা তৌনা কক্তবা দৈত্য দানবনাচিংবগী মতুক ককপা) ৭৫৮ সর্বলক্ষণ লক্ষিত (অকবা, মঙ্গলগী মশক ওইরবা লক্ষণ পুম্নমক্কা তিল্লবা) ৭৫৯ অক্ষঃ রথযোগী (রথগা মরূ ওইনা মরী লৈনবা থবাগী মতৌগুম্ জগৎপু থোবদা মরু ওইনা লৈবা) ৭৬০ সর্বঃযোগী (মতম লৈবখিবিক্ত যোগযুক্ত ওইদুনত লৈবা। ৭৬১ মহাবল (থুাইদগী থোইলোক হেনদোক্লা শারীরিক শক্তি লৈবা) ॥১২২॥ ৭৬২ সমাম্নায় (বেদ হায়বতুমক্কী অঙবা মূর্ত্তি ওইবা) ৭৬৩ অসমাম্নায় (বেদ নত্তবা, বেদগী তোঙাম লেব, পুরাণ ইতিহাস বেদান্তদর্শন স্মৃতি, মীমাংসানাচিংবগীসু অঙবা মূর্ত্তি ওইবা) ৭৬৪ তীর্থদেব (তীর্থ পুম্নমক্কা দেবতাগী মশক ওইদুনা লেবা) ৭৬৫ মহারথ (রাং চাউরবা রথদা তৌংদুনা ত্রিপুরনাচিংব দৈত্য শিংবা নৈথাইখিবা) ৭৬৬ নির্জীব (জীবাত্ম য়াওদবা জড়প্রকৃতিদিমক্কী মশক ওইবা) ৭৬৭ জীবন (জগৎ পুম্বদ লৈবা জীবিকা, জীবন হায়বতুগী মশক ওইবা) ৭৬৮ মন্ত্র (প্রণবনাচিংব

---

আত্মাগী লৈথা ভাননবগী, মায়াদা হাঞ্জিল হাঞ্জিল লুপহনগদগী তৌনরিবনি। অক্তনা মহেকীদি, কনাগী মপা মচানি হায়নরিবা শাগে নাতৈনি হায়নরিব। মরূপ মপাংনি হায়নারিবাস, মরূপ মপাং অমত নত্তে, য়েরুব ওাক্তনি শসিগুম্বা আধ্যাত্মিক জ্ঞান অমাদ উপদেশন থল্লবা শাস্ত্রশিং অমুগা শাস্ত্রকারশিং অসিত,দ আত্মাগী সহায় উপায় তৌরিবনি। হায়বা যাই। অমুগুম্ব বেদ শাস্ত্র দর্শন শাস্ত্র কলবিদ্যা পুম্নমক্কী হৌরককম দেবতাদি মহাদেবনি। অদুনা ওতি মুনিনা মহাদেব নাম লিশিং অমগী মমুংদা ৭৪৩ শুবা নিত্য আত্ম সত্তার হায়বা নাম থুাইদগী হেন্না ককবা থাইদগী দেম্না মীমুংশি থল্লবা কোওদোকপা নামনি হায়বা য়াই। আত্মাবু সত্তারতা তৌপদবা শাত্মাগী মরূপতি আত্মাওনি আত্মাগী য়েরুবা ওইবনু অনাত্মা ভায়বা আত্মা মহাক্নি। অসুম্না গীতাদসু ভগবাননা কোংদোকখি। (কালাচান্দ)

রত্নপ্রভূতো রত্নাঙ্গো মহার্ণবনিপানবিৎ। মূলং বিশালো হ্যমৃতো ব্যক্তাব্যক্তস্তপোনিধিঃ ॥১২৪॥
আরোহণোঽধিরোহশ্চ শীলধারী মহাযশাঃ। সেনাকল্পো মহাকল্পো যোগো যুগকরো হরিঃ ॥১২৫॥
যুগরূপো মহারূপো মহানাগহনোঽবধঃ। ন্যায়নির্বপনঃ পাদঃ পণ্ডিতো হ্যচলোপমঃ ॥১২৬॥
বাহুমালো মহামালঃ শশী হরসুলোচনঃ। বিস্তারোলবণঃ কূপাস্ত্রযুগঃ সকলোদয়ঃ ॥১২৭॥
ত্রিলোচনো বিষন্নাঙ্গো মনিবিদ্ধোজটাধরঃ। বিন্দুর্বিসর্গঃ সুমুখঃ শরঃ সর্বায়ুধঃ সহঃ ॥১২৮॥

---

মম্ন পুম্নমক্কী মশক্ ওইবা) ৭৬৯ শুভাক্ষ (শুভ মঙ্গলগী মশক ওইবা মীৎয়েংবু পুরিবা) ৭৭০ বহুকর্কশ (সংহার মতমদা, সংহার তৌরমদাইদা থম্মোয় য়াম্না কনবা, ক্ষমাদয়া লৈতবগী মওং পুবা) ॥১২৩॥ ৭৭১ রত্নপ্রভূত (হীরাই, মনিমুক্তা রত্ননচিংবগী পুগৈগী মশক ওইবা), ৭৭২ রত্নাঙ্গ (মনিমুক্তারত্ননচিংবনা শেম খিবগুম্বা হকচাংবু পাইবা) ৭৭৩ মহার্ণবনিপানজিৎ (মহাসাগর মহাসমুদ্রগী মশক ওইরবা পুথ্রী, লাংথোংগী তত্ত্বু মুম্ন থঙলবা, মহাসমুদ্রবু পুথ্রী লাংখোংগী মশক্ম ওত্তগা লোয়ননা উওম্বা) ৭৭৪ মূলম্ (সংসারগী মশক ওইরবা উপাদানগী মরুগী মশক ওইবা, সংসারগী উৎপত্তিগী আদি কারণ ওইবা) ৭৭৫ বিশাল (পাক চাউরবা, ওমথৈলৈত্রবা শোভা-নোংথিবা কক্তবা থভাবপু পুরিবা) ৭৭৬ অমৃত (শিদবা, পোকপা শিব লৈতবা অমৃতগী মূর্তিগী মশক্ ওইবা) ৭৭৭ ব্যক্তাব্যক্ত (অমুকন্থ নিরাকার অমুকন্থ সাকার, অমুকন্থ কোওদোকপা অমুকন্থ কোওদোক্তবা শকলোন-পুওম্বা) ৭৭৮ তপোনিধি (তপস্যা মথল মথল্লগী অউবা মূর্তি) ॥১২৪॥ ৭৭৯ আরোহণ (মথং মথং কাথৎপগী অরোহৰ থাক) ৭৮০ অধিরোহ (অরোহবা, কাথৎপগী অরোহবা থাক, জীবনা মতোল্লোয়া কাপ্রিবা হায়বহুগী অউবা মূর্তি। ৭৮১ শীলধারী (স্বভাব অমদি কক্তবা লমচৎ ব্যবহারবু পুবিবা) ৭৮২ মহাযশা (পাক চাউরবা মিংচৎনা মহাক্কী ওইরবা) ৭৮৩ সেনাকল্প (পাক্ চাউরবা লাম্মী মপৈগী লৈতেগী মশক ওইবা) ৭৮৪ মহাকল্প (মমল য়াম্নবা লৈতেংনা থল্লবা) ৭৮৫ যোগ (থম্মোয়দা হৌরকপা ইথক্ ইপোম পুম্না থবা ও নবগী মশক ঊবা মূর্তি ওইব) ৭৮৬ যুগকর সভানমিংব যুগ পুম্নমকপু হৌদোক পবা) ৭৮৭ হরি (ও'কুপি গো গর যবু কেকাপবা ১২৫। ৭৮৮ যুগরূপ (যুগ পুম্নমক্কী মূর্তি) ৭৯০ মহানাগহনঃ (শামুগী মশক লৌতনা লাকপা চাউরব হিংচাববু হাৎপা) ৭৯১ অবধ (অমনা হাৎপা য়াদবা, মৃত্যু কৌবা লাকমকনা হাৎপা য়াদবা) ৭৯২ ন্যায়নির্বপণ (ন্যায়বিধি কায়দনা য়ান তৌবা) ৭৯৩ পাদ (ভক্তশিংনা চক্তমমকম ওইবা চরণনা মহাক্কী ওইব) ৭৯৪ পণ্ডিত (মহাজ্ঞানী) ৭৯৫ অচলোপম (চিংগী মতৌগুমনা লেঙদবা) ॥১২৬॥ ৭৯৬ বহুমাল (মংগল মথা অমাম্বা মালানা লৈজেংবা) ৭৯৭ মহামাল (থোওয়োনা চোম্বা মালা ময়াম্ শিবা) ৭৯৮ শশীহরসুলোচন (চন্দ্রমাগী মতৌঙ্মা মেওলবা থোংলবা মীৎয়েং দৃষ্টিনা মহাক্কী ওইবা) ৭৯৯ বিস্তারোলবণকূপ পাক চাউরবা ক্ষীরসমুদ্রগী মশক ওইবা) ত্রিযুগ (সত্যত্রেতাম্থ দ্বাপর যুগ অহুমগী অপুনবা অউবা শক্লোল পুবা) ৮০১ সকলোদয় (মঙলগী মশক ওইরবা অবতারনা মহাক্কী ওইবা) ॥১২৭॥ ৮০২ ত্রিলোচন (মরুন অহুম পানবা)

ছত্রম্ সুচ্ছত্রো বিখ্যাতো লোকঃ সর্বাশ্রয়ঃ ক্রমঃ। মুণ্ডো বিরূপো বিকৃতো দণ্ডী কুণ্ডী বিকুর্বনঃ ॥১৩১॥
হর্যাক্ষঃ ককুভো বজ্রী শতজিহবঃ সহস্রপাৎ। সহস্রমুর্ধা দেবেন্দ্রঃ সর্বদেবময়ো গুরুঃ ॥১৩২॥
সহস্রবাহুঃ সর্বাঙ্গঃ শরণ্যঃ সর্বলোককৃৎ। পবিত্রং ত্রিককুম্মন্ত্রঃ কনিষ্ঠঃ কৃষ্ণপিঙ্গলঃ ॥১৩৩॥
ব্রহ্মদণ্ডবিনির্মাতা শতঘ্নী পাশ শক্তিমান্। পদ্মগর্ভো মহাগর্ভো ব্রহ্মগর্ভো জলোদ্ভবঃ ॥১৩৪॥
গভস্তি ব্রহ্মকৃৎব্রহ্মী ব্রহ্মবিৎ ব্রাহ্মণো গতিঃ। অনন্তরূপো নৈকাত্মা তিগ্মতেজাঃ স্বয়ম্ভুবঃ ॥১৩৫॥

---

(খুৎতনা খুঙ্গই চেঙ্গোৎনচিংবা পাত্রগী খবক তৌগনবা) ৮২৩ উর্ধ্বসংহননঃ (কল্লবা উইরবা হকচাং খোঙখুৎনা মাগী ওইরব) ৮২৪ মহান (খ্বাইদগী শ্রেষ্ঠ অথোইবা ওইরবা ॥১৩০॥ ৮২৫ ছত্রম্ (ছত্র ছাতিনগী মতৌগুম্না জীবগী পাপপু ডাকথোক খন্দোকপিবা) ৮২৬ সুচ্ছত্র (খ্বাইদগী হেল্লবা ছত্রগী মশক্ ওইবা) ৮২৭ বিখ্যাতো লোকঃ (মমিং চৎলবা কণবা লোককী মশক্ ওইরবা) ৮২৮ সর্বশ্রয়ঃ ক্রমঃ (পুম্নমক্কী ক্রম কাপ্পদনা লৈবা আশ্রয়গী মশক্ ওইবা) ৮২৯ মুণ্ড (লুকোকথোকপা) ৮৩০ বিরূপ (মকক মথাং থওবা, ওন্নাইতনবা মশকপুরু পুবা) ৮৩১ বিকৃত (লোকম থওবা ক্রম কয়বা থাকপু তৌবা) ৮৩২ দণ্ডী (দণ্ডধারী দণ্ডপাবা) ৮৩৩ কুণ্ডী (যবী খুঙ্গাহগুম্ মাগী তোক্রঃ শাবা কমণ্ডলু পাবা) ৮৩৪ বিকুর্বন (চুম্নগী অচম্বা কর্মনা কণমদব) ॥১৩১॥ ৮৩৫ হর্যাক্ষ (মোংথাগী মশক্ ওইবা) ৮৩৬ ককুভঃ (মায়াইগ পুম্নমক্কী মশক ওইবা) ৮৩৭ বজ্রী (খুত্তা বজ্র পায়ব) ৮৩৮ শতজিহ্ব ৮৩৯ শতজিহ্ব (মরৈ চাম চামা পানবা) ৮৪০ দেবেন্দ্র (দেবতা পুম্নমক্কী নিংথৌ) ৮৪১ সর্বদেবময় (দেবতা পুম্নমক্কী অমত্ত ওইবা মূর্তি) ৮৪২ গুরু (পুম্নমক্ক জ্ঞান তাকপ ॥১৩২॥ ৮৪৩ সহস্রবাহু (পাম্বালশিং অম পানব) ৮৪৪ সর্বাঙ্গ হকচাং অমদি হকচাং কায়াৎ পুম্বা পুংয়াম শুমা চপ চানা পানবা) ৮৪৫ শরণ্যঃ (খুৎলোম্নহুনা চণ্ডজনীভায় ওইরবা) ৮৪৬ সর্বলোককৃৎ (লোক পুম্নমক শেম্বব) ৮৪৭ পবিত্র (মসু মপান পুম্নমশেং শেংবা) ৮৪৮ ত্রিককুম্মন্ত্র (ত্রিপদা গায়ত্রী মন্ত্রগী মশক ওইবা) ৮৪৯ কনিষ্ঠ (অদিতিগী মচাশিংগী মধুং খ্বাইদগী অতোনবা ওইনা পোকপা বামন শ্রীবিষ্ণুগী মশক ওইবা) ৮৫০ কৃষ্ণপিঙ্গল (অমুবা অচৌবা মচু অনী পুবা হরিহরগী মশক ওইবা) ॥১৩৩॥ ৮৫১ ব্রহ্মদণ্ডবিনির্মাতা (ব্রহ্মদণ্ডবু শেম্ববা) ৮৫২ শতঘ্নী পাশ শক্তিমান (শতঘ্নী, পাশ, শক্তিনচিংবা খুংলাম পায়বা) ৮৫৩ পদ্মগর্ভ ওইবা ব্রহ্মাগী মশক্ ওইবা) ৮৫৪ মহাগর্ভ (জগৎ পুম্ববু গর্ভদা পুবদগী মহাগর্ভ ওইরবা) ৮৫৫ ব্রহ্মগর্ভ (বেদ পুম্ববু পুক্নুংদা পুবা) ৮৫৬ জলোদ্ভব (একার্ণব সমুদ্রগী ঈশিংদা পোকপা) ॥১৩৪॥ ৮৫৭ গভস্ত (নুমিৎকী মশক ওইবা) ৮৫৮ ব্রহ্মকৃৎ (ব্রহ্মবু শেম্বা-বেদবু শেম্বা পুথোকপা) ৮৫৯ ব্রহ্মী (বেদবু অধ্যয়ন তৌবা) ৮৬০ ব্রহ্মবিৎ (বেদগী ওজবু নৈনবা, খঙবা) ৮৬১ ব্রাহ্মণ (ব্রহ্মজ্ঞানদা লুপ্পুনা লৈবা) ৮৬২ গতি (ব্রহ্ম জ্ঞানী, ব্রহ্মনিষ্ঠ ওইবা যোগীশিংগী লমথুংকম) ৮৬৩ অনন্তরূপ (মথল মথা অয়াম্বা ওমথৈ নাইদবা মশক পুবা) ৮৬৪ নৈকাত্মা (তোঙান তোঙানবা হকচাংশিংনা মতম অমতদা শীম্নুনা লৈবনা আত্মা মহাক্না অমতনিদি হায়রগা মক্কামদা মংতম্বু লৈবনা অমত

ঊর্ধ্বগাত্মা পশুপতির্বাতরংহা মনোজবঃ। চন্দনী পদ্মনালাগ্রঃ সুরভ্যুত্তরণো নরঃ ।।১৩৬।।
কর্ণিকারমহাস্রগ্বী নীলমৌলিঃ পিনাকধৃৎ। উমাপতিরুমাকান্তো জাহ্নবীধৃগুমাধবঃ ।।১৩৭।।
বরো বরাহো বরদো বরেণ্যঃ সুমহাস্বনঃ। মহাপ্রসাদো দমনঃ শত্রুহা শ্বেতপিঙ্গলঃ ।।১৩৮।।
পীতাত্মা পরমাত্মা চ প্রধানধৃৎ। সর্বপার্শ্বমুখস্ত্র্যক্ষো ধর্মসাধারণো বরঃ ।।১৩৯।।
চরাচরাত্মা সূক্ষ্মাত্মা অমৃতো গোবৃষেশ্বরঃ। সাধ্যর্ষির্বসুরাদিত্যো বিবস্বান্ সবিতামৃতঃ ।।১৪০।।

---

নওবগুম্ উহনবা) ৮৬৫ তিগ্মতেজাঃ স্বয়ম্ভুব (ব্রহ্মা অমদগী মতম্ তৌবা) ।।১৩৫।। ৮৬৬ ঊর্ধ্বগাত্মা (দেশ কাল না লেপচিনবা উপাধিশিংদগী হেন্দোক্না থাংমদা লৈবা) ৮৬৭ পশুপতি (জীব পুম্নমক্কী স্বামী মপু) ৮৬৮ বাতরংহাঃ (বায়ুগা মান্নলা থক্কু কনবা) ৮৬৯ মনোজব (পুক্নিংগী মতৌগুম্ খাওবা) ৮৭০ চন্দনী (চন্দন থনা হবচাং পুংকূপ কুপনা লৈশিংবা) ৮৭১ পদ্মনালাগ্রো নাগ (থম্বাল লৈখোক্কী মরু হিন্নমক্কী মশক্ ওইবা) ৮৭২ সুরভ্যুত্তরণ (লাইশিংগদা লৈবী সুরভি লৈমাবথক্তা পুথরকপা) ৮৭৩ নর (পুরুষগী মশক ওইবা) ।।১৩৬।। ৮৭৪ কর্ণিকার মহাস্রগ্বী (কর্ণিকার লৈবা লৈগী পরেং থোইদোকখা যেনা শিবা) ৮৭৫ নীলমৌলি (কোকথক্ত মনি অমংবগনা পুমহৈ ওইনা শাবা লূহূপ উপ্পা) ৮৭৬ পিনাকধৃৎ (পিনাক কৌবা লীকাইবু পায়বা) ৮৭৭ উমা পতি (উমা দেবীগী মপুরোয়বা, উমা হায়বদি ব্রহ্মবিদ্যা, মাগী স্বামী, ব্রহ্মবিদ্যাগী পতি ৮৭৮ উমাকান্ত (উমা কৌবী পার্বতীগী চাম্ন থোইবা) ৮৭৯ জাহ্নবীধৃৎ (জহ্নুবী গঙ্গাবু কোকথক্ত পুবা) ৮৮০ উমাধব (উমাগী মপুরোয়বা) ।।১৩৭।। ৮৮১ বরোথরাহ (অচৌবা, মঙ্গলগী মশক ওইবা ওককী মশক পুবা) ৮৮৩ বরদ(বর পীনহৈব) ৮৮৩ বরেণ্য (খ্বাইদগী মকোক থোনা স্বামী ওইনা থম্নকম ওইবা) ৮৮৪ সুমহাস্বনঃ (নীংথজবা হোরবা পোল্লাউ লাউবা) ৮৮৫ মহাপ্রসাদ (ভক্তশিংগী মফমদা খ্বাইদগী হেন্না পেনাবি হৈবা) ৮৮৬ দমন (কত্তবশিংবু লাকহংপা) ৮৮৭ শত্রুহা (য়েক্নবা মাঙহনবা) ৮৮৮ শ্বেতপিংগল নিপা তংখাই মুপী তংখাই ওইব হকচাংদা অঙৌবা নাপু মচুগী তোঙাল তোঙানবা কীজোল অনী থোনব) ।।১৩৮।। ৮৮৯ পীতাত্মা (সনাগী মশক ওইবা, সনাগী মচু মানবা হিরণ্যময় ওইবা পুরুষগী মশক ওইবা) ৮৯০ পরমাত্মা পরাত্মা পরমেশ্বর ওইবা) ৮৯১ প্রযতাত্মা (মক্কবা আত্মা ওইবা, হায়বদি অনাত্মা তাত্রগা থেংনবা আত্মাগী অউবা মশক পুবা ৮৯২ প্রধানধৃৎ (প্রকৃতিগী বাজ ওইনা, প্রধান ওইনা লৈরিবা সত্ত্ব, রজ তম গুণ অহুম মথন্তনা পুব) ৮৯৩ সর্বপার্শ্বমুখ (মায়গৈ পুম্ব ওনবা মায়থোংনা মহাক্কী ওইবা) ৮৯৪ ত্র্যক্ষ (মীৎ অহুম মহাক্কী ওইবা-ত্রিলোচন ওইবা) ৮৯৫ সবসাধারণো বর ধর্মবু তাক্নবগী বর পীনহৈবা) ।।১৩৯।। ৮৯৬ চরাচরাত্মা (অচঞ্চল পুম্নমক্কী অমম্ব আত্মা ওইবা) ৮৯৭ সূক্ষ্মাত্মা (কুপ্পবা,

ব্যাসঃ সর্গঃসুসংক্ষেপো বিস্তরো পর্য্যোনরঃ। ঋতুঃ সংব্যসরো মাসঃ পক্ষঃসংখ্যাসমাপনঃ ॥১৪১॥
কলাঃ কাষ্ঠালবা সত্রা মুহূর্ত্তোহঃ ক্ষপা ক্ষণাঃ। বিশ্বক্ষেত্রং প্রজাবীজং লিঙ্গসাদ্যস্তনির্গমঃ ॥১৪২॥

মশক উদমথৈ পীক্লবা আত্মা অউবা মুর্ত্তি ওইবা (*, ৮৯৮ অমৃতো গোবৃষেশ্বর (নিষ্কামগী স্বামী) ৮৯৯ সাধ্যর্ষি (সাধ্যদেবতাশিংগী আচার্য্য) ৯০০ আদিত্যবসু (অদিতিগী মচা বসুদেবতা) ৯০১ বিবস্বান্ সবিতামৃত (মশেক মঙাম্ম থল্লবা জগৎপু পুথোকপা মশক উহনবা অমৃতগী মশক ওইবা সূর্য্যগী মশক) ॥১৪০॥ ৯০২ ব্যাস (পুরাণ ইতিহাস পুম্নমক্কী লেথক বেদ ব্যাসগীমশক ওইবা) ৯০৩ সর্গঃ সুসংক্ষেপোবিস্তর (পীক্শিনবা চাউথোকপা সৃষ্টী অনীগী মশক ওইবা) ৯০৪ প্রযয়োনর (মকম শীন্থংবা বৈশ্বানরগী মশক ওই-বা) ৯০৫ ঋতু (ঋতু তরুককী মশক্ ওইবা) ৯০৬ সংবৎসর (চহীগী মশক ওইবা) ৯০৭ মাস (থাগী মশক ওইবা) ৯০৭ মাস (থাগী মশক ওইবা) ৯০৮ পক্ষ (শুক্ল কৃষ্ণ পক্ষ অনীগী মশক ওইবা) ৯০৯ সংখ্যাস-মাপন (মথক্ত হায়ত্রিবা ঋতুনচিংব পুম্নমক অসিবু লোইশিনহনবা পর্ব (শংক্রান্তি, দর্শ, পূর্নমাসচিংবা গী মশক ওইবা ॥১৪১॥ ৯১০ কলা (কলা কৌবা মতমগী পীক্লবা শরুককী মশক ওইবা) ৯১২ কাষ্ঠা কৌবা মতমগী পীক্লব শরুককী মশক ওইবা) ৯১২ লবা (লব কৌবা মতমগী পীক্লবা শরুক অহুগী মশক ওইবা) ৯১৩ মাত্রা মাত্রা কৌবা মতমগী তাংকক নাইবা পীক্লবা শরুককী মশক ওইবা) ৯১৪ মুহূর্ত্তাহঃ ক্ষপা

(*) টীকা পৌরবা, চাউরবা আত্মা, পীক্লবা আত্মা হায়বা লৈবা হৌনদে। পীক্লবা আত্মা হায়বা লৈবা হৌনদে। পীক্লবা আকাশ, পৌরবা চাউরবা অকাশ হায়বা লৈবা হৌনদে। অহুদি মতাং অসিদা কুপ্লবা আত্মা হায়রিব সদি করিনো হায়না চিংনকম থোকই। অচৌবা অপীকপা ওইনা উন-রিবসি মপানগী কয়োম্ অহুগী অপীকপা অচৌবা মওং অহুবু উবদগীনি। মশক উদবা আত্মানা অহুকী মতীক চাউনা উহল্লক্লবদি মাহু অশেংবা নত্রে। মথং মথং অসুমসুম পীকশিনখিহুনা সূক্ষ্মাতিসূক্ষ্ম ওই-রগা থাংগৈশেংবা আত্মা হায়বহু ওই। হকচাং অসিদি অউবা অচৌবা পোংনি। মাসিবু আত্মা (ঐ)নি হায়না উরবদি আত্মা মশামক্ আত্মা মশামক্ মাংলে, শেংত্রে। হকচাং অসিগী মথক্তা অমুক ঐ অচৌ-বনি, ঐ জ্ঞানীনি, ঐ ইন্নাক থুনবনি ঐ লাইরবনি হায়বা উপাধি ময়াম অসি অমুক মথং মথং থোমজিল্লক-লবদি চাউথোকপা অসুম অসুম হেনগংলকলবনিনা আত্মা অসি শেংদবা অসুমসুম হেনজিল্লকই হায়রিবা মথক্ত থোমজিল্ল উপাধিশিংনা অসুমসুম পীকশিনগ্রগা আত্মা অসি মথং মথং অসুমসুম শেংজল্লকই। লোইনা কোক্লখিহুনা থোমজিন্নীওায় অমত লৈতহুনা আত্মা মহাক মশামথক্ত ওায়হোই। মাহুবু সূক্ষ্মাত্মা হায়না কৌই। অসুমসুম পীকশিনখিহুনা মশানা মশাবু শুকৃউ উত্রবা মতম অহুদা আত্মা অসি সূক্ষ্ম ওইবত নত্তনা সূক্ষ্ম তিসূক্ষ্ম হায়বহু ওইরকই। যোগীশিংনা সাধনা তৌরিবসি মাগী মাগী হকচাংদ লৈরিবা আত্মাবু কুপ্ন পীক্লা লৈহনগদবগী হোৎনরবনি। অহুনা অচৌবা অপৌবা পোৎপু উব হৈনগ্রবা মীৎপু উইশিনবনি। মতম মহুৎ আত্মা অসি জ্ঞানতী মশক ওইহুনা লৈহোই। (কালাচাদ)

সদসৎব্যক্তমব্যক্তং পিতা মাতা পিতামহঃ। স্বর্গদ্বারং প্রজাদ্বারং মোক্ষদ্বারং ত্রিবিষ্টপম ॥১৪৩॥
নির্বাণ হলাদনশ্চৈব ব্রহ্মলোকঃ পরাগতিঃ। দেবাসুরবিনির্মাতা দেবাসুর পরায়ণঃ ॥১৪৪॥
দেবাসুরগুরুর্দেবো দেবাসুরনমস্কৃতঃ। দেবাসুরমহামাত্রো দেবাসুরগণাশ্রয়ঃ ॥১৪৫॥
দেবাসুরগণাধ্যক্ষো দেবাসুরগণাগ্রণীঃ। দেবাতিদেবো দেবর্ষির্দেবাসুরবরপ্রদঃ ॥১৪৬॥

---

(মুহূর্ত, দিন, রাত্রিগী মশক ওইবা) ৯১৫ ক্ষণ (ক্ষণ মীকুপ কৌবা মতমগী পীকলবা শক্তক অমগী মশক ওইবা) ৯১৬ বিশ্বক্ষেত্র (ব্রহ্মাণ্ডগী মশক ওইবা উপাধীগী চুংনকম ক্ষেত্রগী মশক ওইবা) ৯১৭ প্রজাবীজম (প্রজা পুম্নমক্কী আদি কারণগী মশক ওইবা) ৯১৮ লিঙ্গ মহত্ত্বগী মশক ওইব) ৯১৯ অদ্যোনির্গম (চোংথোরকপ শংগী মনুংদা খুইগী ঈহান হান্না চোংথোরকপা) ॥১৪৩॥ ৯২০ সৎ (লৈবা হায়বগী অচুম্বা হায়বগী মশক ওইব) ২১ অসৎ (লৈতবা হায়বগী মশক ওইবা) ৯২২ ব্যক্তম (সাকার ওইবা) ৯২৩ অব্যক্তম (নিরাকার ওইবা, মশক মওং কেও দাক্তবা) ৯২৪ পিতা (জগৎকী মপা) ৯২৫ মাতা (জগৎকী মমা ওইবা) ৯২৬ পিতামহ (জগৎকী মপাপোকপা মবুপৌ ওইব) ৯২৭ স্বর্গদ্বারম (স্বর্গ কাননবগী থোঙ ওইবা) ৯২৮ প্রজাদ্বারম (প্রজা পুম্নমক পোকনবগী কারণ অমদি থোঙ ওইব) ৯২৯ মোক্ষদ্বারম (অরানবা থুডম কাননগী সাধন অমদি থোঙগী মশক ওইবা) ৯৩০ ত্রিবিষ্টপম (স্বর্গ কংবনবগী অচুম্বা স্বর্গ মশামক্কী সু মশক ওইব ॥১৪৩॥ ৯৩১ নির্বাণ (মুক্তি হায়বমক্কী অউবা মশক ওইবা) ৯৩২ হলাদন (আনন্দবু পীনহৈবা অদুগা আনন্দ হায় হুরক্কী অউবা মশক ওইবা) ৯৩৩ ব্রহ্ম লোক (ব্রহ্ম লোক হায়বমক্কী মশক ওইবা) ৯৩৪ পরাগতি (খুদনী মথাত্তানংদাই লৈতবা, অরেংবা গতি থুংকম ওইব) ৯৩৫ দেবাসুর বিনির্মাতা (লাইহিংচাব পুম্নমকপু শেম্মিবা বিব) ৯৩৬ দেবাসুর পরায়ণ (লাইহিংচাবশিং অচুগীত থন্নুনা লৈবিব) ॥১৪৪॥ ৯৩৭ দেবাসুরগুরু (লাইহিংচাব পুম্নমক্কী গুরু) ৯৩৮ দেব (অথোইবা দেবতা ওইবা) ৯৩৯ দেবাসুরনমস্কৃত (লাইহিংচাব পুম্নমক্না খুরুম্বা) ৯৪০ দেবাসুর মহামাত্র (দেব অসুর পুম্নমক্কী ঈতোপ তেংপা থোইদোক হেন্দোক্না লৈরবা) ৯৪১ দেবাসুরগণাশ্রয় (লাইহিংচাব পুম্নমক্কী চঙজকম ওইরবা) ॥১৪৫॥ ৯৪২ দেবাসুরগণাধ্যক্ষ হেন্দোক্না লৈরব) ৯৪১ দেবাসুরগণাশ্রয় (লাইহিংচাব পুম্নমক্কী চঙজকম ওইরবা) ॥১৪৫॥ ৯৪২ দেবাসুরগণাধ্যক্ষ (লাইহিংচাবা পুম্নমক্কী অধ্যক্ষ থাইবা য়েংশিনবা) ৯৪৩ দেবাসুর গণাগ্রণী (লাইহিংচাব পুম্নমক্কী লেতা লুচিংবা ওইব) ৯৪৪ দেবাতিদেব (লাইয়াম পুম্নমক্ত হেন্দোক্না লৈরবা) ৯৪৫ দেবর্ষি (নারদগী মশক ওইবা) (*) ৯৪৬ দেবাসুরবরপ্রদ (লাইহিংচাবা পুম্নমক্ত মীচঙ মীথাই

---

(*) মহাদেবগী মিং অমবু দেবর্ষি নারদ হায়না থোক্লি। মাসিগী মখুংগী অর্থাদ অসিনি মহাদেবনা স্বয়ং ওইনা চীংগুম লেঙদনা শ্রীনারায়ণগী নাম শোন্দুনা লৈবা নারায়ণগী প্রিয়ভক্তনি। অদুগা দেবর্ষি নারদনা শ্রীনারায়ণগী নামত শোন্দুনা, অতৈ নাম অমত শোন্দনা মকম অমদা নোংম কানা লৈরদনা, মকম অমদগী অমদা পোথবা কোরাং চত্তুনা লৈব নারায়ণ প্রিয়ভক্তনি। নারদ

দেবাসুরেশ্বরো বিশ্বো দেবাসুরমহেশ্বরঃ। সর্বদেবময়োঽচিন্ত্যো দেবাত্মা আত্মসম্ভবঃ ॥১৪৭॥

উদ্ভিৎ ত্রিবিক্রমো বৈদ্যোবিরজো নীরজোঽমরঃ। ঈড্যো হস্তীশ্বরো ব্যাঘ্রো দেবসিংহো নরর্ষভঃ ॥১৪৮॥

---

নাইদনা বর পীনহৈবা) ॥১৪৬॥ ৯৪৭ দেবাসুরেশ্বর (লাইহিংগাবা পুম্নমক্কী ঈশ্বর) ৯৪৮ বিশ্বা (বিরাট মুর্ত্তি ওইব) ৯৪৯ দেবাসুরমহেশ্বর (লাইহিচাবা পুম্নমক্কী খ্বাইদগী ঈশ্বর) ৯৫০ সর্বদেবময় (লাইরাম খিবিক্লা পুম্নপ পুনবগী মুর্ত্তি ওইব) ৯৫১ অচিন্ত্য (মহক্কী তত্ববু অসুম খল্লুবদা লাম্বা কংদবা) ৯৫২ দেবতাত্মা (দেবতা পুম্নমক্কী অন্তরাত্মা ওইব) ৯৫৩ আত্মসম্ভব (মশামথন্তদগী পোকচরকপা) ।১৪৭॥ ৯৫৪ উদ্ভিৎ (লৈপাক লৈনুংদগী থিনগাইরকুনা, হৌরকপা হৈপাল লৈপালগী মশক ওইবা) ৯৫৫ ত্রিবিক্রম (স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতাল লোক অহুমবু খোঙ অহুমনা খোঙ্গাপ অহুমভা ওইনা ওনবা বামন ভগবানগী মশক ওইবা) ৯৫৬ বৈদ্য (সংসারগীরোগ পুম্নমক লোকহনবা ঙম্বা বৈদ্য (কবিরাজ) গী মশক ওইবা) ৯৫৭ বিরজ (রজো-

---

মহাদেব অনী অসিগী খেন্নরিবসি তৌথোক্লকপা কর্মদনা অমনা লেঙদনা লৈবা, অতুগা অমনা ওহাক্ত ফুমিন লৈতবা কোম্বচৎ চৎপা অসিতনি। অতুগা শেৎ চাবদনা অমনা ময়ুম পাল্লি অমনা পান্দে। অমবা কৈমউন লিন্ন চিংবনা লৈতেং ওই, অমনা ওইদে। অমনা শল্লাবনা শাদোং ওই। অমনা থুরুমদগী হেন্না শাদোং অমা শীজিন্নদে। অমনা হেক নিরব বর মথৈ পী। নারদনা কনাগুম্বা অমদা বর পী হায়বাস তাদে। হীরম অম্বাম্বদা খেন্দি খেন্নে হায়ববু সাত্যতযোগী ওইনা তুম্ব হীপ্প চাবদা মরক্ত লেপ্পা লৈতনা শ্রীনারায়নগী নাম শোনবা অতুগা প্রিয়ভক্ত ওইবা হায়বত্তুদি চপ মান্নে খেন্নদে। খেন্নরিবা বিষয়-শিং অসিদি অমরোমদা হায়বগা কান্নদবা ওক্তনি। মপাম্মোংগী বিষয়দা খেন্নজবনি। মমুং মনুংদদি মহাদেবস্থ মহাসন্ন্যাসীনি, ব্রহ্মচারীনি নারদসু মহাসন্ন্যাসীনি ব্রহ্মচারীনি। শ্রীনারায়নগী ভক্ত ওইবনা থোইনা খেন্নদে। তুম্বা হীপপা চাবদা, চথেক চংশিন্নচিংবা শারীরিক কর্মদা খেন্নবত্তুদি কান্নদবনি, মাত্তুদা খেন্নরবসু থোইনা কায়বা লৈতে। অতুগা মসিগী ওন্ন তৈনবা রাথল অমদা হায়রগসু পাপী ওইবা ভগবানবু নিন্দা তৌবা লনগৈপুগৈদি চোন্না লৈবা মহাসম্পত্তি মান ওইবা মহাক অতুগা, লায়রবনা চানীংঙাই লৈতবা জীব হিচা তৌবা ভগবানবু মীরায়বা শাদানবা অত্তুগসু করিমত খেন্নদে মপান্দত সম্পত্তিমান ওইবা ভগবানবু থোইনা খল্লুদবা মহাক্না, ময়ুম মকৈ থাদোক্তুনা করিমত লৈজন্ত্রবা, দিগম্বর ওইত্তুনা শ্রীনারায়নগী ভগবানগী নামত শোন্দুনা লৌরিবহুগা আকাশ পাতাল খেন্নথ্র। ভগবানগী ভক্ত-ত্তুনা আকাশদা (স্বর্গদা) সনা লুপা (লৈপাক)ত পাম্বত্তুনা লৈপাক লৈথাদা পাতালদা লৈবা মথেক্ত তাবনি। লায়রবা চাকনিবা শ্রীহরিগী ভক্ত অমগা ঈনাক খুল্লবা ফুরাদ লালদা লৈরবা অমগা চান্নবা মরূপ ওইমিন্নে। লেঙগোন্নত্তুনা চৎমিন্নে হায়বসি খক তাদে। ঈনাক খুল্লবা মোন্দুম মোস্তেকত য়াওল য়াতারবা দ্বারকাপতি শ্রীকৃষ্ণনা মফিমরোল মথম খঙত্রবা রাউংবা লায়রবা সুদামাগা নুংশিনা কোম্নত্তুনা চৎমিন্নে। মতমদি ভগবান পাম্বা মওংনি সুদামানা তৌরিবত্তুমক্কী। অহুনা মরু ওইবা সপুংদবু মান্নরবদি খেন্নদবত্ত নওনা মশা অমতনি। মরম অহুনা মহাদেব দেবর্ষি নারদগী মশকনি হায়বনি। (কালাচান্দ)

বিবুধোহগ্রবরঃ সূক্ষ্মঃ সর্বদেবস্তপোময়ঃ। সুযুক্ত শোভনো বজ্রী প্রাসানাং প্রভবোঽব্যয়ঃ ॥১৪৯॥
গুহঃ কান্তো নিজঃ সর্গঃ পবিত্রংসর্বপাবনঃ। শৃঙ্গী শৃঙ্গপ্রিয়ো বভ্রু রাজরাজো নিরাময়ঃ ॥১৫০॥

---

গুনগী শরুক য়াওদবা) ৯৫৮ নীরজ (মক্তু্বা) ৯৫৯ অমর (মাণ্ডবা, শিব লৈতবা) ৯৬০
নক্সী, নোম্রকচক্রবগী মতীক চাবা) ৯৬১ হস্তীশ্বর 'ঐরাবত শামুগী ঈশ্বর ওইবা ইন্দ্রগীমশক ওইবা)
৯৬২ ব্যাঘ্র (কৈনোংশাগী মশক ওইবা) ৯৬৩ দেবসিংহ লোইরামগী মনুংদা যোংশাগী মশক ওইবা) ৯৬৪
নরর্ষভ (মীগী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবা) ॥১৪৮॥ ৯৬৫ বিবুধ (খ্বাইদগী থোইদোক্লা জ্ঞানী ওইবা)
৯৬৬ অগ্রবর যজ্ঞদা খ্বাইদগী ঈহান হানবদা যজ্ঞগী শরুক যজ্ঞ ভাগ কংননবগী মতীক চাবা) ৯৬৭ সূক্ষ্ম
(থোইদোক্লা কুপশ্রবা, পীকশ্রবা মূর্ত্তি পুগুম্বা) ৯৬৮ সর্বদেব (লাই পুম্নমক্কী পুল্লপ পুনবগী মূর্ত্তি ওইবা)
৯৬৯ তপোময় তপস্যা হায়বদুগী মূর্ত্তি ওইবা, তৌথোরকপা কর্ম পুম্বা তপস্যাগী মশক ওইবা ) ৯৭০
সুযুক্ত (ভক্তশিংদা কৃপা তৌখিনবগীদমক্ত মথোরনা নিব পুম্ব পীবিনবগীদমক্ত মতম পুম্নদা শেমশাদুনা
লৈরিবা) ৯৭১ শোভন (থোইনা নীওখিজবা, মঙ্গলগী মশক ওইবা) ৯৭২ বজ্রী (বজ্র পায়বা)৯৭৩ (প্রা-
সানাং প্রভব (প্রাস কৌবা খুৎলায় পুম্নমক্কী পোক্নকম ওইবা) ৯৭৪ অব্যয় (মশক হোংবা, অমাঙ অতা
লৈতবা] ॥১৪৯॥ ৯৭৫ গুহ (ইন্দ্রকুমার কার্ত্তিকেয়গী মশক ওইবা) ৯৭৬ কান্ত (আনন্দগী অরোইবা
গুমথৈ অমদি থাকক্কী মশক ওইবা) ৯৭৭ নিজঃসর্গ )সৃষ্টিদগী তোঙাম্ন তাদুনা লৈবা ব্রহ্মাগী খৃৎশেমগী
মনুংচন্দবা) ৯৭৮ পবিত্রম্ন (খ্বাইদগী শেংলবা) ৯৭৯ সর্বপাবন (খ্বাইমকপু শেংদোকপিব ) ৯৮০ শৃঙ্গী শিঙ্গা
থোংবা) ৯৮১ শৃঙ্গপ্রিয় (রাংলবা চীংগী চীংদোন্দবু পামজবা, মাদুদা লৈগনবা) ৯৮২ বভ্রু (বিষ্ণুমক্কী মশক
ওইবা ) ৯৮৩ রাজরাজ (নিংথৌশিংগী নিংথৌ) ৯৮৪ নিরাময় (হীরম পুম্নমক্ত দোষ অমত লৈতবা) ॥১৫০॥
৯৮৫ অভিরাম (খ্বাইদগী হেনবা নুংঙাথবা পীরহৈবা) ৯৮৬ সুরগণ (দেবতা পুম্নমক্কী অপুনবা মুর্ত্তি পুবা)
৯৮৭ বিরাম (হীরম পুম্নমক্কদগী হন্দোক্নুম্না, পোথাদুনা লৈপ্রবা) ৯৮৮ সর্বসাধন (সাধনা মথল মথলগী,
সাধনা পুম্নমক্কী অমত ওইবা সাধাগী মুর্ত্তি) (*) ৯৮৯ ললাটাক্ষ (লাইপক্ত, মীৎ অনীগী কারক্তা অদুম

---

(*) কংগে তাম্নরিবা, হোৎনরিবা মহাক অদুবুনা সাধক কৌই। সাধক অদুনা কংগে তাম্নরিবা পোৎ অদুনা সাধ্যনি। সাধ্য অদু ফংননবা সাধক অদুনা তৌরক্লিবা উপায় পুম্বা সাধনা কৌই। তাইবং মী থুদিংমক হেক পোকপদগী সাধক অমমম ওই। সাধক ওইবদি চপ মান্নে। সাধক কীসাধ্য মক্তনি। কনাগুম্বানা মিংচৎ কংগে তান্নে। কনাগুম্বনা লল, কনাগুম্বনা বিদ্যা, কনাগুম্বনা মমাম্নবু গুম্বা তান্নে। সাধক ওইবদি চপমান্নে। অদুগা সাধ্যদি মথল মথা য়ামথ্রে। সাধনাসু য়াম্ন থেন্নে। সাধক ওইবশিংগী থেম্নরমগদবা হায়রবু সাত্ত্বিক ওইবা সাধক রাজসিক ওইবা সাধক অদুগা তামসিক ওইবা সাধক অমিত থেম্নগদবা। লম্ব্যমনা সাধ্য ওইহনা লম্ব্যমহবু পামদুনা সাধনা তৌরিবা সাধক অদুনা সাত্ত্বিক ওইবা সাধক ওইরবদি মহাক্কী মথাঙদা লম্বম অদুনা রাজসিক সম্পত্তি থক ওইবা য়ারোই।

অতিব্রয়ঃ সুরগণো বিরামঃ সর্বসাধনঃ। ললাটাক্ষো বিশ্বদেবো হরিণো ব্রহ্মবর্চসঃ ॥১৫১॥
স্থাবরাণাং পতিশ্চৈব নিয়মেন্দ্রিয়বর্দ্ধনঃ। সিদ্ধার্থঃ সিদ্ধভূতার্থোঽচিন্ত্যঃ সত্যব্রতঃ শুচিঃ ॥১৫২॥
ব্রতাধিপঃ পরংব্রহ্ম ভক্তানাং পরমাগতিঃ। বিমুক্তো মুক্ততেজাশ্চ শ্রীমান শ্রীবর্দ্ধনো জগৎ ॥১৫৩॥
যথাপ্রধানং ভগবানিতি ভক্ত্যা স্তুতো ময়া। যন্নব্রহ্মাদয়ো দেবা বিদুস্তত্ত্বেন নর্ষয়ঃ ।১৫৪॥
স্তোতব্যমর্চ্যং বন্দ্যংচকঃ স্তোষ্যতি গজপতিম। ভক্ত্যা ত্বেবং পুরস্কৃত্য ময়া যজ্ঞপতির্বিভুঃ ॥১৫৫॥

---

শুবা মীং অমা পানবা ৯৯০ বিশ্বদেব (জগৎ পুম্নমক অসিনা, বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিনা শান্নপোৎ ওইদুনা শান্নবা) ৯৯১ হরিন (শজীগী মশক ওইবা) ৯৯২ ব্রহ্মবর্চসঃ ব্রহ্মতেজনা থল্লবা) ॥১৫১॥ ৯৯৩ স্থাবরানাং পতি )চাং পুম্নমক নীংথৌ হিমালয়গী মশক ওইবা) ৯৯৪ নিয়মেন্দ্রিয় বর্দ্ধন (নিয়ম তপস্যাগী পান্থৈতনা পুক্নীং থানা ইন্দ্রিয় পুম্বা দমন তৌবা) ৯৯৫ সিদ্ধার্থ (নীংব পুম্বা থংখিদুনা মথা তানিংঙাই লৈখিদ্রবা) ৯৯৬ সিদ্ধভূতার্থ (ফংনিংব পুম্ব ফংগ্রবা) ৯৯৭ অচিন্ত্য (থম্মোয় অমদি রাখনগী শক্তিনা লাম্ব কাদ্রবা তত্ত্বা মহাক্কী ওইবা) ৯৯৮ সত্যব্রত (অচুম্ব থিবগীদমক্ত ব্রত তপস্যা বল্লবা) ৯৯৯ শুচি (মতম পুম্বদা ঈশেংত শেংবা) ॥১৫২॥ ১০০০ ব্রতধিপ (ব্রত উপাসনা পুম্নমকী নিংথৌ) ১০০১ পরম (খ্বাইদগী তোঙাম্ন তাদুনা হেন্দোক্নুনা লৈরবা) ১০০২ ব্রহ্ম (দেশ, কালনচিংবগা মরী করিমত লৈতবা, ত্রিকালনা পুনবা য়াদবা, চিন্ময় থম্মোয়তগী মশক ওইবা) ১০০৩ ভক্তানাং পরমা গতিঃ (ভক্ত থিবিকী অমত ওইবা অরোইবা লমথংকম) ১০০৪ বিমুক্ত হীরম পুম্বংগী মুক্ত ওইরবা লাম্থোংক্লবা) ১০০৫ মুক্ততেজ (জগৎকী উপকারগীদমক্ত তেজ পুম্বা থাদোরক্লবা) ১০০৬ শ্রীমান (শ্রীসম্পত্তি পুম্নমক্না তিল্লবা) ১০০৭ শ্রীবর্দ্ধন (ভক্তশিংগী সম্পত্তি চাওখৎহনবা) ১০০৮ জগৎ (উবা উদবা অচচত্ত জগৎ পুম্নমক অসিমক্না মাগী মশক ওইবা) ॥১৫৩॥ কৃষ্ণ। জনার্দ্দন। হৌজিক ঐনা হায়খ্রিবা থৌখ্রিবা নাম লিশিং অম নিপাল-দুগী মমুংদগী মরু মরু ওইব নামশিং খণ্ডগৎদুনা ঐনা ভক্তিগা মহাদেবগী স্তুতি তৌখি। মহাদেবগী তত্ত্ব ব্রহ্মানচিংবা ঋষি দেবতাশিংমক্নসু মুম্ন খঙদে। অদুনদি জগৎ পুম্নমক্না স্তুতি তৌননবগী, সেবা পুজা তৌননবগী মতীক চারবা সদাশিবমকী তত্ত্ব কনানা খঙগদৌরিবনো ? ॥১৫৪॥ মতৌ অসুম্না ঐনা জগৎপতি ভগবান মহাদেববু ভক্তিগা লোয়ননা ঈমাঙমক্তদা বিরাজমান ওইহন্দুনা মহাক্কী স্তুতিগানবু

---

সাত্ত্বিক ওইবা সাধক অদুনা তান্ত্রিক লম বিদ্যা, মিংচৎ অদো, সাধক মথামকী ওইরম্মরোই। জগৎ পুম্নমকী উপকারগীদমক্ত ওইরমগনি। লনাইগীদমক থক ওইবা য়ারোই। "পরোপকারয় সতাংবিভূতয়ঃ" সাত্ত্বিক ওইবা সত্ত সাধকশিংগী সম্পত্তিদি পরো কারগীদমক্তনি। সাধকনা অমত ওইবদুগুম্না মথীংলোক-তমদনা সাধাশং অদু লোইনা লৈহন্দদুনা সাধ্যসু অমত ওইহনগে হায়রবদি, অদুগুম্না অমত ওইবা সাধ্যদুগী মূর্তি অদুদি মহাদেবতনা পুই। লম পাম্নিবদো মহাদেববুনি, মিংচৎ পাম্নিবদো মহাদেববুনি, বিদ্যা পাম্নিবদো মহাদেবগুম ওইব পাম্বনি। (কালাচান্দ)

তদেতদুত্তমং সম্প্রাপ্য স্তোত্রমিদমব্যয়ম্ । শিবনামভিঃ স্তুবন দেবং নামভিঃ পুষ্টিবর্দ্ধনৈঃ ॥১৫৬॥
নিত্যযুক্তঃ শুচির্ভক্তঃ প্রাপ্নোত্যাত্মানমাত্মনা ॥১৫৭॥
এতদ্ধি পরমং ব্রহ্ম পরং ব্রহ্মাধিগচ্ছতি । ঋষয়শ্চৈব দেবাশ্চ স্তুবন্ত্যেতেন তৎপরম্ ॥১৫৮॥
স্তূয়মানো মহাদেবস্তুষ্যতে নিয়তাত্মভিঃ । ভক্তানুকম্পী ভগবানাত্মসংস্থাকরো বিভুঃ ॥১৫৯॥
তথৈব চ মনুষ্যেষু যে মনুষ্যাঃ প্রধানতঃ । আস্তিকাঃ শ্রদ্ধানাশ্চ জন্মভিঃ স্তবৈঃ ॥১৬০॥
ভক্ত্যা হ্যনন্যমীশানং পরং দেবং সনাতনম্ । কর্মণা মনসা বাচা ভাবেনামিততেজসা ॥১৬১॥
শয়ানা জাগ্রমাণাশ্চ ব্রজন্ পথি বিশন্ তথা । উন্মিষন্ নিমিষংশ্চৈব চিন্তয়ন্তঃ পুনঃ পুনঃ ॥১৬২॥
শৃণ্বন্তঃ শ্রাবয়ন্তশ্চ কথয়ন্তশ্চ তে ভবম্ । স্তুবন্তঃ স্তূয়মানাশ্চ তুষ্যন্তি চ রমন্তি চ ॥১৬৩॥
জন্মকোটিসহস্রেষু নানাসংসারযোনিষু । জন্তোর্বিগতপাপস্য ভবে ভক্তিঃ প্রজায়তে ॥১৬৪॥

---

ঐনা মতৌ তস্নুম্না তৌখি ॥১৫৫॥ হৌরায় হকচং পূম্বা চাউখৎননবগী মশক ওইরবা নামশিং অসিবু শোন্দুনা ভক্তিনা লোয়ননা মহাদেবগী স্তুতি তৌরবদি মহাদেবগী কৃপাদগী স্তুতি তৌরিবা মহাক অহুনা কংলিংবা পোৎ পুম্বা লায়না কংবা ঙম্মি ॥১৫৬–১৫৭॥ হৌজিক চায়থ্রিবা শোনথ্রিবা বেদগী মন্ত্রগ মাম্নরবা স্তোত্র অসিনা মহাক্কী লক্ষ্য (উদ্দেশ্য) দি পরব্রহ্ম পরমাত্মাগী মশক ওইরবা মহাদেবতনা ওই। ঋষি-শিংনা অমুগা দেবতাশিংনা হায়রিবা স্তোত্র অসিনা শিবজীগী স্তুতি তৌনৈ। ॥১৫৮॥ পূক্নীং অনী লোউ-দনা, নামশিং অসিনা পাম্বে ওইদুনা মহাদেবগী স্তুতি তৌরবা মী মহাক্ অমুদি মহাদেবগী ওম্থোক্না চানবিরবা প্রিয়ভক্ত অম ওই। মহাদেবনা অদুগুম্না ভক্ত অদুগী মকমদা থোইনা হেম্না পেনবি। ॥১৫৯॥ মতৌ অসুম তৌদুনা তাইবং মী ওইবা মীওইবগী মনুষ্যদস্থ বিশেষ ওইনা আস্তিক ওইবা, (নাস্তিক ওই-দবা) শ্রদ্ধাভক্তিশ্রদ্ধাগা লোয়ননা, মপোক কয়াদগী তৌজরকপা পুণ্যকর্ম অমসুং তপস্যানা, পূক্নীং হকচাং, থম্মোয়, ৱাহৈনা, যাগযজ্ঞনাচংব থংক্না, ভক্তি প্রেম ভাবনা মরম ওইদুনা, চৎনা চৎনা কম্ন কম্না, মীৎ কুপ থুদিংগী মীৎপাও থুদিংগী অতোপপা ৱাখল লাম্মুদনা, সনাতন দেব দেব জগৎপতি মহাদেবগী জপ তৌন তৌনা মপুনশি লেপ্লিবা অদুগুম্বা মথোংদো ঙমথে লৈতবা মাহেশ্বর তেজনা মশাদা তিন্নে। মথোয় মশেল অমগমগ শিবজীগী মহিমাবু তান থোংনদুনা মপুনশি লেপ্দুনা মথোয় মশামক শিবজীনা স্তুত্য ওইবদুগুম্না স্তুত্য (অতোপ্পা অমনা স্তুতি তৌননিংঙায় ওইবা) মীশক ওইরকই শ্রীমহাদেবনা টংশেনত পেন্দুনা লৈবদুগুম্না ভক্ত মথোয় মশামকসু মহাশাস্ত্রগা লোয়ননা ঈপেন্ত পেঞ্জবা মীশক ওইদুনা নুং-ঙাইনা মপুনশি লেপ্লি ॥১৬০–১৬৩॥ মপোক কোটি লিশিং কয়া কয়া তোঙাল তোঙানবা জীব সিনা কোয়র পোক্লয়গে অরাব থুদোংথীবনা থম্বা পাপযোনি কয়া কয়াদগী পোক্লরগা তাইবংমী হকচাংদা চংলকুনা, পাপ ময়ামদু কোকথ্রব তুংদা শিবভক্ত ওইবা ফাঙরবান। শিবজীদা লেংত্রবী ভক্তি বম্ববা ওমজরবনি লাইবক ফবনা থুংলায় পুম্ব শুনা ॥১৬৪॥ তাইবংমী হকচাং [illegible]

উৎপন্নাচ ভবেভক্তিরন্যনা সর্বভাবত:। ভাবিনঃ কারণে চাস্য সর্বযুক্তস্য সর্বথা ॥১৬৫॥
এতৎ দেবেষু দুষ্প্রাপং মনুষ্যেষু নলভ্যতে। নির্বিঘ্না নিশ্চলা রুদ্রে ভক্তিরব্যভিচারিনী ॥১৬৬॥
তস্যৈবচ প্রসাদেন ভক্তিরুৎপদ্যতে নৃণাম্। যেনযান্তি পরাং সিদ্ধিং তৎভাগবতচেতস: ॥১৬৭॥
যে সর্বভাবানুগতা: প্রপদ্যন্তেমহেশ্বর। প্রপন্নবৎসলোদেব: সংসারাৎতান্ সমুদ্ধরেৎ ॥১৬৮॥
এবমন্যে বিকুর্বন্তি দেবা: সংসারমোচনম্। মনুষ্যানামৃতেদেবং নান্যাশক্তিস্তপোবলম ॥১৬৯॥
ইতি তেনেন্দ্রকল্পেন ভগবান সদসৎপতিঃ। কৃত্তিবাসা: স্তুতঃ কৃষ্ণতণ্ডিনাশুভবুদ্ধিনা ॥১৭০॥
স্তবমেতং ভগবতো ব্রহ্মা স্বয়মধারয়ৎ। গীয়তেচস বুদ্ধ্যেত ব্রহ্মাশংকরসন্নিধৌ ॥১৭১॥

---

শ্রীশিবজীগী চরণদা লেগুত্রবী ভক্তি কচ্চবা গুমজরবনি ॥১৬৫॥ রুদ্রদেবগী মকমদা, রৈথার থিনগাইবা লৈতনা মচীন লোগুত্রবী ভাক্তবু কচ্চবা গুমজরে। স্তেত্র কৃষ্ণ। দেবতাশিংশ্রকুসু কংগুমদবনি। তাই-বংমী ওইবশিংগী মফম মধস্তনা পাক্ লাকৃউ য়াদবী অতুগুম্বী শিবভক্তিনি ॥১৬৬॥ ভগবান শঙ্করগী কৃপাদগী তাইবংমী কনাগুম্বগী থম্মোয়দা মচীল লোগুত্রবী শিবশক্তি অসি পোকথিহুনা, সদাশিবগী রাখস্তদা হুংগুাইথোকথিহুনা, তাইবং হকচাং থাদোক্লম্বা আত্মানা শিবধাম (মঙ্গল ধাম পরমধাম) দা য়ৌথি ॥১৬৭॥ হীরম পুম্নমকপী নাম্বোরকুনা ভগবান সদাশিবগী চরণদা চঙজরকুনা নোল্লু কচরবা মহাক অহুবু ভগবানা মহাক্না সংসার ঈপাক্তগী উদ্ধার তৌবি ॥১৬৮॥ মতৌ অস্তুম তৌহুনা স্তুতি তৌহুনা দেবতাশিং কাওবা সংসারগী অকা অপুনদগী নাম্বাক্থি। মরমদি সংসারগী অকা অপুন অসিদগী নাম্বোকপান্ন ভগবান সদাশিবগী চরণদা চঙজবা নত্তনা অতৈ উপায় অম লৈতে। অতৈ অতোপ্পা দেবতা অমদা চঙজরুবনা খক ওইরোহ ॥১৬৯॥ শ্রীকৃষ্ণ। অস্তুম হায়না খন্দুনা ইন্দ্রগা মান্নানা তেজ লৈরবা তাণ্ড মুনিনা শামু মউন্না ফীজোল ওইবা, কার্য্য পুম্নমকী কারণ ওইবা ভগবান শ্রীশিবগী আশ্রয়দা চঙজাখ (*) ॥১৭০॥ ভগবান্ শ্রীশঙ্করগী স্তোত্র অসবু ব্রহ্মাজী মশামক্না থম্মোয়দা কোন্দুনা স্মারণ তৌখ। ব্রহ্মা মশামক্না স্তোত্র শ্রীশঙ্করগী মাঙদা শকখি। মরম অহুনা মী পুম্নমক্না স্তোত্র আসগী গুণবু থিগদবনি, থিরগা

---

(*) শিবসম্প্রদায়গী মততা সংসারদগী অরানবা থুডম কংবা, পরমধাম, কৈবল্যধামদা য়ৌব হায়বসে ভগবান সদাশিবদা চঙজবা নত্তনা, মতোন্দা চঙজহুনা মাগী কৃপা কংবা নত্তনা থক ওইবা য়ারোই হায়রি। মরম অহুনা শৈব সম্প্রদায়গী শিব ভক্তশিংনা হায়রিবদি ব্রহ্মাগা সৃষ্টীশক্তি, বিষ্ণুগী স্থিতিরক্ষা শক্তি হায়রিবা শক্ত অনাসি শিব (মহাদেব)দা লোইনা আরোপন তৌব্রে। হাপচিনব্রে। অহুনা, মথোয়না হায়রি সংসারগী মায়াগী লাংবু ককথৎপা মাগুহনবা হায়বাসিবুনি সংহার তৌবা হায়-রিবসে। সংসার তৌবদি ব্রহ্মাবিষ্ণুগী মথো নত্তে। মথোয়দা লৈব শক্তি নত্তে। সংহার শক্তি লৈবা, মাহুবু লোইবা মীওনা সংহার তৌগদবনি। অহুনা ব্রহ্মাবিষ্ণুমক অবতার লীলা পুম্নমক অসিবু সংহার তৌশিনব্রবা অসি শিবজীনানি ব্রহ্মাবিষ্ণু মশামক্না নত্তে অসিনি। (কালাচান্দ)

ইদং পুণ্যং পবিত্রং চ সর্বদা পাপনাশনম । যোগদং মোক্ষদং চৈব স্বর্গদং তোষদং তথা ॥১৭২॥
এবমেতৎ পঠন্তে চ একভক্ত্যাতু শঙ্করম । যা গতিঃ সাংখ্যযোগনাং ব্রজন্ত্যেতাং গতিং তদা ॥১৭৩॥
স্তবমেতং প্রযত্নেন সতা রুদ্রস্য সন্নিধৌ । অব্দমেকং চরেৎ ভক্তঃ প্রাপ্নুযাদীপ্সিতং ফলম্ ॥১৭৪॥
এতৎ রহস্যং পরমং ব্রহ্মণো হৃদি সংস্থিতম । ব্রহ্মাপ্রোবাচ শক্রায় শক্র প্রোবাচ মৃত্যবে ॥১৭৫॥
মৃত্যুঃ প্রোবাচ রুদ্রেভ্যো রুদ্রেভ্যস্তণ্ডিমাপ্নবৎ। মহতা তপসা প্রাপ্তস্তণ্ডি ব্রহ্মসদ্মনি ॥১৭৬॥
তণ্ডিঃ প্রোবাচ শক্রায় গৌতমায় চ ভার্গবঃ । বৈবস্বতায় মনবে গৌতম প্রাহ মাধব ॥১৭৭॥
নারায়ণায় সাধ্যায় সমাধিষ্ঠায় ধীমতে । যমায় প্রাহ ভগবন সাধ্যো নরায়ণোঽচ্যুত ॥১৭৮॥
নচিকেতায় ভগবানাহ বৈবস্বতো যমঃ । মার্কণ্ডেয়ায় বার্ষ্ণেয় নাচিকোৎভ্যভাষ ॥১৭৯॥
মার্কণ্ডেয়াম্ময়া প্রাপ্তো নিয়মেন জনার্দন । তবাপ্যহমমিত্রঘ্ন স্তবং দদ্যাং হ্যবিশ্রুতম ॥১৮০॥
স্বর্গ্যমারোগ্যমায়ুষ্য ধন্যং বেদেন সম্মিতম । নাস্য বিঘ্নং বিকুর্বন্তি দানবা যক্ষরাক্ষসাঃ ।
পিশাচা যাতুধানাবা গুহ্যকাভুজগা অপি ॥১৮১॥

---

মুকস্থ শঙ্কদবনি ।১৭১॥ স্তোত্র অসে থোইদোক্লা শেংব্রবনি । পুন্যচেন্নবা স্তোত্র অসে থোইদোক্লা শেংব্রবনি । পুন্যচেন্নবা স্তোত্রনি । মতম পুম্বা পাপবু মাঙহনবা ঙম্বা স্তোত্রনি । মাসিনা যোগ, মোক্ষ, স্বর্গ, সন্তোষ (ঙমখৈ লৈতনা পেঙবা) অসিনচিংবসিবু পী ॥১৭২॥ অতোপপা বিষয় অম খন্নবা, মী মহাক অহুনা ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়ননা স্তোত্র অসিবু পাঠতৌরবা মী মহাক অহুদি সাংখ্য পণ্ডিতশিংনা কংখিবা পদবী (ধাম) অহুবু লায়না কংঙি ॥১৭৩॥ অহুগুম্বা মীমহাক অহুনা ভগবান শঙ্করগী মূর্তিগী নাক্ত কুন্দুনা স্তোত্র অসবু থরায় হকচাং অমত ওইনা থীহুনা চহী অম মুপ্পা থীহুনা শ্রীশঙ্করবু থাহল্লবদ মহাক্লা নীংবা পূর্ণমক থুংঙি ।।১৭৪। অথুপ্পা অরোনবা তত্বনা তিল্লবা স্তোত্র কিন্নবা স্তোত্র অসে ব্রহ্মাগী থম্মোয়দা তত্তনা তুংহুনা লৈবিরম । হায়রবদি তত্তনা নীংশিংহুনা লৈরিবনি । ব্রহ্মানা স্তোত্র অসি ইন্দ্রদা অহুগা ইন্দ্রনা মৃত্যুদা তাহনখি তম্বিখি ।।১৭৫॥ মৃত্যুনা একাদশরুদ্রদা অমুক তাহনখি তম্বিখি । রুদ্রশিং অহুদগী কাহৈনথদা তণ্ডিনা কংখিবনি । তণ্ডি মুনিনা মাসিবু কংখিবস্থ মহাক্লা মতম কুইনা ব্রহ্মলোকত মহাক্লা তৌখিবা অকনবা তপস্যা অহুগী মহৈনমি ।।১৭৬॥ মাধব । কৃষ্ণ । তণ্ডিনা শুক্রদা, শুক্রনা গৌতমদা বৈবস্বত মনুদা তম্বিখি ।।১৭৭॥ বৈবস্বত মনুনা স্তোত্র আমদ ধ্যান সমাধিদা পুক্নীং চঙহুনা লৈরবা, মহাজ্ঞানী ওইরবা নারায়ণ কৌবা কনাগুম্বা সাধ্যদেবতা অমদা পীখি । ধর্মগী লম্বীদা লুপ্পুনা লৈরবা, জ্ঞানী ওইরবা নারায়ন কৌবা সাধ্যসিনা স্তোত্র অসিবু যমদা পীখি ॥১৭৮॥ বৃষ্ণিনন্দন । জনার্দন । ঐশ্বর্য লৈরবা যমনা নাচিকেতদা, নাচিকেতনা মার্কণ্ডেয়দা তাহনখি তম্বিখি ।।১৭৯॥ মধুসূদন । জনার্দন । মার্কণ্ডেয়দগী নিয়ম কায়দনা ঐনা স্তোত্র অসবু কংখি । স্তোত্র অসি হৌজিক জগৎ থুংবা অহুক য়ায় চৎত্রিভৈদা ঐনা জনার্দন নঙোন্দা অমুক তাহল্লবসিনি ॥১৮০॥ থেক্নী

যঃ পঠেৎ শুচিঃ পার্থ ব্রহ্মচারী জিতেন্দ্রিয়ঃ। অভগ্নযোগো বর্ষংতুসোহশ্বমেধফলংলভেৎ ॥১৮২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্ত্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং অনুশাসন পর্ব্বনি দান ধর্ম পর্ব্বনি মহাদেবসহস্রস্তোত্রে সপ্তদশোঽধ্যায়ঃ

---

মন্ত্রগা মান্নরবা স্তোত্র অসে স্বর্গ, আরোগ্য (নাদয়েক্তবা) আয়ু (পুনশি) অহুগা লন্থুম কৌ চেঙ পী। স্তোত্র অসিবু থীরবদি হিংচা য়াইতম্বা, ভূত প্রেতনা, গুহ্যক নাগ (লিলশিং)না করিগুম্বা খুদোংথীবা অমদি উপদ্রব অমতা পীবা ঙমদে ॥১৮১। শ্রীকৃষ্ণনা হায়ঃ—কুন্তীনন্দন ! মহারাজ, যুধিষ্ঠির ! মমুং মপান তরু তরুনা, অমকপা য়াওদনা, ব্রহ্মচর্য্য পালন তৌদুনা, ইন্দ্রিয় খুদুম চন্দুনা চহী অম চুপ্না শিব সহস্রনাম স্তোত্র অসিবু পাঠ তৌরবদি অশ্বমেধ যজ্ঞগী ফল ফংঙি ॥১৮২॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামদা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অনুশাসন পর্ব্বদা দান ধর্ম্ম পর্বদা মহাদেব সহস্রনাম স্তোত্র বর্ননগী তরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—:(*):—

# মণিপুরী মহাভারত

## অষ্টাদশোঽহ অধ্যায়

### (শ্রীকৃষ্ণনা ভগবান সদাশিবগী মহিমা বর্ন তৌবা, মহাদেবগী কৃপা ফংবা)

### তরানিপাল শুবা অধ্যায়ঃ

—:×:—

### বৈশম্পায়ন উবাচ

মহাযোগী ততঃ প্রাহ কৃষ্ণ দ্বৈপায়ণঃ মুনিঃ। পঠস্ব পুত্রভদ্রংতে প্রীয়তাং তেমহেশ্বরঃ ॥১॥
পুরা পুত্রময়ামেরৌ তপ্যতা পরমং তপঃ। পুত্র হেতো মহারাজস্তবএষোঽনুকীর্তিতঃ ॥২॥
লব্ধবানাপ্সিতান্ কামনিহং বৈপাণ্ডুনন্দন। তথাত্বমপি শর্বাদ্ধি সর্বান কামানবাপ্স্যাসি ॥৩॥
কপিলশ্চ ততঃ প্রাহ সাংখ্যর্ষিদেবসম্মতঃ। ময়াজন্মান্যনেকানিভক্ত্যা চারোধিতো ভবঃ ॥৪।
প্রীতশ্চ ভগবান্ জ্ঞানং দদৌ মম ভবান্তকম। চারু শীর্ষস্ততঃ প্রাহ শক্রস্য দয়িতঃ মখা।
আলম্বায়ন ইত্যেবং বিশ্রুতঃ করুণাত্মকঃ ॥৫॥

---

বৈশম্পায়ননা হায় জনমেজয়! অত্থগী তুংদা মহামুনি কৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসনা যুধিষ্ঠিরদা অসুমা হায়খি ইবুঙো যুধিষ্ঠির! নহাক্কী মঙ্গল ওইসনু। নহাকন্না স্তোত্র অসে পাঠ তৌ। অহুম তৌরবদি সদাশিব শঙ্করনা নঙোন্দা ওস্থোক্না পেনবিনি ॥১॥ ইবুঙো! নিংথৌ! মমাঙৈগী বানি। ঐনা ঈচা কংগে হায়বগীদমক মেরুচীংথক্তা যায় কম তপস্যা তৌখি। ঐনা হৌজিক হায়রিবা স্তোত্র অসে হয় হয়া থীত্থনা সদাশিবগী পেন্নবগীদমক্ত অকনবা তপস্যা তৌখি ॥২॥ পাণ্ডুনন্দন! ইবুঙো! যুধিষ্ঠির! স্তোত্র অসিগী মহিমা অমদি শক্তিদগী ঐনা নীংবা, অপাম্বক্ত ফংখি। অত্থনা নহাকন্না স্তোত্র অসি থীরগা মহাদেবগী কৃপাদগী নংমা পাম্নিবদো লোইনা লায়না ফংবা ওমগনি ॥৩॥ অত্থগী তুংদা সাংখ্যগী আচার্য্য কপিলনা অসুমনা হায়রকই ঐনসু মপোক্ কয়ারক ভক্তিগা লোয়ননা ভগবান্ সদাশিবগী আরাধনা তৌখি। ঐগী তপস্যা অত্থদা পেনবিত্থনা সংসারগী অরাবা অকিব পুম্ব কোক্ল-নীংঙায় ওইবা সাংখ্য জ্ঞান হায়বত্থ পীনবিখি ॥৪॥ অত্থগী তুংদা ইন্দ্রগী চায়রবা মরূপ ওইনা লৈবা অলেম্বয় গোত্রীয় ( আলম্বগী গোত্রদা পোকপা ) আমলম্বায়ন অসুম হায়না ফাওরবা অত্থগা থাংগৈশেংবা নিংদি

মহাগোকর্ণ যাসাস্থ তপস্তপ্ত্বা শতং সমাঃ ।
অযোনিজানাং দান্তানাং ধর্মজ্ঞানাং সুবর্চসাম্ ॥৬॥
অজরাণাং মতুঃ খানাং শতবর্ষসহ স্ত্রিনান্ ।
লব্ধং পূত্রশতং শর্বাৎ পুরা পাণ্ডুনৃপাত্মজ ॥৭॥
বাল্মীকিশ্চাত্র ভগবান্ যুধিষ্ঠির মিদং বচঃ ।
বিবাদে সাগ্নিমুনিভি ব্রহ্মঘ্নো বৈভবানিতি ॥৮॥
ভক্তঃ ক্ষণেন চাবিষ্টস্তেনা ধার্মণ ভারত ।
হে হচর্মীশানমন ঘমযোষং শরণ গতঃ ॥৯॥
মুক্তশ্চাস্ম ভক্তঃ পাপৈস্ততো দুঃ খবিনাশনঃ
আহ মাং ত্রিপুরশ্চাচর যশস্তেগ্র্যং ভবিষ্যতি ॥১০॥
জামদগ্নাশ্চ কেন্তেয়ামদং ধর্মভৃতাং বরঃ
ঋষিমধ্যোস্থকঃ প্রাহ জলাগ্নিবাদবাকয় ॥১১॥

---

পাণ্ডুনন্দন ! যুধিষ্ঠির ! মমাত্তেদা ঐবা গোকর্ণ তীর্থদা চহুনা চহী চামচুপ্পা তপস্যা তৌহুনা-ভগবান্ সদাশিব মহাদেবব্ পেলহনবি । মহুদগীদ মহাকী কৃপাদগী—ঐ ঈচাচাম কংখি মথেয়শিং অজুনি যোনিদগী পোকপ্পা অমত রাওদে । ইন্দ্রিয় থুহুম চনবা, ধর্ম—তত্ত্ব খঙবা মক্তনি । মহুং মপানুগী তেজ কল্লবা মক্তনি । অহল ওইবা নাইদবা উপা থুইজিন্দবা, মপা মপাদা অন্নং অনা নৈতবা মক্তনি । অদুগা অমমগ্না চহী লাখ অমসম পুরবিবা মক্তনি ॥৬-৭॥ অহগীতুদা ভগবান্ বালমীকি কৌবনা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরদা অস্তুম্না হায়রকই—মমাত্তেগী রানি, নোংমা অগ্নিহোত্রী মুনশিংগা ঐপা য়েৎনথি, শাস্ত্রার্থ তৌমখি । মাহুদা মথোয়না শাউহুনা ঐত্তেন্দা নহাক ব্রহ্মহত্যা তৌবা মীশক অম ওইয়ু হায়না শাপ তৌখি মথোয়না অস্তুম্না ঐত্তোন্দ শাপ হেক তৌবহুদা ঐ অসি মাকুপ্তা ঐ হকচাং আস ব্রহ্মহত্যা তৌরুবগী পাপ দোষগী লাক্ষণ ( খদম ) মক্তনা পীথনখি মহুদগী ঐনা পাপ পুম্নমক কোকপিহৈবা, মপাদা পাপকী শরুক যাওত্রবা অমাত্ত মক্তা নৈহবা শাক্তপুরবা ভগবান সদাশিবগী শরণ ( আশ্রম ) দা চত্তখি । মহাকী থৌজান্দগী ব্রহ্মহত্যাগী পাপ দোষগী হকচাং নৈরম্বা লক্ষণ পুম্বা কোকখি । অদুদগীদি অতাবা কোকপহৈবা ত্রিপুরারি রুদ্রনা ঐত্তোন্দা নহাক চাউয়বা মিংচৎ কংগনি অস্তুম্না হায়বিখি ॥৮—১০॥ অদুগী তুংদা ধর্মত্মা ওইরবশিংগী মপুংদা খুইদগী অথোইবা জমদগ্নিনন্দন পরশুরামজনা মুনিশিং অদুগী মরক্তগী হৌগংলকুনা, মশেক্পা মুমিংকী মত্তোপ্তম পুমলং, লাংনা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরদা অস্তুম্না হায়রকই ॥১১॥ খুইদগী অহল পাণ্ডব, যুধিষ্ঠির ! নিংথৌ ঐ অসে ঈয়াম্নবক্তা অস্তুম

পিতৃবিপ্রবধেনাহ মার্ত্তোবৈ পাণ্ডবাগ্রজ।
শুচিভূত্বা মহাদেবং গতোহস্মি শরণং নৃপ ॥১২॥
ন মভিষ্টচাস্তবং দেবং ভতস্তষ্টোহি ভবংভব:।
পরশুংচতভো দেবোহি দীব্যস্ত্রাণি চৈবমে ॥১৩॥
পাপং চ তেন ভবিতা অজেরশ্চ ভাবিষ্যানি।
নতে প্রভাবিতা মৃত্যু রজরশ্চ ভবিষ্যসি ॥১৪॥
আহ মাং ভগবা শিখণ্ডী শিববিগ্রহ:।
ভদবপ্তং চসেসর্বং প্রসাদা অস্য ধীমত: ॥১৫॥
বিশ্বামিস্তদোবাচ ক্ষাত্রয়োহং তদা ভয়ম্।
ব্রাহ্মনোহং ভবানীতি ময়াচারাখ্যিতো ভব: ॥১৬॥
তৎপ্রসাদাম্মধা প্রাপ্তং ব্রহ্মণ্যং দুলর্ভ মহৎ।
অসিতো দেবলশ্চৈব প্রাহ পাণ্ডুবৃতং নৃপম্ ॥১৭॥
শাপাচ্ছক্রস্য কৌন্তেয় বিভো ধার্মাহনশর্ত্তদা।
তস্মে ধর্মং যশ্চাগ্রায়ু শৈবাদদৎ প্রভু: ॥১৮॥

---

খোকত্ত তমখিবনা ঈপাশক্রবা ঈয়াশ্বাশংবু হাৎলবনা পিতৃবধ ব্রাহ্মনবধগী পাপমক্তনা ঈশাদা পুমথন থমথি। মাহুত্তবদা ঐ খোইদোক্লা রাখ অতদগী ঐনা মহাদেবগী চরণদা আশ্রয় ওইনা চঙখি। ঐনা রুদ্র দেবগী স্তুতি তৌখ ঐগী স্তুত অদু তাবনা মহাদেবনা ওহ্নোক্লা পেনবাখ। মতম অদুদা মহাদেবনা পেনাখহনা ঐঙোন্দা শাংঙং পীবখ। মহু পীনা পানা নহাক পাপ পুম্নমক্তগী কোক্ল-গান অসুম্না হায়বিখি। নহাক লান্দা কনা অমতনা ঙমদবা ওহসমু নঙোন্দা মৃত্যুনা কারমত চঙবা ঙমলোই। নহাক অজর অমর ওগান হায়না ঐঙোন্দা বর পীবিখ।।১২–১৪।। মতৌ অসুম্না মঙ্গলগী মশক ওইরবা মহাদেবনা ঐঙোন্দা পীবিখবা বরশিং অদু ঐনা লোইনা কংজখি। অদুগী মতুং হন্না থবক পুম্নমক ঐঙোন্দা লোইনা থোকাখ।।১৫।। অদুগী তুংদা বিশ্বামিত্রনা অসুম্না হায়খি নিংথৌ। যুধিষ্ঠির! ঐ অসে অহানবদা ক্ষাত্রয় ওইরম্লে। অদুবু ঐনা ব্রহ্মনত্ববু কংনবগীদমক মহাদেবগী তপস্যা মতম কুইনা তৌথ। মতুংদা মহাক্কী কৃপাদগী ঐ ব্রাহ্মণত্ব কংখি। চাননা ব্রাহ্মণ ওইখ্রবাসে।।১৬।। অদুগী তুংদা অসিতদেবননা পাণ্ডুকুমার যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হায়রকই নিংথৌ! যুধিষ্ঠির! ঐ অসে ইন্দ্রগী শাপতগী ধর্ম পুম্নমক মাঙরবনি। ধর্মগী রাখল পুম্নমক মাঙরবনি। অদুদগী ভগবান মহাদেবগী কৃপাদগী ধর্ম মিক্তৎ, অদুগা কুইনা পুনশিবা অসি পুম্নমক আস কংজখি।।১৭–১৮।। অদুগী তুংদা ইন্দ্রগী চায়রবা মরূপ, বৃহস্পতিমক্তা মায়রবা, মুনি অথোইবা ভগাবান গৃৎসমদনা অসুম্না অজমীঢ়বংশগী

ঋষির্গৃৎসমদো নাম শক্রিস্য দয়িত সখা।
প্রাহাজমীঢ়ং ভগবান্ বৃহস্পতিসমদ্যুতিঃ ॥১৯॥
বরিষ্ঠোনাম্ ভগবাংশ্চাক্ষুষস্য মনোঃ সুতঃ।
শতক্রতোরযতস্তস্য সত্রে বর্ষসহস্রিকে ॥২০॥
বর্ত্তমানেঽব্রবীৎ বাক্যং সম্যগুচ্চরিতে ময়া।
রথন্তরে দ্বিজশ্রেষ্ঠ নসম্যগিতি বর্ত্ততে ॥২১॥
সমীক্ষস্ব পুনর্বুদ্ধ্যা পাপং ত্যক্ত্বা দ্বিজোত্তম।
অযজ্ঞবাহিনং পাপম কার্ষীস্তং সুদুর্মতে ॥২২॥
এবমুক্ত্বা মহাক্রোধঃ প্রাহ শম্ভুঃ পুনর্বচঃ।
প্রজ্ঞয়া রহিতো দুঃখী নিত্য ভীতো বনেচরঃ ॥২৩॥
দশবর্ষ সহস্রানি দশাষ্টৌচ শতানি চ।
নষ্টপর্ণীযবনে মৃগৈরন্যৈশ্চ বর্জ্জিতে ॥২৪॥
অযজ্ঞৈ যদ্রুমেদেশে রুরুসিংহনিষেবিতে।
ভাবিতা ত্বং মৃগঃ ক্রূরো মহাদুঃখসমন্বিতঃ ॥২৫॥

---

যুধিষ্ঠিরদা অসুম্মা হায়রকই চাক্ষুষমনুগী মচা অদু ভগাবান বরিষ্ঠ হায়না কাওরবা মুনি অম ওইরম্মি। মতম অমদা হায়নীংগাই লৈত্রবা শক্তিনা মচকী শইরবা ইন্দ্রগী যজ্ঞগী অনুষ্ঠান অম তৌখি। যজ্ঞ অদু চহী লিংশিং চুপ্পা চথরম্মি যজ্ঞ অদুদা বেদগী রথন্তর কৌবা শককী পাঠ অদু তৌরম্মি। ঐ ঈশামক্না রথন্তর পাঠ তৌরকপা মতমদা বরিষ্ঠ কৌবা চাক্ষুষমনুগী মচা ঐভোন্দা অসুম্মা হায়রখি— ব্রাহ্মণ! সামবেদগী নহাক্না তৌরিবা রথন্তর অদু চুমদ্রে ॥২০–২১॥ ব্রাহ্মণ! পাপনা থল্লবা নহাকী পাঠ অসি অমুক তৌথাখিগে হায়না খল্লিবা পাপকী রথপ অমো থাদোকুনা নংনা নহাকী বুদ্ধিনা বিচার তৌহনা য়েংঙু। পুক্চেল কত্রবা নাক্না তৌবা পাপ কর্মনা যজ্ঞ অসি মপুং কাদ্রেদো। কারণদ্রে, নংনা তৌরিবা পাপ অদুনা মরম ওইহনা যজ্ঞ অসি পুমাংগ মাংহল্লেদো ॥২২॥ অসুম্মা হায়দুনা মহা শাউ-গল্লবা বরিষ্ঠনা ভগবান শঙ্কর রেমদা য়েংদুনা অসুম্ম হায়রকই— নহাক চহী লিশিং তরানিথোই চানি-পাল চুপ্পা, ঈশিং, মুংশিং অমত লৈতবা, শঙ্গী, শঙাইনাচংবা অমত লৈতবা, তমথিরবা জীবনা থল্লবা সংসারসিগী মনুংদা চাক্লবা ওমথিরবা বনদা, যজ্ঞগী কাষ্ঠ ফাওবা ওইবদা মতীক চাত্রবা উমক্তনা থল্লা চৌরবা অদুগুম্ব পাপচাউরবা শূক্লবা বনদা লৈদুনা, অফ ফতবগী নবুদ্ধি কঞ্চমত থওহদনা, অরাবত্তনা নন্দুনা মরমচৎ কত্রবা অদুগা কিগল্লবা হিংসা তৌবা শাগী মপোক্ত পোক্তুনা থন্নদা হংগৎ হন্দা চত্তুনা লৈয়ু। ২৩-২৫। কুন্তীনন্দন! মহাক্না তৌরিবা শাপকী রাহৈশিং অসিনা হেক লৌথিবদা ঐ অসি

তস্যাত্তাকাস্য নিধনে পার্থ জাতো হ্যহং নৃগঃ। ততো মাং শরণং প্রপ্তং প্রাহ যোগী মহেশ্বরঃ ॥২৬॥
অজরশ্চামরশ্চৈব ভবিতাহং খবর্জিতঃ। সামাস্ত তেসৌখ্যং যুবয়োর্বদ্ধতাং ক্রতুঃ ॥২৭॥
অস্য প্রহানেবমেষ করোতি ভগবান্ বিভুঃ। পাবুং ধাতাবিধাতা চ সুখদুঃখেচ সবদা ॥২৮॥
অচিন্ত্য এষ ভগবান্ কর্মণা মনসা গিরা। নমে যুধিশ্রেষ্ঠ বিদ্যয়া পণ্ডিতঃ সমঃ ॥২৯॥
বাসুদেবস্তদোবাচ পুনর্মাং ভগবতাং বরঃ। সুবর্ণাক্ষোমহাদেবস্তপসা তোষিতোময়া ॥৩০॥
ততোহথ ভগবানহ প্রীতোমাং বৈ যুধিষ্ঠির। অর্থাৎ প্রিয়তরঃ কৃষ্ণমৎপ্রসাদাৎ ভাবিষ্যসি ॥৩১॥
অপরাজিতশ্চ যুদ্ধেষু তেজশ্চৈবানলোপসম্। এবং সহস্রশশ্চান্ মহাদেবো ধরং দদো ॥৩২॥
মণিমন্থেহথ শৈলোবৈ পুরা সম্পূজিতো ময়া। বর্ষযুত সহস্রং শতমেব চ ॥৩৩॥
ততো মাংভগবান্ প্রীত ইদং বচনমব্রবী। বরং বৃণীষ্বভদ্রং তে যস্তমনসি বর্ত্ততে ॥৩৪॥

---

ওন্থোক্ত তমখিরবা শা অমম্থি। অচুদগী অতৈ উপায় অমতখিব খওদ্রগুনা মহাদেবগী আশ্রয়দা চঙ-জখি মতম অচুদা মহাযোগী মহাদেবনা ঐঙোন্দা অসুম্মা হায়বিখি ॥২৬॥ মুনি! অজর অমর ওইহুনা অরাবা করিঅমত কংদবা ওইয়ু। নহাক ঐগা হীরম পুম্নমক্কা মায়বা ওইয়ু। অসিত দেবল! নখোয় অনীমক যজমান অমদি পূবেচিতকী থবক তৌহুনা লৈবা ওইয়ু। যজ্ঞ পুজা পুম্বা চাওখৎ-হনবা মীশক ওইয়ু ॥২৭॥ অসুম্মা সর্ব্বব্যাপী (মফম পুম্বদা শীনথুংনা লৈঙবা) মহাদেবনা মঙোন্দা চঙজবা পুম্নমক্কা আশ্রয় ওইহুনা লৈ। জীব পুম্নমকী অবা অনা কোকপিহনা লৈবি ॥২৮॥ যুধিষ্ঠির! লাজকমগী অখোইবা অকনবা ওইবা! খঙননীঙাই ওইদবা শক্তিনা মহাকী ওইবা ভগবান মহাদেব হায়হসে খারায় হকচাং পুক্নীং ইন্দ্রগী পুম্নমক চঙহুনা পুজা তৌননীঙায়নি। মহাকপু আরাধনা তৌবগী মহৈ হায়ববু খুদম ওইনা হায়রবদা ঐ অসে হৌজিক অমগা চাংদমনবা য়াদবা ঙৈরবা পণ্ডি অম ওইবা হুমজরিবসিনি ॥২৯॥ মতম অচুদা বুদ্ধিমান ওহবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী অখোইবা কৃষ্ণনা অসুম্মা হায় রকই ঐনা অচুঙবা খোইদোক্না নীংশিজরবা অঙ্গ নেত্র পুম্বা খোইদোক হেন্দোক্না জকরবা মহাদেববু ঐনা ঐগী তপস্যানা পেলহনখ ॥৩০॥ যুধিষ্ঠির! ভগবান সদাশিবনা পেনবিহুনা ঐঙোন্দা অসুম্মা হায়রবিখি কৃষ্ণ! নহাক অসে ঐহাকী পোৎ পুম্নমক্কগী খোইদোক হেন্দোক্না ঐগী চান্নবা ঐনা পামজবা মীশক অম ওইগনি। নহাক লান্দা কনা মনতগী মখুত্তা মায়থীব কংলাই! নহাক অমনা খাঙমদবা মৈগী মতৌগুম্বা তেজ পুগনি ॥৩১॥ মতৌ অসুম্মা মহাদেবনা অমত নত্তনা বর লিশিং অম ঐঙোন্দা পীরিখি। মমাঙৈদা ঐনা ঐগী অতোপ অতোপ্পা অবতারশিংদা মনিমন্থ কৌবা চীংগী চীংয়োন্দা চহী কোটি করা মহাদেবগী ধ্যান তপস্যা তৌখি। মহুদা পেনবিখিহুনা ভগবান মহাদেবনা ঐঙোন্দা অসুম্মা হায়রবিখি কৃষ্ণ। মঙ্গল ওইয়ু! হৌজিক নহাক নহাকী অপাম্বা বর অমতং নিয়ু ॥৩২—৩৪॥

ততঃ প্রণম্য শিরসা ইদং বচনমব্রুবম্। যদি প্রীতো মহাদেবো ভক্ত্যাপরময়া প্রভুঃ ॥৩৫॥

নিত্যকালং তবেশান ভক্তি র্ভবতু মেস্থিরা। এবমস্ত্বিতি ভগবাংস্তত্রোক্ত্বান্তরধাযত ॥৩৬॥

জৈগীষব উবাচ

মমাষ্টগুণমৈশ্বর্য্যং দত্তং ভগবতা পুরা। যত্নেনান্যেন বলিনা বারাণস্যাং যুধিষ্ঠির ॥৩৭॥

গর্গ উবাচ

অদুদা খোইবা পেনবিরবা মহাদেবনা অসুম্না হায়রকই কৃষ্ণ। জনার্দ্দন! মহাক্কী পূক্নীংদা, অমদি খম্মোয়দা লৈখিবা শপাখ্নদো করিনো হায়ু। হেক পাম্ব বর অদু নিযু পীগে ॥৩৪॥ অদুগুম্না কৃপা তৌখিবগী মতাং অদু তাবদা ঐনা খুৎ লোম্নদুনা ঈকোক খোম্ন মহাদেব মোমদা ওক্লিন্দুনা অসুম্না হায়খি সদাশিব। হে শঙ্কর। ঐবু পেনবি মুংশিবিরবদি নহাক্কী নকমদা ঐগী লেত্তরবী ভক্তি হায়বদু ওইহনবিয়ু। মাদু তাবদা ভগবান মহাদেবনা "কে, মাদুমক ওইরসনু" অসুম্না হায়রগা খুদক্ত অন্তর্ধান কখি, মাঙথোকখি। ॥৩৫-৩৬॥ জৈগীষব্যনা হায়রকই যুধিষ্ঠির! মমাঙৈদা ঐনা তৌখিবা তপস্যা ব্রত অদুদা পেনবিরবা মহাদেবনা ঐঙোন্দা অনিমা গরিমা মচিংবা অষ্টসিদ্ধি (সিদ্ধি নিপাল) পীবিখি ॥৩৭॥ গর্গনা হায়রকই পাণ্ডুনন্দন! ঐনা মমাঙৈদা সরস্বতী তীর্থগী তোর্ব্বান্দা মানস যজ্ঞ তৌদুনা ভগবান সদাশিববু পেনহনখি। পেনবিরবা মহাদেবনা ঐঙোন্দা কলাবিদ্যা হুম্ফুমরিগী জ্ঞান পীনখি। ব্রহ্মবাদী ওইবা ঈগালিশিং অমসু পীবিখি। ঈচাশিং অদুগা লোয়ননা চহী লিশিং তরা পুনশিনবগী

টীকা-অবতারশিং অদুদা থোকৃখিবা থোদোকশিং অদুসু ওয়াংত থোকখিবগুম্, মঙতমগুম তম্লি। আধ্যাত্মিক বিচাররোমদা হায়রবদি থোইনা চিংননীঙাই লৈতে। আত্মানা তাইবং দেহশিংদা চঙঙকপসি কাখৎপা নত্তে কুমথরকপনি। নিরাকারনা সাকার ওইরকপসি অবতরণ (অবতার) হায়বদুনি। আরোহন (কাখৎপা) নত্তে। অবরোহন (অবতরন) কুমথরকপনি। অর্থ অমরোমদা অমুক হায়রগা হম্বা দেহ লখা মরিক্কুমরিদা চঙচঙদুনা পোকউবদগী হন্দক্ত তাইবং মীগী হকচাংদা অমুক কাখৎলকৃপা অসি অবতরণ নত্তে। আবোহননি নহালমুক্কী মপেক কয়া কয়ানা থোকখিব থোদোকৃপু মথং তমথোরকপসি ব্রহ্মা মহেশ্বরনচিংবা দেবতাশিংনা তমথোরক্কদবা নত্তে। মতাং অসিদা আত্মা মশানা শাকার ওইনা কৃষ্ণ কৌবা হকচাংদা চঙদুনা নহালমুক্কী মপোক্ত তৌরু তৌরুবা কর্মবু তমথোরক্তুনা তাহংবনি। মতাং অসিরাইদা মহাদেব মশানসু হায়রি ঐনা থ্বাইদগী পামজবা মুংশিজবা হায়বসি কৃষ্ণ নহাক্তনি হায়রি। দাসিগী মমুংদা লৈম্নিবা ভাবতি অতৈ পোশক অমত্ত পামদনা নীংথবা কজবা পূম্বা পামদদুনা উমুল মাইমুল তৈত্তুনা সন্ন্যাসী ওইরব মহাদেবনা থ্বাইদগী হেম্না পমবা হায়বা মহাদেবগী বচন অসি নৈননীঙায়নি

(কালাচাঁদ)

চক্ষুঃষ্যং ত্র্যম্বকবৎ কলাজ্ঞানং সমস্তুতম্ । সর্বস্বত্যাস্তটৈস্তুষ্টো মনোযজ্ঞেন পাণ্ডব ॥৩৮॥
তুল্যং মমসহস্রাস্তু সুতানাং ব্রহ্মবাদিনাম্ । আয়ুশ্চৈব সপুত্রস্য সংবৎসরশতাবৃতম্ ॥৩৯॥

পরাশর উবাচ

প্রসাদেয়হ পুরা শর্ব. মনসা চিন্তয়ং নৃপ । মহাতপামহাতেজা মহাযোগী মহাযশাঃ ॥৪০॥
বেদব্যাসঃ শ্রিয়াবাসো ব্রাহ্মণঃ করুণান্বিতঃ । অপ্যসাবীপ্সতঃ পুত্রো মমস্যাৎবৈমহেশ্বরাৎ ॥৪১॥
ইতি মত্বাহ্যদিমতং প্রাহমাং সুরসত্তমঃ । মরিসম্ভাবনা যাস্যাঃ কলাংকৃষ্ণো ভবিষ্যতি ॥৪২॥

---

বরম্ পীবিখি ॥৩৮-৩৯॥ অসিগী তুংদা পরাশরনা হায়রকহ নিংখৌ । যুধিষ্ঠির । মমাঙ্গেদা ঐনা মহাদেবগী পেন্নবগীদমক্ত তপস্যা তৌবা মতমদা পুক্নীংদা ঐনা থনখিবা হায়বা ঐনা তৌরিবা তপস্যা-সিদা পেনা বিখিহনা মহাদেবগী কৃপাদগী মহাতপস্বী মহাতেজস্বী মহাযোগী, মহাযশস্বী (মিংচৎ চাওবা), দয়ালু (খোজাল হৈবা) সম্পাত্তিনা তিক্কবা ব্রহ্মানষ্ঠ (ব্রহ্মজ্ঞানদা পুক্নীং চঙবা) ওইবা বেদব্যাস কৌবা ঈচা অম পোকচগে অসিনি*(ক) ॥৪০ ৪১॥ ঐগী অদুগুম্বা আশা অমাদ অপাম্বহু অন্তর্যামী ওইবা

---

( (* পরাশরনা মহাদেবদা বর নিবা মতমদা বেদব্যাস কৌবা ঈচা অম পোকচগে হায়বগী মতাং অসিদা হংনিংবা চিংনিংবা হায়ববু মচা পে কত্রিঙৈনা হায় অপাম্বা মিংথোনবসি করম্বা ভাবতনো হায়বা আসতনি । অসুম চিংনবসিগী মতাংদা সমাধান তৌগদবা হায়ববু অসিতনি মাহুদি "বেদব্যাস" চায়বসিমক্কা মাগী মিং ওইবা হায়বা নত্তে । ঈচাহুনা নিংখৌ ওহত্রবসু নিংখৌ হায়বা মিং অাস থোনগে ঈচাহুনা কামদেবগুম্ কওত্রবসু কামদেব শোনগে অসুম হায়না নোকানংবা পোক্না জ্ঞান ঈতাতানবনা থোক্নরিবসিগুম্না পরাশরনা পোকাত্রবা মচাবু বেদব্যাস হায়না থোক্নিংলিবসি বেদবু ব্যাস তৌত্রবসু তৌবা ওমত্রবসু বেদব্যাস থোনগে হায়না থনবা নত্তে । থাক্নৈ শোনমক অমত্ত বেদ (জ্ঞান)বু শরক মরিথোক্ন ব্যাস তৌরগা হাববদি, থায়দোক্লগা ঋক্কী ভাগ অমা যজুগী ভাগ অম সামগী ভাগ অমা অহুগা অর্থবগী ভাগ অমা অসুম্না থ্রাইনা মচা তানা খণ্ডনবা থায়দোকপা ওম্বা মচা অমা পোকচগে হায়না পোকত্রিঙৈনা তপস্যা তৌন তৌনা খনাখবনি । মহাদেবগী কৃপাদগী পোকখিবা মচা অহু পরাশরন নীংথবহুগী মতুংদা হম্না অহুম বেদবু ব্যাস তৌবা মীশক ওইথ । তৌখ্রিবা কর্মহুগী মতুং ইম্না পরাশরগী মচা অহু বেদব্যাস (বেদ থায়দোকপা) হায়না অহুম খণ্ডনখ্রে । তৌখোরাক্লবা কর্মহুগী মতুং ইম্না কর্মহুমক্না অহুম ওইখ্রবা মিং অহুনি থাক্নৈশোংবা মিংদি । হকচাংসিদা থোনবনি । আত্মাদা অমাদ জীবাত্মাসিদা থোনবা মিং নত্তে । জীবত্তি (হিংহুনা লৈ) হায়বদগী জীবদা (জীবাত্মা) হায়না অহুম আত্মাদা থোনজিনবহুগুম্বা কর্মতনা শাখিবা হকচাংসিদা থোমথা মিংসু কর্ম-কর্মহুগী মতুং ইম্না মরাইনা অহুম মরাকচবনি । থাক্নৈশোংব মীনমদবা মিংসু অহুনি । হেক পোকপদগী কর্মদি তৌনা তৌবা পোক

সাবর্ণস্য মনোঃসর্গে সপ্তর্ষিশ্চ ভবিষ্যতি। বেদানাংস চৈববক্তা কুরুবংশকরস্তথা ॥৪৩॥
ইতিহাসস্য কর্ত্তাচ পুত্রস্তে জগতোহিতঃ। ভবিষ্যতি মহেন্দ্রস্য দয়িতঃ সমহামুনিঃ ॥৪৪॥
অজরশ্চামরশ্চৈব পরাশর সুতস্তব। এবমুক্ত্বাস ভগবাংস্তত্রৈবান্তরধীয়ত ॥৪৫॥
যুধিষ্ঠির মহযোগী বীর্য্যবানক্লেশোহব্যয়ঃ।

মাণ্ডব্যউবাচ

অচোরশ্চোরশঙ্কায়াং শূলে ভিন্নো হ্যহংতদা ॥৪৬॥

ভগবান সদাশিবনা খণ্ডবিদুনা ঐভোন্দা অসুম্না হায়বিরকই মূনি! নহাক্না ঐগী ঊকমদগী তৌরিবা আশাদো থুংগনি। নহাক্না কংনিংলিবা নচাদো শোয়দনা ফংবা ওইসনু ॥৪২॥ সাবর্নিক মন্বন্তরগী মতমদা লাক্পা সৃষ্টি অদুদা নহাক্কী মচা অদো সপ্তর্ষিগী পদবী ফংদুনা সপ্তর্ষিগী মনুংচনগনি। অদুগা হৌজিক ওইরিবা বৈবস্বতমন্বন্তর অসিদনা মহাক অদু বেদ মরিমক্কী বক্তা, কৌরববংশবু হৌদোকপা (থোকহনবা) পুরান ইতিহাসগী রচয়িতা (অয়েংবা অইবা নিপা), জগৎকী অফবত থনবা, অদুগা দেবরাজ ইন্দ্রগী চান্নবা মরূপ মহামুনি অম ওইগনি। পরাশর নহাক্কী নচা অদো অজর অমর ওইগনি (*) যুধিষ্ঠির! অসুম্না হায়রবি তাকপিরম্লগা মহাযোগী, শক্তিশালী অমাঙ থতা লৈতবা, মশাদা কারগুম্বা বিকমর অমত লৈতবা ভগবান সদাশিব মাসি মফম অদুদগী থুদক্ত অন্তর্ধান ফংখি (মাংথোক্খি) ॥৪৩-৪৫॥ মাণ্ডব্য কৌবা

লবাদ ওমদবনিনা মিং অদুগী মতুং ইন্না চপ চাবা কর্মতৌরকপা ওইদনু হায়বগী আশাদা, পোক্লকপা লয়রগী মতুং ইন্না, শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা ময়েক থোক্লোক আস অসুম্না হৌকম থোকই হায়বদু য়েংদুনা থোম্লবা নাম করণ হায়বা সংস্কার অমা পুথোকখিবগনি। অহানবগী মপোক্তা জীবদুনা তৌরকপা কর্মদুগী মতুং ইন্না শাস্ত্রগী তত্ত্ব অমদি জন্মতত্ত্ব খঙবা পণ্ডিতশিংনা থোনাথব ভাক্তনি। অদুবু হন্দক্কী মপোক্কী কর্মনদি ফত্তবনিনা ইন্দ্র-মহেন্দ্র-দেবেন্দ্র হায়না হেক্ত থোনজিন্নপা ইন্দ্রমক্ম মহা ইন্দ্রমক্ম ধর্ম তৌবা ওমদে। অদুনদি অপাম অপাম্বা পণ্ডথোক্ত থোনজিনবা মিং ওইনথি। অদুনা জন্মতত্ত্ব শাস্ত্রগী মতুং ইন্ন থোনবা মিংনা জন্মপত্রিকা (কৌঠী কুঠী)দা অদুম লৈব্রে। মপা মমা লৈকোক্ লৈকায়না পণ্ডথোক্ত থোনজিনবা মিং অদুনা মরাম্না পণ্ডনবা চান্নবা মিং ওইনা অদুম মরৈব্রে। রাবনগী মচা অদু হেক পোক-

(*) পরাশরগী মচাবু অজর অমর ওইসনু হায়না মহাদেবনা পীরম্বা বর অসিগী ভাবার্থদি মতুংদগু ফনাগুম্বনা বেদগী ব্যাখ্যা তৌবা, অদুত নত্তনা, থাই ভাবুকশিংগী মমাঙদা অফরবা আসন অমদা ফমদুনা বেদ পুরাণ, ধর্মগ্রন্থ, মীমাংসা দর্শনাচিংবগী রারী অমদি তত্ত্ব ময়েক চুম্না ব্যাখ্যা তৌদুনা তাহনবা ভাবুকশিংবু পেলহনবা মহাক অদুবু ব্যাস অদুগা মহাক্কী আসন অদুবু ব্যাসাসন (ব্যাসগী ফমফম) হায়না অদুম কৌরগসনু হায়রবনি। বেদবু ব্যাস তৌরবনু, বেদবু ব্যাস তৌরম্বা নচাদুগী মঙোতকদুনা, মহুথশিন্দুনা বেদগী শাস্ত্রগী রারী তত্ত্ব ব্যাখ্যা তৌদুনা ভাবুকশিংবু তাহনবা মী অদু

তত্রস্থেন স্তুতোদেবঃ প্রাহ্মাংবৈ নরেশ্বর। মোক্ষপ্রাপ্স্যাসি শূলাচ্চ জীবিষ্যাসিসমার্বুদম্ ॥৪৭॥
রুজা মূলকৃতা চৈবন চতেবিপ্র ভবিষ্যতি। আধিভির্ব্যাধিভিশ্চৈব বর্জিতস্তুং ভবিষ্যাসি ॥৪৮॥

ঋাবিছুনা হায়রকই হিংখৌ! মাণ্ডব্য কৌবা ঐসে, হুরানবা মাওরুত্রবস্থ হুরাল্লি হায়না বিচার শঙনা লৌথিবদগী হুরানবগী দণ্ড কংছুনা ঐ অসে থৌরবা শাংলবা তাদোন মথক্ত কমহন্মুনা তানা লেংহুর-বনি। মতম অছুদা ঐনা তাদোম্বক্ত, ন কম কম্না মহাদেবগী স্তুতি তৌখি। তানা খিনজিন্নকপগী অরাবা চৈনা অছুবু খা ক্রক ক্রক চীক্না থাওছুনা মথেক মশোল কায়দনা শিবসহস্রনাম পাঠ তৌছুনা মহা-দেবগী স্তুতি তৌখি। মাছুদা মহাদেবনা পেনবিখিছুনা ঐতোন্দা অন্নম্না হায়খি ব্রাহ্মণ! নহাক্ তাদোন্দা কমহনবা হায়রা দণ্ড অসিদগী কোক্লনি। দণ্ডসিনগী নাম্বোক্লগনি। অছুগা চহী কোটি অমা পুনশিনি। অছুগা তানা নশাদা লেংবগী চৈনা অদো করিমত্তা কাওদবা ওইরসন্নু, কাওরবোই। নহাক অ.ধি ব্যাধি

পদা মেঘগী নাদগুম্না (নোংগী থোল্লাউগুম্না) পাউনা পোকখিবদগী মপানা মেঘনাদ হায়না থোনখি। মতুংদা ইন্দ্রবু জন্মি হায়ছুনা ইন্দ্রজিৎ হায়না অমুক থোনখিবসি কর্ম কর্মতুগী মতুং ইন্না থোনখিবা ওাক্তনি। শ্রীকৃষ্ণ শ্রীরাম অসিনচিংবগী নামশিং অসিসু অছুওাক্তনি। শ্রীকৃষ্ণনা তৌরকপা তোওাল তোওানবা থবক্ (কর্ম লীলা) শিশিং অমগী মতুংদা কর্ম কর্মতুগী মতুং ইন্না নারদনা শ্রীকৃষ্ণগী তোওাল তোওানবা মাম শিশিং অম থোনখি। মরম অছুনা পরাশরনা মচাবু বেদব্যাস মক ওইহল্লীংছুনা তৌখিবা তপস্যাছু মহাদেবনা নচা বেদব্যাস কৌবা অম পোকসন্নু হায়না বর পীবিখিবনি। (কালাচান্দ)

ব্যাস হায়বা উপাধি অছু কংছুনা, মহাক্লা কয়নবা থারিবা আসন অছু কাওবা ব্যাস আসন (ব্যাসাসন) হায়না কৌনরক্লিবা অসি আ মমাতৈদগী বৈবস্বত মন্বন্তরগী মত্তমদগীনি। হায়রিবা (চৎনবী) অসিদি হয়েং আ মতুং কাওবা তেক্ত কায়দনা মূত্তনা অছুম লৈহৌরগদবাননা, মহাদেবনা পরাসর মচা বেদব্যসবু অজর অমর ওইরস্তু হায়না বর পীরম্বসি থোইদোক্লা কায়বা লৈতে, মীনমছুবা পণ্ডবি পীশিল্লস্থা নত্তে। আধ্যাত্মিক ওইবা বিচারদা হায়রবস্থ থোনবা হায়বসি মপানগী হকচাংতদনি. আত্মা, জীবাত্মা অসিদা নত্তে। লাইরিক ইরিবা, লাইরিক তৌরিবা ব্যাখ্যাণ ভাষণনচিংবা তৌরিবসি মপানগী হোংবা চাউবা কৌরিবা হকচাংসিনা নত্তে। জীবাত্মা (পুরুষ) অসিননি আত্মাদি অমতনি। অছুবা পরাশরগী মচাদা লৈর-স্থা আত্মাছুনা ঈকায় কায়দনা অন্নম চথরকপনি। আত্মাদি অজর অমরনি "নজায়তে ম্রিয়তে কদাচিৎ" নি। অছুনা বেদব্যাসবু অজর অমরনি হায়বদা থক কায়বা লৈতে। কনা হায়রুনস্থ মশানগী পঞ্চভূতনা শাবা হকচাং অসিনা অজর অমর ওইবা য়াগদৌবা লৈত্রে। অছুগা আত্মা অসিনা মশানা অজর অমরনি। লেমহৌরিবা হায়ববু মিংচৎতা মতারহৌরে। অছুনা মহাদেবনা হায়রিবদি বেদব্যাসগী মিংচৎ অছু চুমিং থানা পাল্লিমথৈ লেওদনা লৈহৌরসন্নু হায়বনি। মমিং চৎপা মীদি শিতে। শাস্ত্রদছু অন্নম্না হায়রি

পাদার্চ্চস্তুথাংসন্তুত আত্মা যস্মান্মমেতবু। ধংভবিব্যন্যাস্তুপসো জন্মবৈ সফলংকুরু ॥৪৯॥
তীর্থাভিবেকং সকলং ত্বমবিঘ্নেন চাপ্স্যসি। স্বর্গং চৈবাক্ষয়ং বিপ্র বিদধামি তবোর্জিতম্ ॥৫০॥
এবমুক্ত্বাতু ভগবান্ বরেণ্যো বৃষবাহনঃ। মহেশ্বরো মহারাজ কত্তিবামা মহাদ্যুতিঃ ॥৫১॥
সগণো দৈবতশ্রেষ্ঠস্তত্রৈবান্তরধীয়ত।

গালবউবাচ

বিশ্বমিত্রাভ্যনুজ্ঞাতো হ্যহং পিতরমগেত্তঃ ॥৫২॥

অব্রবীন্মাং ততো মাতা দুঃখিতা রুদতী ভূশম্। কৌশিকেনা ভ্যনুজ্ঞাতং পুত্রং বেদবিভূষিতম্ ॥৫৩॥
নত্যাত তরুণং দান্তং পিতা ত্বাং পশ্যত্তেহনঘ। শ্রুত্বা জননা বচনং নিরাশোগুরুদর্শনে ॥৫৪॥

জরাদগীম্ন কোক্লগনি, কোকপন্ত ওট্টরসম্ন ॥৪৬-৪৮॥ মুনি! নহাক্তী হকচাং অসে ধর্মগী পাদস্থ মরিগী সত্য কৌবা শরুক মরিগী শরুক অহুদগী পোকখিবনি। নহাক মহাসত্যবাদী অমম্ন ওইগনি। চৎলো নথৌ তৌহুনা তাইবং মপোকসিবু মহৈ য়ালহল্লু ॥৪৯॥ ব্রাহ্মণ! নহাক অসে য়ৈথাম্ন থিনগাইবা করি-মত লৈতনা তীর্থ পুম্নমক্ত স্নান তৌরুননবগী সুবিধা কংগনি, নরায়বক কবা হায়বহু ওইগনি। ঐনা নহাক্তী অমাগু অতা কৈত্রবা তেজ অমদি স্বর্গলোক হাকবদো পীগনি ॥৫০॥ মহারাজ! যুধিষ্ঠির! কৃত্তিবাস, মহাতেজস্বী (তেজ কল্লবা) বৃষভবাহন (শল্লবনা শাদোং ওইবা), বর পীনহৈরবা দেবতা পুম্নমক্তগী অথোইবা ওইরদা, ভগবান মহেশ্বরনা রাহৈ অমনীসি চাহ্বস্নগা মহাক্তী খোঙলোয়শিংগো লোয়ননা লোয়ননা মফম অহুদগী মাঙথোকখি ॥৫১॥ গালবনা হায়রকই নিংথৌ। বিশ্বামিত্র মুনিগী যাথং কং-হুনা ঐ ঐগী পিতাজী (ঈপা)বু উনগে, দর্শন তৌরুগে হায়বগীদমক য়ুমদা লাকই। মতম অহুদা ঐগী ঈমাসি লুপ্রাবী ওইবগী অরাবহু থাঙবা ঙমদহুনা খোজেল থোক্লা হৌন হৌনা কপ্পুনা ঐঙোন্দা অস্তুম্না হায়রকই ঈবুঙো! পাপ যাওদ্রবা! বিদ্যা পুম্বনা তিল্লহুনা হৈরবা তুংদা কৌশিক মুনিগী য়াথং লৌহুনা য়ুমদা হল্লক্লেদি হায়ববু বিদ্যা পুম্বনা লৈতেংলবা মচা নহাকপু নহাক্তী পিতানা উজবা ফংক্রেদকো ॥৫২-৫৩॥ ঈমাগী রাসি তাবদা ঈপাগী দর্শন ফংদসহুদা নীংবা কায়থিহুনা, অরাবা পুম্বা থাঙহুনা নমহত্তুনা মহাদেবগী আরাধনা অমদি তপস্যা তৌবদগী সদাশিবগী কৃপাদগী ঈপাগী দর্শন

(ক) "কীর্ত্তি র্যস্যস জীবতি। যশঃ কীর্ত্তিবিহীনস্তু জীবন্নপি নজীবতি।" হায়বদি, লেঙদ্রবা মিংচৎ থনম্বা মীদি শিদে। মিংচৎ লৈতবা মীদি মপান্দ হিংঙি হায়না উয়বস্ন মহাক অহু শিরবগা চপ মান্নে। যজ্ঞনা ব্রহ্মাশারিবা ব্রাহ্মণ অহু শাশিন্নবা মীনম্বা ব্রহ্মানি হায়বা য়াদে, হায়বস্ন চুমদে ব্রহ্ম মক্লি হায়না লৌব তাই। অহুনদি অহুডৈগী ব্রহ্মাপ্রজাপতি অহু হৌজিক কাওবা লৈরি। মহুং অহুম্ন অহুম্ লৈহৌরগদবনি হায়না থনকম থোকই। অংগ্রেজীগী মেন ইজ মোর্টেল হায়বহুদি মপা-থোংবী য়াথলদা হায়বনি। সোল ইজমোর্টেল" হায়ংদি ঙমলোই। মিংচৎতি অজম্ন অমম্ননি। (কালাচান্দ)

নিরীক্ষ্য মহাদেবমপশ্যং সোঽহমব্রবীচ্চ তম্ । পিতা মাতা চ তে বৎস পুত্র মৃত্যুবিবর্জিতা ॥৫৫॥
ভবিষ্যথ বিশ ক্ষিপ্রং দ্রষ্টাসি পিতরং ক্রমে। অনুজ্ঞাতো ভগবতা গৃহং গত্বা যুধিষ্ঠির ॥৫৬॥
অপশ্যং পিতরং তাত দৃষ্টিং কৃত্বা বিনিঃসৃতম্ । উপসংগৃহ্য গৃহীত্বেধ্মং কুশাংশ্চ শরণাদ্‌গুরুম্ ॥৫৭॥
তান্ বিসৃজ্য চ মাং প্রাহ পিতা সাস্রাবিলেক্ষণঃ । প্রণমন্তং পরিষ্বজ্য মূর্ধ্ন্যুপাঘ্রায় পাণ্ডব ॥৫৮॥
দিষ্ট্যা দৃষ্টোঽসি মে পুত্র কৃতবিদ্য ইহাগতঃ ।

বৈশম্পায়ন উবাচ

এতান্যত্যন্ত তান্যেব কর্মান্যথ মহাত্মনঃ ॥৫৯॥
প্রোক্তানি মুনিভিঃ শ্রুত্বা বিস্ময়মাস পাণ্ডবঃ । ততঃ কৃষ্ণোঽব্রবীৎ বাক্যং পুনর্মতিমতাংবর ॥৬০॥

বাসুদেব উবাচ

উপমন্যুর্ময়ি প্রাহ তপন্নিব দিবাকরঃ ॥৬১॥
অশুভৈঃ পাপকর্মাণো যে নরাঃ কলুষীকৃতাঃ । ঈশানং ন প্রপদ্যন্তে তমোরাজসবৃত্তয়ঃ ॥৬২॥
ঈশ্বরং সম্প্রপদ্যন্তে দ্বিজা ভাবিতভাবনাঃ । সর্বথা বর্তমানোঽপি যো ভক্তঃ পরমেশ্বরে ॥৬৩॥

---

কংথি । মহাদেবনা অসুম্না হায়রি ঈবুঙো । নহাকসু নংবু পোকপা পোকপী মাতা পিতাসু মৃত্যু লৈয়রোই । চৎলো নম্মদা । পিতাগী দর্শন ফংগনি ॥৫৪-৫৫॥ অদুদগীদি, যুধিষ্ঠির । ভগবান্ শিবজীগী য়াথংদগী য়ুমদা চৎলুবা মতমদুদা যজ্ঞ শালাদগী যজ্ঞ পুজানচিংবদু লোইদুনা থোরকপা ঈপাদু উরে । ঈপাদু যজ্ঞ শালাদগী শীং (যজ্ঞ কষ্ঠ অদুগা উহৈ রাহৈ কুশ মপুম খর পারদুনা থোরউপদু ঐনা উই ॥৫৬-৫৭॥ পাণ্ডুনন্দন । ঐনা ঈপাগী দর্শন হেক ফংবদা মাগী চরনদা চঙশিন্দুনা কোকপু চরণ শেংক খুরুম্মি । ঈপানা মতম অদুদা মীগী পি মতুম মতুম শিন্দুনা ঐবু থম্মোয়দা চেজেং কোন্দুনা ঈকোক মুংশিনা নমদুনা অসুম্না হায়রকই ঈপাগী ঈবুঙো । ঐগী ওস্তোক্লা লাইবক ফবনি । লাইবক ফবনা বিদ্বান্ পণ্ডিত ওইদুনা য়ুমদা হল্লকপা নহাকপু ঙসি ঐনা উবা ফংজরে ॥৫৮॥ বৈশম্পায়ননা হায়ঃ—নিংথৌ জনমেজয় । মুনিশিংগী মচীন্দগী মথং মথং মহাদেবগী গুণ মহিমাবু তাবদা নবুথৌ পাণ্ডুনন্দন যুধিষ্ঠিরগী থম্মোয়দা মুংঙাইবা অঙকপা পোকখি । অদুদগী অমুকসু বুদ্ধিমান্ ওইবাশিংগী মখুংদা থাইদগী হেন্না বুদ্ধি মান ওইরবা শ্রীকৃষ্ণনা, বিষ্ণুনা লাইরাম সভাদা দেবরাজ ইন্দ্রদা হায়রকপদুগুম্না যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হায়রকই ॥৫৯-৬০॥ ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকইঃ—মহারাজ । যুধিষ্ঠির । তুমিংকী মতালগুম লৈরবা উপমন্যুনা ঐগী নাক্ত চঙশিনকুনা অসুম্না হায়খি পাপকী থবক তৌবনা মশিঙাক ওইরবা ফত্তবা লমচৎ ব্যবহারনা মপান মথুং করিমত লৌখৎকম লৈত্রবা মাংলবা রজোগুণ তমোগুণ তনা থুমহুৎপ্রবা অদুগুম্না মীশিংনদি ভগবান সদাশিবগী আশ্রয়দা থবকচঙদে ॥৬১-৬২॥ অদুঃ করম্বা অমকপা করিমতা লৈত্রবা, মথুং মপান পুমশেং শেংলবা অদুগুবা মীশিংনা ভগবান্ সদাশিবগী

সদৃশোহরণ্যবাসিনাং মুনীনাং ভাবিতাত্মনাম্। ব্রহ্মত্বং কেশবত্বংবা শক্রত্বংবাসুরৈঃসহ ॥৬৪॥
ত্রৈলোক্যস্যাধপত্যংবা তুষ্টোরুদ্রঃ প্রযচ্ছতি। মনসাপিশিবন্তাত যেপ্রপদ্যন্তিমানবাঃ ॥৬৫॥
বিধুয় সর্বপাপানি দেবৈঃসহ বসান্তুতে। ভিত্ত্বা ভিত্ত্বাচ কুলানিহুত্বা সর্বমিদং জগৎ ॥৬৬॥
যজেৎ দেবং বিরূপাক্ষংন্ন পাপেরলিপ্যতে। সর্বলক্ষণ হীনোপি যুক্তোবাসর্বপাপকৈঃ ॥৬৭॥
সর্বংতুদতি তৎপাপং ভাবয়চ্ছিমাত্মনা। কীটপক্ষি পতঙ্গনাং তিরশ্চামপি কেশব ॥৬৮॥
মহাদেব প্রপন্নানাং নভয়ং বিদ্যতে ক্বচিৎ। এবমেব মহাদেবং ভক্তা যেমানবা ভুবি ॥৬৯॥
নতে সংসারবশগাং ইতি মেনিশ্চিতা মতিঃ। ততঃ কৃষ্ণোহব্রবীৎ বাক্যং ধর্ম পুত্রং যধিষ্ঠিরম্ ॥৭০॥

বিষ্ণুরুবাচ

আদিত্যচন্দ্রাবনিলানলৌচ, দ্যৌভূমিরাপো বসবোহথ বিশ্বে।
ধাতার্যমা শুক্রবৃহস্পতীচ রুদ্রাঃসমাধ্যাঃ বরুণোহর্থগোপঃ ॥৭১॥

চরণ অমদি শরনদা চঙজৈ। পরমেশ্বর শিবজীগী ভক্ত ওইবা মীদি করিগুম্বা অবস্থা অমদা নত্রগা অমদা লৈরুরবসু অন্তঃ করণ (থম্মোয়) পুমখোং শোংগ্রবা বনবাসী ওইবা মুনিশিং অদুগা চপ মান্নে। করিমত থেন্নদে ॥৬৩॥ ভগবান রুদ্র মহাদেবনবু পেনবিপ্রবদি কনাগী ব্রহ্মপদ, বিষ্ণুপদ, দেবতশিংগা লোয়নমা ইন্দ্রপদ অদুবগী হেদোক্কুন লোক অহুম্মকী আধিপত্য (মপু ওইবা) ফাওবা বরদান ওইনা পীথোকই ॥৬৪॥ মহারাজ! কনাগুম্বনা পুক্নীংতদ শিবগী আশ্রয়দা চঙজপ্রবনি মহাক অদু পাপ পুম্নমক্তগী নাম্থোক্খিদুনা দেবতাশিংগা লাইরৈবাক্ত লৈমিন্নরুই ॥৬৫॥ মীথাইনা চানরিবা পুপ্রাগী মপান অকোয়-বহুবু থ্‌গাইদুনা মাঙহনবা অদুগা মৈ রায়হল্লমদুনা জগৎ পুম্ববু চাক্‌থকশিনবা থবক তৌবা মহাপাপী অদু ফাওবা ভগবান মহাদেববু চঙজরবদি পাপ অদু খুদক্ত কোকই ॥৬৬॥ ধর্ম কর্মগী করিগুম্বা লক্ষণ অমতা লৈত্রবা, পাপ মথল মথল্ল তিনপ্রবা মী অদু ফাওবা মহাদেবগী চরণদা চঙজরুরবদি পাপ পুম্নমক অদো খুদক্ত কোকই ॥৬৭॥ উচেক রায়া তীল কাঙ কৌজেং ফাওবা মহাদেবগী মকমদ চঙজপ্রবদি কনাগুম্বা করিগুম্বা মকম অমদগী মহাক্কী কিকম করিমতা লৈত্রে ॥৬৮॥ মতৌ অসুম্বা মর্ত্যলোক অসিদা পোক্ত্রবা মী মহাক অদুনা মহাদেবগী ঐকান্তিক ভক্ত ওইপ্রবদি, মহাক অদু সংসার মায়াগী মথা পোক্দে মাসি ঐগী লেপপ্রবা বাখল অমনি। অদুদগী অমুক ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরদা হায়রকই ॥৬৯-৭০॥

বিষ্ণু (শ্রীকৃষ্ণ)না হায় অজমীঢ়বংশদা পোক্পা ধর্মরাজ যুধিষ্ঠির! কুমিৎ, থা, বায়ু অগ্নি, স্বর্গ, ভূমি, ঈশিং, বসুদেবতা, বিশ্বেদেব, ধাতা, অমমা শুক্র, বৃহস্পতি, রুদ্র তরামাথোই, সধ্যসিদ্ধাশিং বরুণ, ব্রহ্মা ইন্দ্র, বাসুদেব, ওঁকার, সত্য, বেদ, যজ্ঞ, দক্ষিণা বেদপাঠী ব্রাহ্মণা, সোমরস, যজমান, হবনায় হবিষ্য, রক্ষা, দীক্ষা, সংযম ঙাৎ খুদিংমক, স্বাহা, বৌষট' ব্রাহ্মাশিং, শর, অথোইবা ধর্ম, কালচক্র, পাঙ্গল, মিংচৎ, দম, বুদ্ধিমান ওইবশিংগী অবস্থা, অক্কন্ত কর্ম, সপ্তর্ষি খাইদগী অথোইবা অহেনবা বুদ্ধি মব (পুক্নীং) দর্শন (মুন্ন য়েংশিনবা) স্পর্শ (শোকপা), কর্মগী সিদ্ধি (কর্মবু পাঙথোকপা) উষ্মপ (মৈথকপা

ব্রহ্মাশক্রো মারুতো ব্রহ্মসত্যং বেদা যজ্ঞা দক্ষিণাবেদবাহা: ।
সোমো যষ্টা যচ্চ হব্যং হবিশ্চ, রক্ষাদী সাতিমা যেচকেচিং ।।৭২।।
স্বাহা বৌষ্টব্রাহ্মণা সৌরভেয়ী ধর্মং চাগ্র্যং কালচক্রং বলংচ ।
যশোদমো বুদ্ধিমতাং স্থিতিশ্চ শুভাশুভংযেমুনয়শ্চ সপ্ত ।।৭৩।।
অগ্র্যা বুদ্ধি মনসা দর্শনেচ স্পর্শশ্চাগ্র্যঃ কর্মনাং যাব সিদ্ধঃ ।
গণা দেবান মুষ্মপাঃ সোমপাশ্চ, লেখাঃ সুরাধাস্তষিতা ব্রহ্মকায়ঃ ।।৭৪।।
আভাস্বরা গন্ধপ ধূপাশ্চ বাচাবিরুদ্ধাশ্চ মনো বিরুদ্ধাঃ ।
শুদ্ধশ্চ নিম াণরতাশ্চদেবা সপর্শশনা দশপা আজ্যপশ্চ ।।৭৫।।
চিন্ত্যদ্যোতা যেচদেবেষুমুখ্যা যেচাপ্যণ্যে দেবতাশ্চাজমীঢ় ।
সুপর্ন গন্ধর্বপিশাবদানবা যক্ষাস্তথা চারণ পন্নগাশ্চ ।।৭৬।।
স্থূলং সূক্ষ্মং মৃত্ত চাপ্যসুক্ষ্মং, দুঃখংসুখং দুঃখমন্তনন্তবংচ ।
সাংখ্যং যোগং তৎপরানাং পরংচ শর্ব জ্ঞাতং বিদ্ধিযৎ কীর্ত্তিতংমে ।।৭৭।।
তংসম্ভূতা ভূত কৃতো বরেণাঃ সর্বে দেবাভুবনস্যাস্য গোপাঃ ।
আবিশ্যোমাং ধরনীং মেহত্যরক্ষন পুরাতথীং তস্যদেবস্য সৃষ্টিম্ ।।৭৮।।

যোগী) সোসপ (সোমরস থকপা) লেখ (হৈবা), শম, হায়না কৌবা দেবতাশিং, ব্রাহ্মণ শরীর (ব্রাহ্মণগী দেহ) দীপ্তিশালী গন্ধপ (মঙাল চাউরবা গন্ধপ মনমত মচাবা মনম্‌ত মরোবা) ধূমপ ঋষি ( মৈথুত মচাবা মৈথুত থকপা (*) রাহেগী বিরুদ্ধদা লৈবা বাগ ভাব, পুক্নীংগী বিরাদ্ধদা লৈবা মনোভাব, শুদ্ধভাব (ঊশেং শেংনা লৈবা) শেমগৎ শাগৎপগী থবক্তদা পুক্নীং লুপ্তুনা লৈবা দেবতশিং, শোকপা (স্পার্শ)তনা মাগী অহুম মচাঙাক ওইরবা, চানবা পোৎ অহুগী দর্শনতনা (য়েংবতনা) অহুম মচাঙাক ওইবা পেঙ্গরবা, ঘৃতপা (থীতনা মচাঙাক ওইবা), মাবুং নীংজবতদা ফংনিংবা পোৎ অহু মীত্তা হেক্ত উবা ফংবা, দেবতাশিংগী মমুংদা মরু ওইনা লৈরিবা দেবতাশিংগী মপৈ, সুপর্ন গন্ধর্ব. পিশাচ, দানব, যক্ষ, চারন, নাগ (অচৌবা লিল) অপোবা, অকুপ্পা, খোৎপ কনবা, অরাবা, নুংঙাইবা পরলোককী অরাবা, সাংখ্য যোগ, ধর্ম, অর্থ কাম, মোক্ষ হায়রুনা লৈরিবা পুরুষার্থ মরি অসিগী মমুংদা থ্বাইদগী অথোইবা মোক্ষ হায়বা পুরুষার্থ হায়রিবা পুম্নমক অসি মহাদেবদগী পোকখিবা ওাক্তনি হায়না থক্ত ।।৭১–৭৭।। আ–লৈপাক

(*) টিকা ঋষিমুনিশিংগী চীঙাক অসি অমত তিয়দে । মথোয় অরাম্ব। আধ্যাত্মিক ভাবনাত্মা লৈবনা তুম্বা হীপ্পা চাবা থকপা অসিনচিংবা লৌকিক কর্মশিং অসিদগী আধ্যাত্মিক ওইবা ভাবনা চাবা থকপানচিংবা ভৌরিবসি নত্তনা পাররিবা চাগদবা পোৎ থক্কদবা পোৎ অহু ফাওবা ভৌতিক পদার্থশা ওইহন্দে । ঊশিং মৈ নুংশিং ভৌতিক পদার্থশিং অসিতনি ঐথোয়না চারিবসে । ঊহে রাহে মনা মশাং অসি লৈপাক্লি ঐ কয়িগী লৈপাক্ চাজরনি হায়রুনা মশক্ ঊবা পোংশিং অসিগী মমুং মমুংদা মশক

বিচরন্তস্তপসা তৎস্থবীয: কিংচিৎ তত্বংপ্রানন্তেতোর্নতোম্মি।
দদাতু দেবঃস বরানিহেষ্টা নাভিষ্টুতোনঃ প্রভুরব্যসঃ সদা ॥৭৯॥
ইমং স্তবংসংনিয়তেন্দ্রিয়শ্চ ভূত্বাশুচির্যঃ পুরুষঃ পঠেত।
অভগ্নযোগো নিযতো মাসমেকং সম্প্রাপ্নুয়া দশ্বমেধেকলংখৎ। ৮০।

---

নৈখা নৈন্নুংদা চঙতুনা মহাদেবজীগী হায় তৌরম্বা স্তুতিবু ঙাক্নশেন্দুনা নৈরিবা, জগৎ পুম্নমকপু ঙাক্ন শেল্লিবা, তোঙান তোঙানবা জীবপানবশিংবু ঙাক শেল্লি, শেম্মিরিবা খুইদগী অথোইবা দেবতা অমুমকনু শ্রীশঙ্করদগী পোকখবা ঙাক্লনি ॥ ৮॥ ঋষি মুনি কয়া অমুয়ানা, ওমজ ওমজবা পাথনা (উপায়) না খিরিবা, চাখনীংঙাই নৈতনা কুপ্পব তত্বনা মহাক্লী ওইবা, অমুগুম্বা মহাক্লী মকমদা, জীবন রক্ষা তৌবিয়ু হায়না হন্না হন্না খুরুমজরি। ঐনা তৌজখ্রিবা স্তুতি থর শাসিদা পেনবিবা মহাদেবনা ঐনা নীংজরিবগী পীনবিবা ওইসনু ॥৭৯॥ মহাদেবগী অসিগুম্বা শেংলবা স্তুতি অসিবু পুক্নীং চঙনা পাঠ তৌরিবা অমগা মরক্ত লেপ্না তৌদন থা চূপ্পা পাঠ তৌবিরা ঐ মহাক অমাদি চাউরবা, অশ্বমেধ যজ্ঞ অমা তৌবগী মহৈচু শোয়দনা ফংভি ॥৮০।

---

উদবা পোৎ অমত চাগনি অসুম হায়না খনথ্রবা ব্রহ্মবাদী অমু ঈশিং চঙবা, মৈচঙবা, নৈপাক চঙবা পোকচঙ চাই চাদে। ঈশিংমদগী ঈশিংমুগী মন্নুংদা নৈবা রস হায়মুদি মশক উদে। অমুনা ওইবথম্নু মৈগী মন্নুংদা নৈবা রূপ অমুতবু চাবা মতমদা চারবা যোগী অমু অগ্নিপা (মৈথকপা মৈচাক) ধূম্রপা (মৈখু থকপা) সোমপা (চন্দ্রমাগী রস চাবা থকবা) অসিনবিব মুনি কয়া কয়া নৈরি। মৈ ঈশিং নুংশিৎ নৈপাক মাকথ অসিনচিংবনা মচাক ওইমুনা শেমথ্রিব মানমশীং কৌ চেং অসিনচিংবসি মমত চাদনা মূল প্রকৃতিনা প্রাকৃতিক ওইবা ভোজন হায়রবদ মৈ চঙবা পোৎ চাদনা ঈমুনক ঈশিং চঙবা পোশক্কু চাদনা ঈশিংমমক নুংশিৎ চঙব পোৎ অমু চাদনা নুংশিৎ অমুমক নৈপাক চঙবা পোশক্কু চাদনা মনা মশীং অমু চাদনা নৈপাক্ মৈখু চঙবা পোৎ চাদনা মৈখুমমক চাবা মখোয়শিং অমু সোমদা ধূমপা, অগ্নিপা বায়ুপা হায়না মানা মানা চারিবা পোৎশিং অমুগী মতু ইন্না মিংথোলশিং অসি কংনথ্রি। অসুম্না নৈনখিবা মরাম অসি মহাদেবজীগী শকলোন ঙাক্লনি। অমুনা মহাদেবদি মৈমু চায় মৈখুমু চায় থকই, নুংশিৎমু চায় (প্রাণবায়ুশিংমনা মহাক্লী লেওব্রদা চঞ্জাক ওই। অমুন মহাদেবগী অধ্যাত্মিক ওইবা চীঞ্জাক্ত অধ্যাত্ম ভাবনাতনা ওদে মপানগী পোশক্ অমুদা মাগী মাগী জীবথা অইমুনা নৈরবা মন্নুংগী পোৎমশং অমুতনা মহাক্লী চীঞ্জাক ওই। মরম অমুনা অমুগুম্বা পোশক জীবথাগী জবিদা ওইহল্লি। অমুগুম্বা ঋষিমুনি অমুমক মচাদোনি হায়না মূল শ্লোক লাম্বার। হায়রিবা চীঞ্জাকশিং অসি আধ্যাত্মিক ওইবত্ত নত্তনা বৈজ্ঞানিক ওইবা চীঞ্জাক মক্কন। অসিগুম্বা চীঞ্জাক ওইহনব ঙম্বা তাইবংমী অসি থোইনা থম্মোই। সংসারগী মূর্তি পূবা মহাদেবনা চাবা থকপদমু সংসারগী মূর্তি অমু ঈকায় কায়দে। মপানগী পোৎ পুম্নমক মচিয়াওদবা পোৎকুন লাক্লনা শংথোক্লগা মনুগী মক্ল ওইবা মচি ওইবা শরক অমুতবু সংহার তৌই (লৌশল্লি। অমুগীদমক মহাদেববু চুম্নগী দেব (লাই) হায়না কৌনা, দেবতা পুম্নমকনা শঙ্করবু মহাদেববু দেবাধিদেব, আদিদেব হায়না মিংথোরে।

(কালাচান্দ)

বেদান্ কৃৎস্নান্ ব্রাহ্মণাঃ প্রাপ্নুবন্তু। জয়েৎপ্রণঃ পার্থ মহীংচ হীং কৃৎস্নাম্।
বৈশ্যোলাভং প্রাপ্নুয়াদ্বৈশ্যং চ শূদ্রো গতিং প্রেত্য তথা সুখংচ ॥৮১
ভবরাজমিনং কৃপ্ত্বা ক্রত্রায় দধিরেমন:। সর্বদোষাপহং পুণ্যং পবিত্রং চ মশস্বিনঃ ॥৮২॥
যাবন্ত্যস্য শরীরেষু রোমকূপাণি ভারত। তাবন্ত্যব্দ সহস্রাণি স্বর্গেবসতি মানবং ॥৮৩॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাংসংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং অনুশাসনপর্ববনিদানধর্ম পর্বণি মেঘবাহন
পর্বাখ্যানে অষ্টাদশো। ২ ধ্যায়ঃ ॥

—(*)—

কুন্তীনন্দন ! হায়রিবা স্তুতি অসিবু পাঠ তৌবা ব্রাহ্মণ অহুদি বেদ পুম্নমক নৈনরুবা, পাঠ তৌরিবসী চ্প ম্নারবা মহৈ ফংঙি। ক্ষত্রিয়না তৌরগা পৃথিবী পুম্নমক্কী আধিপত্য ফংঙি। বৈশ্যনা তৌরগা ব্যবসায়দা চাওখৎপা অমদি তোংবা অহুগা সম্পত্তি পুম্নমক ফংঙি। শূদ্রনা তৌরগা হয়েংমুক্কী মপোক্ত অথোইবা মপোক ফবব ওগ্নি ॥৮১॥ দোষ পুম্নমকপু মাক্তহনবা ওস্বা শ্রীশঙ্করগী যুবরাজ অসীবু পাঠ তৌন তৌন ইবুঙো মত্তোম্বা পুক্নিং মূপঞ্চবা মহাক অহুদি চাউরবা মিংচৎপু ফংবা ওগ্নি ॥৮২॥ ভারত নন্দন যুধীষ্টির ! পাঠ তৌরিবা মী মহাক অহুগী মশাদা হৌরিবা হু অমদি হুখোংনা য়াম্ব অহুপ চহী লিশিং কয়া কয়া মহাক অহু স্বর্গদা লৈ। ৮৩॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অনুশাসন পর্বদা, দানধর্ম পর্বদা মেঘবাহন উপাখ্যানগী তরানিপান শুবা অধ্যায় লোইরে॥

—(*)—

# মনিপুরী মহাভারত

## একোনবিংশোঽধ্যায়ঃ

### ( অষ্টবক্র মুনিগী ন্নারী শহাক্কী কুবেরগা উনবা )

### তন্নামাপলশুবা অধ্যায়

**যুধিষ্ঠিরউবাচ**

যদিদং সহধর্মেতি প্রোচ্যতে ভরতর্ষভ। পানিগ্রহন কালে তু স্ত্রীণামেতৎ কথংস্মৃতম্ ॥১॥

আর্ষ এষ ভবেৎধর্মঃ প্রজাপত্যোহ থেবাসুরঃ। যদেতৎ সহধর্মেতি পূর্ব মুক্তং মহর্ষিভিঃ ॥২॥

সন্দেহঃ সুমহানেষ বিরুদ্ধ ইতি মেমতিঃ। ইহয়ঃ সহধর্মোবৈ প্রেত্যায়ং বিহিত ক্বন্ন ॥৩॥

স্বর্গো মৃতানাং ভবতি সহধর্মঃ পিতামহ। পূর্বমেকন্তুম্রিয়তেক চৈকস্তিষ্ঠতেবদ ॥৪॥

নানা ধর্মফলোপেতা নানাকর্ম নিব্যাসিতাঃ। নানানিরয় নিষ্ঠান্ত মানুষ্যবহবোযদা।৫॥

অনৃতা স্ত্রিয় ইত্যেবং সূত্রাকারো ব্যবস্থতি। যদানৃতাঃ স্ত্রিয়স্তাত সহধর্মঃ কুতঃ স্মৃতঃ ॥৬॥ .

---

যুধিষ্ঠিরনা হায় —ভ'রতবংশগী অথোইবা। বিবাহগী মতমদা, নুপীশিংগীদমক্তা সহধর্মগী ন্না অমসু পল্লি। মতুনা কমদৌরিবা।১॥ আ মমাংঙৈদা মহার্ষিশিংনা নিপা নুপীগী সহধর্ম হায়বা লৈহনখ্রিবসি আর্ষ্যধর্ম ন্না প্রজাপত্য ধর্ম ন্না নত্রগা অসুরধর্ম ন্না (হায়বদি) হিংচাবশিংগী দৈত্যাশিংগী ধর্ম ন্না? ॥২॥ ঐগী পুক্কীংদা চিংনবা অসি পোক্লে। খঙবদা সহধর্ম হায়বা অমালৈ হায়রিবসে ঐগী মতমদদি ধর্মবিরুদ্ধ ওইবা ন্নানি হায়না খল্লে। হায়রিবসে শিরবা মতুংদা কদায়দা লৈ? ॥৩॥ ইবুধৌ। শিরবা মীয়া স্বর্গদা লৈগ্রবদা, নিপাগা নুপীগা অনিসিগী মরক্ত অমগী মৃত্যু হায়া অমগীনা কোয়। অতুম হায়না লৈরিবনি। অমশিগ্র-বতুংদা লৈহৌরবা অমতুগী সহধর্মনা কদোমদা চৎগ্রবা। মাস ঐঙোন্দা তাকপিয়ু।৪॥ মী অয়াম্বদি মানা মানা তৌরুবা কর্মশিং অতুগী মহেংগা ঈতিত্ত তিন্নতুনা লৈরিবনি। তৌরু নৌরুবা কর্মনা ন্নারক্তদনা মখল মখা অয়াম্বা মকম মতমদা চৎলুঈ লৈরুই। অক কত্ত কর্মতুগী মহেনা স্বর্গদা অতুগগা নরকতসু লৈরুই। মতাং অসিদা চিংনবদি অমনা স্বর্গদ অমনা নরকতা, অত্তুওইরবদি সহধর্ম হায়বতুনা কদাইদা লৈখি ॥৫॥ অতুগী ধর্মশাস্ত্রগী সুত্রকারাশিংনা নুপী হায়বসিদি মহৌশানা অসত্য পরায়ণ ইবুঙো। নুপী হায়বসে অসত্যবাদিনীমক্তনি। অতুমওইবগা লোয়ননা সহধর্মগী অনুষ্ঠান অতু করম হায়না পাঙথোক-কদৌরিবা? * ॥৬॥

---

* নুপী হায়বাসি মহৌশানা অসত্যপরায়ণনি চুমদবা ওইদবদা পুক্কীং চংবীনি। অসত্যবাদিনীনি ওইদবা তাঙবী ওইবনি। হায়রিবা ন্নাকম অসি তায়গা নুপীশিংদা শাউ নংবা অতুগা ন্নানিংদবা মওং অমা

অনৃতা স্ত্রিয় ইত্যেবং বেদেষপিহিপঠ্যতে। ধর্মোহয়ং পূর্বিকাসংজ্ঞা উপচারে ক্রিয়াবিধি ॥৭॥
পশ্বকং প্রতিভাত্যেমম চিন্ততোহ নিশম্। নিঃসন্দেহমিদং সর্বং পিতামহ যথাশ্রুতি ॥৮॥
যদেতদ্ যাদৃশং চৈতৎ যথা চৈতৎ প্রবর্তিতম্। নখিলেনমহা প্রাজ্ঞ ভবানেতৎ ব্রবীতুমে ॥৯॥

ভীষ্ম উবাচ

অত্রাপ্যু দাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্। অষ্টাবক্রস্য সংবাদং দিশয়া সহভাবৃত ॥১০॥

---

নুপী হায়ব স মহৌশানা অসত্যবাদিণীনি হায়বাসি বেদদা থেংনৈ। অদুনাদ সহধর্ম হায়বদুগী মমুংদা অসত্য (চুমদবা) কায়বদুসু মমুং চনগ্রে। অদুগা অসত্যগী শক্তক চঙগ্রবদি, অসত্যগা মাপ্পগবা ধর্ম অদু অশেংবা ধর্ম ওইগ্রে। অদুনা দাম্পত্য ধর্মবু (নিপা নুপীগী য়ুম্পানবগী ধর্মবু) ধর্মগী মমুং চনহনবসে পূর্বীদা চিংনবা অমা লৈরে। ধর্ম ওইনবসু গোণ ধর্মনি, মুখ্য ধর্মদি নত্রে। অদুনা ঈবুধৌ! গৃহাস্থাশ্রমদা নিপা নুপী চঙহনা লৌরিবা মহাযজ্ঞ দান ধর্ম পুম্নমক্ পাস অসত্যবাদিণী ওইবী মহধর্মিণীগা লোয়ননা তৌবনা গৃস্থাশ্রমদা তৌবা ধর্ম কর্ম মখৈ মশাস্ত্রোংদা মাথিংত ওইজবা ধর্ম হায়বসু তায়রকদৌবনি ॥৭॥ ঈবুধৌ! হৌজিক্ হায়জারিবা রাকম অসিগী ঐনা অসুম মথং মথং খল্লকবদা চিংনব নত্তুনা কৰিমত লেপ্প ওমদ্রে। অদুনা ঈবুধৌনা শ্রুতি স্মৃতিনচিংবগী বিধিদুগী মতুং ইন্না তাকপিহনা ঐগী চিংনরিবসে অমুক্ত কোকহন-বিরম্মু ॥৮॥ মহাজ্ঞানী ওইরবা পিতামহ! সহধর্ম (দাম্পত্য ধর্ম) হায়বাসিনা চৎনরক্লিবসি করম্বা মতমদগীনো অদুগা অহানবা চৎনরকপা মওংনা করম্ তৌবগে হায়বা ইতিহাসকী রা অমুক্ত লীবিয়ু ॥৯॥
ভিষ্মনা হায়—ভরতনন্দন যুধিষ্ঠির! নহাক্না হায়রিবা বিষয় অসিদা অষ্টাবক্র কৌবা মুনিগা অরাং মাইগে পুবী লাইবেশ্বীগা ওাংনাখিবা কুইরবা ইতিহাসগী মতাংদু থুদম্ ওইনা হেক্ হেক্ লীনৈ ॥১০॥

---

পোকপা য়াই হায়রিবসিগী ভাবাও আসান আয়োশয় অমাদ বৈজ্ঞানিক দৃষ্টিদা উশিনাখদুনা দেবতা অদুগা ইষ্টদেবগী সেবা পূজানাসিংবাস তৌবী নুপীশংসি ইয়াও য়াওদে হায়রবান। অন্ধবিশ্বাসদা তৌবনা অয়াম্বা ওই। সত্য ওইদবা আনত্তা ওইবা শংক্ত য়াম্না পূক্নি চঙগল্লি। হায়রবসি নিপাদি তৌদবরা হায়না কম্ন গুম্বন। য়েংপা য়াং। অদুবু কনায়াম্না য়েৎলবসু পোকপদগী য়াওরক্লবা স্বভাবন হায়বসি থোইনা কায়দে। মচা মগুমক্ নুংশিরবসু খা-কাহেম্না হেক্তা মদুংদবা অদুগা হৈপাল লৈপাল লাইকম তিনকম নাচংবদসু য়াম্না বিশ্বাস তৌহনা ওগাক লৈতনা থুকম থাজম্বা অদুগা সংসারগী অনিত্য ওইবা পোৎ অমগীমক্ত শল্লক-মহৌবা, থম্মনব, অসিনাংবেসি নুপীদনা থিং হেল্লি। মাসি করিননো হায়রবদা নুপীবু শাস্ত্রদা প্রকৃতিনি হায়। প্রকৃতি (হকচাং) মাগী মমুংদা প্রকৃতিনা হায়রবত ইনব জীবাত্মবাক্সিনা পুরুষনি হায়। প্রকৃতিবু ময়াবাদীশিংনা মায়ানি হায়। শম্না হায়রবদা প্রকৃতিদি ভত্তনা মশক হোংঙি। মশক হোংদোচববু অসত্য কৌই। অদুনা তাইবং মীশক লৌবী প্রকৃতিনা অসত্যপরায়ণ ওই। (কালাচান্দ)

নিবেষ্টুকামস্তু পুরা অষ্টাবক্রো মহাতপাঃ। ঋষেরথ বদান্যস্য বব্রে কন্যাং মহাত্মনঃ ॥১১॥
সুপ্রভাং নাম বৈ নাম্না রূপেণাপ্রতিমাং ভুবি। গুণপ্রকাশশীলেন চারিত্রেণ চ শোভনাম্ ॥১২॥
সা তস্য দৃষ্ট্বৈব মনো জহার শুভলোচনা। বনরাজী যথা চিত্রা বসন্তে কুসুমাচিতা ॥১৩॥
ঋষিস্তমাহ দেয়া মে সুতা তুভ্যং শৃণুষ্ব মে। ( অনন্যস্ত্রীজনঃ প্রাজ্ঞোহপ্রবাসী প্রিয়ংবদঃ
সুরূপঃ সম্মতো বীরঃ শীলবান্ ভোগভুক্ শুচিঃ ॥ দীর্ঘায়ুর্মতিমাংশ্চ স্বনক্ষত্রামথোদ্বহেৎ।
ভর্ত্রা স্বজনোপেত ইহপ্রত্যচমোদতে ॥ ) গচ্ছ তাবদ্দিশং পুণ্যামুত্তরাং দ্রক্ষ্যসে ততঃ ॥১৪॥

অষ্টাবক্র উবাচ

কিং দ্রষ্টব্যং ময়া তত্র বক্তুমর্হতি মে ভবান্। তথেদানীং ময়া কার্য্যং যথা বক্ষ্যতি মাং ভবান্ ॥১৫॥

বদান্য উবাচ

ধনদং সমতিক্রম্য হিমবন্তং তথৈব চ। রুদ্রস্যায়তনং দৃষ্ট্বা সিদ্ধচারণ সেবিতম্ ॥১৬॥

---

মমাঙেগী ৱানি, যুধিষ্ঠির! মহাতপস্বী অষ্টাবক্র কৌবা মুনি অসি বিবাহ তৌপে হায়না খল্লক্লে। অমুমা মহাক্না বদান্য কৌবা ঋষিগী মচমদা মহাক্কী মচানুপীবু লোয়নবী ওইননবা পীয়ু হায়রুই ॥১১॥ কন্যা অসি সুপ্রভা কৌই। মতমদুদা লৈরম্বী মুপী মচাখিবিক্কী মনুংদা পৃথিবিসিদা মহাক্না মকক্কয়ে হায়বা য়াই। মশক্ মতৌ মতীক্ মগুণ অদুগা মরমচত্তা য়াম্না কাংলেম্না নিংথিজবীনি ॥১২॥ বসন্ত ঋতুদা মকা কয়া শাৎলবা হৈরাং-লৈরাংনা থল্লবা উমং পরেংনা অচৎপা অত্তবা মীশিংগী পুক্কীংবু শুমহৎপত্তুম্না নীং- থিজরবী কন্যা অদুনা অষ্টাবক্রগী পুক্কীংবু শুমহৎখি ॥১৩॥ বদান্য কৌবা ঋষি অদুনা অষ্টাবক্রদা অস্নুম্না হায়খি ব্রাহ্মণ মহাক্কী কনাগুম্বী অতোপ্পী মুপী অমত্তা লৈতবা, পরদেশদসু লৈতবা লৈগদ্দবা, ধর্মশাস্ত্রদা য়াম্না চঙখোন্বা, বিদ্বান্ ওইবা, মরাহৈ খোনফম্ ককবা, মী পুম্নমক্না সম্মান তৌবা, ঊকাও থুম্নবা, মথৌমা মরিল লৈবা, মরমচৎ ককবা বিষয়ভোগতা সামর্থ্য লৈবা, ( মশা শোন্দবা ) মশেক মঙাল কন্বা, মশক্ মতৌ ককবা, অদুগুম্বা পাখংদা ঐনা ঐগী ইচানুপীসি পীনিংঙি। লোয়নবীগী ৱা তাদুনা যজ্ঞ তৌবা অকবা নক্ষত্র অমাদ উচ্চগ্রহদা শোকপী কন্যাগা বিবাহ তৌখিবা, অদুগা নিপানা মহাক্কী লোয়নবীগা লোয়নন্না অদুগা লোয়নবীদুনসু মহাক্কী মপুরোয়বগা লোয়নন্না লৈমম্নবা অদুগুম্বা স্বামীপত্নী ( মতৈ- মনাও ) অদুতম্না ইহলোক পরলোক অনীমক্তা সু ঙাইবা সুখশান্ত কংঙি। ব্রাহ্মণ! ঐ নঙোন্দা ঐগী ইচানুপীসু পীগনি। অদুদা ৱা অমত্তং হায়য় তাখো। মক্কম অসিদগী অৱাং পাংনা চুমাত্রং চৎখো, মফম্ অদুদা নহাক্না ওঙ্খোকশা মুত্তি অমগী দর্শন ফংগনি ॥১৪॥ অষ্টাবক্রনা হায়— মহর্ষি! অৱাং পাংনা চৎপগা ঐনা উবদবা মুত্তিসি করিনো? মসি ঐঙোন্দা অমুক্তা তাকপীয়ু। অদুগা মুত্তি অদু পুরিবা মীশক্তুনা কনানো? মাগী তৌনরুগদবা থবক্না করিনো? ময়াম্ অসি লোয়না তাগায়না অমুক্ত তাকপিয়ু ॥১৫॥ বদান্যনা হায়—ইবুঙো! নহাক্না অৱাং পাংনা অসুম্ চৎপগা কুবেরগী অলকাপুরী উবা ফংগনি। মাতুংদগীসু অমুক চৎথবগা হিমালয় উগনি মদুবুসু লাখে রুগা সিদ্ধচারণশিংনা থম্ম লৈরবা, রুদ্রদেবগী

স হৃষ্টৈঃ পার্ষদৈ জুষ্টং নৃত্যদ্ভির্বিবিধাননৈঃ। দিব্যাঙ্গরাগৈঃ পিশাচৈরন্যৈ র্নানাবিধৈঃ প্রভো ॥১৭॥
পানিতাল সুতালৈশ্চ শম্পাতালৈঃ সমৈস্তথা। সম্প্রহৃষ্টৈর প্রনৃত্যদ্ভিঃ শর্বস্তত্র নিষেব্যতে ॥১৮॥
ইষ্টং কিলগিরৌ স্থানং তদ্দিব্যমিতি শুশ্রুম। নিত্যং সন্নিহিতো দেবস্তথা তে পার্ষদাঃ স্মৃতাঃ ॥১৯॥
তত্রদেব্যা তপস্তপ্তং শঙ্করার্থং সুদুশ্চরম। অতস্তদিষ্টং দেবস্য তথোমায়া ইতিশ্রুতিঃ ॥২০॥
পূর্বে তত্র মহাপ্রার্শ্বে দেবস্যোত্তরতস্তথা। ঋতবঃ কালরাত্রিশ্চ যে দিব্যা যে চ মানুষা ॥২১॥
দেবং চোপাসতে সর্বে রূপিণঃ কিলতত্র হ। তদতিক্রম্য ভবনং ত্বয়া যাতব্যমেবহি ॥২২॥
ততো নীলং বনোদ্দেশং দ্রক্ষ্যসে মেঘসংনিভম। রমণীয়ং মনোগ্রাহি তত্র বৈ দ্রক্ষ্যসে স্ত্রিয়ম্ ॥২৩॥
তপস্বিনীং মহাভাগাং বৃদ্ধাং দীক্ষামনুষ্ঠিতাম্। দ্রষ্টব্যা সা ত্বয়া তত্র সম্পূজ্যা চৈ যত্নতঃ ॥২৪॥
তাং দৃষ্ট্বা বিনিবৃত্তস্ত্বং ততঃ পাণিং গ্রহীষ্যসি। যদ্যেষ সময়ঃ সর্বঃ সাধ্যতাং তত্র গম্যতাম্ ॥২৫॥

অষ্টাবক্র উবাচ

তথাস্তু সাধয়িষ্যামি তত্রযাস্যাম্য সংশয়ম্ যত্র ত্বং বদামে সাধো ভবান্ ভবতু সত্যবাক্ ॥২৬॥

---

লৈকম কৈলাস মকম অদুদা ময়ায় মায়থোং তে ঙান তোঙানব মওং পুবা লাইরৈবাকী অজয়াগনা মশা পুম্নমক্ পুমৈতে ভৈবা ভূত, প্রে পিশাচ, বৈতাল নচিংবা মহাদেবগী পার্ষদশিং (খোঙ লোইশিং) না চোংল চোংলদুনা য়ায় হরাওবা মথলল-মথা অয়াম্বা খোঙচৎ খুথেক খুৎহায়না জগোই শা শাদুনা লৈরম্গনি ॥১৭॥
মথোংদুনা খুবাকন, নীংথবা তাম্বা পীদুনা শম্পাত কৌবা তাল থা-থাদুনা, খুথেক্ খুৎহায়দা চোংথোক্ চোংশলদ। চাং চপ চপ মাম্না, হরাও মথোই কানা ভগবান্ সদাশিবগী খোগল তৌদুনা লৈরমগনি ॥১৮॥
নীংথজরবা মকম্ অদুদা মহাদেবগী নুংঙাইজরবা পামজরবা শামকম্ লৈকম্নি। অসুম হায়বসু ঐ-খোয়না তায়। মখম্ অদুদা মহাদেবনা মহাকী ভূতগণ খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা তত্তনা লৈ ॥১৯॥
অদ্বানবদা উমা পার্ব্বতীনা ভগবান শ্রীশঙ্করবু ৎংননবগীদমক্তা অকনবা তপস্যা তৌখি। মরম অদুনা মকম অদুদা হরপার্বতী অনীমকী থাইদগী হেন্না নুংশিরবা পামজরবা শমকম্নি হায়না ঐখোয়না তায় ॥২০॥
মহাদেবতীনা লৈরিবা কৈলাস হায়বচীংদুগী নোংপোক্ অমদিং অরাংলোমদা মহাপার্শ্ব কৌবা চীং অম লৈ মকম্ অদুদা ঋতু কালরাত্রি, লাইরৈবাকী মওং মতৌ, মর্ত্যলোককী ওইদবা মওং মতৌ হায়বা পুম্নমক্ অদুনা মূর্ত্তি নাইনা চোংথোক্ চাংথোকুনা মহাদেবগী সেবা, পূজা স্তুতিগান তৌবনি। নহাক্ মফমদগীসু অমুক্ লাম্থোকুনা অরাং পাংনা চৎথৎখো ॥২১-২২॥ মাদুদগী থর চৎলগা ঊশিংঙনা মমুক্ চোম্নবা শাংলবা শুক্রবা বনগী লমদম অম উবা ফংগনি মকম্ অদো ওম্থোক্লা নীংথিজবা, পুক্নীং দুনবগী মশক্ ওইরবা বনভূমি (বনগী লম্দম্) অমনি। মাদুদা নুপী অম লৈবদু নহাক্না উগনি। মহাক্ অদো ভস্যা কন্নবী মহাতপস্বিনী অমনি, মরাম্নবক্ করবী, অহল্ ওইরবী, তপস্যাদ দীক্ষা লৌরবী নুপীনি। মহাক্ অদুবু নহাক্না সেবা পূজা ভক্তি য়াম্না তৌ ॥২৩-২৪॥ মতোম্দগী হল্লকপা মহাকী বা তাকপগা নহাক্ ঐগী ইচানুপী কন্যাসিগা বিবাহ তৌবা য়াগনি। ঐনা হায়রিবা পুম্নমক্ নহাক্না য়াম্না অদুনা অদুগী মতুং ইন্না থবক্ তৌনবা তৌ। হৌজিক্মক্ মকম্ আসদগী যাত্রা তৌরো ॥২৫॥ অষ্টাবক্রনা

### ভীম উবাচ

ততোঽগচ্ছাস ভগবানমুত্ত রামুত্তরাংদিশম্ । হিমবন্তং গিরিশ্রেষ্ঠং সিদ্ধচারণ সেবিতম্ ॥২৭॥
সগত্বাদ্বিজশার্দ্দূলো হিমবন্তং মহাগিরিম্ । অভ্যাগচ্ছন্ নদীং পুণ্যাং বাহুদাং ধর্মশালিনীম্ ॥২৮॥
অশোকে বিমলে তীর্থে স্নাত্বা বৈ তর্প্য দেবতা। তত্র বাসায়শয়ান কৌশেস্বথমু বাসহ ॥২৯॥
ততোরাত্র্যাং ব্যতীতায়াং প্রাতরুত্থায় সদ্বিজঃ। স্নত্বাপ্রাদুশ্চরাগ্নিং হুত্বাচৈনং প্রধানতঃ ॥৩০॥
রুদ্রাণীং রুদ্রমাসাদ্য হ্রদেতত্র সমাশ্রমং। বিশ্রান্তশ সমুত্থায় কৈলাসমাভ্যেযযৌ ॥৩১॥
সোঽপশ্যৎ কাঞ্চনদ্বারং দীপ্যমানামিবশ্রিয়া। মন্দাকিনীং চনলিণীং ধনদস্য মহাত্মনঃ ॥৩২॥
অথতে রাক্ষসাঃ সর্বে যেঽভিরক্ষন্তি পাদ্মনীম্। প্রত্যুত্থিতা ভগবন্তং মণিভদ্র পুরোগমাচ ॥৩৩॥
সতান্ প্রত্যর্চয়ামাস রাক্ষসান্ ভীমবক্রমণে। নিবেদয়ত্তমাং ক্ষিপ্রং ধনদায়েতি চাব্রবীৎ ॥৩৪॥
তে রাক্ষসাস্তথা রাজন্ ভগবন্তমথা ব্রুবন্। অসৌ বৈশ্রবনো রাজা স্বায়সায়াতি তেঽন্তিকম্ ॥৩৫॥

হায় কৈ অহুমক্ তৌজগে। হায়বিরবা পুম্নমক্ আস য়াজরে। জ্ঞানী অথেইবা। হৌজিক্ তাক্‌-পিরিবা মফম্ অদুদা ঐ হৌজিক্‌মক্ চচ্চরগনি। অদুগা হায়বিরিবা পুম্নদু অচুম্বসু ওইরসসু ॥২৬॥ ভীমনা হায় নিংথৌ! অসি হায়রম্নগা অষ্টাবক্র কৌবা মুনি অসি মফম্ দুমক্তুদগী অরাং পাংনা চৎখি। সিদ্ধ সাধ্যচারনরচিবনা থম্ম লৈরবা, চীং অথোইবা হিমালয়গী চীংথোঙ্ ম্নৌথিদুনা অষ্টবক্রনা বাহুদা তুরেল্ তোর্বান্দা থুংখি ॥২৭-২৮॥ মফম্ অদুদা লৈবা মতুংবা অশোক কৌবা তীর্থদা স্নান তৌদুনা দেবতর্পন তৌরগা কুশ আসন মথক্তা মমায় নোংপোক ওন্দুনা পুক্নীংদা তরাং-তসোইবা করিমত্ত লৈতনা কম্‌দুনা পোথাখি ॥২৯॥ অদুগী অহুমা কুশ আসনথক্তুদা হীপ্‌থদুনা পোথারগা অয়ুক অঙনবদা প্রাতঃ স্নান তৌরগা হোম তৌগদবগী মৈ থাগৎলি। বেদগী মন্ত্র থীর থীরদুনা হোম তৌদুনা আগ্নদেববু পেল্‌হন্নগা অদুগী তুংদা অমুক্ চৎথৎথিদুনা রুদ্রাণী রুদ্র কৌবা তীর্থ অদুগী নাক য়োথি। তীর্থ অদুগী মরাক্ত মতম থরদং পোৎথারম্মি। মাতুদগী অমুক্ কৈলাস কৌবা চীং অদু তম্না চৎথি ॥৩০-৩১॥ থর চৎলে হায়রগা অষ্টাবক্রনা কুবেরগী খোঙুং অলকাপুরীগী সনাতগী মশক ওইরবা সনথোঙ্ অদু উথি। লাইরৈবাকী ওইবা মঙাল্তনা সনথোং মাগী মশেক্ মঙাল্তনা পুম্‌লং লংনা লৈরম্মি। মহাত্মা ওইরবা কুবেরগী সনাগী থথাল্‌ন থম্ম শাংলবা পুখ্রী অদু অষ্টাবক্রনা উথি। গঙ্গাগী ঈশিংতনা থল্লবা পুখ্রী অদু মন্দাকিনী হায়না খঙনরম্মি ॥৩২॥ থম্বাল থল্লবা নীংথিজরবা পুখ্রী অদুবু শেন্নরিবা শঙলিবা মণিভদ্র অদুগা হিংচাবশিং অদুনা অষ্টাবক্রবু উবদা তরাম্না খাত্তত তৌগদবগী ফুক ফুক হৌগৎনৈ ॥৩৩॥ মুনিনসু অকিবগী মশক্ ফংলবা হিংচাবশিং অদুবু মাতম্চানা ঈকায় থুরুখি। মথাম্ পুম্নমক্না ঐ লাকই হায়দুনা ধনপতি কুবেরগী মফমদা অমুক্ত হংগৎপিক অসুম হায়না অষ্টাবক্রনা মথোয়দা হায়কুই ॥৩৪॥ অদুদগীদি নিংথৌ যুধিষ্ঠির! হিংচাবশিং অদুনা অষ্টাবক্রদা মুনিদেব! ধনপতি কুবের মশামক্ মুনিদেববু উনগদবগী আদু অসোমদা

বিদিতো ভগবানস্য কার্য্যমাগমনস্য যৎ। প্রতীক্ষতে ত্বাং মহাভাগং জ্বলন্তমিব তেজসা ॥৩৬॥
ততো বৈশ্রবণোঽভ্যেত্য অষ্টাবক্রমনিন্দিতম্। বিধিবৎ কুশলং পৃষ্ট্বা ততো ব্রহ্মর্ষিমব্রবীৎ ॥৩৭॥
সুখং প্রাপ্তো ভবান্ কচ্চিৎ কিংবা মত্তোঽভিকাঙ্ক্ষতি। ব্রূহি সর্বং করিষ্যামি যন্মাং বক্ষ্যসি বৈ দ্বিজ ॥৩৮॥
ভবনং প্রবিশ ত্বং মে যথাকামং দ্বিজোত্তম। সৎকৃতঃ সংকাম্যশ্চ ভবান্ যাস্যত্যবিঘ্নতঃ ॥৩৯॥
প্রাবিশদ্ ভবনং স্বং বৈ গৃহীত্বা তং দ্বিজোত্তমম্। আসনং স্বং দদৌ চৈব পাদ্যমর্ঘ্যং তথৈব চ ॥৪০॥
অথোপবিষ্টয়োস্তত্র মণিভদ্রপুরোগমাঃ। নিষেদুস্তত্র কৌবেরা যক্ষগন্ধর্ব কিন্নরাঃ ॥৪১॥
ততস্তেষাং নিষণ্ণানাং ধনদো বাক্যমব্রবীৎ ভবচ্ছন্দং সমাজ্ঞায় নৃত্যারম্ভপ্রয়োগমাঃ ॥৪২॥
আতিথ্যং পরমং কার্যং শুশ্রূষা ভবতস্তথা। সংবর্ত্ততামিত্যুবাচ মুনির্মধুরয়া গিরা ॥৪৩॥
অথোর্বরাঃ মিশ্রকেশী রম্ভা চৈবোর্বশী তথা। অলম্বুষা ঘৃতাচী চ চিত্রাঙ্গদারুচিঃ ॥৪৪॥
মনোহরা সুকেশী চন্দ্রমুখী হাসিনী প্রভা। বিদ্যুতা প্রশমী দান্তা বিদ্যোতা রতিরেব চ ॥৪৫॥
এতাশ্চান্যাশ্চ বৈ বহ্ব্যঃ প্রনৃত্তাপ্সরসাঃ শুভা। অবাদয়ংশ্চ গন্ধর্বা বাদ্যানি বিবিধানি চ ॥৪৬॥

---

লাক্পু লাক্রে ॥৩৫॥ মুনিদেবনা লাক্পগী মরম্ হায়রা ধনপাত কুবেরনা খঙ্লবান। য়েংবিয়ু, আহু, ধনাধ্যক্ষ কুবের অসে মশাগী মঙাল্তনা পুম্লং লংনা মুনিদেবরোমদা লাক্লি ॥৩৬॥ নিখৌ। অস্তুম হায়নরিঙৈদা কুবের নিন্দা তৌনরীঙাদ লৈত্রবা ব্রহ্মর্ষি অষ্টাবক্রগী নাক্ত চঙশিল্লকল্লুনা মঙ্গল ওইবগী ঈপাও হংবনা মাঙ্ ওইননা মুনিবু তরাম্ তরাম্না স্বাগত তৌখি ॥৩৭॥ কুবেরনা অস্তুম্না হায়রক্ই। "ব্রহ্মন্। য়ৈখার খিনগাই লৈতনা মঙ্গল ওইনা লেংবিরক্প্রা? তাক্পসি, করি তৌজো হায়বা? তাক্পিবা পুম্নমক্ অদো তৌজগে" ॥৩৮। ব্রাহ্মণ অথোইবা। ঐগী য়ুমদা নমীং তয়া অমুক্ত লেঙ্- শিন্বিয়ু"। ব্রহ্মণগী মফম্দা আতিথি সংকার থম্ব তৌজবা ফংহল্লবিরম্লগা অপন্বা লৈতনা লেঙ্বিথো ॥৩৯॥ অস্তুম্না হায়রগা ধনপাত কুবেরনা অষ্টাবক্রবু মহাক্কী কোন্নুং সঙ্গায়রুংদা পুশিনখি। থোঙ্খুং লোংদোক্লনা ঈশিং কম্ননবা আসবনচিংবা পুশিল্লকই। ওহাক্ পোথারিদৌ চান-থক্লনবা লাক্লি- লকই ॥৪০॥ অষ্টাবক্রগা কুবেরগা অনীমক্ ওহাক্ মফম্ অহুদা ফম্লিবদে। অনীনা ফাম্লরুরব তুংদা কুবেরগী সেবক কর্মচারী মনিভদ্রন চংবা যক্ষ গন্ধর্ব কিন্নরনচিংবা অহুস্তু লৈমায়থক্ত ফম্থনখি ॥৪১॥ মরাম্ পুম্নমক্ অহুনা ফম্থপ্রবদা কুবেরনা অষ্টাবক্রদা অস্তুম হায়রক্ই —"মুনি। মুমিনা নীংবিরবদি শাম্বিরবদি অপসরাশিংবু জগোই শাহন্নুনা ওহাক্ পোথাবিগ হায়রবস্ত্ররাপানি। মুনিগুম্বা অতিথি অমগী সেবা পুজ তৌব হায়রবসি ঐথোয়গী চাউথ্রব। ঈথৌনি।" মাহু তাবদা অষ্টাবক্র মুনিনা অস্তুম্। হায়রকই কৈ, য়াগনি, বেরা লৈতে ॥৪২-৪৩॥ অহুগী তুংদা উর্বরা, মিশ্রকেশী রম্ভা, উর্বশী, অলম্বুষা ঘৃতাচী চিত্রা, চিত্রাঙ্গদা, রুচি, মনোহরা, সুকেশী, সুমুখী, হাসিনী, প্রভা বিদ্যুতা প্রশমী, দান্তা, বিদ্যোতা, রতি মথোয়শিং আমা অহুগা অতোপ অতোপ্পী মশক্ মতৌ ফজরবী অপসরা মরাম্ অহুনা জগোইশাবা হৌরকই। অহুগা গন্ধর্বশিং অহুনা পুংশেল মথল্মখা অয়াম্বা যন্ত্র, শায়বৎলুনা খোংলকই য়েরকই ॥৪৪-৪৫॥ অহুগুম্বা লাইয়েরবাকী ওইবা পুংশেল জগোইগা লোয়ননরবা ঈশৈ অহুনা হৌগৎলকখা

অথপ্রবৃত্তে গান্ধর্বে দিব্যো ঋষিরুপাবিশৎ। দিব্যং সংবৎসরং তত্রাবমত্তৈযা মহাতপাঃ ॥৪৭॥
ততো বৈশ্রবনো রাজা ভগর্বন্তমুবাচহ। সাগ্রঃ সংব্যসরো জাতো বিপ্রহেত্তব পশ্যতঃ ॥৪৮॥
হার্যোহয়ং বিষয়ো ব্রহ্মন্ গান্ধর্বো নাম নামতঃ। ছন্দতো বর্ততাং বিপ্র যথাবিদতি বাক্তবাম্ ॥৪৯॥
অতিথিঃ পূজা নীয়স্ত্বমিদং চভবতোগৃহম। সর্বমাজ্ঞ প্যত্তামাত্ত পরবন্তো বয়ং ত্বয়ি ॥৫০॥
অথ বৈশ্রবণং প্রীতাভগবান্ প্রত্য ভাষত। অর্চিতোহস্মিযথ ন্যায়ং গামিষ্যামি ধনেশ্বর ॥৫১॥
প্রীতোহস্মি সদৃশং চৈব তব সবং ধনাধিপ। তবপ্রসদাৎ ভগবন্। মহর্ষেশ্চমহাত্মনঃ ॥৫২॥
নিযোগদদ্য যাস্যামি বৃদ্ধিমানৃদ্ধিমানভব। অথানিষ্ক্রম্য ভগবান্ প্রয়য়া বুক্তরামুখঃ ॥৫৩॥
কৈলাসং মন্দরং হৈমং মর্বাননুচ্চার হ। তানতীত্য মহাশৈলান্ কৈরাতং স্থানমনপমম্ ॥৫৪॥
প্রদাক্ষিনং তথা চক্রে প্রয়তঃ শিরসা নতঃ। ধরণীমবতীয়্যাথ পূতাত্মাসৌ তথাভবৎ ॥৫৫॥
সতং প্রদাক্ষনং কৃত্বা ত্রিঃ শৈলং চোত্তরমুখঃ। সমেন ভুমি ভাগেন যযৌ প্রীতিপুরস্কৃতঃ ॥৫৬॥

---

তপস্যা কয়বা অষ্টাবক্র মুনি অসিস্থ ভাবুক মরাম্ অত্থগী মরক্ত ফম্মি। মহাক্ দেবতাগী চহীদা চহী অমা পুরা মকম্ অত্থদা সুংঙাইথোক্নঃ কুম্মৈ কিয়োংশিং অসি য়েংহনা লৈথোক খি ॥৪৭। চহী অমা কারকলবসিদা নোংমা কুবেরনা অষ্টাবক্র মুনিদা অস্নম্না হায়রকই। ব্রহ্মাণ অথোইবা মুনি। পুংশেলগা লোয়নরবা ঈশৈ অমদি জগোই অসি য়েংবিহনা মকম অসিদা লৈবিরক্লিবসি চহী অম কারে ॥৪৮॥ ব্রাহ্মন। অসিগুম্বা জগোঈ ঈশৈনচিংবসি "গান্ধর্ব" গান্ধর্ববিদ্যা হায়না খঙনৈ। য়াম্না পুক্নিং হুন-নীঙায়নি। মুনি নহাক্না ইচছা (অপাম্বা) লৈরবদি কুম্মৈ অসি থর চথজহনখো হায়ব্রা? অদু ওই-রবস্থ বেয়া লৈতে। মুনিনা পাম্বা মত্তুং ইন্না তৌবিয়ু। অম্নম তৌজো হায়বহ্ হেক্ত তৌজগনি ॥৪৯॥ মুনি নহাক্তি ঐগী পুজা তৌজনীঙায় ওইরবা অতিথি অমনি। ঐগী য়ুম অসে মুনি নহাক্কীনি। অদুনা অম্নন তৌজো হায়বদো হেক্ত য়াথং পীনবিয়ু, তৌজগনি। ঐখোয়দি নহাক্কী নথা পোল্লবা ননাইমক্তনি হায়বা থঙবিয়ু ॥৫০॥ খোইদোক্লা পোল্লবা ভগবান অষ্টাবক্র মুনিনা কুবেরদা অস্নম্না হায়রকই—ধনেশ্বর কুবের। য়াম্না সুংঙাইরে মতীকচারবা আতিথ্য ফাজরে। ওম্বোক্লা পেল্লে, য়াথং পীনবিরো চচ্চগে ॥৫১॥ ধনাধিপ। লল্-বৈপুগী মপু। ঐ ওম্বোক্লা পেঙ্গরে। হায়দোক্ পিবক্লিবা তাকপিরিবা পুম্বসি নহাকুম্বগী চীনসীদি ওম্বোক্লা মতীক চারবা য়াহৈমক্তনি নহাক্কী কৃপাদগী অদুগা মহর্ষি বদান্যগী য়াথংদগী ঐ মথং অমুক চথজপ্রগে। চাওথংপগী মথক্তা চাওথংপা ওইবিয়ু। য়াহৈ থরসি হায়রম্লগা অষ্টাবক্র মুনি অসি অয়াং পাংন অমুক চংখি চীং কয়া লাম্বোকপ্রবা ফুংদা কৈলাস, মন্দর, হৈমনচিংবা চীং কয়া কয়াগী মথক্তা কোয়চং চংহুনা লৈপ্রে ॥৫২–৫৩॥ য়াং চাউর চাউরবা চীং কয়া লাম্বোহুনা চংলক্লবা ফুংদা অষ্টাবক্রনা কিরাত (শাদানুবা-তাংখুল) গী ফিজেৎ শেৎহুনা লৈরিবা মহাদেবজীগী থোইদোক্লা শেংলবা মকম অদুগী পারিক্রমা তৌই অদুগা নোল্লক্লা খুরুম্মি। মাদুদগী মথাদা অস্নম্ মুনি কুমথরক্পদা মকম অদুগী মাহাত্ম্যনা (মতীক্লা মগুণনা) মহাক্কী থম্মোয় হকচাং পুম্নমক পুমশেং শেংপ্রে ॥৫৪-৫৫॥ মহাক্লা

ততোপরং বনে দৃশং রমনীয়ম পশ্যত। খর্বর্তুভিমূলিকলৈঃ পক্ষিভিশ্চ সমন্বিতৈঃ ॥৫৭॥
রমণীয়ৈর্ব নোদেশৈস্তত্র তত্রাবিভূষতম্। তত্রাশ্রমপদং দিব্যং দদর্শ ভগবানৃষি ॥৫৮॥
শৈলাংশ্চবিবিধাকারান্ কার্ত্তনান্ বহুভূষিতান্। মনিভূমৌ নিবিষ্টাশ্চ পুষ্করিণ্যস্তথৈবচ ॥৫৯॥
অন্যান্যপি সুরম্যাণি পশ্যতঃ সুবহূনথ। ভূশং তস্য মনোরেমে মহর্ষেভাবিতাত্মনঃ ॥৬০॥
সতত্র কাঞ্চনং দিব্যং সর্ব্বরত্নময়ং গৃহম্। দদর্শাদ্ভূতসংকাশং ধনদস্য গৃহাৎ বরম্ ॥৬১॥
মহান্তোযত্র বিবিধা হাণিক কনপর্বতাঃ। বিমানানিচ রম্যাণি রত্নানি বিবিধানিচ ॥৬২॥
মন্দারপুষ্পৈঃ সংকীর্ণাং তথামন্দাকিনীংনদীম্। স্বয়ংপ্রভাশ্বমনয়ো বজ্রৈর্ভুমিশ্চ ভূষিতা ॥৬৩॥
নানাবিধৈশ্চ ভবনৈ বিচিত্রমণি তোরনৈঃ। মুক্তাজা লাবনি ক্ষিপ্তৈর্মাণি রত্নবিভূর্ষিতৈঃ ॥৬৪॥

---

চীং অদুগী অদুম পরিক্রমা তৌথি। অদুদগী অরাং পানা চৎখিদুনা লৈতেম্ মায়রবা লম্বী অমদা অসুমসুম চৎখি ৫৬। অসুম্মা চৎলক্লবদুং অসিদা মাঙ্দা য়াক্ল। নীংথিজরবা বন অম উই। বন অদুদা মতম শুমতদা ঋতু পুম্নমক্কী উহৈ-য়াহৈ, হৈ-লৈ মরেক্ চুম্না পাল্লি। উচেক ঙাং ঙাংকী মপৈনা বন অদুগী লৈতেং ওইহনা লৈ। য়েংবদা মহা পুক্নীং হুনবগী মশক্লি ॥৫৭॥ মখম অদুদা ভগবান্ অষ্টাবক্র মুনিনা নীংথিজরবা আশ্রম অমা উথি। আশ্রম অদুগী মায়গৈ অকোয়বদ সনা মনিমুক্তাতগী মশক ওইরবা চীংশিংনা ঈকোয় কোয়শিল্লি। মনিতগী মশক ওইরবা লম্ অদুদা থুংলেম চঙনা লেম্লবা পুক্ষী করা কয়াসু লৈ ॥৫৮-৫৯॥ আস নত্তবা য়েংবদা নীংথিজরবা মীৎকম হোংবা য়াব্রবা দৃশ্য কয়া কয়া লৈর। মহু পুম্নমক্ উবদা পুক্নীং শেংলবা অষ্টাবক্রগী পুক্নীং থম্মোয়দা ওমখৈ লৈত্রবা নুংঙাইবা অমা পোকখি ॥৬০॥ মহর্ষি অষ্টাবক্রনা মখম্ অদুদা সনাতনা শাবা ফজরবা য়ুম্ (শঙ্গাট) অম উখি। পুক্নীং হুননবগী মশক্ ওইরবা য়ুম অদো কুবেরগী অলকাপুরীগী য়ুম্দগী হেন্না ফজে। য়েংবদা মহাঅঙক্পগী মশক্লি ॥৬১॥ মখম্ অদুদা সনা মণিমুক্তাতগী মশক্ ওইরবা চীং মচাশিংনা চোম্লপ্ চোম্লপা লৈরি। মখল মখা অয়াম্বা মওং মতৌগী বিমান অদুগা মমল য়াম্লবা মণিমুক্ত মপৈশিংনা তা তাদুনা লৈবদু উখি ॥৬২॥ লমদম অদুদা মন্দাকিনী কৌবী তুরেল চেল্লি। তুরেল অদুগী ঈচেম্না মন্দার পারিজাত কৌবা লৈগী মনম্ মুংশিরবা লৈনাশিংবু তাউথরি। তুরেল অদুগী ঈশিংদা চাংজো ভোর্বান অনীমক্ত মশা মথস্তনা ভাজরবা মণিমুক্তাগী মরীক মকুপশীংনা ঈচাই চাইনা তাদুনা লৈরি। মখম অদুগী লৈপাক লৈমারথক্ অদুমক হীরাগী মণিমুক্তাগী মচেৎশিংনা হাঙং য়ৈবত্তম তৌরি ॥৬৩॥ আশ্রম অদুগী মায়গৈ মরীমক মণিতনা পুমৈয়ে ওইনা শাবা সনথোঙতম্না লৈতং ওইহনা লৈ। য়ুমশিং অদুগী য়াংল য়াংখবা মরোলশিং অদুগী বা থুদিংগী থোঙ মীছৎথোংশিং অহনা মোতীগী ঝালর (পর্দার) তনা য়াম্ব থাম্বহনা লৈবহুদা য়েংবদা ওম্বোক্না নীংথিজরবা লৈতে অমমম ওইহনা য়ুমশিং অদুগী ফজববু অমুক হেনগৎহল্লি। ফজরবা দৃশ্যশিং অহনা অষ্টাবক্র কৌবা মুনিঅদুগী পুক্নীংবু মথোয়রোমদা চিংশিনবুগুম তৌরি। মঙলগী মশক ওইরবা য়ুমশিং অহনা অদুগা মুনি ঋষিময়াম্বা থম্বা লৈমহনা মুক্নীং হুননবগী

মনোদৃষ্টিকরৈর্ বৃক্ষৈঃ সর্বতঃ সংবৃতং শুভৈঃ। অবিক্লিষ্টচরং তত্র আশ্রমং তং মনোহরম্ ॥৬৫॥
ততস্তস্যান্তিকে স্থিত্বা, কুত্র বাসো ভবেদিতি। অথদ্বারং সমভিতো গত্বা স্থিত্বা ততোঽব্রবীৎ ॥৬৬॥
অতিথিং মামনু প্রাপ্তমভিজানন্তু যেহত্র বৈ। অথ কন্যাঃ পরিবৃতাৎ তস্মাৎ বিনির্গতাঃ ॥৬৭॥
নানা রূপাঃ সপ্তবিধো কন্যাঃ সর্বা মনোহরাঃ। যাং যাথপশ্যৎ কন্যা হৈ সাসাতস্য মনোহরৎ ॥৬৮॥
ন চশক্তো বারায়িতুং মনো হস্যাথাবসীদতি। ততো ধৃতিঃ সমুৎপন্না তস্য বিপ্রস্য ধীমতঃ ॥৬৯॥
অথতং প্রমদাঃ প্রাহু ভগবান্ প্রবিশত্বিতি। স চ তাসাং সুরূপাণাং তস্যৈব ভবনস্যহি ॥৭০॥
কৌতূহলং সমাবিষ্টঃ প্রাবিবেশগৃহং দ্বিজঃ। তত্রাপশ্যজ্জরাযুক্তামরজো স্বরধারিণীম্ ॥৭১॥
বৃদ্ধাং পর্যঙ্ক মাসীনাং সবাভরণ ভূষিতাম্। স্বস্তীতি তেন চৈবোক্তা সাস্ত্রী প্রত্যবদত্তদা ॥৭২॥

প্রত্যুত্থায় চ তং বিপ্রমাস্যতা মিত্যুবাচহ।

অষ্টাবক্র উবাচ

সর্বাঃ স্বানালয়ান্ যান্তু একামাত্রুপতিষ্ঠতু ॥৭৩॥

মশক অম ওইনা লৈরম্মি ॥৬৪॥ মকম অদুদা হেক য়ৌবদা অষ্টাবক্র মুনি অসি মকম অদুদা নোংম নীনি কাইদুনা পোথাগে হায়না খনখি। য়ুম অদুগী অথোইবা থে ও অদুগী নাক তাম্মা চঙশিনখিদুনা লেপখি। অষ্টাবক্রনা থোঙ অদুগী নাকতা চপ লেপ্লুনা অসুম্মা হায়রকই।৬৫। ইমুং অসিদা কনা কনা লৈবগে? লাক্লবা ঐ অসি লৈদম তাম্ম লাক্লবা অতিথি অমনি হায়বা খঙবু। অষ্টাবক্র মুনিগী খোঞ্জেল অদু তাবদা ইমুং অদুদগী মশক মঙৌ নীংথিজরবী কন্যাশিং থরা মরী মরী থোরকই। মথোয় খুদিংমক য়েংবদা পুক্নীং হুনবগী মশক্তি। মথোয়শিং অদুগী অময়মদা অষ্টাবক্রনা য়েংথোকখিবদা মথোয় অময়মা মুনিহুনগী পুক্নীং চিংশিনখি ॥৬৭-৬৮॥ মথোয় অময়মু উবদা মুনি অসি মাগী থম্মোয় পুক্নীংবু লেঙদনা থম্মা ঙম্মকত্রে। ইন্দ্রিয় খুদুমচন্না থাঙদুনা লৈববু তমথরবা মাগী ইন্দ্রিয়শিং অদু মথুম মরাও হৌরক্লে। অদুমকপু থাঙবা কম্লবা মুনি অসিনা মশাগী পুক্নীংবু অদুগা ইন্দ্রিয়শিংবু শারিবমথৈ মথুম মরাও হৌহনদনা ঙংথনা থম্মবা ঙোংনাখ।৬৯। অদুগী তুংদা ইমুংদগী থে রক্লিবী কন্যাশিং অদুনা মুনিদা অসুম্মা হায়রকই! ভগবন! অতিথিদেব! ইমুং লোমদা লেঙশিনবিরকউ। মথোয়গী রাঙাও অদু তাবদা মুনি অসি য়ুম অদুদা তৌরিবা ইরাং অদুগা য়ুম অদুমকী মরমদা কুপ্পা থঙনীংবনা, কন্যাশিং অদুগা লোয়ননা য়ুম অদুগী মনুংদা চঙখি ॥৭০॥ ইমুং অদুদা চঙখিবা মতমদা হন্নবী অম লৈরম্ববু উই। অহল্লি ওইরগা শুপী অদু মকত্রবা লুরবা ফীজোল শেংলি। লীক কোল লৈতেনা পুমথলথরা কমুং মথক্তা কমদুনা লৈরম্মি।৭১॥ অষ্টাবক্রনা মঙোন্দা স্বাস্ত স্বস্তি হায়না আশীবাদ তৌরম্মি। অষ্টাবক্রবু হেক উবদা শুপী অদুনা ফমুংদগী হৌগৎদুনা স্বাগত তৌই। ব্রাহ্মন! লেঙশিনবিয়ু, ফম্বিয়ু হায়না তরাম তরাম্না অষ্টাবক্রদা হায়রম্মি ॥৭২॥ অষ্টাবক্রনা হায়রকই—লৈরিবী শুপীমচাশিং অসে ময়ুম ময়ুমদা চৎপ্রসন্নু

প্রজাতা যা প্রশান্ত যাশেষা গচ্ছন্ত চ্ছন্দতঃ। ততঃ প্রদক্ষিণীকৃত্য কন্যাস্তা ঋষিং তদা ॥৭৪॥
নিশ্চক্রমু র্গৃহাৎ তস্মাৎ সা বৃদ্ধাথ ব্যতিষ্ঠত। অথতাং সংবিশন্ প্রাহ শয়নে তাবয়েস্তদা ॥৭৫॥
ত্বয়াপি সুপ্যতাং ভদ্রে রজনী হ্যতিবর্ত্ততে। সংলাপাৎ তেনবিপ্রেণ তথমা তত্র ভাবিতা ॥৭৬॥
দ্বিতীয়ে শয়নেদিব্যে সংবিবেশ মহাপ্রভে। অথ সা বেপমানাঙ্গী নিমিত্তং শীতজংতদা ॥৭৭॥
ব্যপদিশ্য মহর্ষে বৈঁশয়নং ব্যবরোহত। স্বাগতেনাগতাং তাংতু ভগবানভ্যভাষত ॥৭৮॥
সোপাগূহৎ ভুজাভ্যাংতু ঋষিং প্রীত্যানরর্ষভ। নির্বিকারমৃষিং চাপি কাষ্ঠ কুড্যোপমং তদা ॥৭৯॥
দুঃখিতা প্রেক্ষ্য সংজল্প মকার্ষীদৃষিণা সহ। ব্রহ্মন্নকামতো হন্যাস্তি স্ত্রীণাং পুরুষতো ধৃতিঃ ॥৮০॥
কামেন মোহিতাচাহং ত্বাং ভজন্তীং ভজস্ব মাম্। প্রহৃষ্টো ভববিপ্রর্ষে সমাগচ্ছ ময়ামহ ॥৮১॥
উপগূহ চমাং বিপ্র কামাত্তাহং ভৃশংত্বয়ি। এতদ্ধি তব ধর্মাত্মং স্তপসঃ পূজ্যতে ফলম ॥৮২॥
প্রার্থিতং দর্শনাদেব ভজমানাং ভজস্বমাম। মম চেদং সর্ব্বং বস্তান্যদপি পশ্যবসি ॥৮৩॥

অদুগা অমত্তংদি ঐগী ঈনাক্ত লৈজহৌসনু। ঐগী ঈনাক্তা য়াম্না জ্ঞান লৈবী, মপুকচেল শেংবী, ইন্দ্রিয় খুদুমচনবী অমত্তং লৈহৌ। অদুনত্তুবা অতৈদি লোইনা হনখ্রো। অতৈদি মহাক মহাক্তা চংনীংবা মায়গৈদা চংখিবা য়ারবনি ।৭৩। অদু তাবদা কন্যাশিং অদু মুনিবু য়েংলোইনবা কোয়রম কোয়মরদুনা মাগী মাগী মপুমদা চংনখি। হনুবী অদুত মত্তায়হৌরে ।৭৪॥ অদুগী তুংদা লুরবা নায়বা ফমুং মথক্তা ফমদুনা লৈরিবী নুপী অদুদা অষ্টাবক্রনা অস্নুম্না হায়রকই—নহাকসু তুম্মু্রো, অহিং অসি য়াম্না থেঙ্গত্রে ।।৭৫॥ মুনি অদুগা অস্নুম য়ারী শান্নরবদগী, নুপী অদু মুনি অদুনা হায়রবা মতুং ইন্না মহাক্কী ফম্মুংদা চঙদুনা হীপখি ।।৭৬। ওহাক লৈরগা নিংথম্বনা থক থক নীকাশিন্নদুনা অষ্টাবক্রনা হীপ্লিবা ফমুং মথক অদুদা তুমিন্ন চঙশিল্লক্কুনা কাখৎলকই। নুপী অদুনা মাগী মনাক্ত চঙগকপদা অষ্টাবক্রনা মাবু, তরাম তয়াম্না তৌবি এঃ, চঙগকউ লাউ হায়না মঙোন্দা হায়খি ।।৭৭-৭৮। নিংথৌ! যুধিষ্ঠির! নুপী অদুনা মুনিবু মপান্থোম অনীনা চেপ্পেৎ কোন্শিল্লি। অদুবু অষ্টাবক্র অসি উ অফংবা উতুপ ভাবগুম নুপী অদুনা কোনশিল্লকপদা মশাদা নুপী নহাগা তিন্ন থোংননীংবগী করিগুম্বা বিকার অমত্ত পোক্কখিদে। ।।৭৯॥ মুনি অদুগী অদুগুম্ব মতৌত্ত উবদা নুপী অদুনা য়াম্না য়াবা নুংঙাইতবগা লোয়ননা অস্নুম্না হায়রকই—ব্রাহ্মন! নিপানা মনাক্তা লৈবদ, নিপাবু অচৌবপদ' ফংবদা মশাদা নিপা নহাগা তিন্ন থোংননীংবগী বিকার অসি পোক্কবী নুপী পঙনা লৈত্তে। নিপাদুগা ওহাক নুংঙ্যাইমিন্নজিন্নথে মশাদা অঙ্গংবা তপথবা করিমত্তা লৈতে। অদুগুম্বা তিন্নথোংনবগী আশাদা ঐনা নহাক্কী ননাক্তা চঙলকলিবনি। ঐগী নীংবা থুংহনবিয়ু। মহর্ষি! ঐপা ওহাক নুংঙাইনা অন্না পোথানবিয়ু ।।৮০-৮১॥ ব্রাহ্মন অখোইবা! ঐবু চেপ্পেৎ কোনবিয়ু। নহাক্কা তিন্ননীংবগী থৌরাংবসি ঐ থাঙবা ভমজে। ধর্ম চেনবা! মাসিনা নহাক্কী তপসাগী মহৈ অদু অদুম ওইনবিযো ।৮২। নহাকপু উবদা থঙহৌদনা ঐগী পুক্নীংদা অপাম নুংশিপী রাখল অম থংপোক পোকখি। ঐবু নহাক্কী ননাইনুপী অমগুম লৌশিনবিয়ু। য়ুম ইথোলাদিগী মঙ্গলো

প্রভুত্বং তব সবত্র, মযি চৈবনসংশযঃ। সর্বান্ কামান্ বিধাস্যামি রমস্বসহিতোময়া ॥৮৪॥
রমণীয়ে বনেবিপ্র সর্বকামফলপ্রদে। ত্বদ্বশাহং ভাবিষ্যামি রংস্যতে চময়াসহ।৮৫॥
সর্বান্ কামাস্তুপা স্ত্রীযো যেদিব্যাযে চমানুষঃ। নাতঃ পরংহি নারীনাং বিদ্যতে চ কদাচন ॥৮৬॥
যথা পুরুষসংসগঃ পরমেতাদ্ধি নং ফলম। আত্মচ্ছন্দেন বর্ত্তন্তে নার্যো মন্মথচোদিতাঃ ॥৮৭॥
ন চ দহ্যান্তি গচ্ছন্ত্যঃ সুতপ্তৈরপি পাংশুভিঃ।

অষ্টাবক্র উবাচ

পরদারানহং ভদ্রে নগচ্ছেয়ং কথংচন ॥৮৮॥
ভদ্রেনিষ্টকামং মাং বিদ্ধি সত্তেস্যন বেশপ্রে। দূষিতং ধর্মশাস্ত্রজ্ঞৈঃ পরদরাভিমর্শন্ম ॥৮৯॥
বিষয়েষনভিজ্ঞোহহং ধর্মার্থং কিল সন্তাতিঃ। এবংলোকান্ গমিষামি পুত্রৈরিতি নসংশয়ঃ ॥৯০॥

স্ত্র্যুবাচ

নানিলো গ্নির্বরুনোন চান্যেত্রিদশা দ্বিজ ॥৯১॥

হেক লৈরিব সনা লুপা মণিমুক্তা হীরাই পূমমক অসে ঐগীনি। ঐসিসু নংগীন ব্রাহ্মণ। মাসিদা চিংনবা তৌবিগনু। নহাক মকম অসিদা ঐগী ঈপুরোয়বা ওইনা লৈবিয়ু। নহাক্না নীংবা পুম্বা থুংহনজগনি ॥৮৪॥ ব্রাহ্মণ ! নীংজবা থুংহনবা ঙম্বা অসিগুম্বা বন অসিদা ঐ নহাক্কী নথাপাম্নলৈজগনি। নহাক ঐগা মকম অসিদা মুংঙাইনা লৈথোকপিয়ু ॥৮৫॥ মকম অসিদা মীরমলেন লাইরমলেন অনীমক্কী ভোগ পুম্বা ফংহুনা, চাহুনা লৈবীয়ু। নিপা নহাগা তিন্নবদা ফংবা মুংঙাইবা অহুপ মুপীগীদি অতোপ্পা মুংঙাইবা অমা লৈতে। নহাক্না ঙসি ঐগীসিদা লাকপিবসে ঐগীদি ওম্হোক্না লাইবক ফবনি ॥৮৬॥ অপাম মুংশিনা ভাওরবা মুপীদি হায়হৈবা হায়হৈদবা খাক্তনা ঈকায় শঙ্গোয় হাওনা মনীং তম্না হায়-দোকই। তিন্নখোৎননীংবী অপাম মুংশিগী মৈনা চাক্লবী মহাক অহুদি মৈরি থোক্না চাক্লবা লৈঙোয়গী লমদা মখোওদা করিমত্ত য়াওদনা চৎলিবনি ॥৮৭॥ অষ্টাবক্রনা হায় নীংথিবী। ঐ অতোপ্প কনাগুম্বগী মুপীগী নাক্ত চঙঙ্রি। অতোপ্পগী মুপীগা তিন্নবা হায়বসে ধর্মশাস্ত্রনা ওম্হোক্না কম্না নিন্দা তৌগ্রবনি ॥৮৮॥ নীংথিবী ঐ হেক্ত শেংনা হায়দোক্লগে। ঐ কনাগুম্বী মনিকন্যাবু বিবাহ তৌগে হায়না লেপগ্রে মাসি নহাক্না ঈচুম চুম্বা য়াকম অমনি হায়না লৌ। ঐ হৌজিক ফাওবা মুপীনহাগা তিন্ন খোৎনবগী বিষয় অসিদা করিমত্ত খঙদ্রিবনি। ঐনা মুপীমচা অমবু বিবাহ তৌগে হায়না থল্লুরিবসে ধর্ম কর্মগী দমক্তা ঈচা অমতং ফংনিংহুনা তৌবনি। অসিতনি ঐনা বিবাহ তৌগে থল্লবগী উদ্দেশ্যদা ঈচা অহু থনম্বগা ঐগী চৎকদবা অপাম্বা লোকতা ঐ চৎখগে। হায়রিবাসদা চিংনবা করিমত্ত তৌগনু। নীংথিবী নহাক ধর্মগী লম্বী অসিবু মুম্ন য়েংঙু। নহাক নশাবু ব্যভিচার অসিদগী ঈম্হোক্নবা হোৎনৌ ॥৮৯–৯০॥ মুপীহুনা হায়রকই ব্রাহ্মণ ! বায়ু, অগ্নি বরুণ অহুগা অতেংপ অতোপ্পা দেবতাশিংসু মুপীগা সমাগম তৌবদা মুংঙাইজবা, পামজবা অহুপ অতৈ অতোপ্পা বিষয়দসু পামজদে। মরমদি মুপী হায়বসে মশানা

রতিপ্রিয়া স্ত্রীণাংযথা কামো রতিশীলাহিযোষিতঃ সহস্রেষ্বপি নারীণাং প্রাপ্যেয়ৈকা কদাচন ॥৯২॥
যতমা শতসহস্রেষু পি কাচিৎ পতিব্রতা। নৈতা জানন্তি পিতরং ন কুলং নচ মাতরম্ ॥৯৩॥
ন ভ্রাতৃন্ ন চ ভর্তারং নচপুত্রান্ নদেবরান্। লীলায়ন্ত্যঃ কুলং ঘ্নন্তি কূলানীব সরিদ্বরাঃ ॥৯৪॥

ভীষ্ম উবচ

ততঃ স ঋষিরেমাত্রতাং স্ত্রিয়ং প্রত্যভাষত। আস্যতাং রুচিতচ্ছন্দঃ কিংচকার্য্যং ব্রবীহিসে ॥৯৫॥
সাস্ত্রী প্রোবাচ ভগবন্ ত্রক্ষ্যসে দেশকালতঃ। বর্স ভাবজ্ঞতাভাগ—কৃতকৃত্যো ভবিষ্যসি ॥৯৬॥
ব্রহ্মাষস্তামথোবাচ স তথেতি যুধিষ্ঠির। বৎস্যেহ হংযাবত্তুৎসাহো ভাত্যা নাত্রসংশয়ঃ ॥ ৭॥
অথর্ষিরাভিসম্প্রেক্ষ্য স্ত্রিয়ং তাং জররাদি তাম্। চিন্তাং পরমিকাংস্তেজে সংতপ্তইব চাভবৎ ॥৯৮॥
যৎ যদঙ্গংহি সোহপশ্যৎতস্যা বিপ্রর্ষভস্তদা। না রমৎ তত্র তত্রস্য দৃষ্টি রূপবিরাগিতা ॥৯৯॥
দেবতেষং গৃহস্যাম্যশাপং কিংম্বু বিরূপিতা। অস্যাশ কারণং বেত্তুং নযুক্তং সহসাময়া ॥১০০॥

রতিপ্রিয়ানি। সম্ভোগবু পামজবীনি। নুপী শিশিং অমগী অমুংদা কনাগুম্বী অমতং ককাদি য়াওরম্বা য়াই কামরতিবু পামজদবী। খাজৈশেংনা পতিব্রতা ওইবী নুপীসে নুপী লাখা অমগী মমুংদ অমককাদি য়াওরম্বা য়াই।৯১-৯২। হায়রিবা নুপীশিং অসে মপাবুসু খঙদে, মমাবুসু খঙদে, মবুং মৌপাবসু খঙদে শা-গৈবাতৈনি হায়বগী ব্যবহার থোইদোকপা ঙাকপা লৈতে। মপুরোয়ববু মবুংবু মনাও নিপাগীদমক নীংঙাইবা লৈতে। রতিকামগী রাখম্না হেক লাকপা মতমদা হায়রিবশিং অসিগী মানমর্য্যাদা মথোয়না ঙাকপা লৈতে। অচৌ অচৌবা শাকু কল্লবা তুরেন্না মথোয়গী ঈচেন্না রাং চাউরবা লৈরাইবু ককায় নীং, খায়হনবত্তুম্না তৌহে তৌহৈদবগী মানমর্য্যাদা অসে মথোয়না খুদক্ত থুগাই। হায়রিবা দোষশিং অসিবু মুম্ন খঙহুদা প্রজাপতিনা নুপীশিংগী বিষয়দা মথক্কীসুম্না হায়খিবনি ॥৯৩-৯৪॥ ভীষ্মনা হায়—মহারাজ যুধিষ্ঠির। নুপীহুনা ঙাঙলিবহু মুম্ন তারগা অষ্টাবক্র মুনিনা নুপী অহুদা অসুম্না হায়রকই—তুমন লৈয়ু নুপী। মথা তাগনু। ঐগী ঈশাগী যোগগী লম্বীদা ইশানা অকায়বা চৎলোই। যোগগী লম্বী চৎ-পা হৌরবদা যোগহুগী মকমদা ঐনা ইনীং ইখা তৌবা ভমত্রে। অহুনা নংনা ঐঙোন্দা হায়রিবা রাসে থক ওইবা য়ারোই। অসিনত্তবা নংনা অপাম্বা অমা ঐঙোন্দা হায়য়ু ॥৯৫॥ নুপীহুনা হায়রকই—ভগবন। ব্রহ্মর্ষি। লাইবক কবা। দেশকালগী মতুং ইন্না অহুম খঙঙকনি। নহাক অসিদা মতম খর লৈবিযো, নীংনা পুম্না থুংবিগনি।৯৬। যুধিষ্ঠির। নুপীগী রাহু তাবদা অষ্টাবক্র মুনিনা অসুম্না হায়রকই—কৈ, দাহুগীদি বেরা লৈতে। নহাক্না লৈমু হায়বা চহী থা অহুপ ঐ নংগীনিদা লৈগনি। যাহুগীদি করিমত চিংনবা তৌগহু ॥৯৭॥ নিংথৌ। অহুগী তুংদা নুপীহুনা বোংম নোংমগী কাংশিক্লক-পাহু উবদা মুনি অসি মপুক্লীদা পোথাকম লৈরকত্রে। চিন্তাগী মশক্ত মওইত্রে ॥৯৮॥ নুপীহুগী হকচাং কায়াৎ খুদিংদা মহাক্কী মীকমনা তারু তাক্কবা মকমহু উবদা মকমশিং অহু অমুক হন্না উনিংঙকত্রে। মশাদা অভনবা, হৈনিংদবা অমা পোকখি ॥৯৯॥ অষ্টাবক্র মুনিনা মপুক্লীনা অসুমহায়না খল্লকই। নুপী

চিন্তাবিবিক্তস্য তমর্থং জ্ঞাতুমিচ্ছতঃ। ধ্যাগচ্ছং তদহঃ শোষং মনসা ব্যাকুলেনতু ॥১০১॥
অথা সাস্ত্রী তথোকচ ভগবন্ পশ্চ্যাবৈবরবেঃ। রূপং সন্ধ্যা প্রসংযুক্তং কিমু পাস্থাপ্যত্যাংত্তব ॥১০২॥
স উবাচ ততস্তাং স্ত্রীং স্নায়োদকমিহানয়। উপাসিষ্য ততঃ সন্ধ্যাং বাগ্যতো নিয়তেন্দ্রিয়ঃ ॥১০৩॥

—( * )—

---

অসিদি মুম অসিগী মপুনি। মুম অসিগী অধিষ্ঠাত্রী দেবতা অমগুম লৈবনি। অছুবু করিগীনো মহাক্না অমুক য়াম্না থীরিবা, অহল ওইরিবসে। কনাননো মাবু অমুক য়াম্না মরায়বক থীরবী অম। ওইহল্লিবসে। মসি কনানা তৌবা কর্ম ওইরিগবা! মাসি ঐনা খনকম্ খোক্তে। খল্লুবা হোনদ্রে।।১০০। মত্তৌ অমুম্না য়াম্না রানা চিন্তা তৌন-তৌনা মুপী অছুনা ওইরিবা অবস্থা অছুগী মরম খন্দুনা অষ্টাবক্রনা মতম অছু লেন্খি * ॥১০১॥ মুপী অছুনা অষ্টাবক্রদা "ভগবন্! য়েবিয়ু, তারমদাইগী মশেক্না মুমিং অসে ভাঙলবা মচু পুম্রে, সন্ধ্যাগী মতম য়ৌশিল্লক্রে। করি তৌজৌ হায়বগে?" অমুম্না হায়রমক্ত ।।১০২।। ঋষিনা হায়—"নীঙথিবী! সায়ংস্নানগী ঈশিং থর পাম্মি। ঈশিং পুরকউ"। স্নান তৌরগা ঐ মপানগী সংসার অসি ঙহাক কাউথোক্তুনা সায়ং সন্ধ্যা উপাসনা তৌগে ।।১০৩।

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা অনুশাসন পর্বদা, দান ধর্ম পর্বদা অষ্টাবক্র দিক্সংবাদগী তরামনপাঙবা অধ্যায় লোইরে।।

—( * )—

---

* অষ্টাবক্রনা উত্তরদিশা মুপী অসি অঙকপনি। মশক থী, হনুবীনি, মফি মরোল অছুপ্ নাল্দে অছুগা ময়ুম-মকৈ ঈথোল অছুদি কুবেরগী ময়ুমদগী হেল্লি। সনা লুপা মণিমুক্তাতনা শাবা শেম্ব ভাক্ত ওইনা উই। ফজরবী মথোক কারবী মুপী মচাভাক্তনা সেবা তৌই। পূমমক মাগী য়াথংগী মথাদা লৈ। অছুগা অঙকপা অমনা করিনো হায়বদা য়াম্না ওক্তবী অমগুম্না নিপা নহাগী নাক্ত মশানা চঙশিল্লকুনা তিন্নখোংননবগী কন্ন হায়জিন্নে। হায়রিবা ওইরিবা বিষয়শিং অসিগী মরমদা খন্দুনা চিন্তা তৌনা তৌনা অষ্টাবক্রনা মতম অছু য়াম্না কনা চিন্তা তৌ-তৌহুনা লেনথি। কয়াদা পূকচেল চাউপ্রবা কয়াদা ইন্দ্রিয় খুত্থম চনপ্রবা মুনিনো! মুপী মশামক্না তিন্নখোনবগী রা হায়রবকাওবদা করিমতা তাবিদে, নাচুংদে,। মশাদা বিকার অমত্ত প্লোকথিদে। মুপীহুনা তোল্লরকাওবদা মুনি অসি উত্থপ তাবগুম অশিবগা পাংথক ওইহুনা লৈথি। ইন্দ্রিয় খুত্থমচনবত্ত নত্তনা তাইবং মীওইবা হায়বসিগী কর্মগী গতি ( থোঙচং ) গী মরমদা চিন্তা তৌন তৌনা মুপীহুবু শংত্রিক শংনা য়েংহুনা মতম লেনথি। মুপী অসি তাইবং মীচম নংলমক্রে। উত্তরদিক্ ( উত্তরদিশা ( কৌবী লাইরেম্বীহু ওইরমলে। অছুনা অধ্যায় অসিগী মমিং অষ্টাবক্র-দিকসংবাদ কৌরিবনি।

( কালাচান্দ )

—( * )—

# মনিপুরী মহাভারত

## বিংশোহধ্যায়ঃ

### ( অষ্টবক্রগী উত্তরদিশা ( অর্থাৎ মাইপৈপুরী ) কোবীগী ওাওনরকপা মতাং )

### কুনশুবা অধ্যায়

#### ভীষ্মউবাচ

অথ সা স্ত্রী তমুবাচ বাঢ়মেবং ভবত্বিতি। তৈলং দিব্যমুপাদায় স্নান সাটীমুপায়নয়ৎ ॥১॥
অনুজ্ঞাতা চমুনিনা সাস্ত্রী তেনমহাত্মনা। অথাস্য তৈলেনাঙ্গানি সর্বশো বাভ্যমৃক্ষত ॥২॥
শনৈশ্চোৎ সাদিতস্তত্র স্নান্ শালা মুপাগমৎ। ভদ্রামনং ততশ্চিত্রমৃষিরম্ব গমন্নবম্ ॥৩॥
অথোপবিষ্টশ্চ যদাস্তস্মিন্ ভদ্রাসনেতদা। স্নাপয়ামাস শনকৈস্তমৃষিং সুখহস্তবৎ ॥৪॥
দিত্যং চ বিধিবচ্চক্রে সোপাচারং মুনেস্তা। সভেন সুসুখোষ্ণেন তস্যা হস্তসুখেনচ ॥৫॥
ব্যতীতাং রাজনীং কৃৎস্না নাজনৎস মহাব্রতঃ। তত উত্থায়স মুনিস্তদা পরমবিস্মিতঃ ॥৬॥
পূর্বস্যাং দিশি সূর্যাং চ সোহপশ্যছাদ তংদিবি। তস্যাবুদ্ধিরয়ং কিংনু মোহস্তত্বমিদং ভবেৎ ॥৭॥

---

ভীষ্মনা হায়—নিংথৌ যুধিষ্ঠির! ঋষিগী য়াথংতু তাবদা নুপী অদুনা করে মাতুমক তৌজগে অসুম্না হায়দুনা ইরুজনবগী থাউনচিংবা পোং চৈ মচাকশিং থুদক্ত পুশিল্লকই ॥১॥ মুনিগী য়াথং মতুং ইন্না মুনিগী থোং থৃৎনচিংবা মশা পুম্বা থাউ অদুনা মালিশ তৌই। হকচাং কয়াৎ পুম্বদা থাউ তৈরকই ॥২॥ অদুদগী মুনি আস নুপী অম হৌগৎহন্দুনা শোগৎতুনা ইরুজকম কাদা চঙখি। ইরুজকম কা অদুদা কজঞবা, ইরুজবদা কয়বা চৌকী অম লৈ ॥৩॥ অদুদগীদি অষ্টাবক্র মুনিনা চৌকী অদুদা কমথঞবদা নুপীদুনা মাগী থোংলবা খুং অদুনা শীলনাল্লদুনা মুনিবু ইরুজবিরকই ॥৪॥ মুনিদুগীদমক্তা নুপী অদুনা মায মীৎ তৈথোক থোতোক্লবা খুদৈ রুমালনচিংবা থৌরাং তৌই। মহাব্রত কাব্বা মুনি অদুনা য়ামনু ইংদবা য়ামনু শাদবা নুমু নুমু শাবা হকচাংদা থেংবদা ওম্বোক্লা নুংঙাই-কম ওইরবা ঈশিংদুনা লুজবদা মুনি অসি নুংঙাইমনখিদুনা অসুম্না নৈরকপাসি অহিং নুংখিল কয়া হৌগ্রে হায়বা অদু কাওবা কনিমত থঙ-খিগ্রে ॥৫॥ অদুদগী অষ্টাবক্র কৌবা মুনি অসি য়াম্না অঙকপগা লোয়ননা হৌগৎতুনা কম্মি। নোংপোক থাংবা অতিয়াদা নুমিৎনা তরং তরং হাইদোরকপদু মহাক্লা উই। তৌরিবসি ঐনা ভাবতদা পংউ উত্রা, ঐবু শুমহৎপ্রত্রা, নুমিৎ অসিবু থাঙগৈ শেংনা থোকমক থোরকলত্রা অসুম হায়না খন্দুনা অষ্টাবক্র অসি

অথোপাস্য মহস্রাংশুং কিং করোমীত্যুবাচতাম্। সা চামৃতরসপ্রখ্যং ঋষেরন্নম্ উপাহরৎ ॥৮॥
তস্যাথাভুক্তবান্নস্য নপ্রভুক্তং চকার সঃ। ব্যগমচ্চাপ্যহঃ শেষং ততঃসন্ধ্যাগমৎপুনঃ ॥৯॥
অথ সাস্ত্রী ভগাবন্তং সুপ্য ত্তাসি ত্যচোদয়ৎ। তত্র বৈ শয়নোদব্যৈ তস্য তস্যাশ্চ কল্পিতে ॥১০॥
পৃথক্ চৈব তথাসুপ্তৌসা স্ত্রী সচ মুনিস্তদা। তথার্ধরাত্রে স, স্ত্রী তু শয়নং তস্যপা তামৎ ॥১১॥

অষ্টাবক্র উবাচ

নভদ্রেপরদারষু মনো মে সম্প্রসর্জ্জতি। উত্তিষ্ঠ ভদ্রং তেস্বয়ংবৈ বিরসস্ব চ ॥১২॥

ভীষ্ম উবাচ

সা তদা তেনবিপ্রেণ তথাতেন নিবর্ত্তিতা। স্বতন্ত্রাস্মী ত্যুবাচার্ষিং নধর্মচছল মস্তিতে ॥১৩॥
নাস্তি স্বতন্ত্রতাস্ত্রী ণামস্বতন্ত্রাহি যোষিতঃ। প্রজাপতিমতং হ্যেতন্নস্ত্র স্বাতন্ত্র্যমর্হাত্তি ॥১৪।

---

ঈভক ভক্সা লৈখি ॥৬-৭॥ অদুদগী ঈরুমায়থজবগী মতম অমুক য়ৌরকুনা স্নান সন্ধ্যা উপাসনাবচিংবা লোইরহুনা সুপী অদুদা লৌকিক অমুক কমদৌবা হায়না হংওকই। মতম অদুদা সুপী অদুনা অমৃতগা মান্নবা হাউরগদবা অচাবক ময়াম লাঙ্খল্লকই ॥৮॥ মহাক্না পুশিল্লক্লবা য়েল্লক্লিবা চাক য়েঙ্খাংহু চাবদা হাউমনগ্রহুনা মুনি অসি চাবগী পেনবা নাইখিত্রে! ওক্লে ওক্লে হাপলগনু হায়রা কাওবা ভমত্রে। অসুম তৌহুনা অয়ুক রুংখিল অহু লেল্লহুন সন্ধ্যা মতম অমুক থওহৌদনা য়ৌরক্লে ॥৯॥ অদুদগী সুপী অদুনা অষ্টাবক্রদা ভগবন মুনদেব লৌপ্রিবো অসুম্ন হায়রকই। মকম অদুদা মুনি অদুগী অদুগা মহাক সুপী অদুগী কমুং অনী তেওাল তোওায় থ ঁ॥১০॥ মতম অদুদা মুনি অষ্টাবক্রসু সুপী অদুসু অনীমক মাগী মাগী তোওাল তোওাল থাব্রিবা কমুং অদুদা চওহুনা হীপথনখি. অহিং ত'খাই চল্লবা (অহিং নোংমাই) মতম অহুরাইদা সুপী অসি মাগী কমুংদগী হৌগৎলকুনা অষ্টাবক্র মুনিগী কমুং মথক্তা লাকুনা তুমিল্ল কম্মে।১১॥ মাহু উবদা অষ্টাবক্রনা অসুম্না হায়রকই। নীংথিবী। ঐগী পুক্লীং অমদি থম্মোয় অসে অতোপ্পগী সুপীদা আসক্ত থক ওইদে। থল্লুবা লৈতে। নংগী মঙ্গল ওইসনু, হৌগৎলু, নশানা নশাবু পাপ কর্ম অসিদগী কল্লু। পাপকী থবক অসিদগী থুনা য়াওনা হন্দোকখো ॥১২। ভীষ্মনা হায়— নিংথৌ যুধিষ্ঠির! ব্রহ্মর্ষি অষ্টাবক্রনা মওোন্দগী মমায় ওস্তোকখিহুনা য়াপস্তোগ্রবদা সুপীহুনা হায়রকই— ব্রাহ্মণ ঐ অসে ঈনীং ঈথাতম্বীনি। ঐ কনাগী মথা পোন্দে। মরম অদুদা ঐগা তিল্ল থোৎনবদা ব্রাহ্মণ নহাকী দোষ পাপ অমত্ত লৈরোই।১৩। অষ্টাবক্রনা হায়— নীংথিবী! সুপী হায়বা জাৎ অসে হেক পোকপদগী স্বতন্ত্র ওইবা ঈয়া য়াদে। নহাক্তি কয়না স্বতন্ত্র ওইগদৌরিবনো? সুপীদি হেক পোকপদগী মীথা পোনবী ওইনা পোকপনি। জগৎ শেম্ব প্রজাপতিমকী মত্তনি, নথোয় সুপী স্বতন্ত্রতা কংবদা মত্তীক ঈচা চাদবীনি। হায়বদি মশীং মথা ভম্না লৈকম ঈথোক্ থোকতবান ॥১৪॥

স্ত্র্যুবাচ

বাধতে মৈথুনং বিপ্র মম ভক্তিংচ পশ্যবৈ। অধর্মং প্রাপ্স্যসে বিপ্র যস্মাৎ ত্বংনাভিনন্দসি ॥১৫॥

অষ্টাবক্র উবাচ

প্রবর্ত্তিতে যজাতানি নরংজাতং যথেচ্ছকম্। প্রভবামি সদা ধৃত্যা ভদ্রে স্বশয়নংব্রজ ॥১৬॥

স্ত্র্যুবাচ

শিরসা প্রণমে বিপ্র প্রসাদং কর্ত্তুমর্হসি। ভূমৌনিপমানায়াঃ শরণং ভবমেহনঘ ॥১৭॥

যদিবা দোষজাতং ত্বং পরদারেষু পশ্যসি। আত্মনং স্পর্শয়াম্যদ্য পাণিং গৃহীষ্ব দ্বিজ ॥ ৮॥

নদোষো ভবিতা চৈব-সত্যমেত্য ব্রবীমহেম্। স্বতন্ত্রাং মাং বিজানীহি যোঽধর্মঃ সোস্তু বৈময়ি ॥১৯॥

অষ্টাবক্র উবাচ

স্বতন্ত্রাত্বং কথং ভদ্রে ব্রূহি কারণ মত্রবৈ। নাস্তি ত্রিলোকে কাচিৎ যাবৈ স্বাতন্ত্র্যমর্হতি ॥২০॥

পিতারক্ষতি কৌমারে, ভর্ত্তা রক্ষতি যৌবনে। পুত্রশ্চ স্থাবিরে কালে নাস্তি স্ত্রীণাং স্বতন্ত্রতা ॥২১॥

---

নুপীচুনা হায়— ব্রহ্মণ! তিম্ন খোংননীংবগী মৈনা চাকলিংসে ঐ থাওবা ভমত্রে। ঐনা নাওান্দা থুং লোয়চুনা ভাক্তিপা লোয়ননা হায়জরি চওজায়। ঐভোন্দা কুপা (থৌজাল) গী মীংয়েংনা অমুক্তা য়েংবিয়কউ। ঐনা সিফাওবা হায়জরবদা ব্রাহ্মণ নহাক্না যাবিপ্রবদি পাপ অসে ব্রাহ্মণ নহাক্না পূবা ভারবান ॥১৫॥ অষ্টাবক্রনা হায়— নীংথিবী! মনীং মথা ভম্বা তৌনিংবত তৌবা, শাস্ত্রগী নিয়মতাক্তবা মীবু পাপ মথল পুম্নমক্না পুন্নপনা তৌচুনা মীচুবু মখোয়গী নাক্ত চিংশিন্নি। ঐদি ঐনা তৌজবা ব্রতনা যাগ শক্তিনা ঈশানা ঈশাবু, পুক্নীংবু থুত্নম মথাদা থাম্নবনি। অচুনা নীথিবী! কাম্নদে, নংগী কম্যংদা চওচুনা মুংতাংনা তুম্মু ॥১৬॥ নুপী মচুনা হায়— ব্রাহ্মণ! পাপকী শরুক্ কয়া য়াওদ্রবা। ঐনা নংগী চরণদা ঈকোক নাম্ন খুরুমচুনা হায়জরি, নাওমক্তদা লৈমায় থক্তা তীপথজরি। ঐবু থৌজানবিচুনা ঈপাম্বোম পায়চুনা চিংখৎপচুনা ঐগী নীংবসে থুহনবিয়ু ॥১৭॥ নহাক্না ঐবু অতোপ্পগী নুপীনি হায়না খনবিরবস্ত, ঐ তৌভিক ঈশানা ঈশামকপু নওোন্দা দান তৌজরি, কথোকচরি। মাগী লৎনবিগম্নু ঐগী ঈখুদাং পায়বিয়ু, পাণিগ্রহণ তৌবিয়ু বিবাহ তৌবিয়ু ॥১৮॥ ঐনা থাংগৈশেংনা হায়জরিবসিনি ঐগা তিম্ন খোংনবদা ব্রাহ্মণ নহাক্তী দোষ পাপ অম লৈরোক্ত। অচুগা ঐসিবুস্ন থাজৈশেংবা কনাগী মথা পোন্দ্রিবীনি হায়না থওবিয়ু। ব্রাহ্মণ নওোন্দা লাকদবা পাপ দোষ পুম্বা ঐ ঈকোক খোংনা পুজগে। থম্মোয় হকচাং পুম্বা নওোন্দা কথোকচরবনি। ঐ কনাগী মথা পোন্দ্রিবীনি ॥১৯॥ অষ্টাবক্রনা হায়— নীওথিবী নংদি কয়ম্না ননীংতম্বী ওইগদৌরিবনো? মরম হায়য়ু, নং কয়ম্না মীখা পোন্দবী ওইগদৌবনো? মরোল মনীং মথাতম্বী, মীখা পোন্দবী নুপী অমত্তা লৈতে ॥২০॥ নুপীবু কুমারীগী অবস্থাদা মপানা ভাকশিল্লি, মনীংতম্বা পীদে। মথোক কারকপা যুবতী ওইবগী অবস্থাদা লুহোংলবা মতুংদা মপু-

স্ত্র্যুবাচ

কৌমারে ব্রহ্মচার্যংমে কৈন্যবাস্মি নসংশয়ঃ। পত্নীং কুরুষমাং বিপ্রশ্রদ্ধাং বিজহিসামম ॥২২

অষ্টাবক্র উবাচ

যথা মমতথা তুভ্যং যথা তুভ্যং তথামম। জিজ্ঞাসেয়ম্বেস্তদা বিঘ্নঃ সত্যংনকিংভবেৎ ॥২৩॥
আশ্চর্য্যং পরমং হীদং কিংনু শ্রেয়ো হিমেভবেৎ। দিব্যাভরণ বস্ত্রাহি কন্যেয়ং মামুপস্থিতা ॥২৪॥
কিংত্বস্যাঃ পরমং রূপং জীর্ণসাসীৎকথং পুণঃ। কন্যারূপ মিহাদ্যৈবং কিসিবাত্রোত্তরং ভবেৎ ॥২৫॥
যথাপরং শক্তিধৃতের্ন প্রত্যুত্থাস্যে কথচন। নবোচতেহি ব্যুত্থানং সত্যেনাসাদয়াম্যহম্ ॥২৬॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং অনুশাসন পর্বনি দানধর্মপর্বনি অষ্টাবক্রো ত্তরদিক্ সংবাদোবিংশোঽধ্যায়ঃ ।৩।

—( * )—

য়োয়বনা ভাকশেল্লি, মনিং তমহনদে। হন্নুবী ওইরবা অহল ওইবক্লবা অবস্থাদসু মচামগুনা ভাকশেল্লি। মনীং তম্ম পঙচৎ চৎহন্দে অতুনা পোক্পদগী মুপাগী স্বতন্ত্রতা লৈতে ॥২১॥ মুপীতুনা হায়—ব্রাহ্মণ ঐ কুমারীগী অবস্থদা ব্রহ্মচারিণীনি। অতুনা ঐ গৌ জক কাওবা কন্যাগী অবস্থাদা লৈরি। মাসিদা চিংনবা করিমত তৌবিগনু। অদুনা ব্রাহ্মণ! ঐ নহাক্কী লায়নবী ওইহনবিয়ু। ঐগী অসিগুম্বী ভক্তি অমদি শ্রদ্ধাবু অঙেম্বদা মাঙহনবিগনু ॥২২॥ অষ্টাবক্রনা হায়—ঐগী ওইরিবা দশা ( অবস্থা ) সিগুম্বা নহাক্কী দশা ( অবস্থা ) ফুগুম্বা ঐহক্কীসু ওইরি। ঐনা অসুম থনবদা ওইরিবা দশা কসি বনাম্ভ ঋষিনা ঐগী পরীক্ষা লৌরবনি। অদুগা ভাওনপ্রবা যানখিবা শবক অসিদা লাকপা করিগুম্বা যৈথারবা অম ককাদি নত্রা ॥২৩॥ অসুম্না অষ্টাবক্রনা মমুকসু কারি হায়না থল্লকপগে হায়ববু হন্নুবী ওইরম্বী মুপী অসিনা লীক কোল কক্লবা কল্লেৎ লেপ্তোনা পীক থল্লবী কন্যা অমা থঙহৌদনা ওইরক্লি। মাসিমকসু ওল্হোক্না ভকথবা থৌদোক অমনি। তৌরিবা থোক্লিবা ঘটনা অসি ঐগী পুন্সিদা মঙ্গলগী মশক্লা নত্রগা অমঙ্গলগী মশক্লা? ॥২৪॥ মশকথীরবী অহল ওংনী মুপী অতুনা হৌজিক মশক কল্লরবী কন্যা অমা ওইখ্রে। অতুনাদি মহাক্লা হৌজিক ঐগোন্দগী পাম্লিবা বিষয় অসিদা ঐনা মতোন্দা থুমগনবা পাউ-থুম অসি কারনো? ( অসুম্ হায়না অষ্টাবক্রনা মপুক্কীংদা কুপ্না বিচার তৌরকই ) ॥২৫॥ ঐগোন্দা কামবু নমহৎপগী শক্তি লৈ। অহানবদা থেনেবা বদান্যগী মচানুপীতুগা লাবিহ তৌননবগী লেপ্তপ্রবা রাখল অমা ঐগোন্দা পোকখ্রে। ঐগী অসগুম্বা শক্তি অমদি ধৃতি ( খাঙহৈবা, তপথবা ) অনীগী পাম্বৈনা ঐনা ঐগী রাখলবু থক হোংহল্লোই। ঐ করিগুম্বদা ধর্মগী লীকলম কায়না চৎলোই। অচুম্বা ( সত্য ) হায়বতুগী পাম্বৈনা ঐনা ঐগী লোয়নবীবু লৌগনি— কংগনি। (অসুম হায়না অষ্টাবক্র মুনিনা থল্লকই) ॥২৬॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংস্কৃতাদা অনুশাসনপর্বদা দান ধর্ম পর্বদা অষ্টাবক্র দিক্সংবদগী কুনগুবা অধ্যায় লোইরে।

—( * )—

# মনিপুরী মহাভারত

## একবিংশোহ ধ্যায়

### ( অষ্টাবক্রগী উত্তরদিশাগা ওাঙনবা মেতাং )

### কুনমাথোইশুবা অধ্যায়

যুধিষ্ঠির উবাচ

ন বিভেতি কথংসাস্ত্রী শাপাস ওব মহ্যতেঃ। কথংনিবৃতো ভর্গবাংস্তং ভবান প্রব্রবীতু মে ॥১॥

ভীষ্ম উবাচ

অষ্টাবক্রোহপৃচ্ছংতাং রূপং বিকুরুষে কথম্। ন চানৃতং তে বক্তব্যং ব্রূহি বাহ্মণ বসময্যরা ॥২॥

স্ত্র্যুবাচ

ছাবাপৃথিব্যোর্যনেষা কাম্যা ব্রাহ্মণ সত্তম। শৃণুষ্বাবাহিতঃ সর্বং যদিদং সত্যবিক্রম ॥৩॥

জিজ্ঞাসেয়ং প্রযুক্তা মেস্থিরীকর্ত্তা তবানঘ। অব্যুত্থানেনতে লোকা জিতা সত্য পরাক্রম ॥৪॥

উত্তরাং মাং দিশিং বিদ্ধি দৃষ্টং স্ত্রীচাপলংতে। স্থবিরা ণামপি স্ত্রীনণাং বাধতে মৈথুনজ্বরঃ ॥৫॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হংঙি—ঈবুধৌ। নুপী অতুনা অষ্টাবক্রবু করিমত কিত্রিবতুগী মরম অতু করিনো? মুনি অতুনা শাপ তৌরবদি মহাক্তি মীকুপ্তা তুমগদৌরিবনি। অতুগা অষ্টাবক্র মুনিনা নুপী অতুদগী নাম্ভোক্লনা করম্না চৎখিবগে? পুন্নমক অসি অমুক্ত তাকপিয়ু ॥১॥ ভীষ্মনা হায় নিংগৌ। তাও হায়গে নুপী অতুদা অষ্টাবক্রনা নংদি কারগীদমক নশক অতু হোং হোংদুনা শাম্নরি? করিগী অমুক হান্নগী নশক অতু ওস্থোকালিবনো হায়না হংঙি। ঐগুম্বা ব্রাহ্মন অমগী মক্মদগী মহাক্লা কংনিংলবদি করিনো মীনম্নদনা খুম্মু। অসুম হায়না অষ্টাবক্রনা নুপী অতুদা হায় ॥২॥ মতম অতুদা নুপীতুনা খুম্মি— ব্রাহ্মন পুম্নমক্কী কোক-থক্কী লৈত্তেং। স্বর্গালাকতবু ওইরবস্থ মর্ত্য লোকতবু ওইরবস্থ করিগুম্বা মক্ম অমদা নিপা হায়বসিগা নুপীগা লোয়নরবদি অমগা অমগা তিন্নথোংননীংবগী কামনা ( অপাম্বা বাখল ) অসে হেক্ক মরৈ। অচুম্বা অশেংবতনা পাঙ্গল ওইবা ব্রাহ্মন! ঐনা ঐগী শকপু ওস্থোক ওাঙ্কন তৌরিবসিগী মরম ঐ শেংনা হায়-জগে পুক্নীং চঙনা তাবিয়ু ॥৩॥ দোষগী শরুক করিমত য়াওদ্রবা ব্রাহ্মন। ব্রাহ্মন নহাকপু চোকশিলহন্নবগী অতুগা নহাক্কী পরীক্ষা তৌগে হায়বগী মমক্তা ঐনা অসিগুম্বা থবক অসি তৌরিবনি। লেঙদবা রাখক অতুগা অচুম্বতনা পাঙ্গল ওইবা ব্রাহ্মন! নহাক্কী নথৌ অমদি ধর্মচুতগী পাদম্না পুণ্যলোক পুন্নমকপু জয় তৌরবনি ॥৪॥ ঐ অসে উত্তরদিশা কৌবী ( অর্থাৎ মায়গে পুবী ) লাইরেম্বীতুনি হায়না খঙহু। নুপী

অবিশ্বাসাত্র ব্যাসনী নাতিসক্তোহ প্রবাসকঃ। বিদ্বান্ সুশীলঃ পুরুষঃ সদারঃ সুখমশ্নুতে।
তুষ্টঃ পিতামহ স্তেহদ্য তথা দেবা সবাসবাঃ। সখং যেনচ কার্য্যেণ সম্প্রাপ্তোভাবানিহ ॥৬॥
প্রেষিতস্তেন বিপ্রেণ কন্যাপিত্রা দ্বিজর্ষভ। তবোপদেশং কর্ত্তুংবৈ তচ্চসবং কৃতংময়া ॥৭॥
ক্ষেমৈ র্গামিষ্যাসি গৃহং শ্রমশ্চন ভবিষ্যসি। কন্যাং প্রাপ্স্যাস তাং বিপ্র পুত্রিণীচ ভবিষ্যতি ॥৮॥
কাম্যয়া পৃষ্টবাংস্ত্বংমাং ততো ব্যহৃতমুত্তমম। অনতিক্রমণীয়া সা কৃৎস্নৈর্লোকৈস্ত্রিভিঃ সদা ॥৯॥
গচ্ছস্ব বসুকৃতং কৃত্বা কিংচান্যচ্ছোতুমিচছসি। যাবৎ ব্রবীমি বিপ্রর্ষে অষ্টাবক্র যথাতথম্ ॥১০॥
ঋষিণা প্রসাদিতা চাস্মি তব হেতোর্দ্বিজর্ষভ। তস্য সম্মানার্থং মে ত্বয়িবঃ বাক্যং প্রভাষিতম্ ॥১১॥

ভীষ্ম উবাচ

শ্রুত্বাতু বানং তস্যাঃ সবিপ্রঃ প্রাঞ্জলিঃ স্থিতঃ। অনুজ্ঞাতস্তয়া চাপি স্বগৃহং পুনরাব্রজৎ ॥১২॥

---

হায়বত্থুগী ভহাক্ত চনীং তানা লৈতবা, খুদক্তা মপুক্লীং খোক খোক হোংবগী মতৌ অদু অসিনি নঙোন্দা থবক আস তৌগ্রবনি। মুপী হায়বাসগী কেবা খোৎপনাচংবগী স্বভাব অদু ওসি প্রত্যক্ষ ওইনা উপ্রেদনা অহল ওইরবী হন্নুরবী ওইরকাওবদা মুপা হায়বাসগীদি কাম-সম্ভোগ নচিংবগী থাখল অসে অদুম মরেবনি। নিপাগা শম্ন-খোৎননীংবগী মৈ অসে মুপীদদি মুত্তনা অদুম মরেবানি। সংসারগী মমাগী বিষয়দা বিশ্বাস অমত হকচিন্না খম্মোইদৌবনি। মুপীগা লৈমিন খোৎমিন্নবদা কাহেন্না আসাক্ত থক থম্মোইদৌবনি। পরদেশতা কুইনা লৈথোক্তবা বিদ্বান ওইনা মরমচৎ ফজবা অদুগুম্বা নিপাতন মুপীগা লোয়ননা গৃহস্থাশ্রম দা মপুন্স মুংভাহনা লেনবানি ॥৫॥ ভাসিদি ব্রাহ্মন নহাক্কী নকমদা ইন্দ্রনচিংবা দেবতা পুম্নমক্পা ওহ্মোক্পা পেনবা হায়বত্থ ওইরে। ভগবন্! ব্রাহ্মন অথোইবা! মকম আসদা লাকপগী উদ্দেশ্য অদুগা পাওখোক্কে থাম্নবা থবক অদো, শোয়দনা মহৈ য়াল্লগনি। নহাক্কা নহাক্কী লোয়নবী ওইহনগে হায়না থম্লিবা কন্যাতুগী মপা বদান্য ঋষিনা নহাক্কী পরীক্ষা তৌননবগীদমক্তা অদুগা ব্রাহ্মন নঙোন্দা পাউতাক পীননবগী ঐবু মকম আসদা থারকপানি মহাক্কা হায়বা মতুং ইন্না ঐনা নহাক্কী পরীক্ষা মুন্না তৌরে ॥৬-৭॥ ব্রাহ্মণ অথোইবা! নহাক মঙ্গল ওইহুনা য়ান্না মুংভাইনা, অপনবা লৈতনা নয়ুম ভান্না চৎপিখবা য়ারগনি। লম্বীদা খুদোংথিবনচিংবা কারমত্ত থোকলোই। নহাক্কা পাম্জরিবা কন্যা অদো নহাক্কী লোয়নবী শোয়দনা ওইগনি। অদুগা মহাক অদো মচাচেনবী, মচা অকব পোকপী মুপী অমা ওইগান ॥৮॥ ব্রাহ্মন নচাক্কা ঐগী ঈকমদগী খঙনীংহুনা হংখিবা য়াহং পুম্নমক্তো ঐনা মংংশীৎন খুম্নবসিন। লোক অহুম্মক্তা লৈবা মী লাই পুম্নমক্কা ব্রাহ্মনগী য়াথং হাঁকতোকফম থোক্কে ॥৯॥ ব্রহ্মর্ষি অষ্টাবক্র! মকম অসিদা লাকপগী, মকম আসদগী পুণ্য কর্মগী মহৈ থরম্নু তামশিনবথো। হোজিক করিঅমুক ভাবিনীংলি ং হংবিবাপুম্না থংগৈশেংনা খুমজগে ॥১০॥ ব্রাহ্মন অথোইবা! বদান্য কৌবা মুনিহুলা নহাক্কী দমক্তা ঐবু য়ান্না পেলহনখি। অদুগা মাগী মমায় য়েংহুনা মহাকপু, সনমান তৌবগী মওংদা ঐনা বা পুম্নমক অসি ব্রাহ্মন নঙোন্দা তমথোক্লবনি ॥১১॥ ভীষ্মনা হায়ঃ— ভারত! যুধিষ্ঠির! মুপীহুগী বা পুম্নমক্

গৃহমাগত্য বিশ্রান্তঃ স্বজনং পরিপৃচ্ছ্যচ। অভ্যাগচ্ছচ্চ তংবিপ্রং ন্যায়তঃ কুরুনন্দন ॥১৩॥
পৃষ্টশ্চ তেনবিপ্রেণ দৃষ্টং যেত্তন্নিদর্শনম্। প্রাহবিপ্রং তদাবিপ্রঃ সুপ্রীতেনান্তরাত্মনা ॥১৪॥
ভবতা সমনুজ্ঞাতঃ প্রাস্থিতো গন্ধমাদনম। তস্যচোত্তরতো দেশে দৃষ্টংমে দৈবতং মহৎ ॥১৫॥
তয়াচাহমনুজ্ঞাতে ভবাংশ্চাপি প্রকীর্ত্তিতঃ। শ্রাবিতশ্চাপিতদ্বা ক্যংগৃহংচাভ্যাগতঃ প্রভো ॥১৬॥
তমুবাচ তদাবিপ্রঃ সুতাং প্রতিগৃহাণমে। নক্ষত্র বিধিযোগেন পাত্রং হি পরমং ভবান্ ॥১৭॥

ভীষ্ম উবাচ

অষ্টাবক্র স্তথেত্যুক্ত্বা প্রতিগৃহ্য চ তাং প্রভো। কন্যাং পরমধর্মাত্মা প্রীতিমাংশ্চ ভবত্তদা ॥১৮॥
কন্যাং তাং প্রপিগৃহ্যৈব ভার্য্যাং পরমশোভনাম্। উবাস মুদিতস্তত্র স্বাশ্রমেবিগতজ্বরঃ ॥১৯॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং অনুশাসন পর্বানি দানধর্ম পর্বণি অষ্টবক্র
কিকসংবাদে একাবিংবশোহ ধ্যায়ঃ।

(*)—

---

অহু তাবদা অষ্টাবক্র অ স মুপীচুগী মাওদা খুং লোয়হনা মরু লুক্না লৈ। অহুদগী মতোন্দগী য়াথং লৌরগা মযুমদা হল্লকই ॥১২॥ কুরুনন্দন! যুধিষ্ঠির! অষ্টাবক্র অসি মযুমদা হল্লক্লগা পোথায়। মরুপ মপাং অতৈ অতৈগা চনীংতোনা তানরগা বদান্যগী য়ুমদা চংখি ॥১৩॥ বদান্যনা অষ্টাবক্রদা মহাক্না উত্তরবাদিশাদা চংলুবগী মরম পুম্মক অহু হংখি। অষ্টাবক্রনস্থু লম্বীদা অমদি উত্তরদিশা য়ৌবকাওদা থোকখিবা থোদোক পুম্মক অহু অমত রাত্তনা অস্থুম্না তমখি ॥১৪॥ মহর্ষি! ঐনা নহাকী য়াথং মতুং ইম্না অরাং পাংনা গন্ধমাদন চীংতাম্না চচ্চে। অহুদগী অমুক অরাং পাংনা চংখংপ্রগা লাইরেম্বী উত্তর-দিশাগী দর্শন কংভি। মহাক্না ঐগী পরীক্ষা ওস্তোকপা মওংদা তৌখি। মহাক্না মহর্ষি নহাকী পারিচয়স্থু পীরকই। ঐস্থু ঐনা নাগী মকমদা লাকপগী রাহু লোইনা অমত্ত রাত্তনা তাম্মি। অহুদগী মাগী য়াথং লৌহুনঃ য়ুমদা অমুক হঙ্গরকই ॥১৫-১৬॥ মাহু তাবদা বদান্য কৌবা ব্রাহ্মন অহুনা হায়রকই— ব্রাহ্মন নহাক অকবা তিথি অমদা শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা ঐগী ইচানুপীগা বিবাহ তৌ। মরমদি নহাক অসে কন্যাদান লৌবদা ওস্তোক্না মতীক চাবা পাত্রা অম ওইরে ॥১৭॥ ভীষ্মনা হায়— নিংথৌ! অহুদগীদি অষ্টাবক্রনা বদান্য কৌবা ব্রাহ্মন অহুগী মচানুপীবু শাস্ত্রাগী বিধি কায়দনা বিবাহ তৌহুনা লৌখি। অষ্টাবক্রস্থু ও স্থাক্না পেঙ্গখি ॥১৮॥ থোইদোক্ল নীংথজরবী কন্যা অহুবু মাগী লোয়নবী ওইনা কংবদা অষ্টাবক্রগী চিত্তা পুম্মক কোকখি। মথোয় অনীহু গৃহাস্থাশ্রমদা মুংতাইনা লৈখি ॥১৯॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লোংবা সংহিতাদা অনুশাসন পর্বদা দান ধর্ম পর্বদা অষ্টাবক্রদিক সংবাদগী কুনগামথোইগুবা অধ্যায় লোইরে॥

—(*)—

# মনিপুরী মহাভারত

## দ্বাবিংশোহধ্যায়ঃ

**( যুধিষ্ঠিরনা ভীষ্মদা ধর্মকর্মগী মরমদা দান দান ধর্মনাচংবগী মরমদা হংবা )**

**কুন্নিথোইশুবা অধ্যায়**

যুধিষ্ঠির উবাচ

পুত্রৈঃ কথং মহারাজ। পুরুষস্তারিতো ভবেৎ। যাবন্ন লব্ধাবান্ পুত্রমফলঃ নৃপঃ ॥১॥

ভীষ্ম উবাচ

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্। নারদেন পুরা গীতং মার্কণ্ডেয়ায় পৃচ্ছতে ॥২॥

পর্বতং নারদং চৈবমসিতং দেবলং চতম্। আত্রেয়ং চ রৈভ্যং চ এতানত্র গতান্ পুরা ॥৩॥

গঙ্গাযমুনয়োর্মধ্যে ভোগবত্যাঃ সমাগমে। দৃষ্ট্বা পূর্ব্বং সমাসীনান্ মার্কণ্ডেয়োহভ্যাগচ্ছত ॥৪॥

ঋষয়স্তু মুনিং দৃষ্ট্বা সমুত্থায়োপতস্থিরে। অর্চয়িত্বার্হতো বিপ্রং কিং কুর্ম ইতি চাব্রুবন্ ॥৫॥

মার্কণ্ডেয় উবাচ

অয়ং সমাগমঃ সদ্ভির্যত্নেন সাদিতো ময়া। অত্র প্রাপ্স্যামি ধর্মানামাচারস্য চ নিশ্চয়ম্ ॥৬॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়—হে নরেশ্বর! নিংথৌ! ঈবুধৌ! মচাশিংনা পাইদুনা তাইবং মীনা করম্না উদ্ধার কংবগে? মচা অচু লৈত্রবদি মপোক অসিমা অচুম মমাগুণ্ডত্রা? মচা লৈত্রবা মীগী পুন্সি অরেম্ব ওইরে হায়বসিনা করিগীনো? ।১॥ ভীষ্মনা হায়— নিংথৌ! নহাক্না হংলিবা মাহং অসিগা মরম লৈনমা' মমাঙৈগী কুইরবা ইতিহাস অমগী মারী অম লৈ। মাচু ঐ নঙোন্দা লীগে তাও। মমাঙৈদা ঋষিশিংগী সমাজ অমদা মার্কণ্ডেয় ঋষিনা হংবা মতমদা নারদনা থুমথিবা ওাওথিবা মতাং অদো ঐ নঙোন্দা লীগে। ওাঙনথিবা মাকম অচু ইতিহাসদা অসুম হায়না ই ॥২॥ মমাঙৈগী কুইরবা মানি। গঙ্গা-যমুনাগী তাইনকম মওক অচুদা ভোগবতী কৌবী মহাকচু লাকুনা তিন্নরিবা মকম অচুদা নোংমা পর্বত, নারদ, অসিত, দেবল, আত্রেয় অচুছা রৈভ্য কৌবা ঋষিশিং অসি পুন্নপা তিন্নরিবা লৈরিঙৈ অচুদা মার্কণ্ডেয় ঋষি অসিসু কদোমদগীনো হেক লাকই ॥৩-৪। মহাক লাকপা উবদা লৈরম্বা ঋষিশিং অচুসু মুক মুক হৌগৎনচুনা ঋষিবু তরাম তরাম্না স্বাগত তৌই। মরাম অচুনা সেবা পূজা তৌরবা তুংদা ঐখোয়বু করি তৌজো হায়বগে হায়না ঋষি মরাম অচুনা মার্কণ্ডেয়দা হংথি ॥৫॥ মার্কণ্ডেয়না হায়—ওসি ঐগী লাইবক ময়না, হোৎনজবা মরাম পূন্নমকী সৎসঙ্গ অসি ফংজরে। ওসিদি মতম

ধনু: কৃতযুগে ধর্ম তস্মিন্ ক্ষীণে বিমুহ্যতি। যুগেযুগে মহর্ষিভ্যো ধর্মমিচ্ছামি বেদিতুম্ ॥৭॥

ভীষ্ম উবাচ

ঋষিভিনারদঃ প্রোক্তে ব্রূহি যত্রাস্য সংশয়ঃ। ধর্মাধর্মেষু মত্তক ত্বং বিচ্ছেত্তাসি সংশায়ব ন্ ॥৮॥

ঋষিভ্যো হনুমতো বাক্যং নিযোগন্নিরদোঽব্রবীৎ। সর্বধর্মার্থ তত্ত্বজ্ঞং মার্কণ্ডেয়ং ততোঽব্রবীৎ ॥৯॥

নারদ উবাচ

দীর্ঘায়ো তপসা দীপ্ত বেদ বেদাঙ্গ তত্ত্ববিৎ। যত্র তেসংশয়ো ব্রাহ্মন্ যমুৎপন্ন সউচ্যতাম্ ॥১০॥

ধর্মং লোকোপকারং বা যচ্চাস্য ছ্রোতু চছসি। তদহং কথয়িষ্যশমি ব্রূহিত্বং সুমহাতপাঃ ॥১১॥

মার্কণ্ডেয় উবাচ

যুগেযুগে ব্যতীতে স্মিন্ ধর্মসেতুঃ প্রণশ্যতি। কথং ধর্ম চছলেনাহং প্রপদ্যয়াবিতি মেমতির ॥১২॥

নারদ উবাচ

আসীৎ ধর্মঃ পুরা বিপ্র চতুষ্পাদঃ কতেযুগে। ততেশ্য ধর্মঃ কালেন প্রবৃত্ত কিঞ্চিদুন্নতঃ ॥১৩॥

কুনদগী ধর্ম অমদি আচারগী মরমদা অরেপ্প মওং অমা তাব ঈত্তম ত্তমদনা লৈরম্বসি শোয়দনা অরেপ্পা মীমাংসা অম কংলগনি হায়না ঐনা আশা তৌজরি ॥৬॥ সত্যযুগতা ধর্মগী আচরণ অমে ঈচম চম্না ঈরায় লায়না লৈরম্মি। হায়রিবা সত্যযুগ অচুনা হেক হেক লোইরকপদা ধর্মগী অচারণ অসিনা তাইবং মীবু শুমহৎনবগুম্বা অচুগা অরানবা রাথদ্দা পৃথিবাগুম্বা অম তৌথি। অচুনা যুগকী পারবর্তন খুদিমক্তা ধর্মগী অচুম্বা স্বরূপ অসি করিনো হায়বদু লৈবিরম্রিবা ঋষি পুন্নমকী মত অমতং খঙদোক-চনিংঙি ॥৭॥ ভীষ্মনা হায়— যুধিষ্ঠির! ঋাসি তাবদা ঋষিশিং অচুগী মরক্তগী নারদনা অসুম্না হায়রকই— তত্ত্ব পুন্নমক্ত খঙলবা! তিনবিরিবা ঋষি পুন্নমক! ধর্ম অধর্মগী মরমদা নৈনচুনা তত্ত্ব পুন্নমক খঙলবা ঋষি মক্তনি ॥৮॥ ময়াম পুন্নমক অচুনা ওহাক তুমিন লৈবচু উবদা নারদনা ঋষি অচুদগী অমুমতি (অয়াবা) লৌচুনা নারদনা অসুম্না হায়রকই ॥৯॥ নারদনা হায়রকই নারদনা মার্কণ্ডেয় ঋষি ওরামদা য়েংচুনা হায়-রকই— তপস্যাগী শক্তিনা চহী যুগ কয়া পুন্সিরবা ঋষি মার্কণ্ডেয়জী! নহাক নশামক বেদ বেদাঙ্গ পুন্ন-মকী তত্ত্ব পুন্নমক খঙদোক্রবা নীশক অমনি। অচুগুম্বা ঋষি নহাক্কা হে ব্রাহ্মন! চিংনরিরিবসি করিগীনো অচুগা তাকপিয়ু করিগী মরমদনো? ॥১০॥ মহাতপস্বী মহর্ষি! ধর্ম, লোকোপকয়া (লোকত্ত কায়বা) নত্রগা অসি নত্তবা মহর্ষিনা তাবিনীংবা বিষয় অচু হায়দোকপিয়কউ। করিগী মরমদা ত্তাঙজৌ হায়বগে? ॥১১॥ মার্কণ্ডেয়না হায়— যুগ অমময়া হেক হেক লোইরকপদা ধর্ম অচুগী মহত্তা অতোপ্পা নৌনা শেম্না আশাম্না ধর্ম অচুবু হায়বদি অধর্ম অচুবু চৎলবা ঐনা অশেংবা ধর্ম অচু তৌবগী অশেংবা মরৈ অচু করম্না করম্না কংবা তমগদগে? মাসিনি ঐনা হংনিংলিবা, চিনরিবসি ॥১২॥ নারদনা হায়— ব্রাহ্মন অথোইবা! ধর্ম হায়বসি অহানবদা মখোঙ্ মরি পান্দুনা থাই পুন্নমক্তা পালন তৌচুনা মাশী মানমথ্যাদা

ততস্ত্রেতা যুগং নাম প্রবৃত্তং ধর্মদূষণম্। তস্মিন্ ব্যতীতে সম্প্রাপ্তং তৃতীয়ং দ্বাপরং যুগম্ ॥১৪॥
তদা ধর্মস্য দ্বৌ পাদাবধর্মো নাশয়িষ্যতি। দ্বাপরেতু পরিক্ষিণে নন্দিকে সমুপস্থিতে ॥১৫॥

ভাক্তনা লৈরম্মি। অদুগী তুংদা মতমগী মতুং হৈ অধর্মনা চঙ্শিল্লক্রবদা মাবু, ভম্নবা হোৎনবদা ধর্মস্তু কিব লৈতনা মকোক অদু খর হাইগৎনা অদুম মবৈরম্মি * ॥১৩॥ অদুগী তুংদা অখণ্ড ওইবা ধর্ম মহাক্কী শরুক অমা মাঙহনখিবা ত্রেতা কৌবা যুগ অদু লাকখি। মহাক্কী মতম লোইরবদা দ্বাপুর কৌবা মহাক লাকখি। হায়রিবা মখং মখং লাক্লিবা ধর্ম অসি কোনশেংদি নত্রবনিনা, হায়বদি অধর্ম হায়বদু ওইরবনিনা মহাক্কা দ্বাপরযুগকী ধর্মদুগী অনীত ভায়রবা খোঙ অনী অদুবু চাইৎখি ॥১৪॥ অদুনা দ্বাপর যুগ হায়বদুনা মুংথ্রবদা নন্দিক হায়বা যুগ অদু লাকখি। হায়রিবা যুগ অসিদা চৎনবা, লোকাচার

* টীকা— করিগুম্বা পোৎ মপূম অম শাগৎলকপাসি চপ চাবা তংখাই অনীমা, নত্রগা মশুং মরিনা নভ্রগা মশুং অমমমদুগী তংখাই অনী অনীনা, হায়বদি মশুং নিপাম্ন, নত্রগা মশুং নিপাল অদুগী অমমমগী তংখাই অনী অনীবা হায়বদি মশুং তরাতরুক্কা অমুম্না মশুং হুম্ফুমরিনা শাখিবা ভাক্কনি। তংখাইনস্থ মশুংনস্থ শাত্রবা মপূম দুমক্কা মপূম অদুম শাথ্রবা হায়বদি খণ্ড তাহনবা য়াত্রবা অখণ্ড ওইবা ধর্ম মহাক্কী খণ্ড তাহনবা য়াবা ধর্ম, খণ্ড তাহনবা ধর্মদুনা পীবা সম্পাত্তি ( অর্থ ) সম্পত্তিদুনা, পাঙথোক্কবা কাম ( অপাম্বা ) অদুগা কাম অদু ফংওম্মগা সংসারদগী মুক্তি ফংদুনা চৎখিবা অমুম্না অখণ্ড ধর্ম হায়বদুগী ধর্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ মরি অসিবু অখণ্ড ধর্ম মহাক্কী মখোং মরিনি হায়না খঙনরম্মি খোঙবু পাদ কৌই। পাদ হায়বদি চংননবা, য়ৌরুননবা হকচাং কায়াৎ অমা হায়বতাদা অখণ্ড ওইবা ধর্ম মহাক্কা অহানবা যুগ, অদুগা অহুমশুবা যুগ অদুগা মরিশুবা যুগতা খোঙনা মখং মখং দুম্মক লাকখি, লাক্লি মতম ( কাল ) হায়বসি মশামকাতি অখণ্ডনি, মচেৎ মশুংনচিংবদা থুগাইবা য়াদে, অখণ্ড ওইবা মপূম অমনি। অদুবু ভসাই হায়খিবা অদুগুম্না খণ্ড তাহনবা য়াবা কাল ( যুগ ) মরি হায়বদি মতম হায়বদুগী মশুং মরিনা অখণ্ড ওইবা কাল হায়দুনা মখোঙ মরিনা ভাস কাওবা অমুম মরাক্লি। মরি অসিবু যুগ মরি হায়না খঙনৈ। মখোয় মরি অসি মখংশিংন সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, নন্দিক ( কলি ) হায়না কৌই। মখোঙ মরি হায়বদি, মশুং মরিশুনা পাল্লম্বনা, মচেৎ তাত্রিবা ভারকত্রিবা অচুম্বা ( সত্য ) কাল অদুবুনা সত্যযুগ ( অচুম্বা যুগ ) হায়না অদুম মকৌথ্রে। মতম ( কাল ) হায়বদুনা মশাবু চাখোকপা, মাঙহনবদি য়াদবনিনা অদুগা চাদবস্থ য়াদবনিনা মশাগী মতুংদা মপূম ( অখণ্ড ) ওইনা লৈরিবা ধর্ম হায়বদুগী শরুক অমমমবু ( খোঙ অমমম্থ ) অদুম তুমশিন-হনখি, চাখোকখি। অদুনা খোঙ মরি পুরা পাল্লৈভেদা সত্য, অদুমদা ভায়রকপদা ত্রেতা, অনীতা ভায়-রকপদা দ্বাপর, মথাক খর খর লৈগৌরিবা মথাক অদুমদুনা শাবা যুগ অদুবুনা নন্দিক, মতুংদা কলি অমুম হায়না খঙনখি। ধর্মগী মখোক মরি অসিবু ধর্ম, অধর্ম কাম মোক্ষ হায়না খঙনৈ। ( কালাচান্দ )

লোকবৃত্তং চ ধর্মং চ উচ্যমানং নিবোধ মে। চতুর্থং নন্দিকং নাম ধর্মঃ পাদাবশোষিতঃ ॥১৬॥
ততঃ প্রভৃতি জায়ন্তে ক্ষীনপ্রজ্ঞায়ুষো নরাঃ। ক্ষীণপ্রানধনা লোকে ধর্মচার বহিষ্কৃতাঃ ॥১৭॥

---

দেশাচার পুম্নমক্তু হায়জগে ভাবিয়ু * ॥১৫॥ কলি যুগকী মিং নন্দিক কৌই। মতম অসিদা অখণ্ড ওইবা ধর্ম অসি খোঙ নামতদা লেপ্তুনা লৈহোই। মরম অহুমক্তনা, বৃদ্ধি থেনবা, মপুক্সি য়ায়দবা তাই-বংমী ভাক্ত পোকপা হৌই। লোকতা তাইবংমীগী প্রাণশক্তি অসি য়াম্না হয়না লৈ। প্রাণশক্তি

* টাকাঃ— যুগ মরিনা মথং মথং ওল্লকপসি মমিং অমতা মাম্নরমদে। সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি হায়বা মরি অসিগী খুৎকোয় অম লোইরগা অনীশুবা খুৎকোয় অমুক লাকপদা মমিংশিং অসি অমুমুক হোংডি। খুদম ওইনা হায়রবদা সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি, মরি অসিগী মমাঙদা লৈরম্বা খুৎকোয় অহুদা সত্য হায়বসি সত্য কৌরমদে কৃত (কৃতযুগ) কৌনরম্মি। অহুগুম্না নন্দিক হায়রিবা মরিগুবা যুগ অসি মতুংগী লাকপা খুৎকোয়দা কলি হায়না কৌনখ্রে, হৌজিক কাওবদা কৌনরাল্ল। মতুংদা মমিং অমমুক লাকপা য়াই। হৌজিকী কলি অসিবু নন্দিক কৌনরম্বগী মরমদি —মমাঙ মমাঙগী মথাক খর হেমহোৎবত্তুনা মচাক ওইনা শাগৎতুনা ধর্মগী শরুকস্তু খর মযাওবা, অর্থগী শরুকস্তু ময়াওবা, কাম (অপায় কংবা) গী শরুকস্তু খর ময়াওবা অহুগুম্বা শরুক অহুম অহুনা যুগ অহুগী, মী থুদিংমকপু মুংঙাই-হনবদগী মুগ অহুবু নন্দিক (নন্দক—মুংঙাইহনবা) হায়না অহুম কৌনখি। মতুংগী লাকপা যুগ মরিগী খুৎকোয়দা নন্দিক হায়বসি কলি কৌখ্রে। কলি হায়বদি সংকলিত হায়বনি খোমজিনবা হায়বনি। মতাং অসিনা কনা কনাগুম্বগী মতদা যুগ মরিসিগী মমুংদা খ্বাইদগী গুণ লৈবদি, মমল য়াম্বদি, (দুর্লভ ওইবদি) কলি যুগতনি হায়নৈ। মরমদি অখণ্ডওইবা ধর্ম অহুমক্না (কৃতযুগ) ওইখি কৌখ্রিবত্তু শোইনাইরবনি। অহুদগীদি অমুক মতুংগী লাকপা ত্রেতা হায়রবত্তুদি সত্য অসি স্নুকয়াও য়াওহনখিত্রে। অহুদগীদি অমুক মাগী মতুংদা লাকপা দ্বাপরদদি ত্রেতা অসি স্নুকয়াও য়াওহনখিদ্রে। অহুদগীদি অমুক মাগী মতুংদা লাকপা কলিদদি হায় হায়গী শরুক খর খরহু খোমজিন্দুনা শাখিবনা সত্যগী শরুক, ত্রেতাগী শরুক, দ্বাপরগী শরুক অসি খর খরত ওইরবস্তু গুনা অহুম ময়াওজরি। অতৈ অতৈ যুগতদি মমাঙ মমাঙগীত্তু অমত চঙহল্লমদে, য়াওহল্লমদে। ত্রেতাদা সত্যগী মরীক অমত য়াওহল্লমদে, দ্বাপরদা ত্রেতাগী মরীক অমত য়াওহল্লমদে। অহুবু কলিদদি সত্যগী ত্রেতাগী দ্বাপরগী শরুক অমমম য়ামত্রবস্তু য়াওখ্রিবনিনা মমাল্লবা মমাঙগী যুগ অতৈদগী কলি যুগনা খ্বাইদগী হেল্লা মগুণ লৈবা মমল য়াম্বা হায়রবত্তু ওই। নন্দিক কৌরম্বস্তু খোইনা কায়বা লৈতে। মুংঙাইবা, মুংঙাই হায়বা মায়বতনি। কলি কৌখ্রিবস্তু মমাঙগী শরুক খর খর লোইনা য়াওহনবা হায়বতনি তাইবং জীবনা মুংঙাইজরিবা অসি হীরম থুদিংগী শরুক খর খর গুনা য়াওবা অহুদগীম্নুনি। (কালাচান্দ)

মার্কণ্ডেয় উবাচ

এবং বিলুলিতে ধর্মে লোকেচাধর্ম সংযুতে। কিং চতুর্বর্ণনিয়তং হব্যং কব্যং চনশ্যতি ॥১৮॥

নারদ উবাচ

মন্ত্রপূতং সদাহব্যং কব্যং চৈব নশ্যতি। প্রতি গৃহ্ণন্তি তংদেবা দাতুর্ন্যায়াৎ প্রযচ্ছত: ॥১৯॥

সত্ত্ব যুক্তশ্চদাতা চ সর্বান কামানবাপ্নুয়াৎ। অবাপ্তকামঃ স্বর্গেচ মহীয়েত ইথেপ্সিতম্ ॥২০॥

মার্কণ্ডেয় উবাচ

চত্বারো হ্যাথ যেবর্ণা হব্য কব্যং প্রদাস্যতে। মন্ত্রহীনমবজ্ঞাতং তেষা দত্তং কগচছতি ॥২১॥

নারদ উবাচ

অসুরান্ গচছতে দত্তং বিপ্রৈঃ রক্ষাংসি ক্ষাত্রয়ৈঃ। বৈশ্যৈঃ প্রেতানি বেদত্তং শূদ্রৈতানি গচছতি ॥২২॥

মার্কণ্ডেয় উবাচ

অর্থ বর্ণাবরে জাতাশ্বাতুর্বর্ন্যৌ পদেশিনঃ। দাস্যন্তি হব্যকয্যানি তে দত্তং কগচছতি ॥২৩॥

নারদ উবাচ

বর্ণাবরাণং ভুতানিং হব্যকব্যপ্রদাতৃনাম্। নৈবদেবা ন পিতরঃ প্রতিগৃহ্ণন্তি তৎস্বর্বম ॥২৪॥

---

হুম্ববহুনা ধর্ম অমদি সদাচারগী রাংমদা লৈ ॥১৬ ১৭॥ মার্কণ্ডেয়না হায়— অদু ওইরবাদ ধর্ম হায়বহু-গীদি লোপ ( মাঙবা ) হায়বহু ওইগ্রবনিনা অধর্মনা ধর্মবু কুপথ্রে, মতম অদুদসু বর্ণ ময়িগী নিয়ম তৌগ্রবা হব্য কব্য নাচংবা হোম তৌবগী অনাধক কংনবগী বিধি অসিদি মূত্রিবা করিগীনো ? ॥১৮॥ নারদনা হায় হব্য কব্য নচিংবাসদি আদিদগীসুবেদগী মন্ত্রনা শেংদোক শেংদোকুনা লাকপানিনা হৌজিক মাঙবা লৈতে লৈসু লৈরোই। দাতানা ন্যায়বিধি কায়দনা দান তৌরবদি দেবতাশিংনা পিতৃ লোকনা পেপ্পে। য়াম্না হয়াওনা দান অদু লৌই ॥১৯॥ সত্ত্বিক ভাবতা দান তৌরিবা অদুগুম্বা দাতা অদুদি ইহলোকতা মানা নীংবা পুম্বা থুংতি। আপ্ত কাম ওইবা নীংবা থুংলবা হায়বহু ওইহুনা স্বর্গদা মহাক্কী ইচছাগী মতুং ইন্না মানমর্য্যাদা সম্মাম নাচংবা লোইদা কংতি ॥২০॥ মার্কণ্ডেয়না হংতি— ব্রাহ্মন, ক্ষত্রিয় বৈশ্য শূদ্র হায়না বর্ণ মরি অসি লৈরি। হায়রিবা বর্ণ মরি অসিগী নত্রগা হৈনিংদনা কংলকপা হব্য বেদবিধিনা নিয়ম নাইনা তাকপা মন্ত্রনচিংবহু য়াওদনা কংলকপা হব্য কব্য নদিংবা দানগী মহৈ অদু কদোমদা চংথি, কনানা লৌথি? ॥২১। নারদনা হায়— ব্রাহ্মননা মাহুম তৌরবদি মহাক্কা তৌরম্বা দান মহৈ অদু দৈত্যশিং ( অসুরশিং ) না কংথি। ক্ষত্রিয়শিংনা তৌরম্বা ওইরবদি মাহুগী মহৈহু ছিংচাবশিংনা কংথি। বৈশ্যশিংনা তৌরম্বা দান যজ্ঞনচিংবা ওইরম্নগনা মাহুগী মহৈহু ভূত প্রেতশিং কংথি। অদুনা থোইন হৈনিংদনা থাজদনা তৌথিবা যাগ যজ্ঞ দাননচিংবা কর্মগী মহৈ অদুদি ভূত প্রেতশিংনা কংথি ॥২২॥ মার্কণ্ডেয়না হায় অতোনবা য়াম্না হস্থগ্রমা জাতিদা পোকপা কনাগুম্বনা তৌরক পা দানগী মহৈহু কনানা কংথি ॥২৩॥ নারদনা হায়— অধিকার লৈতবা অতোনবা হুম্বা শূদ্রনচিংবনা

---

* টীকা হব্য হায়বনা হোমনচিংবা তৌহুনা কংপা অক্নগা কংলিবা পোৎ অদুবু হায়বনি। কব্য হায়বনা যজ্ঞনচিংবা থোইনা তৌদনা মাসী মাগী জাতিনা চানবা চাক্কাক অদুনা পুজাগী নৈবেদ্যনচিংবা

যাতুধানাঃ পিশাচাশ্চ ভূতা বৈচাপি নির্মিতা। তেষাংসো বিহিতা বৃত্তিঃ পিতৃদৈবতনির্গতা॥
তেষাং সর্বপ্রদাতৄণাং হব্যকব্যং সমাহিতাঃ। যাপ্রযচ্ছন্তি বিধিবৎ তম্বে ভুঞ্জন্তি দেবতাঃ॥২৬॥

মার্কণ্ডেয় উবাচ

শ্রুতং বর্ণাবরৈর্দত্তং হব্যং কব্যং চ নারদ। সম্প্রযোগেচ পুত্রাণাং কন্যনাং চ ব্রবীহিমে॥২৭॥

নারদ উবাচ

কণ্যাপ্রদানং পুত্রানাং স্ত্রীনাং সংযোগমেবচ। আনু পুব্যাজয়া মহ্যাসম্যগুচ্যমাং নিবোধ॥২৮॥
জাতমাত্রাস্তুদাতব্যা কন্যকা সদৃশেবরে। কালেদত্তাসু কন্যাসু পিতা ধর্মেণযুজ্যতে॥২৯॥

হব্য কব্যগী দান অদু দেবতাশিংনা পামদে লৌদে॥ ৪। অদুনা ভূতপ্রেত হিংচাবয়াইতম্বশিংগী উদ্দেশ্যদা তৌথ্রবা দান ধর্মদু দেবতাশিংনসু লৌদ্রে পিতৃলোগশিংনসু লৌদ্রে। অদুগীদমক্তসু হিংচাবা য়াইতম্বনা যজ্ঞগী বিধি কারহমগঙ্কবগী থুগাইগদবগী তৌরিবসি মথোয়গী জীবিকা ত্তানবনি॥২৫॥ অদুনা হব্য কব্য পূম্নমক যজ্ঞ পূজা দান ধর্ম পূম্নমক অসি শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা, অদুগী মথক্তা ভক্তি শ্রদ্ধানগা লোয়-ননা তৌগদবনি। অদুত্তদা তৌরিবা পূজা যজ্ঞনচিংবগী মহৈ অদু দেবতাশিংনা নত্রগা পিতৃলোকনা থরায় য়াওনা লৌই॥২৬॥ মার্কণ্ডেয়না হায়—নারদজী! অতোনবা জাতিদা লোকপাশিংনা তৌবা যাগযজ্ঞগী অদুগা মহৈগী মরমদদি ঐ তাজরে। হৌজিক ঐন! অমুক তানংলিবদি পুত্র কন্যাশিংগী মচা নিপা মুপী হায়হনা পোক্লিবশিং অসিগী মরমদা অদুগা মথোয়গী অমগমগা সংযোগ ওইনবগী মতাং অসিনি। মাসিগী মরমদা থর হায়বিয়ু, য়াম্না তাজনীংতি॥২৭॥ নারদনা হায়—কন্যা বিবাহগী অদুগা মচানিপাশিংগী অদুগা মুপীশিংগী সংযোগশিংগী মরমদা মথংশীংনা হায়গে তাবিয়ু॥২৮॥ মযেক্তদি কন্যা হায়বসিদি হেক পোকপদা কনাগুম্বা মাগী মপুরোয়বা ওইরকপদা মতীক চাগদৌবা অমগী মকমদা হেক্ত দান তৌথোক্লুনা. শিন্নথোক্লুনা থমগদৌবনি। মতুগুম্বা বর অদুনা মতীক চাবা চগী মতাং য়ৌরক-

ওইহন্দুনা তৌবত্থবু হায়বনি। হায়রিবা মওং অনী অসি হব্য কব্য হায়না অদুম থত্তনরকই। হায়রিবা অনীসিমক শাস্ত্রগী কর্মকাণ্ডগী বিধি মতুংইন্না মন্ত্র যন্ত্রগা লোয়ননা তৌগদবান। অদুতনত্তনা য়াম্না পূক্নীং চঙনা ভক্তিশ্রদ্ধগা লোয়ননা তৌগদবান। চুমগুম চুমদগুম তৌরবদি ব্রাহ্মননা তৌরগনা মাদুগী মহৈ অদু অসুরনচিংবা দৈত্যশিংনা ফংখি। ব্রাহ্মন মহাক্না কংহল্লংলিবা ইষ্ট দেবদুনা নত্রগা মপা মপুনা ফংজ্রে। মরক্ত ইকান কান্নদনা হিংচাবাশিংনা লৌথি। হাররিবশিংগী মনুংগী ভাবতি যাগযজ্ঞ ধর্ম কর্ম পূজা নচিং-বসি শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা পূক্নীংচঙনা তৌগদবনি অসিত্তনি। বিধি কায়না হৈনিংদনা তৌরবদি যাগযজ্ঞ-দুগী ফংফম থোকপা মহৈ অদু লাইহিংচাবা ভূত প্রেতনচিংনা ফংখি। অদুমক্তনা যাগযজ্ঞ দাননচিংবগী মহৈ অসি থুদক থুদক্ত উবা ফংজ্রিবসি হায়রিবসি দোষ অসিনা মরম ওইদুনা অতোপ অতোপ্পশিংনা পুথিবননি।

( কালাচান্দ )

যস্তু পুণ্যবতীং কন্যাং বান্ধবো ন প্রযচ্ছতি। মাসি মাসি রজস্তস্যা ভ্রূণহত্যামবাপ্নুতে ॥৩০॥

যস্তু কন্যাং গৃহে রুন্ধ্যাৎ গ্রাম্যৈর্ভোগৈর্বিবর্জিতাম্। অবধ্যাতঃ স কন্যায়া বন্ধুঃপ্রাপ্নোতি ভ্রূণহাম ॥৩১॥

মার্কণ্ডেয় উবাচ

কেন মঙ্গলকৃত্যেষু বিনিযুক্তাস্তি কন্যকাঃ। যদিচ্ছামি বিজ্ঞাতুম তত্ত্বেনেহ মহামুনে ॥৩২॥

নারদ উবাচ

নিত্যং নিবসতে লক্ষ্মীঃ কন্যকাসুপ্রতিষ্ঠিতা। শোভনা শুভ যোগ্যা চ পূজ্যামঙ্গল কর্মসু ॥৩৩॥

আকরস্থং যথারত্নং সর্বকামফলোপগাম্। তথা কন্যামহালক্ষ্মীঃ সর্বলোকস্য মঙ্গলম্ ॥৩৪॥

এবং কন্যা পরা লক্ষ্মীঃ রতিস্তেষশ্চ দেহিণাম। মহাকুলানাং চারিত্রং বৃত্তেন নিকষো পলম্ ॥৩৫॥

আনীয় তু স্বকাং বর্ণাৎ কন্যকাংযো ভজেন্নরঃ। দাতারং হব্য কব্যানাং পুত্রংযা প্রসূয়তে ॥৩৬॥

---

ত্রিকাওব মমা মপানা কন্যাত্থবু হীরম পূম্বনা তাকশেন্দুনা থম্বিগদবনি। অত্থদগী কন্যাত্থবা বিবাহগী চহী মতাং চপ চানা তেক যৌরকপদা বর অত্থগী মথুত্তা বিধি কায়দনা শিন্নগদবনি। অত্থ ওইরবদি কন্যাগী পিতাদাতা অত্থ কন্যাদানগী চপ চাবা মহৈ কংঙি ॥২৯॥ কন্যাত্থনা রজঃস্বলা ওইরক্লফাওবদা কনাগুম্বা বর অমদা দাম তৌথোকত্রবদি কন্যা অত্থগী থা-থাগী রজঃস্বালা অমুকমুক ওইরকপদা শাগে নাত্তে মমা মপাত্থ কাওবা, থা অমুকমুক ওইরকপদা ভ্রূণহত্যাগী পাপ পুই ॥৩০॥ অত্থগুম্বা মরূপ মপং, শাগে নাত্তেনা অত্থগা মমা মপানা কন্যাবু বিষয়ভোগ কংহন্দনা ঈমুংদা কাজিন্দুনা লম্বা অত্থ ওইরবদি কন্য অত্থনা নত্তবা রাথল থল্লকপা নত্রগা কন্যা ছুনা সরম ওইত্থনা নত্তবা রাথল থল্লকপা অত্থ ওইরবদি মত্থগুম্বা মমা মপা শাগে অত্থ ভ্রূণহত্যা (মচাংপো গর্ভ হৈবগী) পাপ শোয়দনা কংগি ॥৩১॥ মার্কণ্ডেয়না হংগি মাগুনি! নারদজী! যাগ যজ্ঞমচিংবা মঙ্গলগী থবক্তা কন্যাশিংবু শীজিন্নরিবসিগী মরম করিনো? মসিগী মরমদা ঐ মুন্না থজনীজি ॥৩২॥ নারদনা হায়— কন্যাশিংগী মরক্তা তোংনখোংনফুনা লক্ষ্মীনা তেক হক লৈ। লক্ষ্মী দেবীসি মুমিং চুপ্পা কন্যাশিংগী মরক্তা তোয়েং খদানত্থনা শাক্থনা লৈথোকই। অত্থনা মুপীনা, কন্যা অবস্থাদা হী কানা কজনা উরিবসে অত্থননি। অত্থনা মঙ্গলগী থবক্তা মথোয়বু য়াওহল্লিবসি অত্থননি। অত্থনা মঙ্গলগী থবক্তা মথোয়বু য়াওহল্লি অত্থগা পূজা তৌনৈ ॥৩৩॥ খোংদা সনা মনিমুক্তানা তুং-ত্থনা লৈবগুম্না কাম্না পূম্বক্কী থুনেনবগী কংনবগী মেতু কায়ন অসি মথোয়তদা লৈ। অত্থনা মহা-লক্ষ্মীগী মশক ওইবী কন্যা হ বসে জগৎকী মহামঙ্গলগী মশক্কি ॥৩৪॥ অত্থনা কন্যা হায়বীসি শ্রীলক্ষ্মীগী খাইদগী মঙ্গলগীমশক ওইবী অউবা মূর্ত্তিনি হায়না থজগদৌবনি কন্যাগী পাইস্বতনা দেহধারী (তাইংংমী) না লুংতাইবা অপেনবা পূম্বা কংনরিবনি। কন্যা হায়বসিগী মরমচং কজবা অত্থগা আচার বিচার কজথংমথক্তা শাগে মপুম অত্থগী ভাগ্য (লাইবক ফবা) গী উন্নতি (চাওখৎপা) গী আশা পূম্বা নন্দু। লৈরিবান ॥৩৫॥ মশাগী বর্ণ জাতি মায়বা ঈমুংগী কন্যাবু নিয়ম বিধি কায়দনা বিবাহ তৌত্থনা মশাগী লোয়নবী

সাধবী কুলং বর্দ্ধয়তি সাধ্বী পুষ্টির্গৃহেপরা। সাধ্বী লক্ষ্মী রতি সাক্ষাৎ প্রতিষ্ঠা সংস্থিতিস্তুহা ॥৩৭॥

মার্কণ্ডেয় উবাচ

কানিতীর্থানি ভগবন্ নৃনাং দেহাশ্রিতানিবৈ। তানি বৈশংস ভগবন্ যাথাতথ্যেন পৃচ্ছতঃ ॥৩৮॥

নারদ উবাচ

দেবর্ষি পিতৃতীর্থানি ব্রাহ্মং মধ্যেঽথ বৈষ্ণবন্য। নৃণাং তীর্থানি পঞ্চাহুঃ পাণৌসংনিহিতানিবৈ ॥৩৯॥

তাদ্যতীর্থন্তু তীর্থানাং বৈষ্ণবোত্তাগউচ্যতে। যত্রোপস্পৃশ্য বর্নানাং চতুর্ণাং বর্দ্ধতেকুলম্ ॥৪০॥

পিতৃদৈবতকার্য্যাণি বর্ধন্তে প্রেত্য চেহ চ।

মার্কণ্ডেয় উবাচ

ধর্মেদ্বাধিকৃতানাং তুনরাণাং মুহ্যতেমনঃ। কথং নবিঘ্নং ভবতি এতদিচ্ছামি বেদিতুম্ ॥৪১॥

---

ওইহল্লিবা মী মহাক অহুদি হব্য কব্য তৌবা, যাগ যজ্ঞ ধর্ম কর্ম পাঙথোকপা মচা পোকই ॥৩৬॥ সাধবী সতী ওইবী মুপীনা শাগে মপুম অমগী হীরম পুম্নমক্তা চাওখৎপা পী। সাধবী সতী ওইবী, য়ুমগী লক্ষ্মী ওইবী মহাক্না ঈমুংতুগী হীরম পুম্নমক্তা বৃদ্ধি উন্নতি (চাউখৎপা) পী। সাধবী সতী ওইবী মুপীদি ঈমুং অহুগী তাইবং শক্লোল পুবী মানমর্য্যাদা (প্রতিষ্ঠা) হায়বতুমক্কি। সাধ্বী সতী ওইবী গৃহলক্ষ্মী ওইবী মহাক্তি ঈমুং অহুগী কযবা সন্তানসন্ততি (মচা-মশু শৃগাং) পুম্নমক্কী হৌরককম ঈচেন্নি তুংনকন্নি ॥৩৭॥ মার্কণ্ডেয়না হায়—ভগবন্ মহামুনি! নারদজী! তাইবংমী ওইবগী হক্চাংদা করম্ করম্বা তীর্থ লৈবগে? মাসি ঐ য়াম্না খঙজনীংঙি। থৌজললবিতুনা অমুক্ত তাকপিয়ু ॥৩৮॥ নারদনা হায়—আশিংবা অখণ্ডবশিংনা হায়রৈ—তাইবংমীগী খুত্ত তীর্থ মঙা লৈ। মথোয়গী মমিংদি দেবতীর্থ ঋষিতীর্থ, পিতৃতীর্থ, ব্রাহ্মতীর্থ অমনা বৈষ্ণবতীর্থ আসনি। (খুৎশা খুদিংমক্কী মতেন্দা দেবতীর্থ, খুৎনাওবীগা খুৎনিংথৌগা অনীগী মথোঙদা ঋষিতীর্থ, মসিবু কায়তীর্থ প্রাজাপত্যতীর্থ হায়নসু কৌই। খুবীগা খুদোনবীগা অনীগী মধ্যভাগতা (ময়াযদা) পিতৃতীর্থ লৈ। খুবীগী মরু মথোঙদনা ব্রাহ্মনতীর্থ লৈ। অহুগা খুৎকী খুবাক ময়ায়চবুক্তা বৈষ্ণবতীর্থ লৈ ॥৩৯॥ খুৎকী মনুংদা বৈষ্ণবতীর্থ লৈরিবা মকম অহুনা খ্বাইদগী মরুনি, অথোইবনি। তীর্থ অসিদা ঈশিং হিক্তং হাপ্তুনা আচমন তৌরবদি বর্ণ মরিগী মনুংদা অমনা তৌরবসু মাগী শাগৈগী কুলবৃদ্ধ শাগৈগী চাংখৎপা হায়বতু ওই। অহুগুম্বা আচমনতু তৌরগা পিতৃ কর্ম দেবকর্ম তৌরবদি শাগৈতুগী ইহলোক পরলোক অনীবক্তা চাউখৎপা ওই ॥৪০॥ মার্কণ্ডেয়না হংঙি—ধর্মকর্ম তৌবগী অধিকার লৈবা মীশিংগীসু পুক্নীংদা কায় কব্রিগুম্বা মঙমদা তৌরিবা ধর্মকর্মতুগী মকমদা অসাদি মরমদা চিংনবা অবস্থ অহুম মপোকই। মাতুংসু তৌরিবা কর্মতুদা অকায়বা থৈথাবা হায়বতুমদি অহুম মথৈ। মাসি করিনানো, অদুগা করম তৌরগা বেংবনি, মতু হংঙে নিংঙি ॥৪১॥

নারদ উবাচ

অর্থাশ্চ নার্ম্যশ্চ সমানমেতচ্ছ্রেয়াংসি পুংসামিহ মোহরন্তি।
রতিপ্রমোদং প্রমদাহরন্তি ভোগৈধনং চাপ্যপহন্তি ধর্মান ॥৪২॥
হব্যং কব্যং চ ধর্ম্মাত্মাসর্বং তচ্ছ্রোত্রিয়োহর্হতি। দত্তংতি শ্রোত্রিয়ে সাধৌ জ্বলিতাগ্নাবিবাহুতি ॥৪৩॥

ভীষ্ম উবাচ

ইতি সম্ভাষ্য ঋষিভি মার্কণ্ডেয়ো মহাতপাঃ। নারদং চাপিসৎ কৃত্যাতেন চৈবাভিসৎ কৃতঃ ॥৪৪॥
আমন্ত্রয়িত্বা ঋষিভি প্রযযাবাশ্রমং মুনিঃ। ঋষয়শ্চাপি তীর্থানাং পরিচর্য্যা প্রচক্রমুঃ ॥৪৫॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

কিমাহু র্ভরতশ্রেষ্ঠ পাত্রং বিপ্রাঃ সনাতনাঃ। ব্রাহ্মণং চৈব ব্রাহ্মণং বাপ্যলিঙ্গিনম ॥৪৬॥
স্বাবৃত্তিমভিপন্নায় লিঙ্গিনে চেতরায় চ। দেয়মাহুর্মহারাজ উভাবেতৌ তপস্বিনৌ ॥৪৭॥

নারদনা হায়— লন্থৃম অহুগা মুপী হায়বা অনীসিগী অবস্থা অসি অমতনি। চপ মান্নে। হায়রিবা অনী অসি মঙ্গলগী থবক তৌবগী লম্বীদা অপনবা ওই। হায়রিবা অনীসিনা ধর্ম কর্মনচিংবগী মঙ্গলগী থবক তৌরিবা কর্মকর্ত্তা মহাকপু শুমহংলি। শম্ন থোংনবগী হরাউ তরাম্বা, ফাগী জগাই তৌনবা থবক্কা কর্ম কর্ত্তাহুগী পুক্নীংবু হেক হেক শুমহংলি। স্ত্রীভোগ ধনভোগ হায়রিবা ভোগ অনীসিনা তৌরিবা ধর্ম কর্মহুবু উত্তা ঘী হৈ। তুম্ন মাওহল্লি ॥৪২॥ ধর্ম চেনবা বেদ শাস্ত্রগী তত্ত্ব খঙবা ব্রাহ্মনশিং অহুত্তদা হব্যকব্য কংননবগী অধিকার লৈবনি। অথোইবা শ্রোত্রিয় ওইবা ব্রাহ্মনদা কংপা হব্যকব্যদি মৈচাক কম্নাচাক্লবা যজ্ঞগী করবা মীনা আহুতি তৌবগা চপ মান্নবনি ॥৪৩॥ ভীষ্মনা হায়— যুধিষ্ঠির। মতৌ অসুম। ঋষিশিং অহুগা য়ারী য়াতায় ওহাক শান্নরবা তুংদা মহাতপস্বী মার্কণ্ডেয় অসি নারদগী সংকার তৌই, তরাম তরাম ব্যবহার তৌই। অহুগা লৈরম্নিবা ঋষিশিং অহুনসু মার্কণ্ডেয়বু য়ায়া নীংথিনা তরাম তরাম তৌই ॥৪৪॥ অহুগী তুংদা ঋষিশিং অহুদগী বিদায় লৌরগা মার্কণ্ডেয় মুনি অসি মহাক্কী আশ্রম তাম্ন চংখি। অহুগা লৈরম্নিবা ঋশিং অহুসু তীর্থ তীর্থদা ভ্রমণ তৌবা চংখি ॥৪৫॥ যুধিষ্ঠিরনা হংজি ভরত শাগৈগী অথোইবা, ঈবুধো। থাযনগী কুইরবা জ্ঞানী মুনিশিংনা দানপাত্র খিবিকী মসুংদা খাইদগী হেনবা দান লৌবদা মতীকচাবা দান পাত্র অসি কবানি হায়বগে? মপানগী থোইদোকপা ফীজেৎ চাক-চানচিংবগী খুদম পুদবা ব্রহ্মচারী ওইবা ব্রাহ্মন অহুরা নত্রগা মখুত্তা দাণ্ডকমণ্ডলুনচিংবা লিঙ্গ (খুদম) পুবা লিঙ্গা ব্রাহ্মনশিং অহুরা? ॥৪৬॥ ভীষ্মনা হায়—মহারাজ! যুধিষ্ঠির! জীবিকাগীদমক হায়বদি জীবণরক্ষাগীদমক বর্ণাশ্রম ধর্মগী নিয়ম বিধি কায়দনা লৈরিবা. মপানগী হায়রিবা খুদমশিং অহু য়াওবু য়াওরবসু য়াওবু য়াওত্রবসু বিধি কায়দনা হেক লৈরিবা ব্রাহ্মন পুম্নমক মতীক চাবা দান পাত্র হায়বহু অহুম মওই। মরমদি স্বধর্মদা আশ্রয় লৌরিবা তপস্বী মখল অনীসি দান পাত্রমক্কনি ॥৪৭॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

শ্রদ্ধয়া পরয়া পূতো যঃ প্রযচ্ছেৎ দ্বিজাতয়ে। হব্যং কব্যং তথাদানং কোদোষঃ স্যাৎপিতমহ ॥৪৮॥

ভীষ্ম উবাচ

শ্রদ্ধাপূতো নরস্তাত দুর্দান্তে ঽপি নসংশয়ঃ। পূতোভবতি সর্বত্র কিমুত মহাত্মাতে ॥৪৯॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

নব্রহ্মণং পরীক্ষেত দৈবেষু সততানরঃ। কব্যপ্রদানে তু বুধাঃ পরীক্ষ্যংব্রাহ্মণং বিদুঃ ॥৫০॥

ভীষ্ম উবাচ

ন ব্রাহ্মণঃ সাধয়তে হব্যং দৈবাৎ প্রসিদ্ধ্যতি। দেবপ্রসাদিজ্যন্তে যজমানৈর্ন সংশয়ঃ ॥৫১॥

ব্রাহ্মণান্ ভরতশ্রেষ্ঠ সততং ব্রহ্মবাদিনঃ। মার্কণ্ডেয়ঃ পুরাপ্রাহ ইতি লোকেষু বুদ্ধিমান্ ॥৫২॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়— ঈবুখো। চুম্লগী ঈচম চম্লা ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়ননা, মহুং মপান্ন পুম্বা শেংদোকচফুনা হব্য কব্যবু কচ্চ দিবা অদুগা অগুম্বা দানদি তৌরগা অতৈ বিষয়দাদি পবিত্র (শেংবা) ওইবা মত রাংপদগী দোষ লৈরবা মহাক অমগী দোষ অদু করি কমদৌবনে—কয়ামুক শাথিনা দোষ লৈবগে? ॥৪৮॥ ভীষ্মনা হায়—ঈবুঙো! যুধিষ্ঠির! ইন্দ্রিয় থুক্কম চনবা রাংপদগীসু হাকবাদি রাংলবসু চুম্ল ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়ননা হেক মতৌরবদি শেংবা হায়বা পাবিত্র ওইবা হায়বদো অহুম মওইরে। মাসিদা করি মত চিনবা তৌগনু। ভেঙ্কলবা নিংথো! শ্রদ্ধাতনা শেংদোকখরবা মী মহাক অদুদি অদুম পুমশেং শেংবা হায়বদু ওইরবনি। নংগুম্বা ধর্মাত্মা ওইরবা মীশক অমনা করিগী অশেং শেংদগী মরমদা চিংনরক্লিবনো? ॥৪৯॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়—ঈবুখো! অতৈ অতৈ দেব কর্মদদি ব্রাহ্মন শংগী গুণদোষ অদুক য়াম্বা থিজিন্নবদি য়াই। অদুগা শ্রাদ্ধগী থবক্তাদি ব্রাহ্মনগী পরীক্ষা মুম্লা তৌগদৌবনি হায়না অশিংব বিদ্বানশিংনা হায়-নৈ। মাসিগী মরম অসি করিনো? * ॥৫০॥ ভীষ্মনা হায়—ঈবুঙো যুধিষ্ঠির। দেবকর্ম হোমনচিংব-সিগী সিদ্ধ ওইবা হায়বসি ব্রাহ্মনগী মথুক্ত লৈতে। মথোক্কগী মথাপোন্দে। থবক্কী সিদ্ধ ওইব হায়বসিদি দৈবগী মথা পোনবনি। দেবতাশংগী কৃপাদগী যজমাননা যাগযজ্ঞনচিংবা শুভ কর্ম অদু তৌরবনি। মাসিদা করিমত চিংনবা তৌগনু ॥৫১॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা নিংথো! শ্রাদ্ধগী কর্মদা বেদবেত্তা (বেদগী তত্ত্ব খঙবা) ব্রাহ্মনশিংতবু নিমন্ত্রণ তৌগদৌবনি, মাওহনগদবনি হায়না বুদ্ধি লৈরবা মহাজ্ঞানী মার্কণ্ডেয়

---

* অতৈ অতৈ পূজানচিংবা কর্মদা শোল্লিবা ব্রাহ্মনচুগী গুণ দোষ অদুপ য়াম্লা থিজিন্ন-দ্রবসু কয়ামুকপু খঙবা হৈবদু য়েংশিন্নদ্রবসু শ্রাদ্ধগী কর্মনদি মত্ত য়াদে। চৎত্রিবা লৈহৌরিবা জীবা ম্মাশিংদুগী তত্ত্ববু জ্ঞান বিজ্ঞানগী মতদা খঙলবা ব্রাহ্মনবু পরীক্ষা তৌরগা শোলহনগদৌ-বনি। (কালাচান্দ)

যুধিষ্ঠির উবাচ

অপূর্বেষু প্যথবা বিদ্বান্ সমুদ্ধীবা যথাভবেৎ। তপস্বীলোবা কথং পাত্রং ভবেৎতুসঃ ॥৫৩॥

ভীষ্ম উবাচ

কুলীনঃ কর্মকৃৎ বৈদ্যস্তথৈবা প্যানৃশংস্যবান্। হ্রী মানৃজুঃ সত্যবাদী পাত্রং কর্বেচ যেত্রয়ঃ ॥৫৪॥

তত্রেমং শৃণু মে পার্থ চতুর্ণাং তেজসাং মতম্ পৃথিব্যাঃ কাশ্যপস্যাগ্নে মার্কণ্ডেয়স্য চৈবহি ॥৫৫॥

ঋষিনা অগানবদা হায়খ্রবনি * ॥৫২॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়— ঈশঙ খঙনত্রিবা, লাইরিক য়ম্না হৈবা, সম্বন্ধ ভাই-খেল থোকপা, য়াম্ন দয়া লৈবা, নিন্থংশি খঙবা, দেবপূজা যাগ যজ্ঞদা য়াম্ন হৈবা, হায়রিবা মীশকশিং অসিগী মন্থংবা করম্বনা শ্রাদ্ধবু পাঙথোকহনগদগে ? অদুগা হায়রিবাশিংসিগী মনুংদা থাইদগী হেন্ন দান পাত্র ওইরিবসি কনানো ? ॥৫৩॥ ভীষ্মনা হায়—মপা মপু অশেংবা শাগৈজাংতা পোকপা, থবক ঈংখাঙদা হৈ-শিংবা, পুক্লীং চঙবা, বেদশাস্ত্র পুম্নমকপু তত্ত্ব খঙবা হৈবা, পুকচেল চাউবা, থৌজাল হৈবা ইকাইবা খঙবা, ঈচম চম্বা লৌথুপ লৌকোই লৈতবা, অচুম্বা ভাঙবা হায়রিবা গুণ তরেৎ অসিনা তিল্লবদি, ভসাই হায়খ্রিবা শক খঙনত্রিবা, সম্বন্ধী ওইবা তপস্বীন ওইবা মীশক অহুম অদু শ্রাদ্ধ কর্ম নচিংবদা অথোইবা দান পাত্রনি ॥৫৪॥ কুন্তীনন্দন, যুধিষ্ঠির! লৌজক নংনা হায়রিবা বিষয় অসিদা

---

* অতৈ অতৈ যাগযজ্ঞ, পুজানচিংবদা চুম্নগী ব্রাহ্মন পণ্ডিত অম অনীনা পাঙথোকহনবগু য়াই। মন্ত্র যন্ত্র খঙবা ব্রাহ্মনবা অতম শক-শোলংনবগু কর্মদুগী সিদ্ধি ওইবা ওইদবা, নহৈ য়ানবা য়ান্দবগী রাদি ব্রাহ্মনশিংদুগী মথৃণ্ডা লৈতে। মথোয়গীদি নিয়ম বিধি কায়দনা শোনবিথিবতনি, মহৈ য়ানবা য়ান্দবদি মথোয়না ভমদে। কর্মগী মহৈ য়াবরা হায়বসি দৈবাধীননি। লাইবক্ক তম্বা হায়বা অমসু লৌরিবনি। অদুগীনমক্ক, কর্ম তৌবা মতমদা মহৈ রাখম খল্লনু হায়বনা ভগবৎগীতানসু অদুম মহায়বিরি। অদুবু শ্রদ্ধ কর্মদদি মাহ য়াদে। চীন্দ মন্ত্র যন্ত্র খর পুবা ব্রাহ্মন ভাক্তবুস্থ থাজিন্দুনা শ্রাদ্ধ শোলহল্লোই দৌবনি। মহাজ্ঞানী ওইবা বৈষ্ণ নিঙ ওইবা, আত্মাগী অবাগমনগী তত্ত্ব খঙবা, নত্তবা হন্থবা মপোক্তা ( হন্থনা দেহদা ) চংখিগবমক লৈরবসু চৎখ্রিবা জীব আত্মাবু খামজিন্দুনা অকবা মপোক্ত, অকবা দেবদা, চত্তনা পোকইনবগী সাধনা অমদি তত্ত্ব খঙবা ব্রাহ্মন অদুতবু শ্রদ্ধ শো নহনগনবনি। দক্ষিণায়নসু ওইবা, কৃষ্ণ পক্ষসু ওইবা, অহিং অমমম্বা, নোংথি নোংমনবা মতমসু ওইবা অদুগুম্বা মতমদা তাইবং হকচাং থাদোকুনা চংশ্রবা জীবাত্মাবু উত্তরায়ণ কাওবা অদুদগী হেন্দোক্নুনা উত্তরায়ণদুগী শুক্লপক্ষসু ওইবা অদুগুম্বা অকবা মতম অদু লাকত্রিকাওবা চহী চুপ্পা হায়বদি বারমাস ( থা তরানিথোই ) কাওবা খামজিন্দুনা দক্ষিণায়ন পুরিবা অধিষ্ঠাত্রী দেবতাদুনা থম্বিনবা হায়জবগী বিগার অসি ভগবৎগীতানা তাকশিল্লে। দাক্ষনায়ণ উত্তরায়ন অমমমদা থা তরুক তরুক্তি। দক্ষিণায়ণ থাজীন্দগী উত্তরায়ণগী থাগৈ কাওবদা চহী অমনি, সংবৎসর অমনি। নাহ কাওবগী মনুংদা থা তরানিথোইগী শ্রাদ্ধ শোন্দুনা হায়বদি

পৃথিব্যবাচ

যথা মহার্ণবে ক্ষিপ্তঃ ক্ষিপ্রং লোষ্টু বিনশ্যতি। তথা দুশ্চরিতং সর্ব ত্রিবৃত্ত্যাং চ নিমজ্জতি ॥৫৬॥

কাশ্যপ উবাচ

সর্বেচবেদাঃ সংষড়ভিরঙ্গৈ সাংখ্যং পুরাণং চকুলেচ জন্ম।

নৈতানিজর্বানি গতির্ভবন্তি শীলবপেতস্মনা নৃপদ্বিজস্য ॥৫৭॥

অগ্নিরুবাচ

অধীয়ানঃ পণ্ডিত মন্যমানোযো বিদ্যয়াহন্তি যশঃ পরেষাম্।

প্রভ্রশ্য তহসৌ চরতেন সত্যং লোকাস্তস্য হ্যন্তবন্তো ভবন্তি ॥৫৮॥

মার্কণ্ডেয় উবাচ

অশ্বমেধ সহস্র চ সত্যং চ তুলয়া ধৃতম্। নাভিজানামি যদ্যসা সত্যসাধিনবাপ্নুয়াৎ ॥৫৯॥

---

পৃথিবী, কাশ্যপ, অগ্নিদেব অমসুং মহর্ষি মার্কণ্ডেয় মথোয় মরি অসিগী তোঙাল তোঙানবা মত অহু ঐ হায়গে তাও ॥৫৫॥ পৃথিবীনা হায়রি— মহাসাগর সমুদ্রদা লংথিবা লৈচুম্না থুদক্কা নীংথায়রুনা ঈশিংদা তিনখিবগুম, জ্ঞান তানব মীগী যাগ যজ্ঞ তৌবিবা শিয্যশিংদা বেদশাস্ত্র তম্বিবা, জ্ঞান তানা মীগী দান লৌবিবা ব্রাহ্মণগী মকমদা হায়বদি মথোয়নিগী মনাক হেক রৌবদা দুষকর্ম, পাপ কর্ম পুম্না লুপথি —ঈশিং ওনথি ॥৫৬॥ মতাং অসিদা কাশ্যপনা হায়রি— অঙ্গ তরুক্কা লোয়নবা বেদ পুম্না তম হুনা হৈরবা, সংখ্যশাস্ত্র অমদি পুরাণগী কথাশিংগী তত্ত্ব খঙলবা, অচৌবা মান মর্যাদা লৈবা জাতিদা পোকপা অসিনচিংবা গুণশিং অসিনা পুল্লপনা লৈরবসু, মরমচৎ কক্তরবা আচারবিচার লৈত্রবা ব্রাহ্মণ অহুনা উত্তমগতি ( অথোইবা গতি ) বু থক পীবা ঙমদে ॥৫৭॥ মতাং অসিদা অগ্নিদেবগী মতনা করিনো হায়রবদা— য়াম্না তমহুনা, নৈনহুবা মহাজ্ঞানী মহাপণ্ডিত অমা ওইরবসু সমাজদা মানা মহেল্লে, মানা পণ্ডিত মওইরে, মাগী লাম্বা কনা অমত লৈতে হায়না খন্দুনা ম'দৌনা হৈজনবশিংগী মকমদা থোঁরবা লেম্বা, চাউথোকপা উৎলবা মশাগী বিদ্যাগী শক্তিনা অহৎগা তর্ক বিতর্কনা মীগী খরত্তা ওইরিবা মিং চৎ অহুবু য়ৈথগদবগী হোৎনরিবা, মশাবু মীথোয় মীহেল্লবনি হায়না খল্লহনা খ্বাইদগী তোঙান তাহুনা খ্বাইনা পুজা সেবা তৌহল্লিংলবা অহুওব্বা ব্রাহ্মণ অহুদি মশাগী ব্রহ্মবৃত্তি ( ব্রাহ্মণগী ধর্ম ) গী ভ্রষ্ট ওই-খিহুনা, মশাগী ধর্মবু থুগাইজবদগী লৌথৎপা য়াত্রবা, ওস্লোক্কা হৃস্বপ্রবা মপোক্ত পোকখি ॥৫৮॥ মতাং

---

ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়ননবা পিণ্ডদান, বারমাসিক শ্রাদ্ধ শোস্ররিবনি। চহীহুনা পুরা কারগা সংবৎসরিক শ্রাদ্ধ শোম্বরিবহুনি। পুংশেল যন্ত্রগা লাউ খোঙহুনা জগোই থেক্কুনা পাঙথোকদবা নত্তে। য়াম্ম রাখল বিচার চঙবা কর্ম কাণ্ড অমনি। অহুবু মনিপুর সমাজদদি শোল্লিবহুনা মনাতপ ওইনা থম্মি। (কালাচান্দ)

ভীষ্ম উবাচ

ইত্যুক্ত্বা তে জগ্মুরস্তু চত্বারোঽমিততেজসঃ। পৃথিবী কশ্যপোঽগ্নিশ্চ প্রকৃষ্টায়ুশ্চ ভার্গবঃ ॥৬০॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

যদি তেব্রাহ্মণালোকে ব্রতিনো ভুঞ্জতে হবিঃ। দত্তং ব্রাহ্মণ কামায় কথং তৎ সকৃতং ভবেৎ ॥৬১॥

ভীষ্ম উবাচ

আদিষ্টিনো যেরাজেন্দ্র ব্রাহ্মণা বেদপারগাঃ। ভুঞ্জতেব্রহ্ম কামায় ব্রতলুপ্তা ভবন্তিতে ॥৬২॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

অনেকান্তং বহুদ্বারং ধর্মমাহুর্মণীষিণঃ। কিংনিমিত্তং ভবেদত্র তন্মেব্রূহি পিতামহ ॥৬৩॥

---

অসিদা মার্কণ্ডেয় মুনিগী মতনা করিনো হায়বদা অশ্বমেধ যজ্ঞ লিশিং অম তৌখিবগী মহৈ অমুনা সেরকলা অমরোমদা অমুগা আত্মনা মাগী লীক্লম কায়দনা ঈচুম চুম্না লৈত্তনা অচুম্বা ( সত্য ) কৌবা ধর্ম অমুবু আচরণ তৌবা ( চৎপা ) গী মহৈ অমুনা নাকল অমদা থমমুনা খল তমমুনা এনবদা অশ্বমেধ যজ্ঞগী মহৈ অমুগী অরুম্বা অমুনা অচুম্বা ভাওবগী অচুম্বা ধর্ম চৎপগী মহৈগী শক্লক তংথাই অম ক'ওবা ক'বা ওনদে ॥৫৯॥ ভীষ্মনা হায়— যুধিষ্ঠির! মতৌ অসুম্না মাগী মাগী মত ( অপাম্বা ) অমু ফোংদোকখ্রগা, মহাতেজ কান্নবা পৃথ্বী, কাশ্যপ, অগ্নি অমগা মার্কণ্ডেয় মখোয় মরি অসি মফম অমুদগী থুনয়াওনা চৎখি ॥৬০॥ যুধিষ্ঠিরদা হায় – ঈবুধৌ! ব্রহ্মচর্য্য চৎপ ( ব্রহ্মচারী ওইবা ) অমুগুম্বা ব্রাহ্মন অমুনা শ্রাদ্ধগী হবিষ্যান্ন চাক্লবদি মশামক্ত তাপোইব ব্রাহ্মণনি খন্দুনা মাথৌন্দা দান তৌরুবদি দান অমুগী ফল ( মহৈ ) অমু কমদোৱগে অমগা অমুগুম্বা ব্রাহ্মনদা দান তৌরুব দান অমুনা করম্না দান তৌবা হায়বমুগী মহৈ ফানবা ওইগদৌরিবনো? ॥৬১॥ ভীষ্মনা হায়— নিংথৌ! চহী অম্নপ চুপা ব্রাহ্ম-চর্য্য পালন তৌগদবনি হায়না গুরুনা মথং পীরবা মহাক অমু আদষ্টী কৌই। অমুগুম্বা বেদকুম্ব লোইনা তমপ্রবা আদষ্টী ব্রাহ্মন অমুনা, ব্রাহ্মনদা দান তৌগে খল্লবা যজমান অমুনা পীবা শ্রাদ্ধগী অন্নদানবু লৌরুবদি ( চাক্লবদি ) মহাক্না তৌরিবা ব্রহ্মচর্য্যনচিংবা ব্রত অমু ভ্রষ্ট ওই। যজমানমুনা তৌজরিবা দান অমুগীদি কারিমত্ত মাঙবা লৈতে * ॥৬২॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়— ঈবুধৌ! ধর্ম সাধন অমুগী তৌরিবা

---

* টীকা— দান লৌরিবা ব্রাহ্মন অমুনা, অতিথি অমুনা, সন্ন্যাসী ব্রহ্মচারী ওইবুনা লাকপমু উবগা কনাগুম্বা যজমান দাতা অমনা পূর্কীং শেংনা দান তৌরবদি মক্তকীদি করিমত্তা কায়বা, করিমত্তা মাঙবা লৈতে। অহোয়নমুম দানগী পুণ্য ফল অমু অমুম ফংই। অমুপা দান লৌরিবা ব্রহ্মাচারী অমুনা ব্রহ্মচর্য্যগী নিয়ম ভাকপা ভমদমুনা ভ্রষ্ট ওইরবদি অমুগা মহাক মশানা মশাগী দোষ অমুবু লোৎশিন্দুনা দান অমুবু অশেংবা সন্ন্যাসী, অশেংবা দোষ লৈতবা ব্রহ্মমচারী শাশিন্নমুনা দান লৌরবদি মহাক অমু য়াম্না হক্সবা মপোক্তা পোকখিমুনা অরাবা তাখি। অমরোমদা দান তৌজারিবা মহাকীদ পুন্যগী ফল

**ভীষ্ম উবাচ**

অহিংসা সত্যমক্রোধ আনৃশংস্যং দমস্তথা। আর্জবং চৈব রাজেন্দ্র নিশ্চিতং ধর্মলক্ষণম্ ॥৬৪॥
যেতু ধর্মং প্রশংসন্তশ্চরন্তি পৃথিবী মিমাম্। অনাচরন্তস্ত্য ধর্মং সংকরহভিরতাঃ প্রভো ॥৬৫॥
তেভ্যো হিরণ্যং বৃত্তংবা গামশ্বাবাসদাভিকঃ। দশবর্ষানি বিষ্ঠাং সভুঙক্তে নিরয়মাস্থিতঃ ॥৬৬॥
মেদানাং পুল্কসানং চ তথৈবান্তেবসায়িনামৈ। কৃতং কর্মা কৃতং কাপি রাগমোহেন জল্প তায় ॥৬৭॥
বৈশ্বদেবং চ থেমূঢ়া বিপ্রায় ব্রহ্মচারিনে। দদতেনেহ রাজেন্দ্র তেলোকান্ ভুঞ্জতে শুভান্ ॥৬৮॥

**যুধিষ্ঠির উবাচ**

কিংপরং ব্রহ্মচর্যং চ কিং পরং ধর্মলক্ষণম্। কিংচ শ্রেষ্ঠতমং শৌচং তন্মেব্রহিমোপিতামহ ॥৬৯॥

---

সাধনাশিং অসি মথল মথায়াম্মি, তদুগা অমতন্ত্র মাঙদে বিদ্বান্ ওইবশিংনা হায়হৈ। করিগুম্বা দান অম তৌরমদাই মবমদা দান লৌগদৌরিবা পাত্র হায়বদি দানপাত্র অদু করম করম্বা গুণচেনফ থোক্কপগে অদুগা দান পাত্র ওইগদৌরিবা মতোন্দা লৈরিবা দান পাত্রতা হায়বা ধর্ম অদুগী মচাক ( কারণ ) শিংনা করি বরিনো মাদু হায়রিয়ু।৬৩॥ ভীষ্মনা হায়— নিংথৌ অখোইবা! মশাদা হিংসাগী মাহল করিমত্ত লৈতবা, অচুম্বা ভাঙবা, শাউবা হৈতবা অকল অরীংশি দবা, ঈ থাংতে-থোক্তুনা লৈবা, ইন্দ্রিয় খুদুম চনবা, অদুগা ইচম চম্বা ( কৌথুপ লৌকোয় লৈতবা ) হায়রিবাশিং অসে ধর্মগী লক্ষণ খুদম মক্তনি।৬৪॥ পৃথিবী থক অসিদা কোয়চং চত্তুনা ধর্মগী প্রচার তৌবা কয়া কয়ানা ধর্মগী মরমদা পাউতাক পীরি, ওয়াহেং, লক্লি। অদুবু তোঙলি শাক্লবা, পাউতাক পীরিব মহাক মশাদ ধর্মগী আচরন অমত তৌদে। তৌশঙবা ধর্ম প্রচার শাদুনা কোয়চং চংলি। মথোয় অদুনা বর্ণসংকরহনবদুগুনাঃ ধর্ম সংকর পোকহনবদুগুনা ধর্ম সংকার পোক্কহল্লি ॥৬৫॥ অদুমওইব তৌশিল্লবা, মপান্দা ধর্মগী তত্ত্ব থওবা শাশিন্নরিবদুদা সনা লুপা যগী মমাঙনাচাবা দান তৌবদি তৌরিবদা দাতা মশামক চহীতরা চুম্না নরকতা অমাঙ অশোয়বা চীঙ্খাক ওইদুনা লৈ।৬৬। ঈনাক কৈরাক খুংবা দাতা কয়ানা মশানা তৌরুবা দান অদুবু মরাম মমাঙদা হায়দোকুনা মশাবু থাগৎনগদবগী হোংনৈ। অদুগুম্বা মীশকশিং অদু ঝাম্না হম্ববা যোনিদ চঙদুনা পোক্লুই। দুম, শাদানবা, শূদ্র আসনগিংবা হম্ববা মপোক্ক পোক্লুই ॥৬৭॥ ব্রহ্মচারী ওইবা ব্রাহ্মনদা বলিবৈশ্বদেব অম্নবু, হায়বদি অতিথিদা চপচানা কংফম থোকপা অম্নবু পীত্র বদি পুক্রীং তানা দান তৌত্রবদি মহাক অদু মচ অঙ্গগী মশক ওইবা, অশুভ ওইবা লৌক্তা পোকই ॥৬৮। যুধিষ্ঠিরনা হংলি—ঈবুধৌ! থাইদগী অহেনবা ব্রহ্মচর্য্য অসি করিনো? ধর্মগী থাইদগী অহেনবা

---

কংবদু ঈকার কায়দে। অদুনা দান তৌরমদাই মতমদা তুংমাঙ যেংদুনা য়াম্না চেকশিন্না দান লৌগদৌরিবদু মতীকচারবা অশেংবা দান পাত্র ওইরত্রা হায়বশি য়েংগদৌবনি। অদু নত্রবদি সাত্ত্বিক ওইবা দান ওইহৌত্রবনিনা তৌরুবা দান অদুগী মহৈ ফংবতারগনু রাজসিক নত্তগা তামসিক ওইবা মহৈ ফংঙি।

( কালাচান্দ )

ভীষ্ম উবাচ

ব্রহ্মচর্য্যাৎ পরংতাত মধুমাংসস্য বর্জনম্। মর্য্যাদায়াং স্থিতো মুনিঃ শমশ্চৈকত্র লক্ষণম্।৭০॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

কস্মিন্ কালে চরেৎ ধর্মং কস্মিন্ কালে ধর্মমাচরেৎ।

কস্মিন্ কালে সুখী চস্যাৎ তন্মেব্রূহি পিতামহ ॥৭১॥

ভীষ্ম উবাচ

কল্যমর্থং নিষেবেত ততো ধর্ম মনন্তরম্। পশ্চাৎ কামং নিষেবেত ন চগচ্ছেৎ প্রসক্তিতম্ ॥৭২।

ব্রাহ্মণাংশ্চ মন্যেত গুরূংশ্চাপ্যভি পূজয়েৎ। সর্ব ভূতানুলোমশ্চ মৃদুশীলঃ প্রিয়ংবদঃ ।৭৩

---

লক্ষণ (খুদম-চিহ্ন) না কবি করিনো? খাইদগী শেংবা পবিত্র ওইবা হায়বসিনা করিনো? অসি পুম্নমক অাস মথংশীংবা অমুক্ত তাকপিয়ু ৬৯। ভীষ্মনা হায়— ঈবুঙো। শা ঙা চাদ্রিবা মরায়কাবা য়ু নচিংখা থকচদবা মাসমক ব্রহ্মচর্য্যদগী হেনগ্রবনি। মসিনি ব্রহ্মচর্য্য হায়ববু। বেদগী বিধি মতুং ইন্না লৈবতুনি অথোইবা হায়ববু। পুক্লীংগা ইন্দ্রিয়গা থুদুম চনবতুবুন খাংদগী অশেংবা হায়বসু॥৭০। যুধিষ্ঠিরনা হংজি—ধর্মগী আচরণ তৌ হায়না তাকপিরিবসি করম্ব মতমদনো? করম্বা করম্বা মতমদনা লম্ভুম তান্নগা করম্বা মতমদা সুংঙাইবতু ভোগ তৌগদৌরিবনো? শেংনা তাকপিয়ু * ॥৭১॥ ভীষ্মনা হায়— নিংথৌ! নোংমবু শরুক অহুম থোক্না খায়দোকউ। পূর্বাহ্ণ (সুমিৎ য়ুংত্রিঙৈ মমাংগী মতম) দনা ধন তল্লু। অতুগীতুং অপরাহ্ণদনা ধর্মকর্মগী থবক তৌ। অতুগী মতুংদনা কামভোগনাচংবা সেবন তৌ। অতুগা কামভোগকী সেবন তৌবা মতমদদি মাহুদা কাহেন্না হেদোহেরাউ কাহুনা, মাহুদা আসক্ত ওইহুনা পুক্লীং সুপতুনা লৈরোইদৌবনি ॥৭২॥ ব্রাহ্মনশিংবু সম্মান তৌ গুরুজনশিংগী সেবা পূজাদা পুক্লীং চঙনা

---

* টীকা—যুধিষ্ঠিরনা হংলিবা ৱাকম অসি অহানবদা তাবদা ঈচম চম্বা ৱাহং ওাক্ত ওহনা তায়। মনুংদা ৱাকম অম লৈরি। ধর্মগী অচারণ হায়বসি মীকুপ অমত হাঙদনা তৌকম থেকপনি। মীকুপ অম–মী সিমদি এ ধর্মগী থবক তৌরবোই হায়বসি হায়কম থোকত্রবনি। অতু ওইরবদি মরাং মপাং পরিবার য়োক থাক্নবা লিক্নোল খুজিং থর থর তানবনা করম্বা মতমদা? ধর্মগী থবক তৌবগা লম্ভুম তানবগদি ঈশিংগা থাউগা তিন্নবগুম থোক্কদৌরি। তাইবং মীনা তানবগীদি পেনবা লৈতে। ধর্মগী থবক লম্ভুম তানবা হায়বা অনীসি তৌবদা পোথাকম লৈরোইদৌরি। অতুনদি করম্বা তান্নুরিবা লম্ভুম অতুবুনা করম্বা মতমদা ভোগ তৌহুনা নীঙায়দনা সুংঙাইহুনা লৈথোকপা কংগদৌরিবনো—অসুম হায়না টিংনরক্নুনা যুধিষ্ঠিরনা হংবনি। হংকমতু থোকপনি। হায়রিবা অহুম আসগী মনুংদা অমমক পাঙথোক-পদা নীংথিনা মরাঙকায়না পাঙথোকপা ৱাগদৌরিবনি। মথোয়শিংসিগী মনুংদা মতম অসিদগী অসি

অধিকারে যদনৃতং যচ্চরাজসু পৈশুনম। গুরোশ্চালী ককরনং তুল্যং তৎ ব্রহ্মহত্যয়া ॥৭৪॥
প্রহরেন্ন নরেন্দ্রেষু নহন্যাৎ গাংশ্চৈবচ। ভ্রূণ হত্যাসমং চৈব উভয়ং যো নিষেবতে ॥৭৫॥
নাগ্নিং পরিত্যজেজ্জাতু নচবেদান্ পরিত্যজেৎ। নচ ব্রাহ্মণ মাক্রোশেৎ—সমং তৎ ব্রহ্ম হত্যয়া ॥৭৬॥

যুধিষ্ঠির উবাচ

কীদৃশাঃ সাধবোবিপ্রাঃ কেভ্যোদত্তং মহাফলম্। কীদৃশানাং চ ভোক্তব্যং তন্মেব্রূহি পিতামহ ॥৭৭॥

ভীষ্ম উবাচ

অক্রোধনা ধর্মপরাঃ সত্যনিত্যাদমেরতাঃ। তাদৃশাঃ সাধবোবিপ্রা স্তেভ্যোদত্তং মহা ফলম্ ॥৭৮॥
অমানিনঃ সর্বসহা দৃঢ়ার্থো বিজিতোন্দ্রিয়াঃ। সর্বভূতহিতা মৈত্রা স্তেভ্যোদত্তং মহাফলম্ ॥৭৯

হৌনংনা তৌগদৌবান। জীবপানবা থুদিংমক্কী মকমদ মথোরনা য়ানিংবা লমচৎ অদু চৎপিয়ু। মুমিৎ চুম্না অধুম্বা অতপ্না য়াহৈত্তা শীজতৌ ॥৭৩॥ অন্যায়গী ন্যায়গী লেপ্লবগী, বিচার তৌহনা লেপ্লবগী অধিকার কংলে হায়রুনা মীনমহনা মীচত্ত-মীথায় নাইবগী থবক তৌব, অদুগা বিচারশঙ অদুদা মীনম লোয়িবগী য়া তাঙলব, মনা মথেল, কমথোং কান্নবগীদমক্তা নিংথৌদা চীয়োন তৌবা, ওঝা গুরুদা নমথাক তৌবা হায়রিবশিং অসিগী অমমম্না ব্রহ্মহত্যা তৌবগী পাপকা চপ মান্নবা পাপ অদু কংতি ॥৭৪॥ নিংথৌ। শলদা চোংশিনহনা ফুবা থক তৌরোইদৌবান। চৈনা, থুবাক্না থুহম্না ফুরুবগী য়া ভাক নত্তে, ফুবহুদগী হেনবা লোঙ্গা লোম্বক্লবা মনুং মনুংদা মাঙননবা তৌবা অদুনি শাক্তৈশেংবা প্রহার (ফুবা) দি। অদুগুম্বা প্রহার অদু তৌরবদি, ভ্রূণহত্যা ( গর্ভ মনুংদা লৈবা জীবব হাৎপা ) গী পাপ পুই ॥৭৫॥ নোংমগী ওহাক অগ্নিহোত্র তৌগদৌবনি। আগ্নদা কারগুম্বা অম থাদহনা যজ্ঞ তৌগদৌবানি ( অগ্নিদেববু লেলহনগদবনি )। বেদশাস্ত্রবু ওহাক নৈনবা থাদোকলোইদৌবান। অদুগা ব্রাহ্মনগী নিন্দা থক তৌরোইদৌবানি। হায়রিবাশিং অসি তৌরবাদ ব্রহ্মহত্যা তৌবগী পাপ চপ মান্নবা পাপ অদু পুই ॥৭৬॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়—ইবুধৌ। করম্বা ব্রাহ্মনবুনো অথোইবা ব্রাহ্মননি হায়না লোপদৌরিবাস। করম্বা মীশকত্তা দান তৌরগা থাইদগী হেনবা দান ফল ফংবগে? পীজ-পীথকপগী থবকসিনা করম্বা ব্রাহ্মনদা পুন্নমকসি মচাথায়না তাকপিয়ু ॥৭৭॥ ভীষ্মনা হায়। নিংথৌ শাউবা হৈকবা মুামৎচম্না ধর্ম কর্মদা পুক্নীং চঙবা, অচম্বগী মাযপৈতদা লেপ্তুনা অচুম্বগী মীচম চঙবা, আসগী মথক্তা ইন্দ্রিয় থুহম চনবা ব্রাহ্মন অদুবু থাইদগী হেনবা অথোইবা ব্রাহ্মননি হায়না খঙগদবনি। অসিগুম্বা ব্রাহ্মনদা দান তৌরবাদ চাউরবা দান ফল ফংঙ। অসিগুম্বা ব্রাহ্মন শংদা শ্রাদ্ধদা ( শ্রাদ্ধাগা লোয়ননা তৌবা কন্নিগুম্বা শুভ-কর্মদা ) অন্নদাননচিংবনা পীজ পীথক তৌবা দান ॥৭৮॥ নাপল থোৎবগী অহংকারগী মনম ফাওবা লৈ-

---

ফাওবা ধর্ম, অসিদগী শসি ফাওবা লস্তানবা এতম অসিদগী অসি ফাওবনা হয়াউতয়াম্না লৈথোকপা অহুম হায়রুনা তাংকক নাইনা নাইনা তৌকম থোকপ্রা হায়না চিংনবক্তুনা হংবা য়াহংনি। ( কলাচান্দ )

অলুব্ধাঃ শুচয়ো বৈদ্যা হ্রীমন্তঃ সত্য সত্যবাদিনঃ। স্বকর্ম নিরতা যেচ তেভ্যোদত্তং মহাফলম্ ॥৮০॥
সাঙ্গাশ্চ চতুরো বেদানধীতে যো দ্বিজর্ষভঃ। ষড়্ভ্যঃ কর্মভ্যস্তং পাত্রমৃষয়ো বিদুঃ ॥৮১॥
যেত্বেবং গুণ জাতীয়াস্তেভ্যোদত্তং মহাফলম্। সহস্রগুণমাপ্নোতি গুণার্হায় প্রদায়কঃ ॥৮২॥
প্রজ্ঞাশ্রুতাভ্যাং বৃত্তেন শীলেনচ সমন্বিতাঃ। তারয়েত কুলং সর্বমেকোপি হ্যত্র দ্বিজর্ষভঃ ॥৮৩॥
গামশ্বং বিত্তমন্নংবা তদ্বিধেপ্রতিপাদয়েৎ। দ্রব্যানি চান্যানি তথা প্রেত্য ভাবেন শোচতি ॥৮৪॥
তারয়েত কুলং সর্বমে কোপীহ দ্বিজর্ষভ। কিমঙ্গং পুনরেবৈতে তস্মাৎ পাত্রং সমাচরেৎ ॥৮৫॥
( তৃপ্তে তৃপ্তাঃ সর্বদেবাঃ পিতরো মুনয়োপিচ। )
নিশম্যচ গুণো পেতং ব্রাহ্মণং সাধুসম্মতম্। দূরাদানয্য সৎকৃত্য সর্বতশ্চাপিপূজয়েৎ ॥৮৬॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং অনুশাসন পর্বণি দান ধর্ম পর্বণি দ্বাত্রিংশ্রিকে দ্বাবিংশোহ ধ্যায়।

—( * )—

তবা, ধর্মগীদমক অরাবা পুম্বা খাওহবা, অচম্বা তৌথিবা রাখলদা নপুনা লৈবা, হেংদবা ইন্দ্রিয় খুত্থম চনবা, জীব পানবা খুদিংমক্কী অকবত থনবা, তৌবা, খ্বাইপুম্বদু মরূপ মপিজাগুম থনবা অসিগুম্বা ব্রাহ্মনদা পুক্নীং শেংনা কারিগুম্বা অমত্তং কৎপদা চাউরবা মহৈ কংই। অপাম্বা মীগৌবা লৈতবা, মমুং মপান ঈশেংত শেংনা লৈবা, জ্ঞানী বিদ্যাবান ওইবা, অরানগী শরুক য়াওপ্রবরা হায়রবা চিংনগনবা সত্যবাদী ওইবা, মশাগী মথৌদা পুক্নীং চত্তবা, অসিগুম্বা ব্রাহ্মণদা দান তৌরবদি দানগী মহৈ চাউনা কংও ।৮০॥ ন্যায়ব্যকরণনচিংবা অঙ্গ তরুক্কা লোয়নবা বেদ পুম্বা তমহুনা বৈনহুনা লৈরিবা, ব্রাহ্মনগী মথৌ তরুক হায়বদি— তম্বিবা তম্বা, যজ্ঞ তৌবা, যজমানদা তৌহনবা, পীথোকপা লৌবদা জ্ঞানতানা পীরিবা অসিগুম্বা ব্রাহ্মনবু ঋষিশিংনা দান তৌননবগী মতীক চারবা সৎপাত্রনি হায়না লৌই ।৮১॥ মথক্তা হায়রিবা গুণশিং অসিনা তিল্লবা ব্রাহ্মনদা দান তৌরবদি দানগী মহৈ চাউনা কংও। মতীক লাবা, গুণ চেনবা ব্রাহ্মনদা দান তৌবা হায়বসিনা অচম্বা ব্রাহ্মনদা তৌবা দানগী মহৈদগী শরুকলিশিং অম কেনবা মহৈ কংও ।৮২॥ মচীন তুম্নবা বুদ্ধি, শাস্ত্রগী জ্ঞান, সদাচার, লমচৎ ফজবা, অফবা গুণ পুম্নমক অসিনা তিল্লবা ব্রাহ্মন অমতাদা তৌবা দান অহুনা অহুগা দানগী মহৈ অহুনা দাতা অহুগী লৈখা তারবা শাগৈ—নাতৈ মক্লপ-মপাং পুম্নমকপু উদ্ধার তৌই ।৮৩॥ অহুনা অসিগুম্বা গুণী ওইবা ব্রাহ্মনদা শগোল শল শম্বী শন্নাউ, অন্নধন দান তৌগদৌবনি। অসুম হায়না দান তৌরবা দাতা মহাক অদো শিরবা তুংবা মহাক্কী আত্মাহু কদোমদা চৎলিগদগে হায়বগী চিংনবকম কারিমত্তা লৈতে ।৮৪॥ অসিগুম্বা ব্রাহ্মন অমতনসু শ্রাদ্ধ কর্তা অহুগী শাগৈ মপুম অহুবু উদ্ধার তৌবা ঙাম্ম। অসিগুম্বা ব্রাহ্মন অসি অমত নত্তনা ময়ামদা দান তৌবগী য়াদি কবি অমুক হায়রুনি। অহুনা অসিগুম্বা সৎপাত্রবু খিহনগনবনি।

অসিগুম্বা ব্রাহ্মন অমতনা হেক পেনখিবদা ঋষি পুন্নমক, পিতৃলোক পুন্নমক লোইনা পেত্রে ॥৮৫॥

অসিগুম্বা সৎব্রাহ্মন সৎপত্র অহুদা লাম্বা লৈশ্রবম্ন মহাকপু হায়জ খোচ্চহনা অম্মা কৌরহনা মাঙোন্দা দান তৌগদৌবনি * ॥৮৬॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চাম্বনা শ্রীব্যাসনা লেংমা সংহিতদা অনুশাসন পর্বদা, দান ধর্মগী পর্বদা বাহুপ্রশ্নিকগী ·ধাউশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—( * )—

* তাইবং হকচাং থাদোক্না মপান্দা লংথোক্লমহনা চৎপ্রদা অহু হৌজিক লৈরিবা হোংবা চাউবা গোপাল কৌবা শিল্লিবা হকচাংসিদা আত্মা ঐনিকো অনুম হায়না খনবিবা ওম্বা, চৎখ্রিবা আত্মাহুগা লৈহৌরিবা মহাক মশাগী আত্মাহুগা একাকার ওইহনবা ওম্বা মহাবৈজ্ঞানিক দার্শনিক ওইবা ব্রাহ্মন অমতংদা দান তৌরবদি পীজরবদি মহাক্না হেক পেনখিবদ। চৎখিবা আত্মাহুগদি মশা অমত ওইমিন্নশ্র-বনিনা চৎখিবা ঈপা ঈচা শারম্বা আত্মাহনা অহুনা অহুম মপেল্লে। মহাক্না পেল্লে হায়না পুক্নীং শেংনা হারদোক্লিবদো প্রেতলোকতা লৈরিবা আত্মাহনা হাররিবনি হায়না লৌবদা থাজবদা করিমতা কায়বা থাজনীংঙাই ওইদবা থোকত্রে। মসিগী রাখল অসিগী মনম কাওবা তাত্রবা পঙল্লবা হাউইগা হাউত্তেগা হায়বা মহাভোজ্জী ( চাগনবা ) ওইবা মরূপ-মপাংনি হাররিবা ভাই-শেম্নি হাররিবা মথোয়বু ওাক্তদা পীজবিরসিদি চাক চানবনি, অরেম্বদা পীজবনি। শেল তিংননবনি চৎখ্রিবা আত্মহনা করিমতা ফংদে। অহুনা শ্রাদ্ধদা মহাজ্ঞানী ব্রাহ্মন অমত য়াওরগা লোইরে। ( কালাচান্দ )

—( * )—

# মনিপুরী মহাভারত

## ত্রয়োত্রিংশোঽধ্যায়

( দেবতাশিংগী অমসুং পিতৃলোককী শ্রাদ্ধনচিংবা থবক্তা নিমন্ত্রণ তৌবদা মতাংকচাবা পাত্রগী মরমদা অমসুং নরক তাথবা অমসুং স্বর্গ কাখৎবাশিংগী লক্ষণ তাকপা মতাং )

### কুনহুমদোইশুবা অধ্যায়

—( * )—

যুধিষ্ঠির উবাচ

শ্রাদ্ধকালেচ দৈবে চ পিত্র্যে পিচ পিতামহ। ইচ্ছাম্যহং ত্বয়াখ্যাতং বিহিতং যৎ সুরর্ষিভিঃ ॥ ১ ॥

ভীষ্ম উবাচ

দৈবং পৌর্বাহ্নিকং কুর্যাৎ অপরাহ্নে তু পৈত্রিকম্। মঙ্গলাচারসম্পন্নঃ কৃতশৌচঃ প্রযত্নবান্ ॥ ২ ॥

মনুষ্যাণাং তু মধ্যাহ্নে প্রদদ্যা দুপপত্তিতঃ। কালহীনং তু যদ্দানং তংভাগং রক্ষসাং বিদুঃ ॥ ৩ ॥

লঙ্ঘিতং চাবলীঢ়ঞ্চ কলিপূর্বং চযৎ কৃতম্ রজস্বলাভিদৃষ্টং চ তং ভাগং রক্ষসাং বিদুঃ ॥ ৪ ॥

---

ঐরনা হায় ঈবুধৌ। দেবতাশিং অমাদ ঋষিশিংনা শ্রাদ্ধকর্মগী মতমদা, দেবকর্ম অমসুং পিতৃলোককী কর্মদা তাকখিবা তৌগদবা থবকশিং অদে ঈবুধৌনা অমুক্তং মথং মথং হায়রিবকউ। মতাং অসি ঈবুধৌগী চানমক্কদগী তাজনীংঙি ॥ ১ ॥ ভীষ্মনা নিংথৌ! নংনা হায়রিবা মতাং অসিদা তৌগদবা হায়বদু কর্মধারী ওইরিবা অমসুনা স্নান তৌবা ঈরু মায়থজবা অসিনচিংবা পাঙথোক্লবা মতুংদা মহাক্কী মহৌশাগী মঙ্গলগী থবক আহ্নিক কর্মশিং অমসু নীংথিনা লোইথোক্লগা য়াম্ন চোকশিন্ন ঙৌথিনা দেবতা-শিংগা মরম লৈনবা (দেবতাশিংদা কৎকদবা) পূজা বিধিনচিংবদু পূর্বাহ্নদা (নুমিৎ য়ুংত্রিডৈদা) পাঙ-থোক্কদবনি। অপরাহ্নদনা (নুমিৎ য়ুংবা মতুংদনা) পিতৃলোকক মরম লৈনবা, পিতৃলোকতা কৎকদবা সেবানশিংবদু পাঙথোক্কদৌবনি মধ্যাহ্ন (নুমিৎ য়ুংবদনা) অতিথিনচিংবা তাচবংমীগা মরম লৈনবা কর্মশিং অমসু পাঙথোক্কদৌবনি। মতমচাদনা বিধি কায়বা থবকশিং অমসুদি হিংচায়াতম্বশিংগী দমকত্তা তমগ্রবা শরুক অমসুম মওইথে ॥ ২—৩ ॥ দেবকর্ম, পিতৃকর্ম, মনুষ্যকর্ম (ঋষি অতিথিনচিংবগী কর্ম)দা কৎকদৌরিবা শীজিন্নগদৌরিবা অচা অথকচিংবা পোৎ চৈ অমসুদা কনাগুম্বনা কানগ্রবা, মতিন

অবঘুষ্টং চযৎভুক্তমগ্রন্তেন চ ভারত। পরামৃষ্টং শুনা চৈব তংভাগং রক্ষসাং বিদুঃ ॥৫॥
কেশকীটাবপতিতং ক্ষুতং শ্বভিরবেক্ষিতম্। রুদিতং চাবধুতং চ তংভাগং রক্ষসাং বিদুঃ ॥৬॥
নিরোংকারেণ যৎভুক্তং মশস্ত্রেণচ ভারত। দুরাত্মনা যৎভুক্তং তং ভাগং রক্ষসাং বিদুঃ ॥৭॥
পরোচ্ছিষ্টং চযৎভুক্তং পরিভুক্তং চযৎভবেৎ। দৈবে পিত্র্যেচসততং তংভাগং রক্ষসাং বিদুঃ ॥৮॥
মন্ত্রহীনং ক্রিয়াহীনং যচ্ছাদ্ধং পরিহিষ্যতে। ত্রিভির্বর্ণৈর্নরশ্রেষ্ঠ তং ভাগং রক্ষসাং বিদুঃ ॥৯॥*
আজ্যাহুতিং বিনা চৈব যৎকিংচিৎ পরিধিষ্যতে। দুরাচারৈশ্চ যংভুক্তং তংভাগং রক্ষসাং বিদুঃ ॥১০॥

---

ভাগ্রবা, লেকপ্রবা, নমথ্রবা, থংনচৈননা শেমগ্রিবা পোংশিং অদো অমুগা রজঃস্বলা ওইবী ( চাকথুম চঙব য়াত্রিবী ) অরি কনাগুম্বীনা উপ্রবা অমুগুম্বা পোংশিং অদো দেবতাশিংদস্থু, পিতৃলোকনস্থু অমুগা ঋষি-শিংনস্থু, পিতৃলোকনস্থু অমুগা ঋষিশিংনস্থু লৌত্রে। হিংচায়াইতম্বশিংগীদমক্তা তমপ্রবা শরুক অমুম মওই-ত্রে ॥৪॥ ভরতনন্দন, ভারত শাগৈগী মুংভাইহনকম ওইব নিংথৌ! অংতোপ্পা কনাগুম্ব অমগীদমক্তি হায়না মীয়ামদা লাউথোকপ্রবা ( থওহনপ্রবা ), ব্রত উপাসনা তৌদবা, মকম মরাং থংদব কনাগুম্বনা হান্ন চাব চৌপ্রবা, নত্রগা হুঙ্গী হৌদোংনচিংবনা নমপ্রবা শেকপ্রবা সামগ্রী অমুদি হিংচায়াইতম্বশিংগীদমক্তা তম-প্রবা শরুক অমুম মওইত্রে ॥৫॥ মথক্তা, ময়াদা তীল কও তাপ্রবা, তোংপ্রবা, হাকথিথনবদা চোংপ্রবা তিনথা তাপ্রবা, হুঙ্গীনচিংবনা মতিন কুৎ কুৎ য়েংবনা য়েংশিনপ্রবা অমুগা কপনিং লাউনিংবগুম্ব শাউনা শাউনা শেম শাপ্রবা পোংশিং অমুদি হিংচায়াইতম্বশিংগীদমক্তা তমপ্রবা শরুক অমুম মওইত্রে ॥৬॥ ভরত-নন্দন! যুধিষ্ঠির! মঙোন্দা চাওস্থু হায়দবা, নিমন্ত্রনস্থু তৌনবা, চাননবগী অনুমতিস্থু পীত্রিবা অমুগুম্বা মীনা ওঁকারনচিংবা ভগবানগী নামনচিংবা শোন্দবা অমুগা শোনবগী অধিকার লৈতবা শূদ্রনচিংবনা হান্ন চাবা হৌপ্রবা অমুগা মথুত্তা থুংলায় পায়বা নত্রগা মরমচৎ কজদবা মীনা শোকপ্রবা শীজপ্রবা পোংশিং অমুদি হিংচায়াইতম্বশিংগীদমক্তা তমপ্রবা শরুক অমুম মওইখে ॥৭॥ থর চাব হৌখ্রবা লুখাক ভারবা, অমুগা দেবতা পিতৃলোক অতিথি অমুগা অঙংশিংগী শরুক হান্ন তমলোক্তনা, থাক্তনা মহাক মশানা হান্ন মহাও তংলুরবা অমুগুম্ব পোংশিং অমুদি হিংচায়াইতম্বাশিংগীদমক্তা তমখ্রবা শরুক অমুম মওইখে ॥৮॥ নিংথৌ। বেদগী মন্ত্র বিধি বিধানগী মতুংইন্না সংস্কার তৌদবা অমুগা তৌত্রিবা ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রিয়, বৈশ্য বর্ণ অহুম অসিগী কনাগুম্বনা য়েনবা ( পরোস তৌবা ) অচাপোংশিংবুঅদো হিংচায়াইতম্বা-শিংগীদমক্ত তমপ্রবা শরুকনি। ( মাহু চাক্তরবস্থু হিংচায়াইতম্বগী লুখাকচাবগা অমানি ) ॥৯॥ ঘীনচিংবা ভোংলগা মৈদা অগ্নিদেবদা থর হোম তৌদনা লংশিন্দবা মৈনবা, পরোস তৌবা, মরমচৎ থীবা মীদা হান্ন থর পীজথোকপ্রবা পোংশিং অমুদি হিংচায়াইতম্বগীদমক্তা তমপ্রবা শরুক অমুম মওইত্রে। ভরত শাগৈগী অথোইবা! হিংচায়াইতম্বা ভূতপ্রেতশিংগীদমক্তা তম্ব শরুকী মরমদা ঐনা নঙোন্দা হায়রেদো*

---

* টীকা অচাথক কৎপগী মতমদা অমুক থোকশিন্ন কূপ তৌননবগী মরম হায়রিবশিংগী ভত্বদ

যে ভাগা ব্রহ্মসাং প্রাপ্তস্ত উক্তা ভরতর্ষভ। অত ঊর্ধ্বংবিসর্গস্য পরীক্ষং ব্রাহ্মণে শৃণু ॥১১॥
যাবন্তঃ পতিতা বিপ্রা জড়োন্মত্তা স্তথৈবচ। দৈবে বাপ্যথ পিত্রে বারাজন্ নার্হন্তি কেতনম্ ॥১২॥

---

॥১০। চানবা, দান তৌনবা পোৎ চৈ অচাথককী মাঙবা শেংবা, যাব-য়াদবগী রাদি নত্তোন্দা হায়রে। দোষ যাওব্রবা পোচৈ অন্নচিংবত্থু কৌবা অমাদ চাহনবা য়াবা অমদি পী থোকপয়াবা মতৌক চাব-চাদবা মীগীমরমদা অমুক হায়গে মুম্ম তাও * নিংথৌ। পতিত ওইরবা জাৎ তাববা ব্রাহ্মন, পংত্তক ভোৱা শুদ্ধাংলবা

---

করিনো হায়বদা অন্ন (অচাথক) না শেম্বা হকচাংনি। অত্থুনা মপানগী হকচাং (দেহ) অসিবু অন্নময় কোষ কৌই। পোকপা শিবা হায়রিবসি অন্নময় কোষ অসিদা, হায়বদি হকচাংদা জীবা ত্মানা চঙঙক্লুনা লৈরবা অত্থুগা হকচাং অসিদগী অমুক থোকখিবা হায়বতনি। তামসিক ওইবা অন্ন চারদি হায়বদি হিংচায়াইতম্বা ভূতপ্রেতকী চীঙ্গাক চাববাদ তামসিক ওইবা দেহদা জীবাত্মাসিনা চঙঙক্লি। রাজসিক ওইবা অন্ন চারগা রাজসিক ওইবা দেহদা চঙঙি। সাত্ত্বিক ওইবা অন্ন চারগা সাত্ত্বিক ওইবা দেহদা চঙঙি। হিংচাবয়াইতম্বগী শক্লাক ওইনা তাপ্রবা তমপ্রবা অন্নপিণ্ড অত্থুবু চৎপ্রবা পিতৃ মাতৃকা অত্থুদা কৎলবা মথোয়গী আত্মা অত্থু হিংচ য়াইতম্বগী দেহদা অমুক পোক্লবা তায়বনি। অত্থুনা শ্রাদ্ধ কর্ম নচিংবা প্রেতকর্মসি হিরমপুম্বদা চোকশিনবা তারবনি। শ্রাদ্ধদা অত্থুগা অতৈ দেবকর্মদা য়াওহনগদবা শোলহনগদবা ব্রাহ্মান অত্থুগী মরমদা কূপ খনকম থোকপা অত্থুত নত্তনা শ্রাদ্ধ কর্মদা দান তৌগদৌরিবা শোৎশক অত্থুগী অশেং অমাংগী মরমদস্ত য়াম্ন কূপা খনবা তারবনি। হিংচায়াইতম্বগী শক্লাক ওইবা তারবা অচাপোৎ অত্থুবু ঈপা ইমাগী গুরুজনগী উদ্দেশ্যদা দান তৌরবদি মাত্থু চারুবদগী ঈপা ইমাত্থুনা স্বর্গ কায়ম্নবস্থ খুদক্তা লৈথা তারক্লুনা তামাসক ওইবা যোনিদা চঙত্থুনা পোক্লবা তারবনি। অত্থুদা দেব কর্মদা লাইদা কৎননবা অত্থুগা পিতৃ মাতৃ কর্মদা প্রেত লোকত লৈপ্রবা জীবাত্মাশিংত্থুগী পেম্নবা পীগদৌরিবা কৎকদৌরিবা পোৎ অত্থুদা ক'রগুম্বা দোষ অমত লৈহনবা য়াদ্রে। অত্থুগুম্বা অশেংবা পোৎশক অত্থু কাওবা য়াম্না থাজবা (ভক্তি শ্রদ্ধ) গা লোয়ননা দান তৌই হায়বগী দমকস্থ শ্রাদ্ধ কৌ-খিবনি। চোকশিনগদবা শক্লাক অশোমদদি থোইনা য়েংজ্রে। শ্রাদ্ধগী অঙ্গ অমকাওবা মরু ওইবা লৈ-তবা মাকন অময়োমদা কজনবা হোৎনহনা লৈনরি।

(ঝালাচান্দ)

---

* টীকা মথক্তো হায়খিবা দোষশিং অসি করিমত য়াওখিদ্রবা, হীরম পুম্নমক্তা য়েংলুবদা পুমশেং শেংপ্রবা পোৎশক ওইরবস্থ মাত্থুবু মতৌক চাদবা মীদা কৎলবদি চাহন্নবদি অমুক করিমতা কান্নশিদ্রে। খুদম ওইনা হায়রবদা তশেং তশেংনা মহাপবিত্র ওইনা থোং থাক্লবস্থ, থোংলবা অশেংবা পোৎ অত্থ মতৌক চাব্রবা হৌনব্রবা, পীকম থোকত্রবা মীশক অমদা পীজরবদি অমাংবা পোৎশক অত্থুম মওইথ্রে।

শ্বিত্রী ক্লীবশ্চ কুষ্ঠী চ যথা যক্ষ্মহতশ্চ যঃ। অপস্মারী চ যশ্চাপ্যো রাজন্ নার্হন্তি কেতনম্ ॥১৩॥
চিকিৎসকা দেবলকা বৃথানিয়মধারিণঃ। সোমবিক্রয়িণশ্চৈব রাজন্ নার্হন্তি কেতনম্ ॥১৪॥
গায়না নর্তকাশ্চৈব প্লবকা বাদকাস্তথা। কথকা যোধকাশ্চৈব রাজন্ নার্হন্তি কেতনম্ ॥১৫॥
হোতারো বৃষলানাং চ বৃষলাধ্যাপকস্তথা। তথা বৃষলশিষ্যাশ্চ রাজন্ নার্হন্তি কেতনম্ ॥১৬॥
অনুযোক্তা চ যো বিপ্রো অনুযুক্তশ্চ ভারত। নার্হতস্তাবপি শ্রাদ্ধং ব্রহ্মবিক্রয়িণৌ হি তৌ ॥১৭॥
অগ্রণীর্যঃ কৃতঃ পূর্বং বর্ণাবরপরিগ্রহঃ। ব্রাহ্মণঃ সর্ববিদ্যোপি রাজন্ নার্হন্তি কেতনম্ ॥১৮॥
অনগ্নয়শ্চ যে বিপ্রা মৃতনির্যাতকাশ্চ যে। স্তেনাশ্চ পতিতাশ্চৈব রাজন্ নার্হন্তি কেতনম্ ॥১৯॥

---

ঙাওরবা ব্রাহ্মণবু দেবকর্ম পিতৃকর্ম (শ্রাদ্ধনচিংবা) দা নিমন্ত্রণ তৌবা হৌনদে ॥১১-১২॥ নিংথৌ! মশাদা অঙৌনা পক্লবা, নপুংসক ওইবা, যক্ষ্মারোগ লৈবা (যক্ষ্মার শুংবা), ঙাওচৎ কৈজৎনবা, চোইরোল লোনবা অদুগা মমীতঙবা মীবু ব্রাহ্মণ ওইরবসু ক্ষত্রিয় বৈশ্য ওইরবসু শ্রাদ্ধকর্মদা নিমন্ত্রণ তৌবা হৌনদে। মখোয়শিং অদুগী নিমন্ত্রন লৌবা ঙংবগীসু অধিকার লৈতে।১৩॥ নিংথৌ! কবিরাজ মাইবশাবা, দেবলিয়, দেবমন্দিরগী সেবা পূজা তৌরিবা, নাস্তিক ওইবা অশেং অমাং খণ্ডবা, য়ুনচিংবা নিশা কাবা মহৌময়াই য়োনবা ব্রাহ্মণবু শ্রাদ্ধকর্মদা নিমন্ত্রণ তৌবা হৌনদে ॥১৪॥ নিংথৌ! পুংবৈবা ঈশৈ শকপনা মশিল ওইবা, জগোই শাদুনা চোংকদুনা কুইম্মে উৎপদা মশিঙ্গাং ওইবা, রারেম খৌরেম ঙাওবা শাশাদুনা রারী লিশিনবা, অবল অথোইবা মশা য়েংখত্তুনা মল্ল কুস্তী তৌবনা মশিঙ্গাং ওইবা ব্রাহ্মণবু শ্রাদ্ধ কর্মদা নিমন্ত্রণ তৌমা হৌনদে অদুগা মখোয়সিগী নিমন্ত্রণ লৌবগী অধিকারসু লৈতে ॥১৫॥ নিংথৌ! শূদ্রবু যজমান ওইহন্দুনা মখোয়বু যজ্ঞ হোম তৌহল্লিবা, মখোয়বু তম্বিরিবা অদুগা ব্রাহ্মন মশামক্তা শূদ্রবু গুরু ওইহন্দুনা মখোয়গী বিদ্যা তম্বা, ওঝানি হায়দুনা মহাক্কী সেবা পূজা তৌরিবা অদুগুম্বা ব্রাহ্মন অদুমা শ্রাদ্ধদা নিমন্ত্রণ তৌবা হৌনদে। অদুগা ব্রাহ্মন মশাদুসু নিমন্ত্রণ অদু লৌবা মতীক চাদে ॥১৬॥ ভরতনন্দ যুধিষ্ঠির! বেতন (তলব) লৌদুনা লাইহারক তম্বিরিবা অদুগা তলবপীদুনা, শেলহন্দুনা লাইহারক তম্লিব হায়রিবা ব্রাহ্মন অমা অনীসি বেদ (জ্ঞান) বু লৈবা য়োনবা থবক (কারবার) তৌবনি। অসিগুম্বা ব্রাহ্মনসি জ্ঞানী ওইরবসু, (লাইহারক হৈরবসু) নিমন্ত্রণ তৌবা হৌনদে। শ্রাদ্ধদা য়াওহনবা চুমদে ॥১৭॥ নিংথৌ! অহানবদা সমাজদা মকোক লেংনা লৈরম্বা, মতুংদা শূদ্র নিঙোল লৌদুনা য়ুম্বানখিবা অদুগুম্বা ব্রাহ্মন অদুবু শ্রাদ্ধ কর্মদা য়াওহনবা চুমদে ১৮। নিংথৌ! যাগ যজ্ঞ মচ্য সমত তৌরবা আশৌব হকচাংগী থবক তৌবা তারবাদি,

---

হায়রবা নিয়ম অসি বিশেষ ওইনা শ্রাদ্ধ কর্মদা (দেবকর্ম পিতৃকর্মদা) চোংকশিন্না ঙাককম থোকই। শ্রাদ্ধ কর্মগী ভোজ্য দ্রব্যবু কৎপদা লৌহনবদা মতীকচাবা ব্রাহ্মন আতথিশিং অদুগা মতীক শূকচা চাখিবা মীশকশিং অদুগী মরমদনি ভৌমনা অমুক হায়গে হায়রিবাসি। (কাহ্নুগান্দ)

অপরিজ্ঞাত পূর্বশ্চ গণ পূর্বশ্চ ভারত। পুত্রি পূর্ব পুত্রাশ্চ শ্রাদ্ধে নার্হন্তি কেতনম্ ॥২০॥
অথ কর্ত্তা চ যোরাজন্ যশ্চ বার্দ্ধুষিকো নরঃ। প্রাণি বিক্রয়বৃত্তিশ্চ, রাজন্ নার্হন্তি কেতনম্। ২১॥
স্ত্রীপূর্বাঃ কাণ্ডপৃষ্টাশ্চ যাবন্তো যাবন্তো ভারতর্ষভ। অজপা ব্রাহ্মণা শ্রাদ্ধে নার্হন্তি কেতনম্ ॥২২॥
শ্রাদ্ধে দৈবে চ নির্দিষ্টো ব্রাহ্মণো ভরতর্ষভ। দাতুঃ প্রতিগ্রহীতুশ্চ শৃণুষ্ব গ্রহং পুনঃ ॥২৩॥
চীর্ণব্রতা গুণৈর্যুক্তা ভবেয়ুর্যেঽপি কর্ষকাঃ। সাবিত্রীজ্ঞঃ ক্রিয়াবন্তস্তে রাজন্ কেতনক্ষমাঃ ॥২৪॥

---

চামথোক খোক্তোক্তনা ঈর মারবজবগী থবক তৌরিবা হুরান চাম্বীবগী থবক তৌহুনা সমাজদা জাৎ তাবগুম লৈরবা ব্রাহ্মন অহু শ্রাদ্ধ কর্মদা য়াওহনবা চুমদে।।১৯।। ভারত শাগৈগী অথোইবা। মহাক্কী নমচৎ ব্যবহার অমাদি হৌরককমগী মরমদা করিমতা খঙ্‌দ্রবা. (পরিচয় খঙদ্রিবা) পুত্রিকা ধর্মগী মতুং ইন্না * কারিগুম্বা শর্ত অম তৌনহুনা মওং অমদা য়ানখিহুনা লুহোংহুনা লৌখিবী মুপী অমগী পর্ভদগী পোকখিবা, অহুগা মহাক্কী মমাপোকপা মবৃথোগী য়ুমদা চাওখিবা য়োকখিবা অহুগুম্বা ব্রাহ্মন অহুমা শ্রাদ্ধ কর্মদা য়াওহনবা চুমদে। অহুগা শ্রাদ্ধগী নিমন্ত্রণ লৌবগী অধিকারস্থ মতোন্দ লৈতে ॥২৩॥ নিংথৌ। শেল থুম চাওখৎহল্লনবগী শেন্দোই কাহন্দুনা লুপা পৈশা মীতোন্দা পুথোকপা পোচ্চৈ হোংডৈডেদা লৈশিন্দুনা থনহৌরগা তাঙলবা কান্দা মমল তাঙনা য়োম্বোকপা মীতোন্দগী কংবা শেন্দোইতনা মাগী জীবিকা ওইহল্লিবা, জীব পানববু লল্লোল্লিবা. লৈব যোনবগী থবক (কারবার) তৌরিবা অহুগুম্বা ব্রাহ্মনবু শ্রাদ্ধকর্ম (দেবপিতৃকর্ম) দা য়াওহনবা চুমদে ॥২১॥ মুপীবু কব্বার তৌলম্নবা কমহুনা চাহুনা লৈরিবা মশাগী মুপীবু ওক্তবী ওইহন্দুনা মাগী মপুরোয়বা (বেশ্যাগী মবা) ওইবহুনা লৈরিবা, সন্ধ্যা লপাসন্ত গায়ত্রী জপনচিংবা কবিমত তৌদবা অহুগুম্বা ব্রাহ্মনবু শ্রাদ্ধদা য়াওহনমা চুমদে ॥২২॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা নিংথৌ! দেব যজ্ঞ কর্মদা অহুগা শ্রাদ্ধনচিংবদা পিতৃ মাতৃ কর্মদা য়াওবা য়াদবা ব্রাহ্মনশিংগী মরমদি থর হায়খ্রে। হৌজিক অমুক ঐনা হায়গদৌরিবদি মতোন্দগী দান লৌবা য়াবা অহুগা মতোন্দা দান তৌবা য়াবা ব্রাহ্মনাশংগী লক্ষণশিং অহুনি। মথক্তা হায়খ্রিবা নিষিদ্ধ কর্ম (তৌবা য়াদবা কর্ম) শিং তাস তৌরবস্থ মশাদা খাইগা মান্নদবা বিশেষ ওইবা গুণ অম লৈবদগী সমাজনা য়াবিখ্রবা লৌখৎপিখ্রবা ব্রাহ্মনশিং অহুগী মরমদা অমুক তারো ॥২৩॥ নিংথৌ! নিয়ম নাইনা ব্রত উপাসনা তৌরিবা, অকবা নীংথিবা গুণনা তিল্লিবা সেবা পূজানচিংবা কর্ম কাণ্ডদা পুক্নীং চঙহুনা লৈরিবা, গায়ত্রী মন্ত্রবু তত খঙনা জপ তৌরিমা, অসিগুম্বা ব্রাহ্মন অসি লৌল শীংউবগী থবক তৌরবস্থ নিমন্ত্রণ তৌবা

---

* টীকা— পুত্রিকা ধর্ম হায়বসি অসিনি— মচানুপাবু লুহোংহল্লমদাই মতমদা ঐগী ঈচানুপীসিনা অহানবা পোকপা নচা (ঈশু) অহু ঐনা লৌগনি য়োকানি অসুম য়ানহুনা তৌবা বিবাহগী নিয়ম ধর্ম অহুগী মতুংইন্না পোকখিবা অহুগা হায়নখিবহুগী মতুংইন্না মবুপোক অহুগী য়ুমদা য়োকখিহুনা চাউখিবা ব্রাহ্মন অহু শ্রাদ্ধদা য়াওহনবা চুমদে। মহাক শ্রাদ্ধদা য়াওবা য়াদে। (কালাচান্দ)

ক্ষাত্রধর্ম্মি মপ্যাতৌ কেতরেৎ কুলজ পন্ডিতম্। নত্বেব বানিজং তাত শ্রাদ্ধেচ পরিকাল্পয়েৎ ॥২৫॥
অগ্নিহোত্রী চ যোবিপ্রো গ্রামবাসীচ যোভবেৎ। অস্তেনশ্চাতি ভিথিজ্ঞশ্চ সরাজন্ কেতনক্ষমঃ ॥২৬॥
সাবিত্রীং জপতে যস্তু ত্রিকালং ভরতর্ষভ। ভিক্ষাবৃত্তিঃ ক্রিয়াবাংশ্চ সরাজন্ কেতনক্ষমঃ ॥২৭॥
উদিতাস্তমিতো যশ্চ তথৈবাস্তমিতোদিতঃ। অহিংস্রশ্চাল্পদোষশ্চ সরাজন্ কেতনক্ষমঃ ॥২৮॥
অকল্কো হ্যতর্কশ্চ ব্রাহ্মণো ভরতর্ষভ। সংসর্গে ভৈক্ষ্যবৃত্তিশ্চ সরাজন্ কেতনক্ষমঃ ॥২৯॥
অব্রতী কিতবঃ স্তেনঃ প্রাণি বিক্রয়িকোবণিক্। পশ্চচ্চ পাতবান্ সোমং সরাজন্ কেতনক্ষমঃ ॥৩০॥
অর্জয়িত্বা ধনং পূর্বং দারুনৈরপি কর্মভিঃ। ভবেৎ সর্বাতিথিঃ পশ্চাৎসরাজন কেতনক্ষমঃ ॥৩১॥
ব্রহ্মবিক্রয়নির্দিষ্টং স্ত্রিয়া যচ্চার্জিতং ধনম্। অদেয়ং পিতৃ বিপ্রেভ্যো যচ্চক্লৈব্যাদুপার্জিতম্ ॥৩২॥

য়াই ॥২৪॥ হৈবৃত্তো। যুধিষ্ঠির! অগোবা শাগে গোত্রদা পোকপা, মান্দা ক্ষাত্রয়গী ধর্মবু পালন তৌবা, মহাকপুস্থ শ্রাদ্ধ কর্মদা নিমন্ত্রণ তৌবা য়াই। অদুগা মহাক্না লল্লোল ঈতৌবপগী থবক অমুক্না তৌরবাদ নিমন্ত্রণ তৌবা তৌনদ্রে ॥২৫॥ নিংথৌ! অগ্নিহোত্র ওইবা, মুমিৎ খুদং তম্বনা অগ্নিদা হোম দান তৌবা, মহাক্না লৈরিবা পোক্লিয়া গ্রাম (খুল) অদুদা অদুম্ ময়ুম মকৈ পান্দুনা লৈরিবা, হুয়ান-চৌম্বীগী থবক তৌদবা, মমুমদা লাকপা অতিথিগী স্বাগত সেবা পূজা নীংথিনা তৌরিবা অদুগুম্বা ব্রাহ্মন অমা নিমন্ত্রণ তৌবা য়াই ॥২৬॥ ভারত শাগেগী লৈতেংগী মশক ওইবা। নিংথৌ! ত্রিকালসিদ্ধ্যাদা গায়ত্রী মন্ত্র জপ তৌবা, মীওংন্দগী নি-হুমদুনা ভিক্ষা তৌদুনা জীবিকা অদুম ওইহল্লিবা, দেব কর্মদা পুক্নীং চঙদুনত লৈবা ব্রাহ্মন অদুদা নিমন্ত্রণ লৌবগী অধিকার লৈ ॥২৭॥ নিংথৌ! নুমিৎমদা চাওখৎ-পদি ওইরগা য়ায় হম্বা মওংদা নাপল থোংবা য়াওদনা লৈরিবা অদুগা লায়রবস্থ মকোক থোইনা নোন্দবা, মশাগী মর্য্যাদা (ঈজৎ) ভাক্না লৈরিবা, করিগুম্বা মতমদা হিংসা তৌ-বা, অদুগুম্বা ব্রাহ্মন মীশকু মশাদা দোষ খর তুক লৈজরবস্থ নিমন্ত্রণ তৌকম থোকই ॥২৮॥ ভরত শাগেগী অথোইবা! নিংথৌ! থোয়দবা, অরেম্বদা কায়দব য়াকমদা তর্কবিতর্ক তৌদবা, খাইগা ভিন্নবা য়াব মতৌ চাবা মীশক ওইবা, ভিক্ষা বৃত্তিনা জীবিকা ওইরিবা ব্রাহ্মন অদুদা নিমন্ত্রণ পৌবগী অধিকার লৈ ॥২৯॥ নিংথৌ! ব্রত উপাসনা করিমত্ত তৌদবা, মরৈমম্বা চাউবা, হুয়ান চৌম্বী তৌবা, জাবপানবগী (শা উচেক) ব্যাবসায় তৌবা, বৈশ্যগী মতৌগুম লল্লোল ঈতৌকী থবক তৌবা, অদু ওইরগসু মতুংদা অকবা সঙ্গ তৌরদুনা, যাগযজ্ঞদা পুক্নীং চঙলক্লবা, যজ্ঞগী প্রসাদ সোমরসনচিংবা সেবন তৌরবা অদু ওইরবদি অদুগুম্বা ব্রাহ্মন অদুদা নিমন্ত্রণ লৌনবগী অধিকার লৈরে ॥৩০॥ নিংথৌ! যুধিষ্ঠির! অহানবদা ব্রাহ্মন ওইবগী মথৌ তৌদনা সনা লুপা তামবওনা মশিজাং ওইরবা ব্রাহ্মন অদুনা মতুংদা মহাক্না তাল্লিরবা শেল থুম পুম্নমক অদু অতিথিশিংদা, অতিথিশিংগী সেবা পূজাদা লোইনা শীজিন্নরবদি, অদুগুম্বা ব্রাহ্মন অদু শ্রাদ্ধকর্মদা নিমন্ত্রণ তৌদুনা য়াওহনবা য়ারে ॥৩১॥ অদুগা নিংথৌ! বেদশাস্ত্রবু লল্লোল পোৎকুম য়োম্বোক্তু না মাদুনা ব্যবসায় ওইদুনা জীবিকা তাল্লিবা অদুগা মীওোন্দা হারৌ হারৌ তৌদুনা য়ায় তোল্লবা কক্সি লৈ-জরবা অমগুম্ব নিংতনা মশিজং ওইদুনা জীবিকা তাল্লিবা ব্রাহ্মন অদু শ্রাদ্ধদা য়াওবা মতীক চাদে ॥৩২॥